# লাঙ্গাও মচা অচৌবা সিদ্ধি

এলাংবম দীনমণি




বোৰী পব্লিকেশন্‌স, শীংজমৈগীদমক্তা দিনেশ্বৰনা অহানবা ওইনা ইং ১৯৯৮ দা "সুচেতা প্রীন্টিং ৱার্কস", মোইরাংখোম, লোক্লাওবুং ইম্ফালদা কোপী ৫০০ দং নম্মগা পুথোকপনি।

মমল : লুপা ১০০/-

## ৱাহৈ অমনীদ—

ৱারী অশাংবা (উপন্যাস) অমনি হায়না থাজজবনি। ৱাখনগী মালঙ অমদা পঙই ইবা হায়বতুনি, অখন্নবা পনথুং থমখিবা নত্তে। নুংঙাইজবা হায়বসিনা লম্বেল ওইবনি। লমথুং খঙদবা লম্বেনদা চংপসিস্থ মনুংঙাই অমা ওইবা য়ারিদ্রা ! য়েংবা তারিমাল্লে।

এ দি

# অহানবা

মশানা তৌবা ভম্বদগী য়াম্না হেন্না তৌনীংবা, পাঙথোকপা য়াম্নসু হৌরুরবা নহা অমা দাক্তর মনিতোননা খঙই। মমিং মালেমঙম্বা কৌই। মমা অতুনদি বিশ্বজীৎ হায়না থোনজবনি। হায়স্কুল লিভিং সার্তিফিকেত পরীক্ষা থারমদাইদা মা মশানা ওম্থোকচখিবনি। মপা মমা খঙবা নত্তে। ওল্লমদাইদা দাক্তর মমিতোনদদি তান্নরম্মী ; নত্রগসু তাক্লম্মী। সাইকিয়াত্রিস্ত মনিতোননা মাগী অরোন-অচিক কাদা মৌ-নহা অমগী ঙাওচৎনবা মওংগী লাইওং খঙনবা কম্না হোৎনরিঙৈদা মালেমঙম্বা চঙলক্লগা হায়রখিবনি—

— পুপু দাক্তর, পুপু দাক্তর ঐগী মিংসে ওম্থোক্লনি।

— করিগী কৈদৌরে বিশ্বজীৎ ?

— বিশ্বজীৎ পামদে, মালেমঙম্বা ওল্লনি। পুপু দাক্তরসু মালেমঙম্বা কৌবিরো।

— ঙাইখো ঐ ননে অসিমত্তা ৱারী ঙাইহাক শাখিগে ; হোরেন ঙাইহাক লৈরগা লাকউ ; ঐ কৌরক্কে।

— ঐ শংঙরোই। মুংদাংৱাই ওইনা চঙঙক্কে।

মালেমঙম্বা অতুম চৎখরে। মনিতোনসু মখুৎ থাদোকপা য়াদবনা ৱারী তৌখিদ্রে। মুমিদাংৱাইরমদা মমা মচা য়েনখাগী থোঙদা ফাওজিন্দুনা লাকমিন্নে। মমা বৃন্দারানীনা মিপাইরপ তৌনা হায়রৈ—

— বাবাচৌ, ঐখোয়' বোইবোইনা মমিং ওল্লিবসি বাবাচৌনা য়াই হায়না চুমব্রা ?

মনিতোননা খুমগে তৌরকপদা মালেমঙম্বনা চঙশিল্লক্তুনা তুংলোমদগী কোনশিল্লে ; মনাকোংদা লোম্না হায়রৈ চুম্মী হায়যু হোরেন পুপুনা হায়বমা য়াগে। মনিতোননা মশুগী মমায় অহু তপ্না চিংথরগা লোননা হংলুই—"সত্যগী ?"

— অশেংবগী। য়াদ্রগা পুপুনা ফংজো।

— ৱাশকউ।

— শকওই। শক্তবস্থ য়াই। ঐনা হায়বসি ৱাশকপনি।

মশু-মপুনা তৌরিবহু বৃন্দারানী উই। তাবস্থ তাই নুংঙাইবা পোকই। শাউজিন্নরগা হায়রকপনি—

— বাবাচৌস্থ মুশিং অসি য়াওরেদনা।

— ঐ, য়াওরে। ইশু বিশ্বনা হায়বদি ঐদি ইয়াদা য়াজরে।

— বিশ্ব নত্তে পুপু, মালেম ; মালেম ঙম্বা !

— ঐ-ঐ মালেমঙম্বা। মালেমবু পুংঙম ঙম্বা। ওল্লিদৈদো নমাগীস্থ ওলহৌরসিরা — ?

— য়াইনে।

— করি কৌসিগে, হায়যু।

— ইমাগীসি — বৃন্দা হায়বনিনা — অ

— লৈরে লৈরে —।

— কৈনো ?

— অ — অসি — অ — তাইরেনবী। (বৃন্দারানী হৌনা নোকচৈ) অদগী নঙগী বাবাগীনা —

মপাগী ৱা অসি খঙহৌদনা খম্বস্থ নংহৌদনা শৎ পম্লো উবনি। থংনবা মীৎকুপ্তা ভাব খংতা তারক্তুনা খংলেপ লেপ্পগা ৱা অমরোনদা থৈনবা লাক্লকই। বৃন্দাদা হাইরপ য়েংলুই। বৃন্দাগী মোমোনহু খজিক লাশিল্লমগুম তৌই। খঙথনি মতাগুম লৈরম্বা মোমোনগী নাকচীগী নাশোন্দা

থকতোরক্লম্বা মমি অতুদি দাক্তর মনিতোনদদি লোৎপা ঙমখিদে। অম-রোমদা লৈথোক্লবা ওইনা ইচম চম্না থৌদারুই —

— চৎলো বৃন্দা নঙ কোফী অমত্তা শেমলম্মু ; ঈশিং অশাবা ফ্লাস্কতা লৈ-হৌবনি। খন্নবগী থবক অসি লৌশিং তারবা নচা ইবুংঙো বিশ্ব — অ করি, করি'য়ে — ?

— মালেম।

— ঔ, মালেমঙম্বা অথৌবগা চথহৌরগে। চিনি খজিক্তমক হাপপু।

বৃন্দারানী হৌগত্তুনা চঙখি। মনিতোননা শোয়দোকখিবগী মুংঙাই-বক্তবা রাখল অমগা লোয়ননা লৈহৌই। খঙফাত্তবা মালেমঙম্বদি মমায় পাকপগী নুংঙাইজবা অমগা লোয়ননা তেবলদা লৈরিবা মনিতোনগী স্তে-থেস্কোপ অহনবা অতু চেখাঙদগী লৌথোক্লগা য়েংহৌরি। মসি মাগী অঙাং ওইরিঙৈদগী পামজবা হৈনজবা শান্নপোৎ অমা ওইনা উরকই। ব্লদ প্রেসর য়েংনবা খূৎলাইতুমদি হৈনদে। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৈনরক্তে। খঙনীংদবনি।

মালেমঙম্বগী মপা ইঙোবা অসি দাক্তর মনিতোনগী চান্নবা মরূপ গোবি-ন্দগী অমত্তা পোকচবা মচানি। য়ুম্লোন্নবনি। য়ুম্লোন্নবা হায়ববু শাইজিনগা শাইজিনগা শন্ননা লোন্নবদগী শমজিন্নতুনা ফক্লাং অমত্তা থারগা থোঙজাও অনী ফাৎলগা য়ুম অমত্তা ওইনা লৈরবনি গোবিন্দ অরাপ্পা খুঙ্গং অমদগী-নি। থ্বাইরম্বন্দ কৈথেল মন্নুংদা কা মচা অমা লৌতুনা লৈরগা স্কুল তম্মক-পনি স্কুলদা মনিতোনগা খঙনতুনা লুনা তিন্নরকপনি। লাইরিক্তা থরায় যাওবা মরম ওকপা লীচং ফজবা অমা ওইবদগী মনিতোনগী মপানা ইংখোল মচেং অমা মমিংতগী ওইনা মমল লৌরগা পীতুনা থম্বনি। মপা মপাম্মু লুনা চান্না তিন্নখি। শাগৈ নত্তে য়েক থোক্লদ শাইক্লক তিন্নদে মপানগী পুম্নমক হাইদোক্লরগা মরূপ ওইবা হায়বতুদা অমত্তা ওইনা লৈমিন্নখিবনি। য়ুম অমত্তগী ইমুং অমত্তগী মচীন মনাও মপা মচাগী মরীনা কৈদৌনি। মরূপ ওইবা হায়বসিদদি অরোনবা থোঙ অমত্তা লৈত্তে।

মপা মপা হাক্তক্কী 'মন্নপ' অসি মনিতোন অমদি গোবিন্দ লাল্লগা মচা ইঙোবী অমদি ইঙোবীগী মচা মালেমঙম্বা কাওবা শন্না মফৈ অমা ফেং হাইদনা চৎথরক্লি। শুথাঙ য়েৌরবগী মওংনি। তৌবদি গোবিন্দগীদি শুথাঙ য়েৌরবসু মনিতোনলোমগীদি মা মশাদা কক পন্দুনা লৈরি। মনিতোন মথন-নতা পোকই। লুহোংদে; তোংগনি হায়বগী থাজবসু লৈত্রে। মশানা লৈখায় তাজরবনি – হোঙলরোই। মশক ব্লাৎপা নত্তে; মরল লৈ; য়াম্না ফনা হৌরকপনি; সাইকিয়াত্রিস্ত দাক্তর ওইনা য়াম্না নহা ওইনা মী ওই-রকপনি। অকক্লবা অপাম্বা অমা লৈবদগী নত্রগা নীংবা অমা কায়খিবদগী য়ুম পানখিদ্রবা নত্তে। মাগী মতমদা মচা ময়া ওইনীংবা মীগী মশীং ব্লাৎ-খিবা নত্তে। তান্নবা হায়বতুমক ওইরিবনি। অতুবু তাঙ্গা অমা তৈনখিবদগী মানা পাম্বনা মীনা খরা থৈখি, মীনা পাম্বনা মানা খরা লৈথোকখি তৌবনা খজিক খজিক লীৎশিনখিবনা চহীনা য়াংখৈ ব্লাংমা লাল্লকপগী অতুদদি লুহোঙবদা হৈনগদবা মান্দবদগী অতুম তোকখ্রবনি। পাথং ওইনা লৈরগে লেপখ্রবনি। করিগুম্বা মখলগী মুংঙাইতবা তকশী অমদি নীংঙমদবা মনিতোনদা লৈতে। মুংঙাইনা অমদি মুংঙাইথোক্লা অতুম্মক লৈরি। মচা পাম্মকপা মমৌ মশুগী মশক উনীংলকপা মতাংসু ময়াওরকই। অহাংবা থেংনদে, ইঙোবী, বৃন্দারানী, অতুগা খ্বাইদগী লুনা তৌজবা মালেমঙম্বা লৈরে। মশাগী ওইনা পূম্না লৈমিন্নবগুম্বনি। ইঙোবী মাগী মচাদ মচা-দৌনা লৈ। মমৌ বৃন্দারানীসু মানা মখূৎচাবী ওইনা থিজবনি। মসিগীসু শহর অপুম্বগী ওইবা ব্রারীনখিবা থৌদোক লৈ—

ইঙোবীনা বি এসসি লোইরকপগী অতুদা মপা গোবিন্দগী থম্মোয়গী লায়নাতু অনীরক শুবা ওইনা চৈথেং লাকতুনা কাঙখি। অহানবগী চৈ-থেংদি য়াম্না মেঙনা লাকখিবনিনা খঙনহৌদ্রে। অনীরক শুবগী অতুদদি মম্লুং অচৌবা চঙলুবা থোকলকপদা তুগিল্লি হায়না লাক্লতুনা লৈরম্মী মনি-তোননা য়েংবদা খরা চঙশিল্লপ লৈরম্মে। কন্না লায়েংবদগী ফয়কখি।

ভাব তাবা গোবিন্দনি মকাদি ইফোঙ ফোঙদোক্তনা অমত্তা পোকপা মচাগী মমৌ অমা অথুবা মতমদা থিনবা কন্না হোৎনখি। ইঙোবীদা হুংবদা মাগা মতম খরগী মমাঙদগী খঙনরকপী বামোন লৈশাবী বালা তাকলকখি। মপা গোবিন্দদা মনিতোননা কন্না তক্লবদগী হায়ন শীংনবদি য়াম্রবনিনা অহল-লমন ইখঙ খঙননা চেলহোঙগী মতাং শীন্নরে। চাউনা হোৎখি। ন্নারীনবা য়াবদগী য়াম্না হেন্না চাউনা হোঙখি। সংকীর্তনগী পালাদা তাবা শেলগা বরগী গাড়ী মশীংগা ঙসি ফাওবা নীংশিং নীংশিং ন্নারী শানরি।

থা মরী গুম্বা লৈরগা ইঙোবী মাগী পুলিশকী থবক অসি খল্লক্তুনা ট্রেনিং লৌনবা লংফৈ চৎখি। চৎলমদাইদা তহা-তহা চঙলক্তুনা মনিতোনদা থুরুম্মৈ। মনিতোননা মকোক্তা নাম্থবিরগা মঙ্গল পীরুই --

-- মঙ্গল ওইয়ু, মঙ্গল ওইয়ু। পুক্লিং চঙনা হোৎনৌ। থা তরাক্তনি হায়বদাই।

— খিত্তং হেল্লি বাবা।

— বালাসু পুনি হায়বদাই ?

— পুররোই বাবা; মাগী থবকসু থাদোকপা চুমদ্রে অতুগা আদা ট্রেনিং মফমদা মুপী অঙাং পুবসু য়াদে।

-- ফরে-ফরে। থা তরাক তরেৎ হায়বসি খঙহৌপোৎ নত্তেদা। চিঠী তোয়না ইরকউ।

মতাং অসিদা বালাসু চঙলকখি, কোফী পীরখি। মুপা অমসু য়াও-রকখি। হুংলুই -

— কন্নানো ইবুংঙোনা, চৎমিন্নগদবরা ?

— নত্তে বাবা, ঐগী মরূপ গদাধরনি। নমৌমুপীগী মামোশিংনি। ঐবু থিন্দোকপা লাকপনি। ঈশৈ য়াম্না হৈবা মরূপনি।

— ও। ফৈ-ফৈ। চৎলো চৎলো প্রেন মতম ওইদৌরেনি।

মতাং অম্বায়দগী গদাধর তোয়না উই। হংলুবদা খুঙ্গংদা মতম থরা শহরদা থরা লৈবা গোবিন্দনা - কৈনো বামোন ইবুংঙোদু ঐখোয়’ বালাগী মবুঙশিং ওইরমাল্লে ; মখোয় অনী প্রাইভেৎ ক্লিনিক অমদা থবক তৌমিন্নে হায় হায়না তাকলকখি। হাপ্পাগী ওইনা মরূপকী ব্লদ প্রেসর চ্যেক তৌরম্বনি। খুৎলাই লোইশিন লোইশিন্না মনিতোননা হায়খিবনি —

— কৈনো মবুঙলনে, ঐঙোন্দদি মাগী মামশিংনি হায়রম্মী।

— ইমৌনদি মবুঙনি হায়। ঈশৈ ফজনা শকই। মখোন ফৈ। ঈশৈগী কোলেজ অমদা ওজাস্তু ওইরিমাল্লে।

— অদুমাইনস্তু হায়।

মুমীং অসিগী মুঙিদাংল্লাইরমদা দা. মনিতোননা সাইকোলোজীগী অনৌবা লাইরিক অমা চেল্লুবদু খুংঙরদুনা ঈরম লামায় মুন্না য়েংলিঙৈদা নহানল্লাই কোলেজদা ভোং লেপমিন্নখিবা, হৌজিক্কা রাজনীতিদা মায়পুননা য়াওথ্রবা কুইনা উন্নখিদ্রবা কমলজীৎ লাকই। ওহ্নোকপা সমস্যা অমা পুথুনা লাকখি। কোফী থক্লা-থক্লা নোক্লা নোক্লা নুংঙাইতনা হৌদোরকখি —

— ’য়াম্বা দাক্তরবু. ওহ্নোকপা হায়বদু ওইরে। প্রোব্লেমসি মমাইবেম্মগা ইচানুপী য়াইমগগীনি। মমা অসিনা পঙথাদ থাজবা ; থাজবা ; থাজ-বাইবু — থাজরে লোইরে।

— করিনো থাজরিবো ?

— লাই ; ঈশ্বর ! লাই কোতি — কোতি কয়া’য়ে ’য়াম্বা ?

— কুম্থ্রাহুমদোই।

— অঁ কুনথ্রাহুমদোই। হৌজিকসি খরা অমগা হেনগৎলে ; মল্ল কোকপা মশম শাংবা খোইজু খরা অমগা লাৎলকপা উরে। মকোক্তা রুমাল পুনবা মানবা অমস্তু ওল্লাং-নহান পুরকপা উই ; লাৎহৌরে।

— অঁ অদু কৈদৌরবা ? ভোং খোম্বা নত্তবনিনা শম্লপ হায়য়ু।

— চুম্মে। ঐ মিতিং অমস্তু লৈ। স্থমদোবনি। মমা অসিনা থাজরিবসি

লাইদ নত্রি জগৎ পুন্নমক্কী চৎনবী থাজনবী, লাইবক, নোংদম্বা বিধি স্নুরে। স্নুম থোকললকপদা খোঙহামবুন উরুরবা হু হনজিল্লে মফি হোংদোক্লগা চত্রে নত্রগনা অমুক ঈরুজরগা নৌনা জাত্রা তৌরে। মৈ হেনখিবদগী চাক অসি শোগাং কাংবকা য়াওবদা ওম্থোকপা লাইবক্কি-দকো হায়দনা থংনবা ঙনকপা থা'জদা শনি হেক্তা খুরুম্মে। মাগী পুন্সিসি লাইগা লাইবক্কনি।

— খঙঙে, ভাব তারে নচানুপী ইবেম্মনা অনীমক্তা থাজদবা, অমম্বদস্থু হায়বদি অন্ধবিশ্বাস, লাইদস্থু।

— অতুমক্কি। 'য়াম্বর্ ইচানুপীতু খঙব্রো? মশক উথ্রবো?

— উত্রি। ইনাও লৌরবদি মশক য়ৌনা ফজরমগনি। নঙগী ইচন অতুস্থু ফজরমগনি খল্লি

— মমানা হেল্লি হায়নৈ; হ! ঐগীসি হায়নবা তাবগী —।

— হোয়নে য়ারেনে। ইচানুপীতু সাইন্স গ্রেজুয়েতলা?

— এম এসসি লোইরে; পি এচদি তৌরি।

— য়ারে। হয়েং নোংমা ইচানুপীতু পুরগা লাকউ নত্রগা থারকউ; মানা ফজনা শংবা মুমীৎ অমদা।

— মমাদি য়াওহল্লকক্ত্রা?

— য়াওহল্লকউনু। মাগা মরোল ফাওননবা হোৎনবদা কুইনা চঙগনি। হন্দক ঐ থবক খরা চিল্লি। সেমিনার পেপর অমা কন্না ইরি।

মিতিং লৈ হায়রম্বতুনা ফনা থেঙলবা ফাওবা হীরমশিং ইশোক ইশোক শোক্লা ঙাংতুনা লৈরম্মী। করিগুম্বা বেরা অমদগী নত্রগস্থু হৌনবী ওইবগী মৈ খংমুৎ মুৎথিবগী অতুদা নমতুনা থোঙ্গান ফাওবা থিন্দোকলুই। চঙ-লকপগী অতুদা থোঙ্গান্দা মী অমা চঙলকই। অমনা চৎথিবা উহৌই। মনিতোননা হংলুবনি।

— কনানো?

— ঐনি পাবুঙ
— ও। অমদি কৈনোরা — গদাধর ইবুংঙোরা ?
— মানি ; তামোনা থিনবিরকইবা।
— এ ফৈ-ফৈ। থেঙঙিদা।
— অথেংবদা পেসেন্ত অনীথক লাক্লনা থেঙদোকখরে।

নোংমাইজিং মুমীৎ অমদা কমলজীৎ মচামুপী বৃন্দারানী পুন্থনা লাকখি। মনিতোননা ইঙোবীদা মপাগী ফিবম তাকপা চিঠী অমা ইরিঙৈদা কমলজীৎনা স্নমাও মতোন্দগী লাউরগা চঙশিল্লকই — ইমাম্বা দাক্তর লৈবিবা নত্রো নচামুপী পুন্থনা লাকচরে। নচামুপী বৃন্দারানীনদি 'য়াম্ববু য়াম্না মুন্না খঙঙিনে।

মমিং অসি মনিতোননা তাখিবগুম তৌই। কদাইদনো কনানো করিনো হায়বদি নীংশিংবা থোক্কে। থোক্লুনা ওকলুই। মুপীমচান্থ মপাগা চঙলকই। মশক মতৌ চঙখোল্লি। ঈংনা তপ্পা মায়থোঙ পুই। হুংনবদগী বৃন্দারানী অদু নহানরাই মনিতোননা লনাইগী ওইবা হায়স্কুল অমদা মতম খরা ওজা ওইদুনা লৈরিঙৈদা লাইরিক তমখিবী ওইরম্মে। মনিতোননা নীংশিংলক্লুনা হায়রকখি--

— এ এ! নহানরাই ইস্তর স্কুল দিবেত্তিং কম্পিতিশনদা 'লাইবক্তগী থবক্না হেন্না কল্লি' হায়দনা কন্না য়েংখিবী বৃন্দা — ?
— হোয়। ঐনদি সারবু অদুম নীংশিংজরি। সারনা জজ অমা ওইবিখিবনি। ঐঙোন্দা মুংশিন্থনা নম্বর য়াম্না পীবিখিবনি।
— মদু নত্তে বৃন্দা। জজ হায়বসিদি ঐগী-মীগী থায়বা নত্তে। ঐগী মহৈরোয়নি হায়দনা পীখিবা নত্তে ; নঙ নশাগী নঙলনা ফংবনি।

মপা কমলজীৎ অদু দল মমুংগী চীংলেম্মবা মীফম অমা লৈ হায়দনা হোৎব-হোবে চৎখরে। চৎনা চৎনা হায়রম্বনি --

— য়ারবদি 'য়াম্বনা তশেং-তশেং তরু-তরু অমুক্তা সুদোকপিয়ু। শেংনা পুমশেং শেংনা হেক্তা সুদোকপিবা।

— করিনো সুদৌরিবো ইনাও নেতাজী ?

— নমৌমুপীসিগী ব্রেন — ! সোর়ী নচামুপী !

অছুম চংখরে। মানা থৌখিবা জীপ অচু পাইখিবদৌনা তৌই। ওম্বোকপা ইনাওনি, হন্দ্রিনে হৌজিক ফাওবা ! হায়রগা মনিত্তোননা মুপী-মচারোমদা য়েংলুই। বৃন্দারানী মঙোন্দা য়ান্না মুন্না য়েংছুনা লৈরম্মী। মানা য়েংথোক্লুবদা মমীৎ তপ্পা তুকথখি। মোমোন ইরোয়নখিবনি। হংলকপগী পাউখুম অমা ওইনা বৃন্দানা হায়বা হৌরকখি —

— সারতদি —

— ঙাইখো বৃন্দা, সার হায়নু ; নঙ বাবা ঐগী গরূপনি বাবা হায়গেরা পাবুঙ কৌগেরা কৌ।

— বাবাদি দাক্তরনি —।

— অদু ওইরগা দাক্তর বাবা কৌ।

অনী খজিক নোকমিন্নখি। মুমীৎ অছুদগী 'দাক্তর বাবা' কৌখি। ঙসি ফাওবা কৌরি। অমরোমদদি মকুবোককুম্বনি ; মকুবোকমক ওই-রিবনি। কোফী অমা থকমিন্নবা ফমথরকপগী অছুদা বৃন্দারানীনা তপ্পা হায়রকই —

— ঐবু লায়েংবিদৌরিসিবু দাক্তর বাবা, ঐবু করি তৌরবগে ?

— ইবেম্মা বৃন্দা, ওন্নরে ; নঙনা পুরিবা রাপু অছু শোয়রে। মছু নত্তে চুম্মা 'সুন রারী অমা শাসি হায়দনা নঙগী বাবাদা হায়খিবনি। নঙগী বাবানা হায়দ্রা ?

— বাবানা হায়বদি, ঐগা ইমাগসি কোক বেন্না লৈরে লায়েংবা তাই হায়দনা শাউনা হায়। ঐখোয়' বাবাদি ইশংদ শংগৎলি ঈংনা তপ্পা রারী শাবসি হৈতবদৌনা তৌই। বা-বা লাউদনা য়া-য়া হেক্কা তৌই। মরৈ-ক-কা চঙদে 'ঐদনা ঙাংহৌরগা লোইরে' হায়বগী মওংদা চঔখে। ইমাগদি ঙাইহাক্কা তিন্নবা য়াদে। ইমাসু শংগৎলকুনা হেক্কা থৎনৈ।

— ফিংগৎনবা মরক অতুদা নওস্নু য়াওরিবনিনে ? নমাগা থৎনরিদো।

— ঐদি ফিংগৎতে ; তপ্পা ঈংনা ময়ম তাক্লুনা কাম্নদে চুম্নদে হায়বা উৎপনি। ইমানা য়াদবনি।

— করি করিনো ইমানা য়াদ্রিবদি ? হ, লোয়না নত্তে মক্কওইবা থয়া হায়য়ু তাসি।

— মওংবু মীগী হৌদোং চীক্লজবত্থুবু ঐখোয়গী মাঙ্গোন্দা চীক্লরে দোশা পাওদে হায়দনা লাইদা পওখুদ খুরুম্মী। মহাক চওদনা ফুগ্রী থুংবগী হাক্কৎচবত্থুবু লাইননি হায়দনা চবান্দা পওথাদা থাই। শেল তিংই মতম মাঙই। বাবা দাক্তরখোয়গী হিদাক অমনা ফগদৌবা পোৎনি। তুশিন্দুনা কোক্তা খরা শোকপনি বাবাগী। অরৈবা হিদাক-লাংথক হাপ খোত্তনা তৌগেদি হায়দ্রগা পাঞ্জিদা চেনখি। লাংফমনি প্রতি-কারনি হায়দনা খের কৎলি ; লৈন্নুংগী পোং অত্থুক লৈথক্কী মহৈ অত্থুক হায়দনা চেন্দুনা লৈ। লোক থুংবগী মশা থীদোকপত্থুবু গ্রহদা তাইনৈ। খোঙফম অমা চাদদনা তাজরকপা চুম অত্থুগীদ মক্তা ইমুঙ হুপ্পা ঈরুজহল্লি য়াদ্রগনা অঙাং মীওস্বীনি হায়দনা ঙাংই।

— খঙঙে ; মত্থুনা অমম্বদা থাজবা - অন্ধবিশ্বাস- হায়বত্থুগীনি। অতৈদি ? অতৈ হীরমদা করি হায়গদবা লৈরি ?

— অদগী অমনা 'লাইবক' হায়বসিমা ইমাগীদি খো-খোপ্পনি। হোং-নদবগী ফেল ওইবা পাজরুবগী মকোক ওইরকপা, চিথেকখেলা ফাওদবা মক্কপ ওৎনবীদা অহানবদা মরক্তা অরোইবদা ফাওবা, মীগী নোংজু পাম্বাগী মুংশা ঙাইহাক থোকপদা ক্ষি ময়াম সুরুবদা মরক্তা নোং তারকপস্নু 'লাইবক্তনি' হায়রি ; কম্না থাজরি। থাজদমবগী ময়ম হায়রুবদা শংগৎলকই ; লাউরকই ; লাউরক্লগস্নু ইমা লৌদে, মথা অত্থুম চত্থত্থনা লৈ।

— অতৈদি ? লাইপকা ঈশ্বরদকাদি থাজত্রা ? থাজম্বিদি ?

— থাজবাইবু বাবা দাক্তর পূমথানি থাজরিবসি। লাইদা কংনবা লাক্করিঙৈদা থবক অমত্তা নংনদে, অহাওবা তগং-তগং তেকপা মনা মশীং অমত্তা চাবা ফংহৌদে। অহুদগী লাংথিবা অয়েকপা লাইসিনা তরামুক্তি, তোঙান তোঙানবা।

— অহুদগী মূর্ত্তি ওইনা লৈতবা সনামহি, পাম্থোইবী, ইমোইন্ম — খরস্মু নীংলমথিনি মতাং মতাংগী ওইনা। মসি লৈবাক অসিগী চৎনবীনি, থাজনবীনি। অহুদি ঙাইখো মানা-নমানা খ্বায়দগী থাজজবা মুংশিজবা লাইদি করিনো লৈব্রা? করি মাল্লি?

— মানা রারী তৌবদগী অদগী মওংদগী খঙবসি, লুনা তৌজবনা কৃষ্ণ মাল্লি অদগী য়াম্না কিজজবনা রাংব্রেন মাল্লি।

— নঙ নশাগীদি করম্বনো লৈব্রা — মুংশিজবা, কিজবা, থাজজবা?

— বাবা দাক্তর, ঐদি অঙাং ওইরিঙৈদগী অসিগুম্বা থাজরক্কে। কিস্মু কিরক্কে। লাইবক, লাই, স্নুপরস্তিশন ঐদি অমত্তা য়াজনীংদে।

— মহু ঐ খরদি খঙখ্রে। অহুদা ঐনা হায়বদি লৈরিবা, লাৎনরিবাময়াম অসিগী মনুংদা করম্বা পামজৈ, মুংশিজৈ? হু! লাইনি হায়না নত্রবস্মু মী ওইনবু ওইরবস্মু, লাইপোক্কী ভাবতা নঙনা য়াজবা য়াওব্রা? য়াওরমগনি। পামজবা হৈনজবা য়াজনীংবা মী, লাই, লাইপোক, শা-ঙা, জীব অমা নত্রগা খরদি লৈরমগনি। করম্বনো হায়য়ু ঙ্গেংশি।

— অহুগুম্বদা হায়রগা বুদ্ধগা জেসসকা অমনা আইনস্তাইনগা।

— ঐস্মু বুদ্ধদি য়াম্না মুংশিজৈ।

— অহুগা ঐ বুদ্ধিস্ত অমদি নত্তে; জেসসকী নত্রগা আইনস্তাইনগী ভক্ত অমস্মু নত্তে। মুংশিজবা পামজবগী রানি।

মরকসিদা তেলিফোন লাকই। চঙশিন্দুনা পায়রুই। থাশি-থানৌ হৌবা পাখং অমা মাঙখিবহু নোংমাইজিং মখোঙগী লাইশঙ অমদা লৈরম্মে হায়না তাকলকই। স্কুতর মখোল তাহুনা থোঙনাওদগী থোঙালোমদা

য়েংথোকলুই। গদাধরগা বালাগা চংমিন্নখিবা উই। ফোনগী রিসিভর থম্না থম্না ঘড়ীদা য়েংখৎলুই। চঙশিল্লক্নুনা বৃন্দাগী মাঙদা ফম্মগা ত্তপ্না হায়রকই—

— ইবেম্মা বৃন্দারানী, বাবা রা অমা হায়গে। নঙদি লাইরিক য়াম্না হৈ-রবা মীনি; সাইন্সকী লমদা দিগ্রী ফংলবা অরাংবা দিগ্রী অমুক তাল্লিবী লৌশিং চাউরবী মীওইনি। নঙগী ইমাদি পঙহৈ হৈবা নত্তে।

— হৈবনি বাবা, থাইনগী মেট্রিক হায়বতুনি; ফজনা হৈরি।

— অতু ওইরবস্তু নঙগুম্না হৈবদি নত্তেদনা; চাংদম্নবদা ইবা পাবা ফাওবদং হৈগুম জাংনি।

— অতুস্তু বাবা দাক্তর, সাইন্সকী নাক য়েংতা য়োক্লবীনি হায়না লৌবা য়ারবনি। মরম মুন্না খঙবা খঙনবা হোৎনবা হৈরবনি।

— মতুমস্তু বাবা য়ারে; চুম্মবনিনা য়াবা তাবনি। মসিদা রা অমা লৈরি। পামজবা থাজজবা হায়বসিদা মরৈগী মরম খঙবগী শম্না হায়রবদা লৌশিং-জ্ঞানগী রা থোইনা চঙদে; থমোয়গী ওইবা রাফমনি।

— অমম্বদা থাজবদি বাবা, থমোয়গী নত্তে পঙবগী রানি। পঙবা লৌশিং য়াওদবা, য়াওরবস্তু শীজিন্নদ্রবা।

— মতুমক হায়রুবস্তু য়াদ্রি। স্থপরস্তিশন হায়রিবসে চংনবীনি, মতম কুইনদগী চংনতুনা লাক্লবা চংনবী। চংনবী হায়বসি ইচুম্মক চুমদবা অমা মঙানি-তরানিগী মনুংদা কোক শেমজিনখিবা নত্তে। চংনবী শেমতুনা অতুগা চংনহন্দুনা লাকখিবা ঐখোয়গী ইপা-ইপু অতুস্তু উদগী তাবমুক পঙবা, করিস্তু খঙদ্রবা মীৎতাংবা নত্তে। অতুদগী অমুক চংনবী থাজনবী অসিদা য়াওরিবা অচুম্বা অসি লনাই মীওই অমনীদতা চুম্বা চুমখিবা নত্তে, অয়াম্বা মীওইদা, অয়াম্বা মতাংদা চুম্মে হায়দনা থেংনখিবা কয়া অমা য়াওরি। অচুম্বা অসিদা বিজ্ঞানগী ওইবা মরৈস্তু অতুম য়াংগনি। কাইদাবু থাশি-থানৌ হোৌবা হায়বসি।

নওনা খওভিহুনি অসিগুম্বা মীওইশিংগী মাথা-ব্রেন অসি ময়ামগীগা মান্নদবনি—এবনোরমেল। হা?

— ভাব তাজরে; অরাংপা অশোনবা অশোয়বা খরগুম্বা লৈবদগীনি।

— মদো। অহুগুম্বা ব্রেন অসি থাশিগুম্বা থানিলগুম্বা থা, মুমীৎ, পৃথিবী অহুমগী পুন্না নক্ৰগা মায়োক্লনা তোঙান তোঙান চিংশিন্নবদগী— গ্রেভিতেশন; মশক মওং নাইদবা ফল অমা তাই। মসিননি।

— অহুগীবুদি ধুমকেতু-কোমেৎ থোকপা মতাংদা চিংশিন্নবগী মতাংদা অওনবা লাকপদগী পৃথিবীদা লৈরিবা জীবগী মাথাদা ইফেক্ট লাকই হায়বা আর্তিকল খরা পাজখরে। অহুবু বাবা পুকতা কন্না য়েক্লগা লাপ্না আ খোংবান ময়াদা থৌ তৌরুবগী করি কান্নবা লৈ। মসিনি ঐখোয়'মানা তৌরিবসে।

— মদো বৃন্দা, পুম্নলান লানবদি নত্তে। অচুম্বা খরা মওং অমদা নক্ৰগা অমদা লৈবা য়াই। নহাক নোংমা নওগী বাবানা তমলম্নি। মাগী থুকউদা অচীকপা অহৌবা অমা লৈমাল্লে।

— লৈরম্মী। জুন-জুলাইগী স্বায়দা হৌগল্লি। নুমীৎ তরানী-থামথায়মুক্তি হৌগৎতে ফর-ফরা ওন্দুনা লৈবনি।

— মহু হৌজিক হৌখিদবা চহী অহুম-মরীগুম্বা সুরে হায় চুম্বা?

— চুম্মী বাবা।

— মহু ঐঙোন্দা তমলম্বদা, দাক্তরগী হিদাক চাবনা, মেৎ-খোক্তনা মরী সুবনা নত্তে, মখোয়গী দলগী মীওই অমগী ড্রাইভর মুস্লিম অমনা থৌগুম্বা অমা তৌখিবদগী ফখিবনি হায়। হৌজিক্তি সুকহৌ হৌরমাল্লে।

— হৌখিদরে। মহুমদি ওকই; হৌজিকসু ওকচরি।

— অহুনি বৃন্দা, ঐখোয়না লৈরিবা নাক-য়েৎ অসিদা ঐখোয়না খওদবা অওকপা ওইনা লৈরিবা পোৎলম অসি য়ামগ্রবা জাৎনি। মসিনি

নখোয়না মিস্ত্রী হায়না কৌনরিবদো। হৌজিক্কী নঙগী বাবাগী অচীকপা ফরিবসি মিস্ত্রী অমনি। ঐখোয়না খঙভিবা মরম অসি নত্তবা মরম খরা লৈরবা নত্রদো।

— মসি বাবা, দাক্তর বাবানা হেন্না খঙবিরিহ্নি, পুক্নিং-ৱাখলগী ফল— সাইকোলোজিকেল ইফেক্ট ওইবস্তু য়াই।

— য়াই। য়াবা নত্তে ওইবস্তু ওইবিরনি। খরগী মখৈদি ওইরবনি। অহুদা রা অমগা লৈরি। মহুনা ভাব তারবা লৌশিং লৈবা ফরনি থাজজরুবা নঙগী বাবাগী রানি। অহুগুম্বা নত্তবা পোকপা কুইন্দ্রিবা অঙাং অমনা য়াঙ চিংহুনা চিংথেক-চিংথেক্লুনা লৈরিবহু মাইবী অমনা লাপ্না ঙাক্রা থাদোক্লুরগা খূদক্তা ফাখিবগী রা তারি। হা?

— ঐনা থা তরামুক স্যুরকপগী অহুদা ঐঙোন্দমক থোগ্রে হায়না ইনে খোয়না হায়?

— নমাস্তু হায়রিনি?

— ইমাদি হায়বদা নত্তে হৌজিক ফাওবদা নহানরাইগী মাইবী শিগ্রবহুগী সেবক মুপা মাইবী অমা লৈরি মহুনা মাগীদি লায়না পুন্নমক্কী দাক্তর-নি। নহান্দস্তু ঐনা হে তোংঙিবসি করম্বা জোগনীননো হায়দনা শেল হল্লুরবনি। খয়োমগী মপোৎ লাঙবা হৌথ্রবনি। অঙকপা ইমানি।

— অঙকপা ময়াম অমা লৈরি হায়রিবসিনি। ঐখোয়না খঙদবা অহু অঙকপনি হায়না লৌবনি। মরম অমগা মহুগী ফলগা লৈরমগনি; লৈবস্তু তাবনি। থোদোক অমা লৈরবদি মহুগী মরম অহুগা মহুদগী লাকপা ফল লৈকম থোকই। মহু লোইনা ঐখোয়না খঙবা ঙম্বা নত্তে। নঙগী বিজ্ঞানগী নিংথৌতুরেল, কোসার, ব্লেক হোল, লাইত-ইয়ারশিংগী অরাপ্পা করিনোদো! থল্লু, য়ৌনিংবা মফমদা য়ৌনীংবা মতমদা য়ৌবা ঙম্বা, মঙালগী খোঙয়াংদগী করোর কুনমুক হেন্না য়াঙবা পোৎ অমদা তোংলগা অস্তুম চৎখিবদা নঙনা থুংঙ্দৌরিবসি কদায়দনো।

নওনা তারিবা য়ুনিভর্স-ব্রহ্ম হায়রিবসি কমদোনা ওইখিবনো, মসি কদাইদগী হৌরগা কদাই ফাওবা শন্দোক্লা লৈরি ? অহাংবা হায়রিবা -স্পেস-অসিনা করিনো ? মসি কদাইদগী হৌরগা কদাইরাইদা লোই-রি। লোইরিবা অহুগী রাংৎদা করি অমুক লৈখ্রে ? থওবা ওমত্রা খুম্বা তাকপা ওমত্রা য়েংঙু।

— অস ....। মহুদি বাবা ....।

— নওগী ঐগী বিজ্ঞাননা খুম্বা ওমগদবা নত্রেনে ; হা ?

— মহুদি ওস্মরোইদা বাবা দাক্তর। মহুদা খনবদি মাথা রাই চিনবা কোক অসি পোকথায়রকদবা মাল্লি। মহুদি খওনরোইদা।

অস্বায়সি য়োরকপদা দাক্তর মনিতোন হৌগৎলগা তীংলী-য়াওলী-রকই। কোফী অমুক লোলুই। মোমোন মোমোন ভৌহুনা কপ অনী পায়হুনা পুথোরক্লগা মেজ মচা অহুদা থম্মী। বৃন্দায়ানী মুম্না খন্দুনা লৈরম্মী। মনিতোননা হায়রকই —

— খল্লুরিবরো বৃন্দা। খল্লুম্নু নকোক অহু কায়খিনি। পীকপ্রবা কোক অসিদা অহুক চাউবা অচুম্বা অমা থিরুবা য়ারোই। খুম্বা ওস্মরোই-দবা রাহুং পরেংনি। রাহুং পরেং অহুনা অসুম মথং মথং চাউখংনা অসুম-অসুম য়াওখংনা লাক্লবা মতমদা রাহুং পূম্নমক অহুগী পাউখুম অমা লৈ ; ঐওোন্দা লৈ।

— অওইবগী বাবা ?

— খওনীংবরা ?

— হৌজিকমক ; কোফী অসি থকপা লোইদ্রিভৈদা। ঐনা খওগদবা থিওরী ওইরিনিনা বাবা দাক্তর ?

— নওগী ঐগী বিজ্ঞানগী থিওরী অহু নত্তে ; অচুমবা কল অমনি চুম্মলা কনক্লশন, ফল, লমথুং ; মাথাগী লমথুং।

— হৌজকমক খওনীংলে বাবা।

— খঙঙ্, কোফী অহু থকতোকখো। ঐ হায়গে। মসি হায়নন্নবনি ঐনা নঙবু কৌরিবসে। নঙগী বাবানা ঐগী লাক্তা নঙবু পুরক্লম্মিবসে মসিতগীনি। লায়েংবগী নত্তে। নঙ করিস্নু ত্তৌবা নত্তে। মাথা য়াম্না লৈবা, লৈবগী মতিক শীজিন্নবস্নু হৈবা ঙম্বা অশিংবা লৌশিং চাউবা ইমৌ বৃন্দানি হায়বা ঐ খঙলে।

— ইমৌদি কৌবিন্নু। সারদি য়ুম পানবিদবনি 'ইমৌ' করম্না লাক্নি।

— মহুগীস্নু মতাং তাঞ্জা লাকথিবা য়ারি কনানা খঙগনি। মসিদনি, লাইবক্কী রা লাক্লিবসি —।

— মহুমা সার ঐ য়াবা ঙম্মোই। লাইবক হায়বা অমা লৈবা হৌনদে; লৈরবস্নু মহু থুং অসিনা শেমজমনি। শেমদোকপস্নু য়াগনি। লাইবক হায়বা নত্তে। থুং হায়বনি। লান্না কৌনথিবা পোৎলমনি।

— মহুগী পাউথুমস্নু থিরিবনি। রাহুংনা পাউথুমগীস্নু পাউথুম থিবনা ঐগী ঐগম্বশিংগী মথৌ ওইনরিবনি।

— বাবা দাক্তর ঙসি ফাওবদা লাইবক হায়রিবসিগী রাহুংস্নু লৈতে পাউথুমস্নু লৈতে। লৈবস্নু লৈরক্লোই—ঐনা হিংলিবা মখেদদি। মহুগী দমক ঐগী মাথাদা রাখলদা মফম লৈতে। হুয়েংরাই কু য়োরবদি খঙদ্রে। মহুস্নু কুদি ঐনা শেম্বা নত্রে। মী অতৈনা ইচানা ইস্নুনা সাগৈ-নাতৈ বারী সম্বন্ধনা শাবনি। মৈস্নু মখোয়না চুবিগদবনি। ঐগী দাই লৈররোই।

— চুম্মে। লৌশিং চাউবগী পাউথুম ওইবা য়ারবা শোয়দ্রবনি বৃন্দা। মসিগী মনুংদা ঐনা হায়গদবা অমত্তংদবু - মোংফমগী রাংমদা করম্বা পুন্সি অমা লৈরিবগে, অসিনি। থিখিবা তারি।

— অস, মহুদি রাংউরোয়-দার্শনিকশিংগী চোইরোল ওইগনি বাবা।

হায়দোকউরগা বৃন্দা লকক তৌরকই। হেক্তা হায়দোক্লুরবগীদমক মুংঙাইতবা ফোঙদোক্লগা মমায় খজিক হাইগৎলকপগী অহুদা রাখনদা

থৌবা অমদি হায়দোকপা পন্দবগী মওংদা পেল্লুরবা মনিতোননা হায়রকপনি-

— কায়দে বৃন্দা, খল্লবদি হায়দোকপা তাবনি। মতুমস্সু ওইবা য়াবনি।

— সার, ৱারৌবিন্নু ঐদি অনীংবদি ফোঙদোক্কবা ঙমদে।

— 'সার' অতুম হায়রিনে ?

— সোরী ! কাউথোকপনি। পাউখুম লৈ হায়বতু খঙজনীংই।

— হায়গে, মুন্না তাও। ঐখোয়গী লম্বেনদা পুন্সিগী লম্বেনদা লৈরিবা অন্ধবিশ্বাস, চৎনবী, ধর্ম অতুদগী মিস্তরী, অতুদগী ঈশ্বর ফাওবা ; হায়রিবসিগী মায়োক্তা লৈবা, লৈরক্কদবা ৱাহং পুন্নমকী পাউখুমনি — থাজবা। থাজজবা হায়রিবসি ওস্থোক্লা চাউথ্রবা মরূস্সু ওইথ্রবা মচাক অমনি।

— অরানবা থাজবদি বাবা দাক্তর অপঙবা ওইরোইদ্রনে ?

— লাল্লে - চুমদ্রে খল্লবা নত্রগা খঙলবদি থাজরুবা অপুন্বা অপঙবনি। অপঙবা ওইবদ নত্রি পাঙদবস্সু ওইগনি। খন্দ্রিবা খঙদ্রিবা ফাওবদি ওস্থোক্লা কান্নথ্রবা থাদোকপা য়াদ্রবা লীচৎ অমনি। থৌদোনবু ওই-রবস্সু মওং-মতৌদগীবু ওইরবস্সু থাজবা হায়বসিগদি লৈবা তাবনি; থম্বস্সু তাবনি। নঙ নমানা পোকপনি. নঙগী বাবানা অপোকপনি হায়বসি নশানা উহৌবা, খঙহৌবা নত্তে। নঙ য়ারি। থাজবনি। ঐনা পীথকপা কোফী নঙ থক্লি করিস্সু চিংনদনা থক্লি। হু হাপ্লম্বা য়াদ্রো ? শিরোইদ্রো ! নঙগী বাবানা নঙবু ঐঙোন্দা শিন্নরম্মগা চৎখ্রে। নঙ কনাস্সু কনাস্সু নত্তবা হাৎপা-তুপ্পা মাঙহনবা ঙম্মিবা ঐগী কাদা ইচম চম্না করিস্সু নীংঙাইদনা ফম্মি ; থক্লি, চারি, ৱারী তৌরি —।

— মসিদি বাবা মওংননি ফিবম্ননি।

— মওং ফিবম অতুগী মরূদ মরূদা লৈরিবা মরূ লেমফুহ্‌ 'থাজবা' হায়-রিবসিনি বৃন্দা। থাজবা হায়বসিনা ঈংনা তপ্না শান্তি ওইনা চথবা ঙম্ববনি। পোৎলমদা লীচৎতা থাজবা তাবনি। থাজজরিবা মী অতুনা কম্না-চেৎনবু থাজরবদি মী অতৈদদি খঙদে মা মশাদদি চপ চানা

কান্নবনি বৃন্দা। করিস্থু নত্তবা গুলী মচা অমনা চাউরবা রাখলগী লায়না ফহনবা ঙম্মিবনি। ঐনা লায়েংবদা শীজিন্নরিবা লায়েং মখল অমনি।

— অন্ধবিশ্বাসকী থাজবনা করি -- ?

— মতুগীস্থু কান্নবা লৈগনি। ঙাইখো কান্নদে মতু থাজবা মচা-মচানি। মচাতু থমখো খ্বায়দগী চাউবা অমা পায়খিসি - ঈশ্বর।

— লাইগী রাসিদি বাবা দাক্তর — ! লাই অমা লৈবা হৌনদে।

— ঈশ্বর মশাদি লৈগে লৈসন্ন লৈরোই তোকচস্থু; লৈবা লৈত্তবনা মঙোন্দা করিস্থ তোংবা মাঙবা লৈরোই। লৈবা লৈত্তবনা মঙোন্দা ফল করিস্থু লৈরোই। কান্নরিবদি লৈ থাজরিবা লৈহল্লিবা ঐখোয় জীবদনি। ঙমখৈ নাইবা মীওইবা ঐখোয়গী কোক্না লাম্বা ফংঙক্রবা মতাংদা, কোক অসি কায়রক্কদৌরবা মতাংদা ঈশ্বর মঙোন্দা কোক শিন্নথোক্লগদি হৌরিবা মৈতু মূৎলকই; শান্তিদা লৈবা য়ারকই। নঙনা ঙসাই ব্রহ্মানি হায়না থাজখিবা অতু য়ৌরবতদা পল্লেপফম খঙ-দনা চথরিবা রাখলগী লালোং অতু শান্তিদা পোত্থারিবতু কাউরবরো। মতুনি ঈশ্বরগী শক্তমস্থ। লাইনি ঈশ্বরনি হায়না মমিং-মথা পান্দুনা থাজরোই হায়রগস্থ ব্রহ্ম অসিবু শেম্মিবা খ্বায়দগী চাউরবা মঙল—মহা শক্তি অমা লৈ হায়বসিদি নঙস্থু য়াবা তাই সাইন্তিষ্টস্থু য়াই। নঙগী আইনষ্টাইন হায়রিবা মাথা লৈবদা থোপ চাউবদা তোপ্পোপ্পা শীং-থানরিবা মহাক অদো অতুদা খঙনা থোক্তবা, ঙক্না মিষ্টরী ওইনা লৈরিবা হীরম অসি মঙা-তরাদ নত্তে মপৈ-মপৈ লৈখি; হৌজিকস্থু লৈরি। খনবদা ঙম্মক্ত্রবা রাখলনা লাম্বা ফংলক্ত্রবা, পোৎলুম ওইনা পুবা থাংবা ঙম্মক্ত্রবা মতাংদা ঈশ্বর মঙোন্দা মহা-শক্তি অতুদা কোক শীন্নথোক্তুনা থোনগৎথ্রবদি জীব মচা শক্তি মচা ঐখোয়গী কোক মচা অসিদা শান্তি ফংই। অতুননি ঈশ্বর লৈবা ফৈ; লৈত্রবা ফাওবদা লৈহনবা ফৈ হায়রিবসে! হা করি হায়বগে বৃন্দারানী? নঙগী অখঙবা

মরৈ, অথওবা মরম মতুগী ফলনচিংবগী রাখল পরীং অতুনা খক পন্দুনা লেপথ্রবা মতাংদা থবক তৌদোরিবসি থাজবনি, মহা শক্তি অতুনি — ঈশ্বরনি। রাবনা খম থেংলবদা লাইবক্তা শিন্নখোকপনা শাকরকই। লাইবক হায়রিবসিমক ঈশ্বর মাগী শকখণ্ডদবা শক্লাইদবা মাঙজৌনন। খঙনদ্রবা থৌওংনি। খল্লু বৃন্দা খন্থখো থাজজবা হায়বসিমদি লৈবা লৈহনবা তাবনি। মমিং অমা পানবা লাই অমদা থাজরুদ্রবস্থু মহা-শক্তি অতুদদি থাজবা তাবনি।

· থবক্তি ? থৌদাং-কর্ম ?

· কর্ম হায়বরিবসিনা হিংলিবা হকথেংনরিবা পুন্সি অসিমক্নিনে। থাজবা থাজদবগী রাফম নত্রে। হকথেংনরিবা পুন্সি অসিবু থাজদ্রবদি খঙদ্রে। এনা হায়বদিকো বৃন্দা, মীৎনা খোঙনা লাম্মিবা থবক অসিগী রাংমদা নঙ-ঐ-মীওইবনা খঙনবু ওইরবস্থু, খঙদনবু ওইরবস্থু মশানা শীল্লুবা য়াদবা, মশাগী খুত্থমদা থম্মুবা স্থুকঙম ঙমদবা চাউথোইবা মঙল-মহা শক্তি অতুগী থৌদৌ থৌওং লৈরি হায়বনি। মসি নঙগী বিজ্ঞানগী থিওরী মরোল-মরোল অতুগুম্বনি। হৌজিকমক অসিদা অঙকপা ফংনা কন্না য়ুহার হারক্তুনা ঐখোয়গী ইম্ফাল অসি পুম্না ফুমজিনখিবা য়ারি-বনি। ইরান - ইরাকতা মী লাখ চঙনা পুল্লপ ফুমখ্রিবনি। মতুদা মখোয়-ঐখোয় করি তৌবা ঙমহৌখি ? করিস্থু তৌজরুদবা করিস্থু খঙজদবা ইমুংদা শান্নহুনা লৈজবা অঙাং মচা অমা লাপ্না কাপ্লবা অমগী ফৈদোরকপা নোংমৈ মন্ননা পান্দুনা শিখিবগী পাউ নঙ তারিবা নত্রা নহাল্লা করিনো ?

মতু ঐগী লমজীং - লমতাক্লিবা ওজাগী মচনগী মচা ওইরম্মে ; ঙলাং চৎলুই। মমাতু ঙাওতুনা লৈহৌরি। হৌজিক ফাওবদি মচা অতুমক্তনি। অতুনি। মতুবু 'স্থুম থোকউ হায়তুনা তৌরিবনি হায়বা নত্তনা করি শীল্লুবা ঙম্মী ? মুন্না মথং-মথং খল্লু-নৈনরুরগা ফল তাবা ঙম্মক্তুবা চান্নবা মরৈ ফংলক্তুবদা হায়বা তাবনি তম্মকপননি। মসি লাইবক হায়রিসিনি।

— সার-ইহে ! বাবা দাক্তর মসি তাইনফম লৈতবগী তাইনবা হায়বত্থু ওইরোইদ্রনে।

— একজেকলী। মত্থুমক্তি 'স্থম থোকউ' হায়বননি হায়দনা মশক খঙদবা কনাগুম্বা অমদা শিন্নথোকপ্রবদা খঙঙ্দ্রবা ঐখোয়গী রাখলগী পোৎলুম অসি খংয়াং য়াংবনি। কান্নরিবসি ঐখোয় নত্রো ? লাইবক্তু লৈবা ম্বাই লৈতবস্থু য়াই ; ঈশ্বরস্থু অত্থু মঙাই। লৈ হায়দনা থাজরিবা থবক তৌরিবা ঐখোয়দদি ঈংথবগী, পোত্থাবগী, ফাধজবগী খুদোং ফংইদনা।

— মসিগা ইমাগী থৌওং-থৌদোগা কদোমদা মরী লৈনরক্লিবা ?

— থাজজবা হায়বত্থুনি নমাদা লৈরিবসে। মী অমগী থাজজবা অত্থুদি মী অমনা ইকায় খুম্নফম থোকপনি। নঙগী ইমা অহলনি ; নঙদোনা লাইরিক হৈবা নত্তে হৈতবদি নত্তে নঙমক্কী ইহান হানবা ষ্কুলদি ইমানা ওইখিবনি ; নীংশিংঙ্ মঙোন্দগী তমখিবা কয়া ঙসি ফাওবা নঙোন্দা লৈরিবনি। নঙগুম্না মরৈ - মরাং হৈতে হায়বগী রানি। থাজজবা অমগী মায়োক্তা খংহৌ হৌগৎলুবা চুম্মোই। নঙনা মুংশি-জরিবা মহাক অত্থুগী মায়োক্তা ঙাংলকপা পূম্নমক নঙোন্দদি হু ওইদ্রে। ? হা, নঙগীস্থু কনাগুম্বা অমা লৈজরিবা নত্রো — ?

মতাং চারবস্থু ইথা থাজরুদনা খংলাক-খংজিন ওইবা অহল অসিগী তরাই-তরাই হুংলকপা রাহংনা বৃন্দারানীবু শাওবীং-শাওবীং লাউহনখিবা অশেংবনি। নহা মুপীমচাগী ইচঙ থৌরম্বা মীৎলৈ খঙহৌদনা খজিক তূকথখি। মীশক খঙগনবা মনিতোননি, চত্থরম্মিবা রাখল পন্নীংদা লৈশিল্লকই—

— পূম্নমক্কী মথক্তা ইমা হায়বসিদি ইমানি। ইমাদি ইমাগা নত্তনা চাংদম্নবা অতৈ লৈতবনি। ইমা মাগীদমক্তদি মচা ওইবা ঐ-নঙনা ইশাগী ওইজবা, অপাম্বা অনীংবা খরগী মখেদি থাদোকপা তাবনিনে বৃন্দা। ইমা - ইপা ওজা - গুরু ইথকথোংবশিংবুদি ইকায় খুম্নফম থোকপনি।

খরস্তু খাঙবা তাবনি। খাঙবা কনবা হায়রিবসি পাঙদবা নত্তে লাই-পোক-জিনিয়স-ওইবগী লৈচৎ অমনি। ঐ খঙই নঙোন্দা জিনিয়সকী গুণ য়াওরি। মতু অকবা কান্নগদবা মায়কৈদা শীজিন্নবা তমহৌ। ইমা-ইপাদি খরস্তু নীংতমহনবা কান্নগনি। নঙস্তু নোংমদি 'ইমা' ওইরক্কদৌরিবনি। মমা কনানো হায়বসি মাঙজোননা খঙনবা লাক্লবা চুম্মী।

থেঙজিল্লকপগী নম্রবস্তু পোত্থাহনবা ফৈ হায়বগী থাজবদা বৃন্দারানীবু থাদোকলুই। থোঙ্গান ফাওবা থিন্দোকলুই। মপানা লৌবা লাকপা ঙাইরমদরে রিক্সা ফারগা চৎখি। অচুম-অরানগী লাইখাই তাবা-তাদবগী ৱাফম নত্তবদা নুপীমচাসি মশাদা ইয়াং য়াংবগুম্বা অমা ফাওবগুম তৌখি। মমাগী অশোনবা মতৌনি থল্লম্বা মাগা চান্নফাত্তবা লৈচংতা মিনুংশি অমা ফাওরকপগুম তৌখি। মমাবু খংনুং নুংশিরকখি। হান্ননা নুংশিরমদবস্তু নত্তে। নুমীৎ অসিদগী বৃন্দারানী মরক মরক্তা দাক্তর মনি-তোনগী মনাক্তা, অশংবদা, করিগুম্বা মতাংদনা শংহল্লগা লাকপা হৌখিবনি। অনীসি ফনা কুইনা কুইনা ফম্মিন্নহনা অখঙবা খঙদবা হীরম কয়াগী মতাং নৈনখিবা য়াওই। মনিতোননা তাকই হায়বদি খঙহন্দনা ৱাফম কুয়া তা-কখি। বৃন্দানা লৌবস্তু য়াওই ; লৌনীংদবস্তু থেংনৈ। অদুবু নৈনবগী ফম্মিববদি নুংঙাইবা ফাওই।

মঙা-তরানি লৈরগা, নোংমা দাক্তর মনিতোননা মাগী ওফিসতা ফাইল অমা স্থরিঙৈদা তেলিফোন অমা লাকই। মরাকথোক্কী মরাকথোক থোক পায়থৎলুই। ইঙোবীগী ওইরম্মে। হরাওই। নুংশাস্তু থীরপ তৌই। হংলুই—

— কৈনো কৈদৌরে ইঙো ? কদাইদগীনো তৌরকইবসে ?

... পাবুঙ, ঐ কলকত্তা ইয়ারপোর্টতা লৈ নহান লাকপনি ঙরাং প্লেন পাইদ্রে ; ঙসি, হৌজিক লাক্লবা তৌরি। য়ুনদা তেলিফোন তৌবনি লাইন য়াদ্রমাল্লে কনাস্তু পায়রক্রে।

— চুম্নী তেলিফোনদু য়াদবা হাপ্তামুক ফারবনি। করিনো লম্বীদা ঈশিং পাইপ শেন্নগী তৌবদা রায়ার ককখ্রে হায়ব্র কৈনো তৌবনি। ঙসি য়ারনি হায়হৌবনি। করিগীনো নঙনা থোরকইবদি মরক্তা স্তী লৈতে ফংদে হায়বদাইনে।

... ঈরাং অমা থোক্তনা ত্রেনিং সেন্তর অসি মতম খরা থিংজিল্লে। অকক-নবা মতম খঙদবনিনা থোরক্কে তৌবনি। খুদক্তগী থাদোকপা তাদনা নহান ইশা ঙাক্তা চেল্লকপনি। হৌজিক লাকপা য়াই।

— ফরে ফরে নীংথিনা লাকও। নঙগী বাবাখোয়দু খুঙ্গংলোমদা কনাগী-নো শঙ্গাবা অমা লৈ হায়দনা হাইথখি। বালা ঙন্তা হল্লক্লগা য়ুম শঙগনি হায়হৌবনি। লৈরম্বা য়ারে। ঐ পাউ হায়খিগে। ঙক্লম্মুরো বালা থারকসিরো ?

... য়ারে ইমান্নবগী গাড়ীদা য়াপ্তরক্লগে; ইশা ঙাক্তনি লায়রে।

ফোন থম্মুরগা বালাদা অমুক তৌগে পায়খৎপনি। নীশিংলত্তুনা থমজিল্লে। ঘড়ী য়েংলুই। চাকলেন পুংফম (লনচ আরর) স্ন য়োদোরে। মী থাবগী মহুৎতা কোফীস্তু য়ুমদা থকলুরগে হায়দুনা থে'কলকই। লোয়-শঙগী গাড়ীদু মখোল হুংঙাইত্রে য়েংহল্লুগে হায়দনা ড্রাইভরনা পুখিবনি। ঙাইরমদরে থোরক্লগা রিক্সো অমা ফারগা লাক্লে। হাইজিনফম লৈরক মচীনদা তেলিফোন শেমদোক-শেমজিন তৌবা থপ্পা থেংনৈ। হায়রুবনি

-- ঙাইখো থপ্পা, নঙ থেংনবা য়াম্না তান চারে। কৈদৌরে ঐখোয়গী তেলিফোন খরা য়েংবিয়ু হায়রগা —।

— সার য়েংজরবনি মপানগী লাইনদদি করিস্তু অশোয়বা লৈতে। ইমুংগী এক্স্তেনশনগী তারা শন্নফম অত্নুদা য়েংবা তাবনি। ঐ য়ুমদা চঙজ-রুরে। সাবনা ঙসি য়েংলন্নু হয়েং তৌরো হায়রকই।

— ঐনা ?

— নত্তে, য়ুমদা লৈবা সাবনা।

— য়ুমনা লৈবা ...! হৌজিক য়েংলুসি লাকও; চঙমিন্নরসি।

— ঐ হৃয়েং লাক্লগে। য়ুমদা অঙাং মশা ঙমহৌদে। হিদাক লৈরগা পীজরুদবা য়াদে।

— মমানা — ?

— মমাদো ইচানুপীগা মপামদা চৎখি

— ফরে ফরে, হৃয়েংতু খরা ঙন্না লাকউকো। থবক য়াদ্রে।

— ঐ লাকচগে। কুইরোইদা।

থোঙ্গান তন্না লাকপদা 'বালা হল্লকলমদ্রিবনিনা হল্লসিরা' খল্লি। রিক্সাতু থাম্নবসু হায়রুরবনি। অতুমকপু লাক্লবনিনা মাবুসু ঙাইবা ওইনা কোফী মথকল্লুরগে লেপ্পুনা চঙলকই। মখোয়গী ক্লিনিক অতুদা চৎলবসু চৎপা হায়বতুনি চৎখিবদা খন্দুনা থোঙ্গান হাংদোক হাংদোক্লা হাইরপ য়েংলুই। ফমেনলোম থংবগী কাতু থোঙ খজিক হাংবদৌনা তৌই। মরূপ গোবিন্দগী কানি। গোবিন্দ হল্লক্লবা জাৎলা? খল্লুবনি মনিতোননা। অমুক নীংশিলকই- হ, মখোয়না শঙ্গাবা হায়রম্বতুগী নুমীৎতি ঙসি অসিনি। লাকফম থোক্তে। ও, বালানা তহা-তহা হোৎনবতুদা লোনশিনবা কাউ-রম্বা তারে হায়বগী থাজবদা মঙাশনবিরমগে খন্দুনা মদোমদা চঙলকপনি। খজিক্তনি কারম্মবা। মানা উগনবগী উবনি অতৈনদি রাগদবনি। অতুগীসু মথক্তা থোঙজাওতুগী মনাদা হাপ্লিবা শো অতু মানা লৈরক্তুনা পানহন-খিবনি; হৌবদগী বেরা খরা তৌরকপনি। মরূপ গোবিন্দ লৈরবা ফাওবদা মদোমদা ইচঙ চঙনদে। অয়াম্বা মতমদা লোনশিন্দুনতা লৈবনি। তপ্পা তপ নপ্পা ঙাশিল্লগা মাগী থংনবা য়ুমলোমদা ওল্লকপগী অতুদা ইরুজফম কাদা, ঈশিং তারকপগী মখোল তারকই। হৌজিক্তা খংথা থারকপগী মওংনি। মনিতোন 'হাই! মী লৈনা!' খল্লি। মী লৈরবগী মওংনি। মীৎকুপমুক্তং মুন্না খল্লম্মগা থপ্পাগী রাহৈ নীংশিংলুই। থোঙনা তপ্পা হাই-দোক্লগা খোঙউপ লৌথোকলম্মগা মোজাদা খুনীং কাংলপ কাংলপ চঙলকই। কা অনী লাল্লগা ইমূংদা থম্বা অহেনবা ওইনা পানবা ঈরুফম কানি। থংনবা কাতুগী থোঙনা খজিক কাঙলগা পর্দা মরুমদা য়েংখিবদা

ঈরুফম কা অসিদা কনাগুম্বা অমা লৈবা উই। ইমুংদা লৈবা অমগুম খুদৈ মতেক অমা শেংপোই কোয়শিনবোই তৌবা মুপা অমা মখূং-মশা হামত্তুনা লৈবা উবদা মনিতোন চিংনরম্বা পূম্নমক্কী লায়খায় ফংই। শ্বায় লাউই। বালানা ঙৌখিজনা ইনজবা মতেক অত্তুদা মমায় মমীৎ তৈথো-ক্লুনা থোকলকপা মুপাত্তু গদাধরনি। মনিতোন অমুক্কসু খূদক্তা জীং —। সেঙ্ককী ঈশিং অত্তু তপ্পা অত্তুম থাদোক্লুনা থনম্লি। তখায় হাংবা ইঙোবী খোয়গী কা অত্তুদগী বালা অপাবা মঙোন্দা চোন্না থোকপা গাউন অত্তুমা লীৎপোই ইনবোই তৌরদনা থোকলই। লেংথৈনরমদাই মায়োক্লরক-পমক্তদা গদাধরনা ফারগা অমত্তুগী ফাজোইনরিবা মশম অত্তু তপ্পা শেম-জিন্দুনা নাস্থবিরম্মী। বালাত্তু শাউরপ্পা মোমোন তৌরগা ঈরুফম কাদা চঙখি। চেকশিলহৌদবদগী থোঙ অত্তু ঙাশিনবা চাং হেনখিবদগী -- দাং! মনিতোন খংপ্রেক খংখি। মনিতোন তপ্পা থোরক্লগা থোঙশিংগী হান্নগী খূংফম ইকায় কায়হন্দনা থনম্মগা মখোঙনা লোয়শঙ তম্মকই। নোংলৈ-মুংশিংকী রাখল অমদা পুঙমম মম্লবগী মায়থোঙ অমা লোয়নরিবত্তুদি কনাস্থু খঙখিদে। খঙবিনবস্থু লৈতবনি।

মুমীৎ অসিগী মুমিদাংদা দাক্তর মনিতোন থেঙলপ য়ুমদা লাকই। থেঙগে হায়না থেঙবনি। ইঙোবী থুংঙরম্মে। মাগী কাদা ফক অমদা পোত্থাবগী মওংদা লৈরম্মী। ইচোক চোকথনা উই। মনিতোন চঙ-লকপদা ফুক হৌগৎলগা স্তুতকেশ হাংদোক্লুনা ফংব্রা য়েংলকউ হায়না তপখিবা লাইব্রিক অমগা পামজনা তৌবা বুদ্ধগী গিংশেলগী উপুদা হাপ্পা শক্তম মচাত্তুগা পুথোরকই। কাগী পোং ময়ামত্তু ইচায় চাইনা লৈবা উবদা মনিতোন ঙকপা নত্রবস্থু চিংনৈ। কাংথোল অনীফাংবী অত্তু কৈগত্তুনা ফক্লাংলোমদা শেমব্রে - নাপৈ চেপখংনা লৈবা উই। মপা গোবিন্দগী লীচৈ মরূ পিথ্রাই তোপ্পত্তু লময়াইদা তাত্তুনা লৈ। মতোন্দা তোপ্পা পিথ্রাই উতোংত্তু নাম্থোক্লুনা থোঙজিন ময়াদা তাত্তুনা লৈবা উই। মচাদা হংলুবনি --

— করি তৌরে তৌরিসিদি ?

— মতু পানবী শা অহু ফুদেক্লুনা তাম্থোকখ্রে বাবা।

— হু ! অহুদি হৌনরিব্রো !

— ঐদি অনীমক হাংলগে তৌবনি। অমহু চেম্থোকখিবনা হাল্লে। শা অহুবুনা পুল্লগা শাম্থবনি। মথল্লায় লৌগে তৌবনি। মচেও লৈবনা হিংখ্রে।

— অহুদি খরা ওনমনব্রো !

— থেঙমল্লবনি বাবা। পাউ তাবা কুইরে। ঐবু বদনাম তৌবা কুইরে। ঐবু মুপা নত্তে ফৈদা-নপুংশকনি হায়দনা শন্দোকপা কুইরবনি। মানা ক্লিনিকতা উপাই কয়া হিদাক কয়া শীজিন্নহুনা মীয়োম্দনবা তৌ-বগী খুদম লৈরে ; সাখী লৈরে।

মুমীৎ অসিদসু চুম্না চংখিবা নত্তে লৈকাই মমাঙদা লাউ লাউহুনা শেংলিবা মফি-মরোল শেগায়জহুনা লমজাওদা চেম্থোকখি হায়না তম্মী। ইঙোবীনা মাগী পিস্তোল অহু মরু হাল্লিজৈদা স্কুতর অমদা ফন চোংখৎতুনা নাম্থোকখি হায়। উহৌবা মীহুনা হায়বদা গাড়ী থৌরিবহু গদাধরনি হায়না তম্মী।

থৌদোক মতা অসিগী পাউ তাবদা গোবিন্দ থোঙ্গানদা থাম্থহুনা লেকথরকখি। অওথা অয়াবা মওংদা লায়কয়বদগী হুম্লিস্নুবা মুমীত্তা লৌশিং তারকখি। খুদক্তা ইকাই মুংশি য়াম্লবদগী মমৌ অমা পাম্বগী থা পল্লকই। পনবতা নত্তনা হুম্না হন্না তকশিল্লকই। মঙানি লৈরগা অমুক লৌশিং মাঙহুনা য়ামফক তাহুনা লৈখিবনি। মনিত্তোনদি চান্নমা মুংশা খীক্লরবনি। অমুক হন্দোরকখি।

মরক অসিদা বৃন্দারানীগী মমাহু থারী তৌবা ইরা থাত্রে মুংমুক মুংজানদা লৈবা কুইরে অমুক্তা য়েংবিয়ু হায়না কমলজীৎনা হায়রবদগী য়েংবা চংলুই। হংবদা কমলজীৎনা মচানুপী বৃন্দারানীগা থারোইপোৎ পুনরবা এমঃ সিঃ এস ওফিসার অহু চীংলোমদা চীং নিঙোল ওফিসার

অমা পুশিল্লক্লে হায়বা খঙবদগী মমা অসি মথরায় শোকখিবনি হায়বা খঙলে। নীনি চঙনা মমা অহুগী লাইওং খঙনবা লাক্লবা মতুংদা রাথল অমা খংলাক লাকপদগী মন্নপ কমলজীৎতা য়াম্না চৌক্না বৃন্দারানীগা ইঙোবীগা লুহোঙলসি হায়না লৌথুপ লৌকোই থমদনা হৌদোক্লুরে। মপা মমাদি য়ারে। মচাসুপীনবু য়ানীংলবদি মুমীৎ ফাওবা লেপ্পবা য়ারে হায়রে। মনিতোননা বৃন্দারানীবু মরম অমগী লোয়শঙদা কৌরগা রাকম অসি চন্না অমদি শেংনা হায়রে। বৃন্দারানী মথমোয় শোকপা ফিভমদসু লৈরমদে অনৌবা রাফমদা কা হেন্না পূক্নিং চঙনা খস্থবসু তৌদে ; ইম্নাং য়াংনা করিস্সু থোকখিদবা অমুকসু করিস্সু থোইদোকপা থৌদোক থোক্লোই-দবগী মওংদা অহুম লৈবা উই। মনিতোননা অকোয়বগী ওইরিবা অমদি ওইবা য়াবা মরম কয়ামুক মথং-মথং পীতুনা বৃন্দাবু থেস্মী। য়ামদ্রবদা থমোয় শোক্লবা, মতম অমদা হেক্তা নুংঙাইতবা থৌদোক থোকপা য়াবা থরায় অনীগী অমদি মালেমগী মুপী পুন্নমকসি লৌচৎ চুমদবী মাঙ - তাক্লবগী মশক ওইবী ওইনা উবা হৌরক্লবা মুপা - থমোয় অমবু কনবদা অথন্নবা থৌদাং লৌনবা হায়রকপদা বৃন্দারানী য়ারকখি। হেক য়ারকপদা পুন্নমক কাউথোকপ্রবা মনিতোননা ফুক হৌগৎলগা হোংচিন্দুনা থুৎ শোক্লসি হায়না তিংথোকলুবনি। বৃন্দারানী ঙক্লম্বদগী তিংথোরকপা মাগী ওজাগী খুৎ য়েৎ অহু তপ্না মকোক্তা থমজরগা মপি ঈরা চেল্লগা হায়রুই —

— হৌনদে বাবা। নচাদদি মঙ্গল পীবিগদবনি। পাঙ্গল-থৌনা পীবিয়ু।

— ইবেম্মা বৃন্দা। ইপা পেল্লে। নঙ অসি ইমৌ নত্তে অমত্তা পোকচবী ইচা ওইনা লৌরবনি।

— হায়দি ওইদবা ?

— হায়গীনা ইচাশিং, ঙসিদগীনা অপোকপা ইচা। অহুগা য়েংঙোই, নঙগী বাবাদগী ঐনা হুপ্লি, মঙোন্দা বাবা অহুম কৌবা ভাবনি ঐঙোন্দান 'বাবাচৌ'। ঙসিদগী। য়ারবা ?

— উম।

— মুংঙাইরে। পেনবা হায়বত্থ অসিনি খল্লে বৃন্দা।
— অতুগনে বাবাচৌ, —।
— হায়য়ু বৃন্দা হায়য়ু। নঙনা হায়রবমথৈ ইপা য়ারগে লেপ্লে। চিংনমু হায়য়ু। করি পাম্মী হায়য়ু।
— পাম্বগী রা নত্তে বাবাচৌ, বাবাচৌনা হায়বা য়ারিবসে ঐগী থরায় শোরুদনা তাইনফম ফাধবম অমা থিবগী নত্তে; লাইবক্কা তমপ্রবননি হায়না চপ য়ুংনা থাজজবদগীসু নত্তে —।
— থাদি খরা খরা থাজরক্লবরা?
— লাইবক্কবো? লাইবক লৈ হায়বা থাজবা ঙমদ্রি। লৈরম্বা তাম্ববসু ঐ শীংনগে খল্লি।
— য়ে'সি; মহুনা কোম্নগী রা ওইবা য়াই। হৌজিকী ওইনদি হোঙলসি; চাউনা হোঙসি।

তশেংনমক চাউনা হোঙখি। মতিক লৈবা মায়কৈ অনীনা খুৎচাঙ থাখিবগী মওংনি। মনিতোনদি মচা অনী হোঙবগা চপ মান্নবা লাঙবা মাল্লি। মচাগা মীচাগগী খেন্নবা থমখিদ্রবগুম তৌখিবনি। লুহোঙবা থিল্লকপদা মমৌগী নীংথিবা শকফম উবদা হরাউজমনখিবনা গোবিন্দ মাগী কাদা লেকথখিবনি। খুদক্কা মকাদি ইফোং ফোংনদনা লায়েংশঙদা পুখৎখি। হুমাৎ অতুগী অহাং নোংঙাল্লমদাইদা করিসু করিসু হায়রমদনা লৈখিদরে। মঙানা চাককৌবা য়েথোকখি। লুহোঙবগী অহানবা অহীং মমৈদা মকুবোক্কী মঙ্গারকপা মতাংদা তুং ইথং থংনা চৎলিবী বৃন্দারানী তারকপা মশম অতু লাইবক্লোমদা তক্কুনা হাইগৎলগা মঙক থজিক নোমখি। মম্বনা কনাসু উহৌদবগী মথক্কা মা মশামকসু খঙজখিদে। গুলাপ কা তিংখংগা পুন্না কোল্লিবগুম ফম্নি মাগী কাদা ইঙোবী। বৃন্দারানীনা তপ্পা চঙশিল্লক্লগা মঙোন্দা লৈ হুকখিবা অতুগা মপাগী চিতাদা মৈ চুখিবা ইঙোবীগী মখুৎ অনীতু তপ্পা পায়রগা পিরাংনা থুমহুৎলবা মোমোন অমগী খোঞ্জেল্লা হায়রুবনি —
— লম্বেল খুদিংমক্কা চৎমিন্নসি লাক্লবীনি। ঐ লাক্লে বাবাচা লৈরি করি রাংকনি। পোথাবিরো।

# অনীশুবা

ওল্লকপা চহীদা মালেমগুম্বা - বিশ্বজীৎ পোকপনি। মমৌনা মীয়োন-খিবদগী হৌনা কল্লক পেনবা, হরাওবা চাউথোকপা লোয়নবদা, মায় পাকপগী থোম্নবা হৌখ্রবনি। শীংনবা অমস্তু ফুক্কংলকখিবনি। মীয়োল্লে হায়বা খণ্ডবা মুমীৎতগী নর্স মীয়াই অমা নেত্রুনা চাউশেন অত্তুম শেংহন-খ্রবনি। খরা হেন্না মশা লুম্মকপগী অত্তুদা অফবা লাইরিক, মুংঙাইবা রারী, মতীং লৈবা লীলা, লৌশিংগী ওইবা হীরমগী ভিঃ ভিঃ সেরিয়েল চাং নাইনা য়েংহন্নবা হায়তুনা থম্মবনি। অথণ্ডবা অমদি অখনবা হীরমদা শেম শাবা কেসেত কয়া লৈত্তুনা অমদি চেন্দুনা ভিঃ সিঃ আরঃ দা কাপতুনা য়েংনবা অমদি ইঙোবীগা য়েংমিন্নবা হন্না হন্না নিয়ম অমা ওইনা শীনবনি। মচান্নুপা ইঙোবীনা চত্তবা য়াদত্তুনা মত্তম খরা, মুমীৎ খরনি চথোকখিবা মতাংদা দাক্তর মনিতোননা মচা বৃন্দাবু কৌশিন্দুনা মশাদি খণ্ডহন্দনা মখল মখলগী পাউত্তাক য়াওবা রাফম কয়া খণ্ডহনবনি। দাক্তর অমগী ওইবা রাঙাংনা মুপীমচাবু ইকায়হন্দনবা হোৎনবনি। বৃন্দারানীস্তু খণ্ডদবা নত্তে; ইকাইদবস্তু নত্তে অত্তুগা য়াম্না হেন্না হঙ্গোইজরুবস্তু নত্তে। ইয়ান য়ান্নবা মহাও অমা ইঙোবীদস্তু বৃন্দারানীদস্তু ফাওই হায়বস্তু মনিতোন খণ্ডই। মেদিকেল সাইন্সগী য়ানরবা অচুম্বা তাকপগা লোয়ননা খণ্ডহনবদা মনিতোনগুম্বা অহল অমদদি নীংথিবা অচুম্বনি। নোংমা অয়ুক অমা চরা রানমিন্নবদা থিংঙাও-লাইঙাও ওইনা, খর-খরদি হঙ্গোইজনা বৃন্দারানীনা মনিতোনদা ওনশিল্লগা হায়রকখিবনি --

— বাবাচৌ, বাবাচৌদি য়ুম পানবস্তু নত্তে য়ুম্বাল্লোন্দি য়াম্না হেন্না মুন্না খণ্ডই। কমদৌননো?

কম্মিন্নরিবা ইঙোবী, নর্স, ইঙোবীগী মনে সখী লোয়ননা ইঙোবীগী মুবক ইংখাংগী লৈবা কনস্তেবল অমু পুন্নমক অসি ভকচানবনি। ইঙোবীগী

মঙোন্দা খজিক য়েংলুবা মীৎয়েংদদি রাহং অমগা 'হেরা ওম্বোকপনিদকো।' হায়রবা অমগা য়াওই। মনিতোনস্তু খঙই। কোফী অমুক্তং চিংলগা খজিক নোকই। তপ্পা হায়রকই—

— য়ুম্বাল্লোন অসে য়ুম্বাল্লবশিংগী নত্তে খঙনীংবশিংগীনি। খঙবু খঙগে হায়রবদি হৌখিবা মপোক্কী রা খঙনরি।

বৃন্দারানী য়ানীংদে। মপোকশিংগী রাফম মাদি থাজদে। মানা হৌবা হলুরা অদু পীজনীংনা অমুকস্তু হাপ্প হাপ্পা চয়া খুম্মকই—

— মপোক লৈ হায়না থাজবসিস্তু বাবাচৌ

— চুমদবা থাজবনি অন্ধবিশ্বাসনি— হা৷ ঐনা হায়খিবদুনি অন্ধবিশ্বাস খুদিংমক অন্ধবিশ্বাস নত্তে মরমগা ফলগা খঙলক্রবা মতাংদদি অচুমবনি খঙলকদবনি। অদুগীস্তু মথক্তা অশেংবগীদি লৈগে লৈসস্তু লৈরোই হায়রস্তু তোকসস্তু—

— তাইবঙ মী ওইরিবা ঐখোয়গীদি লৈহনবা ফৈ - অসিনি বাবাচৌগী থাজবগী য়ুম্ফম।

— ঐগী নত্তে। ঐগী লনাইগী ওইনদি লৈবগা লৈতবগা চপ মান্নে; থাজবা থাজদবা লৈতে। থাজনীংবা মতমদা থাজবস্তু ঙম্মী; কান্নদে খল্লগা থাজদবস্তু ঙম্মী। পূম্নমক ঐনা হায়খিবা "চাউথোইবা মঙল" মহা-শক্তি অদুদা লোইনমক শিন্নথোকপস্তু ঙমগনি। হোৎনরি।

— মদুদা হৌজিক ফাওবদি বাবাচৌগী তুং ইনবদি ঙমদে।

— ইন্দুবস্তু ফৈ।

চারিবা অতৈদু হৌগৎ হৌগৎতুনা চৎখরে। চৎখিগে তৌবা নর্স অদু খাম্মগা মনিতোননা হায়রুই—

— ভাইখো ইবেম্মা ইবুঙ রা'মা হংখিগে খঙঙগা হায়বা ঙমরা য়েংঙু।

— তাকপিয়ু।

— হন্দক্কী ঐগী ইম্নসে মুপা ওইগদ্রা মুপী ওইগদ্রা ?

— অস অদুদি সার থঙঙোইবো।

— মমা শাবী নঙদি ইবেম্মা ?

হান্নদগী খজিক ইকাইবা হৌরবনি। মঙোন্দা অপাননা ওনশিল্লক্লবা অহুদা হেন্না হঙ্গোইজরকই। মোমোন্দমক তৌই। চাবগী কপ - প্লেত লোইশিন্দুনা লৈ। খুম্মোইদৌগী তৌই। মরূপকা য়েক্লবগা মান্ননা লৌবা ভম্বিবা মনিতোননা বৃন্দাদা নমহং - নমহং হংলুই। ঙাইহাক তারম্মগা 'খঙদেদা' হায়না শোনগুম হায়গুম তৌরম্মগা চাথুম কারোমদা চঙখি। নর্সভা মনিতোননা হায়রুই — 'নশা-নশাদা য়াওরিবা অহু ফাওবদা খঙবা ঙমদে ; পুংমম মম্বা অহাংবদা লৈগ্রবা মঙল অহুবুদি কনানা খঙঙ্রনি। নর্স অহুদি য়ারি। বৃন্দাস্থু চঙনা চঙনা তাখি। নর্সতা হায়রুই—

-- ইবেম্মা ঐদিনে অহানবদা ইস্থ মুপা অমা পাম্মীকো। মুপা পুথোরক্লবা নফম লৌথোক্লে।

হায়গুম্মদনা মুপা ওইনা থোকলকখি। পুনিমাগী অহীংদা পোকপনি। মুমীৎতু থাগী গ্রহন লৈ। অঙাং অসি পোকলকপগী মতাং অহুমক্তদা ঙসাই মুংথিল মুমিদাংরাইদগী চেক-মোক লাউরক্লবা লাইশঙশিংদগী শেংলবা পুংফম তারক্লদনা আর্তী কৎনবগী অপূনবা খোঞ্জেল তারকখিবনি। মাগী কাদা কাতু কারন চৎতুনা ঙাইরিবা মনিতোননা অঙাং মচা কপ্পগী মখোল তারকপা, লোয়ননা ঙাইহাক্কী মমুংদা ইঙোবীনা 'বাবা মুপানি' হায়ররবা অহুদা মনিতোন নোংদোন মখুৎনা লাম্মগা পুথরুবা ঙম্মুক মুংঙাই। কা অহুদা লৈমিন্নরিবা বৃন্দাগী পাবুঙ কমলজীৎপু কাউথোকখিহুনা ময়ুমদা তেলিফোন তৌরুই। কমলজীৎনা 'করিনোনে 'য়াম্বনা তৌবিরিহুবো !' হায়ররকপদগী ভাব তারকই। হায়রুই—

— ইনাউবুংঙো কমল, ঙসি 'য়াম্বা খরা মুংঙাই।

— খরদমক ?

— ইয়াম্বগী খরা অসি ওখাক্লবনি। ইনাউনা মুঙাইরিবহুগী শরূক লীশীং কুম্নীপানদগী খরা কল্লপ লৈবা জাৎনি।

— অস্, য়াম্মেনে।

— অঁ, খন্না য়াম্মে ( অনী পুন্না নোকমিন্নখি )

দাক্তর মনিতোন তশেংনা মুংঙাইজখি। ইঙোবীদগী তাদনা হন্নাও-জখি। মশু অমা ফংবগী হন্নাওবা মুংঙাইবসিদি মাগীনা হেল্লি। ইঙোবীগা মকুবোক কমলক্ষীৎকনদি সোস্তি অসি হেক্তা হৈথমখৈ চাউনা শোনগনি লেপ্পে। মনিতোনদি য়ানীংদে। য়াম্না লাওবা অরং-অরাক্কী মওং মাদি হৈনদে হায়। মানা য়াদবা য়ানীংদবা থবক ইমুং অসিদা তৌবা লুই; তৌদে নত্রগা তৌনদে। শাউবস্থু শাউনদে। লাঙবা পামজবা মন্নাম তিনবা হৈনজবা ইঙোবীনা বৃন্দাদা ঙাংনরুচো হায়দনা ঈনশিনবদগী নাউনৌবগী নীনী চনবা মুনীত্তা অঙাংগী কুথী ফজনা শেংনা ইবিনবা লৈবাক-সিগী মমিং চৎলবা পাঞ্জি মায়চৌ চক্রপানীদা তেলিফোন কন্না তৌরিবা মনিতোনগী মনাক্তা লাকই। শোৎ-শোৎ লাউখি কনানো য়েংথোরক-পদা বৃন্দা লৈরম্মী মুংশা খীরপ হায়রুই—

— হাই কৈনো? করিদৌনা হৌগৎলকই! ননে নর্স অহু লৈত্রো?

— লৈ। ঐ কৈস্থু তৌদে বাবাচৌদা য়া অমা হায়গে লাকপনি।

— অহু ঐনা ননাক্তা লাক্লগা লোইরেদনা। করিনো অথুবা করি লৈবা?

— য়াম্না থুবদি নত্তে।

— ঐ লাক্কে চো, হিপপুচো।

— য়ানি ঐ করিস্থু তৌদে —।

— হোয়নে করিনো হায়রোনে।

— নচামুপাগা ঐখোয়' বাবাগনদি চাক-মুংগা তৌদনা ঈশৈ নোংমাইকাস্থু য়াওনা শোননীংবগী —।

— খঙঙে। নঙনবু করি পাম্বগে?

— নচামুপানদি কন্না হায়বত্বদা —; কল্লক পেম্না শোম্নীংবগী য়া অমম্থু-।

— য়াইনে। কুইনা লাঙবদি লৈকাইসি পরীক্ষা থাগদবা মহৈরোয় খন্না -।

— অহুগীদি ওল্লিভৈদগী থোইনা পানবা পোৎ নত্তেদা।

— য়ারেম্নে - য়ারেনে।

ইয়া য়ানীংলমদবা মনিতোননহুম হেন্না লাওজখি। মরী ইরৈ লৈন-দবদা মমান্নবা অচৌ-অশাং খরস্থ বার্তোন তৌহুনা য়াওহনখি। মচা তোলোপ মচানি মমৌনা চাদে হায়হুনা খরচ পুন্নমক মানা পুবনি বেঙ্কতা লৈবা শেনফম মফম অমা খওনা ময়েং তাবনি। মচা তরক সুদোকখিবা হঙ্গোইনদবা দাক্তর অমনা হায়খিবনি —

— করিনো মনি নওনা তৌরিসিবো! অপোকপস্থ নত্তে য়োক্লবস্থ নত্রি। দাউনপ্তা নওনা পওচোংদা চোংলিসিবু ···।

— 'সিনিনে মাই দিয়ার, পুন্সি হায়রিবসে। হিংববু হৈরবদি পুন্সিগী পুন্সি ঙাক্কনি পুন্সিসে।

··· নওগীহু ফদি ফজে হায়ববু ভাব তাদে।

মনিতোনস্থ ভাব মুন্না তাবা নত্তে। য়াংখ্রবা লধেল অমদা য়ানীংনা চৎলিবগী থুংঙাইবা অনদি ফংলি। করিগীনো? মসোমদা খল্লুদরি। খনগেস্থ খন্দ্রি। করেম্নবদি নত্তে। মসিমদি মাস্থ খঙই।

য়ুমশেংবা থুমীৎতগী অঙাং অসি নর্সকা পুহল্লক্লগা পম্বা লৌবা হৌই। য়াম্না লুনা চান্না তৌই। লোয়শঙ চৎলমদাইদা নোংমগী ঙাইহাক্তা ওই-রবস্থ পমলম্মী। কুম্মকপদা মফি হোংদ্রিঙৈদা 'হাই অঙাং তুম্মিবরা।' হায়দনা য়েংলৈ। তুমলম্মগা তুমলম্মে তুমদ্রগনা লৌথৎতুনা চোংলম্মী। থা মরীগুম্বা সুরকপগী অতুরাইদগীদি মাদনা চেনখিবা ওইনা তৌরে। ছুটিগুম্বা থুমীংতদি মাগা অতুম লৈরে। মানা ফম্মিবা মেজ-চৌকী মনাক্তা অচৌবা ফাল অমা চল্লগা ফিনা ইকোয় কোয়না থাজিনবিরগা শান্নহল্লি; ফমহল্লি, তুমহল্লি। মাগী ফমুঙদা সুমহুনস্থ তুমহল্লি। মবুক লাম্মকপা মতাংদা খোম্ন পীথকপগী নত্তনা মমা শাবী অতুঙি ইরোয় লোয়নদরে। মচা চেল্লি হায়বা য়ৌনা কাউশিল্লকপগী মতাংদা লৈরে। অঙাং অহুনা তৌহিক্লিবস্থ মমানা পমহুনা খোম্লাং পীথক্লিঙৈদা কাওবা নক্লপ্পদগী পুপু মনিতোননা কৌরকপা মখোল তাবদা মমাদগী চোংশিল্লক্কে তৌই। মমা

ফাওবা ঙকপনি মন্নিতোনদি থোইনা হেন্না ঙক্কে। অঙাংবু মশক খঙবা খঙনবা তম্মকপা অদুগা হৌজিক ফাওবা তম্মিবা মীওইনি।

নোংমা অয়ুক অমা ইঙোবীনা মাগী থবক মফম খুদং অমদগী হাই-গংলক্লগা মমাম্নবা অমগী দা চাক চান্নবা অমা বুন্দাগা চংমিন্নদবা য়াদ্রে থরম্সু থেঙদোকখরে বাবাগী গাড়ীদু অমুক্তা লোগে হায়গে হায়দুনা মফি মরোল হোংদোকলমদনা মনিতোনগী কাদা চঙলকই। মনিতোননা মাগী ফমুংদা ফমদুনা শান্নরিবা অঙাং অদুগী মখাংদা অদুগা মপাম্মোম অনীদা মাগী ফৈজোম অহনবা অসুবা অনীনা পুল্লগা কাংখন চৈখোক মরীদা পুনবদোনা পুনবা কম্না লাক্লরম্মী। উবদা ইঙোবীদি পুমঙক ঙক্ল্রে। হংলুই বাবাদা—

— করি তৌরে বাবা ?

— নচা অসি মখোঙ-মখুৎ য়াওই কাম্থোন্দগী তাগে তৌই।

— অদু থৌরীনা খুদৈনা পুন্নিদনা ফৈজোমদুদি পাম্মুইদনা পুনসি ফাসি হায়রগদি ঐ তৌগে ঐনা হৈনগনি।

— ফৈজোম অসি ফাওবা ইস্বুগী মশাদা তকফাংকত্রা হায়দনা খল্লি' কানসিদা থৌরী কাইনা! নফমদুম তৎকনি। কৈনো নঙবু হৌজিক হাইগংলকইরো ?

— হৌজিক্তা য়ৌরক্লি। ঐগী মরূপ কেপ্তেন শামুদো, মাগীদা পার্তি অমা চৎতবা য়াদ্রে গাড়ী অচৌবদু অমুক্তা পুরুগে হায়গে চঙলকপনি।

— নঙগী নচাদু য়াদ্রবো ?

— য়াই। মমাদি তোংনীদে হায়রিবা। অথাপ্পা লমশাংস্থ ওইবা—

— মমাস্থ য়াওদোরিব্রো ?

— য়াওহল্লক্ত্তবা য়াদ্রে হায়রিবা।

— অঙাংদিনা ?

— অঙাংদি ঐগী ইচা নত্ত্রেনা করিনো ? মীনা বাবাগী মচানি হায়নরবো!

এ! মনিতোন খঙহৌদনা খায় লাউখি। ইঙোবীগী চন্নিবা মায়থোঙ

অমদি মশাগী লৌশিংগী ওইবা মরৈনা লৈতেম অমদা তেনখিবনা মথা তারক্কে। হায়রকই--

— অতৈ-অতৈ চৎলকনু।

— ঙাইহাক য়াওরম্মগা লাকনি। অরুবা কেশ থরা লৈহৌরি স্তেশন কুইনা থাদোকপা য়ারোই ঐসু। ৰাবানা হোস্পিতাল চৎকে হায়রবস্মু ঐগী গাড়ী মচাসিদা য়ানি। শেম্মুদনা য়াম' মুংঙাইরবনি।

— ঐদি মচা লৌহৌদৌরিসিদি কদায়' চৎলনি।

তাবমক্তা ইঙোবী খজিক হঙ্গোইগুম তৌই। মম্মু-মপুগী মৎং অদু য়েংলগা চিংনবদি পোক্কে। মনিতোন লোয়শঙ অতুম কাদ্রে। হৌখিবদা ছুটি লৌদবদা লোয়শঙ চাং নাইবদা হায়নরম্মীবা দাক্তর মনিতোন মম্মু অসি থোরকপদগী ফনা তোয়না লৌরে। ময়াম্না খেন্নবা অমা উবনি। মথক্কী মমান্নবা অমনা হংবদা মানা খুমখিবনি—"ইচাগা ইম্মুগা পুনবা জীব অমা থোকলকপদগী ওস্তোক ওস্তোকপা তৌরপোৎনিদা সার।"

মতমগী খোঙচৎ খঙহৌবা নত্তে। খোঙয়াংদা করিম্মু অওনবা লৈবা নত্তে। তপ্পদি চৎলি; খঙবগুন খঙদবগুম লেঙবনি। হকথেঙনরিবা পীক্রবা মীংকুপ মীৎকুপ্পা করি ওইহল্লিবা ওলহল্লিবা কনাস্মু খঙনদবগুম তৌই খঙলবস্মু নাচুংনদে। তার-তারগা থোক্লিবা, থোক্ল-থোক্লগা হেক হেক তারিবা মুনীং অসিগী ইমুং মমুংগী মতমগা মঙাল-চহী করোর বুন্দ কয়া লাপ্পা লৈগ্রবা লৈরম্বা য়াবা চাউথ্রবা মুনীং অমগী অকোয়বদা লৈবা ইমুং মনুং অমগী মতমগা করি খেন্নরমগবা। অহাংবা মপূম অসিগী মতম হায়বসিমদি অ৭ত্তা ওইবনি; পাবগী অমদি ওন্নবা লমজৈগী মশক খেন্নবতনি। লুরিবনা মপূমগী ওইবা 'মতম' অসিবু করিনো? রাফম অসি মনিতোননা হেক হেক থনবনি। হৌজিক্তি খল্লুবা শংখিদ্রে। মীৎনা উবা মতম অমা বিশ্বজীৎ--মালেমওম্বা ওইনা লৈররে। চউম্বা মুমীৎতা মনিতোনদা তাম্নরম্মগা মমানা থোনজবা মিংনি।

চউম্মে। উসোব চাউনা তৌই. মপোবথা য়োরে 'বার্থদে' পাঙথোক্লে।

অঙাং ময়াম মমা-মপাগা লোয়ননা পীজ-পীথক তৌই ; খোৌরম পরেং-পরেং পাঙথোকই। মনিতোন ইয়া য়ানাংলমদবনি। ওখাক্লা য়ারে।

মপোকথা অহুম খরা হেল্লকপগী অতুদা নোংমা মনিতোননা ফুমিদাং-বাই লোয়শঙ কুম্মকপদা বিশ্বজীৎ থোঙ্গানদা পেহৌ-পেহৌ তৌতুনা ফমতুনা লৈরম্মী। পুপুগী গাড়ী উবদা হোৎচিল্লকই। ব্রেক খংফা ফাতুনা লাপ্লপ থমম্মগা চেনশিল্লক্তুনা পমথৎলুই। পেরম্বগী মরম হংলুই। মমানা ফুবগী ওইরম্মী। ফুবগী মরম হংলুই। মস্না কন্না তম্মী। মপুনা তাব-মথৈ তারগা করিস্ু খঙবা ঙমদ্রবদা মমাগী নাক্তা পুরকই। মস্না মমাবু ফুদৎলু হায়। হন্না হন্না হায়। চঙখিবদা বৃন্দারানী মকুগী কোফী শেমতুনা নোকফেৎ-নোকফেৎ তৌতুনা লৈরম্মী। হংলুবদা হায়রকই—

— ঙসাই হুংখিন্দেনি মানা নিঙাই তৌরিবা।

— করিগী? করি নীংবা থুংদ্রবা?

— হো ঙসাই শন অমা চঙলক্তুনা তাল্লুবা ; মা পংমগা তাল্লুবনি। অতুদা শন অতু তোংগে পোহল্লু হায়রিবা। ঙেং-ঙেং 'হুম ঙং' লৈরিবা। অতুগী নাহুমদা থাবা।

— হে রা! করিগী থারুরি অ-ও-পা শারদনা! নঙমা করি খঙঙদনা ইস্না তোংগে হায়ববু লাউ তোংহনগে। শনদা নত্তে চীংলাই তোংগে তোংহনগনি। লাউ তোংঙুসি।

— বাবাচৌগী কোফীসিদি হৈরুরে।

— থমমখো কুপশিল্লগা। শন তোংঙুখিনি।

অহল ওইরম্বতুগা অঙাং ওথাক্লিবতুগা থোকমিন্নখি। মমাতু হুংফাও-নবা মোমোন অমগা লৈহৌই। অহল অতুস্ু লম্বেনদা লম্পাক্তা শন অত্তেবা কোইথী হেক্তা থি। পাক ফংদে। রা চিংলকপা শনগাড়ী অমদা হায়-নরগা অররোমগী শনজাও অতুদা তোংহল্লুই। মনা শাংনা তোংহল্লুই। গাড়ী মপু অতুনা নোক্লগা হায়রকখি—

— তৌহৈরিব্রনে ইবুংঙো বাবু?

— অঙাংদি লাইনি। লাইগী মকমদদি তৌহৈবা-তৌহৈদবা লৈতে।

— ইচান্না ?

— ইস্নুনি।

গাড়ীন্নালাতু নোক্কুনা লৈহৌই। অঙাং মীওয়তু মপুদা তোংতুনা হুল্লকখি। মস্তুবু স্তিয়ারিং হ্যাইলদা ফমহল্লগা গাড়ী থৌজিল্লকখি। বিশ্বনা ম্বয় ফুঙ্গং-ফুঙ্গংতুনা মমাদা পাউ তম্মে। মমাদি কয়া খঙদে। অহল শাবা মপু অতুদি লোইনা খঙই।

নোংমনা মস্তু মপু মশা নান্না ঙাহৌ-ঙাহৌ চংপগী মওংদা থোকখ-রগা ইকুই কুইদনা ইচোং চোংনা হুঞ্জিল্লকই। মমানা ঙক্না হংলুবদা মনিতোননা মফি হুকতোক-হুকতোক্না তম্মী—

— অঙাওবসে পুথ্রীজৌ মপান্দা চংপদা "চোংথগে" হায়রম্মগা "চোংথৌ" হায়ফাম্রিঙৈদা মীগী ন্নাংথবা লৈরাই অতুদগী ফন হেক্না চোংথখিব-নিনে। ঐতুম পাখংখিদনা ঈশিং য়াম্মেমখৈ থকখ্রে।

— বাঁবাচৌনস্তু চৌংথৌ হায়রিবা ?

— করি হায়দনি। মাঙগদবা লৈত্রবদি করিগী থিংঙুনি। য়েংহনবা তাবনি। পাখংপোই করিবোই চোংথবদা ঈশিংতুম তপ তানা থকখ্রে।

রাফম অসি বৃন্দানা ইঙোবী লাকপা মতমদা তম্মী। নুমীৎতু ইঙোবী ইম্ফালগী লোয়শঙ মকোক্না থবক মফম হোংলকপনি। পুক্কিং মকা লান্না চঙলকপা মতাংনি। মচাগা মপাগগী থৌওং তাবদা পেনথ্রমাল্লে মচাগী পাউনা হান্না হরাওনা তম্মকপী মমাবু মপুম ওইনা পুল্লপ কোনশিল্লগা তুমফম কাদা থাংজিল্লুই। অতুম তৌরক্কনি হায়বগী হান্ননা শেম শাহৌদ্রবী ইভাও তাওনা নকশিল্লুবী বৃন্দানা পাখংপোই মিপাইবোই ফাজিল্লবা খোন-ফমদা হায়রকপনি— "কৈনোনে, ঙাওমানেনে ; বাবাচৌখোয় লৈবনে।"

— আই বাবা হোস্পিতাল চংখ্রিদ্রো ?

— চত্তে। মস্তুগী লাইরিক তম্বা হৌহন্দৌরিবনি হায়দনা আ-মথক্কী কাদা ঈরাং - পুজাকা তৌরিবনি।

— করি ! বিশ্ববু চহী অহুম্মুক্তা সুরিদাইনে ?

— খিত্তংদি হেল্লে। মহৈ তম্ববু চহীদা লৈব্রা অঙাংগী মতীক - মঙলদা লৈগদবনি হায়দনা গুরু বোরিখ্রবনি।

— গুরুদি বাবা ওইরিনেনে ? মায়চৌ শ্রী প্লেতো।

— তানিবা ! মী অহুল অসিদা করেম্নবাইবু।

— করেম্নবা নত্তেনে ইবেম্মা ঝানথিপ্পী।

— কনানো ঝানথিপ্পী হায়বদি ?

— রাংউপুরেল শ্রীশ্রী সোক্রেতিসকী তালোয় ইবেম্মা, সতী মহা সতী শাস্তিগী লাইরেম্মা।

থাজরুদ্রবী বৃন্দা কয়া কম্না নোকলক্লে। ঈরাং - পুজা লোইরগা তাল্লক্তা শ্রীগোবিন্দ খুরুমহল্লুনি হায়দনা মশূ পুথরকপা মনিতোননা মমৌ মুপীনা থরায় তানা নোকপা তাবদা মাঙ্গোনদগী হংলকই -

— হাই কৈদৌরে কনা লাক্কেনে ?

— আ মহোয়' বাবামচা লাকঅবা :

— হোয়নে মাগী গাড়ী উইনে।

ইঙোবী চেম্থোরক্তুনা মপাদা হরাওনা পাউ তম্মে। ফৈজোম মচা পূময়াৎ মচা কোয়েংকী ফাঙোনদা চন্দোন-চরা লংনা থিন্দুনা লেপ্পিবা বিশ্বজীৎ উবদা মপানা পেঞ্জনা মোমোন তৌরগা হায়রকই—

— অস পুপু মচাসিদি লাইশঙগী গৌরচন্দ্র মাল্লেকো !

তাবমক্তা মমা বৃন্দাহু মরম ইখঙ খঙদনা ইথা হেক থাজদনা শ্বায় লাউবা অমা ফাওখি। কুইনা চিংনরুবদি নত্তে। মচাগী নাম চোল্লিবা ফুরিৎ খুদাং অহু তপ্না থেক্কৎপিরগা হায়রুই— 'পুপু দাক্তরগা করি খুরুম্বা চৎপা ?' অঙাংনা ময়েক শেংনা খুমলকই— 'শ্রীগোবিন্দজী।' মপাহুদি ময়েক শেংনা হায়বা ঙম্বহুদা ঙকউরে। মমানা অহুদা হায়হনগদবগী হংঙিবনি। হন্দক্কী অসিগা ঙসি হংলিবসি মাপল্লক সুবনি। হংবা হেক খুদিংগী বিশ্বসু খুম্মী। করিনো করিগীনো মাদি খঙবা নত্তে। মনিতোননা হায়রম্বনি—

— ময়েক শেংনা হায়রদো। নখোয়না হায়বা ওস্মোইদবা খোঙ্গোক ফাওবা ইশুনা ময়েক শেংনা হায়রিবা জাৎনি; লৈতোন শেংরবা জাৎনি।

মমু মপুনা থোকখ্রবা মতুংদা খুন্দানা হায়হৌবনি— "গুরু অচৌবা অমনা য়ুমশেংবা নুমীৎতগী হৌদনা তেনরা মরোল তম্বীবদোনা তম্বীরক-অবনিনা জগত পুন্নমক হায়বা থোক্লবনি।" মফি হোংনা হোংনা ইঙো-বীনা হায়রকই—

— অহু মমা শাবী ইবেম্মদি য়ুমশেংবসি অসিমত্তমক শেংলেনে; মখাদি তোকপিরেনে!

— অমুক অসিফাওবা য়ামব্ য়াম্মল্লে; য়ুমদা লৈতবা মরৈতহৃদবু— ।

— ঙসিদগীদি লৈরনদনা য়ামত্রবদা চহী মঙা-তরাকতি লৈবা ফংলনি।

চহী মঙা-তরাক লৈবা ফংগনি খল্লম্বনা চহীমুক্কী মতুংদদি ওন্নবা থোক্লে। ইঙোবী তমেংলোংদা থবক মফম অমুক ওল্লক্লে। ফম কাহন্দুনা থারকপনি। চৎতবা ঙমদ্রে। মনিতোননদি করি তৌরুগবনো থবক থাদোক্লগা য়ুমদা ঈংনা লৈরো হায়বনি। মকু কমলজীৎনা করি তৌনরুনি য়ুম নীংথিনা পুবিনবমু লৈ পেনশন ফংবা ফাওবা অহুম মতৌরগা লোইরে হায়দনা থেম্বা অমদি পোত্থি মথং মথং পীবদগী চুমমাল্লে খন্নন্দুনা তমেং-লোংদা লাকখি। চহী অহুম হেন্না লৈখি। মকুনা কন্না নোম্বদগী ইম-ফালদা হল্লকখি।

য়ুমদা লাকপা মুমীৎ অহুদা মচানুপা বিশ্বজীৎ অহু মপুগা স্কুলদগী হল্লক্লম্বদা ঙাইরম্মী। মনিতোননা অয়াম্বা মতমদা থিন্দোক থিনজিন তৌই। মপাবু হেক উবদা পায়রকপা মপাগী রুল অহু লৌহুনা শান্নরগা হায়রকই·

— বাবামচা ঐদি হন্দকমু ক্লাসতা দবল প্রমোশন ফংঙদো।

— হন্দকমুকসু?

— ঔ।

মুমিদাং রা তান্নবা মতাংদা দাক্তর মনিতোননা চাউথোকচবা অন্নগা লোয়ননা তম্মকপনি—

— ঐখোয়না হায়রুবা নত্তে ; স্কুলগী ওজা মকোক অতুনা অমুকস্তু হৌ-দোরকপনি। ক্লাসকী তম্ব-হীরম অয়াম্বসি মা শাক্তা ওইথোকখরে। অতুনা মঙোন্দা হঙ্গিনবা ওইনা থোকপনা থরায় য়াওশিন্দবা ওইনা তৌরে। ক্লাসতা পুক্কিং চঙদবদৌনা তৌরে। অতৈদা অপনবা পীবা মত্তাং তোয়না য়াওবক্রে। অতুনা মথংগী অরাংবা ক্লাসত ঈনথংখ্রসি হায়না মখোয় ওজাশিংনা লেপ্পরবনি।

— অতুক ফরব্রনে বাবাচৌ, বিশ্বজীৎপো ?

— নচাবুদি মমাশাবী নওনা কদায়' খঙগনি ! হংদনা য়েংঙুনে হৌরেল।

— অসুম্না চহী অমদা অনী অনী কারবদি হায়স্কুল লিভিং সার্তিফিকেত পরীক্ষাসি চহী হুদনা থারনি। থাগে হায়বা ফাওবা য়ারক্কবা য়াই।

— করি য়াদনি। নিয়ম হায়বসি মীচম ঐখোয়গীনি। থোইদোক হেন-দোকপা মঙলগীদি নিয়মনা পুনগনি হায়বগী য়া লৈরোই। ইস্নুদি লাইপোক ওইদৌরি।

— মতুনা বাবাচৌনা মমা মপা ওইবা ঐখোয়না হায়বগী য়ানি। অতৈনা তারবদি. তাববুদি মতাগনি হায়ববু মথমোয়-মখমোয় মম্পুংদা নোক্রবদি শোয়দ্রে।

— নোক্কনতা লৈবা মীবু ! মান্নরুবা কান্নরোই।

নোংমা, লৈবাক্কী ওইবা ঈরাং অমা লৈবদগী নুমীৎচুপ্পা অমা মৃদা লৈমিন্নবা মতাংদা অহুম্না য়া তান্নে -

মনিতোন — নখোয় অনীস্তু থল্লু, য়া অমা থন্নসি।

বৃন্দা — বাবাচৌগীসি ঐখোয়' বোইবোইগী মতাংদা ওইরিনি।

ইত্তোবী -- মতু নতুনা ঐখোয়' বাবাগীদি করিস্তু লৈরিবগেনে।

বৃন্দা — মথোঙ চাদবা মশু অসিগী হেক থনবদা লোম্বশওগী লায়েংবগী বা'কা নীংশিংদ্রবনি। নহান নোং-নীনীনা গাড়ী থোবা তঙ্খিরিবনি হায়দনা ছুত্তি লৌই। ওয়াংনা কার অসি মশুগী মিংদা পামুরে হায়না কাল্লে। পেং চোইবা নুপীমচা অমগী

মপানা ব্রাকৎ অমা দিরেক্তরদা কৎলম্মী হায়দনা ঙম্নাং ফোন তৌরকই ।

ইঙোবী — করিগী ব্রাকৎ ! মীনা ছুতী লৌজরগা করিগী রাকৎ । মথৌ লৈ হায়ব্রো ! কৎতা কৎলগনা থবক থোক থাদোক্লগা লোইরে । য়ুমদা ঈংনা পোথাতুনা লৈরো বাবা মীচঙ-সঙ্গ কন্না নাইবা সরকারগী থবক অসি তৌবা চুমদ্রবা জাৎনি । ঐদি তল্লে ।

মনিতোন — মতু নঙগী ব্রাকম্না মাঙওইনবগী মতানি । নঙগী ফিবম ঐঙো-নদা য়েংবগী রানি । ঐগীদি সমস্যা কৈস্নু লৈতে । ঈংনা অস্নুম চথরি । ঐ-নঙগী, মমা অসিগী ব্রা ঙাইথো ; ইস্নুম্নুপা অঙাওবা অসিগী হান্না খন্নখিসি ।

বৃন্দা — ঐনা হায়দ্রো ! মস্নু মুপাগী ওইরমগনি হায়দনা ।

মনিতোন — মাগী নত্তনবু ঐগী কনা লৈবগে । নবানীবু ঐগী কনানো !

হায়দোকলুরগা মনিতোন খজিক মুংঙাইরক্তে । ইঙোবীহু মথমোয়দা খজিক পানবগুম তৌই । মায়থোঙদা নত্রবস্নু মশাদা শাওবীংলকপগী মওং অমা মনিতোননা উই । মকা ফোংনবদি নত্তে । বৃন্দাদি করিস্নু স্নাদে : খঙস্নু খঙলুদে ।

— মতাংবু করিনো বাবা ?

মনিতোন — ঐখোয়' বিশ্বসিবু মপানদা থাদোকথ্রসিরা হায়না খল্লিবা ।

বৃন্দা — করিগী ! ঐদি লৈবা — ! ঐগীদি লায়রদনা বাবাচৌবু লৈহৌবা ঙমগদ্রো ?

মনিতোন — মাগী তুংগী হেন্না ফনবগীনি য়েংবা তাবনি । অঙাং অসি শেম্বা থোক্কদৌরি । মীঙোন্দা হায়রুবদি য়াবা নত্তে, অঙাং অসি তেলেন্ত-মতীক য়াম্না লৈ । অচৌবা খরা হেন্না পাকপা লমগী নাক-য়েৎ অমদা থম্মবদি মাগী মতীক-মঙল অসি ফজনা হেন্না, য়াম্না হেনা ফবা মওং অমদা ফুদোকপা য়াগনি

খল্লি। মণিপুরগী ঈরাং মতা অসিদা, অতুদগী অমুক খুদোং-চাবা ময়াম অনা রাংপসিদা হেক ফৈদোকখ্রবদি ইনাও মাওবগী ভাব অমা লৈরক্কনি।

ইঙোবী — খজিক্কুং নৌমল্লিত্রা বাবা। স্কুলগী থাক্কুগী হেক থমখিবা হায়বসিদা. য়ুমগী মপা - মমাগী নুংশিবা অতুদি রাংকদবনিনা .... বাবানা লুনা তৌরিবা অসুম্না আ-দদি কনানসু তৌবি-রোইদো!

মনিতোন — অতুগীদি লায়বা পোংনিদা। আদনা পথাপ অনগী মথাদা চেকশিন্না শেন্নবিখিগদবনিনা লম্বেল অমদা চংলক্কনি। সিদনা লুনা তৌবনিনা হেন্না নীংতম্বিবগী মওং লৈ। ঐখোয়গী নুংশিবনা মাবু ঙালহনবা ঙমগনি থাজদে। অফবা নাক-য়েং অমা পীবা চুমগনি।

বৃন্দা - ঐখোয়' স্বায়বিবু ইফং ফত্রবরনে বাবাচৌ?

মনিতোন - মহু মমা অমগী রাহংনি নহানরাইগী রিসর্চ তৌরিঙৈদা লাই-ব্রেরীদা লাইরিক রাংলি হায়না নীংবা কায়না রাকংলম্বী বৃন্দারানীগী রাহং নত্তে। খুদোংচাবা কয়া অমা রাংপগী তেংথারম্বীহু নঙনি। নঙগী মঙল নঙগী ইচঙ থৌবা মওং হোংনবা কনবগী মচিং হৌজিক লোইনা ফাজিন্দুনা নমখ্রে। রিসর্চকী পৌরম মরক্তা লেপখ্রে। নঙগী তেলেন্স ঐ মশক খঙই। নঙসু ঙানবা য়াবা মীনি। হৌজিকসু ফত্তে ঙান্দে হায়বা নত্তে —।

ইঙোবী মাঙ্গোনদা ঙাল্লি, চাকথুমদা লংলি, দ্রোইংরুমদা চেফোঙ খরগা ঙাম্থোইরি।

বৃন্দা অতদি ফাজিনবিদনা তৌবনিদা! হৌজিকসু থাদ থাদোকপিবু - ঐনা থোকপা অমা তৌবা ঙমগনি।

মনিতোন অতুনিনে ঐনা নাক-য়েং হায়রিবসে। লৌফম অহুনা

কৈছাও চেন্দ্রবদা নগী মরু অহুনা লাইনা থাবা ওইদনসু লেঙ-লেঙ চৎপা পাম্বী ওইরোইদৌরিবনিনে।

ইঙোবী --- মরুহুনা ফম্রবদি লৌফমনা কৈ হায়না চৎনবা য়াদবগী রাসু কৈরি। কৈখোমদা মচু লোকলুবনা কান্নবা ফংলোই বাবা।

মনিতোন — সনানি খঙলবদি মচু লোকনিদনা। ইশুদি সনানি সনাদ নত্তে তু নঙনা খুদোপতা হাপ্পগা শিরিবা লাইবক্কী মুঙয়াই অহুমক্কি। মহু খুদোপ্তা হাপলমদদনা খোংবানগী কৈখোম মরক্তা তারবদি কনাগী লাইবক শেমগদৌরি ?

বৃন্দা — লাইবক হায়বহু কৈরম্বা তারগদি কৈখোমগী ঙাক্পমগী শেমলম্বসু য়াই।

মনিতোন — কৈখোম অহুগীদি শেম্মোইদনা কৈখোমদি কৈখোমনি।

মনিতোনদি ঙস্তানা থাদোকখিবগী রাফম হন্না হন্না হৌদোকই। মপা ইঙোবীসু য়ানীংলকপনি। অহুবু মমা বৃন্দারানীনা য়ানীংদে। কোলেজগী থাক্তগী থাদোকপগী রাদা কৈ। মনিতোনগা ইঙোবীগনা নীংবনিনা কন্না য়ানীংদবা ফোঙদোকপদি তৌদে। অহুবু য়ানীংদবদি শেংলে। মনিতোননা অরোইবদা তেমশিল্লকই—

— ফরে - ফরে মমাগী মনাক্তা স্কুল লোইবা ফাওবদি কৈজরসনু। নম্রগনা মরক অসিদা ইশু মুপারা মুপীরা অমা মথা তারক্লগা থরা ঙন্না থাদোকখিবা হায়বহুনি।

বৃন্দারানী ইকাইরপ তৌনা কৈহৌই। ইঙোবীনা বৃন্দারোমদা মনীং থৎহৌই। বৃন্দা শাউরপ নোকহৌই। অহল অহু লাপথোকপ্রবা মতাংদা মপুরোইবা কোইরুক-কোইরুক য়েংলগা চঙশিল্লকুনা কোনগদবগী শেম শারকই। মুপীনা মপুরোইবগী থবাক্তা থুতুমনা চগুৎননা হুহৌই। য়াম্না কুইনা চেক-মোক লাউরক্তবা বিশ্বজীৎনা মনীংলোমদগী লাউহনা চেনথোরকই ফারে, ফারে ...। অহুমনা মাগী মাগী কাদগী থোরক্তুনা লেংই। অঙাং পুংকল্লবা অহুনা অচৌবা লিল অমা মকোক্তা পায়শিল্লগা

সুমাঙদা হরাওনা চোংহনা লৈরম্মে। মমা অহুদি পাখৎপনা লৌশিং মাঙগদৌরে। মপানা ঙাব্রিবা লোঙ মচাহু তাপ পায়রগা হোংচিল্লকই। মনিঙোননদি নোকফেৎ নোককেৎ তৌরগা (পাখৎলপাঙি তৌই) হায়রকই-
— হাই! চরম পায়রিবা নখুৎতু নাম্বোকহনগনু কন্না পায়সু। আদা লাপ্পা থাদোকপিখো।
— থাদোক-ওই! মসিননি ঐগী য়েরুম চাথোকইবা।

মনীংগী চেকপল ময়াদা মকোল অমা শায়গা বিশ্বনা য়েন অহুমথক লোইবনি। মশু-মপু অনী চঙহনা মরীনি চঙনা শাবা য়েনগোন্নি। মরুম কোক্লবা মতাংদা মফম-মরাং ইথঙ খঙদনা মরুম হেক হেক মাঙলকপা কুইরে। মীনা হুরানবা অমা ঙম্মোই; জীব অতৈ পাক চঙবা য়ারোই। তৌগে হায়রবদা ইংখোল কোইবগুম লৈবা লিল অমহনা তৌরম্বা য়াই হায়দনা মপুনা নোংমা হায়খিবনি। লুমহনা ঙাইরকপা কুইরে। ঙসাই অয়ুক্তু মম্মিঙৈদা য়েন লাঙলকপা তাবদগী লুমহনা য়েংলকপনা থেংনবদগী লুমহনা চৈ অমনা মকোক্তা নম্মগা ফাবনি। মপুনা কন্না হায়বদগী হাংলোই থাদোকনি হায়হনা কোম্বোংলোমদা পুথোকখি। পুপু উদ্রবা মতাংদা মানা থোকপা অমা তৌখি। মমাহুদি 'লিল অরুম' কন্না হৌ-হৌই। কুইরবগী তুংদা ফাওবা মচাগী মতৌহু নীংশিংলুরগা অরুমহু হেক হেক হৌখি। মপানা হেক হেক হায় - ওম্বোকপা অঙাংনি!

মতম খরা লৈরগা উখ্রুল থানাগী ও সি অহু লৈমুংগী লালহৌবা মীওই খরগা লম্বেনদা কাংবদা লৈখিদবদগী মতম খরগী ওইনা অনৌবা অমা শিল্লিবা ফাওবগী মরক্তা ইঙোবীবু থারকখি। সরকারবু শাউরপ তৌরু-রকসু য়াম্মবদা থা তরুকমুক্তগী রাফমনি হায়বা খঙবদগী লাকখি।

লম অসি ইঙোবীদা পুমনৌ নৌবমক্তি নত্তে; মহৈরোয় ওইরিঙৈদা কোরবা ওইনা অনী-অহুমলক লাকখ্রে। য়েংবা হৌনবা য়েংখ্রে। কাচিন-কোয়া খঙগদবা মঙায়রে। অহুসু মতম শাংনা থবক পুগদবা নত্তবনিনা য়াংলপ অহুম লৈরবনি।

নোংমা মুমিদাং অমা মিলিতরী কম্যান্দর অমগী কায়নবগী মীকপ মচা অমা য়াওরুই। অশম্বা খোঙলম্বী অমদা তোমী তাংখুল কনস্তেবলগা হুনমিন্নরকই। লম্বেলগী ওয়া হাইগৎলকপা মতাং অনদা নক্লগা য়ুমদোম-পোক ওইনা লৈবা য়ুম অমদগী খংনবা লাউনবা ফুনবগী মখোল তারকই। ইঙোবীনা হংলুই—

— তোমী, করি তৌনরবা জাংনো ইমুং অসিবো, য়েংশিল্লসিরা?

— সর কান্নরোই, অসিগুন্নতা তৌহুনা খংনহনা ফুনহনতা লৈবনি।

— মুপী ওইরমাল্লে অমদি লাউরিবসে?

— মুপীনি সর মাগী মরানা ফুবা ওইরিনি। মতৈ-মনাও পঙখত্তা খংনবনি মরা নহা অসিনা য়ু থক্লগা মাগী মুপীসি পঙফুদা ফুবনি। মুপা মরা অসি এগী খুল আ-মকু হায়বা অতুদগীনি। নহানরাই ইংালদা লৈরগা লাইরিক তম্বনি। সর মানা লৌবা মুপী অহল অসে মৈতৈ মুপীনি। বামোননি।

— ও। কদাইদগী ইম্ফালদগী লৌরক্লিবা?

— ইম্ফালদা মানা ভারাদা লৈবা য়ুম অতুগী য়ুম্বু মুপী অতুনি। মুপী অসি মচা অহুমগা য়াম্না লায়রনা লৈবনি। মগী য়ুমগী মনাক্তা উপু তুকান অমা তৌবা ওইরমাল্লে। অতুদা কোলেজদা তম্মিবা নহা পাখং অসিনা কা হেক-হেক চাবা ওইবা। অতুদা মখোয় অনী মুংশিনবা ওইবমাল্লে।

— মুপী অসিবু মচা-মরা লৈ হায়বদাইনে।

— লৈবা হায়ববু মরা অতু মাগী অনীস্মুরকপা ওইবনি হায়নৈ। ইহান হানবা মুপাতু মাগী মরী মতা অমা ওইবা মাল্লে। মচা অনী পোক্লগা অহানবা মুপাতুনা মুপী অমগা লুহোংবা, মাবু তাম্বোকপা অসি ওই-রমগনি। অদদগী খিকা মচা মচা তৌবা মুপা নহা অমনা অমুক লৌবা ওইবা। অতোম্বা ওইবা মাল্লে। মচা অমা পোক্লগা মুপাহুনা অমুক থাদোকপা। ময়ুম-মপামদসু চঙত্রবা য়ুম অমা ভারা লৌরগা লৈবা।

অহুদগী অমুক্তা ঐগী খুলগী নহা অসিনা লৌবা। লৌবনু য়াম্না মওং চুমদবা ওইবা মাল্লে। লৈকাই ময়ামগী মৈরা পাম্বৈশিংনা ফাবদা কৈন্থা কংপা হায়বত্থু তৌবা মাল্লে।

— নঙগী রায়ীসি তোমী ভাবতি তাদে, মুংদি মুংডাই। অত্থুগা হৌজিক অসিদা ফুনরিবসিনা করিগী ?

— এ, সর জাং অমনি। মুপাম্থু ময়ু পঙথক থক, মুপীস্থু পঙথক থক পঙফুদ ফুনবনি। মুপা অসে মথন্নতা পোকপনি; ইনাক খরা খুল-লংনি; আ ময়ুমদা খুলদা মাগী মুপীস্থু অঙাংস্থু লৈবনি। অহুদগী সর অমনা—।

— যরে তোক ও .তামী, তাবস্থু রারে চংপস্থু রারে লৈফমস্থু য়ৌদৌরে।

— সর য়াম্না নৌবা অমনা, মুপী অসিগী ইহান হানবা মরাদো ঐখোয়গী সোমদা কদায়দনো ওজ ওইনা লাক্লে হায়। মাগী তোলোপতু অসিদা কায়বা মাল্লে। নহান নোংমা লাকই হায়। মাগী মুপা ঐগী খুনগী নহা অসি লৈনা লৈনা মাগী মামোনি হায়দনা মখোয়গী য়ুমদা লৈহল্লি হায়য়েনে। মুমীং খরনি লৈরম্মী হায়। মখোয় অনীদা চুমদবা চংভৈদা ইকোন কোনবগী মরানা ফাবনি হায়। মুপাস্থু মুপীস্থু হাংকনি হায়দনা তঃ পায়হুনা তাল্লি হায় মী খরনা থাম্মি হায়।

— ই - হে!

মুমীং খরনি লৈরগা ইঙোবীনা লোয়শঙদা ফাইল অমা সুরিভৈদা তোমী তাংখুল চেনশিল্লকুনা পাউ পীরে —

— সর, সর। নহানগী মুপাহুনা মাগী মুপীহু থোঙ লোনশিল্লগা পুল্লগা হাংকনি হায়না তৌহৌরে হায়দনা তাকঅরে।

— নহানগী মুপা হায়বদি —?

— ঐনা পর্তি হল্লকপদা রারী লীবা ঐগী খুলগী নহাদো।

ভাব খংতা তারকপা ইঙোবী নাকন্দগী তুপী তাপ পায়রগা চংলকই। জীপনা চংপা য়াবা মতাং ফাওবা লাল্লগা খোঙনা চেম্বরকই। থানাগী

কাওবুনা য়ৌথিবা মতাংদা মুপা অহুনা মথুৎ নাম্মদনা লৈরম্মিবা মী মঙা-তরাহুদা নোংমৈ মচা অমনা চঙলক্তনবা শীংলগা মথুৎ নাম্মনা মৈখেৎ খেৎপা কন্না লাক্লুহুনা লৈরম্মী। থানা কাঙবু লাকপগী থজিক লাওনহুনা য়েংনরিঙৈদা লৈথহৌরগা মায়কৈ অমরোমদগী হোৎচিল্লকপা ইঙোবীনা নাকল্লোমদগী মুপা অহুগী মথুত্তগী নোংমৈ মচাহু য়ৈথরুরে। মন্নুংদা মুপী অহু হৌনা হৌনা কনবিনবা লাউরি। নাকন্দা তাথ্রবা নোংমৈ অহুদা থজিক্তুং য়েংলম্মগা মুপা অহুনা মথুৎ নাম্মতনা হোংনরম্বা মৈখেৎ অহু অনীনা খংখেৎ খেৎলগা তেরশিং মনম্না হারবা য়ুম অদোমদা লংশিল্লি। মুংশিৎ মায়োক্লুহুনা মুৎতুনা তাখিবগী অহুদা মুপাতুনা হোৎচিন্দুনা অমুক্তা খেৎকে ভৌরকপগী অহুদা ইঙোবীনা চোংশিন্দুনা তাপ কোল্লপা ঙকথৌ চপতুনা থম্মুই। ঙাইহাক কুইনা কন্না চপতুনা থম্মগা ফানবা হোৎচিল্লকপা কনস্তে-বল থরহু তম্না কন্না খংইন ইনশিনখি। ইনশিল্লম্মগা মপান্দগী য়োংলীনা পুন্দুনা লোল্লিবা থোঙজাও অহু কাওখায়রগা ইঙোবী মন্নুংদা খংহোৎ হোৎ-চিল্লি। হেক চঙলকপদা উখোকতেনদা চেংনা পুল্লিবা তেরশিংনা পুঙলুপ লুপ্লবা মফি অমত্তা য়াওদ্রবা মুপী অহু উপদা ইঙোবী পুঙঙক ঙকই। থাও নত্রগা তা মতোননা মফম খরদা হুকলম্মবা মশম-মনা পুঙতেৎ তৎলম্মবা মুপী অহু বালানি। লৈহুনা য়েংশিনখিবদা ফমুংদা ইকোক কোক্না তাহুনা লৈরিবা মুপা অহু উরকই। মঙক তঙ্খায় অমা তুপ্লম্মে। ঈখেঙ হাধবা লেপ্লমদ্রি। চঙশিন্দুনা য়েংলুবদা গদাধর ঙইরম্মে। থবক মখা চথনবা য়াথং পীরম্মগা ইঙোবী তপ্না থোকলকখি। লাক্লবদা তাখিবা মাগী তুপী অহু কনস্তেবল তোমীদগী লৌরগা তঙা কন্থোকপগী অহুদা মপানদা মানা ঙসাই চপ্লগা ইনখিবা মুপা অহু শিহুনা লৈরম্বা থেংনরে। মানা চপ্পা ঙক-থৗহুদা শাফুগা মতমগা খরা হেনগ্রমাল্লে।

মকুবোক কমলজীৎখোয় থ্বায়না কন্না লাক্লখনি; অহুবু ইঙোবীনা মী হাৎপগী মওংদা তারকখি। খঙন চান্নবা অচৌ অশাং মরূপ মপাঙ শাপৈ-নাৈক্ত মরাম চঙহুনা হোৎনবনি। অহুবু সাথী-শাবোন রাৎলকপদগী

লোয়নবদা থবক্কী মতাংদা য়েংশিন্নবা অমদি মতম অমদা মঙোন্দা পেনখি-দবা মীওই মনম মনম খরা লৈরকপদগী রায়েন লোয়শঙগী রায়েনদা ইঙোবী মায়থিখি। হাংলগে হায়বা অমগা য়াওনা হাংপা মীহাংপা ওইবা তাখি। পুন্সিগী ওইনা ফাদোক তাখি। কন্না হোংবগী কান্নদবদি নত্তে ; অমা হাংলবদি অমসু শিবা হায়বসিদগীদি কনবা ঙমহৌখি।

জেলদা চঙখিগদৌবা মুমীৎ অত্তুদা বৃন্দারানী মপুরোইবগা উন্নখি। অয়োবীদা মুংঙাইজখিদবীদি বৃন্দানি। মরক অসিদা থোক্লিবা মতাদা য়েংবদা চিংনদবা ঙমদবা শাফু অমসু কন্না ফুক্কৎলকখি। মপুরোইববুসু য়াম্না থাজে। পুন্সিগী ফাদোককী চৈরাক্কী রায়েন লৈখায় তাবদা রায়েন লোয়শঙ মনুংদা, মাঙগী পরেংদা মতাই ওইরপ্পা ফম্লিবী বৃন্দারানী মরু থোক লুকথত্তুনা থাঙখি। শিন্থরকপা পিরাং-ঈচেল অনীনা ফিজিদংদা নত্তে ফিনা য়েৌনা চোংনখি। পুঙম মন্নবা য়াখলগী ঈপাক অমদা হান্নবা থোইদীং মরু ওইনা তাউখি। মুক মুনা মম্নবা মরক অত্তুদা মঙালগী হৌফম ওইরিবা মচানুপা বিশ্বজীৎনা নাকন্দগী— ‘ইমা বাবা লাকএ’ হায়রকপদা তঙাওননা য়েংখৎলক্লগা ফুক হৌগৎলকই। মাঙদা য়ান্না নরা শম অমদি কোইদা মশক লোৎপা হৌরিবা মপুরোইববু উরুই। য়া ঙাংবা থোকখিদে ; শংত্রিক য়েংহুনা লৈখি। মপুরোইববু পুথ্রবা অত্থগা কমলজীৎকা মপামক শক্লবা দাক্তর মনিতোনগনা ওয়দা লেপ্পুনা মরেংবান য়েৎলোম মায়রোমদা কাইদ কাইদ বোপ বোপ ফুরকপগী অত্তুদা বৃন্দারানী মখোল হৌনা কপ-লকখি। ফনা কুইনা কপচখিবনি।

চহী খরগী মতম হৌখরে। পুন্নমকসি মতমদা লৈরে। লৈবা-লৈতবা শাগৎপা-শাদবা, ওইবা-ওইদবা পুন্নমক মতম খোঙচৎতনি। মতম অসিমক মাগী মতমগী চাইগোইনুংদা লৈহুনা লৈবনি। মতম মাগী মতম অসিনা করিনো? মতম মশাসু খঙলমদবা য়াই। মানসু মাবু শেম্বা চাউথোইবা মঙল অত্তুদা শিন্নরমগনি। চাউথোইবা মাদি খঙদ্রবা পুন্নমক্কী তারুফম লোক্কানি। লোক্কাক্তা ঈশিংগী চরাং পাম্বী অমগী পীক্লবা মপাল-লৈরাংগী

লৈফোনদা য়াওবা লৈরিক্কী মশীং নাইদবা লৈক্রেং মরীক অপিথক অন্নগী মফমবু করিনো ! চাউথোইবা মা মণ্ডায়রে খণ্ডজগদবা !

পীক্লবা মতম অসিনা চাউনা চাউনা হৌখিবনা লৈক্রেংগী মরীক অমা ওইজরিবা বিশ্বজীৎ ইন্দক্কী চহী অসিদা হায়স্কুল লিভিং সাতিফিকেত পরীক্ষা থাগদৌরি। য়াম্নমক নৌনা, চৎনরিবা চহী স্নুদনা থাগদৌরি। মসিগী ফোর্ম মেনশিনবদা মাগী বিশ্বজীৎ হায়বা মিং অসি য়ানীংদবনা 'মালেমওম্বা' ওল্লগে হায়না লেপ্পুনা বুন্দাগা পুপু মনিভোনগদা তাকপা লাকখিবনি। ওনবা পাম্মকপগী মরমস্তু লৈ —

নোংমা মখোয়গী স্কুলদা মুপামচা মুপীমচা নহারোল খরা লাকখি। প্রিন্সিপালনদি য়াখিদবনি অতুবু পাখং - লৈশাবী খরত্নুনা শুদক্তা মখোয়না পুরকপা মাইকনচিংবত্নু শৎ পানখত্নুনা স্কুলগী মনুংগী লম্পাক্তা মীতিন অমা শীনখি। মীফম মপু ওইদবা য়াদত্নুনা ওজা মকোক্নুনা ওইখি। অরাকপা মখোয়না মথং মথং ভাংখি। ওজাশিংগী মরক্তগীস্তু অমনী থোক্নুনা ভাংখি। মখোয়না লাউনা-লাউনা হৌনা হৌনা, শাউরপ শাউরপ ভাংলিবত্নু করিনো হায়বদি ক্লাস রাংজরবস্তু নৌরিবা ওইবনা বিশ্বজীৎ ভাব মুন্না তাখিদে। খরা খরা খওবস্তু ময়াওখি। মানা খঙহৌবা য়ানীংনা থোকপা অমত্তংবু মশম-মনা থাকপা কোয়েৎকুম্বা মচা অমা মকোকতা পুনবা মীজাও অমনা হায়খিবত্নুনি —

.... লৈমিন্নবা তাবনি। পুন্নমক লম অসিগী মচানি। লৈমিন্নবা তাই। তৌবতবু মাগী মাগী মশক অত্নুদি চপ চানা থ া তাই। শেৎলিবা চারিবা ভাংলিবা খল্লিবা পুম্নমক্তা ইশাগী শক্তমদি থম্বা ভাকপা অমদি লীবা তাই। মীগী মী ভাক্তনি কাওলুপ পুন্নমক মাগী মাগী মফমদা চাউরা রাংবা চপ মান্নৈ। তেংবাংনবদি লৈমিন্নবনিনা কায়দে অত্নুগা চাউই রাংই পাকই খনবা কাওলুপ অমদা ইশাবু লুপশিনহনবদি চুম্মোই ; পাওদবা মীতোকচাক্কী লীচং ওইগনি। ইশাবু ইশানা ভাকচহৌদ্রবদি ইরমদম ইশাইগোন অসিদা মীতোপ ওইনা নপতুনা লৈবা তাররনি। চাশিন

য়োংশিল্লিবসিনবু অসুম লেপত্রবদি ইশানা য়ানা লুপশিঙ্গকরবনি লাকদবা চষ্টী খরগী মসুংদা ঐখোয়গী মী অমা কৈথেন্দা কারকপদা মীরমগী মীয়ান ময়াম্না খুদোম্বী থিন থিন্দুদা য়েংনরগা— 'এ, এ ; তু তু ; অমা চংলে' হায়দনা য়া-য়া তৌহ্না য়েংনররনি। অহ্না ইশাগী মিংবু চাউবা তোম্বা হোংবা কৌদহ্না জোন, জোনী, রনবীর জ্ঞানেশ্বর বিশ্বজীৎ করম-চান্দ কৌরবদা ঐখোয়গী ইশক কনানা খঙবিগনি। মিংনা শকসু তাকপনি। চংনবী ওইরবসু মাঙজগদবা চংনবীদি থমদবা তাই। ...

মাগী মমিং য়াওরকপদা অঙাং অসিদা তিং পানখিবগুম তৌই। মফম মরাং ইখঙ খঙদনা ময়াম মমাঙদা য়াম্নমক ইকাইরকখি। ফম্মিবা, ফম্মিন্নরিবা অকোয়বদা য়েংথোকলুই—উরকপনি—মমান্নবা রবীনদর সিংহ, মথক্কী অহ্মদ হমীদ চিস্তী, মখাগী সুপীমচা অঙমলা মখোয়গী লৈকাইদগী লিম্হোইওম্বী চনু। মখোয়গী ওঙ্গা মকোক্তু প্রবীন মুখরজী কৌই। অতাবনা হেক্তা হায় বাঙ্গালী ওইরে। ইকাইরম্বদগী কদোমদগী মুংশিংনো খঙদে বিশ্বজীৎ শাউনীংলকখি।

মিত্তিং অহ্ লোইরবা মতাংদা ঙসাইগী মশম খাকপা পাখং অহ্দা, চংলমদাইদা চঙশিন্দুনা খঙনীংনা হংলুই—সর ঐগী বিশ্বজীৎ হায়বসি করি হায়না ওস্থোকপা য়াগনি ? পাখং অহ্না মুম্না য়েংলগা ঙাইহাক খল্লগা নুংশিনা হায়রকখি —মালেমঙম্বা। মুমীৎ অহ্দগী 'মালেমঙম্বা' অসি চেংনা থমহৌরবনি। রাইহে অসি ইহান হান্না পুরকপা মুমীৎ অহ্মক্তদা মাগী পুপুদা তেলিফোনদা হংখিবনি। লোয়শঙগী চিল্লবা মীত্তিং অমদা থৌবু ওইনা মসুদা ওইনা তাকলকখিবনি—

— মালেম হায়বদি ঐখোয়না লৈরিবা পৃথিবীসে—রার্লদ অসে অসিবু কৌই ; ওম্বা হায়বনা জয় তৌবা পৃথিবীবু ওম্বা জয় তৌবা হায়বনি .. নঙগী নমিংসে আসিগা চপ মান্নে। মৈতৈ ঐখোয়গী লোনদা হায়বনি।
— মসি কৌরবদি মৈতৈনি হায়বা হেক্তা খঙলত্রা পুপু দাক্তর ?
— চপ হেক চানা। পুম্নমক্কা খঙনরগনি। করিগীনো...
— হ, কৈসু তৌরোই। বিশ্বজীৎ হায়বদি মৈতৈনি খঙ... য়াইকো !

— মী অতৈগী লোন্দসু কৌনৈ খঙনরোই।

সুমীৎ অতুগী সুমিদাংরাই খবর পাহনবা মতাংদা ( সুংখিল থেঙনা থুংলবা লোন অতৈগী খবরশিং মনিতোননা পোত্থাদুনা লৈরগা বিশ্বজীৎতা লাউনা হেক হেক পাহল্লি ) লোইরকপগী অতুদা থরায় য়াওনা হায়খিবনি —

— পুপুগীদি দাক্তর মনিতোন, য়ারে ! ইমাগীদি 'বৃন্দারানী' হায়রিবসি অতৈ লোনগীনিকো পুপু ?

— মানি।

— ঐখোয়গী লোন্দদি করি হায়গনি ?

— মসে বিশ্ব, অনদদি লৈবা অমদদি সুকলৈ লৈতবা পোৎ য়াম্না লৈরি। পোৎসু মমিংসু অতুম ঐখোয়গীনি হায়বা তাবা। শেম্বা য়ারগসু শেম্বা ফৈ ; য়াত্রগসু অতুম ঐখোয়গী ওইনা লৈহনবা তাই। বৃন্দারানী অসুম লৈবা কায়দে।

— লৈত্রগসু ওইবা য়াবা নকুবা মান্নবা লৈরবদি করি ওইবা য়াবা ?

— নঙনা থল্লিবা মায়কৈ অদোমগী ওইনা য়েংলগনি বৃন্দারানীসি ......মঙং অমদা তাইরেন লৈমা কৌবা য়াই।

অসি হায়রুরগা মনিতোন নোকখিবনি। বিশ্বজীৎতি নোকখিদে। কাইনথংদা, কুইরবগী তুংদা খঙলকখি। অফং অফংবতা পঙপাদা পাবগী হৈনবী অমা লৈবনা মরোল-মরোল থরা পাক্রবদগী মসিগী অর্থ খঙলকপনি। খঙল্লবা মতুংদদি মাসু নোকখি। হৌনা নত্তে, তং.া ; মোমোন্দমক তৌখিবনি।

পরীখাগী ফোর্ম মেনশিনবগী মতাং অসিদা খ্বায়গী অহলগা খ্বায়গী নহাগা অনীনা অতুঙৈগীদু নীংশিংলকপনি। ময়াইদা লৈবী বৃন্দা রাকম অসি খঙদে। তমদুনা তাহল্লবা মতুংদা খম্থখি য়ানীংখি নোকখি। মপু-স্নোইবগী রা থক্তিক পল্লকপা মতাংদদি হাইফেৎ মকশিনখি। খঙগনবা বাবাচৌনা থংনবা মীৎকুপতা রা অমরোনদা লৈথোকখি। বৃন্দাসু মঙংদু খঙই। সুংঙাইখিরোই খনবনা ইরায় লায়থোক্না লৈবা মালহন্নবা লাক্লখি। হোৎনবদা মাস্ প্রাক্তবসু নত্তে অতুগা মীক্ক অহল অদুনা সুংঙাইখিদবসু নত্তে। মাকৈ দি থোইনা খঙদে। মপাবু খঙদবসু নত্তে।

# অষ্টম শুবা

মালেমঙম্বা পরীখা থাগ্রে। নোংনীনি পোখারে। মরক অসিদা ব্রন্দারানী মুপীগী ওইবা লনাই লুপ অমদা সেক্রেতরী ওইনা থবক তৌরে। যুমদা মুম লৈবনা কাম্নরোই হায়রুনা তৌহনবনি। মনিত্তোনদি কয়া কন্না য়ানীংদে। থিংবদি নত্তে। মুংথিলগী মতমদা চাং অমা নাইনা লুপকী লোয়শঙ চৎলি। নোংমা মমানা চৎকদবগী ফি শেৎলকপগী অত্তুদা মালেম-ঙম্বনা চঙলক্লগা হায়রে——

—— ইমা ঐবু কৈদে দোইনো ?

— লাইরিক পারিত্তুদি !

— লোইরে। অমা পুরক্কনি হায়রু পুবক্কে।

— এ! উপন্যাস অমবু মুমিং হুম্নিদা লোইরবা!

— এ এ, নীনী চঙদবদো। ঙরাং অহীং লোইথোক্লে।

— থুমল্লি মমুদ তারম্মোই অমুক-অনীরক পাখো। খঙনবা পাখো।

— খঙঙে। হোরেন্দগী পুপুগা নৈনবা হৌদোরিবনি।

— নৈনখো হোরেললা হয়েংলা অমা লৈরক্কে।

— হৌজিক্লা করি তৌবা ?

— করি তৌবা হায়রবু করিনো, য়ুমগী থবক তৌবা য়াদ্রনে বিশ্ব !

— করি থবক ? বিশ্ব নত্রেকো!

— ইংখোল শম্বল য়েংঙু; য়েনগোন শেম্মু; শঙ্গোয়কাসি শিত্তোক-শেংদোকউ; মিবাং কম্থৌ। নঙ' পুপু দাক্তরগী লাইরিক-কাহু নহান ঐনা য়েংবদা মোৎলে মিরাং থাংঙে অত্তুম ফজনা শেংদোকপিয়ু। অহল অসিনা হল্লকপদা ইরং লংহুনা থম্মবদি হরাউজগনি।

— ইক-ই! হরাওনি কাইনা! অত্তুগুম্বা থবক অত্তু তৌবা য়ানীংদে পুপুদি। কোনফেংবা পোৎ সোইশিনবা মিরাং কম্হববু থবক্লো! মীনা ঙম্বা ঙাক্তনি।

— অহুদি বিশ্ব লাল্লি—মালেম ; থবক পুন্নমক থবক্লি পীক্কে পীকউ চাউগে চাউ। থবক অমদা নওগী নশক খওগদবা নত্তে থবক অহুগী খুংতৌ, মওং হায়নসি তৌথোরকপগী মতা অহুদা নওগী হৈ-শিংবা, নওগী তেলেন্ত নওগী লৌশিং মশক খওগদবনি। নহান নওগী পরীখা ছোবা হুমীংকী লাই পুজা তৌবদা নওগী পুপুনা য়াংপা লাকোয়রহু ফজদ্রা, পুপুনা শেম্বা হৈরক্তু য়েংবদা মুংওাইদ্রা, ফজদ্রে ?

— আই ! অহু পুপুনা তোল্লিরো ? মাবু হৈরো ?

— 'মা' হায়নু ! 'নও'-'মা' হায়গনু নথক্নী অহন্দা হায়খিবহু কাউরবো ! নওগী পুপুদি অহৈবা অতৌবা থরহুদি ফজনা ময়েক শেংনা মওং চুম্না তৌবনি।

— মাদি—অ, পুপুদি লোইনা হৈনা অহুদি। ফজে ফজবনু !

— অহুনি। লা য়াংপা হায়ববু লোইনমক্লা হৈনৈ, লায় -হৈতবা নত্তে। অহুবু নওগী পুপুনা য়াংলম্বহুনা নওনা হৌজিক ফাওবা ফজে হায়না নীংশিংলম্মীবহুনি। অহুনি থবক অমনা মী মশক তাকপা নত্তে, অহুগী খুংতৌনা খওই হায়রিবসে। খওভ্রা ?

মালেমওম্বা খওনা লৈগৌই। য়ানীংহৌই। হৌখিবা স্কুল লিংখৎপা মুমীং পালন তৌবগী থৌরম পাওথোকপদা মখাগী ক্লাসকী লিম্বোইওম্বীনা লেংলকপা লৈ পরেংবু ওজাশিংনা থাগংখিবহু নীংশিংলকই। শৈরেং থীবা তাম্নবদা চপ মান্নবা শৈরেংবু হুন্না হুন্না থীনবদা লিম্বোইগীনা ইহেন হেন্দুনা অহানবা মনা ফংখিবহুসু নীংশিংলকই। ম, মশানা পামজনা ফিজেৎকী তাম্নবদা চার্লিস চেপ্লিন শাখিবা হিতলর অহু চপ মান্ননবা শাবদা অহানবা মনা ফংখিবহুসু মরক্তা নীংশিংলকই। হিতলরগা চার্লিস চেপ্লিনগাসি মানা থ্বায়দগী হৈনজবা মীশক্লি।

মুংখিল চুম্পা অহুমা পুপু দাক্তরগী লাইরিক-কা অহু শেংদোকপগা লোইশিনবগনা লেপ্লি। রাখল তৌ-তৌহুনা লোইশিনবনা মশাম্না পেল্লে হায়বা থাক অহুদা থম্মগা পুপু লাকপা ওাইহুনা লৈ।

মুমীৎ থোকপনা জেলগী অঙাওবা ময়াম মথং মথং য়েংশিল্লুরগা ইচোক চোকথনা হুল্লকপা মনিতোন মাগী কাহু উবদা ঙক্ল্লরে। থম্মিবা লাইরিক, থেৎলিবা লাই খিল্লিবা শক্তম মফম লোইনা ওল্লম্মে। হেন্না মফম চারম্মে। ঙারিবা লীচৈ অহুম অহু ফাওবা চাং অমদা য়েংবদা মুংঙাই-রম্মে। লম্বেনদা স্কুলগী পীক্লিবা মহৈরোয়শিংনা য়োল্লকপা ফিরান মচা অনী অহু ফাওবা অশাংবা পিন শিল্লগা য়াল্লিবা কেলেন্দরদা কারনদা থেৎলম্মে। চান্নবা মচুগী চান্নরবা মফমদা লৈরবনা মশক থোক্লম্মে। চেথী-চেকুম থাধনবা পোলাং অহু ফাওবদা থরুং মফম চারম্মে।

উবমক্তা মোমোন তৌহ্নুনা কোয়না তপ্পা লৈ-লৈহ্নুনা য়েংলুই। অহান-বদা মমৌদা থাজরুই। মখোগী থুং হান্নদগী থঙলকপনিনা কুইনা থাজরুবা ঙমদে। মথংদা থল্লুই— বৃন্দানা এখোয়গী নী লীকপসিদা হৈ-শিংবী কনা-গুম্বী অমা থম্মবরা? অহুস্তু অহল মঙোন্দা তান্নরমদবন থাজদে। ব্রাফম পূন্নমক বৃন্দাদি মাগী বাবাচৌগা তান্নজবনি। য়ারোই পঙলবা ফাওবদা তান্নদনা তোকপা অমুক্তা য়াংথিদ্রিবনি। মন্না য়েংলগা শন্দ্রেম্বীগা পেগ-মিল্লনগা নীংশিংবা হৌরকপগী অহুদা মালেমম্বা কোফী পুত্তনা চঙলক্লগা পোঙনা হায়রৈ—

— কমদোই পুপু: ঙকপ্রা!

— ও—! ইস্নুনিদনা! য়াম্না হৈরে। হৈ শিংবা হায়বসিদি ফদিগোম শোইরগা থাকপদা ফাওবা উবা য়াবনি।

— পুপু, ইমাসি পুপুনা স্কুলদা তম্বীরকই হায়না?

— মাল্লে। পুপুগী ফিলোজোফী লৌই।

— এ, বোইবোই ভাব তারেদনা। পরীখাগী ফলদবু থঙক্লাত্রি!

— ঐনা থ্বায়গী মকোক্তা লাক্কনি। য়াম্না ফজনা তৌথি।

— মহু অতৈদদি হায়রমু; এডোনগা নংগদি হাই। নখোয়গী

পুবোকহোয় ফাওবদা হায়রু-লাকউমু। (মমা পোকপা মপুবোক কমলজীৎতা পুবোক কৌই। )

— করিগী, ঐনা থনববো ?

— অথনবা অনীংবা পুম্নমক হায়দোকপা চুমদে। অদুগী মথক্তনে মশাগী অফবা হায়বা ঙাংবসে অতাবনা তানীংদে। মশা থাগৎপা, মচা-মসু মমা-মপা নরুবা মরী থাগৎপসি —!

— চুমদবরা ?

— চুমদবমক্তি নত্তে ; য়াদবমকসু নত্তে মফম, মতম অদুগা তাগদৌরিবা মী অদু য়েংবা তাই। রাঙাং হৈবা তাই। তঙায়ফদবমক নত্রবদি থাগৎ-লুমু করি কান্নগদগে ; মতম মাঙনবনি। ঐগী ইমাঙদদি কায়দেদা।

— অদগনে পুপু ঐ হৌজিক মতমসিদা করি তৌদুনা লৈগনি ?

মনিতোননা মুন্না খল্লগা তাকপা মতুংইন্না য়ুমগী থবক্তা মমাগী অমদি থম্মিবা মনেশিং অদুগী মতেং পাংই। মুংথিল চুপ্পা পুপুগী লাইরিক ময়াম থম্মিবদুদগী মানা পানিংবা খঙগদবা খল্ল-খল্লগা পাবা হৌই। থা অনী-রোমদা মানা হৈনবা লায়না থোকপা মখৈ লোইরগা মতুংদা পূমনৌ নৌনা থোকপা খজিক্তা ফাওবা খঙদবা পায়থৎলকই। পুপুদা, মমাদা, মরক মরক্তা স্কুলগী ওজাশিংদা, হংলুই। তাকললকই। পুপুনা অনকপা সরকারগী ওইবা লাইরিকশঙ অমদা মমিং চনবিরুই। মরক মরক্তা কোয়থোকপা ওইনা চৎলি। মুংঙাইবা অমা য়াওরকপদগী তোয়না চৎলকই। লাইরিক শঙগী মকোক অদু ইঙোবীগা লাইরিক তম্মিন্নরকপনি মানা লাইরিক অমমম অনীনী য়ুমদা পুথবা য়াহল্লি। শংলকপা তাঙ্গা অমদা অঙাং অদুনা পারিবা লাইরিকী মিং পরেং অদু য়েংলুরগা কৌশিন্দুনা শঙ্গোম গিলাস অমা পীথরুগা হায়রুই —

— ইবুংঙো, নঙনা শোক্লিবা হীরম ময়াম অসিবু য়াম্মনদ্রো লোইনা মুংঙাইবা ঙম্রনে ?

— ঙম্মী পাবুঙ।

— হুয়েং কোন্নবা পাগদবা খৱা নও হৌজিক্লা পাবা হোৱে হৌজিক খঙখিৱোই।

— খঙগনিদা!

শীংনরপ হায়রম্মগা থোকলকই। খঙদে খঙঙোই, ঙমদে-ঙম্মোই— মসিনি মালেমঙম্বনা খ্বায়দগী হেন্না তাবা হৈনদবা। ঙমদবা অমত্তংবু অসিনি অতৈদি 'ঙম্মী-ঙম্নি' ঙাক্তনি। শাউরপ থোকলকই। লাইব্রেরিয়ান অদু ঙক্লপ লৈহৌই। অডাং অদুনা পুখিবা লাইব্রিক মমিং পরেং অদুদা য়েংথরুই। নহান লৌখিবা পরেংদা য়াওরিবা মার্ক্স কী 'দি কেপিতেল' উরকই। ঙাইহাক য়েংদুনা লৈ।

মালেমঙম্বনা করি পারি হায়বসি মানা হৌদোরকপা, ঙাংলকপা নৈনরকপা রাফমদগী মনিতোন্না খঙই। রারীম্ব কুপ্পা শাবা য়াই।

নোংমা মনিতোন্না নুপী নহা ওইরিবী অমা লায়েংবা হৌনবগী ওইনা লাইওং খঙনবা কেশ হিস্ত্রী লৌরিঙৈদা মালেমঙম্বা অতে লোনগী খবর অমা পায়রগা করিগুম্বা রাফম অমা হায়গে নত্রগা হংগে চঙলকই। অরুবা অকুপ্পা থবক চত্থরম্বা থেংনবদা হু হুনখিগে তৌবদা নহা নুপী অদুনা খুবাক মইদা ফাওরকপা রাফমদা হেনজিন্না থাজখিবগী রাফম পনবা তাবদগী চপ লেপ্লগা থোঙ ঙাশিন ঙাশিন্না তাদুনা লৈ। নুপীমচা অদু মখুবাক য়েংলগা কপ্পুনা লৈখিবা উবদা মালেমঙম্বা তপ্পা অমুক চঙলকই। মাগী পুপুনা করিনো করি তৌরে হংগে তৌরকপদা মালেমঙম্বনা নুপী অদুগী মনাক্তা চঙশিল্লক্লগা হায়রৈ—

— চেচে, খুবাক মইগী থাজরবনিনা ঐ রা অমা হায়য়ুরা?

কপ্লিবী নুপীদুনা খজিক্তং য়েংথোরকই। কপ্পা তোকপদি নত্তে। মালেমঙম্বনা তপ্পা হায়রুই—

— খুবাকমইনা হায়বা তুংগী রা অসি লৌশিনবা হৈত্রবদি য়াম্না ওন্নগল্লি। লোইনমক চুম্মী হায়না লৌবা য়াদে। চুম্মী চহী চা কয়া কয়াদগী মাম্ন মাম্নবা মইশিংগী কলদা পাদুনা য়েংলগা য়াম্নবা মইগীদি মাম্নবা ফজ

ওইবা য়াই হায়দনা হায়বগী য়ানি। হায়বগী য়ানি মান্নবা ফল ফংদবস্থু য়াই। মই অসি পোকপদগী স্থকালেঙ লেঙদনা লৈবা নত্তে মতাং মতাংগী ওইনা ওনবা য়াওই। হান্নগী মই অহুদা লৈবত্থু ওল্লকপা অহুদদি লৈতে। অতুনা হান্ননা অৱাবা ফংউ হায়বত্থু ওল্লকপদা মুংঙাইবা য়াই-ফবা পীরি হায়বত্থদি খঙখিদ্রবনিনা হায়রক্লরে। অতুনা অৱাবা ফংঙু হায়রে হায়দনা পঙচিংদা চিংনরে। মসি চুমদবনি।

মাগী মথৌ ইনং নত্তবদা চঙশিল্লক্লুনা ঙাংলরবা তাক্লরবা অহুদা মনিত্তোন ঙকস্থু ঙকলুরে; মুংস্থু মুংঙাই। রাখলগী লায়না অমনা নাখি-বদগী ফরক তাহুনা কপ্লিবা মী অহুদদি থোইনা য়েংলুদ্রগা মস্থগী মওং মতৌ অহুদা শংত্রিক য়েংহুনা লৈক্লরে। মুপী অহুনা হরাওনা থোক ওনশিল্লক্লুনা মালেমঙম্বা হায়রকপনি —

— অহুদি ঐ লুখ্রা ওইরোইনা। মহোয়নদি মুপা মফম ফত্তে য়াম্না নৌনা লুখ্রা ওইগনি হায়রিবা। চুমদবনি। মাল্লা? মান্নিকো? কো।

— অহুক শেংনা মইদা য়াওবা নত্তে। মান্নবা ফলগী মতাংদা মী-মীহুগী মওং ফিবম অপান্বা য়েংলগা হায়বা য়ানি। লোইমক চুম্বা নত্তে। ঐ অমুক য়েংঙুরা?

থাজরবী মুপী অহুনা থাজনা খুবাক তিংথোরকই। মালেমঙম্বনা য়েংই। মুন্না ওন ওন্দুনা য়েংলুরগা হীরম অসিদা হৈ শিংলবা অমগুম্না শাংলপ্পা তাকপা ওইনা হায়রকই —

— উম চেচেগী লাইবক্কী পরাং অসিদা ময়াইরাইদগী থরা চথরগা থরা মুংশি মুংশিবা অমা লৈ। মসিনা তাকপদি লাইবক্কী মতাংদা অশোনবা থরা লৈ। অসি ফাওবদি চুয়ে। নাকনগী মই মচা-মচাগী মওংস্থু লৈরি। মসিগীনা কূপথনা য়েংবা তাখিনি। অচৌবা অসিনা উংপসিদা লাইবক থীরে হায়বনি। লাইবক থীবা হায়বদি চেচেদি মুপীনি লৈশা-বীনি মুপা কায়ননি হায়বা ওইরিনি। চেচেনা পুন্সি চুপ্পা লুহোংত্রবদি লুখ্রাগী রা স্থকলৈ লৈত্রেদনা। মুপা লৈত্রবদি শিত্রে; মুপা শিত্রবদি

মুপীনা লুপ্রা ওইবা মারিরব্রো। ওইদ্রে। চেচে লুপ্রা সুংওই ওইরোই।

মুপী অতু হয়াওরকখি। কপ্পা তোক্কুনা হয়াওনা নোকলকই। হৌনা, যাম্না হৌনা নোকলকই। মালেমঙম্বদি হয়াওই। মনিতোনদি লাইবক নাল্ল নাল্লতুনা মরূ লুকথখি। নীংবা কায়বদি নত্তে। মুপী অতু মপা চঙ-লক্কুনা পুথবা মতাংদা হংলুই--

— যোই বোই, নঙদি ময়ামসি কদায়দগী হৈরুই ?

— হৈরব্রা পুপু ঐসে ?

— মাল্লে।

— মানবতা নত্তে হৈরবনি। ফজনা, যাম্না ফজনা হৈরে। পুপুগীসু য়েংবিগে কদায় য়েং হান্না তিংথোরকউ।

— ঐদি কৈদৌননি পেনশন ফংগদবা চহী অমনীদা মঙাইরম্মনি। লোই-শিন্নক্লে।

— অরোইবা তথায়দনি রিয়েলিতী মায়োক্লপদৌরিবদি।

— এ! মালেমঙম্বা!

অঙাং মতীক নত্তুনা হায়দোরকপদা মনিতোন অমুক্কসু ওকই। চাউ-থোকপা শাগোন্নবা মুংশিবগী ঈনোং অমা লাকপনি। মপুগী খুবাক মই য়েংই। মানা হায়গদবা কন্না হায়রিডৈ নরক্তা মনিতোননা হংলকই—

— নত্তে, কদায়দগী কনাদগী তম্মুরিবনো'।

— তম্মুবা নত্তে ঐনা তথক্তুনা পারুবনি। হয়েংসু অনৌবা লাইরিক থরগা লৌরকনি। মতুদনা হেন্না যাওই হায়।

— কনানা হায়রিবা ?

— 'নো অয়ার ফিয়ুচর' গী প্রোফেসর ওজাদা।

— ও, দাক্তর পানিগ্রাহী ?

— ঐ! অতু থঙব্রা পুপু ?

— মরূপনি। য়ুনিভরসিতীদা তম্মিন্নরকই।

— মা সাইন্সকী—এস্ট্রোনোমী— ওজা ওইরম্মী হায়। যাম্না হৈ।

— মহোমদা পঙচঙ চঙঙ্ নুদা বোইবোই।

— করিগী ?

— তুংগী রাসি য়াম্না মরৌ লৈবনি। অচুম্বব্ চুমহনবা অরায়বা নত্তে। মায়ওন য়াম্বা লাইবক্নি :

— করি হায়বনো অহুদি পুপু।

— ঐশু খওদ্রি।

অখণ্ডবা হায়গনবা মনিতোন মরক মরক্কী করি করিগুম্বা মতাংদা খণ্ডদবা, সুকখণ্ড খণ্ডদবা রাফমসু হেক হেক হায়বা থেংনৈ।

নোংমা সুংথিল অমা মালেমঙম্বনা মাগী কাদা খুথাকমইগী অনৌবা লাইরিক অমা ফাক্লগা চাউথোকহন্না উনবা মিংশেল অহু খান্দুনা মা মশাগী মই কন্না য়েংলিঙৈদা থোঙ্গাল হাংদোকখিবগী মখোল তারকই। য়েং- থোকলুই। সুপী মচা লৈশাবী অমা পুঙৌ ফনেকক্কা ইম্নফিগা য়াম্না শেংবা শক্তমদা চঙলকপা উই। চাউথোকহন মিংশেনদা কুপ্না য়েংলুবগী মমীৎতু মশেন-মরাং উবদৌনা তৌই। ফিজিনা অমুক্তং নাম্থোক্লগা য়েংলুই। লিম্থোইঙম্বী ওইরম্মী। থা মঙা-তরাককী মমাঙদা মখোয়গী স্কুলগী সুপী- মচাগী পিজোলদা উখিবদা পীক্লা চোং-ফন শান্নবদা য়াওবোই য়েংবোই তৌতুনা লৈহৌবী লিম্থোইতু ঙসি খংচাউ চাউরম্বা উবদা মালেমঙম্বা ঙকউরে। চন্দোন-চরা নীংথিনা থিল্লদনা লাইবক্তা সিন্দুর হাইফেৎপা অমগা মপুঙ ফারবী অমগুন্না তপ্না তপ্ন চঙলকই। মথুৎতা থম্বাল অশংবা মচা অমা পায়রকই। চাউরৈ কনবগী ঙাক্ততু নত্তবদা মশাতু মহৌশাগী ওইনা মপুঙ-মরৈ ফারম্মে। থরায় য়াওনা পায়রম্মীবা মশিনতু খজিক কাউরুরে। কাইদ-কাইদা চঙলক্লিবী লিম্থোইঙম্বীদা য়েংতুনা লৈরুরে। হাম্নগী অঙাং ওইবগী মীংয়েংগা ইমান মান্নদে। নহাগী মোমোন অমা য়াওবগুম তৌই। তথক্তবসু নত্তে। ফেনাৎ লৌথোক্তুনা কাথৎলগা থোঙগী মীকৌ মন্দিলাদা নমগে তৌরকপগী অহুদা মালেমঙম্বা থোকপকই- — লিম্থোই। লাউ চঙলকউ।

— আই ! ঐদি 'লিন্দু' হায়বোই নীংদনা শাউগে তৌরুরে নহাক লৈবোইরে ।

— ঐঙোন্দা 'নহাক' হায়নু হৈনদে হায়রগা । মিং কৌ, 'নঙ' হায়য়ু হায়রে ।

— কৈদৌগে ! হেক উন্নবগা খংনবা হেক্তা হৌই ।

— মরম লৈ হায়নু ।

— নহাক্কী অস্তীনা পাবুঙদা 'নহাক' হায় হায়বদো ?

— হোয়নে ইমানা বাবাদা হায়বা মাল্লি মুংঙাইতে । ( ইকাইরপ নোকই )

— হোয়নে ফরেনে ; হায়জররোই । ৱা অমা হায়গে চঙলকপনি ; ইমান-নবগী মমাগী উসোব গোবিন্দ-মন্দিরদা কৎপা য়াওরুবনি ।

— হোয়নে অতুগুম্বা অমা মান্দনা য়েংঙম্মিনি । নঙ ঙসিদি চান্নবা মাল্লি ; য়াম্না ফজে ।

— ঙসিদমক ফজবা নহানমখৈদি ফজদবা ।

— ফজরমগনি ঐনা উখিদবা ; ঙসিদা উবা । চঙলকউ ফম্মরাউ । নঙনা কিজৈ হায়বা পুপু দাক্তরতু লৈতে ।

— হৌজিক্তি কিজদ্রেদা । ঐ চঙদ্রবস্থ য়ারে । নহাক্কী—ও, সোরী ! নঙগী ইংলিশকী অশেম্বশিংদো ঐঙোন্দা পীয়ু, ঐখোয়গী মিসনা অতুদা হায়দুনতা লৈ ।

— করি হায়রিবা ?

— য়াম্না ফজে নম্বর য়াম্না ফংগনি হায় ।

— উম মিসনা শেমদোকপিখিবনি । অতৈদি পামদ্রা—সাইন্স, অঙ্ক, ইতিহাস ভুগোল মৈতৈরোন ।

— মৈতৈরোনগী নম্বরনা অতৈসু লোইনা পাম্মী । য়াম্না পামমল্লি হায়রক-কদ্রা হায়দনা ইকাইদনা তৌবনি ।

— আই নঙ ইকাইবা খঙঙকঅবোরে । ঐদি স্কুল ছুতী থানরকপগী অতুদা লম্পক্তা ঈশীংপতু অতম শীংলিবোই নীংই ।

— নহানরাই অমুক্তং ইরেজর তাখিদনা খুনগে তৌবগী শীংখিবতুবু !

অসিদা হায়দনদা লৈ। ময়াম মমাঙদসু "ঈশীংপী ঙা কয়াম ফারে ?" হায়দনা হেক্তা লক্লরকই। ইকাইজবনা !

— হৌজিক্তি লক্লররোইদা নঙ লৈশাবী ফাবা মাল্লবনিনা। ফম্মরাউ চঙঙকখো ; লোইনা পীগে।

— হৌজিক পুথ্রগে ?

— হৌজিকমক্তি মুংঙাইরোই। আদা লোইশিন্দুনা থমখ্রে। হুংচিং নোংমাইজিং মুমীৎতা ঐ থিল্লক্কে। লাকখো হৈ মহি থকখিসি।

লিশ্লোইঙম্বী চঙনীংনা চঙলকই। হৈ শেম্মীদৈদা লিশ্লোইঙম্বীনা মুম্না য়েংঙ্রগা হায়রকই—

— ঐমা ! নঙ খুবাক মই য়েংবা হৈব্রো ?

— য়াম্না।

— ইক-ই !

— উব্রো লৈরিবা পোৎ লাইরিক পথাপ কম্পাস—ময়ামসে।

— ঔ, উইয়ে। ময়ামসি মই য়েংবদা চঙব্রো ?

— চঙইবনি। পৃথিবীগী খ্বায়দগী চাউবা মই য়েংবা ওইদৌরিবনি। খ্বায়দগী চাউবা মীগী মই য়েংলগা চপ চপ চানা হায়বা ঙমদৌরিবনি। কদায় নঙগী য়েংবীগে।

— ঐদি অচৌবসু নত্তনা— ।

— চাউরোইদ্রো ? করি ওইনীংই হায়রু ? করি তমনীংই।

— ইমানদি দাক্তর তম্মু হায়না কম্না হায়রি।

— উম— ! দাক্তর দাক্তর দাক্তর মনিপুর অপুম্বসি দাক্তর ইঞ্জিনিয়রদা লোইরে। লায়মা অসি নখোয়গী ইমুংদতা নত্তে ঐখোয়দসু শন্দোরক্লবনি।

— অত্তীমু পামজব্রা ?

— ইমাগা পুপুগদি ঐনা পাম্বা অমা তৌ হায়। ইমাগী পাবুঙ পুপু অমগা ইবোক অহুগনা কম্না হায়রি। য়ানোম্বা হোনরে হায়রি। ঐনা শাউদনা অহু ওইরবদি ঐ মুকতম তম্মোই হায়বনি।

— করিগী ? য়ানোমদনা তমনীংদবগী ?

— অতুগীসু অতুগা ঐনা পামদবগীসু। সুকপাম পামদে।

— করিগী ?

— করিনো মীনা পামজদববু করিগী—হংলিবো। নঙনা পামজবা মুপা অমা লৈবদা করিগীনো হংবা য়াগদ্রো !

— ঐ - মা !

খজিক নোকমিরিঙৈদা মতম্বাক্তা লৈরিবা মথূৎ অতু মালেমঙম্বনা তাপ পায়রকই। পায়রকপমক্তদা মফম ইখঙ খঙদনা লিম্হোইঙম্বী শার লাউই; খোঙদগী তোন ফাওবা তু থ্যাউ চুংই। মশাতু শাগৎলকপগুম তৌই। চিংশিনগে তৌই। মালেমঙম্বনা পায়শিন্দুনা ফারগা নমতুনা য়েংনবা লাক্লে। নমতুনা ভিংথোকহল্লি লিম্হোইঙম্বী য়ানীং য়ানীংনা মা-নীংদবা শানা য়াবা তাখি। য়েংখি। মুন্না মিংশেলগা খান্দুনা য়েংলুরগা য়েংনা য়েংনা হায়রকই—

— পুন্সিগী ওইবা লাইন্দি লোইবা ফাওবা ময়েক শেংই; কুইনা পুন্সি-গদবা মাল্লি। নশানা শিজন্দ্রগদি কুইনা চহী ৯০/৯৫—১০০ ফাওবা পুন্সিবা য়াই— ।

— অস্! শিদ্রগদি হায়বা কো ?

— অঁ শিজন্দ্রগদি। অদগী নঙগী থমোয়গী লাইন্—মই অসিমদি— !

— কৈদৌরে ? থমোয়গী লাইন্ হায়বসু লৈব্রো ?

— সে, সে সিনি। মসিগী অসিদা, মসিদা, অস্বায়দা থবৎ-থবৎ ককপগী মফম লৈরিবসে, মসিনা তাকপদি—ভাইখো লিম্হোই নঙ খুবাককী য়ারোল অসিদা থাজবা লৈব্রা ? ফজনা থাজব্রা ?

— চুম্মগা থাজরে চুমদ্রগা থাজদ্রে। মীনা হায়বা লোইনমক থাজবা হায়-বতুদি তৌরাক্রে।

— অঁ অতুদি ফৈ। মুপা মফম য়াম্মোই।

— ঐ—মা ! সে লোইতুম লোইরো খুদাং চোকলে।

— ঐনা হায়রিবসে মরম লৈবননি। হায়দি হায়গে মইদা লৈবনিনা। অহুগনে মইগী রাসি খয়া ওনবা অহুম য়াবনি। থবক্কা ইথৌনা অমুকসু চেকশিনজবা রাখলনা ফনা য়াম্না ওন্থোকপা ঙাকথোকপা শেমজিনবা য়াবগী রা লৈ।

— হায়রো কৈদৌরগে। রাহৌদোক্তা মতম লোইনা লোইখিদৌরে।

— নঙগীনি লিম্থোই, নথমোয় চাউনা চাউনা কায়য়ু হায়বা লৈগুম তৌই।

— কায়ননবা থগোম্বু লৈত্রিদা মালেম— ।

মালেমগা লিম্থোইগা পঙহন হন্নবা নত্তে। থা খরদনি মালেমঙম্বনা হনবা ; তম্মিন্নরকপনি। মায়রম্বদগী মালেমদা অনীরক দবল প্রমোশন ফংহনখিবদগী রাসতা মথং মথং কাপ্পবনি। মহুগী মুংঙাইজদবা অমসু লিম্থোইদা লৈরম্বনি। প্রাইভেট তম্বিবা মখোয়গী মিসনা মালেমঙম্বগী লৈজবা মঙলবু থাগংতুনা ঙাংবদগী শাউবা হনখিবনি। শকফম খজিক হঞ্জিল্লগা হায়রকপা মালেমঙম্বগী রাঙাংদা লিম্থোই কন্না থাজরুবা ঙমদে। তথকনা মকা লামজরকপা মথোয়দা মাঙজৌননা পীরকপা চেকচিন-রাগী মকম থোইনা লৈতবদৌনা তৌই। তত্তনা ওনশিন্নহুনা খংনখিবা, ঙাংনখিবা, চৈনখিবা হান্ন হান্নগী মালেমঙম্বগী মথায়দা হান্নগুম য়েংবা ঙম্মক্তবগী ঈচেল অমা চেলকই। মই য়েংবা লোইরবা ফাওবদা মথুৎ নাম্মহু তপ্পা লৌশিনজনবগী থৌনা ফাওবা য়াওদ্রবগুম তৌই। মালেমঙম্বনা তপ্পা মতম্বাক্তা অমুক শিন্নরক্লবা মতাংদতা চান্নবগী লৌশিং লাকই। চৎলমদাইদা মালেমঙম্বনা হায়রুই —

— ফিদি—দখিনা ?

— নঙনা পাম্বা অমা।

— অমা হেক্তা ?

— হেক্তা। ঐনা ঙমগদবা।

— নঙগী লৈ অহু পীরম্মো।

— অসিথকতং ?

— অতৈদি কোন্না হায়রক্কে।
— ঐ-মা! কোন্নস্থ লৌনব্রো ?
— পীবু পীরবদি কোন্নস্থ হৌজিক্কা চপ মান্নে।
থিন্দোরকপা মতাংদা চংনা চংনা লিষ্ণোইঙম্বীনা হংলকই—
— নঙ নশাগী মইস্থ য়েংজরম্মনি ?
— ঐগীদা হান্না য়েংবা তম্মিবদা।
— নঙগী থমোয়গী লাইনদি কমদৌই ?
— নঙগীগা মান্নবদোনা তৌই। অহংগা—
— কৈদোবা ?
— ঐদি পুন্সিগদবা মান্দে !
— হৈ ! তৌহৈব্র তৌহৈদব্র ! নঙগী মইসি থাজরোইদৌরে ঐ।
— ঐদি থাজনা হায়বনি লৌবা লৌদবনা নথোয়গী.

লৈ অহু পীরম্মগা তপ্না তপ্না চংখি। মালেমঙম্বা লেপহৌই। ফনা কুইনা লেপ্পুনা য়েংহৌই। লিষ্ণোইনস্থ য়েংহৌই হায়বা থঙই।

নোংমা লৈবাক অপুম্বগী ওইবা চাউরবা বন্দ অমা লৈ। লৈবাক্কী লালহৌবা কাঙলুপ খরনা পুন্না কৌমিন্নবা বন্দনিনা নীংথিনা মায় পাকই। খরায় অমত্তা চেক-মোক লাউনদে। পুং নীফুনিপানগীনি। অয়ুক অহু বৃন্দানা চাক থাগংপা হৌরকপদা চাকথুনগী গ্যাস লোইথোকখরে। মরম অমা নত্রগা অমদগী ইলেক্ট্রিক লাকতবা হুম্মি সুরে। মমানা মৈফু অনীমক মৈ অমুক্তা থাগংলু হায়বদগী মালেমঙম্বনা চুরী ময়াদা থাগংলি। কয়া নীংথিনা ফজনা থাগংলে। ফি মচেং অমদা তেরসিং লুপ্পগা মৈ চুহুনা হান্না হাপ্পগা শীং অপাবা মচা-মচা খন্দুনা হাপ্লি ; খরা-খরা চাউবনা মথক্তা যৈনা ফৈনা লোনশিল্লি ; খরা অমুক চাকলক্লবা মতাংদা অচৌ—অচৌবশিংনা মথক্তা নল্লি। অশাংবা য়াওবশিং অহু থুদেকতুনা মৈফু মপান্দগী য়ান্না হেন্দোকহন্দে। মৈখু চেল্লক চেল্লকপা মায়কৈদা শীং থোক থোক ওন্দুনা পোইরৈ য়েং য়েংনা চাকহল্লি। মৈফু অমা থাগংলগা অনীস্থবহু

পায়ত্রিঁউদা মহুংদা ঈরুজরিবা মমা লোইরব্রা পুশিনবা য়ারব্রা য়েংবা চঙলুই। থোকলকপদা অহীংদগী মংলকপা অপাইবা নোংহৌ মচা অমা খংতা তারম্বনা মৈহু মুৎলি মুৎলি তৌরম্মে। মথকলোমদা হাইরপ য়েংলম্মগা হাংগ্রনি হায়বগী রাখল অমা লাকপনা মৈফুহু অহুম শেমজিল্লি খরা অমুক চাকখৎলকই। অমহুমুক থাগৎলি। অপাইবা নোংহু পদং-পদং অমুক তারকই। মপুও ফানা চাকখৎলবা অমহু পায়ফমদা কোম্থ-হুনা পায়রগা পৈথোক-খোক্তোক্তুনা মমীং মমায় খজিক স্নুগৎতুনা মাঙ্গো-নদা থাঙ্গংকে তৌরকপগী অহুদা নোংহু খংলেপ অমুক লেপখ্রে। থাঙ্গৎ-তরে। অমহুমুক থাগৎনবা অচাকপা মচা-মচা খরা খাইবা হৌরকপগী অহুদা নোং অহু পোপ-পোপ অমুক তারক্লে। মালেমঙম্বা কদোমদগীনো খঙহৌদে পিং লাউই; মখ্বাং মেত্তুনা খংতিং তিংখত্তুনা লেপ্লগা নোং-থক্লোমদা শংত্রিক য়েংহুনা লৈ। নোংলিক অচৌবা থকথ্রগা মকুপ কুঙনা কল্লপ তারকই। মথকলোমদা লৈংহুনা হাইরপ য়েংলম্মগা খিল্লিবা তেরশিং লিক্লিহু তাপ লোরগা মৈফু অনীদা জোরো জোরো হৈংজিল্লি মৈ ক্রুং-ক্রুং হৌদুনা কন্না চাকখৎলকই। নোং অহুস্থ খুদক্তা কনশিল্লকই; ব্রা-ব্রা হেক্তা তারক্লে। মালেমঙম্বনা মখা চীকই; লিক্লি অহুদগী মৈফু অনীদা তাউবা মথৈ হৈজিল্লি। নোং হেন্না কনশিল্লকই। থাউ তেংনা হেক্তা উম্লি। মৈ অহুম মুৎখ্রে। মশা নীক্লা শাউরবা মালেমঙম্বা ইচোং চোনা চেনশিনথ্রগা তেরশিং তিন অচৌবা খাইবোক চন্না য়াওরিবহু পায়রগা চেম্থোরকই। মখুম হাংবোই হাংদবোই তৌরকপগী অহুদা ঙসাই হেক হৌবদগী য়েংলক্লিবা পুপু মনিতোন অহু নোক নোক্তুনা চেম্থোরক্লগা মস্থবু খুদাং তাপ পায়হুনা খাম্মগা দারীদা চিংখৎলি। মালেমঙম্বা মখুৎনা কম্থৎলগা চোংথখিগে তৌই। মাগী পুপুনা হৌনা নোকপা উবদা মালেম-ঙম্বনা অমুক্তা হেন্না শাউরকই। ফন চোংথখিহুনা অহানবগী মৈফুহু কন্না লৈঙ্গবী থাহুনা কাওখি। মৈফু অহু খোঙ্গাওবী বোল পাইবগুম পাই-থ্রগা শঙ্গোয়গী চুরীদা লৈহুনা তাখি। অমহুমস্থ কাওগে তৌরকপগী

অদুদা মনিতোননা কোনশিন্দুনা ফারগা চিংখত্তুনা থম্মে। মালেমগুম্বনা ঙেক ফমথরগা নোংথক্লোমদা খা-না য়েংখংলকই। মমীৎতা মপি শিন্থরকই মশা অদু নীকলকই। নোং অদুম হাংখরে। অপাইবা নোংনি। হেক হাইদোকখিবদা য়াকফম ৎোকপা মুংশা ওইরবসু মেগুনা হাইদোরকই। বৃন্দানা হিদাক লিক্লি পায়দুনা চেম্পোররগা ঈহং-নাইহং শানা শোক্লবা মচাগী মখোঙ খোঙবী অদুদা তহ্ তহ্ তথক-তথক হিদাক হাপ্পি। ঙাইহাক লৈবগা খরা ঈংথরক্লগা মতাংদা মনিতোননা মমুগী মকোক্তা খজিক -খজিকুং নাল্লগা হায়রুই —

— বোইবোই নেচর -মহৌশাগদি শীংনরোইদবনি। মাগা মায়োক্লবা হৌনদে মাগদি ঈরোয়ননা চংকদবনি।

— নেচর ঐগী য়েক্লবনি।

- নত্তে; মহ্ সুকনং নত্তে; মহৌশা হায়বসিদি ইপা-ইমানি। মহৌ-শাগা সন্ধি তৌনদুনা, চুংশিন্নদুনা লৈবমক তাবনি। য়ারোইদবা ঙম-মোইদবদা মুকপা কান্নরোই। শিংদবা ওইগনি। মাঙ্গোন মচীদা পুখৎতুনা থাগ লম্ববদি চাক ঙসাইনা চারনি। নশাসু চোৎলোই নখো-ঙসু শোক্রোই; নোং চুবগী মুংঙাইবসু ফংলমগনি। করি কান্নরে সে! লাউ নখোঙ শোক্লিবদু হিদাক কাপথোকপিগে তিতানসকী মহীকসিদি মুাশিৎতা অদুম পাইদুনা লৈবা জাৎনি।

নীনি ছুম্নি মতুংদা 'ঋগ্বেদ'গী মৈতৈরোন্দা হন্দোকপদু অমুম পার-হ্বদগী মমা ঙাইবা ওইনা থোও হাংদোক্লগা মপান থোরকই। থেঙলপ্পা ফুদোংলকপা থাজগী থাবলনা পুমলং লংলম্বা থেংনবদা মরম ইখঙ খঙদনা মুংঙাইবগী ইপোম অমদা মথমোয়দা কারকই। থাজগী মচেক নাইরপ তৌবা মাইহীং অদু কনাগুম্বী অমগী লাইবক্তা উখিবা ইরং লংবা চন্দোল মাল্লকই। খন্থরুরগা নীংশিংলকপদা মপুঙ ফারবা মায়থোঙ অদু অতৈ কনাগীসু নৎলমদরে খ্বাক মই য়েংবদা মঙোন্দা ওনশিন্দুনা ইকাইরপ নোকমি নোকমি তৌদুনা লৈরম্বী লিম্বোইঙম্বীগী ওইরম্মে। করিগীনো?

হংগল্লবা মুপামচা অসিগী লৌশিংগী য়াহংনি। খুমগল্লবা নত্রগম্মু খুম্নবা লাক্লত্নন্তা লৈবা মাগী লৌশিংনা পাউখুম পীরকখিদে। পাউখুম ফংদবা খুদিংগী পেঙ্গখিদবা মথমোয় ঙসিদি তুফক তুফাই ইচন চন্দে; মমাঙগী থাবলগুম তশেং তশেংই তরু তরুনা থোকই। থোক্লিবা মানা খঙবা থরানমিচাক অপিশক অমগুম তথক তথকম্মু তথকই। নহান নোংমা মানা শীংনখিবা নোংদোলগী মপা অহুমক্তদা য়েংখৎলুই। ইহাঙ হাঙবগী মথক্তা ইরঙ লংত্নুনা লৈরম্বা থেংনৈ। মুংফাওনবা মোমোন অমগা লোয়ননা মঙক কাইদ-কাইদ নোমখি। লোয়শঙগী জীপ অঙৌবত্নু মমাবু থোঙ্গান্দা থনম্মগা চৎখিবা উবদগী থাবলগী য়া কাউই। চঙলকলিবা মমাগী মনাক্তা চেনশিল্লকই। হান্নগীগুম নমাগী খাউ অত্নু তাপ লৌরগা পাক লাত্তুনা চঙমিন্নরকই। মমানা ঙসাই মিতিংদা চারক্তবা অচাপোৎ খরত্নু লৌথোক-তুনা চানবা পীরগা অনৌবা চেফোঙ অমা লৈরকপত্নু পি। হায়রকই —

— নহোয়গী পরীখা হায়দোক্লনি হায়নহৌই।

— পুপুনা ফোনদা হায়রকই। য়েংলক্কে হায়রকই। পুপু পেঙলকপা য়াই ইবানী চাক চাথোকলম্মো হায়রকপনি।

— ঐদি চাকপু চানীংদ্রবনি। ননে পম্বালত্নু চাক লোইরম্মব্রো ?

— মচা মশা ঙমদ্রে লাক্লরোই হায়রৈ; মচানুপী লাকঅম্মী।

— মাগী মচাসি ঙনখিদ্রেদা নীনীদা সুনা লাক্কে পৈশাদি থা ফাবা ঙাই-ঙমদে পীয়ু হেক্তা হায়।

— চাক ঐ থোংবিয়ুরো ?

— চাবা ফাওবা হৈতবা নঙনা থোংবা য়াবা হৌনদেদা বোই বোই।

— হে - হে ! করি লমগী মথেল মথেল চানীংই হায়য়ু—আমেরিকান, চাইনিজ, ইন্দিয়ন ইন্দো এশিয়ন— ?

— মনিপুরী। শেংপ্রবা মৈতৈগী মথেল।

— অত্নুদি চক্ষুং, ইরোম্বা মোরোক মেৎপা উতি—।

— মুংদান্দা উতিদি নঙগী ইমৌনুপীত্নুদা হেক পীজৌ।

— লৈরব্রনে ? কনানো ? মমিং হায়য়ু। কয়ুমনো ?

— চরো ! মমায় কয়া কনখ্রনো ! সে মুংঙাইতেসে কোল্লকয়ু।

পীক্লিবা অঙাংগুম মমাগী মনঙ্গদা চোংখৎলুই। মমাগী মখজাইদুদা চুপ্পুই —

— ইমা পলেম মুংশিবী।

— মুংঙাইতে সে স্বর ফুল্লি হায়বা !

হৌদোং মচানা মপীদা শারাক তৌদুনা শান্নবগুম চঙলকই। মমা-শাবী বৃন্দারানা মুংদা ইপেন পেনজৈ। মপুরোইববু নীংশিংলকপদা মপি ঈরা থজিক চেল্লকখি। মালেমঙম্বদি উখি-থঙখিদে। তাইবঙ পুক্লিংগী মায়ওনবু কনানা তম্বা ঙম্বা। নোং মুংশিংমক নত্রবদি মেরা থাগী থাজী-নদা পাইরিবা তেলঙ্গাগী চপ চাবা মায়কৈ থঙনবা নত্তে।

অয়ুক ঙন্তা, পুমঙান ঙানবা হায়বদু ওইদ্রিবৈদা লিম্মোইঙম্বী মথুংতা খবর অমা পায়রংনা তহা-তহা চেল্লকই। হরাওনা চঙলক্লুনা কোফা থাগংলিবা বৃন্দারানীদা হায়রৈ —

— অন্তী, অন্তী পরীখা হায়দোকলে ; মালেমঙম্বা তরাতন্নক স্নুবদা লা-কলে। তো, মথং মনাউ কুন ফাওবা হায়দোকই। মাবু থঙখ্রব্রো ?

— থঙলবনি।

— মাগী অপেম্বা লোইনমকতু ঐনা লৌরবনি। ঐখোয়' মিসনা হায়বা চুম্মে। মাবু কদায়দা লৈবগে ?

— মাগী পুপুগী মনাক্তা চঙখিগুম তৌবনি।

লিম্মোইঙম্বীনা হরাওনা মনিতোনগী মনাক্তা চঙলকপগী অহুদা হান্নদা লাকই হায়বা থঙলবনা অহলনা কৌরগা হায়রকই —

— লিম্মোইঙম্বীরা, লাউ।

— পুপু মালেমঙম্বদি ?

— লাকখো চঙলকখো রা হায়গেনে।

— কৈদৌরে পুপু।

— ঐখোয়' বোইবোইদো তুরেনপাল্লোমদা হান্নগীগুম রাকিং চৎকনি হায়-দনা চৎখিবনি।

— পরীথাগী পাউ তারে হায়বদাইনে মাবো ?

— তারবনি। অতুগী মথরায় যান্না নুংঙাইতবা মাল্লি।

— ঐ-মা ! করিগী ফাস্ত´ দিভিজন, লেত্তর, মরী ফংই, তরাতরূক স্নুবদা লাকই হায়বসি খঙদ্রিবো ? তো ঐনা পুরকইবা—

— খঙলবনি। ঙরাং অহৌংনা হেক হায়দোকপগা খঙলবনি। মশা চৎতুনস্নু য়েংলুরবনি।

— অতুগা করিগী নুংঙাইত্রিবা ঙাওরবা জাৎলো মাবো !

— ঙাওগুম জাৎনি। অতৈদকাদি রারী থোইনা শারু—লাকউন্নু ; মীনা তাবদা নুংশিখিরোই। নঙবুদি কায়দে। খ্বায়গী মকোক্তা লাক্কনি হায়দনা খঙ্গরম মাল্লে। অতুগী নুংঙাইতবগুম উই। তাঞ্জা চাদনা থেংনরবদি খরা থাগৎলম্মু য়ারগনা খরা থেমজিল্লু। নমান্নবা মশেন থেম্নবসি লৌনবনি। হাই, লিস্থোই য়েংঙোই, ঐনা হায় হায়বদি খঙহল্লুন্ন।

— মাদি পুপু খঙগল্লি লোৎপা কান্নরোই। থেংনরবদি ঐস্নু থেমগে। কৈনোনে মকোক মথং হায়তুদি লাইবক্কী রানি ; মাগী অসিস্নু মকোক ওইবগুম্বনি।

'মাস্নু পেনমন্দবা হায়তুনি'—লিস্থাইংস্বীনা চৎনা চৎনা খল্লকপনি। লম্বেন্দা অমুকস্নু নুংঙাইরুই, অমুকস্নু কল্লকউই। লোইশিল্লকপদা মঙোন্দা মতাং অমদা পানবা য়াওখিবা নীংশিংলক্‌না নুংঙাইবিরুদে। চৎনা চৎনা থেম্বগী ঙাংবগী হুরাওবিবগী রা নক্তনবদা মাগা উন্ননীংবগী ইহুল অমা কন্না ফাওরকই। উন্নতুনা রারী শানীংবগী অপাম্বা অসি লিস্থোইঙম্বীদা ফাও-রকপা কুইরে। ইকাইগুমস্নু তৌই। মরক মরক্তা লাকখিবদা চিংনবা হুজোইবা লৈখিদবতু ঙসিদি বৃন্দারানীনা মঙোন্দা য়েংলকখিবতু মঙোন্দা শ্যাউবীং শাউবীং লাউনা থোকখি। মনিতোননা কৌশিল্লকখিবতু কন্নি

হায়রক্কদৌরিবনো হায়না চিংনরকখি। মতুমক্তা চান্নমা হঙ্গোইবদি নত্তে। ময়েংলুরগে খন্দুনা তোর্বানলোমদা লাকই। রাকিং চংনবা ময়াম লৈবনিনা চিংনদে। মালেমঙম্বা থেংনত্রে।

মুংথিল তাল্লকতা লিহ্মোইঙম্বী মালেমঙম্বগীদা লাকই। খোঙউপ কাপ থারম্বা মালেমঙম্বনা চেম্মোরক্তুনা ওক্লে। হরাউবা মাল্লি।

— ঙসাই অয়ুক ঐ লাকঅম্মে, ঙম্বা।

— ইমানা হায়, পুপুনম্মু। ঙসিদি অ যৌনা চংলুরে। ঐনা ভাব তারকপদা নম্বোল যৌরমদৌরে। বসতা হাইগংলকই। হৈ থক্কেরা ?

— চা ওইনা থকসি ঐ লোনগে।

— ঐদি চা কোফী থক্কে ; লোনবদি য়াম্না হৈ, ঐ লোল্লক্লে।

— ঐসু থকপোইনা থকপা নত্তে ; তোকঅসি।

— হু ! থকঅদি থকউ কৈনো।

হৈ-শিংলবা চাকশঙলোয় অমগুম্না চা লোনবা উবদা লিহ্মোইঙম্বী নোকফেৎ তৌনা য়েংতুনা লৈ : চা অনী শেম্মগা থম্মবদা লিহ্মোইনা হায়রকপনি –

— নঙবু থক্কে হায়দায়নে।

— রাশকপদি নত্তে, সুকথক থক্কবসু নত্তে ; থকমিন্নদ্রবদি নঙ মুংঙাইরোই। করিগীনো নঙনা ঐ থিরিবো ? করি হায়গদবা লৈ ?

— কৈসু লৈতে। পরীখা য়াম্না রাংনা ঙম্মকপগী মুংঙাইবা ফোঙদোক্কে তৌবনি। য়াম্না ফরে। ঐসু অতুমাইনা ঙমনীংই। করম্না পাগনি নঙগী খুৎপাদু ঐঙোন্দসু তাকউ।

— চাং অমদা অতুম পাউদা। চাদু কমদৌই হাউবরা ?

মালেমঙম্বদা মুম্না য়েংলুবনি। মা মথরায় মুংঙাইফাত্তুনা উই। শকফম হঞ্জিল্লগা রা অমরোমদা পুথোক্লবা হোৎনরে হায়বা লিহ্মোইঙম্বী খঙই। মুংঙাইতবা লোংশিন্নবা লাক্লরিবা মালেমঙম্ববু থেমজিনবগী মওংদা হায়রকই—

— মকোক-মথংগী ৱাসি লাইবক্তস্থু লৈদা। নহোয় কুনগী মহুংদা লৈরব-সিদ্দি নম্বর থর-থরদংদা খেন্নরমগনি। অঙ্কগুম্বা বিজ্ঞানগুম্বা ঙাক্তা নত্তবনিনা চে খোংলিবা ওজাশিংস্থু থরা থরা অতুম খেন্ননা নম্বর পীবা জাংনি। মসি ঐখোয়গী মিস-নস্থু হায়।

— ঐখোয় পুপুস্থু হায় ইমাস্থু হায়; নওস্থু হায়রে। নখোয় অমদি ইমান মান্নরে। ঐস্থু য়াই। খোয়দো শাউগংপগী ৱানি।

— কনাদা শাউদৌরিবা ?

— কনানা থঙনি !

— ঐঙোন্দকাদি নত্তেকো ?

য়েংশিনখিবদা পৈরপ য়েংহুনা লৈরম্মী, মালেওম্বনা থংয়েং য়েংলক-পদা মমাং থজিক তুকখৈ। করি হায়না থুমসিগে হায়না থন্দুনা শংত্রিক য়েংহুনা লৈরিঙৈদা শাওনাংজরবী লিস্থোইনা মায়কৈ লেপ্পুবা অঙাওবা মুংশিং অমা থোঙনাও ফাওহুনা হুমজিল্লকপদগী চোইথোরকপা মশম মনা অনী-মরীহু থজিক হাইগংলগা হায়রকখিবনি—

— কৈদৌরে অত্থমায়না য়েংলিদি। চংলোরা? চংলগে কুইরে।

— ঙাইখো চংখিন্নু। নঙগা ৱারি শাবসি মুংঙাই।

— ঐ-মা! করিগী ?

— থঙদে অমদি। মুংঙাইতবা খোয়দো শাউগংপসি ফৈ। হৈ শেম্মক-খিগে ঙাইহাক লৈখো।

— ঙসিদি থেঙঙে। অঙ্কগী সরহু অয়ুক শংদ্রে হায়দনা মুংথিল ওয়না লাকলে।

— অঙ্কগী সরদি করম্বা ?

— সর শাহনরাজদো।

— ও, সরহুদি ফবনি। তাকপা ঙম্বিবস্থু য়াম্মা হৈ। হৈত্রদো ?

— স্বরদি থরা নমথী। তনবনা তোকঅগে হায়রসিরা থঙদে পাবুঙদা।

— হৈ তোকউন্নু। অঙ্কদা লেতর ফংনবা লাকনৌ।

— নঙদি ফংই। নঙ ওইনা থর' তাকপিরগেরা।
— অস। ঐ হৈরোই। তনস্থু তল্লি। ওজা ওইবসি ঐ পামদে।
— ঙাইহাক ঙাইহাক্তুং উন্নরগা তাকপিবব্ ওজারো! ঐগা উন্ননীংদ্রো?
— উনবুদি উন্ননীংবা ফমিন্ননীংবা। অহৌ নত্রস্থু ফমিন্নদুনা ৱারী শাবা য়াইনা।
— ঐদনা স্থম লাকপদি ঐস্থ তনদ্রো! ইকাইবা হায়বস্থু লৈ।
— আই নঙ ইকাইবা খঙঙদ্রে! ঈশিৎ—
— তু মাইদি শিংলকঅনি। চৎলে; ঙাইরগনি।
— ঐ নহোয়দা লাকউরো লাক্কে।
— লাক্কনু। ঐখোয় ইনেয়াইগু ইশৌ মতা অমনি। মসিদা অমুক্তা হজিন্নদনা মামনা পুত্রদি ফদৌনি।
— অদুদি কদাইদা লাকউগে? স্কুলদা?
— অস স্কুলদবু কদায়দা ফম্মিন্নদৌরিবা?
— ক্লাসতা।
— অদুদবু কনানা ঙাওদে হায়দৌরিবা!
— অদুদি তোকএ? উন্নদ্রে!
— নঙ হায়য়ুদনা। লাইব্রেরীদস্থ য়াই অঙাংগী পার্কতস্থু অদুম য়াই। ঐদি হেক হেক চৎলি-লৈ চারা তুরানবা।
অস! তুরানবা!
— তুরানববু কৈদোগে। শননা চাথোকখিদৌ শরুক য়ুমদা ফজনা থাহৌবনা ফাদ্রে। চংলে। উন্নসি হায়রগা হেক হায়রকউ।
— কৈদৌঙৈ? ঙসিরো?
— অহবু ঐনা খঙদ্রো! লাইরিককা চা লোনবগতা হৈবা জাংনি!
— চাক থোংবস্থু হৈদা, খুদাক মই য়েংবস্থু।
— হৈরোইদৌরিদা!
— করিবো?

— চৎলে।

— চো-চো অঙ্কগী —।

— অস !

লক্সরপ নোকলম্মগা থোকখি। থিন্দোকসিরা খল্লা খন্না মালেমঙম্বা লেপ্তুনা লৈহৌই। থোঙ্গাল ঙাশিন ঙাশিন্না লিঙ্গোইঙম্বীনা লৈহনা য়েংলম্মী। মালেমঙম্বনা মথুৎ খজিক হাইরুই। লিঙ্গোই খোয়রুম মোমোন তৌরম্মী। মাগী খোয়রুম মোমোনদা মমীৎ অনীস্সু য়াওখিবনি। মালেমনস্সু লাপ্লপনা উহৌবনি। উখিদ্রবা মতুং ফনা কুইনা মথুৎ ওয়গী খুবীগী খুজিননা মচীনবানদা কাইদ-কাইদা তক্লুনা লেপ্লি। মফম-মরাং ইখঙ খঙদনা মথমোয়হু মকা লাম্মী। অসিনি অসিদগীনি হায়বদি ঙমদনা তথকপা ঈহৌগী ইপোম অমনা মশা অপূম্বদা য়ৈবগুম তৌই। অসিগুম্বা থমোয়গী নাক-য়েৎ অমুক্তা থেংনখিদ্রি। চৎপ্রবীহনা লৈহনা য়েংলম্বা মীৎ-লৈগা লোয়ননা মোমোন্নরম্বা হৌজিকস্সু নৌহী-নৌহৌননা উরক্লি। অঙাং ওইবগী শিনীংবা মখৈ মুংঙাইরমদবা মঙংহু নহাগী হিংনীংবরোমদা লৈশিল-লকখি। মুংঙাইতবা তাংথক নাইনা হম্বরকই।

মুমীৎ অসিগী মুমিদাংদা, য়াম্না থেঙবা ফাওবা মনিতোনগী কাদা মখোয় মরী রা তান্নরি। কূপ্না খন্নরি। মালেমঙম্বগী মখা তম্বগী মতাংদনি। কমলজ্রীৎনদি তান চারিঙৈসিদা মণিপুরগী মপান্দা থাদোকখ্রসি অসিদা লৈবা কান্নরোই হায়না কন্না হায়রি। মপান্দা থাদোক্কদবনি হায়বসিমদি মনিতোনস্সু য়ারে। মপানগী রা অসি মানহুম কাওথোকপনি। অহবু হৌজিকমক্তি খরা ঙনমল্লি, নৌনা থোক্লি হায়বগী চিংনবা অমা লৈরি। মালেমঙম্বা মশাস্সু মপানগী মওং কন্না য়েংনীংলি। বৃন্দারানীদি হেক হৌবদগী ঙাংলিবা মখোয় অহুমদা অমদমুক য়েং অমদমুক য়েং তৌহনা লৈরক্লি। মহৈগী মগুন-মহাও নীংথিনা খঙবনিনা অচাবা অফবা মফমদা পক্লবা হীরম অমা তমহনবা অসি পামজনা য়ানীংলবনি। ঙসিমকপু থিল্লুবা চুম্মবনি খল্লবনি। লুরিবা অমনা মমা ওইবগী থমোয় অমনদি

ইয়ামক য়াজনীংদ্রি। লৌশিংগী মরৈ কয়ানা হাইজিনবা য়াদবা বৃন্দা অমগী থমোয় অসিনি মৈ-ঈশিং চঙবা ঙমদ্রিবা। লৌশিংগী বৃন্দানা লেপ্পনি—থাদোকখিবা তাবনি; পামজবা মীওং অমা ওইহনবা তাবনি। থমোয়গী বৃন্দানা ৱাজ্জরিবনা কমদৌনা লৈরুবা অত্থগা মানা কমদৌনা লৈ-হৌবা - অসিনি। চাউথোক চাউরবা অপিখক অত্থবু য়েংলগা কনানা ফৈজুপ চিংখৎপিগনি খল্লি। মথা তানা খন্থরি—অঙাওবা অসিদি মফম খঙবা নাতৈ চাবা নত্তে; উপনীংঙে উপ্পা তুম্মী; চেপনীংঙে চেপ্পা মখোঙ মখূৎ তিংথোকনীংবা মওংদা তিংথোক্লগা ফৈনা য়ুংনা নীংতম্না তুমজবা জাৎনি। য়াওনবা থুদিংগী কনানা হৌগত্তুনা চুম্না শেম্মীগনি; কাংখলনা কনানা য়েপথোকপিদৌরিবা! চানীংঙগা তেঙ্গোৎ পাবা মখৈ লেকই চানীংদ্রগনা য়াতোন তংদে! চাওচা তোক্লগা মখূৎ হাপ্পা ফাওবা হৈত্রি; লৈরম্বা বারতিন অমদা চোপ-চা চোপ-চা, তুংলোমদা ফৎ-ফৎ। ঈরীক ঙাক্তনা ফমৈ ৰিবশিংহু পুঙলুপ! কনানা ৱাতেম্বিগনি। ইপোম মচা -মচা অসিদা ঈরাক্লরিঙৈদো মপা কমলজীৎনা—'কমদৌবা করি হায়রিবা মমা নঙনা?' হায়না ওনশিল্লকপদা বৃন্দারানী মীকপ খংথোক থোকপদৌনা তৌই। তথকচনা হায়রকই -

— কমদৌবা?

কমলজীৎ — নঙগী ব্যবহারহুনা কান্নরোই মেমজৌ, চৎহনসিরা চৎহনগুম-সিরা হায়রো। নঙগীনি ঐখোয়না খল্লিবসে।

মালেম — ইমাদি ঐনা থোকপা তৌ হায়নি। ঐনা তল্লিবদি পুবোকনা দাক্তর তম্বা য়ানবা তৌ হায়বসিনি হৈনরোইদৌবা। ঐদি পামদে।

কমলজীৎ — নঙনা পামদবা য়াবা নত্তেনে বিশো, ঐখোয়গী শাগৈ-নাতৈ অসিদা দাক্তর অমা য়াওদবা য়াদবনিনে। কনা য়াওরি! হা! নশাদা খরা ফনবা তৌ নোম্নবদি ঐ লৈরে। হৌজিক্তগী ঙাংনবা হৌরদৌনি।

মালেম — পুপু দাক্তর য়াওরিবসিদিনা।
কমলজীৎ — নঙগী পুপু দাক্তরনা অঙ্গাওবগীনি।
মালেম — ঐবু তম্মু হায়রিবনা অফৈবগীরা।

কমলজীৎ ক্রং শাউগৎলকই। মস্ম-মপু অসি ঙাইহাক্তা তিন্নবা য়াদে। অঙাং পীশক পীক্লিডৈদগীনি। শিংলী অমা ইতিন তিন্নরক্তে। কমলজীৎ শাউস্ম শাউগল্লি। শাউরক্লবদি রা পঙশোয়দা শোয়রকই ; হায়নি হায়রোই খেন্নবা খঙলক্তে ; শক্তিবুগী মায়ওন নাইদবা নোংলৈ অমনি। মসিদগীস্নি মানা ভোং অহুন্নক লেপ্পদা মরীস্নুবদতা চেল্লিবা। উম-উম হায়দনা শংবা হৌরম্মগা চম্নগে তৌরম্বা চুরুপ অহু মৈখেৎ উপুদা চন্নবা নমশিল্লগা হায়রকই —

— নঙ নঙ নঙনবুদি ফৈদদি কোকতাং (হায়গে তৌবনা নাতোনশাং হায়বসিনি। অঙাং ওইরিডৈদগী নাতোন তুম্নপ তৌরগা শাংলপ তৌবা মস্নুদা নাতোন শাং হায়না লক্লে। খঙদ্রিবা অঙাং বিশ্বজীৎনা মাগী খোলহায় অতৃদা চৈতুনা লাক্লবা মানবদগী শাউই। কোকতাঙ হায়বসিনা মালেমওম্বনা মপুদা হায়গদবনি। মপুসি মকোক তাঙই)
— অফৈবগী দাক্তরদি স্নুকতম তম্মোই।
— জিরোদা সাইন্স পারসেন্ত চংপা নঙনবুদি দাক্তর খনবা নতিক্লো! ফেল খুদিংগী চাংয়েংদা ওইতুনা লৈনি। বুহু ঐগুম্বনা হায়ববু পাঞ্জি নঙনা করি খঙদনা!
— চাংয়েংদদি মকোক ওইবিগে তমদি স্নুকতম তম্মোই। চীনফা পুবা খরা কল্লগা ঙম্বা হৈবা মানবজুবু মহৈরো।
— নাতোনশাং লৈবদগী অনাবা শিদ্রিবা নজ্রানে দা-কতর! নম্বর শেমদোক্লগা ওইরকপা আইঃ এঃ এসঃ তৌনা হৈমাংনা মনা হেক শারদনা লোইনমক ইশোক হেক শোকপা খঙবনা অমত্তা খঙদবা। ঙরাংগী ঙাখা ঐনা হায়ববু অহল নঙনা করি খঙই! তমগদবনি! ঐনা তমদদনা চৎনগদ্রা .......!

ফিজিনা মচীন খুমহুন: কম্না থাওলম্বনা মপাগী লেপ্তবা ওন্নবা মতৌ অতৃদা বৃন্দারানী হৌনা নোকথোরক্লে। মনিতোননা নোকমি নোকমি তৌরগা হায়রকপনি—ঐনা লায়েংলিবরা ঐবু লায়েংলিবরা ভাব অমা তারক্লে! মরীমক নোকমিন্নৈ। নুমীৎ অসিগী থন্নবসি মসিদা লোইবনি। থেঙবগী লোইরিবরা লোইবগী থেঙলিবরা মনিতোনদি খঙদে।

অয়ুক্তা, অহীং নোংশোয়বা মমীৎ উইশিনবা য়াখিত্রবী, নাকন্দা য়াত্তাব্রিবা পাখং অতুগী মকোক নাল্ল নাল্লদনা হীক মাবিতুনা লেনখিবী মমা-না মচাগী য়েরুম হৌবি হৌবিনা হায়রকই—

— বোইবোই, তুয়েল্‌ফ ক্লাস ফাওবদি অসিদা তম্মোদা; হা?

মালেমঙম্বা থুমদে। লফোয় মকু খোক্লা খোক্লা মমাবু য়েংলুই। মমানা ফিজিনা নারোনদা মপি তৈথোকখিবতু হাইফেৎ উরকই। চউম্বা নুমীৎতা মমানা মাবু পম্মগা নমখিবা কাচিনগী মেজদা খিল্লিবা ফোতো অহুদা থেংলগা হায়রুই—

— অসিদসু অহুম ফবা ঙাংনিদা ইমা, ইশানবু ফরবদি। ইমানা নুংঙাই-ত্রবদি চৎলরোইদা।

অমুকসু হেক নুংঙাইজদবী বৃন্দারানীনা কয়াদা পেনজখিবা।

# মরীশুবা

মালেমঙম্বা চৎখিবা য়াই হাযবা পাউ অমা লৈবক মচীনগী উপু তুকান ফম্বী মন্দোন অমদগী তাবদা লিম্থোই শাম্ম লাউই। মনেয়্‌ইগী ক্বা অহু লামফোয় ফোম্নবগী মওংদা লৌরগা য়ুমদা চেনশিল্লকই। ফোন তাপ পায়খৎলগা নম্মী। অসোমদগী মালেম পায়খৎলক্ই –

— হল্লো, মালেম ঐনে, লিম্থোই—।

... খঙে।

— পাউ অমা তারিসি চুমব্রো ?

... করি পাউ ?

— নহাক, সোবা, নঙ মপান্দা হংচিং মশেম চৎলনি হায়বিসে ?

... কনানা হায় ?

— ইন্দোন কবোক্লে, উপু তুকান ফম্বীদো –।

... নহোয়গী লৈরক মচীনগীদো, পঙঙংদা ঙা বাঁদো ?

— হোয়নে মানা খঙবনি হায়নে। করিদোনগী চৎতোইবা ?

... চৎপবু –।

— ঐ – মা! চৎতোইজাৎ ওইরমাল্লেনে! ঙাইখো ঐ লাকে. কনা কনা লৈ ?

.. কনাস্তুদি লৈতে ঐস্নু চৎকদবগী ফি শেৎলে।

— আই, তিকেংকী ওইরম্মনি! ঐ লাক্কে লৈরমখো।

... ঙাইখো করিগীনো অথুবা ওইরগা হায়রো।

— ফোনদা য়াদে উম্নরগা হায়গদবনি। লাকউরো, লাক্কে লৈরমখো।

.. ঙাইখোনে ইপা পাখৎলিত্নবু কৈদৌরগে ?

— পাখৎপা কাইনা হৌজিক্তা! ঐঙোন্দদি হায়দবা! ওরাংস্নু উম্নরিবা নত্রা!

... করিনো হায়দ্রিবো। হৌজিক ময়াম গাড়ীদা লৈরে হয়েং অয়ুক পার্কতা থোরকউ, ঙন্না হান্নগী মতমহুদা।

— তো চংতৌরবনি। খঙডে! নত হয়েং খঙনি।

শাউরঙনবা মাল্লি; ফোন ক্রোক থমখি। মালেমঙম্বনা ঙকলপ তাই। শেক্তাগী লোয়শঙ অনদা চৌকিদার ওইবা চীংমী পাগ্রা অমগী মচা মখোয়গা ফাল পরেং অমত্তদা ফমিন্নতুনা তিন্নবা মরূপ অমা ঙসাই অয়ুক মশক খঙদবা মীওই থরনা হাংলম্মে হংলুসি হায়দনা ঙাইরিবদুগী য়েংদুনা মখা ভানা রারী শাখিদবনি। মমান্নবা মখোয় তরুক চংলুবনি। লৈরোন চনবা য়াওরুই। ঙাওরবা মপা অহুনা কপ্পা কপ্পা তপ্পদগী খঙবদি জাং তিন্নদবা চীংমী কাঙলুপ অমগী নহারোল মঙা-তরুক্কা লম্পাক মচা অমদা হকচাং শাজেল তৌরিবা মরূপ অহুবু নোংমৈনা কাপথুদুনা হাংখিবনি হায়বসিনি।

হন্দক্কী চহী খরসিদা লৈবাক্কী অকোয়বদা লৈরিবা চীংশিংদা কাঙলুপ মান্নদবা চীংমী ময়াম অমগা অমগা হাংনবগী, য়ুম মৈ থানবগী চাদা নাউদা ফাওবা থম্নরমদবগী মওংদা লোইশিন্নবগী লাল্লোং অমা লৈরকলিবসি মালেঙম্বদি তাবদি মত্তারগা মসোমদা খোইনা খল্লুদবনি। খঙদবনি। অহুবু ঙসি মাগুম্না চাউজদ্রিবা মমান্নবা অমা তমথীনা হাংলম্বা থেংনরুবদা মথমোয় শোকই। হল্লকপগী লম্বেনদা মথন্নতা খংশাউ শাউরকই; তুম্না হাত্তোক-নীংলকই। কনাবুনো? খঙদে। অমুক খল্লকই —কোয়না চত্তুনা হাংনদনবা হায়নরবদি —?

মুমিদাং খবর পামিন্নবদা মপুদা রাফম অসি হৌদাকলুই। মনি-তোননা মাগী অনোক অহু লৌখোক্তুনা তৈথোকলগা ভাকপা ওইনা খঙহল্লকই—

— বোইঘোই, নঙনা খল্লিবহু চুমদবা নত্তে; য়াম্না ফবা রানি। অহুবু মহুদা নঙনা গোংথোকলুবা য়াখিরোই। নত নহা ওইরি; নশা মী ওইনা লৈত্রি। নঙনা হায়রুবা য়াখিরোই।

— মশোয় মসেল পঙহাত্তা হান্তোক্লরে অঙাং মচা ফাওবা হাৎলে। অসিদি ফরিবরা ?

— তাইবঙ মীসিদি অক্ষবা ঙাক্তুম্ তৌনদবনি। শাউনবা — খংনবা স্নবা ঙসি ঙরাংতগী নত্তে; লাইগা হিংচাবগা লান তৌনরকইহনি। লাই মশেল হিংচাবা মশেলগস্ কৰক-কৰক য়েংশিন্নহুনা হাৎনরিবা তুপ্নরিবা পোংনি। শিবা হাৎনবা তাইবঙগী লীচং অমনি। হাৎনখিসন্নু।

— অস! মশীং য়ামদবা মখোয় লোইনা শিনগ্রবদি পুপু ফগদ্রো?

— ফত্তে হায়বা ৱাখল অসি মখোয় মশেল খঙনরকখিনি। মপালগী পাঙ্গলনা থিংগদবা নত্তে। ঙম্মোই। মুংশিবা মুংশিনবা তাবনি। মুংশিবা অসিদি থমোয়গী লীচংনি। মুংশিয়ু হায়দনা থাঙ নোংমৈ শীংহুনা মুংশিহনবা সুকয়া য়ারোই। মুংবু মুংশিরবদি থিংবস্ য়ারোই মৈ-ঈশিং চঙবা নত্তে। মুংশিবগী মরম মরৈ থিরুবা কান্নরোই। মুংশিনরকপা ঙাইবা তাই।

— ঙাইরিভৈদা লোইনা শিগ্রবদি কমদৌবা? লোইনা মুংগ্রবদি।

— শিরগা শিজরেদনা। মুংখিদনবদি লৌশিং য়াওদবা শা-শন-জীবশিং-গীদি মহৌশানা ঐখোয় লৌশিং লৈবনা হোৎনবিরি। লৌশিং লৈবা ঐখোয়গীনা ঐখোয় ইশানা মুত্তনা থম্নবা কনজনবা ঙাক শেন্দুনা থমজদ্রবদি মুংখিবা কায়দ্রে। মীশীং হুম্হনবা মহৌশাগী খুৎশিল অমা ওইরম্স য়ারি।

— মসি পুপু ঐনা খল্লকপা অমা লৈরি।

— হায়য়ু।

— ঐখোয়গী চহীচা অসিদা ঐখোয়গী নোংথক অসিদা ওম্মোক ওম্মোকপা য়াম্না থেংনরে। কোমেত মথং মথং থোকখ্রে; মশক উদবস্ য়াওই। অহুদগী অমনা বৃহস্পতি গৃহদা কায়হুনা য়ৈশিনখরে। ময়াম অসিগী ফলনা ঐখোয় মীওইবগী থোপতা য়ৈবা ওইবা য়াই। মতা চারবদি মঙাল চহী কয়া কয়া লাপ্না লৈবা অহাংবা মকম অমদা থরানমিচাক অমা, থরা পোকথায়রম্স য়াই। মহুগী ফলনা য়ৈবদা ঐখোয়গী থোপ

অসি পীকপনিনা বেরা লৈরকঅদ্বস্সু য়াই। ঐদি পুথোক্কে থল্লি। পুপু থরানমিচাক পোকথায়বসি খিংবা য়ানিনা। খন্থহনা হোৎনরবদি থিংবা য়ানি। ঐদি অচৌবা সাইনতিস্ত অনা ওইরগা থরানমিচাক থিংনীংই। ঙমনিনা? লাইরিক ময়াম মথং মথং পারগা থিজিল্লবদি ঙমদৌবা মাল্লি। কো?

মস্তূগী খৌনা মাগী অপাম্বা অহুগা মশাদা য়াওজবা থাজব্বগী মওং অতুগীদমক্তদি মনিতোন চাউথোকচবা মখৈ হরাউগৈ। ঙুংশিবস্সু পোকই অহুবু ওল্লিবা লৌশিংগী মায়ওন অতুগীদমক্তদি রারুদবা ঙমদে হায়রকই—

— মালেমঙম্বা, পুপু রা অমা হায়গে। চাউবা পীকপা শোনবা-কনবা রাথল লৈবা-লৈত্তবগী রা নত্তবদা মী ঐখোয়না ত্তৌবা য়াবসি ওনথোক্পা য়াম্না লৈ। ঙম্মিবা ময়ামসে মসিদি ঙমদবা শরূক অসিগা পারুরবদি নখোয়গী এত্তেমগা হায়বা. প্রোতোনকা হায়বা কুপত্রিক কুপ্পদো মতু অমুক লাথ অমরোম কুপ্পা অগুক থুগায়রবা, মতুগা অমুক থিজিল্লগা য়াওরমগদবা মৌলিক্যুলদো অতুমুক্তা চাউবা জাৎ অমনি।

— অস মতুদি কুপ্পেহৈ পুপু। শাথী-না কুপ্পী!

— কুপ্পে; চান্নবা কুপ্পবনি।

— লৈত্রনে অতুক কুপ্পবো?

— লৈরবদি নঙনা ঐনা ঙম্মিবা থরসিদি অসিগুম্বনি হায়বনি। ঙম্মোই-দবা উনদবা ময়াম অমা লৈরিবনি। মদোমদস্ম থনবা তমগদবনি। অহাংবা হায়রিবসি কদায়দগী হৌরগা কদায় ফাওবা শন্দোক্লিবা ওনবা ঙম্মোই। হান্নস্ম হায়গ্রবনি। ঙম্মোইদবা থবক তৌরুবদি অপঙবা তাগনি কাম্নরোই। ওসি নঙোন্দা রা অমা হায়গে বোইবোই। নঙ নঙনা ওম্বদগী হেন্দোক্না তৌগে হেক-হেক হোৎনবা উই। মতু অচুম্বা পোরম নত্তে থঙগদবনি। মুন্না খঙলগা থল্লগা পামগদবনি তৌগদবনি। হেন্না পাম্মুবসিবু নীংবা কায়বনি। কো?

— উম্। অদু চীংদা কাওবু কাওবু হাংনরিবসিদি থিংবা ঙম্মগনি ; শাথীনা লুবদি ওইরোই।

— মুংশিনহনবা তাবা। নুংশিনবা অরায়বা নত্তে ; হন্দোকপা পীথোকপা থাদোকপা তাবনি। নকশিন্নবা তাবনি। নকশিন্ননীংবসি মুংশিবগী অহৌবা খোঙথাংনি। নকনীংহন্নীংবা তাবনিনে বোইবোই।

নৈনকুবা চীংগী রাকমদু মতাং অসিদা লোইখি। মালেমঙম্বনা ঙম্নবা মরৈ পীবা ঙমদে। ঙম্মবস্নু পীখিদ্রে। হেক হায়দোরকপদা নকনীংবসি মুংশিবগী খোঙথাং ওইবনি হায়বসিদা মঙোন্দা খংপান পানবগুম তৌই। হয়েং উন্নসি হায়নখিবা লিম্থোইবু নীংশিংলকই। অরূম্বা রাখল ম্যাংলকখ্রবা মতাংসিদা, মাগী অনৌবা কাদা চঙলক্লুনা হিপথরকপা তাঞ্জাসিদা লিম্থোইঙম্বীবু নীংশিংলকই। হয়েং অয়ুক অসি হৌজিক ওইহন্নীংলকই। মপুগী রাফম খরস্নু নীংশিংলকখি।

অয়ুক অদু মালেমঙম্বনা য়ৌরকপা মতাংদা লিম্থোই মানা হেক হেক ফম্বা নুংগী ফাল অহদা ফমদুনা লৈরম্মে। ফাওদোক্লুনা চংপদা ময়ুমদগী পঙথাপ থাপ্পা অঙাংগী লৈকোল নত্তে। শংলকপা নত্রগা পান্নকপা মতমদা তোয়না লাকপা মফমনি। মালেমঙম্বা ফমফাত্রি ; লিম্থোইঙম্বীনা লম্বাইদগী হান্না লাকপদৌনা কল্লপ হায়রকই –

— চংকনি হায়রগা ঐঙোন্দদি করিগী তাকতবা ! ঐবু মীথানবিবা নত্তে, খঙই।

— করিনো নঙনা হায়বসি ঐ ভাব তাফাত্রি।

— মী পুন্নমক্কদি তাক্লগা ঐঙোন্দদনি তাক্রিবা।

— নঙোন্দা তাক্রগা কৈদৌগে ?

লিম্থোইগী মতৌদুদা হেক্তা হংখিবনি। তাবমক্তা লিম্থোই তুমিন্না লৈখরে। মথন্নতা ইকায়জরকপনি। খজিক লৈথোক্লুনা য়োংলী তারাদা তোংমিন্নরিবা উচেক মচা অনীদুদা হাইরপ য়েংদুনা লৈরুরগা তপ্না হৌগংলকই। মবুক্কীং লোৎপা হৈজদবী মাগী মাযথোঙনি মালেমনা শাউরে

হায়বা খঙই। শাউরবদি মা তুমিন্না লৈবা অতুগা হৌগতুনা চৎখিবা অসি অঙাং ঙইরিবৈদগী তৌই। কলমগী চেগী নত্রগম্ম করিগুম্বা মতাং অমগী ওইনা মানবু শাউরকলবদি মালেমনা অমুক্কা হেন্না শাউনবা লক্কশিনবা অসি নহানরাই তৌরম্মী। পীক্কা পীক্লিবৈদদি স্কুলগী থোঙ্গান্দা অমদি লৈকোন অসিমক্কুদা ফুনখিবম্ম য়াওখি। অনাসি হন্নখিদবনি। ঙসিদি মালেমঙম্বা হল্লে; লক্করুদরে। শাউরে হায়বদি খঙই। চৎথগে তৌরকপগী অতুদা মালেমনা মখুদাং তাপ পায়রগা চিংথৈ। তৌখিবদদি লিস্থোই হেক্কা চংখিবনি ঙসিদি চৎখিদরে তরেক তবেক্কা ফমথরগা নাক য়েৎ অকোয়বদা কোইরুক কোইরুক য়েংলুই। থোঙ্গাল্লোমদা চৌংমী লৈশা-পাখং অনী চঙমিন্নরকপতুদা য়েংলগা তপ্পা মথন্নতা শোঞ্জবগী মতাদা হায়রকই—

--- মা লাকই খূৎ থাদোকউ।

--- মখোয়স্মু পায়নরগা চঙলকইসিনি।

— মখোয়গীদি চান্নে।

— ঐখোয়নাস্মু চান্নে।

— ঐদি চান্নদে। থাদোকও সে নকশিল্লকএ! ইকায়জৈ হায়বা।

মালেমনা খজিক্কং কোম্না থারুই মখূং লৌশিল্লগা লিস্থোই খজিক্কং হন্দোক্লগা ফম্মী। মালেম শিৎতুনা খজিক নকশিল্লি। লিস্থোই খরা অমুক হন্দোকই। মালেমনা অমুম তকশিল্লকপনা মুঙফানগী মচান য়োরে। লিস্থোই তাগদোরে। অসি য়োরকপদা লিস্থোই ফিজিনা মচান খুল্লগা নোক-লক্লে। ছুতা মুমাং ওইদনা অঙাং ময়াম শান্নগদবগী মরী মরী চঙনরকপগী অতুদা অনী থোরক্লে। অকোইবা লম্বেল্লোমদা লিস্থোইহোয়রোমদা চৎ-লকই। মালেমনা হায়—

— ঐ চৎলনি হায়দনা কনানা হায়রিবে চৎস্মু চৎলোইদবদা।

--- অওইবগী চৎলরোইদ্রো? হা?

--- চৎলোইনে। হন্দক চত্তবদা লেপ্পরে। অসিদা মিং চল্লুরনি।

— অচুম্বগীরো!

লিম্বোইঙম্বী হুরাওরকই নোংফাই তাকখ্রবা থাজগুম মকা লামজনা মোমোন্নরকই। চৎমিন্নরম্বদগী চপ লেপ্লগা মালেমঙম্বগী মপাম্বোম তাপ ফারগা অমুক্কস্থু হংলকপনি অচুম্বগীরো? মালেমঙম্বনা অশেংবা তাকই চৎলরোই; হুন্দক চৎলরোই। হুরাওজবনা লোইরবী লিম্বোইদা মুন্না য়েংলগা মোমোন্ননা লৈ। শাওবীং শাওবীংজরবীনা হায়রকপনি —

— করিগীনো অমাইনা য়েংঙকইদি? অমুক্তা উদ্রিবদোনা ঐবো।

— য়েংনীংলকঅবা। নঙ য়েংবসি মুংঙাংবা। অচুম্বগী।

— ঐস্থু উন্ননীংই নঙগা।

— ঐস্থু।

অঙাং ওইবগী লৈই লাম্বোররক্রবা মালেম লিম্বোইনি। ময়ামদি খঙ-বগুমস্থু মতৌই মখোয় মশা মশাদি খঙজদ্রি। শান্নবগা অশেংবা পুন্সিগা অনৌগী লাংদাইসি মেরাগী নমহুনা তুমশিনবা য়েংদা অমুক্কুম অশেংবা মঙ-লান ঈরোইনগল্লি।

থোঙ্গান চঙলমদাইদা লিম্বোইনা তপা হংলকই—

— করম মতমদা অমুক উন্নবা ঐগীদি ছুতৌ ওইরি।

— হোরেনস্থু য়াইনা মুংথিল ঐখোয়গী য়ুমদা। ইমাস্থু পুপুস্থু মিতিং লৈ; থেঙনা হল্লক্কনি।

— নহোয়দা লাকপা ইকায়জে। ইমান্নবীস্থ লৈতবদা মীনা য়েংনৈ।

— ঐ লৈরিবসিদি?

— নঙদি ইমান্নবীস্থু নত্তুনা।

— কনানো অহুদি?

লিম্বোই খুমখিদে। খুম্বা ঙমখিদে। খুমফম লৈতবা ব্রাহংদি নত্তবনি। লিম্বোইনা খঙদবস্থ নত্তে। চঙলমদাই ঙাইহাক অহুদা হা-হা-হা হায়না নমহুং নমহুং হংলকপদা শাউরপ্পা "নঙদি নহোয়গী কৈনো।" হায়রম্মগা শৎ চঙখি। থোঙ্গান লোনশিনবদা পৈরপ্পা য়েংলক্লগা খোংরুম তৌহৌখি।

মথূৎ ওয়না ইহাইমক হাইথরক্কবা মশম-মনা অনী-মরীহু হাইগৎপগী ওইনা লাইবক মচীদা নালহৌই। খোয়রুমগী ইকাই মীৎলৈনা খোপচিল্লবা তথকচবা মোমোন অহু চেৎনা পুজরগা লাকখি মালেমঙম্বা।

মালেমঙম্বা কোলেজ কারে : লিম্হোইশু স্কুল থাদোক্কদবগী কন্না শেম শারি। মখোয় অনী তংতনা উনরি ; ফমিন্নরি, রারী শান্নরি। লৈকোন্দা, স্কুল কোলেজদা করিগুম্বা নতাংদা অহাঙবা লমহাংদা, লৌবুক ময়াদা তুরেল মপান্দা তত্তনা শোয়না চৎমিন্নৈ ফমিন্নৈ। মরক অসিদা মালেমঙম্বনা লৈবাক অপূম্বগী ওইবা চাং তান্নবা পরীখা অমা থাবগী থামখায়মক উন্নখিদৈ। লিম্হোইঙম্বী ঙাওই। কোয়চেন চেন্দুনা খাঙবমক য়ৌদৌই। মহৌশাগী ওইনা অনীরককুম্বদনি উন্নবা ফংদবা। অহুবু অঙাওবা অতিয়া ঈপাক্তা মপাঙ শেৎনরবী লমশাং পাইবী চেক্লচা তমগুম ককঙা ওনরুই। মায়কৈ লেপ্পগী লেঙদবা থরানমিচাক তগুপ-তরেংবা অমা থেংনবগুম শৈরেং মচামচা ইরুই। হান্নদগী শৈরেং খীবদা হৈনজরকপীনি। ইবদা মুংঙাইনা থোকলুরে। ফমহুনা মনম মনম ইরুরে। অরাবদা পোত্থাফম চঙজফম অমা ফংনৈ। রারগা নুংঙাইবা ওইরকই। পুন্নমক কাউথোক্লবা লাক্লরগা ইথরুই —

মীৎকুপতং থাদোকপদা নহাক্না
ঐগী পুন্সি মালঙদা
মুমীৎ থা থরানমিচাক
মঙাল অমত্তা থোকখিদরে
খাঙঙমদবা মৈচাক ওইররে
মীৎকুপ অমনা নহাক য়াওদবা
অম্মুক মৈশা লাংলবদা
ঐগী পুন্সিনা কমদৌবা
মীৎকুপকী ঈপাক ঈয়াইদা

শৈরেংদগী হান্না, মতুংদসু অরোইবদা শিন্থরকখিবা খঙহৌদবা থামঙ-মদবা পিরাংগী ঈচেলনা চোৎখিবা চেবাংনা খাঙখিবা অইংবা মৈশা অত্তুদি শৈরেংগী পরেংশিংনা খঙগদবা মঙায়রে। খরনা অসিদা শৈরেং চামগা কুনমুক ইরম্মে। খঙলকউবদা লিম্হোই মশাস্থ ঙকপনা থেংজৈ। ৱাফম অসি ঙসি শহরদগী পঙথাপ থাপ্তুবা চাং অমগী চীংখোঙদা কুইনগী মতুংদা ইহান হানবা ওইনা উন্নবগুম উন্নতুনা ফম্মিন্নবদা হায়রকপনি। গাড়ীদগী হেক কুমথরগা ফমথমিন্নরকপগী অতুদা মমায় খুম্মগা কপ্নুনা লৈবনি। মালেমঙম্বনা তপ্না লোইরোই মখাদা চিংশিল্লগা নোক্লগা হায়রুই -

— নোং নীনাদং উন্নদবনু অতুক ৱারৌরিবা করিগীনো লিম্হোই !

লিম্হোই খুমদে। খুম্বা ঙমদে। হিকলকলিবা মনু·গী খোঞ্জেল কন্না ফাজিনবা লাক্লজরি। মালেমঙম্বনা মখজাইদা তপ্না তপ্না, কাইদ-কাইদ নানবিরগা হায়রকখিবনি· "হৌজিক্না আস য়োরবদি ইচানা য়ুমজাওসি থল্লনি।" অতুগুম্বা অমুক্তা ঙাংখিদ্রিবা ৱা খজিক-খজিক্তমক ঙাংবা মানা ইথা থাজদনা হায়দোরকপদা মথাদা ঙাথজরগা থেংলিবা মালেমঙম্বগী কলম তালি·তালি নাইনা শান্নরিবা মখূৎ য়েৎ অহনা খুঙুম তাশিল্লগা অমুক অনীরক অহুমলক চকুপ-চকুপ স্থুরকই। অয়োবী ইকাইবীদা মায়-থোঙ খজিক ঙাংলকই। নুংফাওনবা ইকাই মোমোন অমগা খুজপ্পীনা মালেমগী ফেগন্দা লৈরকই। মালেমঙম্বনা খংপ্রেক খংবগুম তৌই। খংতুনা খংচোং চোংখংপদি তৌদ চোংখৎপগী মহুত্তা চেৎজেৎনা খংকোন কোনশিন্দুনা থম্মকই কুইনা লাকশিন্দুনা থম্মুরমাল্লে ৱাজরবা লিম্হোইনা চিন্না লেখংলক্তুনা ৱাকংকা মাৎয়েং অমনা য়েংলকখি। কুইনা য়েংলুবা ঙম্বা নত্তে মালেমঙম্বনা মমায় পুল্লপ লুকশিনাখ। লিম্হোই ঙমজবমখৈ থাহনা শাউজখি লৈজবা থাইনা হরাওখি। ৱাকংলিবস্থ মহানি। নুমীৎতু লিম্হোইঙম্বী তোয়না ৱাকংখি।

নুমীৎ চায়থরক্লবদা হননবা তৌরে। চৎজমদাইনা তপ্না হায়রকই—

— মালেম, ঐদি কমদৌনি !

— করি তৌরে ?
-- নঙ উদ্রবদি লৈবা ঙমগদবা মাম্রে ঐ । য়াম্না ৱাজৈবো ।
— করিগী ?
-- নঙনা থাদোক্লম্বতু কয়া ৱায় খঙব্রা ! ৱাখ্র' জাৎনি । হিংদোবা মাল্লুদ্রবনি ।
— কমদৌনা হিংলকই অতুদি ?
— নঙনা হায়রম্বা নুমীৎ শসিসি ঙাইবগা অদগী ··· ।
— অদগী ?

লাকমিন্নবদা গাড়ী মনুংদা ইকাই মোমান অমগা লোয়ননা হায়য়কই — 'অদগীদো. শৈরেংদা তাইনবা, শৈরেং ইরগা লেনবা ।' 'হা ! শৈরেং ইবা !' মালেমদা ঙক্ল মুংঙাইনা থোকই । থাজরুদবদি নত্তে । স্কুলগী থৌরমশিংদা শৈরেং থীবা তান্নবদা নাদনা মকোক ওইখিবনি । মাগী বেগতা হাপ্পিবা দ'ইবীদা খরা যাওরি হায়না তাকই । মালেমনা গাড়ী তনথান খামত্নুনা য়েংগে হায় । ইকায়জবনা য়ারমদবদগী মালেমনা গাড়ী থৌররোই অতুদি হায়বদগী পুথোক্নুনা য়েংহল্লি । পাতুনা য়েংই । ফজবা য়াওই থমোয়দা পানবা য়াওরম্মী । মানা থেংনখিবা শৈরেং-শিংনা ফজবগুন ফজবা য়াওরম্বদা থাজরুদবসু য়াওরকই । অতুবু ৱাহৈ-ৱাতা মানা তারিবা খঙলিবা ঙাক্তা ওইনা তৌরবনিনা লিপ্পোইগী খুংইনি হায়বা থাজরে । গাড়ী থৌনা থৌনা হংলুই—
— মসিদা নঙনা থারিবা 'নঙ,' 'মা' অসি কনানো ? লাইরা ?
— লাইদগী হেনবা 'নহাক' অমা লৈরম্মী ।
— হৌজিক্তি লৈত্রবা ?
— হৌজিক্না হেন্না লৈরে ।
— মতুংদদি ঙন্না লৈতবা ৱাই !
— হে ! নচীনদো ! হঙ-হঙ হায়য়ু । অমুক্তা হায়য়ু সে —
— ঐদি ওইদবা থাজনবীদা থাজদে ; হায়রোই !

— ঐদি থাজৈ। ঐগী য়েংহুনা অমুক্তা হায়য়ু, সে প্লিজ—।
—হায়দ্রবদি— ?
— প্লিজ ! হায়দ্রবদি ঐবু হাৎপা পাপ পু।
— ঐনা অশেংবগী ওইনা হাৎলবদি ?
— মহুনা ফবনি লাইবক ফরবী অমা ওইজরনি। নঙ য়াওদনা ৱানা লৈদৌ' শরূক নঙনা হাৎপিবনা ফরনি। হাৎলবদি লৌশিনবনি নঙোন্দা পুনশিন্নবনি।
— ৱাখল্লোন অহু ফনা ৱাংলে ভক্তিদা য়ৌরবা মাল্লে।
— নঙগী ভক্তি-মুংদি ঐ খঙদে, লাল্লে হঙ হঙ হায়য়ু অমুক্তা হায়য়ু—
— হায়দ্রগদি ?
— হায়রোই হায়রগদি নঙনা ঙম্বনিনা ঐ করিস্থ তৌবা ঙম্মোই। কপ্পুবা নত্তনা করিস্থ ঙম্মোই। ইথরায় অসিনা ৱাগদৌবহুদি—য়াম্না ৱাজরি—।
— অহুদি ঐনা হায়বা অমা য়াগেরা ?
— হৌজিকপু অহু হংবগী কান্নবা লৈরিবরো থরায় ফাওবা নঙোন্দা শিন্নরবদা।
— ৱাশকউ অহুদি, য়াগে হায়দনা।
— ৱাশকপদি নঙনা তম্বিবদা য়াওদে; কান্নবা লৈরোই। উম হায়রিবসি ৱাশক করোর হেল্লবনি। নঙনবু হায়রবা ঐ য়ারে। হংলম্মু।
— য়াদ্রবদি ?
— হায়দনদা য়েংঙুবা ! ঐগী মিং লিস্থোইঙম্বীনি; নতুং ইনবদা নোপ্পোই।
— তুং ইনবা হায়ম্মু, চৎমিন্নবা হায়য়ু। চৎমিন্নগদবনি।
— মাঙদি নঙনা থাগদবনি; লমজীংবা; অহুগা ইনবা। নঙনা পুবিবা।
— ফরে নঙনা ঙমজরো। হয়েং কোন্না পাম্মকপা মতমদা হায়রগে।
— পাম্মকপহুনি ঐনা ঙাইদৌরিবসি। হায়নীংলকপা মতাংদা ঐঙোন্দা ঙাকলমদ্রবস্থ য়ারে। হায়রো হঙ-হঙ।

— হুঙ-হুঙ-হুঙ ! ·· !

— ঙাওশিন্নমুকো নঙ স্তিয়ারিং পায়রিবনিকো !

— ঐস্মু খঙজৈদা !

— খঙভিনি ! ইরেম হেক লেম্মগা মতৌদি —!

থা অহুম মতুংদা মালেমদা থারুবা পরীখাহু হায়দোরকই। পরীখা পুল্লপকী ওইনা তবামাথোই সুবদা লাকই। অবাং নোংপোক-লমগী ওইনা মানা মকোকনি। ময়াম হুরাওনৈ। ক্লবশিং, স্কুল অমদি কোলেজশিংনা মাবু ওকপগী থৌরম মথং মথং মনম শীল্লি। লুপ খরনা মঙোন্দা মনা পী। শেলগীস্মু য়াওবা য়াওই। মনিতোননা থাগৎলি। মমাদি মুংনাংজৈ। মরমদি কুন ফাওবগী মনুংদা লাকপশিংসি অচৌবা শেলগী মতেং পীরগা বিজ্ঞানগী লমদা মহৈ তমথবা য়াই। মমানা মুংশা থীজরিবদি মচা অসি মীরৈবাক্তা থাপ্পা চৎখিগে হায়রক্কদরা হায়বসিগীনি। থিংলুবস্মু মুংঙাইতে থাদোকখিবস্মু ঙমদে পাম্বদি ইপাম মপান্মী। মমাগী থমোয়দি লুপাহিদাক মরীককুম ফাজিনবা পায়শিনবা ইম্বা য়াদে। রানা রানা পঙহাদ-হারাওবস্মু ওইরি। মচাগী পাউ হেক তাবদা মপুরোইববু হেক্তা নীংশিংই। খিল্লিবা ফোতোনা, মথম্নতা ঙায়রিঙৈদা, য়েংতুনা লৈজৈ। হন্দক অমুক উন্নবা চৎপদা, লীক্লা পীরকপা মতমগী মনুংদা অসি অসিগদি তমগে অসিমস্মু হাপকে অসিস্মু য়াওইনগে হায়না পাথোকপা হৌই। মরক্তা মচা চংলকপা মতাং থোকপদদি মেজহু কম্মোকপা ওইনা চথে। খঙগনবা মনিতোনদি লাপ্পা য়েংবদা খঙবস্মু য়াওই। মালেমঙম্বদি মদোমদা খল্লুদে। মমাগী মতৌদা থেম্নবা খজিক্তং লৈবদি মা খঙই। হায়দোকপদি নত্তে। পরীখা অসি ঙম্বা অমদি য়াম্না কানা লাকপনা সরকানা অমদি মরী লৈনবা লোয়শঙ মশঙনা শেল পী। অহুবু অতৈ লমদা চত্তবদগী অমদি মপা মমা ইমুং-মনুংগী মীওইগী শেম্মোক য়াম্না চাউবদগী মালেমঙম্বদদি পীদে। মমিংগী ওইনা অঙানবগী ওইবা শেনফম মচা অমা পীরগা তোকখ্রে।

মসিদা মালেম করিস্মু মুংঙাইতবা তৌদে; মসোমদদি খনবু খল্লুদরে। মানা য়ান্না মুংঙাইত্রিবদি খ্বায়গী মকোক্তা লাক্নবসিনি। রাহুংচেশিংত্থু অমুক পুথোক্লগা মানা খুমখিবা পাউখুমত্থু নীংশিংনা মত্থুদা ফংলমগদবা পীবা য়াবা নম্বর পারুবনি। অমুক্তা নত্তে অনী অহুমলক পারুই। পারু-পারুবা খুদিংদা মানা নম্বর ইহেন হেন্না ফংলম্বগী মওংদা হেক-হেক ফল তাজবনি। ময়ামগী শুইবা লৌশিংগী রাহুংচেত্থুগী পাউমখুমদি মানা হোৎপদা চামদা চামগী ফল তাই। বানান লানবা য়াওরমদনা খবা ককখ্রবম্মু মরীফুতরাত্তরেৎ মিপানদি ফংকম থোকই হায়না খল্লি। নোংমা নীনী মুংস্নুক মুংজাননা লৈবা উই। মপু মনিতোনদি মস্মুগী মওংত্থু খঙই। অয়ুক অমা মালেমঙম্বনা লোম্থোক্তবগী খুদমগী লোনগী মরমদা ইবা লাইরিক অমা পুক্লিং চঙনা পাগে তৌরিবৈদা মনিতোন চঙলকই; ফম্লে।

— করি অমুক পাবা হোরে বোইবোই?

— কৈনোগী লোনগী লাইরিক—।

— খঙঙে; নহান নঙগী তেবলদা উরম্মবনি। নঙগী কোলেজগী তম্নলাইরিকশিংত্থুদি কমদৌরি পাগ্রবরা পারিবরা থমজিনগ্রবরা?

— পাবা লোইখরে।

— প্রাকতিকেলগী ক্লাসকাদি য়াওরিবা নত্ত্রো?

— য়াওরি।

— ফৈ। কন্না ফজনা হোৎনৌ। নথরায় মুংঙাইতবদি ফারবরা?

-- করিগী? করিগী থরায় মুংঙাইরোইদৌরিবা?

— নঙগী হন্দক হায়দোকখিবা পরীখা অত্থুগী মতাংত্থুদা।

মালেমঙম্বা খুমদে; নোকমি নোকমি তৌত্থুনা লৈ। অথাপ্পা খুঙ্গং অমদা মিতিং অমা চৎকদবা বৃন্দারাণী মচাদা পৈশা পীরমগদবগী চঙলকই। মস্মু ভ্রূপুগী রারীত্থু খজিক্তুং তাহৌবা অত্থুগা ভাবতি তাবা মন্নানা হায় —

— কান্নদবদা নীংবা কায়রিবা মুপাসে ! থারুম্মু হায়বস্মু য়াদে । মানা পাগদবা হোৎনগদবা অমদা মায়পুননা হোৎনগদববু মফাং-মফাং পণ্ডলামদা লাম্মী । সে নঙগী পৈশা হায়বদো । ঐ থেঙলকপা য়াই । কোলেজদগী য়ুমদা অতুম লাক-পা অতৈদা চৎলক্লম্মু ।

মমা চৎখ্রবা মতুংদা মনিংতোননা হংই—

— কয়িগীনো শেল অম্মুক য়াম্না । ঐনা তত্তনা পীবতুদি—?

— নহারোল মহৈরোয় ময়াম্না লূপ অমা লিংখৎকদোরি । মতুংগী হৌদোকপগী ওইনা ঐখোয় অঙম্বা থরনা থায়নবা ।

— করি লূপ ?

— 'মৈতৈ নাং কন্ন-লূপ' হায়দনা—।

— ও, তারে । খবরদা থেংনরে । অতুগুম্বতু নঙগী লাইরিক তম্বা লোইদ্রিঙৈদদি মায়পুননা পাওয়াও য়াওরুখিম্মু । হয়েংন্নাইগী থবক্কি ।

— ঐনা সেক্রেতরী ওইরিবদা । য়াওরবদি ফক্লাং ওইবা হৈনদে ।

— মতুদনি নঙনা ৱাদোরিবসে ।

— ফত্তবা কান্নদবা লূপ অমদি ওইরোই পুপু ।

— পারে খঙঙে; নখোয়গী পান্দমশিং অতু পারবনি । নখোয়গী নাং কন্নবা হোৎনবদা মীগী শোকউগদবা মাল্লি । লৈমিন্নরিবা মশেন-নিনা অমনা অমগী শোক্লদবা চুমগনি । হো, ফরে মসিনা মসিনি; ময়েক শেংবা পান্দম থম্মগা তৌ । ঐনা হায়গে তৌবনা, নথরায় মুংঙাইগন্দবা অতু তৌগনু অসিনি । মুংঙাইথোকপা পেম্মোকপস্মু তমগদবনি হৈবস্মু ফজনা হৈগদবনি । হারম খুদিংমক্তা নঙনা লোইনা মকোক ওইগদবনি হায়বগী ৱা লৈবা হৌনদে । মী অমনা লোইনা ঙম্বা হৌনদে তাইবঙনি । পুন্সিনি । পুন্সি হায়বসিদি অকা-অকুম, অফ-ফত্ত, অথা-অয়াক কয়ামুক নাইতোৎ তোৎননা শেম্বনি । হকথেং-নবা তাবনিনে । মায়পাকপস্মু কয়ানি মায়থীবস্মু য়াবা তাবনিনে বোই বোই । চাং য়েংনবা চাংয়েং হায়বসিদদি লাইবক্কী ৱাস্মু

খন্না লৈ। লৈগদবনি। নমাদৌন। য়ানীংদবগীদি খঙদে। নঙদি পাঞ্জিগী মতাংস্থ নৈনবদাই; লৈবা তাবা নত্ত্রো ?

— খরদি লৈ। লৈথোক-লৈশিনস্থ য়াই।

— অতুনি ঐখোয়গীদা চংনরিবা 'প্রতিকার' হায়রিবসে। খঙনা নীংশিংনবা চেকশিঞ্জনবা অতুগা পুক্লিং ফাধনবা প্রতিকারস্থ তৌবা তাই। পুক্লিং মুংঙাইবা হায়বসি হকচাং নাহন্দনবা শাক্তেননি অতুগা লায়েংনবা হিদাকস্থনি। মুংঙাইথোকপস্থ তমগদবনি। নঙগী লূপতুস্থ খরা খরা য়েংনা তৌ। ঐস্থ খরা থেঙলকপা য়াই ঐবু বিদাই তৌবগী মীফম অমা লৈ।

— করিগী বিদাই পুপু।

— ঐ থবক্তুগী পোখারে। নীং তম্মে। অফা-অপুনদগী চৈনা য়ৈত্থনা থবক তৌবগী মতাং লোইরে। হৌজিক্তি য়ুমদা ফম্মগা লায়েংবা কৈদৌবা মায়পুননা তৌরনি। য়ুমস্থ শঙলে থবকস্থ পাঙঙে ইথোস্থ তৌরে। ফরদ্রদো।

— নীংতম্বা অফা-অপুন লৈত্তবত্থনি পুপু ঐনা পাম্মিবসে। থৌদারগা চংপা হৈনদে। ঐনা ইশানা চুম্মে ফরে খনবত্থ তৌনীংই। লোয়শঙগী করিগী থবকসি ময়ামগী সেবানিদি হায়ববু ময়ামগী খনবা তৌবদগী মশাগী ওইজবা তানবা হেনবা ওইনা তৌই।

— অঙুদি রাজনীতি য়াওগেরো নঙগী নমা পোকপা পুপুদৌনা ? লৈঙাক্লোনদা ?

— লৈঙাক্লোনসি ঐ পামফাত্তে পুপু। নিংথৌ রাংউরোয় লৈবা ঙম্মোইদবা মালেমনি। মশাগী ইহুলতনা হোইত্থনা পুরিবা শাগুম্বঙাক্তুগী মীয়ক অসিদা রাখল চাউবা নিংথৌগুম্বা লৈঙাকলোয় লৈবা য়াথিরোই। ভাব তাম্নবা মশেন ঙাক্তা নত্তবনিনা লীচৈগী নোংমৈগী নম-হাবগী লৈঙাকলোন তঙায় ফদনা লৈখিনি। মশীংদা চংপা মীয়াম লৈঙাক য়াম্না ফৈ, চুম্মী যক্তে কানস্থ কাম্নে। চেদদি পথাপতদি। থবক্তুদি

য়ারোই। শাগুম্বগী মশীংনা য়াম্না হেল্লিবা লৈবাক্কি।

— ঐখোয়বু শামক হেক হায়বদি হায়মনগনি বোইবোই !

—'মকনি' হায়দে পুপু, 'গুম্বা' হায়বনি। চীং মশেন হাৎনরিবা তম মশেন কাপ্পরিবা ঈশিং মশেল, লৈকংলা মশেল লোইশিন্নরিবসি অমুম চপ্থরবদি 'মক'—শামক ওইরকখিগনি। মতমহুদনি অবতার তৌরক্কদৌরিবসে —যদা যদাহি ধর্মস্য....।

— কনানো লাংওল্লক্কদৌরিবদি ?

— 'ঐ',—মালেম; মালেমঙম্বা।

— ও—স্ ! ঐনা গীতাহু মতা য়েংনা পাদৌনি হায়খিম্রো !

— কোরান শরীফসু লোইরে পাবা। বাইবলদি কন্না তম্মি হৌজিক।

— কদাইদা ?

— অরাপ্পগী মহৈ মতম—দিসতেম্ত ইজুকেশনগী পাম্বৈদা।

— অস ! বোইবোই নঙগীসি নকোক অহুদা চনগদৌরিব্র খঙদ্রেনে !

— চন্নবা নমশিনদৌরিবনি পুপু ; নুংশা থীবিরুহু।

নুংশা থীবা নত্তে, মনিতোন, মশাহু থীরুম তৌবনি। মরক মরক্তা থল্লকই—'ময়াই কারবা শামু লমশা ওইখিদ্রিবৈদা ফাজিলহৌবনা লাইবক শেম্বা হায়বহু থোক্কনি।' করম্বা মওংদা কমদৌনা শীনগনি? থল্লি মনিতোন; থন্নে মমাগসু। মমানসু থন্দি মথল্লি হায়ববু—'খঙদেনে, বাবাচৌনা ফৈ হায়বহু শীনবিরো' হায়না শিন্নশিনবনা হেল্লি। অহাংবা মতমদা নত্রগসু মতম কাইথোক্কুনা থনবনি। মীগীদদি পোথি-পোরম তাক্কুনা লমজিংলিবা মনিতোন মশাগী ওইনা হেক লাকপদদি মওং-মওং মফাং-মফাং থন্না থন্না লৌশিংসি অমুম ফকচিল্লকপদৌনা তৌই। অথৌবা শঙ্গাইনা মথোক ঈৎপা ঙমদে হায়নবা চুম্না থোকলকই। ফাধবা ফাজিনবগী মওংদা নৌরপ্পা লুহোংখোকপিরসিরা হায়না মমাদা হৌদোকলুই। বৃন্দারানীদি য়াবুম্না-নীংই। মমানা পরীথা ঙকয়াদা চেফোঙ অমা কন্না পারিবৈদা রা অমা কোইরপ্পা হৌদোকলুই—

— . বোই বোই রাফমদি অরুবা নত্তেদা। ঐখোয়গীসি মঙনা থঙভিহ্নি মী লৈজদবা ইমুংনি। নঙগী পুপু দাক্তরস্থু থবক্কুগী পোখারবা অহল হায়বহ্নু ওইশিল্লক্লে। নঙ হায়রা মুপীমচাদি নত্তবনিনা য়ুমগী থবক ইংখাং —

— থঙভে ইমাইদু নহান পুপুগা রারী শান্নবহ্নু হাইরপ তাহৌবগা থন্থরুবদা ঐবু লুহোঙলো মুপী অমা থিজিনবিরসি হায়বনি।

— অদো — ।

— মহুমা 'নো' অস্থুক হেক চাউবা নমাঙদা খিনবিরিবসিনি। স্থুকঙম ঙম্মোই। চহীস্থু য়াগ্রি। চহীগীদি লায়রদনা ঐ থবক য়াম্না তৌখিদৌরি। তম্বা অমা স্থুকলোই লোইররোই তমহুনতা পাহুনতা লৈখিনি। থবক মথং-মথং পায়খৎখিনি। পরীখা অচৌ-অচৌবা থাখিনি। মানিপুবদতা নত্তে লৈবাক পুম্নমক্কী ওইনা মিংচৎ পুরকখিনি। খ্বায়দগী থঙনবা মী ওইখিনি। ঐগী লমথুং য়াম্না চাউবা জাৎনি; রাংখ্রবা জাৎনি।

— ময়ামহুদানয়ুমসিদা মৌ অমা লৈবনা করি কারবগে। লোইনমক রাইনা। অহল অসিনা মস্থু স্থুথাংহুগা অহুম শান্নদনা লৈজনি। ঐস্থু ইস্থু পোগনি পমগনি।

— মহু থঙভে ইমা, স্থুকঙন ঙম্মোই। পুন্সিগী থিরগুমসিরা থনবা হৌরিবা ঐঙোন্দা ইশম শম্না লুহোংলোকা হায়দনা! পরীখা খিত্তা ঙাইরে। মথা তমথবগী থন্নবা য়াই।

— হোঙদোক্কবা য়াদে হায়রবদি—?

— য়াদে হায়রগা নঙগা বাবামচাগা হেক হোঙঙো অমুক!

হায়দোক্ক্রগা মপাবু থংনীং নীংশিংলকই। মমারোমদা হুঙ্গৎমা হাইরপ য়েংলুই। মমামা 'অঙাওবসিদি!' হায়রগা মোমোন তৌহুনা লৈরম্মী। মমাগী মোমোন অহুদা তৌদবা য়াদে হায়বগী মতাগী মওং অমা য়াওই হায়বা মালেম থঙই। তুং ওইরপনা নক্কা লেপ্লিবী মমাগী মথাদা

লোংনা ঙাশিল্লরগা মমাগী মমায়দা য়েংখৎলগা হায়রকই—

— হোঙবদি করিগী হোঙদনি। ঐনা খনবদি বাবামচাস্থ থোরক্ত্রি; থোর-কদবস্থ কুইরম্মরোই। লুহোঙবসিবু বরগী মপা য়াওন'দাইনে। ইমানা কুজবা য়াবা আ-মমাঙলোমদা ফম্মগা।

বৃন্দারানী মচাবু য়েংদুনা ঙাইহাক লৈ। মচানা মখুৎ অনীনা মমাবু চিংথরগা পিরাং খজিক তৈথোকপিখি। অদুগৈ মমাগী মথাবু চিংশিল্লগা খোয়াং থরুবা হোংনজখিবা মখুৎ পিশক-পিশক মচা অনীদুনা ঙসি মপুঙ-মরৈ ফারক্তুনা মপি তৈথোকপিরকপদা কংবা নাইররোই খল্লম্বা পিরাংগী ঈচেল খংখক থকখিবগুম নীংজরকই। কংখিবদি হায়রুম্ব ঈনোৎ মথং মথ গা ঈরোয়ননা ঈচেল-তুমা নৌহৌনা ঈহৌরকই। পোইমুগী অয়ুক্তা লৈচিন হাইদোকখিবা মুংশাগুম মমাগী মায়থোঙ ঙাল্লকই। ঈশিং চাইবী-গী ফজবদি অঙেৎবা মুংশাদনা হেল্লি। বৃন্দারানীনা মচাগী মশম নানবিরগা হায়রকই—'নমাগীদি নঙনা হায়রগা লোইরেদা। নঙদগীনি পুম্নমকসে; নঙদনি খল্লিবা।' মচাগী মনাক্তগী থোকলকই। মচানা হায়হৌই— মতম খরদং ঙাইখো ইমা, মালেম শেগাক কায়না 'মালেম ঙম্বগী অপোকপী' হায়দনা হায়নরগদবনি। ঙমগদৌরিবনি মালেম অসি— মালেমঙম্বা। মমানা কয়াদা মকা লামজখিবা।

মঙানী তরানী লৈরগা, মুংথিল অমা বৃন্দারানীনা পুরকপা হৈ-মহী মনিত্তোনগী তেবলদা থম্মগা হায়রকই—

— বাবাচৌ, লুহোঙবসি হোঙখিগুমসিদা। মহৈতম্বস্থ লোইদ্রি, চহীস্থ নৌমল্লি অদগী—

— অদগী? অঙাং মশানস্থ য়াদে অসিরা?

— অদুগী নত্তবদা, বাবামচাস্থ য়াওরোইদৌরি।

— উম ...। মতুমদি ঐস্থ খল্লুদ্রি হৈ! ফরে; হোঙবসিমা শাংনা য়ৈথোক্লে।

লুহোঙবা, য়ানদবা অমদি আ-তাম্বা শাংনা য়েথোকপগী পাউ অসি লিস্থোইন। হান্না তারম্মে। গাড়ী থৌবা তম্বিগনি হায়দনা লাপ্লপা লমহাং অমদা লাকমিন্নবগী অতুদা লিস্থোইনা গাড়ী মন্নুংদা তকথংলকই —

— করি তৌবগী হোঙডোইদৌরিবা ?

— মতম ব্রাংপগী ।

— করি মতম ব্রাংপা ! ঐখোয় ইনে য়াইখোয়দি চহী তরাহুমদোইগী অতুদা চেল্লি হায় ।

— মতম অতু, নংত্রে ।

— ঐদি নহোয়গী পুপূ দাক্তরনা হায়বতু কায়দে খল্লি ।

— কায় লিস্থোই, য়াম্না কায় । ঐ থবক য়াম্না তৌনীংলি । মথং-নথং য়াম্না তম্নিংলি; তনখিনি । পরীখা য়াম্না চাউবা থাখিনি । হুন্দক্কী ডাকশেল মশাগী লাম্মীগী পরীখা অতু থারুগে তৌবনি . ইমানা কপ-রুদৌবা মথৈ য়াদ্রে । ইমানা লাম্মী ওইরবদি য়ূম, লৈবাক থাদোক্লনা চংখিনি মতু স্নুকয়া য়ানীংদে হায়রে ।

— থারুবদি কায়দেনা শোয়দনা খল্লক্কনি হায়বা লৈতে ।

— থারবদি খন্দবা য়ারোই লিস্থোই । ঐনা মকোক ওইগনি । হৌখিবা ব্রাহং-চেগী নমুনা পূম্নমক ঐ খঙই । লায়না থোক্কনি । ঐ ইশাবু চপ চানা থাজে ।

লিস্থোইনা ভাবদা মুংডাইনা থোকই । চাউথোকচবস্নু পোকই । মালেমঙম্ববুস্নু মুন্না খঙই । মশাবু চপ চাবদগী হেন্না য়াম্না হেন্না থাজজবা হায়বসিম্নু লিস্থোই খঙই । লমশাং থৌরকপগী রাবা নত্তবদা অহাংবদা ওাই-হাক ফম্মিন্ননীংবদগী লিস্থোইনা গাড়ী খামহল্লি । সম্বীদগী থরা মনিংহাইজি-ন্নগা লৈবা খোংলমগী উকু মচা অমদা ফম্নিন্নে । লিস্থোই গাড়ী থৌবা থোইনা তমনীংবা নত্তে । য়ারিবমথৈ লোয়ননীংবগী অপাম্বা অমা লৈবনি । অতুগী থাপনা চথোকমিন্নরকপনি । ব্রারী মখা চথবা ওইনা লিস্থোইনা মালেমগী মথুং পায়শিল্লুরগা হায়রকই —

— করিনো নঙনা হয়েংব্রাই ওইনীংলিবসে ?
— ওইনীংবা হায়বদি ?
— হায়দি লৈদনা দাক্তর, ইঞ্জিনিয়ার উকিল ওজা মন্ত্রী ওফিসার অচৌবা-?
— ময়ামদু অমত্তা পামদবনি। উকিল অফাওবা অমা ওইরগা জেলগী মী মথং মথং কনসিরা হায়না কন্না থল্লম্বনি।
— পাগনবা নঙদি পরুগনি। ঐথোয়গী মামা অমা লৈ। মানা পাবসি পাবসি অহাৎ ডাইহাক্তা মতুম্মী। অস য়াম পাথ্র'জাংনি, পরীখা থাদোরিবা ঐথোয়দগী শরুক তরা-কুম হেন্না পাবনি। ঐদি পামনবসি হৈনদে।
— নঙদি ইরিদনা। নঙ ইবা য়াদোবা মাল্লি ইয়ু লিস্থোই !
— করি ইদোবা ?
— নঙনা ইরিবা শৈবেংদু ইথৌ অদুদগী মথং মথং লীলা, রাবীমচা, রারী অশাংবা ময়ামসে।
— হৌজিক ইবা তোকলেদা কবিতাগাসু থোরক্করে ইন্নীংদবে।
— করিগী ?
— নঙ ইনাক্তা লৈরবসিদি। নঙ উদবদুদা থরায় মুংডাইতবগী পুক্লিং মুং-শিবগী পঙথোৎ খোৎথিবনি। পোত্থাবা য়াই শান্তি ফংবগী ইখিব-নি। হৌজিক বোইকাদু মাঙখে নঙগা উন্নববদি সাহিত্য বিজ্ঞান ইতিহাস করিসু চঙত্রে। পরীখাগী লাইরিক্কং নঙনা নহান নোংমা চৈবগী থরা কাখৎনা ঙম্নবা পারি। লোইরে।
— ইবা তোক্কবদি ফৈ লিস্থোই। লনাইগীগা ময়ামগীগা পুন্না থল্লগা য়াম্না ইবা ফৈ।
— ইজররোই ইবুংঙো ! নঙগা লাপথোক্কদ্রবনিনা য়ারে।
— ঐগা পুন্সিগী ওইনা কায়নরবদি নঙ য়াম্না ইরনিনা ?
— হৈ -। অ

লিস্থোই খংপ্রেক খংবনি; শ্বায় লাউবনি। মশা নীকপা যৌনা মুংফাওননা তনিকলকপনি। খংলাক খংজিন ফুঙ হেক কাথিবনা ময়ুমদা মানা অফিং-অফাইগী মতাংদা হেক-হেক পনবা অকাম্বা রাহৈ অত্থ তাপ পন্দুনা মালেমগুম্বগী মথূৎ খংচিং চিংবনি। মখোঙ থাঙ্গত্তুনা পৈরপনা ইত্তাও তাওনা ফমমম্বা ওইবনা লিস্থোইদা খংঙাম ঙামথবনি। শেম শাহৌদবা অমত্থস্থ তরেক-তারেক ফম্লমমাল্লে অনীত্থ চেপনা ওস্থমি-ম্নরকই। পঙরাং রাংবা উকু নত্তে। অশংবা নাপী রাংলপ তৌনা হৌবা লাংখোং ময়াগী মতা মাম্নবা লৈমায়নি। পাখৎনা খজিক লাউরম্মগা লিস্থোইনা মালেমবু খংকোন কোনশিল্লি। অনী চেপ্পা, তোলহাইননা লোনখৎপা মোন্দুম কীম্থরকপগুম লৈমায়দা তামিন্নৈ। খংলপ তৌরম্বা মালেমনা মপাঙ থেংনা অমুক্কা চেংনা কোনশিল্লুই। ফনা কুইনা লৈরুই। ভাব লাম্বা ফংলকপী লিস্থোইনা য়েংখৎলকপদা মালেমনা য়াম্না নক্লা য়েংহুনা লৈরম্বা থেংনরুই। লিস্থোইনা মালেমবু, মালেমগুম্বনা লিস্থোইগুম্বীবু অত্থক নক্লা অমুক্কা য়েংখিদ্রি-উখিদ্রি। মুংশিবা মনমগী লৈতেং-মচলনা কেজবী লিস্থোইগী তত্তনা নমথিবা মুংশিবা মনমহু নত্তবা, মুংশিবা মপান্থোংগী অশেম্বা মনম নত্তবা অশেংবা শম্লাং মনম মালেমনা হুকথেংনরকই। লৌশিং খজিক মাঙলুই। মপান্থোং-গী মনম মুংশিবা লৈতেং মচল অমুক্কা শীজিন্নখিদ্রবা মালেমগুম্বগী হুকচাংগী তোপ্তোপ্পা মুংশিবা মনম লিস্থোইগুম্বীদা ফাওরকখি। নাক-য়েংকী মহৌশাগী অশংবা নাপীগী মনম কাউথোকলুরবী লিস্থোইনা হাম্না মপান তাইবঙগী অচুম্বা অশেংবা মনম ফাওরকই। লাপ্পনা হানৌ চাজরিবা যন লামচা অমগী ইনখৎপা হৌবা কুইদ্রিবা মরুমদা তোংবা চোংঙা অমনা খজিক তামগৌবা মপিজা কৌবগুম খোংলকপা খোঞ্জেল তাবদা মুপীজা লিস্থোই মীকপ থোকপনি। অমম্বা মরক্তা ঙানজবা মুপীজাশিংগী লৌশিং থমোয়নি। লৈহুনা য়েংলক্লগা করেম্নরকই—

— তুবা গুকত্রিবো সন্যাস স্বামীজী মহারাজবো।

— ওকলক্কদৌবে মেনকা রানী !

— মসি উমং-বোন নত্তেয়ে কন্ব মুনীগী, ভাব তাবিয়ো। নপন পঙ্গৌ অকবর মা বদৌলত উখ্রবদি শলীম লামচা থাঙ চাবির'নিয়ে হৌগৎপিরো।

শলীম ফুক হৌগৎলি। অনারকলীনা মফি ফৎ-ফৎ কনবা নানবা তৌরিবৈদা তফিংলপ হায়রকই।

— হ ! হল্লসি লিম্থোই।

— করিগী 'সুক ঙম্না। লাইব্রেরী থোঙস্ন লোম্রি। ( লিম্থোই য়ুমদগী লাইব্রেরীদা লাইরিক পাকগনি হায়না মনেয়াইদা হায়রম্মগা থোরকপনি। )

— কোন্না পারো হল্লসি।

— হনখিরোই; গাড়ী থৌবা তমখিনি।

— কোম্না তম্থিবগে ; ঙসি তোকঅসি।

— তোকওই-তোকওই। তমদবা সুকয়া য়াদে।

— হ ! য়ুম য়ৌদবা য়াদ্রে লাকও হল্লসি।

ঙাইহাক্কী মমাঙদা লৈরম্বা ময়াইগী মনমশিং অতুগা ঙাইহাক্কী মতুং অসিদা থোকলক্লিবা মিপাইরপ তৌবা চিংনবগী শকফম অসিগা অনীগী লাংদাইদা লেপ্পদা লিম্থোই ঙকলুরে। অতুগুম্বা ঈহৌগী লীচৎ লিম্থোই-না অমুক্তা থেংনখিদ্রি। হেন্নহুম মিপাইরকপগুম তৌরক্লবী লিম্থোইনা গাড়ী মমুংদা হুংই—

— কৈনো কৈদৌরবনো মালেম নশাহ ইরৈ লৈতাদবগুম তৌই। ঐবু শাউরিরো ?

— করিগী ? করিগী শাউদৌরিবা নঙোন্দদি ?

— নঙগী অপাম্বা খঙদবগী গুলাপ হেক্কে তৌরকপদা নখুৎ পায়হনা থিংবগী।

— ঐবু অঙাওবা সাধু ওইনা খনগন্নু লিংম্বাই নিংথৌ হরিশচন্দ্রখোয় ভিস্মখোয়, শ্যামশাই খুরাইলাকপখোয়দগী হেনদোবা ঐনি। ইশাবু খুত্নমদা থম্মবতদা মালেম অসি খুত্নন চনবা ঙমদৌরিবনি। মালেম অপুম্বসি ঙমদৌরিবনি।

— লিংম্বাইঙম্বীবুদি নখুত্নমদা থম্বা ঙমজরব্রো।

— কুইরেনা কোন্দুনা চেংনা থমখিবা!

— থম্মিনিহায়, ইরেম হেক লেমশিন্নরদনা! সে, পায়রক্কনু খুৎকা থৌবা ভম্বিয়ু হায়বদি য়াদ্রগা! ইচাও হেক চাওথোকঅদনা! ঐগী উল্লক্পত্নু স্নুকপায় পায়হল্লোয়।

— থৌবিরোই। কনাগা চৎমিন্নগে য়েংসি!

— কনাগা চৎমিন্নবা কাইনা অস্তীগা—ইমাগা চৎমিন্নরগা লোইরে!

— ঐখোয়' ইমাগী অনম মতাসিগা কয়া কুইনা থাঙবা ঙম্বগে য়েংদৌরিবনি

মমাগী রা পল্লকপা, পল্লুবা অতুগা নীংশিংলুবদা গাড়ী খরা অমুক কনখৎনা থৌবগুম তৌই। লিশ্তোইনা নাকনগী মিংশেল লৈখৎলগা খরা নক্না চঙশিল্লক্কুনা ঙাথরগা হায়রুই—

— তপ্না থৌবা য়ৌগ্রনি; পাম্মুই অদগী মালেম তু আদগী লৈপুঙ অসে. ফীবাল অঙাংবা য়ংলিবসে—?

— ইবুধৌ অমগী লাইবুঙ অসে, খঙই।

— নৌনা শাফোঙলকপা উমংলাইনি। ঐ অমুক্তা খুরুম্মুগে, কুইরোই নঙ ঙাইরম্মু মখোঙদা।

— ঐদি কৈদৌনা লৈহৌদৌরিবা খুরুম্মদি পুন্না খুরুমগনি। ঐস্নু ঙসি অমুক ঙনতা ঈরুজবনি।

— অনীমক চৎহৈদে, পুন্না চঙবা তৌহৈদে হায়নৈ; চঙনদে। নঙ কোন্না অমুক চঙঙবদি য়াই।

— মতৈ-মনাও ওইরবস্নু?

— ঐ-মা ! য়াম ঙম্মে; তপ্পত্রা ! হন্দক মরকসি ওম্বোক ওম্বোকপা য়াম্না ঙাং শকইকো। মতু ওইবননে ঐনা হান্না চঙঙ্গে নিজরুগে তৌরিবসে। নঙগীদি ঐনা নিজরগা য়ারে।

— সুংশোয় শোয়দনবা অনী চঙতুনা নিবনা ফবনি । .. ঙাইখো লিম্বোই !

শকফম হঞ্জিনবা হান্নগুম চীং লেম্মকপা খোনফম তাবদা লিম্বোইনা লকক তৌনা য়েংলুই। তশেংনমক হঞ্জিল্লম্মে হেন্না চীংলেম্মম্মে।

— কৈদৌরে মালেম ? শাউবিরো ?

— শাউদে হায়বনি করিগী শাউদাইনো ঐবু য়াম্না শাউগনবা মীদৌনা। ঋষি অমগী বা নীংশিংতুনা শাউদবা তম্মিবা ঐঙোন্দা শাউব্র-শাউব্রাইয়ে; ওয়গী থূৎনম অসিনা হাইজিল্লকনিকো !

'তো শাউদ্রেদনা ঋষি অতুগী মধৌনি !"— হায়রম্মগা লিম্বোই হৌনা নোকলকই। মালেমসু নোকই। খোঙ্গেল হৌনা থোরুদি নত্তে। লম ওন্ননা চায়গনবা নীংঙাইদবা শনজাও অমা গাড়ী খজিক তপথহন্দুনা থৈরুরগা কন্না অমুক নেৎলকই।

— কৈদৌরগে নঙবো ! অমুক কন্না থৌরিবো ! চুবাকাসি য়োংতা থেংজিন্দনা হুবাৎলে হায়বা !

— ঐঙোনলোমদা পৈথরকউ।

— তনজত্রো। নখুৎনে'না নখুত্থমদা থম্বসু ঙমদবা। হন্দমুক থাম্বদদি মনীংলোমদা তোংজরুরনি; মীফম্তগা নরুবা তল্লে।

মখুৎতু মখুৎ অনীনা পায়শিন্দুনা থম্মগা ঙাথরুই। মালেমনা গাড়ী থরা তপহল্লগা হায়রুই—

— য়ুমদা প্রপ-প্রপ য়ৌনীংবননি, নঙগী ইবুধৌসি কোম্না তপনা থুরুম্মসি।

— করিগীনো হায়বা অতুবো ঐসু থঙনীংইদনা। ঐবু অতোপীনি থল্লিবরো, ঐঙোন্দা তাকপা য়াদবা লৈরিবরো। লাপথোকনা লৌরিবা শেংলবরো ?

— লাপ্পা হায়বতুমা থমদ্রবনি। লৈত্রবনি।

— মতুনা নচীনগী রানি। খুৎকা চীনগা মান্নদবসি তোপ্পবদদি তৌবনি

- - নঙদি থাজগদ্র থাজরোইদ্র খঙদে অতুনা হায়দোক্কবনি।

— নঙবুদি পূল্লপ্পা মপূম ওইনা থাজজরবী ঐবু থাজদ্রি। চিংনরি? করিনো নঙনা পাম্মিবো-ঐঙোন্দগী?

— করিস্ম পাম্বা নত্তে লিপ্পোই নঙগীদু ওন্নদোবা মাল্লে। সুম্মাইনা তোবনি; খোঞ্জিক ঙসাইসে ইবানী তুশিনম্নিন্নবদো—

— হোয়নে রাহৌদোক্তু তোক-ও-নে খিৎ।

— মতুগী অতুদা ঐগী ওয় থংবা পীশুম অসি খংচিং-খংচিং চিংলকপা।

— মীৎ চোংবা?

— মীৎমকস্মু নত্তে। হোয় মীৎ হায়বা য়ারে নহানরাই, কুইরে; ঐনা দবল প্রমোশন ফংবগী হরাউবা ওইনা ঐখোয়গী পুপু দাক্তরনা স্কুলগী ওজা খরদা পীজ-পীথক খিত্তং তৌবা। ঐস্মু য়াওবা। চারিথৈদা অস্নুমায়না অমুক-অনীরক্তং ফ্রং-ফ্রং কাপলকখিবা। মরম ইরৈ লৈতনা ইমা খংনীং নীংশিংলকপা! মফম-মরাং ইখঙ খঙদনা ইমানা-'বোইবোই!' হায়না কৌরকপা মানবা অমা তারকপা। ঙাইহাক লৈরগা ঐখোয়গী পুপুগী ড্রাইভর অতুনা পুপুদা তপ্পা করিগুম্বা খরা হায়রৈ। পুপু দাক্তরনা অরুবা তঙায়ফদবা মতাং অমগী কৌররে অতুনা ঙাকপিনবা হায়রম্মগা ঐবু চৎসি লাও হায়দনা পূরগা চৎলি। য়ুমলোমদা গাড়ী থোদবতুদা ঙকলুরে। হংলুবদা তাকললে। ঙাইহাক কন্না থোরগা 'পাথো ক্লিনিক' মমাঙদা থাম্মী। ঐবু খুৎ শমতুনা পুপু তহা-তহা চেনবোইনা হোৎচিল্লি। ইমা ফমুং অমদা তুম্পাক তাদুনা লৈরম্মে। ঐনা পুপুগী মখুৎ কম্বংল-স্মগা ইমা কৌতুনা চেনশিল্লুই। ইমা ফুক হৌগংলকখি। ঐবু কোল্লগা ইমানা কপনা 'তো ঐনা কৌবনি ইচা; বোইবোই লকত্র-দনা।' ইমানা ঐগী হয়েং শেংনবা নুমীৎ ককপা ফিজোল অমা

ইন্দ্রি তকপদা প্লাগতা অশোনবা য়াওরম্নুনা ইলেক্ট্রিকনা চিংবগী থংইন ইল্লকপাদা ঐগী শান্নবগী সাইকল মচা অতুগী মনীংদা লুখমনা য়ৈতুনা তুবদগী পাখৎপোই করিবোঈ রান্থখিবা ওইরম্মে। চাক-থোংবী ইনে অতুনা লাউবদগী মী চেনশিল্লকুনা খুদক্তা 'পাথৌ ক্লিনিক'তা পুবা ইওরম্মে। য়াম্না শোকপদি নত্তে; হান্নদগী মথরায় মুংঙাইতবগী মথক্তা মশাদু নারি-শারি তৌতুনা লৈবগা ইপা পাখিবনা লৌশিং ঙাইহাক মাঙলুবা ওইরম্মে। ঙক্লিবা অমনা ইমানা ঐবু কৌই হায়বা মতম-ঙাং অতুগা ঐনা স্কুলদা চাবা য়াওরিঙৈদা তারকখিবতুগা ঘড়া য়েংনবদা পাতুনা খনবদা মতম অমত্তা ওইরম্মী। কুইরবা মতমগী মতুংদা ঐনা মসিবু ওইবা য়াত্রা হায়না হংলুবদা পুপু দাক্তরনা হায়রকখিবনি --

মসি বোইবোই ঐখোয়গী লৈরিবা বিজ্ঞান অসিনা ময়েক শেংনা খঙদবা মশীং লাকঙমদনা লৈবা অঙকপশিংগী মন্নুংদা অমনি। অন্ধবিশ্বাসনি হায়দনা থোক হেক ইস্থোকখ্রগা ইস্থোকখ্রে। নত্তনা থাজনা অমুক য়েংলুরগস্থু মকোক-মমৈ শম্নদবা পূমলান লাল্লবা পোৎ-লম অমনি হায়না শৌবস্থু য়াদ্রি। তাইবঙ মীওইবা ঐখোয়গী লৈরিবা লৌশিং মঙ-কায়াৎকী লৌশিং মঙা অসি নত্তবা তক্লকস্নুবা অমস্থু লৈ থাজনরি। মরম খঙবস্থু খঙদ্রবস্থু চুম্মিবা থৌদোক অমা ওইনা থেংনরি। মসি মী মীগী ওইনস্থু চাং লৈ। ইখঙ খঙহৌদনা 'নোং তানি' হায়রগা ইথা থাজদনা হেক তাবগুম্বা; 'এ মাদি অতুম তৌরেনা' হায়বদা অশেংবগী ওইনা হেক মতৌরম্বা অসিগাসি তত্তনা থেংননরি। মরক অসিদা মফম মওংদি খঙদ্রবা থমোয়গী মরী অসিমস্থু লৈরি। লুনা তৌজবা চপ হেক চানা মুংশিজবা মী অনীগী থমোয়গী মরী অসিস্থু অঙকপা অমনি। নঙনা নমাবু লুনা তৌজনা ঐ খঙই। নমানা নঙবু মুংশিবসিস্থু করি হংঙুরনি।

নখোয় অনীগী থমোয় অনীগী মরী অসিনা অমগী থোদোক রা-থোক্কী মঙাল অমদা তাবা, অমগী ফল অমদা তাবা হৌনবনি হায়না লৌনরি—মরম খঙবা য়াই খঙদবা য়াই। অখঙবা ঙাক্তনা লৈ খঙঙ্দ্রগা লৈতে হায়বা য়ারোই। অমগী খুদম অমদা ফাওনরি। অহানবা নওগী প্রমোশন ফংবা মতাংদা পাউ খঙনদ্রিঙৈদা নমানা 'মঙ য়াম্না মুংভাইরম্মী ঐখোয়' বোইবোই চৈ কানি' হায়বনি। নীনী লৈরগা নওগী দবল প্রমোশনগী পাউ ফংবনি। ওইবা য়াই। অঙকপদি অত্তুম লৈবনি বোইবোই।'

মরম লৈবা খঙদে লৈতবা খঙদে খুবাক মইওম্বদগী হেন্না ঙকপা ৱাফমস্তু লৈরি লিম্লোই।

অসিগুম্বা মওং মান্নবা ৱাফম অমস্তু লিম্লোইঙম্বীগী লৈ। মালেমনা পরীখা থাবগী চিনবনা উন্নবা লাকখিদ্রবা মতাং খরতুদা, নোংমা, মুমিদাং অথেঙবদা ফমুংদা শৈরেং অমা কন্না ইখি। মথারায় মুংভাইজনা ইতাউ-তাউনা লৈরকপা থামখায়মুক ফারক্কদোরে। মুমিদাং অসিদা কলম পায়না পায়না ফাকতোক্লিবা বোই অত্তুদা লুকথরগা ফনা কুইনা উইখি। উইরিঙৈ মরক অদুদা মঙ অতেনবা অমা মঙখি। অমম্বা উমংওইনা তৌবা মফম অদুদা ইখঙ খঙহৌদনা অঙানবা মঙাল অমা লোইরোইনা পাইথরক্লগা মমাঙদা তারখি। য়েংখিবদা লৈগী দোলাই অমদা মালেম-ঙম্বা লেপ্তুনা লৈরম্মে। তুত্তুনা লৈরিবী লিম্লোইঙম্বী মঙোন্দা মথুৎ অনী তিংখোক্তুনা কৌশিল্লকখি। ওইন ওইননা য়ানীং য়ানীংনা য়ানীংদবা শাত্তুনা তপ্না তপ্না কাইদ-কাইদা চঙশিনখি। মানা মখোঙনা চৎতুনা চঙশিনবা ওইনা তৌখিদে। উরী অমনা তপ্না তপনা চিংবদা পাইবা ওইনা তৌই। নকশিল্লক্লবা মতাংদা খংচিং চিংশিনখি। শেমশাত্তুনা থাঙহৌদ্রবী লিম্লোই চিংশিল্লিবা মাগী মথাতুদা পুল্লপ হৈজিন্দুনা তারুই। ওইনত্তুনা শাউরিঙৈ তালক অত্তুদা করিগুম্বা মখলগী খুদম পান্দম

অমত্তা পীরমদনা লম হেনগনবা হৌরক্লবা মথুংকা ভাইঙমগন্দ্রবা মচীনবানগা অনীনা, খুদুম চনগ্রবী লোৎচানরিবী মহাকপু নীং-খা তম্না থিখি; মনীং তম্না কেকু লোৎপীগী ফোং কোংগীদমক মায়কৈ পল্লেপফম অসিনি হায়বা খওদনা থিখি। মকা লাম্না শাউজখি। মহাক্না হেক হেক চৈবা রাহৈহু হায়দুনা শাউবা উৎখি। মশাগী রাহৈহুমক মীকপ থোরকপগা চান্নরুবদা মশাগী নাকোংনা তাখিবগুম তৌই। মালেঙমম্বনা লীবা রারী তারগা লিপ্তোইস্ মাগী মঙলান অহু তমনীংদবদি নত্তে। ইকাইজবগা লম্বেনদা মী কুংশিল্লকপা হৌরকপা ওইবগা ইপা পাখিহুনা তমহৌদে। লৈখংলুবা নাকনগী মিংশেল অহু লৈথরমদাইদা মালেমগী মথুং অহু হুক্তোক্লুনা কনথংলম্মী। মশম-মনা নাম্বরগা মূর্তি চুম্না চীং লেম্না ফমখি। অনীহু খজিক য়েংনরগা মতম অমত্তদা মোমোনমিল্লখি।

## মঙাশুবা

লৈকোন্দা লিম্হোইঙম্বীবু থনম্মগা মালেমঙম্বা ময়ুমলোমদা মমায় ওন্দুনা থৌরকই। থোঙান্দা লৈকাইগী মী খরা পুন্দুনা লৈবা উই। গাড়ী খামফাত্রিবৈদা মনীংলোমগী অহল, মপনশিং অমনা চেনশিল্লক্লুনা হায়রৈ —

- ইবুংঙো বিশ্বনাথ ইমা কমদৌরে ?
— করিবো ইপন ?
— হাই নমা হোস্পিতালদা —।
—হা ! কৈদৌরবা ইনাবো ?
—ইয়া চুম্মীনে নঙ খঙদ্রিদনা। নমাহ্ন 'জননেতা হোস্পিতাল'দা পুখ্রবনি।

খ্বায় লাউথবা মালেমঙম্বা মখা থোইনা হংলমদরে মমায় লৈহনা থৌরক্লে। লম্বেলসি লানগী নত্তবদা ইচীন চিনগুম তৌই। সরককী নাকল অনীমক্তা মী পরেং-পরেং লেপনবা উই। তহা-তহা চেনচৎতা খারোমদা, অরাংদা মনীংলোমদা চৎনবা উই। নগারোল পাখং মমাল্লবা পুল্লপ কাঙবু-কাঙবু, কাঙলুপ-কাঙলুপ চৎনবসু উই। মবুক্লিংদা খল্লি- করি মওংনো ? চৈ-লাং পায়হনা চৎখিবা নহারোল কাঙবু অমা উহৌই। তহা-তহা নোক-নোক্লুনা চৎখিবা উহৌই। মদোমদা থোইনা খল্লুবা শংদে লায়েংশঙগী থোঙানদমক উরকই। ময়াইরোমদা শন্দোক্লা পরেং শানা চৎপা নহারোল কাঙলুপ অমা নক্লা খেংনীং-খেৎমাঙদা থৈরগা কন্না থৌরকউবদা মখোয়না মথৎতা পায়বা জমফংকা শীংজঙদা থাজত্তুনা শাউনা লাউহৌবহ্ন গাড়ী মিংশেলদা উরুই। নাচুংদে। লায়েংশঙগী য়োৎকী থোঙাল অহ্নতা উহনা লৈ। অথু-অকায়গী শঙতুপ অদোমদা

থৌজিল্লগা ব্রেক খংফা ফায় । চেম্বরকুনা নর্স অমদা হংগে তৌরুই। মহোয়বু, মমাবু মুন্না খঙবা ওইরমহুনা ওপরেশন থিয়েতর রোমদা চংনবা হায়রকই । থোঙ থিংজিনবা য়ৌনা কাউরম্মবা গাড়ীদা হুন্না ফাওবা য়েংলমদনা চেন্নকই ।

ওপরেশন থিয়েতরদা মৈঙাং থানবা উই । মপান্দা মখোয়গী মীময়াম লৈবা উই । মপুরোক কমলজীৎনা লাপ্লপ উবদা চেনশিল্লকই। চংমিন্নরকই ।। কমলজীৎনা মরেংবানদা মথুৎনা তপনা বোপ-বোপ ফুহুনা ফাধবিরগা হায়রকই—

— কদায়' চংলুরে নঙদি ! পুশিনখ্রে । কৈম্মু থোইদোকপদি তৌরোই হায়রি ।

— করিনো কমদৌবনো ঐবু ভাব অমত্তা— !

— হেরা, মখোয়না মুঙচেকনা হেক থাজিল্লকপহুদা মিংশেল কায়বা; নমানা চোংথগে হায়দনা তৌবহুদা মকোক্তা পাল্লবা; মিংশেল মচেং খৌরীগা মকোকদা চঙহুনা লৈরবা । মহু লৌথোকপা-কৈদৌবগী রাদনি । অরুবা নত্তে হায়দনা নঙগী পুপু দাক্তরনম্মু হায়রে । লোইরক্লনি ঙাইহাক ওইরে পুশিনথিবা। মুংশা থীরুম্মু ফম্মু ঙাইহাক ।

হৌজিক ফাওবা মালেমঙম্বা ভাব-মেন অমা ইতা তাম্রিং ঙক্না অতুম থোক্লি । পাখৎপা মরক্তা চঙক্লবা মওং অমা লৈরে খঙলবা মনিত্তোননা কৌশিল্লগা তপনা তাকলকপনি—

— নমাহু ঙসাই চান্দেলদা দ্রগ লল্লোনবা থিংবগী মখোয়গী লোয়শঙগী মশা অমনা শীনবা মিতিং অমা চংপা— ।

— অতুদি ঐম্মু খঙই ।

— হল্লকপদা লিলোংগী ঈরাং অহু মায়োক্লনা নংবা— ।

— লিলোংদা করি ঈরাং ?

— লিলোংলোমদগী হৌরকপা মৈতৈ-পাঙন য়াম্থংনবগী ঈরাং অমা লৈবাক শল্লিবসি নঙবু খঙদ্রিবো !
— আই ! ঐখোয়গী মৈতৈগা ঐখোয়গী পাঙনগা ?
— হোয়নে বোইবোই। নঙ অসিবু ..

থিয়েতরগী অঙাংবা মৈ মুংথিবদা মসু-মপু লাঙতক্লনা চঙশিল্লি। মমাবু ফিঙৌ অমনা মখাং ফাওবা কুপ্পগা, নর্স অমনা কাপ্লিবা ঈগী লিক্লি অমা ব্লাংলপ য়ান্দুনা পায়রগা ইস্পোরকপা উবদা মালেমঙম্বা অমুকসু খায় লাউই ! হোংচিল্লুবদা মানা তত্তনা উখিবা পুপু দাক্তরগী মহা-মরূপ দাক্তর চালতননা খাম্নগা নোকফেৎ নোকফেৎ তৌরগা হায়রকই—
-- ইয়াম্বা দাক্তর মনিতোন, কবিসু তৌররোই। ওইশিনবদা নোংনীনী চঙগদবগী ব্লাদনি।
— ইনাও চালতন খুদোংথীবদগী —নাম্পোকএকো ?
— নো দাক্তর, নাম্পোক্লবা খুদোংথীবা হায়বদু লৈতনে। নাউ শি ইজ ক্বাইত ওলরাইত। প্লিজ গো, ফোল্লো হার।
—থেঙ্কয়ু মাই দিয়ার।

য়াম্না চেকশিন্না থম্বা কাদগী শরূক কয়া হেন্না ফবা কা অমদা পুশিল্লি। মপু অনীগী সংগগা মমাবু ময়াম্না খঙনবগা অসিনা পূনবনা খুদক্তা কা অসি ফংবনি। খঙন-চায়বা শকখঙ-মায়খঙনবগী ফলদি থাক খুদিংমক্তা লৈ। চুমনদবসু নত্তে।

উতুপ তাবগুম তারিবী মমাগী মখোঙ অনীদা মমায় লুকশিন্দুনা লৈজরি-মালেমঙম্বা। অকোয়বদা ফুম্বং-ফুম্বংনতুনা ফম্মিবা ইমুং মনুংগীওইবা মী খরতুগী মমীৎতা পিরাং খরা-খরা লোইনমক শিম্মুরি। খজ্রিক্কুং ফাওবা লেঙদনা মমাগী মখোঙ কোল্লুনা লৈবনি। কাপনবা হিদাক পুতুনা চঙসকপা মনিতোননা ময়েংবানদা তপনা পাম্বক্লই। মমায় হাইপতুনা

য়েংলকই। বৃন্দারানীগী মথোঙ পিরাংতনা চোৎপা উই। মপুগী মায়থোঙদা ঙাইহাক য়েংহুনা লৈ। মমা লৌশিং লাকপা হৌরকই। খজিক লেঙ-লকপদা মালেম মমীৎ তথকলকই। বৃন্দাগী ইহানবা হানবা তপ্পবা খোঙ্জেলনি-বোইবোইদি ? বোইবোই হোৎচিল্লকই। পীক্লিবা নাৱানা মুংথিলচুপ্পা অমগী মতুংদা হুক্তিল্লকপা মমাগী খোনফম তাবমক্তা শান্নপোৎ কাল্লগা হোৎচিল্লকপগুম খুয়াদা ফম্মিবা মনে-মন্দোনশিং কাল্লগা মমাগী লুখুমলোমদা হোৎচিল্লকই। মমাগী মকোক ময়াদা নক্লা কাখত্তুনা ফম্নবা লাক্লে অহূৈঙে কেশ লোইরকপদা মপা ইঙোবীবু জেলদা থিনজিল্লুরগা হুল্লকপদা কপমনখিবদগী মকোক চীকপা হৌরক্তুনা গাড়ীগী মনীংগী ফমফমদা হিপ্লিবী মমাগী লুখুমদা চপশিন্দুনা ফমথরগা মমাগী কোক নম্থিখিবহু মাল্লকই। ঙসিস্মু ফমথবদা মমাগী মশম নাকচেত্তা ফমজিল্লুর-মাল্লে অহুৈঙে মচাগী মথুৎ মচা অনীহু ৱাগনি কোক নমগন্নু নল্লিবা শম অসি চিংখৎলু হায়না তপ্পা ফাখিবগুম ঙসিস্মু বৃন্দারানীগী মথুৎ তপনা থাঙ্গৎলকই। মালেমনা নীংশিংলক্তুনা মাল্লকপদগী মমাগী মশম তপনা চিংখৎলগা মতম্বাক্তা তপনা থম্মুই। মমানা মমীৎতি মপুঙ ফানা হনখিন্দ্রিবা থাখিবা হিদাকী মম্বাইনা চান্নবা পাঙবা ঙমদবনা পাঙদনা তপনা হায়রকই—নঙ কৈস্মু তৌদবরা কদায়' লৈরুই ?

— ঐ কৈস্মু তৌদে কৈমতফাও তৌদে তো য়েংঙকউনে ইমা তো ফম্মিসে, য়েংঙকউ।

— উৱে। য়ুমদরা লৈরিবসে

— নত্তে ..! ঐ য়ুমদনি। য়ুমগুম্বনি। পুপুহোয়স্মু ইবোকখোয় কাকা নেনে ময়াম লোইনা লৈ। ফম্মী। তু পুপু লাকএ।

— মনম অসি হোস্পিতালগী মাল্লি। নত্রা ?

— মানি। ইমা কৈস্মু তৌদ্রে। মিংশেল মচেৎ মচা-মচা অমনী দং লৌথোকপনি। হৌজিক অহুম ফরনি। ঐ লৈ ইমা; ময়ামস্মু লৈরি; কৈস্মু তৌদে। পুপুনা ময়ামনা কম্না হোৎনবনি...

বৃন্দারানী তুমথখরে । মালেমনা ঙক্না চিংননা য়েংশিনবা চঙলকপা দাক্তর চালতনদা য়েংখৎলুই । দাক্তরনা-'মাই দিয়ার য়ং ফ্রেন্দ, ইমা কৈস্থ তৌরোই; তুমথবনি তুমজসমু । ঙাইহাক লৈরগা লৌশিং তায়রক্নি । বি ব্রেভ মাই বোই, বি ব্রেভ' হায়রকই । খুদাংগী মিছল য়েংলম্মগা মপু মনিত্তোনগা থোকমিন্নখি । মালেম চিংননা লৈহৌই । মমাগী মকোক্ত মতম্বাক্তা তপনা থাঙ্গৎপিরগা মঙং চুম্না ফমহৌই । নোমজেন চেন্দুনা সেবা তৌরিবা মচেশিং মনেশিং মবোক মন্দোনশিংনা ঙাইহাক পোথা-রুচো চা মুং শঙ্গাম লফোইনচিংবা খরদং থক চারুচো মখোয় য়েং-হৌগে হায় । মালেমঙম্বনা য়াদে । ফমতুনা অতুম লৈ । মমাদা মুন্না য়েংতুনা মুংমুক মুংজাননা অতুম লৈ । ফম্না ফম্না মমাগী মমায় তৈ-থোকপি মশম-মনা হাইগৎপি কারকপা মথুবাক্কী হুমাং অনম্বা তৈথোপি । তৈথোক তৈথোকনা মমাগী খুবাক অতু থাঙ্গৎতুনা মুন্না য়েংবা হৌরুই । লিম্হোইঙম্বীগীগা ওখাক মান্নরম্বদা লকক তৌরুই । কুপথনা য়েংগে তৌরক-পদা কমলজীৎনা 'তুম্লিবী নমাগী মই য়েংহৈদে—।' হায়রকপদগী খং-তোক তোকই । তৌহৈদে হায়বদা খংতোক তোকপসি, মরম ইরৈ লৈতনা, হুন্দক্কী অসিনা অহানবনি । হৌখিবগী 'তৌহৈদেশিং'দা মাগী মরৈনা মায় পাকখিবা ঙাক্তনি । ঙসিস্থ মাগী মরৈ লেঙদনা লৈরি মচু-মমেন খজিক্তা ফাওবা লাংশিন্দরি হায়বা য়াই । করম্বা কয়াসুবা কায়াংকী লৌশিং ওইবা য়ারিবা ? হৌজিকমক্তি খম্নরুবা ঙমদ্রি । পুপু দাক্তর নীংশিংলকপদা হীরমসি রাখৈখি । মানা খঙঙ্বদি নত্তে । মী পুন্নমক লৈনা লৈনা মালেমনা মমাবু মুকথামক থাদোকচদে । হৌগৎপা ফাওবা হৌগত্তে ।

পুং খরগী মুমুংদা বৃন্দারানী লৌশিং লাকই । পুন্নমক্কী মায়থোঙদা মঙাল লাকপদৌনা তৌই । মমাগী অশোকপা মকোক্তা তপ্লি-তপ্লি নাম্নগা মঙল মঙল খন্দুনা মালঙ অমদা য়েংতুনা লৈরিৈদা মীকপ থোরক্লবী মমানা মচাগী মখজাইদা তপম্না নানখৎলক্লগা—'বোইবোই'

হায়না তপ্নি কৌরকপগী অত্থদা মালেমঙম্বনা 'ই-মা' হায়না অমুক্তং হৌরপ কৌরম্মগা হুরাওমনখিবনা মমাগী মথাদা চপ চানা পীকচন্নিবা অপীখক অমনা ভৌবগুম্না মমায়না লুকথহনা তকচৈ; মমাগী ঙকশমদা কোনজরুই। পেঙ্গন্নিবী মমানা মুংফাওনবা মোমোন অমসা মাঙওইনরহনা মচাগী মকোক্তা নানবিন্নি। অউবা পুন্নমক মকা লাম্না নোকই। মপা-নদা থোঙজিন ময়াদা ফম্লিবা মনিতোনগী থমোয়দি তনীক্লকথি। পিয়ীক অনীদংনা মোমোন্নহল্লম্মবা মায়থোঙহ মথক্লোমদা খজিক লৈখৎ-লুই। শিলিংদা অপাবা মিরাং অমদা ঈথক মচা-মচা হৌরম্মী। ইপোম মরক অত্থদা নৌনা কায়নঞবী অপোকপীগী মায়থোঙ উরকখি। আনোক লৌথোক্লগা ফিজিনা তপ্পা তপ্পা তৈথোকচন্নি।

য়াম্না শোকপা নংত্র। হুয়েংমক নত্রবমু হংচিৎতি হুনখিবা য়ারনি হায়রে। অত্থমকপু কোক্তা শোকপা য়াওবনিনা নীংথিনা য়েংথোকসি হায়না মনিতোননা লৈথায় তাবনি। নস অহন নেক্তুনা সেবা তৌহনবনি। মুমিদাং অত্থদা মালেমঙম্বা মম:গা তুমিন্নগনি হায়দনা মান্নবা কাংথোল অমা লৌরুই। মমানা হায়রকপনি—

— নঙ য়াহিপ ফজদে বোইবোই কোক অসিদা নথোঙ থাংগৎলকনি।

— অহ ওইরগা ইমা মথাদা থারগা হেক তুম্মে। ঐদি রারে তুমজরনি।

মতাং অসিদা য়ুমদা হল্লুখিগে হায়দনা চৎখিবা অহল অনী-মনি-তোনগা কমলজীৎকা চঙলকই। শহর অপুম্বদা করফ্যু থমগ্রে, উবগা কাপ্প হায়বগী য়াথং লৈগ্রে হায়রৈ। দাক্তর মনিতোনগীদি মানা লৈরম্বা মফমনি খুদোংচাদবা করিম্মু লৈতে। কমলজীৎকা মাগা লৈনবা কা অনী শীলুই। য়ুম অনীগী মীওই খরা অমমু, চৎপা নংহৌদবদগী মানা মানা থোকপা য়ারেরুরি।

অয়ুক অহ মালেম হায়গুম তত্তা হৌগৎলি। ভাইহাক চৎপগী চেন্নচোংখগী ওইরা থোকলকই। মণ্ডোন্দনী মমানা হেন্না ভন্না হৌবনি।

ঙসিদি তুমহৌরি। মালেমনম্ন হৌদোক্রে। মমায়দা য়ৈগদবা মৈ মুথং-পিরম্মী। লায়েংশঙগী অচৌবা থোঙ্গাল্লোমদা থোকলকপদা সিপাইনা থিংঙি থোকহন্দে। ঈরাং অমদি করফ্যুগী রাকম নীংশিংলকই। মনুং-গী অহাঙবদা ঙাইহাক চেল্লগে থন্দুনা অথু-অকায়গী শঙলেল্লোমদা ওল্লকই। এম্বুলেন্স অমা কন্না থৌজিল্লকই। মী থরনা কনাগুম্বা অমা থাংজিনখি। কোন্না গাড়ীদগী কুমথরকপা মাগুম্বা নহা পাখং অদুদা হংলুই—কৈদৌবা য়াওরে মরূপ? 'খঙব্রো!'—হায়রম্মগা শাউমা চঙখি। মালেমদা য়েংলম্বা মাগী খারবা মীৎয়েংদু তশেংনমক খারবা মী অমদা য়েংগদবা মীৎয়েংনি। পাখংদু পাঙননি; মাগী ফিজেৎ খরদগী অমদি মাগী রাঙাংগী খোল্লৈদগী খঙই। পিং লাউগন্দবা মালেম নত্তে। মখাং মেত্তুনা ঙাইহাক য়েংদুনা লৈরম্মগা—'শিনীংঙগা শিজৌ' হায়না শোল্লম্মগা মমায় লৈথোক্লুনা চেনবা হৌগে তৌরকপগী অদুদা মনুংদগী ময়াম কপ্পরকই। মালেম খজিক মুংঙাইবিরুদে। ঈনা পুংচু চুরবা ফিঙৌ অমা লেংবানদা য়াল্লগা থোকলকপা, ঙরাং মাগা উন্নথুবা থবক তৌবা মীয়াই অদুদা হায়রুই—য়াত্রমাল্লেনে খুরা। অদুগুম্বদা হৈনদুনা লাক্লবা খুরা অদুনা বেরী অমা লৌথোক্লুনা কোইরুক কোইরুক য়েং-লম্‌গা চম্নবা তৌরগা হায়রকই—

— শিরে। ঙসাইনা আদা লম্বেনদা শিরকঅবা জাৎনিদা।

— মুপারা মুপীরা অঙাংলা খুরা?

— মুপীনি। মঙক অদু য়াম্না লুনা শোকই। লৈশাবী ওইরমাল্লে।

— নহানিনে?

— পাঙননি। মশক-মতৌ ফজে। ফীবমগা ফখুবা জাৎনি। পান্মবনা।

খুরাদু অমরোমদা চৎখি। লৈদুনা চেন্নবা তৌরগে তৌরকপগী অদুদা হৌজিক ঙাইহাক্কী মমাঙদা শাউরপনা চঙখিবা মাগী লেংগাগী পাখং অদু মখুৎতা অতেকপা কাংথোনগুম্বগী মখোঙ য়োংচৈ অমা পায়রগা লাউদুনা চেঙ্গোরকই—লৈরম্মু মীহাৎপা নহোয়—মীহাৎপা জল্লাদ!

নখোয় লোইনমক জহুমমদা থারগে । থারগে । মানা হেক চেম্থোরকপদা অহানবা উবসি মালেমগুম্বনি । ময়া ক্রক ক্রক চীতুনা ঙংদুনা পাই-শিল্লকই । মালেমনা ওক্লা য়েংলিঙৈদা মা তয়া পাইশিল্লকপা উবদা মানা হৌজিক্তা ওয়গী খুৎনম অসিনা হাইজিল্লবদি হায়না খনথিবা অতুমক ওইরম্বগা নমথ-ফাথগ্রবা 'পিং' অতু খংফুক ফুকৎলক্লবদা মথক থংবা ফুরিৎ শৎ হুক্তোক্লুনা খুদাংদা য়েৎলগা শীংহুনা লেপ্পি । শাউবনা ঙাওখ্রবা নহা অতুনা থংহাই হাইথরকপা য়োং অতু ঙাক্তুনা তাপ ফারগা ওয়গী খুৎনম অতুনা লৈজবী থাহুনা মচুবাদা অহুক্তং হুম্বনি । পানফম চারুরমলে নহা অত নাকনগী চেকপল ময়াদা পল্রাক তাই । থোদ লাক্তবা নহা নৎলমদে নাম্থোকখ্রবা য়োংচৈ লাম্মমদে ফুক হৌগত্তুনা হোংচিল্লক্তুনা মখোঙ অনীমক্লা মথবাক্তা কাওপনবা হুল্লকই । লোশিং খজিক্তং ফাওবা মাওদ্রিবা মালেমনা খংলুক লুকথরগা মাবু লান্দুনা পাইখিদোবা নহা অতুগী লুখমদা মগুৎ অনীগী তাশিল্লবা খুত্তুমনা থোমখি । নহা অতু নক্লপনা পুনত্রে তাই । ঙাওফিং ঙাওফিং ফুক হৌগত্তুনা মায়কৈ মমখিবদগী মায়ওন ওন্ননা হোংচিল্লকপা নহা কোল্লগা লুশম অতু খুকউদা থুদেক্লগে হায়না চৌংথেরকপগী অতুদা মুপী খোঞ্জেল অমনা য়াম্না য়াক্লা লাউরকই হাই ! মৈতৈ ! মালেমনা ফিংনা খংয়েং য়েংথোক্লুই । মমায় মমীং অতু ঈখেঙতনা চোৎলবা ফিশাংনা য়েৎলবী মুপী অমা তুরোই ঙামলোই শীংহুনা লেপলম্মে । তুং ওইরপনা মী মরী মঙা চেকতুম মুঙহুম গয়ন্তী পায়হুনা শীংহুনা তপনা তপনা পাক-থহুনা চঙশিনবা হৌরকলম্মে । ইরেক লেকথগ্রবা কোল্লিবা নহা অতু খংথা থাদোক্লগা মালেমম্ব নাকন্দা তারিবা য়োংতেক অতু তাপ লৌরগা পুল্লপনা থেংনরগে লেপ্পদুনা শীংহুনা ল্লেপ্পি । শীংনবা মায়কৈ অনীনা খজিক খজিক লেঙনরিঙৈ চৈরক অতুদা নাকন্দগী লাপ্লপনা লাউরকই-বোইবোই ! মগী পাখৎপা খোঞ্জেল তাবদা লকক তৌহুনা য়েংলিঙৈদা তুরোই ঙামলোই নীং মাঙ চিংহুনা শীংনবগী মওংদা লেপ্লম্বী মুপী অতুনা

লাউখি—ইচে বিন্দা ! বৃন্দারানীসু অঙকপা মীৎয়েং অমগা লোয়ননা কৌরকই—গ-জ-লা ! লেপ্লম্লিবী গজলা খোঙকম অনী মরী চেল্লম্মগা তুথখি । বৃন্দারানীনা কন্না চেনশিল্লক্লুনা ওক্লে ; চেজেৎ চেৎনা কোল্লগা কপ্লে । মালেমঙম্বদা নত্তে শীংহ্নুনা হোৎচিল্লক্লম্বা কাওবু অহু ত্তিংওক ম্নায়ঙক্লনা য়েংহুনা লৈ । বৃন্দারানীনা গজলাগী মমায় মমীৎ অহ্ তথক তথক পায়হুনা নান্দুনা য়েংলগা তপনা হংলুই—

— গজলা, নঙ কৈস্নু তৌদেদনা ?

-- তৌরিবসিনি ইচে । ইচেস্নু কৈদৌদবা নত্রা ?

— মিংশেলনা খিত্তং য়াৎপনি । থবাতোনদি ? -চন্দা ?

— চন্দাদি হৌজিক্তা চৎপ্রে ইচে ! মাগা হায়নবা নিকাহ শোনগদবা মুপামচাহু অসিনি, পুনত্রে তারিবসে !

— হাই ! অসিবু · নঙনা হায়বা মৌলবী রজাক অদো · ।

মম্নামহুনা হোৎচিন্দুনা চিংখৎলুই । রজাক য়াম্না শোকপা নত্তে । বৃন্দারানীনা হৌগৎলকপদা মালেমনা চঙশিল্লক্লুনা তপ্না কোল্লে । মুংশা থীজরিবা মচানা মমাদা হায়রুই—

— করিদৌনা থোরকইবনো ইমা, লাকও পোত্থারবাও ! সে ।

— ঙাইখো বোইবোই । অসি ঐনা হায়খিবা নন্দোনমচা গজলা হায়বহনি । ইবেম্মা গজলা, অসিনি ঐগী ইচামুপা অঙাওবা...

গজলা—মালেম অপুম্ববু ঙমগনি হায়বা মালেমঙম্বা, মমাগা মপুগীগনা বোইবোই । ঐ হৌজিক্তা খঙলে ।

নোকফেৎ নোকফেৎত্তি তৌই হায়ববু-গজলা মশাস্নু মওং চুম্না লেপ্পা ঙমদে । মানা নীংখিনা হায়বদগী শাউগৎলিবা কাওবু অহু নেমথরক-খি । মথাগী থৌরম মখা পায়থনবা চঙশিন্নখি । বৃন্দানা পুশিন্দুনা গজলাবু পোত্থাহন্নবা মাগী কাদা চৎমিন্নরকই । মমাগা গজলাগবু শেন্নহুনা চৎলিবা মালেমঙম্বনা পৈহুনা য়েংথোকখিহদা রজাক মর‍্য লুকথহনা

## লাঞ্জাগু মচা অচৌবা সন্ধি

চেকপল ময়াদা লেপ্পা উই। মখোয় অনী তপ্পা চৎনবা হায়রম্মগা মালেম তপ্পা তপ্পা চঙশিল্লি। রজাক খঙই। অতুবু হাইদে হুমদে। মালেমনা মরেংবানদা তপ্পা পায়রুবগী অহূদা নহা পাখং কপথোয়রক্লে। হায়রকই –

— ইয়াম্বা ঐ শোয়দোকউরে।

— শোয়বম্মু তাবনি।

— ইয়াম্বগী মরমদা ইমা বৃন্দাগী মরমদা চন্দানা তম্বদগী লোইনা তারবনি। ঐদি অসিদা লাকপা কুইদ্রি।

— কদায়দা লৈরুবা ?

— উত্তরপ্রদেশকী মফম অমদা মৌলবী তম্মুই। চন্দাগা নিকাহ শোনবগী থোরকপনি। অল্লাহ-তলানদি মওং অমদা শীনবিরম্মে।

— ফরে। চৎখ্রবী মাগী মথৌ-মওমগী রা খন্নরুরো। কোন্না অমুক উন্ন-সি। নও ঐবু শাউদ্রবা নত্রা ?

— করিগী শাউগনি। অশাউবদি শৈতাননি। ঐ শৈতাননা পুরুরে। ঙাকপিনবা হায়জবা তারি।

গজলাগা চন্দাগা মচীনমনাওনি। য়াম্না নংই। মমা লৈখিদবা কুইরে। মপানা হৌখিবা চহীদা মক্কা চৎখিবনি। মক্কাগী মৈহৌ লাংপোক অমদা লৈখিদরে। লৈশাবী মচীন-মনাও অরা মৈশা মরক্তা লেপ্লকখিবনি। চাবোই চাদবোই লৈরকপনা বৃন্দারানীগা থুঙ্গংগী মিত্তিং অমদা লাকপদা উন্নখিবনি। গজলাগী থবক্তা পুক্লিং চঙবা অমদি হৈশিংবা মওং উবদা মাগী মরমদা অহল অমদা হুংলুই। অহল অহূনা গজলা মচীনমনাও-গী মিন্নুংশি পোক্লিংঙাই ওইবা রারীসি তৌরকখিবনি। বৃন্দারানীনা মখোয়গী লোয়শঙদা থবক ইংখাং নোম্বগী থবক মচা অমা শিন্নহূনা থম্বনি। তোলোপকী ওইনদি থবক তৌবা নত্তবগুম্বনি। অমবু লোয়শঙ-গী মচী অমদা লৈহল্লগা ফি তুবা-য়াৎপগী ত্রেনীং মচা অমা ফংহল্লগা

মশাগী শেন্দান লম্বীগী ওইবা শিনফম অমা শিন্নবা লাক্লবিবদগী মশানা হৈদিংবা অমদি পুকচেল শেংনা থবক তৌবদগী লোয়শঙ অসিদা মরূওইবা থবক পুবা মীওই অমা ওইরকখিবনি।

নোংমা মুমিদাং অমা লোয়শঙ অতুগী শেম্বংগী মতাংদা থৌরম পরেংগী পোথি-পোরম অমা সরকারদা লানথংনবা মুংথিল চুপ্পা শেম্মুরবা মতুংদা মতু ফজনা অমুক শিন্দোকপিনবা লোয়শঙলোয় মুপীমচাহু বৃন্দানা খিবনি। লৈরমদ্রবদা বৃন্দানা শাউরিভৈদা চা পুশিল্লকপী গজলানা হুংলকখি—

— করি তৌরে ইচে, ইচেনা শাউবা উবসি ঙসিনা অহানবনি।

— শাউদবা য়ারক্রবা ! সরকারদা লানথংকদবা চে ময়াম লৈ চংখিন্নু ঐ থিনবিগে হায়রে। চংলম্মে। ঙরাংনা অরোইবা তারীখ ওইখ্রবনি; হুয়েং নিংথৌকাবগী অহানবা পুংফমদা পীরুগদবনি। অতুগা শিং নাম্থোক্লুনা চংখ্রে। মসিদনি মুপীমচা থবক হাপনীংদ্রিবসে। মুপীগী লূপকী লোয়শঙনি হায়দনা হায়নবগী তৌবনি। ঐদি চিংনখিবনি।

— ঐ শিন্দোকচহল্লক্কে ইচে। ঐখোয়গী মেছিন য়ারম্মগদি তাইপ তৌহনবম্মু য়াবনি; মা ঙমগনি।

— কনানো মা হায়'দি ?

— ঐগী ইনাও মুপী—চন্দা। ঐগী নাক্তা থম্মবা।

— অঁ ? মাবু হৈব্রো ?

— কাছাড়দা মাগী মামগী মনাক্তা কুইনা লৈরুই। মামতু মৈতৈনি ঐখোয়গী ইমাহু মৈতৈ নিংঙোলনি শেয়ৌদগী।

— আই ! ঐদি নহানথৈ খঙদে। কৌরকউ !

কৌরকখি। য়াম্না কিন্না চঙলকখি মুপীমচাহু। তনৌ-তনৌরিবী মুপীমচানি। কোক য়াই চিন্না লৈরুবী বৃন্দারানীনি হায়রুই—

— উঁ ! ফজৈহে। নমিং করি হায়বা ?

— চন্দা কৌজৈ বাবুনী—।

— বাবুনী কৌন্নু ইচে হায়গেরা ইনে হায়গেরা হান্নয়ু—। চন্দা-চন্দা হায়বদি থানি; থবাতোন কৌবা পকনি; হা থবাতোন ?

— ইচেম্মা।

- করি ইচেম্মনো। ইচে অতুম হান্নয়ু।

সুমীৎ অতুদা খণ্ডনখিবনি। মরম ওকই; মতৌসু লৈ; থবকসু হৈ। মানা শিন্দোকপা ময়েক্তু চাবা হাণ্ডগদৌগুম ফজে। শিন্দোক শিনজিন ইথোক-ইশিনগী থবক মচা মসু তৌহনখি। মচেগা অতুম লৈখি।

গুরাংগী সুমীৎসি, অয়ুক্তা বৃন্দারানী শেরৌদা মখোয়গী লোয়শণনা শেঙ্গং পীথবা সুপী-অঙাংগী লুপ অমা য়েংবা চৎলুবনি। মমাগী মপামনি অমুক্তা উত্রি, যাওগে হায়দুনা গজলাগা চন্দাগসু য়াওবনি। ড্রাইভর চাউরেনগা মখোয় মরী চৎলুবনি। হাইগৎলকপদা লিলোং কৈথেল য়োগদবা ফনা য়ান্না রাংলিঙৈদা মী কাণবু অমনা থৎতুনা খামলগা অমা চেনশিল্লকুনা 'কনা কনানো পাঙন যাওব্রা?' হায়না হংলৈ। বৃন্দারানীনা থুমগে তৌরকপদা চাউরেল ড্রাইভরনা মওং অমদা থংচিং চিংনবদগী থোক থুম্মুবনি--'যাওদে মৈতৈ ঙাক্তনি চীংমীসু য়াওদে। 'চৎলু' হায়রকপগী অতুদা চাউরেননা মখোয়না রা অতৈ ঙাংলত্রিঙৈদা গাড়ী মনুংদা মুন্না য়েংলত্রিঙৈদা গাড়ী খংথৌ থোরকপনি। লম্বেনদা বৃন্দানা হংলুবদা চাউরেননা ফোঙদোরকপনি—

— মসি সেক্রেতরী ইবেম্মা, ঈরাং লৈবগুম্বা মাল্লি।

— করি তৌবগী; করিগী ?

— মতুদি খণ্ডজদে। লৈরমদবদি যাই; অতুবু হৌজিক্তী কাণবু অহদা থুৎসু-থুৎলায় পায়নবা যাওহৌই; অরাম্বা শাউনবদৌনা তৌহৌই। হংলরিবা মওং অতুগা মখোয়গী মতৌত্থ মওং অমা তৌবা মাল্লি। মুম য়ৌহোবা চুম্মী।

মরক অসিদা গাড়ী থৌনা থৌনা লাপনা মীওই খরনা লম্বী ময়াইদা উ-রা খরা ফৈবা লাক্লরিবত্থু উরকই। খংলেপ হেক লেপ্লদি ফজদে খন্দুনা গাড়ীত্থু তপ থহল্লগা চাউরেননা অমুক হন্নবা তৌরসি নত্রগনা লৈরক অচৌবা অমদা হাইজিন্নবা তৌরসি হায়রকই। বৃন্দারানীনদি—'ঐখোয়-ঐখোয়গী মী ঙাক্তনি হায়নরগা ঙাংনরগা অত্থুম চংখিসি।' হায়। চাউরেননা হায়রকই—

— হ! মওং অমা তৌবা মাল্লি সেক্রেতরী ইবেম্মা। ঙসাই থংলম্বত্থু মৈতৈ খুল্লক্লি; লৈহৌরিবশিংত্থু মৈতৈনি। হৌজিক্কী আদগী কাঙবুসি পাঙন মাল্লি।

— কৈদৌই হায়বগে। ঐখোয়গীসিদস্থু মৈতৈ অনী পাঙন অনী অত্থুম তোংমিন্নরিসি ইমুং অমত্তগী মীবো! অমুম মচংসি ঐ হায়নজগে।

— ঐদি ইবেম্মা য়াজনীংদবনি। অত্থুগা স্থুমদৌরসি ইবেম্মা অনীসি মাঙদা তোংহল্লসি সেক্রেতরী ইবেম্মা মতুং লেঙশিল্লো ময়াইদা ফম্বিরো; ঙাইহাক্তং ওম্থোক্লরসি।

— হোয় তা-চাউরেননা চিংনরগা ওম্থোক্লসি। অত্থুদি ঙাইহাক্তং থাম্বিরো। তাদ-চাউরেলগীনা কমদৌবা তাবা? ঐবু থৌ হায়ব্রো?

— য়ানি ঐনা থোকপা তৌজগে।

গাড়ী খাম্মী। বৃন্দারানী কুমথৈ। মনীংদগী গজলাগা চন্দাগস্থু তপনা কুমথরকই। লম্বেল ময়াইদা থিংনবা হোংনরিবত্থুগস্থু পঙলাপ লাপনত্রবনি। মনীংগী অনীত্থুনা হেক কুমথরকপগী অত্থুদা কদোমদগীনো খঙহৌদনা 'য়াওরে য়াওরে! হাংলো হাংলো থোমথরো!' হায়না লাউরত্থুনা নাকন য়েংলোম-মায়রোমদগী চৈগা-চৈগা, লাংগা লাংগা হোংতোরক্লে। কুমথরুরবী বৃন্দানা মুপী অনীত্থুবু খংইন খংইন ইনখং লম্মগা হান্নগী ফমফমদা হেক কাখংলকপগী অত্থুদা মওং উরবা অরাপ্পগী কাঙবু অত্থুস্থু লাড়িত্থুনা চেল্লক্লে। ড্রাইভর চাউরেননা ফন চোংখংত্থুনা

গাড়ী স্তার্ত তৌগে তৌরকপগী অহুদা মুপীমচা চন্দা কন্না লাউরকই। অরাপ্পদগী চেনশিল্লকপা কাওবু অতুনা লাপ্লপনা লেপ্লগা চেক-মুণ্ড উতুপ ব্লাতুপ লংশিল্লকই। অচৌবা মচেক নাইবা মুং অমনা মাওগী মিংশেল অতু অকনবা শাফুগা লোয়ননা খংথু থুগায়রকখি— পোক ! শ্রেং-শ্রেং। মুণ্ড অতু বৃন্দাগী মকোক্তা খেৎলগা পাইখি; তোইনা পাইথোরকপা মিংশেল মচেৎ ময়ামনা পানবনা বৃন্দারানী শোকখি। খুদক্তা রাস্থখিবনি। মথা তারকপগী ওইনা গজলানা লায়েংশওগী কা অতুদা কপনা তপনা বৃন্দারানীদা তম্মী—

— ইচেগী ঈখেঙ হেক উবদা অমনা 'মৈতৈ' মা হাংলে পাওন মঙা হাংলো !' হায়দনা লাউখি। অসোমগী কাওবুমুস্থ' মৈতৈ কুন হাংলো ;' হায়দনা হুপচিল্লকই। মরক অসিদা ঐবু মখোয় খরা চওথুনা ফুহুনা চিংলে। ঐনা তা-চাউরেনদা চন্দা পুরগা লৈরক অচৌবা অদোমদা থৌখরো হায়না লাউরুই। কাওলুপ অনীগী কাওবু অনীতু হকথেংননা কমনরে। তা-চাউরেননা ঐবু কন্নবা কন্না লাক্লরম্মী। মাবুস্থ খরনা ফুদৎপিহৌরে। নীওই খরনা চন্দাবুস্থ ফাতুনা মায়কৈ থঙদনা পুখি। লাউরিবা কপ্লিবা ঐবু মখোয়না ইয়াদা ফিবুল নমহুনা চিংঙে থাংঙে ঈল্লে। কোক অসিদা কনানো খরনা করিনো অমনা থারকপদগী ঐ অতুম রাস্থগ্রবনি।... ঐনা লৌশিং ফংলকপদা লৌবুক মনাক্তা লৈবা লাংখোং অমদা তাহুনা লৈবা থেংনরুই। ইশাদা ফি অমত্তা থোংলমদে। শেৎলি ইল্লিবা ফি পুন্নমক ইনাক্তা পুল্লপ তাহুনা লৈরম্মী। অল্লাহনা কাওবা ঐগী ইজ্জৎ কনবিরমদ্রে ! শৈতাননদি ঐবু শিরমাল্লে খন্দুনা হুন্দোকলম্বা য়াই। লৌশিং হেক লাকপদা ঐগী চন্দাগী লাউখিবা খোঞ্জেনহু তারকপগুম তৌখি। ফি শেৎচিন্দ্রিঙৈদা হৌগত্তুনা কোয়েং য়ংই। মমথরক্লবনস্থ কনাস্থ উদে। ফি শেৎনা শেৎনা হুম্না হুম্না কৌরুই-চন্দা, চন্দা ইচেমগী চন্দা কনাস্থ খুমলকখিদে। অরাপ্পদগী হুই

পুল্লপ পুল্লপ খোংলকপদি লাপনা লাপনা তারকই। ঐনা ওসাই উখিবা লৈরক অদু থেংনবদগী লমজাওরোমদা য়াম্না রানা, খোঙ থাংবা থোকাপোই থোক্তরোই সড়ক অচৌবা তাম্না লাকখি। অদুক রানা চংপা অমুক্তা চংখিদরি। ইচে-খোয়গী নোরোক হায়বদুদা চংপা ফাওবদা অদুক রারমগদবা মান্দে।

লম্বেল অচৌবা হেক য়ৌবদা গজলা রাস্তুনা তাবনি। পূম্না হাই-গংলকপা সিপাইগী গাড়ী অমনা উরকপদগী পুবিরকপনি। খ্বায়দগী নকপা লায়েংশঙ মচা অমদা থম্বিরম্বনি। পীকথ্রবা লায়েংশঙনি। অশোকপা মীনা পীক থম্না লৈরম্বা থেংনৈ। য়াম্না হেন্না অমদি লূনা শোকপা থমফমদুদা রানা রানা ঙমগুম-ঙমদগুম চংতুনা য়েংলুই। চন্দাসু লৈরম্বা থেংনরুই। তুরোই ঙামলোই হোংচিন্দুনা কোল্লুবনি। তুম্পক তাদুনা লৈরম্মী। ঙাওচংনখ্রবগুম তৌরবা গজলানা চন্দাগী মমায় মমীং-তা শোকপা মাদুনা তহা-তহা য়েংলম্মগা শেংলি লিংলিবা ফিরোল থংহাই হাইগত্তুনা য়েংলুই। থংননা লেপ্লিবা সেবা-লাংবাগী নহা পাখং অমনা শাউনা চৈরগা হাইজিন্দুনা শেমজিনবিখি। গজলানা কপনা কপনা হয়াওজনা মোমোন তৌখিবদুদি শাউরিবা পাখংদু উখিদে।

চন্দাবু পোতুনা লায়েংশঙ মচা অসিদা শিন্নরম্মগা মৈ থাহৌগ-দবগী শেম শাহৌবশিংগী মখুংতা লৈহৌরবা লোয়শঙগী গাড়ী অদু য়েংগে য়ারগনা ঙাংনদুনা কনগে চংলূবা ড্রাইভর চাউরেল নীংবা কাম্বনা হল্লকখি। মাদি য়াম্না কা হেন্না শোকলমদে। মাবুসু কাঙবু অমনা চিংথরগা লংবনি। লৈখোমদা নীংতুনা তাবনিনা শোক্তে। লৈমাংদা খ্বাং মথৈ ফুম্বদনি। মানা লাকপদা শদৌ থোংতুনা কমলম্বী গজলা থেংনবনি। কাইনথংদা য়জাকনা শীন্দুনা ময়োনগী লায়েংশঙ অসিদা পুরকখিবনি।

য়ারী অসি তাবদা মনিতোন মরম লুকথহনা কুইনা লৈরুই। গজলাগী লায়েংনবা শীনবিনবা অহুগা ঈরাংসু য়েংবা ওইনা থোকলকই। কমলজীৎতি মান থোকপা অমা তৌদনা চংগ্রে। মমুমলোমদা নত্তে মন্ত্রীশিং অমগী য়ুমলোমদনি। মপুনা ঙাহৌ-ঙাহৌ থোকখিবা উবদা মালেমঙম্বনা ইন্নরক্লুনা হায়রে—

— পুপু কদাইদনো চংহন্দবনি। মতম কক্লনা করম্ব্য থমগ্রবনি।

— খঙঙে। মসুং অসায়দা অহুম য়েংগদবনি। নঙ থোকলকনু নমাগী মনাক্তা লৈরুচো।

— ইন্দোমচা গজলাসি লায়েংবিনবা করিনো অমত্তা তৌসিরা হায়বা?

— ঐ তৌগে ঙাইখো। হৌজিক দাক্তরশিং লাক্লখিরোই।

মসু-মপু সাইকল থমফম শঙতপ শঙশাং অদোমদা লাকই। ফমথনৈ। লম্বেনদা থানাগী সিপাইগী গাড়ীশিং হুঙৎ-হন্দা থৌবা উই। খুৎলাই পায়বা লম্মীগী মীওইনা পরেং শানা পুঙমু মুবা উই। অশোকপা পুথোক-পুশিন হোন্দোক হোনজিন তৌবা 'এম্বুলেন্স' মচা অচৌবা ময়াই মনম মনম থোজিল্লকই মনম মনম থোদোকখি। অথু-অকায়গী শঙ অহুগী মসুং-মপান অমদি অকোয়বদা মীগী মী ঙাক্তা লৈবা উই। থানাগী গাড়ী অমদগী মাইকতা লাউরকপা তারকই—"... মতম কক্লনা অথিংবা থমগ্রে। মপানদা থোকপিরকনু। হেক উবদা কাপ্লো হায়বগী য়াথং লৈগ্রে। লৈরম্বা ঈরাং য়াম্না নেমথরে। মপুঙ ফানা লাকশিনবা ঙম্মগনি। য়ুম-য়ুমদা ঈংনা তপনা লৈবিয়ু। তোকঙা শন্দোকপিগনু; তাবসু তাবিগনু। অশোক-অপনগী অমদি শাগৎলকপা ঈরাং লৈবগী পাউ পীবিরক্লবা মায়কৈ মায়কৈগী অমদি লম লমগী ওইনা তেলিফোন হাংজরে। নম্বরশিংদি—..."

মালেমঙম্বনা খল্লি-করিদগী কমদৌনা ফীবম অসি লাকখিবা ওইরিনি। মনিতোননা খল্লি-কমদৌরবদি ঈরাং অসি মপুঙ ফানা নমথবা ঙমগনি।

মস্থনা মপুদা হংলকই—

— মরম করি ওইরিনি পুপু; তৌরি' মওং অসিগী ?

— মহু হৌজিক্তি খঙনখিরোই। মতম খরা চঙখিনি।

— কনাদগী খঙবা ঙমগনি ?

— হৌজিকমক খঙবা স্থকঙম ঙমখিরোই। লোইনা ইশা ইশা শাগৎনখিনি; ঈংনা ঙাংন-শানবা য়ানখিরোই।

— অহুদি লোইনা হাত্তোক্লরকলবদি— ?

— মহু তৌদনবনি সরকারনা হোৎনরিবসে।

— ঙমগনিনা পুপু।

— ঙমগনি। ঙমদ্রবা ফাওবদা ঙম্নবা হোৎনগনি। নমথখিগনি য়ারুম্থু।

— ঐখোয়না হোৎনবদি য়ারোইদ্রা ?

— হৌজিকী থাক অসিদদি য়ারোই স্থপয়া য়ারোই মৈরক্তা খঙনা খঙনা চোংশিনবা অপঙবা তাগনি। থৌনাগা অপঙবগসি য়াম্না নক্লবনি।

— ঐদি ইন্দোমচা গজলাগী খনবদা য়াম্না মুংঙাইতে।

— মনাওন্থপী অসিদি লুহোঙদৌবা খজিক্তা ঙাইরবনি হায়রিবসিনি। মরায়বক থীবা হায়হুনি।

— কনানা হাৎপা ওইরিনি পুপু—মৈতৈনা ? পাঙননা ?

— মহু বোইবোই খঙখিরোই—।

— কোম্নদি খঙনরক্কদ্রা ?

— খঙনরকতবস্থ য়াই; মুপীমচা লৈশাবী মশানা ফাওবা খঙলমদবা য়াই। ময়ামনা তৌবা থবক্তি। শা ওনথ্রবা ময়াম অমগী থৌওংনি। হিংলিবা গজলা অসিনা মরাল লৈবা কাঙলুপকী মীওই খঙবা ঙম্মিব্রদো ? করম্বা কাঙলুপনো হায়বা ফাওবা খঙনরোই।

— ঐদি পুপু মৈতৈ ওইরে মৈতৈ তুম্না হাৎনীংই পাঙন ওইরে তুম্না। কনা-কনানো হায়বহু থিনীংলি ; ঐখোয়গী লুপ অমা লৈরে—'মৈতৈ নাৎ কম্ন-লুপ—'।

— বোবোই,ঐ না অমা হায়গে হাৎনরিবসিদি ধর্ম খেন্নবা কাণ্ডলুপ মশেল হাৎনবা নত্তে; শা মশেল হাৎনবনি । মী মশেল লাই মশেনস্থু খৎনৈ, মুক্কে হাৎস্থু হাৎনৈ । মহৎদদি য়াইফবগী লমথুঙ অমা য়াওরি। নীংথা তম্বগী লানফমদা শিনরিবসিবু হাৎনবা নত্রো । লালহৌ অমম্মদা হাৎনরিবসি মশীং ওস্থোক্লা য়ামথ্রবা পোৎনি । মহাভারতকী লান-দবু কনানা কনাবু হাৎতবগে -মপা-মচা, মচীন-মনাও, শাগৈ নাতৈ—। থাম্বদি লায়রদনা গীতাগী কৃষ্ণ ফাওবনা ঈনশিল্লিবনি । মরৈ কয়া-মুক্লা অর্জুনবু খুৎলাই লৌখতুনা ককথহনখিবত্নি ।

— মহুদি থ্বায়দগী চাউবা শক্তি অমগী, আত্মাগী অহুগা মথৌ পাণ্ডবগী রাফম্নি— ।

— অহুনি ঐনা হায়রিবস্থু ; হাৎলিবা হাৎনরিবহু মরম চায় ; ফল অহু ফে— অফবদা লাকপা পান্দ্রনি । হৌজিক-হৌজিক হাৎনরি-বসিদি হূই অঙাওবগী লীচৎ হায়বহুনি ।

— হূই ঙাওরবদি হাত্তোকপা চুমত্রনে পুপু ?

— সরকারনা তৌরিবসি অঙাওবশিংহু ফারগা হাৎননবা থৌরাংগুম্বনি । অহুদা মী লোইনমক লায়েংবা য়াদনা ঙাওথ্রবা হূইদি ওইত্রি । চুম্না লম্বেনদা মথৌগী চৎচবা করিস্থু খওজদবা মরাল লৈজদবা ময়াম অমা শোক্লিবসি হান্না য়েংবা তারিবনি । নমাগী করি মরাম্মো ? গজলা মচীন-মনাওবু অঙাওবা হূইরো ? নওগী ভসাইগী মৌলবী নহাহু মরাল লৈরম্মোই ।

— রজাক । রজাক মাবুদা নত্তে ঐদি মথোরগী কাণ্ডলুপ অহুমা লোই-শিল্লগে তৌক্লরবনি ।

— মহু নঙোন্দস্থ শা চওশিল্লক্লিবনি । শা ওনবা হৌরক্লিবনি । শা অশেংবদি মশাগী মহৌশাগী ইহুলনা চৎচবনি কবু করি । মীনা ওন্নকপা শা অসিদি শা কাণ্ডলুপমক্কীস্থু কিনীংঙাই ওইবা হিংচাবনি ।

মতাং অমগী ওইনা মালেমনা য়েংথোকখিবদা রজাক অদু লাপ্পা মথন্নতা ফম্বা উরুই। মনিতোনদা তাকলম্মগা রজাক্কী মনাক্তা চৎলি। মনাক্তা নক্লা ফম্মগা মানা ঙসাই শোকহনখিবা মফমদুদা খজিক য়েংলগা হায়রুই-

— কমদৌখ্রে রজাক ? কত্রদা পুথ্রবরা ?

— পুথ্রি ইয়াম্বা য়াথ্রি। লেন্দনা খোত্তনা তৌখিদৌরিমাল্লে। দাক্তর শংনখ্রি হায়দনা ঙাইনরি।

— ইনাও রজাকতি থোইনা শোক্ক্রেকো ?

- লুখমদি য়াম্না লুপ্লি। অতৈদি করিস্নু তৌদ্রে। ইয়াম্বা মালেমগী লাইবক্নি। ঐ ব্লেক বেলত ফংবা মীনি। ইয়াম্বস্নু হৈবা মাল্লি। মতুদি ইবানীমক চানরে।

— ঐদি হৈতে। তমদে। তামগেস্নু খংদে। নঙদি আদা তম্মকপা ওইরিনি!

— তম্মকই। অসিদস্নু নহা ময়াম তম্বিরি। হ! ইয়াম্বা তমদে হায়বা য়ারোই খোঙফম চুম্না উই।

— তম্বা নত্তে নখোয়গী লাইরিকতু পারগা লফুগুম্বদা থবক চথবনি। হৈবা নত্তে চুম্নগী ইশা ঙাকথোকচনবা পাবা খরদং ঔরাইবগী য়াদনি। মতুদি হৌজিকস্নু অয়ুকতা ঔরাইরি।

— মতুরাইদা ওইবা তাই ইয়াম্বা কয়া হৈফাত্তনা ব্লেক বেলত ঐবু লাকচখ্রিবা। ঐনা ইশা ঙাকথোক্লবগী তৌরুবগী মহুৎতা ইয়াম্ববু হান্না লোইশিনগে লেপ্লুরে।

— অস। মতুদি লুরমগনি হৈ রজাক! ঐগী চেঙ লৈবনা ওইবা তাই।

— মতুমদি খঙদ্রে, অদুগা ইয়াম্ববুদি থাগৎতবা ঙমদে ইলম-মহৈ অসি পামজবা অমা ওইনা।

মতাং অসিদা থম্লিবা শাথীরবা অথিংবা অদু নমহৎলগা মী ফনা য়াম্বগী কাঙবু অমনা রাগী শগাই অমদা ফিঙৌনা কুপ্পা অশিবা নত্রগা থীনা শোকপা মীওই অমা পুরকই। সিপাইনা থানাগী মীওইনা থিংনা থিংনা লাক্লিবশিং অদুগী মমুংদগী খরনা লাউবা তাই— ? ( য়াম্না লৈজবী থাতুনা শাউবা মাল্লি )—'করিগীনো মরাল লৈজদবী করিস্নু

খণ্ডজদবী অমবু কম্মিবা ! মথাগী থা অহুমতা ভাইরিবা পীক্লবা অঙাংবু সোরোক কোইলাস মথক্তা হাইহত্তুনা ভা হাৎপগুম হাৎলিবা। মসিদি...!' লোয়ননা চৎলিবা থান গী মীওইশিংনা লাউরিবশিংহু ফাজিন্দুনা থিংখরে। লায়েংশঙলোমদা পুশিল্লকই। অশিবা লেনফমলোমদনি। মালেমগা রজাককা হৌনরগা চঙগে য়েংঙ্গে তৌরকপগী অহুদা লাপ্পা কম্মিবা মনিতোননা খাম্মগা কৌশিল্লি ; ফমথহল্লগা হায়রকই—

মনিতোন—নবানী চঙবা স্থপয়া য়াদে।

রজাক—করিগীনো পুপু ? মখোয়সি মৈতৈ কাঙবুনি অসিগীরা ?

মনিতোন—পাঙনগী মৈতৈগী ঈরাং যক লাউবীদা হাইগৎলিবনি। অমগীবু ওইরবস্থ অমগীবু ওইরবস্থ নবানীদি অমমমগী মীওই নি। ঈ কাম্নবিঙৈদা চম্মুবা য়াদে।

মালেম—ঐদি য়ানিদা পুপু য়েংবিরুগে।

মনিতোন—য়াদে বোইবোই ঐনা হায়রিবসিনি। নবানী ফাওবা কোম্না তপনা উন্নৌ তিন্নৌ। চৎনরো নঙগী নঙগী পোখাফম লৈকমদা। ইবুংঙো রজাক নঙস্থ গজলা উন্নবা ওইনা চঙঙ্গে হায়রগা চঙঙো। থোরকখিন্নু।

নহা অনীমক রাখল ভাইহাক তৌই। মনিতোননা তকপদগী অনী চঙমিন্নরকই। চৎমিন্নবা মতাংদা মালেমনা 'মৈতৈ নাৎ কল্ল-সুপ'কী রাফম নীংশিংলকই। করিনো খরদি লূপ অসিনা তৌফম থোকই হায়না চপ য়ুংনা খল্লকই।

মখোয় অনীনা বৃন্দাগা গজলাগনা লৈরিবা কাহুদা হেক চঙখিবগী অহুদা শগাইগী ফিঙৌ পুরিবা কাঙবু অহুদগী অমনা মচী অমদা তাশিন্দুনা লৈরিবা গজলাখোয়গী কাঙবু মচা অহুদগী লোম্না খজিক্তং য়েংথোকলুবা অমা উরপদগী নহারোল খরা লাউহুনা চেনশিল্লকই। তাশিন্দুনা লৈরম্বা মখোয় খরহুস্থ অফং অফংবা তাপ তাপ পায়রগা হোত্তোরকই। মায়কৈ

অনীমক্তগী কাঙলুপ অনী ফুজিন্নরকই। নোংথাঙ পুবা লৈচীন্ন মপৈ মচা অনী নোংমদোনদা পাইশিন্নবা মাল্লি। য়েশিন্নহুনা মৈবী-মৈবা হৌগদবা খজিক্তা ঙাইরকই। মায়কৈ অহুমদগী নোংমৈ মতোন শীংহুনা ঙাকশেনগী মীওইশিং হোৎচিল্লকুনা থিংহৌই। থিংবগী ওইনা নোংমৈ মরীমঙারক কাপখি। মখোল তাবদা লায়েংশঙ অপূম্বা থরক হুনগৎনখি। থোঙনাও থোঙজাও পূম্নমক খুদক্ত লোনশিন্নখি। থিংগ্রবা অপীকপা লাঙ্গাও অমা উরিবা মনিতোন খজিক লৈশিন্দুনা য়েংলম্বদগী তপনা তপনা মাগী কা তম্না চৎলকই। চৎনা চৎনা মীওইবগী নুংগী ইথিলগী মতাংদা খন্তরকই; তাইবঙগী থোপতা লৈরিবা তমখি-খঙখিবা শিংলী-নাওরী মকুপ মকুপ ময়ামহু উরকই। থাশি অমদি থানিনদা তাইবঙ থোপতা লৈরকপা অওনবগী মতাংদা খল্লুরগা নোংদোলগী শকখঙদবা পোৎলম কয়া ময়ামগী অপীকপা অচৌবা ফলগী মতাংদা পরীং নাইনা খল্লুই। খন্না খন্না চৎলিঙৈদা নোংমৈ মখোল তাবদগী মওং য়েংলুসি থোকলপা মালেমঙম্বগা রজাককবু উহৌদে। মশাগী কাদা চঙখি।

ঙসিদা খঙনবা অনীসি লায়েংশঙগী মনীংলোম থংবা থোঙ্গাল অদোমদা থোকলকই। অয়াম্বা মতমদ লোন্দুনা লৈবা অথু-অকায়গী মৈ-পোকলাংহৌগী মতাংদা হাংবা ওইনা তৌই। অমনবা উকু অমদা ফমি-ন্নরগা মালেমনা মানা হৌহুনা পুথোরকপা রজাকতা হায়রুই—

— রজাক, অথিংবা থঙবমিমক্তদা হাৎনবা তোক্ত্রিমাল্লে, মী অশোকপা য়াম্না মথং মথং পুখৎনরকইনে!

— অতৈ লায়েংশঙ মচা মচাশিংদসু ভারী অমা পুরমখিনি।

— পুখৎলক্তবসু লৈরমখিনি।

— মোইরাংলোমদদি লপ্বেনদা তা-তাহুনা ফনা য়াম্না লৈহৌরে হায়নৈ।

— আই! অদোমদসু য়ৌরবা জাৎলনে।

— লৈবাক শীল্লবগী রানি। উশোইপোকপী হায়ব্রা কৈনো অহুদদি খুন্দাই-নবা মশেল য়ুম মৈ পঙথাদা থানদনা সিপাইনা কোয়না ঙাক্লে হায়!

মালেমগী মশাত্থ তনিক-তনিক্লকপগুম তৌই। 'হ! থিংনবা তৌ-হৌবাকৈ।' - মানা খল্লকপনি। মানা করিনো অমদি তৌসি হায়গে তৌরকপগী অত্থুদা অশোম-থংবা চেকপল ব্লাংময়োমগী লম্বেল অদোমদা মী খরা নোক নোক্কুনা লাকপা তাই। নহা ঙাক্কা মাল্লি। চৎনা চৎনা ব্লারী শাথিবনি--

১বা — ঐনা মনা হুংপ্র হুত্তব্রা য়েংলগা হেক্তা খায়থবনি। অহুম হাইথহৌরে।

২বা — ঐস্থু কারদগী অমা চিংথরগা থোম্বনি। লুখমদা থোমদৎপত্থুদা মা ওকপী উত্তুপ্পা থোম্বদা ঙাওদনা ফৈরেং ফৈরেং চেনবহু অস্ য়েংবা মুংঙাই!

৩বা— অহুগা নঙনা শীংহুনা লৈবা থিকাদারহু ওইরমদ্রে হায়হুদি?

২বা— মনাওস্থুপা ভোৎ লেপ্পহু ওইরম্মবনিনে। অহু ওইরস্থু অমহানি; মাস্থু থবক অমত্তা নোঙ্মিয়ু য়াদবগী শাউনীং-শাউনীং লৈরিবনি।

১বা — ঐদি মাগী মচাস্থুপী কোলেজতম্বীদো, মহুহুম অমুক্তা হুমনীংবনি। পাউ হেক তাবদা মহোয়গী থোঙ্গাল্লোমদা লুম্মবনি। থোকলক্তে! মা মরায়বক ফৈ। ঐনা ফংঙম্মদি মা তলগী য়াম তোৎপদৌনা তোৎলমগদবনি।

৩বা — অসোমগী চীংখোঙগী অসিদা মঙা-তরুক্তা লোথরুখিসি।

কাঙবুহু য়াম্না মকা লামনা লাপথোকখি। মালেমগা রজাকা খঙ-হৌদনা য়েংনৈ। মালেমনা উকুদা খুনীং কাঙহুনা লেপখৎলগা ফাঙবুহু য়েংলুই। নালা শেংনবা শমচেৎ মানবা য়োপাক অশাংবা মা শেংথোং নাহুনা পুবা অমা উই। থংনরিবা অমহুনা য়োপী শৎনবা জমফৎ অত্তেনবা অমা পায়বা উই। ফমথরক্লগা রজাকতা হায়রুই—

— হ! থিংহৌসি রজাক লৈবাক অসি মাঙবা তারে। চৎসি লাউ ঐগী লুপ অমা লৈ; ঐখোয় নহারোল থৌ পুবা তরামঙা লৈ, প্রেসি-দেন্তকা তারাতরুক্লি, নঙগা তরা তরেৎ; অতৈ মেম্বর নীকুমঙাগা লৈরি। লাউ।

— কদায়দা চংকনি, অশিবা লৈরোন চনবগী চংকে হায়বা ফাওবা থিংত্তুনা থম্বিবা মতমনি। সিপাইদা থিনবিনবা হায়রি। ঙাইখো হায়দনা ঙাইনরি। মসি ঐখোয়দা নত্রি ঐখোয়গুম্বা তক্লক-তরেংনি।
— হ! হায়নরগা ঐনা তৌগে খল্লিবসি তাব্রগা মখোয়না হেন্না হরাঙ-গনি। লাউ মখোয়গী কমান্দরদা হায়রুসি লাউ —!
— করিনো হায়দৌরিবো, কান্নগদবা মান্দে ইয়াম্বা।

রজাকতু মতুং ইন্দবা য়াদবগী ইনবা ওইনা তৌই। মালেমঙম্বনা কমান্দর উন্নগে হায়রুই। লৈত্তে লাক্কে হায়রকই। থরা চাউবা মানবা য়ায়ার-লেসকী সিপাই অমনা মতুং ইন্নবা সিপাই অমদা—চংকে থোককে, লুপগী নহারোল ময়াম চংলগা হাৎনরিবা ময়ামদা ঐখোয় অমগুনি কান্নদবদা উংখৎনবা চুমদে ঐখোয় মুংশি-চান্নবা ঈংনা লৈমিন্নগদবনি—হায়না পুন্নমক্না খঙহল্লুগে হায়না হায়রুবনি। য়ারক্কে। থোক্কে চংকে হায়বা সুকয়া য়াদে। মতু কোন্না তৌ মতম-মতাং নংত্রি য়াসু য়াখি-রোই হায়দনা খজিক্তুং তহা-তহা থেমলম্মগা চঙত্তুনা মন্নুংদা লৈরুনবা হায়রম্মগা অমরোমদা ফং চৎখি। অফবা তৌগে হায়ববু থৌঙই-ব্রাওইনা তারমদবা করেম্নরপ থেম্লম্মগা হুৎ চৎখিবা উবদা মালেম পিং লাউই; লাউসিরা খল্লি—হৈ! অপঙবা মীনাইমচা! নঙ কনাগী মীচঙ চঙবনো—মৈতৈগীরা পাঙনগীরা! নখোয়না শেন্নবা ঙমদবদগী হাৎনরিবা নত্রা..! মখ্বাং মেক্নুনা লেপ্পগা মমীৎ থানা য়েংবা উবদা অনকপা গাড়ী মনাক্তা লেপ্পা সিপাই অমনা মাগী নোংমৈত্থু শীংলপ পায়রগা— 'হাই পাথং! চঙঙু নথরায়থু মাঙগেরা' হায়দুনা লাউরকই। রজাকনা মথুৎ চিংত্থুনা মালেমবু পুশিল্লকই মালেমঙম্বা ব্র-ব্র পাথংলি। চোংশিন্দুনা মাগী কাওবা-খিনবা-য়ানবা-ঙাকপগী পারুবা মহৈত্থু ঔরাইনীংলকই। রজাকমক য়াওরমত্রবদি মাগী কাঙলকপা মচিংত্থু মপান্দা ফুদোকলমগনি। থোক-হৈদবমক নত্রগসু পাউথাং য়ৈখিবা য়াবা অমদি থোক্লুম্বা য়াই। রজাক্না

থেমতুনা পুশিল্লকই। অতু ফাওবদা লৈথোক লৈথোক্লুনা তুং হন্না হন্না য়েংতুনা 'মসিবু— !' হায়দনা মখা চীকতুনা চৎনীংদনা চৎখিবগী মওংদা চঙখিবগী মওং লৈ।

পাউ অসি রজাকনা তম্বদগী তাবদা দাক্তর মনিতোন নোকফেৎ তৌই। মনুংদা 'কৈ অরুম'গী নুংশা থীবতুদি নহা অনীদা খঙহন্দে। অহল অসিনা নহা অনীদা, মরুওইনা মচিং কাঙলিবা অসিদা লমতাকলকই— ইম্নশা রা হায়গে; পাম্মে, ফরে অতুগা চুম্মে হায়না লেপ্পবা ফাওবদা পাংথোকপদা য়াম্না রাগদবা নত্রগা ঙম্মোইদবা থবক-থৌরমদি তাপ হেক্তা হোৎনবা চুমদেনে। থৌনা লৈ হায়তুনসু চাক্লিবা মৈদা সনা লৌথোক্কনি হায়দনা থুং থিংজিল্লুরবদি চাকথেক্লোইদ্রে! শা ওল্লিবা মীগী খায়াৎতা চোংশিল্লুবা য়াবা নত্তে। মমাং তাওলিবা শাদি পুনখিবা ফাখিবা নত্রগা চৈ থাতুনা রারকখিবা তাবনি।

রজাক পুকচৎলিবা অমদদি খোঙহাম্মিবতু খংথিং থিংখিবা তাবনি; মশা ফনবা শাজেনদি কোন্না তৌহনগদবনি কো পুপু।

মনিতোন— মতুমক্কি। রজাক নঙস্ু ভাব তাবা মীনি। নবানী ভাব তানা তিন্নৌ।

মালেম তুমিন্না লৈ। অহলগা নহা অতুমগনা খল্লিবা রাখলতু মাসু চপ চানা য়াই। অতুমকপু তেলিফোন মথং মথং তৌরগা লুপকী নহারোলশিংতু অমুক্তং পুন্নবা তৌসিরা হায়নদি খল্লি। থোঙনাওদগী তিংলিবা তেলিফোন-তরাতু য়েংলুই। তরা পুশিনখিবা অনকপা লোয়শঙকা অমদা চেপথরগা য়েংলুই। মওং খজিক খঙবগুম তৌবা অহলনা মথোয় অনীবু বৃন্দাখোয়না লৈরিবা কাদা চঙহনখি।

ঙরাংদগী ইপা পাথৎচরী লিস্থোইওম্বী অহীংদা মালেমঙম্বখোয়দা তেলিফোন কয়ারক হন্না তৌবনি। অমুক্তা পায়খৎলক্তে। হেন্না নুংশা থীজে। নোংঙাল্লমদাই ফাওবা ঙাইহাক ঙাইহাক লৈরগা তৌবনি।

পায়খৎলক্তে। অয়ুক ঙস্তাদা মপাদগী কমলজীৎখোয়গী ফোন নম্বর লৌরগা ভৌই। পাউ পূম্নমক হায়রকপদগী খয়দি ঈংথৈ ' পাখৎপা মুংশা থীবা হুম্বদি নত্তে। লায়েংশঙদা হুম্না হুম্না চংনীংই! লায়েং-শঙগী নম্বর অহুম-মরীদা তৌহুনা য়েংই। কনা অমত্তা পাম্বখৎলক্তে। মরক অসিদা মওং মওংগী পাউমু লেপ্পা লৈতনা তারি লিংলোংগী মতাইরাইদা লৈবা য়ুম তরামুক তুম্না মৈ চাকলে, কৈরাওদা য়ুম অমদা লৈবা মীওই তরুকমক থুপলেং লেংদনা মৈদা লৌখরে; শীংজমৈ গাড়ী থাফমদা মচা মমা মপা অহুম লরাইদগী খায়থ খায়থদনা ঙাফক ফকথ্রে; খ্বাইরম্বন্দ কৈথেনদা থবক সুবা রিক্সা থৌবা মীওই খরা পরেংশানা তাহুনা লৈহৌরে; পাঙ্গেরোম অসোমদা মপামদগী হুল্লকপী চাজেনবী মৌ নহা অমা থাদক্কী অঙাংমচা অহুগা পূম্ন পুল্লগা ঈশিংদা নমশিনথ্রে...! তাবদা তু চুংবা ঙাক্তনি। গজলাগুম্বী অমগী চিদাইগী চিদাই অমদা থোকপা থৌদোক্তি লিম্হোইঙম্বী তাত্রি।

মুমিদাং রাইরমদা মালেমঙম্বনা মমানে মপুনে গজলানে পূম্না লৈরি-ঙৈদা রাফম অমা হৌদোকই—

— পুপু, ঐ অরাবা তারবশিংগী কেম্প অমা তৌরগে। ইমাগী লোয়শঙ অহুদা কেম্প ওইগে। ময়ামসি রানবনা লোইরে। ঐখোয়গী লুপনা মতেং পাংদবা রাদ্রে।

বৃন্দারানীসু মনিতোনসু য়ানীংই। মমাগী থমোয়নদি খজিক খঞ্জানৈ-অঙাং ওইবসিদা হুয়েং মথোঙ খঙনদদনা তোক্লদ্রা। খজিক ফোঙদোক-লকপদা মনিতোননা থবৎ য়াৎলকই—

— করিসু তৌরোই, তৌরসনু; নঙগী মুপীগী লুপ অহুসু য়াওহল্লো। ঐসু শীনবা য়াওগে। মহুমদি ত্তৌবা য়াবনি। কদাই নঙগী রজাক হায়হুদি? মাসু য়াওহল্লু; মমীৎ-মনা শিংনা উই।

লুপ অনীনা খুৎশম্নহুনা মুমিদাং অহুদা কেম্প অমা হাংলে। মালেমমঙম্বনা নহারোল, অহল্লোন, মীয়াম খোম্মে। খুদক্তা রেডিওদা অমদি ঙাকশেন মীওইশিংদা লাউথোকহল্লে। মাঙখ্রবা মী থিরে কৌরে;

থম্মে। মৈতৈশু পাঙনসু খুদোংথীবা নংলবা মথৈ থি-থিদুনা পুরক্লে। চঙজকম ফংদ্রিবা কয়া শাইদাংফম থিরিবা কয়া, ময়ুম চাকথ্রবা, মাইকৈ লম্মাংনবা চিথহৌরবা অশোন-অনা অশোক অপ.ন পুন্নমক পুরক পুরক্কুনা লৈহল্লে। ঙাকশেন মীওইনসু কয়া অমা শিন্নরে। বৃন্দারানীখোয়গী লূপকী শঙলেন্দা চল্লক্কবদগী মালেমনা মখোয়গী য়ুমদসু অমা হাংলে। মহুদা অশীন অরাঙ ওইনা রক্সাকপু থম্মে। মুপীগী লোয়শঙ অহুদনা লিম্মোইডম্বীবু য়েংশিন্নবা থম্মে। মালেমনা সরকারগী মীওইশিং খরগা কোয়চং চত্তুনা কোয়না থিরে। লম-লম মায়কৈ মায়কৈগী ওইনা ক্লবশিং অমদি লনাইগী লুপ মচা-মচাশিংগী মেম্বরশিংগা তাম্নরগা কেম্প মথং মথং হাংলে অহৌবগী ওইনা মাগী পুপুগী মমাগী লোয়ননা মপাগী লৈজবা শেল লৌথোক্কুনা থরচ তৌনরে অশোকপা কয়াবু খুদক্তা লায়েংহল্লে শাথিবশিংনা লায়েশঙশিংদা লায়েংহল্লে অহীং লেল্লবা অশিবশিং নহারোলনা পুন্না পুন্না পোলোইরে; কাঙবু অমগীনা মথৌ-মঙম পাঙ-দুনা ফুম্মে। মরীনি মুরকপদদি সরকার অমদি লনাই অঙম্বশিংদগী মখল কয়াগী মতেং পীনরক্লে। কাঙলুপ অনীমক্কী লনাই মীওই কয়ামুক চোংথোরক্কুন মথল কয়াগী মতেং পীরক্লে। অদুমক্কদা অনৌবা অনী মরী লাপ্লপ তৌবা মতাইদা হাংবগীদি শেনজং কোন্নরক্কদুনা মশানা শিরিবা সনাগী লীক মচা অহুগা খুদোপ মচা অহুগা কায়থোকই। মহুদসু যারক্রবা মতাংদা মশা ঙম্মদুনা লুপকী লোয়শঙদা লাক্লবা মমাগী লীক অহু লৌথোক্কুনা য়োম্থোক্লে। কৈথেন মন্নুংগী বন্ধানগী ছুকান তাম্না চৎলগা মমানা পীরকপা লীক ময়াইওইরপা অহু কায়রুগে থোক্লকপদা নাকন অমদগী গজলানা তপা কৌরকই—

— ইবুংঙো মালেম।

— ইন্দোমচা, কৈনো কৈদৌরে ?

— সে নচনগী নানপ্পী মচা অমক্তং লৈরি; নচন চন্দাগী নিকাহ শোনবগী ওইনবা শাবিবনি। মসিমক্তংগা য়াওথরো।

— করিগী ইচননো ! ইন্দোমচাগী মনাওদি ৈগী ইন্দোমচানি । ফৈ কোম্না অমুক শাবিগে ঐ লৈরি ইন্দোমচা য়ারুন্নু, নচা অনা ইচাও চাওনা লৈরিবসিদি — !

'অমত্তা নত্তে ইয়াম্বা, নচা অনী হায়য়ু ঐ লৈরিবসি কাউরবো !'— হায়রকপা তাবদা মালেমনা য়েংথোকলুই । মু ঙাইবা পাউ অমা তমগে হায়দুনা লাকপা অহুগা তুংদা ইল্লকপা রজাক লেপ্পুনা লৈরম্মে । গজলানা করিগুম্বা খরা হায়দুনা কপকে তৌরকপদা রজাকনা চঙশিন্দুনা গজলাগী মখুৎ অনী পায়দুনা মাগী লাইবক্তা থম্মগা হায়রুই -

— ইতৈমা, চন্দাগী মপোৎতি মপুরোইবা ঐনা কায়গদবনি । ঐঙোন্দা পীরকউ ।

গজলা—করি য়ানো ইবুংঙো রজাক চন্দাদি - ?

রজাক— শিরে, ফুমখ্রে সিরো ? মচু মত্তে ইতৈমা, মচু য়ারোই ঐনা নিকাহ শোন্দুনা লোৌবী মনাওমুপী শিদে, হিংলে । লিলোংদা অদগী ইয়াম্বা মালেমগী কেম্পশিংদা পাঙন খুলক্তা মৈতৈগী খুল্লক খুদিংদা চন্দাগী চন্দা ঙাক্তা লৈরম্মে, ইতৈমা গজলা ঙাক্তা ইমাইবেম্মা বৃন্দারানী ঙাক্তা লৈরম্মে । ঐ হৌজিক মখোয়গী ওইবা হৌরবনি । ইমাশিং ইতৈমশিং ইচেম ইনেম মরূপ-মপাঙ অহল-লমন পুমক্কী সেবা অসি লোইখিগদৌরে । খনবদা মুঙাইরক্তে; ঈরাং অসি স্নুকনেম নেমথহন্নীংদে । নেমথ-খ্রবম্নু অথুবা মত্তমদা অমুক্কা থোকহন্নীংলে ।

অথুবা মরম অমগীদমক মস্মু মালেমবু লৈবাক্কী মকোক থোংবনা কৌরি হায়বা পাউ অসি হায়গে হায়না থিরকপা মনিতোন তৌনরম্মিবদু উবদা তুং ওইরপ্পা লেপ্লম্বা ঙাইহাক ওইরে । খংচঙ চঙশিল্লক্লুমা হায়রকই—

— রজাক, মসিগী ঈরাং অসিদি পুঙমাং মাঙখ্রসনু অমুক হল্লক্কবা ওই-রসনু । অসি নত্তবা ঈরাং ময়াম অমা লৈরি; সেবা তৌনবগী তাঞ্জাদি

থুরক হাঙবা নত্তে তৌবিগদবা মী রাংপদনি । চন্দা করোর করোরগী সেবাবু লোইবা হৌনবরো নঙগী অসিদি হৌগে ফাওবা তৌদ্রি । নয়াম্বা অঙাওবা অসিগী মচিং অমা থেংনরুগী অরাবসি নঙসু নংলেদো । — পুপু ঐগী ইয়াম্বা অসিদি ঐদি ফরিস্তা ওইনা লৌজরে ।

'কদাই পুরকও সনাহু চৎসি; অহুমাই থাগংশন্নরগা সনা য়েপশি-লহৌবদি য়ারোই'—হায়না মালেমনা হায়রকপদা ফাগীগী মওং থঙঙুদ্রবা রজাকনা রারৌরপ য়েংলুই । মালেমনা মমীৎমনা খৎতুনা মোমোন তৌদুনা লৈরম্বদা থঙলকখি । মসু অনী মপু অমা অহুম চৎমিন্নরকই । চৎনা চৎনা রজাকনা তম্মকপনি —

— ইয়াম্বা পাঙন. মৈতৈময়াং অহুগা অকোয়বদা লৈরিবা হাও ঐথোয় ময়াম পূন্না তিন্নদুনা শহরগী লম্বী পুম্নমক্তা পরেং চৎমিন্নদুনা উৎপা হায়বগী থৌরমহু লাক্লিবা ইরাই নুমীৎতা পাঙথোক্লসি হায়না লেপ্ন-খিবহু লোইনমক্না য়ানরে; শীনবা হৌরে ।

— ফরেনে মহুগী শেলনি ঐনা থোম্মিবসে । ঐখোয়গীদি অমত্তা লৈতরে । গাড়ী অসিগা লৌ-ইংখোনগা য়ুমগদি লৈরি । মসিদি পাক হেক থাদোকপা ঙমদবনিনা অরৈবা সনা-লুংনা কায়দনা লাক্লি ।

— মহু তৌদবা য়ারে ইয়াম্বা । কাঙলুপ থুদিংমক্কী অঙম্বশিংনা য়াম্না য়াম্না হাপকদৌরে । অহুদেগী অমুক সরকারনসু অচঙবা মখৈ পীবিনি হায়রে । অতোপ্পা ফরিবা অমনা রেলী চৎপগী হেক নোংঙানবদা কাঙলুপ পুম্নমক পূন্না চাক চামিন্নবগী থৌরম অমসু শীনবা তারে । সরকারনা অচঙবা পুম্নমক পীরগনি হায়ররে ।

চৎমিন্নরিবা মনিংতোননা হায়রকই —

— মহুগীসু অহুগা; মমাঙগী অহুগা মতুং তাবা থবক কয়াগী মতাংদা রারী তৌবগী ওইনা বোইবোইগা ঐগবু কৌরি । হোরেল সুমিদাং চৎলু-বা তারে । মতম পীরক্লবনি । নঙসু য়াওরুসি রজাক । মখোয় হরাওজগনি ।

## তরুকসুবা

পরীখা হায়দোক্লে। মালেমওম্বা অহানবা দিভিজনদা ফাওরকই। বৃন্দারানী হবাওজবনা মহা ওই; মানা ওম্মকপদগী হেন্না নুংঙাইজৈ। মথন্নতা চাউথোকচরুই হন্দকম্ব অহানবা দিভিজন। মাম্বু ফনা হৌরকপা মহৈরোয় ওইরকখি। অহুবু অহানবা দিভিজন অমত্তমক য়াওখি। মচাগীদি অনী ম্বুরে। মঙোন্দগী হেনখিবসিনা হেন্না নুংঙাই। মনিতোনম্বু হরাওজৈ। চংনীংবা ত্রেনীং অমদা থাবদা কন্না ঙাংন-খোৎনা তৌরুদ্রবম্বু য়ারনি খল্লি। মথাগী থন্নবা শেম শাবা হৌই। পাউ তাবদা লিন্থোইওম্বীদি মশা তনিক-তনিকই। তেলিফোন তাপ পায়ন্থনা মশীংদা নম্বত্থ মপা ইচুম-চুমদে; অহুমলক শোয়। 'তৌদ তৌররোইসে!' মতাগুম ক্রোক থম্মী। চংননবা মফি তনহোং হোংই। মনেয়াইদা করি হায়জিনসিগে খনবা হৌই। পরীখাগী মখা ওমথবগী অপাম্বা-অফবা মায়কৈ খনবগী মমান্নবী খরগা তান্নরুগে হায়গে লেপ্লি। লাইরিকলাইসুগী ব্রা হায়রবদি মনেয়াই হরাওজৈ য়াগল্লিঃ থিংদে। মা মশানা হাইস্কুল লিভিং সর্তিফিকেৎ মরীরক খরা খজিক হেন্না থাববু বিষয় অহুম অমুক, মরীনা অনীরক, অমুক্বা অনীদা নম্বর চোমলপ চোমলপ মতা চাদবদগী ওমখিদ্রবনি। মসিগী লমনখুম্বগী শীংন-ব্রাথল অমা মবুক্তা লৈরি। মশাদি খঙবা নত্তে। চংলুচো থেঙগদবা ওইরগা ফোন হেক তৌরকউ হায়দনা হরাও-হরাও থাদোরকই। লিন্থোইগী মুংসু পানম্ব পুন্না তনিক্লকই। নুংঙাইখিদে হায়জিন্নরগা মথক কা-না ক্বাওরকপগী লক্লুগে করেম্নগে ওইদবা ঙাংবগী শাউজিন্নগে খনবা হৌই।

ছন্দকম্ নীংবা কাম্বরিবদি মালেমগুম্বনি। ফলগী চেহ্ মুন্না য়েংলগা হৌখিবা রাহুংচে ময়ামত্থ অমমমতা নীংশিংহুনা ফনা কুইনা চিন্না তৌহুনা ফমলম্বদগী চে অহু মখা চীক্কুনা কন্না লংখ্রগা ফুক হৌগত্তুনা মফি তনহোং হোংই। নৌনা শাহল্লুবা লাইবক্কী মুঙ মাপল হাপ্পা খুদোপ অহুগা পৈশা খরগা পুহুনা চঙলকপা বৃন্দারানীনা হায়—

— কদাইদা চৎকে হায়বনো বোইবোই? সে অসি শিজিল্লো নঙোন্দা লাকপা চেক অহুদি কায়বা নংহৌদ্রে। নঙনা পৈশা হায়ববু করিগীনো?

— নহান খেত্রীগাওগী কেম্পত্তা গ্যাস লেম্প অনী মাঙখিবা অহুগী পীগদবনি। য়ারে কোন্না পীরগে।

— অহুগীদি ঐখোয়গী লোয়শঙদা লাকহল্লবস্থ য়ারবহুবু। অহুগুম্বা ময়ামত্থ মেনখংনবা ঐখোয়দা লৈরে। পোং ওইনা পীয়ুরা পৈশা ওইনা লৌগেরা ইয়া য়ারে। হৌজিক্কা কদাইদনো?

— শুম অস্বায়ফাও চথোকউগে তৌবনি। করিনো করি হায়গে?

— নঙগী পুপু অনীগা ঐখোয় মরী রা খন্নগদবা লৈ থেঙলক্কস্থ। কুইনা লৈথোরক্কস্থ। ইহে অদগীনে, চীংগী রাথোক মুংথনবা কন্নিত্তি অমা শেম্বহুগী মেম্বর অমা ওইয়ু হায়রকপনি।

— ইমাবুরো ঐবুরো?

— ঐগকা খঙবিপোং নত্তে খ্বায়গী নহা ওইনা নঙ খল্লকইবনি।

— ঐ ওইরোই।

— হৈমা, করিগী?

— ঐ ফল্লাং ওইবা হৈনদে য়াওরবদি মকোক্তা, অপাননা থবক তৌবা। নত্রগনা য়াওদবা।

— অস্। মওং অমনিনা।

হরাওজবী মমানি। তচাওতচাও থোকখিবা মচাবু মুংফাওনবা মোমোনগা লোয়ননা য়েংজহৌই। মুংঙাইজবা মরক্তা খলহৌই— 'মীনা তারবদি মুংঙাইরোইসে!'

মালেমওম্বা অঙাংগী লৈকোল্লোমদা লাকই। কাচিনগী মুংফালদা মতাইদা ফৈম্নে। মসি মাগী ফমফম্নি। মথল্লায় মুংঙাইতবা নত্রগনা মুংঙাই-রকপা মতাং অয়াম্বদা মসিদা ফম্মে। তঙাইমক ফদ্রবা থোঁদো অমা ওইবদি নঙ্গে নক্না হৌবা গুলাব অমগী মতোন ইথং থংবদা লৈরিবা মিরাং মচা অমদা মুন্না য়েংলগা ফম্মিভৈতুদা লিঙ্গোইঙম্বা মঙুৎতা লাগী অপীকপা ময়োম মচা অমা পায়রতুনা চঙলকপা উই। মালেমগী মশাহ থংম্নাং য়াংবগুম তৌই। কৌশিল্লি—

— লাউ লিঙ্গোই ফমসি লাউ ঐ নঙবু উন্ননীংলম্বনি।

— উন্ননীংইনি! লাকস্থ লাক্কে হায়স্থ হায়রক্কে। ঐখোয়বু নীংশিংপোং নত্তে; থঙই।

— হেক উন্নবগা শাউবা! নঙগী হৌনবীনি; করিনো খয়োম লাকপগীরা পায়রিতুনা?

— লান্ননবা কংস্থবীনি। ফরবা সিদি? ইকাইজেনে নহোয়দা ঐদনা চঙবা। অম্তীনা চঙঙ্গুবদা লরহৌই।

— করি হায়না?

— ইমৌদি নোংম-নোংমগী স্থম ফজরক স্থম ফজরক রা থোক্লনিকো হায়দনা নোকহৌই। য়ান্না হারাওনা য়েংহৌই। ইকাইবনা—!

— ফজববু ফজে হায়বনি।

— মানা ভারীদা হেল্লিবা লাইরিকস্থ য়ান্না হৈবা। ঐদি অম্তীসি তশেংনা কিজৈ।

— মচা ঐবুদি কিদবা?

— নঙবুদি করিগী কিরুনি! সে লাই-বালবুকনি। তুরেনপাল্লোমদা নঙ থিবা চংলুবদা অরিবমগী লাইশঙ চঙঙকপনি। ঐগ্যা ইথোতুনা পীরক-পা বালবুকনি। নঙগীনি।

— নঙবু চারবো?

— চাজ্রি। নঙ হান্না চারো; থিক্তং থাকউ। ঐস্থ ফংদৌরিমনি।

— নঙ চারো ঐ য়ারে ।

— হৈ ! তৌহৈদে । সুংঙাইবা-হরাওবা মতাংসিদা ঈশ্বর কাউবা তৌহৈদে ।

— অঁ, রাখলকাদি রাংঙনে ।

– পরীখাস্তু রাংনা ঙম্মনিদা. কন্না পারি । য়ামদ্রবদা সেকেন্দ ডিভিজন-দদি ফাওনবা তৌরি । মীনা নঙ খরা তম্বিয়ু হায়বস্তু য়াদে ।

— ঐনা তম্বিরবদি নংবু-- ?

— কৈদৌ'য়েগে ! মখৌ লৈ হায়ব্রো ! কৈনোদা তমজ্জবনো !

— কৈনো হায়বদি ?

— তৌরক্কনুকো ! নপংতো ! মসি লৌবুক লংহাং নাক্তেকো; শহরগী পাকনিকো !

— পাক ওইর কৈদৌগে মী মতৌ-মনাও ফমিন্নজবনো !

-- চৎ ! ইকাইগেস্তু হায়দে । সে অমুক্তং চিকও ঐগী খরা থাকউ ।

-- কনাদা কদাইদা চিকউগে মফম তাকউ - !

'মন্নাইদা চিকও কৈনো এপ্পল মস্নুং চিকপবু হংঙিসিবো—'হায়রগা লাকোয় মচেৎ অহু লানশিনবনি । মানদি অতাবী তাকউবনি । খঙদবা নত্তবা মালেমনা মঙান্দা শংত্রিক য়েংলগা মমীৎ খজিক খজিং খংলম্বগী অহুদা লিঙ্খোই হায়খ্রিবহু খঙলকপা ওইনা তৌরকই । মশাহু রাই ইফিল চিল্লকপদোনা ফাওই । অরাপ্পা অসোম মতাইদগী চেনশিল্লকপা অঙাং-শিংগী ক্রিকেতকী বোল অহু মখোংনা ভাব্রগা মখুৎ ওয়না বন্না লংবিখি । কন্না লংখিবগী হাইবদা খুজিগী মখোল তারকই । মালেমনা লিঙ্খোইগী খুজি অহুদা শংত্রিক য়েংহুনা লৈ । অহুডৈ মানা অঙাং ওইরিডৈদা মপা ইঙোবীনা জেলদা চঙখিবা মুমীৎকী মুংদাং অহুদা শকশেম মিংশেলউপু মমাওদা অশাবা শক্তমগুম চপ লেপ্তুনা ফনা কুইনা লৈরম্মগা মখুদাং অনী-মক্কী খুজীশিং তপ্পা হুকতোক্লগা কাচিনদা থারিবা মেজ তন্না কন্না লংশিন-খিবহু নীংশিংলকই । মতাংহুদা থোকখিবা পুল্লপ তাখিবা খুজীগী মখোল-হুগা মান্নখি । লিঙ্খোইনা ওক্লা হংলকপনি—

— কৈদৌরে অতুমাইনা য়েংলিবদি ?

— নঙগী খুজীহু তেকঅব্রা য়েংঙু !

— করিগী তেকউনি; অশেংবা সনাগীনি । করিগীদো অম্লক মুংঙাইবা মুমীৎসিদা নঙনা হেক হেক মুকথদৌনা তৌরিসিবো । পরীখা রাংনা ঙম্বনি ঐ ননাক্তা লৈরে পার্তি তোগে হায়য়ু; হোতেলদা পুশিল্লগা পিজো; কোয়রুসি হায়দনা পুথোকউ; হোলদা সিনেমা য়েংঙুসি হায়য়ু; লমহাংদা পুথোক্লগা ঐবু ঙৎলো । উরবা সে ঐনা পুরকইবা পৈশা ময়ামসে ! খরচ লোইনা তৌদৌরিবনি ।

— করিগী ?

— হরাওবগী মুংঙাইবগী । ঙসি অসিমদি ঐনা লোইনা তৌদৌরিবনি । ঙনমু ঙল্লি লাকও চঙাশৈরোমদরা, কোইরেঙ্গৈদরা ঙারিয়াল্লোমদরা থোদোকলুসি ।

— গাড়ীদি পুথোরক্কনা ?

— নঙগীহু নক্রদি লৈত্রবো ! তেক্সী লৈ ওতোরিকশো ভারীদা লৈ ।

— স'ইকলদি রায়বা ফংঙোইদ্রা-অমত্তং ? নঙনা ফ্রেমদা তোংবা — ।

— ফ্রেমদদি নঙগী কৈনোহু তোংহল্লু !

অনী মকা লাম্না মোমোন্নৈ । মুন্না য়েংলুরগা লিপ্পোইঙম্বী ইকায়জনা মমীৎ তুকথরকখি । মালেমনা খাকলম্বা লাইবালবুক মচেত্তু পাম্না হরাওজনা চাজখি । অতুক হাউনা থাজজনা চাখিবা অমুক্তা য়াওখিদ্রি । ঈশ্বর অনী পূন্না কৎলুরবা পোৎলম হাওনা ফংজবগুম থোকখি । বালবুক পায়তুনা হুকলুবা মথুৎশা অহু মকোক্তা নানশিনজরগা মথুনিক্লি নিক্লি তৌরগা হায়রকই— 'অস্, য়াম থুম্মি মঙ্গল ওইনি ।' মালেমনা তাপ হংলকখি—

— কনাগী মঙ্গল ?

— ঐগী ।

— ঐগীদি ?

— ঐগী হায়রিসে নঙনে নঙ ।

— লিম্বোই নঙ, রা অমা হায়গে — ?
— হুংবগী করি মথৌ লৈরি হায়দুনা ।
— নঙ ইকাইবকালি খঙদবরা ?
— মী মমাঙদদি ইকাই; নঙোন্দদি স্তুকই ইকাইদে
— ঐ অসিমদি মী নত্তে অসিনিনে ?
— নত্তে ।
— অছুদি করি শানো হায়মু — ।
— ঐগীদি শা-ঙা-লাই; পূম্নমক, লোইনমক । ঐগী থরায়-আম্বা । থরায় য়াওদ্রবদি মী হিংদ্রেদনা ।
— হিংদ্রে ।
— নঙ লৈবগী ঐ হিংলিবনি মালেম । নঙ য়াওদ্রবদি ঐ হিংলোই; হিংবা ঙম্মোই ঐদি নঙগা স্তুকলাপ লাপ্ননীংদে । হয়েংরাই ঐদি নতুং কোইইন ইন্ননি; চৎলি-মখৈ য়াওনি । খঙদে হৌজিকসু ননাক্তদা লৈনীংই ।
— অহুদি চঙশিল্লকউ !
— তু তৌরকএ ! চঙশিল্লকওই ! অঙাং য়াম্না লৈকো ঙাওশিন্নসু ! হায়-বিরিসিনি ।

তশেংনমক মালেম লিম্বোই উন্নরগা ঈংই পোথাই, মুংঙাইতবা পূম্নমক কাউবা ঙম্মী । পূম্নমক্কী মীৎথমফম কন্না ওইরক্লিবী লিম্বোইদা মাগীসু থম্মোয়গী পনথুংফম ওইরকই । অরা-মুংঙাই পূম্নমক্কী শিন্নফম ওই-রকই । মশাগী কায়াৎ অমা ওইনা লৈরকপগুম তৌরকই । অমনা অমগী কায়াৎ ওইরকথি । মশা—মশাদি খঙনদে । খঙনবসু হোৎনখিদে । তত্তনা লোয়নবা উথিবা মনিতোনদি খঙই । কায়দবনা থিংদে । মতম রাৎলি থনবনা থৌগৎপসু তৌদে । হৌখিবা—লৈরিবা-লাক্কদবা মতম অহুম ঙান্না উবা ঙম্বা মুপানি । কান্নদে থনবা মফম-মতাংদদি রা ঙাংদবা লৌশিংনি ।

মমশিল্লক্রবা মতাংদা অনী অকোইবা লম্বেনদা হনম্নিম্নরকই । চৎনা চৎনা মালেমনা তপ্পা হায়রুই— 'লিম্হোই নঙসে ঐ তশেংনা মুংশিবনিকো ।' তাবমক্তা লিম্হোই কোক্তগী খোঙদোন ফাত্তবা তু খ্যাও চুংখি ; কোকচাওবী ভ‌ং কাখি; মশা মমুং মপান ফাওনা তনিল্লকখি, মখোঙ থাংবা ঙম্মক্তবগুম তৌখি । ঙাংগনথ্রবী ঙাংবগী বেরা হায়বা লৈতবী লিম্হোইঙম্বী বা ঙাংবা থোকখিদে । মখুৎ নাম্মতনা পায়রম্বা মালেমঙম্বা মাগী মখুৎ ওয় অহু অনী চঙহুনা কম্না পায়শিল্লগা লময়ায়মক্তদা ফমথখি । মমীৎ অনীদগী ইপান-থাগী তুরেল মরূদা ঈহৌরকপগুম খিংঙমদ্রবা পিরাং তংপা লৈতনা শিন্থ-রকখি । করিগী ঈহৌ-পিরাংনো ? লিম্হোই মশা খঙখিদে । মালেমনসু উখিদে । অনীমক্তা ফাওনদবদি নত্তে ।

য়ুম চঙখিবদা মপু অনীগা মমে অমগা মমাগনা ঙাইহুনা লৈরম্মে । ঙন্না হন্জিল্লকউ হায়থ্রগা থেঙলকপগী মপু কমলজীৎনা ঙাংই । খুৎ থা-দোকপা য়াদবা থবক অমা লৈবনা খজিক্তং থেঙদোকখরে হায়রকপদা পুপু মনিত্তোননা হায়রকই— 'ফরেনে, খুৎ থাদোকপা য়াদবরা, খোঙলা, থমোয়রা মাথারা; হৌজিক্তি থাদোক্লম্মগা লাকএ, ফম্মো রা হায়রগে, ঐখোয়দি খন্নবা হৌরম্মবনি ।' তাবদা মালেমদি অর্থ খঙবদৌনা চিংন-রপ তৌই । মপুরোমদদি য়েংদে মমারোমদা খজিক্তং য়েংলুই । বৃন্দা করিনো ফোম' অমা কন্না য়েংলি, ঙাংনরিবহু তাদবগুম লৈ ।

মালেম — করিনো খন্নরিববো ?

কমলজীৎ— খন্নবা হায়ববু দাক্তর তম্বা তারে । ফোম' পুরক্লে; নমানা মেনশিন্নবা য়েংলি । ঐনা ঙাংনবা হৌরে । চাংয়েংগী মতম লাউথোরক্লনি ।

মমে — য়াওরো, খল্লো; তম্মো । তমফম মফমসু অফবা অমা খনগনি হায়দনা নঙ' মামনা হোৎনরি । দাক্তরগীসি দিল্লীনা ফৈ হায়নে । তম্মো তম্মো মালেম, ঐখোয়গী শাগৈ-নাত্তৈ মুক রাম্মসিদা দাক্তর

অমত্তা য়াওদবসিদা নীংবা ইথুং থুংনদ্রবনি । নঙ অমনা ফরকপা ঐখোয় ময়ামসি মুংঙাইনরবনি । তমদবা য়াদে; তম্মো ! নমা না হায়রবু নঙনা কৈ কৈনো হায়, তম্মোই হায় হায়দনা তম্মি, মতু য়াদে । দাক্তর য়াওদবা য়াদে ।

কমলজীৎ— দাক্তররোমগী মী ময়াম অমা নঙগী পুপু দাক্তরগা খঙনরে; ঐ অমনা মন্ত্রীরোমগী ফৈগাক পুরনি, । চাংয়েংদা নম্বর য়াম্না ফংবগীনা নশাগী । ননেগোয় নমাহোয়না চাংয়েংদা করিদা ওঙ্গা মুপী মুপা ময়ামদা চেল্লগা হুংবা য়াবা হুংগনবা রাহুং খোম্মো ।

বৃন্দা— মতু বাবা ঐ হৈনরোই ।

কমলজীৎ— করি হৈনদবা ! মীনা চেম্নরিবসিদি ? নহাননা হৌনখরে মীদি । রাহুং শেমগদবা ওঙ্গা খি-খিতুনা প্রাইভেৎ তমহন্দনা ঙা-চাক ফি রোল কনাগী গাড়ী মচাগকা লৈদনা খিন্নরে হায়রি । মতমসিদা নঙনা তুলসীমনা শাতুনা লৈবদি অপঙবা তাহৌনি । ঐঙোন্দা ফাওবা নোম্বিয়ু হায়দনা মপুন-মপুন পুতুনা লাকইবসি মরূপ-মপাংঙাক্তা তরেৎ ! নচিন থী হায়নি ( মনিতোনদা ওনশিল্লগা ) ইয়াম্বা, তরেৎ পুরা মুরে । মন্ত্রীশিংগী শরূকশিংগী তাম্নবা হৌখিবা কুইরে, ঐখোয়গী বিশ্বজীৎহোয়গী পরীখা লোইরকপগী অতুরাইদগীনি ।

মনে— কদাইদৈনো হাকুম থলংগৌদবা ময়াম অগদি চেম্নবা নোম্নবা অতুম হৌনখ্রবনি ।

কমলজীৎ— অতুনি । হৌজিক্তবু । মবোরুস্ম পামজরমগ্রবা । মমা অসিগী হাক্তক্তগী লাক্লবনি । ওইদে । লাইবক অসিনদি চং হেক ফংনা নেম্বনিনা ওইদে, ওইগে হায়বফাওবা তৌখিদে । মীগী মচানা ফবনিনা দাক্তরনিকা হায়দনা সুত-তাই তৌরদনা কার অঙৌবা অমগা থোরদনা লনাই ক্লিনিক্তা ময়াম পরেং শানা ঙাইনরিঙৈদা

কক-কক-কক তৌরদনা চাউকান চাউকান কাল্লদনা চঙলকপদু অস 'য়াম্না কল্লকথ্রবা। লাইবক অসিদা ...

মালেম— দাক্তর অসিদা লাইবক্কী লোইরবা লমথুংমক ওইবদি হেনমল্লে পুবোক।

মনিতোন— ওাইখো ; ফ়ে হীরম খুদিংমক থবক পুন্নমক চপ মান্নে, মানা মানা পামজরুবগী য়াদনি। নঙনবু কন্নি হায়রিবগে নঙগী পুবোক খোয়নদি কন্না পান্দিবা অসি কমদোবা ? তমগে হায়রিবরা তম্মোই হায়রিববা ?

মালেম— ঐদি পামদে, দাক্তর ওইনীংদে।

কমলজীৎ ফ্রং শাউরকই। মাগী মনাত্তোন নাকচী খক-খক চিংবীদু তৌরকই, ফুক হোৌগৎলগা কল্লপ হায়রকই —

— অঃদি করি ওইগে হায়রিবনো হা, হা ? পামদে-ওইনীংদে ! হ ! ভম্মোই খল্লকওই হায়গে হায়রগা হায়য়ু ! জগত পুন্নমক্তা য়াখোঙ উখোঙ নোমদনা মরল মথুম হৈজিন্নদনা হোৎননরিবা মসিদগী হেনবা স্নুকলৈমক লৈত্রবা থবক অসিবু ইয়ায়-লায়না পামদে ওইনীংদে ! লাইরিক্তদি থুং ফাও লাউদে পরীখানে' না সেকেন্দ দিভিজনদা চি লাউরগা ..

মালেম — দিভিজনসু ওল্লরে। অদুগা পামজদবগী য়ানি —।

কমলজীৎ— করিগী পামদবনো হায়বা অদুবো ! হায়রিবসি খল্লক্তবসু য়ারিবনিনে ! মীনা লৌশীং-লৌশীং চাংয়েং ম্লাওদোরিবনি। খনবনা মকোক্কী নীফু য়াংখৈ; লোইরে। মসিদা মশানা য়াও-রকপগী য়া অমনা না —। না-না-না ! অহমলক্তুম হায়রিগে— না ! পেশানা মেল্লগা য়ানোমদোরিবনি। মন্ত্রী ফাদোরিবনি, এম. এল. এ নেকদোরিবনি ওজা ময়াম মথং মথং মথং...।

মালেম— মতুদনি ঐনা স্নুকপাম স্নুকপাম স্নুকপামমক... !

মনিতোন— মদোমদা চথবা কান্নবোই স্নুমদৌসি—।

কমলজীৎ— কান্নরোই কান্নরোই ! ওইরুরব্রু দাক্তর; ঙজোরা খানারা খবর য়োনবরা কৈনো ওইরগা নচা নীফুমুক পোকও অহুগা ঙবোং নাইনবা অমা ইল্লগা নচা পোতুনা লৈয়ু । য়ারে খন্নবা তান্নবা মথৌ তাদ্রে । ঐ য়াওরোই চৎলে ! নহোয়না খোকপা শীল্লো ! ঙমস্থু ঙম্মোইদবদা— !

কমলজীৎ অহূম চৎখ্রে । মনিতোন ঙক্তে; মনেহু পাখৎলি; মমাহু হায়ু-হায়ুনি খন্না লৈ । মালেমঙন্বা শাউরপনা মথু নীরুগা চৎখিবা কমলজীৎ-লোমদা পৈরপ য়েংহুনা লৈখি । শীংনবগী মীনোক্নী মোমোন অমস্থু য়াওখি । মীফম অহুমা লাইখায় অমত্তা তাদনা লৌইশিনখি । থেঙনা মমা মচাদা ঙায়রবা মতাংদা বৃন্দানা থেন্ননি —

— দাক্তর হায়রিব'সি ফখ্রবা, চীং লেমখ্রবা শেন্থোক লৈখ্রবা থবকনিনে বোইনোই ।

— নত্তে ইমা ঐনা হায়বদি ফত্তে লেমদে শেল থোকওই হায়বা নত্তে; য়াম্না ফখ্রবা পুন্নমক্না তান্নরিবা পোৎনি । ঐনা পামজদবগী য়ানি ।

— করিগী পামদবনো মতুনি ঐনা খঙনীংলিবসে !

— মতুদি খুম্না য়ারোইদবা য়াহংনি ইমা । মতুদি লাইদা করিগী পামহ-ন্দ্রিবনো হায়না হংবা তাবনি । ইমাস্থু ঈশ্বরদা খরা-খরা থাজরক্লবদাই । তুপী অহুল ময়াম ময়াম পুরগা গোবিন্দগী মন্দিরদা চঙই হায়বা পাউ তাই ।

— ঐগী য়া তোকখো; ঐদি মন্দিরদত্তা নত্তে চর্চ, গুরুদ্বার', মসজিদ লাইবুঙ পুন্নমক্তা চঙই । অকক্লবা মশক পানবা লাই অমদা থাজবা থমদে ।

— লাইবক্তস্থু থাজদে; সাইন্সকী ছাত্রীনি ?

— লাইবক লৈবা লৈতবগীদি খঙদ্রে থাজবদি চুম্মত্রা হায়না খনবা হৌরি । কান্নদবা য়ানি নঙগী'সি হান্না লেপখ্রিসি । নঙগী পুপু অনীনস্থু পামজরবা মায়কৈ অসিদা য়েংঙসি । চাংয়েং য়াওরো । খল্লে, তম্মো; খল্লক্রে তোকও নঙনা পান্না অমা তম্মো — সিদয়া মপান্দরা ।

— ঐখোয় পুপু দাক্তরনস্থু পান্ন্রনে ?

— অফবা পোৎপু করিগী পাম্মোই !
— পুপুন্থ য়াইকো ?
— য়াই হায়বনি বোইবোই । ঙন্নদবগী য়ানি দাক্তর ওইববু করিগী পাম-দবা ! পুপু মশাম্থ দাক্তর অমনি । থাজম্মো ঙম্মে ফরে ঙমদ্রে বেরা লৈনদ্রে ।
— থারবদি ঙমদবা য়ারোই ইমা, ঐ হৈনদে মকোক ওইগনি ।
— মতু মীঙোন্দা হায়গনু ।
— ইমাদা হায়বগী য়ানি । তৌদ্রগা তৌদ্রে থবকতি, তৌরবদি মকোক্তা ।

মনিতোন্দা তান্নরে ! পামদবা নৎলমদে । তৌদবা য়াদে হায়বগী মঙংদা ইনশিনবদি তৌদে । মনিতোননা ভাব তানা হংবনি--
— শেংনা হায়য়ু নঙনা পাম্বদি করম্বা মায়কৈদনো ?
— পুপু ঐদি সরকারগী থবক তৌবা পামদে নীংতম্না ময়ামগী থবক তৌনীংই ঐগী ওইবা অপাম্বা অমদা থথিংবা লৈতনা চৎনীংই । পরীখা খ্বায়দগী চাউবা চাউবা থাদোক্লবা মকোক্তা ঙম্মবা অতুগা সরকারগী খুতুমদা লৈগদবা থবক্তি তৌদবা । ঐগী লনাইগী নীংতম্বা থবক তৌবা — ।
— হায়বদি সমাজ সেবাগুম্বা, লনাইগী চেফোঙ থবরগুম্বা তৌবা নীংতম্না ইবা ফোঙদোকপা -- ।
— অতুগুম্ব -অতুগুম্বা; অতুমক । অদগী চীংদা হাৎনরিবা তম মশেল মুক্ত-রিবা, ধর্ম মান্নদবগী ফুগায়নরিবা, মীনাইদৌনা লোয়ননরিবা, ভাব তানদ্রিবা কান্নদবদা চাদীংদা পঙতৌদা তৌনরিবা, সরকারনা নোং-মৈনা শক্তিনা থিংবা ঙমদ্রবা নেশা, লোম্না লল্লোনবা শেল পঙচাদা চানরিবা ময়ামসি থিংবা মাঙহনবা অদগী ময়ামগী লোইরম্মপা সাধু সন্যাস লম্বোইবা ওইনা পুন্সি লেল্লুবা — ।
— হিমালয় মথোঙদা ?

— মীগী লমদনি পামদে নোংমাইজীংদা, মোন্দুমদা অদগী কৌক্রচীংগুম্বদা— বিবেকানন্দদৌনা, শঙ্করাচার্যগুম্না অদগী —

— নয়ুম্দি পান্দ্রে; নমানা পাম্মিবা মুংশিজদৌরিবা মস্তুগী রাদি তোকএ ?

— মহুদি .. মহুমদি খঙদ্রে। ইমাদি মথন্নতা লৈহৌদৌরি। অহুবু পুপু লৈরি অদগী 'বাবামচা'সু লৈরি।

— ঐ হায়রা নঙনা অহুবাই য়ৌদ্রিবৈদা শিগ্রনি নঙগী বাবা অহল ওইরনি নমা অসিমদি...নমা অসিগীদি নঙনা লোইরে; নঙনা মাগী লমথুং পুম্নমক্কি লাই অতৈগী রা সুকচঙ চঙদে নঙনা মাগী লাইনীংনি; লাই হায়ববু নঙনি — বোইবোইদা মাগীদি লোইজরবনি।

— ঐসু খঙই।

— মসিদা মানা পাম্ব লোইনমক নত্রবসু খরদি নঙনা ঙম্বা য়াবা অমনীদং তৌবিবদি চুমদ্রো ? হা ?

— মহুবুদি চুম্বা—।

— চুম্মে নঙ নশাসু য়ারে। মসি সুমদৌরসি, হৌজিকসি ইবানী মনাক্তা চঙঙগা করি-করম তৌবা হায়বসি হংলবা; ইবানী রানোম্নদ্রবা; মুন্না মানা করি হায়বা হায়বহু তাহুনা লৈরবা। মানা হায়রকপা অমা-তম্মো, তম্মসু — হায়বদো মহুনা পুমলোই লোইরবা রারেপ ওইনরবা। মহুনা পুমলোই লোইরবা রারেপ ওইনরবা। অতৈগী রা লৌনদ্রবা। য়ারবা ?

— য়ারে।

— প্রোমিজ ?

— প্রোমিজদি তৌহু হায়দনা পুপুনা হায়খিবনিনা ঐদি তৌদে। অহুবু প্রোমিজ।

— ওকে ! কম্মোন লেত্স্ মুভ ! ইশা ইশাগী লাইবক্তা শিম্নথোক্লসি। মসিদা পেম্নরসিকো। লাউ চৎসি।

মালেমদি মমানিন্দা ভফিং-ভখিং চংই। মচিতৌন্নদিদুদোইরপ তৌই। মচানি মসু মরূপনি খন্দোক্নুনা ইন্নরকই। বৃন্দা হোরেল থাংলুনবা বাঙাং অমগী মক্ল-মক্লওইবা রাফম খরা নীংশিং নীংশিং খোংচিল্লুনা লৈরন্মী। মেংথোররকপদা মাগী বাবাচৌ লাকপা উবদা মপাবু থজিক চেকশিন্তে। য়াম্না চীং লেপ্পা চঙশিল্লকপা মপাবু মোমোন তৌদুনা মেংদুনা লৈ। মালেম-না হংলৈ—'করে অদুদি হায়রয় ঐ দাক্তর তম্মুন্না তরম্মুরা? মুম্না থল্লগা হায়ররা।' বৃন্দানা থোইনা থল্লুবা লৈতনা থোক হায়দোরকই— 'ফত্তবা নত্তে চাংয়েং য়াওশিল্লু।' তাবমক্তা নকলপ লেপ্পরবা মন্নিঙোননা থুবাক প্রোক-প্রোক থুরকই। মায়পাকপগী মীনোক অমা লোয়নরকই। মালেম মচীন পোমথোকই মায়থীরবগী মোমোন অমা তুং ইল্লকই; মমাদা হায়রকই— 'থঙনি হোরেল নখি লৌশিল্লম্মোই!' (মমানা থেঙনা হল্লকপা মতাংদা মমানা ফৌরম্বা মফি হেক হেক লৌশিনবনি।) মমাদু তৌনরিবা মওংদু মুন্না থঙলুবদি নত্তে। ওক্নুনা থুমলকপনি – লৌশিন্ত্র' তোকচৌ; লৌশিন-বিনবা মী অমা থিবা হৌরনি। মাগী পুপুনা অমুকম্সু-প্রোক-প্রোক-প্রোক! মালেম থুরাইদা থাঙতেক্লা অমুকম্সু থাবগুম ফাওরকই। হায়র-ম্মী—'থঙনিদনা থন্দা থল্লকুসনু চিরোল তৌনবা মথৈ চৈরাক পীগে।' হায়রম্মগা থোঙ্গাল্লোমদা থোকখি। থোকখি। নোকপসু অদুম নোকখি। লৈহৌরিবা মপা-মচাসু উহৌই।

চাংয়েং পয়ীখা য়াওরে। কম্না হোৎনবনি। রাহুং মঙোল্লা লুনা থোকপা য়াওদে। ফজনা তৌরুরগা মুংঙাইনা লাকপনি। হল্লকপা নত্তমদা লোয়শঙ চত্তবমথৈ মচাবু ঙাইদুনা লৈরন্মী বৃন্দারানীনা হরাওনা হংই। মচানা রাহুং চে পুথোক্নুনা মমাদা উংলগা থুমলম্মিরদু চুম্বা-চুমদল্লা মেথৈ। থাদোকপা কুইরবগা অনৌবা রাহুং-পাউথুমগী মওংগা ওইদগা হীরম অথঙবা ওইরবসু বৃন্দাদা চপ চানা লোইনমক থঙবা হায়রদু থোক্তে। মালেমনা হায়বগী মতুং ইন্নদি মশা মচা-মচা ওইবা অমনী নত্তনা অক্লেদি

লোইনা চুম্মী । মপু কমলজীৎতা নোম্বা নোমহনবদুগী রাদি মমাম্ব মচাম্ব য়ানীংদে । মনিতোননদি মস্নদা হায়খি—

— নঙগীদু লোইনা চুম্মে হায়না লৌরবা ফাওবদা চুম্বা ঙাক্নুনা চৎনবা য়াদবা মতমনি, নঙগী পুপুগম্ব তান্নবা ফৈ ।

— চাংয়েং থাশ্রে, কখি হুংচিং হায়দোকনি, সিদা করিনো তান্নগদবরো ।

হুংচিংকী অহীংদা পরীখা হায়দোকপগী ফল থেংপদা মালেমগী মিং য়াওদ্রে । মশানা য়েংলুবনি । পামজবা ফাওবদা মসিদম্ব খ্বায়গী মকোক্তা ঙম্মগা থিজিনবগী থবক তৌদুনা লায়েংবা ঙমদ্রিবা কেনসর অমদি এইদসকী হিদাক মথং মথং পুথোকপা য়াইনা হায়বগী থাজবদা তম্মগে লেপ্পুরবনি । মফম অপাম্বা ফংলবদি ফগনি থন্দুনা রাথল শাগৎ-পা হৌরুরবনি । মমিং য়াওরমদরে । শ্বায় লাউই । অমুক্তা খুদোম্বীনা নম নমদুনা য়েংলুই । নীফুগী মিং পরেংদা য়াওদ্রে । মথাদু অতৈ-অতৈগী কন্দুনা থম্বা কাওবুগীনি । অমুকম্ব হুঙৎতুনা য়েংলুই । ঙাইগাক লৈরগা অমুকম্ব চঙশিন্দুনা পাথরুই । য়াওদ্রে । সুকয়াও য়াওদবা শেংলে । পরীখা অমদা ঙমদবা হায়বগী ইহান হানবা চৈনাগী চৈক্তু অমা লুম্না ওমদুনা পুরগা তপ্পা তপ্পা হল্লকখি ।

হকচিন্না খঙনবা দাক্তর অমদগী পাউ অসি, মালেমনা য়েংবা চৎশ্রিঙৈদা তারবা মনিতোননা মমৌম্বুপীদা তম্মি । কোফী হৈগে তৌরম্বা বৃন্দারানী কোকচাউবী ভুং কাখি । চেগপনা চপ্পিবা পাত্রদু থংনান নাম্বদুনা মখোঙদা তাশিল্লি । খোঙথক্তা শৌরিবা কোফীদু হৈজিল্লি । খুদক্তা ঈশিং মথা-মথা হানবা য়ানা পোকই । মনিতোননা চেম্বোক্তুনা হিদাক লৌরুই ; চেল্লবুনা পীরে । মওং খঙলবা মনিতোননা থেমজিল্লকই—

— করিনো ইবেম্মা মদুগীদমক অদু য়োনা মুংঙাইতবা হৌনব্রো । মানা পামজদবদুদা ফজনা খুম্মদবম্ব য়াই ।

— মচু মাদে বাখাচৌ, মা কল্লা হোৎনজে। মামা খঙবসু অয়াম্বনি। মায়পুননা হোৎনজবনি। করি উপাই লৈখিনি।

— মচু কাল্লদবা রানি; ভাইবগী মিং পরেংদা ফাওবা য়াওব্রবনি। য়ারয়োই-দবদা খল্লুবা অরেম্বনি!

— অদু রাম্লা নীংঙমদে। মখোয়গীসিবু শেংনা ভৌররিব্রনে! শেমদোক শেমজিন— ?

— মচুগী মরমদা রারুবা কাম্নরোই বৃন্দা। নচানুপাচু হল্লকপদা অচুম্বা মুংঙাইজবা উৎলুরমু। কাম্নদে থাদোকখ্রসি।

— কদাইদা ?

— লৈবাক অসিগী ময়োন-কোনুং দিল্লীদা। মামা রাংনা খল্লিবশিং অসিগা খুদোংচাবা মরাম মথং-মথং ফংবা মফম ওইগনি। কাম্নদে। ঐগা খঙনবা মরূপ-মপাঙ খরা লৈ। ঐ থিল্লুরগে।

— করি ভম্মগদবা ?

— মামা পাম্বা অমা। ঐ ফোনদা মথং মথং রারী শারুগে। নঙ সুকথরমু ইবেম্মা নচাগী থমোয়সি মওং অমনি।

থাদোকখ্রনে ভৌরিসিবো? বৃন্দারানীগী চাউরবা রাহংনি। ঐনা করম্না কনা য়েংচুনা হিংহৌবা? হেম্না চাউবা অমসুনি। কয়া কুইনা? খরা কাধরকপা রাঙ্গনি।

ফাজিন্নবা হৌরুরবা মথমোয়না রাহং ময়ামগী পাউথুম মথং মথং থিরকই। তুংগী য়াইফবনা লমজিং ওইখিনমা অরাপ্পা তুংগী লম্বেল উনবা লাক্লরকই। বৃন্দারানীনা মশাগী পামজবা মুংঙাইজববু লনাইজনা পন-থৌনা থমরকই। ওয়রা লাক্লগী খোঙথাংদা ভাইছাক অহুগী মনুংদা ইল্লিখা ফিগী কিজি চোৎনখি।

মালেমগী হয়াও-হয়াও চঙলকই। মমাম্নু মোমোয়চুনা মচাগী লাজোম ঈংহন্দুনা লৈরম্মী। মচানা ঈশৈ মতেক অমা ভচুনা লাক্লপা পাউ পীরে—

— য়াওয়মদ্রে ইমা ।

— করেনে য়াওদ্রগা য়াওদ্রেদনা । নওগী লাইনা কনখ্রে ।

— আই ইমা লাই থাজবা হৌরেনা ।

— লাই, লাইবক, নোংদমদা অহুংবা থুদম অহুম লৈরি । কান্নদে পুপুনা রারী তৌসি হায়বনি ।

— পুপুদি ঐগী মায়থীবগী পাউ তারমখিরোই তম্মখিগে ।

'পুপুদি নঙোন্দগী হায়া তারবনি ।' হায়গে তৌবনি । নংহৌদে । অহুম চৎখরে । ঈশৈ অহুম ঙংখি । বৃন্দারানী থঙই মচাগী ঈশৈশু মরৌ লৈবা খোঙ্গেল অমদা মায়পুনৈ । মচানা হেন্না থঙই । মমাগী য়াংথোকপা মানবা রাখলনা মমাগী মীংলৈ অনীবু ফাজিন-খজিনবা ঙমখিদে । ঙম্বা হোৎনরি হায়বসি মালেমঙম্বা নীংথিনা থঙলকই ।

মালেমঙম্বা চৎপা তারে । থিল্লুবদা লেপ্লে । মাদি মথন্নতা চংখিগে হায় । মনিতোননা অমুক্তা মপান থোক্কবা নহানি হায়বগী রাখনদা য়াদে । মমাসু চৎকে হায় । কান্নবা কান্নদবা রাখল কয়ামুক্কী অচাবা মরৈদগী চৎতবদা লেপ্লে । থিনবদা মমা মপা পুন্না য়াওহৈদে হায়না মনিতোননা থেম্বনি । য়ারকপনি । অহুমক্তদা 'বাবাচৌদি মপুবোকনি, করি কায়বগে ?' হায়বগী রাহং পুখৎলকপনি । মালেমঙম্বনা—'ইমা, কান্নদবা থবক্তা করিগী মতম, শেল পাঙ্গল মাঙহনগদৌরিবনো ; ঐদি পুপু ফাওবা কান্নদবদা রানবনি হায়রিবনি । পুপুনা চথোকতবা কুইরে কোয়বা ঙইনা চৎকে হায়বগী তৌবনি ।' হায়না শাউরপ হায়বদগী ঈংথখিবনি ।

চৎপা তারে সুমীৎ তম্মে হায়বা পাউ অসি হেক্ক তাবদা লিঙ্খোইঙম্বী থায় লাউই । চাম্মগা চেঙ অহু চফুদা সুগে থাঙ্গৎপনি । মশা পুম্বা তনিক্লকপনা চেঙহু ইলেক্ট্রিককী লৈরঙ অহুদা হৈজিল্লি । এনশাং শেম্মিবী মনেনা শোয়গনবগী ঙাংলগা হোৎচিন্নক্কুনা হোৎনখিবগী ফবনি পাখংপ্রবী লিঙ্গোই মৈনা চিংলম্বা য়াই । চাক থোংলিউ মনুংহুদা মপিদা পঙতাদা

তাই। ঙাইহাক্কী মনুংদা মমীৎ অনীচু মপি থৈতোকপগী পোমথৎলি। চাক থিরিঙৈদা থবক চৎকদবগী চাক চাবা চঙলকপা মপানা হুংবদা মোরোক মকুপ পায়রুরগা মীৎ হোৎলুরে হায়না তম্মী। মপানা থবক ইস্নু সুহন্দবী মচাদা লকুরম্মী। তাঙ্গক্কা ফোন তৌরুই। মালেম লৈত্রা য়েংলুই। ফনা কুইনগী মতুংদা বুন্দা পায়থৎলকই—

— হায়বিয়ু কনা ওইরবনো ?

— ঐনে অস্তী —।

— লিঙ্গোইরো ?

— ঐ।

— কৈদৌরে লোক থুংব্রো নঙবো ? কৈনো ?

— তা-বিশ্বদা করিনো অমত্তা হুংগে তৌবা।

— মাদি লৈতে, মহোয়গী— 'কম্ন-লূপ' কী মিতিং অমা তৌগনি চৎখিনে।

— কনাগীদা ? মখোয়গী পাউনা শঙলেনগীদা লৈবা লোয়শঙচুদরো ?

— মচুদা মান্দে। নহোয়গী করিদো,— রজাক, মহোয়গী অচুরাইদা ওইনা মাল্লি।

— লিলোংদা ?

— চপ চাবদি ঐস্নু খঙদেনে। কৈনো নঙবু ইপা পাখৎপদৌনা তৌরিবো করি তৌবা য়াওরগে ? ঐঙোন্দা হায়বা য়াব্রো করি য়ানো ?

— হু ! অরুবা কৈস্নু নত্তে; চুন্ন' সুম মথা তমথবগী মতাংদা কৈনো অমত্তা তাঙ্গনীংবা। তা-বিশ্বনা হোম সাইন্সকী অফবা মফম অমা হায়গুম তৌবা অচুগী হুংগে তৌবা। য়ারে অস্তী কোন্না তরানীমুক লৈরগা হুংঙগে।

— হাই তরানীদি য়ারোই মাদি মশেম-মরৌ পাইশ্রনি। মাগী পুপুনা দিল্লীদা থিল্লুরনি।

— ও। অচুদি মরক্তা হুংহৌরগে কোম্না। থম্মগে।

— ফরে ফরে। ঐস্নু হায়গে। নঙ চৎকে হায়বস্নু চখোরকউ। মুংথিনদি মা লৈগনি। ফরে-ফরে।

মুংথিল ভাইবা ওমগনি থাজত্রে। লিস্থোই মায়কৈ ইমম মন্না উই। শিন্থরকপা পিন্নাং থিংবা ওমদে। মাগী কা মমুংদা নৈশিন্দুনা অতুম্মক লৈ। দাইরী মমুংদা চেৎনা থেৎতুনা থম্মিবা মালেমওম্বগী ফোতো ফাক্তোক্তুনা য়েংই। মথাদা ইথিবা শৈরেংতু হন্না হন্না য়েংলুই—

নহাক্না নৈরিবা বিশ্বনা চৎখিবা
ঐনা নাচুংদে;
বিশ্বনা ঐহাকপু থাদুনা চৎখিবা
ঐদি ছিংবা য়াররোই।

'অতুগা হৌজিকপু মানা চৎখিবা তারবা!' লিস্থোইগী অমম্বা য়াখলনি।

মওল মওল খল্লম্বদগী ফুক হৌগংলি; মফি তনহোং হোংডি—লাইগী মন্দিরদা চৎপগী ফিজোলনি-চন্দোল নংবোই নংদবোই থরা থিল্লগা গাড়ীমচা ইম্হোক্নুনা স্তার্ত তৌরুই। মনেয়াইদা গোবিন্দগী মান্দপতা মমায়বী অমগী থৌরম অমা লৈ হায়রম্মী। ইপা পাখৎনা থৌরকপনা ফনা শাংনা চৎলক্লবা মতুংদা য়জাকক্ কী লৈফম তাংদাংবা খণ্ডে হায়বা খণ্ডলক্লে। হু হন্দুনা গজলাগী মনাক্তা লাক্লে। গজলানা মুন্না তাকলকপা মতুংইন্না অমুক থৌথরকপনা লিলোং য়োবদা মুংথিল ফনা নৈশিল্লে। চণ্ডলুবদা য়জাক ঈরুজরম্মী। হংবদা মিত্তিং লোইখিবা কুইরে, ইয়াম্বা মালেমদি লোইহিত্রিভৈদা শিন্নবা হৌনবা শিন্নরম্মগা মরক্তা চৎখ্রে, মথং মথং কনা কনানো উন্নগনি হায়খিগুম তৌই হায়রকই। মপি শিন্থবা হৌরক্লবী লিস্থোইনা তহা-তহা হংলকই—

— কনা কনা উন্নগনি হায়রমগে ?

— অতুক মুন্নদি খণ্ডহৌত্রে। চেচেগী (লিস্থোইগম্বীবুনি) মিংম্মু হাইরপ পল্লমগুম তৌই। মুংথিল মুম্মিদাংবাইদি কদাইদনো ভারিয়ানলোমদা থবক অমা চৎপগী রাস্থু পল্লমগুম তৌরম্মী।

— ভারিয়ানলোমদদি কনাগা ?

— ঐদি মহুদি ভাব ভাদে । হায়বসু নত্তে পল্লম্বগী য়ানি । কৈমো চেচে কনা কৈদৌবা য়াওরগে ইপা-পাম্বৎকুম ত্তৌবরো ? 'শুক লাপ্লসু— ?

— লাই খুরুম্বা অমা চৎলুবনি নকলে হাক্তুনা য়ুমসু খঙগে হায়না চঙলকপনি । গাড়ী শাংনা থৌরক্পদা মুংশিং য়েবগী মীৎ মুভাইতবা । ফরে য়ৌগ্রগে ।

— ঙাইখো চা-কা ।

— হু ! ঐ চা থক্তে, হৈনদে । নোংমা লাকে; চাক ওইনা চারগে । চৎলে ।

লমশাং থৌরকপহু লিম্হোইঙম্বী মুংদা কপ্পা কপ্পা থৌবনি । অমুক অনীরক লেপ্পগা মপি তৈথোকখি । কর্ম্বিগীনো । মা মুম্না খঙবা নত্তে । কাবা কুম্বা ঈনবা - ঙাঈন পাম্বাগী ঙানা খঙঙ্বা নত্তে । শিম্বা পাঙবতনি ।

লম্বেনদা লিম্হোইঙম্বীনা কদোমদা চৎলগা থেংনগদগে খল্লি । ঙারিয়ান লোমদা লৈসিরা খল্লুবনি । লৈকোন্দা ঙাইহাক ফম্মুরে । মুংশা কম্না লৈরিব মতাংনি । নীংবা কায়না হনবা ভাহুনা ময়ুমদা হল্লকই । অকোইবা লম্বেল্লোমদা লাকপনা মালেমথোয়গী য়োমদা থৌরকপনি । থোঙ্গানদা অত্তীগী লোয়শঙগী গাড়ী থাহ্নুনা লৈবা উই । থোঙ্গান্দা ঙাইহাক লেপ্পগা খঙ্গামনা চিংনবনা ঈরোয়নখিবনা হুন্দুনা চৎপ্রগে ত্তৌরকপগী অহুদা মালেম ইমুংলোমদগী চেম্হোরক্তনা কৌরকই লিম্হোই হন্নাওজে । চিংননা লেপ্তুনা লৈরিঙৈদা মালেম তহ্না-তহ্না চঙলক্তুনা হায়রে—

— কদায়' চৎকুরে, ঐদি গোবিন্দ মন্দিরকাসু চৌক্ররে । থৌরম লৈরমদে নাহোয়সু লৈরমদে । নহোয়গী ইনেয়াইনা ওম্মনা তাক্লবরা ঐনা তাবা ওম্নবরা হায়না হংগে ত্তৌরম্বনি । নঙ উবদগী চেম্হোরকপনি । লাকখো চঙলকখো ।

— অসুম থৌদোকউসি

— থৌদোকউসি । ঙাইহাক কম্মৃখিসি । ইম্নাগা পুপুগা পাম্বীগা ত্তিকেং-কী মীওই থরগা উন্নবা চৎপ্রি ।

— গাড়ীসিদি অস্তী লৈত্রো ?
— লৈতে। কনাগুম্ লৈতে ইথয়ন্তা য়ুম্ শঙলি। গাড়ীসিদি ঐনা পুক্নখনি।

মথন্তা লৈখনি খঙবদা ফাজিন্নুরবা কপমীংবদু নৌনা চোংথোক্লকই। ইকাইখনা অমুকম্ ফাধবা ভম্মী। চঙনীংদবনি। অদুবু চঙনীংনা চঙলকই। চঙমিন্নদুনা ফম্মিন্নবগী অদুদা ঙসাইদগী মানা হায়গে, পাঙথোকে হংগে ৱাকংকে থম্না পূন্নমক অদু লুমু মৈশাদা তাকলকপা লৈটীনঙম তাকলক্লে। তাকখিবা ঙমন্ত্রবা পিরাংতমক ঙায়হৌরে। মোমোনগী মুংদা ঈহৌম্নকপা পিন্নাং মরক্তা ভপ্পা হংলকপনি —
— মশেম চংপা তারবা ?
— মশেম থাজদ্রে। হয়েংমক নত্রগা হাগুামুক লৈরগা পাইবা অসিনি। অদুগীনি পুপুনা চংথ্রিবসে। তিকেতকী।
— অস। মুকফং ফংদ্রবদি ফনিদা !
— করি তিকেতংপো।

‘ঔ।’ হায়দনা থুম্মম্মগা মথুং অনীনা মমায় থুমদুনা তুমিন্না কপতুনা লৈখরে। ঙক্লুরবা মালেমনা ভপ্পা মথুং লৌথোকপিরগা শকফম হঙ্গিনবা মরক্তা থজিক নোক্লগা হায়রুই—
— কুইগদবমু নস্তে। মিং চন্নুরগা অমুক থোরকপা য়াই। হোস্তেল ফংখিরোই হায়রি।
— থাজদে মালেম নঙ হোস্তেল ফংগনি অদুম লৈখিনি। অমুক লাকদবা মান্দে।
— অস। ফংগনি হায়বদি নঙদি করম্না থঙঙিবা ?
— থাজে; ঐগী থাজবা অমা লৈজে।
— নঙমু মাইবী চঙঙেনে! শক্তামক্না লম্বোইবী লাইরেম্বী মাদ্রি। বিজেং অসি নঙোন্দা য়াম্না পকচে— পুঙোকনেক তেমথকী অমগা অকাইবগী কোনয়াই ভক্তবা য়ারবা ইমাক অমা; তৌরবা লাইবক্তা অচৌবা

চন্দোল, য়ুংখৎনা থাবী ছাপা; মরক অসিদা অঙাংবা সিন্দুর অমত্তং রাংলমত্রবদি অহৌগী ঈনখৎলক্লিবী বৈষ্ণবী অহু ওইরমগদবনি —।

শংক্রিক য়েংহনা তারম্বদগী মমীৎ তোয়না কুপ্পগা পুম্নমক কাউথোক্লুনা মোম্মোন মোম্মোন তৌরম্বদগী মখোল থোক্লা থরায় তানা নোকলকই। মিরবা খোম্থাং য়ৈনা মকা লাম্না নোকপা থেংনবসি মালেমগীদি মসিনা অহানবনি। নোংকাই মরক্তা হৌনদনা নোংথাং কুপ্পগুম্বী। খঙহৌবা নত্তে; থম্না-থম্বালগী মায়কৈ খঙদনা লাকপা মনমনা সুমহৎপদা নত্তনা লফু নেম্রা-গী উমং মাঙদা উরবা শামু অঙাওবগুম ময়াই কারকথি । নাক-য়েংকী লৌশিং খুৎথারগা চিংশিন্দুনা চেৎনা কোল্লুই । লৌশিং মাংত্রিবী লিস্থাইঙম্বীনি; চিংনজনা থোঙলোমদা য়েংলগা মখুৎ অনীনা ঙাকথোকচহনা খাঙজবনি। খাঙজরুবতনি মশাবু কনজবদি ঙমখিদে। য়াই থাব্রবী নোংশা অমোমগুম সরকসকী কুম্মৈ ঔরাইফমদা মপুগী তানয়ৈদা খঙনা নত্রগা মথা খঙদনা জগোই শাজখি। রাকৎচরুই শোল্লবী পাঙদবীগুম। অশাউ মৈরাদি য়াওখিদে। মমলুরবা মথমোয় হিয়াঙ্গৈগী থানিল থাজগুম ঈংনা চীক্লা লংখৎলকখি। শম্নাং লৈচিল মপৈ তপ্না হাইদোক্লুনা থরা হন্দোক্লগা লিস্থোইনা হায়বনি—

— সাহিত্যগী লোন্দা য়াম্না হৈরম্মে'রানি; কদায়দেনো ?

— পারিবনিনে পারিবা।

— লাইরিক্তগী ?

— লাইরিক্তগীসু মীশক্তগীসু হৌজিকসু পারিবহনি।

— পারিনি মমায়দি ইরেম হেক লেমশিন্নরদনা! লাকও থোক্লসি চৎসি অহাংবদা নঙোন্দা হায়গদবা য়াম্না লৈরি।

— করি ? কয়া রাম্বা ?

— রামপ্রজাৎনি। অস রাম রামপ্র-জাৎনি। তানবা শেম-শাজো।

— ঐগীসু য়াম্না লৈরি নঙহুম শেম শাজো।

— নঙগীদি করি লৈরিবা; হয়েং নত্রগা হাপ্তামুক লৈরগা চৎলনি 'সিখক্তনি তাক্লমগদবা।

— নত্তে, অহুদি তাকপ্রে লোইরে।

— করি য়াংলিবা; হায়হৌরো হোরেল মতম ফংজরোই।

— হৌজিক হায়বা য়াদ্রি; লমহাংদা হায়দৌরিবনি।

— লমহাংগুম্বা নত্ৰনে সিম্নু; হায়রো।

— য়াদ্রি হৌজিক হায়খিবা অতুমাইনা হায়দৌরিবনি।

— অস — ! ঐ তোকঅনি চৎচররোই।

— নঙ চৎতবস্নু য়ারোই ঐনা রা হায়দবস্নু য়ারোই নঙনা তাদবস্নু —।

থমোয় অনী অহাংবা লমহাংগী অশেংবা মুংশিৎ মরক্তা থোকখিদরে; চৎখিদরে থোকপা নংহৌদরে। দাক্তর মনিতোন পাইশিল্লকপগুম থৌজিল্লক্লে! তহা-তহা চঙলক্লগা হায়রে -

— বোইবোই, ফরে নথোয় লৈরম্বা। নমাদু কৌরুরো। ঐথোয় হয়েং অয়ুক পাইবা তারে। নমাদু মাগী লোয়শঙদা লৈহৌরবনি। নঙবু ঙাইহৌবনি। নঙ স্নুমদৌরো চৎগনু; দ্রাইভর খানদু কৌরগা গাড়ী লৌররো হায়রো। নমানা হৌজিকমক মানা থোকপা লাকও হায়খ্রো, লাকচরনি। লিপ্তোইওম্বী নঙদি কমদৌরি? হন্দক থাদৌরিবা নত্রা?

— মাম্নি পুপু। তা-বিশ্বদা কৈনো'মা তান্নবা লাকলম্বা।

— কৈ কৈ। কম্না পাউ।

— চৎগ্রগে। তা-বিশ্ব থিন্দোকপিত্রস্নু য়ারেদা।

— থিন্দোকপিরু থোঙ্গান কাওবা। শৎ চঙঙকও মালেম হৌজিক পুংখায়মুক্তী মমুংদা উম্নবা চৎতৌরিবনি। ঐ নমাদা কোন তৌগ্রগে।

'ঐ হোয়েল লাক্লে।'—হায়রবা কাওবা মংখিদরে। স্নুমাং মতোন য়োকাজিঙৈদা মনিতোননা কৌরকপদা থরক হুনগংখিবগা করিপা চেনশিল্লকই। হংবদা হৌজিকমক জেলদা মপা উম্নবা চৎপা তাবগী রা হায়রক্লে।

মুমীৎ থোকপা থোক্তবা থিদনা মচা হয়েং অয়ুক ঙন্তা চৎপা তারে, কুইনা লৈরক্কদবনি, মপা অমুক্তা খুরুমহনগে হায়না মাগা খঙনবা অচৌবশিংনা হায়নবদগী য়ারকপনি। হৌজিক থবক থানরকপগী অসিদা মতম পীরে। পঙশাং শাংবা মতম নত্তে। বৃন্দারানী ড্রাইভর মনাব খানগা ওতোরিক্সা-দা লাক্তুনা য়ৌরক্লবদা মনিতোননা হায়রুই—'ইবেম্মা, করি করি পুনীংই পীজনীংবা অয়াবা লৈ-লাকপ্রা হৌজিক ঐখোয় অহুম জেল চৎসি মপা খুরুমহল্লুসি।' তাবদা তহা-তহারম্বী বৃন্দা তপথরকই; শকফম হঞ্জিল্লকই, পায়রকপা তিকেত মচাদা পীরগা হায়রকই—

— বাবাচৌ, ঐ য়াওররোইদা।

— করিনো চৎলুসি মউন্নৌ। য়াইফনবগীনি।

— ঐ লৈহৌরগে। মপা অনী মচা অনীগী মরক্তা মমা ঐ অমখক্না করিবু কান্নরুগনো! ঐ মুমীৎ খোকপদা চৎলগে। অথু-অকায়সি ঐ পাখৎ-পনা হেল্লি।

বৃন্দারানী য়াওদ্রে। য়ুমদা মমু-মপুনা পুগদবা মানা খঙবা পোৎ মথং মথং পুথোক পুথোক্তুনা লোইশিন্দুনা লৈগৌরে। পোৎ লৌথোকপদা মপুরোইবা ইঙোবীনা পামজনা ফারম্বা নোংমৈ মচা হাপফম য়াওবা অপাকপা পেতীগা লেন্না পায়রগা লোইরোই লোইরোই হাইদুনা শান্ন-জরম্বা রুলগা থেংনরুই। অনী তপ্না লৌথদুনা ফমুংদা থম্মগা ভাইহাক য়েংদুনা লৈখি। মতম খরদি খকলুরবা কংদি কংদ্রিবা পিগী ঈরৈক অনী-মরীদং লৈমায়দা তাখি। গালীচা থাবা লৈমায় ওইবনা পিরাংগী মমি উবা ফংদে। কয়া য়াম্না ঈংনা শারিবা পিরাংনো হায়বদি চুপশিন্নবা লাক্ক-রিবা গালীচানা খঙলমগনি।

মমু-মপু লাক্তুনা জেলগী কা-২৪০গী মমাঙদা লেপ্লে। ফাদোক-২০৪ থবক রানা মুরুবগী পোথাদুনা লৈরম্মী। মালেমঙম্বনা য়োৎচৈদা মখুৎ-না পায়রগা কৌরুই—'বাবা..।' ইঙোবী হরাওনা থংবেং য়েংথোরক্লগা

যুক হৌগত্তুনা হোৎতোরকই। মপাগী মমায় উবদা মালেম ফজনা ঙকই। মকোই য়াম্না হেন্না শাংলম্মে, মতাই-মতাইরোমদা অঙৌবা মরী-মরী কাপ্লম্মে। ককশমত্রবা মশমগী চুবা-চুবাগী শরুক অয়াম্বা ভৌরম্মে। মশা নানবদা শমকক কোইকোক তোয়বদা হায়নরম্বা মপানি, মা খঙহৌই। কৈথেনদা শম ককপা চৎপা অয়াম্বা মতমদা মপানা মাবু পুখিবনি। মাগীসু অকক্লবা শমককপা অহল অত্তুদা হেক হেক মোলহনখিবনি। ফিজোল মীনা য়েংনবা য়ানা লূনা নান্না শিৎ শিৎ নাননা শেৎপগী মথক থোংবশিংনা থাগংনরম্বনি। ঙসিগী চাউরাংগী অকৌবা ফিজোলদা পেম্থোক্লা লৈররি। লাইবক্কী মইদা তাকিবা অমনীসু ভেনগৎলম্মগাল্লে। ময়াং খরগা অমুকসু কংবাদোনা তোরে। চহী খরগী মমাঙদা উখিবা মাগী বাবা অত্তুগা চাউনা থেন্নরম্বা থেংনবদা মালেম পিং লাউরকই। মপানা মচাগী মথুৎ নাম্মত্থ অনী চঙত্তুনা য়োংচৈগা পান্থনা চেংনা পায়শিল্লগা হরাওনা কৌরকই —

— বোইবোই, বোইবোই! নঙদি চাউরম্মে ফজরম্মেদা। অস য়াম্না রাংঙে, ঐঙোন্দগী খুত্থপ অমরোমত্থনা হেল্লম্মনি য়েংবা নুংঙাইরে। অস— ।

— বাবা ঐ হয়েং পুপুগা দিল্লী চৎপা তারে। বাবা খুরুমজগে লাকপনি।

ইঙোবীনা ঙক্লা শকফম হজিল্লকপগী অহদা নাকন্দা মপা-মচাগী কুম্মে ঙাইহাক পেন্না য়েংলিবা মনিতোননা রাবী পূয়মক য়াম্না শায়া ঘড়ী য়েং য়েংত্তুনা তম্মী। মচাগী মথুৎ অনী চেংনা চেংনা পায়শিন পায়শিন্না মুন্না য়েংত্তুনা তারি। হরাওজবনসু মহানি। সূক্লবা উমংদা ফাওজিল্লকপা নুমীৎকী মঙাল্লনা চুম্না, খোয়দনা কাপথরকপগুম শোংলবা ইঙোবীগী মচীনবান্দা পল্লেপ্তুবা মোমোন-মোমোন অমা ইপোন্নরি। চপ য়ুংনা ঙম্বা চীংশাদা চেম্বরকপা ঈশিং-চাইবী অনীগুম মপিদি লেপ্তে। লুরবা লুপা মহীগী ঈচেলগুম্মী। য়াক্লবা থুমহীগী মহাওনি হায়বদি খঙনা খঙনা খল্লরুদ্রি। তপ্না হিক্লবা খোনফম অমদা হংলকই—

ইঙোবী — নমাদি য়াওরোইদ্রা ?

মনিতোন — মাদি চৎলোই। কোম্না নখোয় অনী য়েংলুবা ওইনা চৎলো।

ইঙোবী— মাদি কনাগা লৈহৌগনি ?

মালেম — মী ময়াম লৈ । পুপুহোয় নেনেহোয় ইন্দোম চাহোয় লৈ । অতৈ ময়ামসু লৈরি ।

ইঙোবী— খঙই; মীগী মী মক্তনি । ফয়ে চৎলুয়ো । কম্না তম্মু পৈশাগী মুংশাগী করি অমত্তা খল্লুমু । ঐ লৈ। নমা নঙগী পুপু লৈরি। লৌ-ইংখোল কনাগী খো-খোম্না থাদোক্কনি । মুংঙাইনা মীং-তম্না লৈয়ু। চৎনীংবা মফমদা চৎলু; কোয়য়ু অহাংবা লমহা'দা পঙচৎতা চৎলু। পাম্মবদি আদা কার অমা লৈয়ু । নমাদা মোইরাংলোমগী লৌদু লোইনমক থাদোকখো হায়য়ু। হাউনা হাউনা চাউ । চাথোকউ। নশাদু অমুকসু হেন্না ফহল্লু। নঙনা লৈনীংবা পানীংবদো থিংঙোই। খল্লুমু। পৈশা খুদক্কা খুদক খুদক্কা থারক্কনি । চাউরবা য়ুম অমা লৌরগা লৈথোকউ। নমাদু কান্নদবা মফংতা লীকশিনবনি; ঐনা, বাবানা হায়রকই হেক্কা হায়য়ু। মাগী ঘৌথিদা চেকশিনবা অমা লৈবনি। নঙগী পুপুদা হেক্কা ইয়ু। অদুগনে বোই-বোই নমাদদি চিঠী তোয়না ইবিরকউহৈ । তোয়না থা খুদিংগী—হ ! থা থাপমল্লে, হাপ্তা খুদিংগী ওম্মগদি চুতিগী ইয়ু; ফোনদা অয়ুক অমুক তুম্মবদাইদা অমুক ব্রারী শাবিয়ু। তেক্সকী শেনগী খল্লুমু। নমা-নচা ভাংনৌ শানৌ কুইনা কুইনা উন্নৌ...অদগীনে— ।

অপিবা মতম লোইরে মতম তাকপা চঙলকপা মী অদু পাক হেক হায়বা ওমদবদগী ভাইহাক য়েংদুনা লৈরুবে। মানা খঙলকপদগী মপি তাবা থেংনখিদ্রবা মনিতোননা মমীৎ অনী খজিক নাল্লুরগা হায়রকপনি—

— বোইবোই নঙ' বাবা খুরমমম্মো নিয়ম কায়বা চুমদে মতম লোইরে ।

ইঙোবীনা 'ভাইখো লুকথখিমু । ঐ খুরুম্বা য়াবা অমা ওইদ্রি । মে

কোনগে।' হায়রম্মগা য়োৎচৈগী কারক কারক্তা মপাম্বোম তিংথোরক্কুমা চেৎনা কোনবি। মনাকোং ময়াদা তপ্না হায়রকই—

— অহুগা মালেমডম্বা, নডনা সুকাউমক কাউরোইদবা অমনা নডনা লৈবা মকম মফম পূম্নমক্তা নও নশাদা মৈতৈ অহুগা মনিপুর য়াওরিবনি হায়বসিনিকো। লৈবাক্কী কাঙলুপ অসিগী মিংচৎ পুরকদবনি। খঙঙে?

— বাবা।

— ফরে। হয়েং নমাগা পুপুগা খুরুম্বা কাউগনি। য়াইফবা ওইয়ু।

খরা হন্দোক্লগা মালেমনা মপাবু শাংনা খুরুম্মী। মপানা 'ইয়া—।' হায়রগা থোয়না মোমোন তৌহৌই। মসু-মপু থোকলকখি। খরা থোরক্লগা কাচিন অমরোমদা হাইজিল্লমদাইদা মপাবু ওম্বোক্নুনা য়েংলুই। ইঙোবী ফক্লাংদা লুকশিন্দুনা অরাবা শক্তম ওইহৌই।

হনমিল্লরকপদা অঙাংগী লৈকোল মপাদা 'পুপু ঐ মী অমনীদা উন্নরকখিগে।' হায়ত্নুনা গাড়ী খাম্মগা কুমথহৌরে। মপুনা গাড়ী পৃখি। থৌরমদাইদা মপুনা নোকফেং তৌরগা হায়রম্মী—'হে, কুইরকনু থবক য়াম্মা ল্লাংলিকো।' 'কুইরোইদা।' —মালেমনা ইকাইরপ খুম্মকপনি। অনীমক ইখঙ খঙনৈ।

মালেমনা চঙলক্কপদা লিম্হোই মখোয়গী ওইনা লৈরবা ফমফমদা ফমত্নুনা লৈরম্মী। মখুৎতা করিনো অমা পায়রম্মী। মালেমনা নক্লা চঙশিন্দুনা ননবদোনা ফমজিল্লুই। মমথরবা, মৈতনা পুমঙান ঙাল্লবা মতমনি। মালেমনা হরাওবা শাত্নুনা অচম্বা রাইহ মথং মথং পন্দুনা ঙাংলুই। ঙাংগনখ্রবী, মচীনদা কবোক পোকপতনা মশিন ওইনা লৈরবী লিম্হোই রা ঙাংখিদরে; হাইখিদরে হুমখিদরে। তুমিল্লা অনকপদা থংনল্লা লৈরিবা মতম ফনা পোমলক্লিবা লৈয়াম্না ওম্লবা ককতুনা শেম্মবা কুজাপ-মোংশোংগুম লেঙদ্রবা অশাবগুম লৈথরে। থরায় পানবা লেপখিবগুম তৌক্লরে। থরায়দি লৈরক্লিমাক্লে মালেমনা খজিক চিংলুবদা পুল্লথা ঙাম্মথরকই।

হিংলি হায়বসি মুংথিল চুপ্পা কপলুবগী মমৈ পুঙলবা হীকহীক্লবনা তাক্লি। মালেমগী থবাক্তা লুকশিল্লিবা মচীন্দগী তপা, য়াম্না তপনা তাগ্রনি মতাগুম্বা খোঙ্হোক অমদা শোল্লকপনি।

— মালেম, ঐদি হিংগদবা মাল্লক্রেবো...।

— আই! নঙদি য়াম্না খৎলিনা! থা থরখক্তীবু!

— মীৎকুপ অমমমনা চহী কয়া কয়া ওইরিবসিদি। ঐ—ঐ; ঐ থাজদ্রে! ক্কনা কুইনা চেক-মোক লাউনদে। মালেমনা মপি হুন্না হুন্না তৈথোকপিরগা হায়রকই—

— লিম্হোই, ঐস্নু চপ মান্ননা য়ারিবনি। অতুবু য়াদবননি। নঙগী ঐগী কাঙলুপকী লৈবাক অসিগী চাউরবা থৌদাং পাঙননবা শেম-শাবা চৎপনি। চৎলুদবা য়াদবনি। নঙনা স্কুলদা পরীখা থাবা চৎপগুম্বনি। পরীখা থাদোকও; য়াংনা ঙম্মো। থা খরা লৈরগা থোকলক্কনি। মতুদা নঙসু চঙমিন্নরসি। ইকুবোক খোয়দা ঙাংনরম্মো। ইবানী আদা লৈমিন্ননবা ঐনা শীল্লনি। আদা মুতিগী উন্নরনি।

ইমান মাল্লুদনা 'ইকুবোক' হায়রকপদা খজিক নোকনীংহুনা নোক-লুরবনি। কুইবা য়াদে। পিরাং ঈচেল খকপা লৈতে। ইঙেল থায়াইগী নোংজুনি। মীৎকুপ অনীদং খজিক পারুবা য়াওবদনি। লেপ্তুবা নোংহো-নি। ঙাইহাক লৈরুবগা মালেমনা হংলকই—

— করিনো নঙনা পায়রিবসিনা?

— শৈরেং ঙাক্তা খোৎচিনবদো?

— উঁ। নঙোন্দা ইবনি; পুখরো।

— মখা ইথররোইদোরো?

— ছিংবা ঙম্মগদি ইরকখিবা য়াই।

— করিগী হিংঙোইদৌরিবনোনে লিম্হোই। ঐবু শিন্নবরো নঙবু লুপ্পা

ওইদৌরো। ঐ রা হায়গে সে; নাক্তা লৈবা ঙাক্তনা ফংবা নত্তে। ঙাইবসি ফংবা অমনি। লেম্না ঙাইদনা ফংবা ফলদি সনাম্সু লৈখোমনি। করিনো নঙনা অমগা পায়রিসিনা ?

— খুজী। ঐগী খুজী পোপচাউবী। লুহোংবগী ইমানা শাবিরম্বনি। নাসসি নঙ পুখো। নঙনা হেক শিজিনবিরগা অনীমক খুদাংদা লৈদৌরিবনি। ঐ নাম্মতা শিরম্মোই। নঙগীনি।

হায়রম্মগা মালেমগী মখুৎ অনী লাইবক্তা থম্মগা কপখরে। ফনা কুইনা হীক্লা হীক্লা কপতুনা লৈ। থেমফম খঙদ্রবা মালেমনা মকোক্তা মমায়না নাল-নাল্লহুনা হায়রকপনি—

— লিম্মোই, মতম খরা খাঙলম্মু। ঐসু খাঙঙ্গদৌরিবনি। ঐ অমনা নঙ অমনা নংগী ঐগী লম্বেনদা অপনবা ওইনবা হৌনদে। মী অমা ওইনা হিংবা তাবনি। ওইনবনি ঐখোয়নীনা ইহৈ তম্মিবা। খাঙনবা তাবনি। হোৎনবা তাবনি।

— খাঙবগী থৌনা লৈরক্রবদি শিরম্মোরা ?

— ঐ অমথক্কীদমক শিবদি নশাগী ওইজবতা তানবগী মতা লৈ। 'ঐ' 'নঙ' ময়াম লৈরি। খাঙঙ্। ঙম্মিবমখৈ খাঙঙ্। শিদবমখৈ খাঙঙ্ খাঙবদা শিদবসিম্মু চাউনা মায় পাকপনি। চেনবা নত্তে মায়োক্রবনি। মুক্তুনা মায়োক য়ারগা খাঙগদবনি। খাঙবা ঙমদ ঙম্মক্রবদি—

— ঙম্মক্রবদি কৈদৌবা – ?

— শৈরেং পঙইদা ইয়ু; নত্রগনা ঈশ্বর অমদা চঙজৌ, মন্দির চৎলু নত্রগম্মু লাইনীং-লৌশিংগী লূপ খরা লমদমসিদা লৈরিদনা, অমদা চঙলগা য়াওশিল্লু। অমদা হেক্তা য়াই। মখোয়গী রাথল্লোন মপুঙদা চপ মান্নবনি। মীওইবগী থরায় মচা-মচা অসিগা লাই হায়গেরা হায়রোইরা নঙনা কৌনীংবা অমা হেক্তা কৌবা য়াবা খ্বায়দগী হেন্না চাউবা চাউথোইবা মঙল,-শক্তি অহুগা অনীগী মরক্তা লৈবা মরী অমা থিহুনা খঙনবা লাক্লবা ঙাক্কনি।

-- লাই নীংঙ্ হায়বনি।

— মাম্মি, অশম্বদা অহনি।

— মতুদস্ মায়থীরবদি ?

— মহু কাওবদা ওম্মক্তবা তাববদি শিদোকও। শিদোকপগী মওংদবু নথস্ত-গী কান্নবা নওংদা নত্তনা ময়ামগী অপূনবগী পুম্নমক্কী কান্নবা মওংদা

— কৈদাবু— ?

— কৈদাবু লালহৌবা য়াওবা। লাল্গহৌ লুপ থরা লৈদনা, মসিগী মমুংদা অমদা য়াওশিনবা অহুগা শিদোকপা।

— মতুদা হিংলক্লবদি ?

— মতুদা হিংলকপতুনি ময়াম্না তাম্নরিবসে। শিনবা নত্তে হিংনবা পুম্নপ হিংমিন্ননবা হৌবিবা ঈহৌনিনে। ঐখোয়না নহানরাই মৈতৈগা পাঙ-নগা য়ান্নথিবা মতাংদা তৌথিবা সেবাগী থৌরাং ময়ামদো ঈহৌ অমনি। মরক্তা ঐখোয় শিরম্বা য়াবা নত্রা। লান মরক্তা থাও,মুও চৈতুপ মুও-তুম চেক্রুম নোংমৈ মবক্তা চণ্ডথিবা নত্রা। কাঙলুপ অমগী হেন্দোরকপা থুৎলাই অরনা হেক্তা লানবা য়ারিবনি লানথিদনা ঐখোয় হিংলে। ময়াম পুন্না হিংমিন্নরি। ফল হায়ববু অসিনি। হ' ঐবু ঙাইরম্মনি। নঙম্নু, থেঙমম্লে। লাকও।

---

## তরেৎসুবা

দাক্তর মনিতোননা মমাংঙৈদা হান্নবা কুইনা লৈরম্লবা মফমনি। খোঙচং মন্নুংদা মফম মওং মীওই অপূনবগী লীচং তাকই। চংকদবা মফম তোয়না চঙগদবা মফম, স্তকচৎ চংলোইদবা মফম, মফম সুনা তাকই। মমুদ তানা সুগাইনা পোখা-পোখা তাক্লিবসি মী কাঙলুপকী লীচংনি। অচৌবা শহরনি, কোন্নুং-লৈবাকনি; মীওই জাৎ সুনা লৈবনি; মপান লমগী মীওই কয়া অমম্ম লৈবনি; পূম্নমক মানা মানা থোকপা লৈনবনি থবক-মথৌ তৌনবনি; অমগা অমগা য়েংনদে; য়েংনরবস্ম উরুবা শংনদে, পূম্নমক মতমদা নেত্তুনা চংনবনি হায়না তাকই! পঞ্জাবকী মী ফাগী য়াম্না পাম্ব-নি, হাউনা হাউনা য়াম্না চাগনবনি মরীল য়াম্না লৈবনি—তাকই। বঙ্গাল-গী মী অথুম্বা, ঙা য়াম্না পাম্বনি রা য়াম্না ঙাংগনবনি য়াম্না শিংবনি—খঙ-হল্লি। গুজরাতকী মীওই শিংবনি লীকলপ তাবনি-হায়। রাজস্থানগী মীওই লম চংকল্লি, লল্লোনবা হৈ সিপাই থনগল্লি মশা শোনগল্লি তন্মী। আয়'গী মীওই কাঙলুপ মশক ফজগল্লি চেকশিল্লু হায়না চেকশিন-রা হায়। মপুনা লক্করপ নোকফেং তৌনা হায়বগী অর্থ মালেমঙম্বা খঙই। ঙাইহাক অত্তুদা লিম্বোইবু নীংশিংলকই; থল্লুই—ঐগী লিম্বোইস্ম আয়'গী শকফম চঙই। মপুনা মথা তারকপদা মথারোমগী মীশিং কুচুদি কয়া পানগনদৈ মচীনবান চাউরপ তৌগল্লি, থমোয়দি অয়াম্বনা চাউবনি পূক-চেল শেংগল্লি হায়। লম্বেল অমা মফম অমা মীওই অমা হংলুবদা মখোয়না খঙবা ওইরবা অত্তুগা মীনৌনি হায়না খঙলবদি তাকপদগী হেন্দোক্কুনা য়াম্নমক লুবা থবক-থনাগী চংপা নত্রগদি মশা চংমিম্নত্তুনা থিনবনি, মতৌ

তমনীংঙাইনি হায়না থাগংলি। অণীনবা মহাও য়াম্না পামজবনি-তাকই। মরক থৎনা মালেমণ্ডম্বনা হ্‌লুই —

— ঐখোয় নোংপোকলমলোমগীনা কমদৌবা পুপু?

— নোংপোক-অরাং ঐখোয়দি মোঙ্গোলোইদকী ওইবা মান্নবা ঈ চেনবনি। রা ঙাংগন্দে, মী পীক্লপ, নাতোন নম্লপ, মীৎ খুরপ খুরুপ; মরীল য়াম্না লৈ ঙাংনবা লাউনবা হৈনদে থাবনা হাল্লি; হাৎপা শিবা মস্তিক্‌-বা হীরম ওইদে, মোরোক অশাবা চাগল্লি; শেল অচোইবা থৌওই-গন্দে; ফিজোলদা পুক্লিং চঙই, খুদোম্বীদা মমীৎ পাল্লি অতুগা পুন্না থবক তৌমিন্নবদি য়াদে; মতমগী মমল নাচুংনদবনি; লুচিংবা থওইনদে মতা চাত্রবদি লুচিংবগী মরা লৌনদে অমমম খুদিংমক পাউনা থাঙ্গাল অমমমনি. অমনা লীংখৎলকপা ফরকপদা থাগংপা হৈনদবনি। অতু-গানে ঐখোয়রোমগী মীওইসে নাৎকী লমদদি তোপতোপ তাবনি। আর্য কাঙলুপ্পা লাপ্পপ খনবা উবা ওইনা তৌবনি। শাউদনবা চমথোক্ক-বা লাকনৌ। করিগুম্বা মতাংদা খোয়দৌ লংখৎপা য়াওরকপনি, নশাবু ফাধৌ। খাঙবা হায়বসি লাইপোক ওইবগী মঙল অমনি খাঙবা তম্ম্। লম মচাগী মী চাউদবসি তোয়না উদবদগী মুন্না মুন্না য়েংনবনি।

তাবদ কদোমদগীনো খঙহৌদনা মালেমঙম্বদা থক পানবদৌনা তৌই; পীং লাউই : খল্লকই—উশিত্তবদি য়ারোই! পাঙ্গনদা থৌনাদা মচিংদা কোক্কা তৌবা থবক্কী লমদ মখোয় পুম্নমক্কনি ঐনা হেনদৌরিবনি মালেম অসি ঙমদৌরিবনি। ঐনা লৈজবী থাতুনা হোৎনবদা মখোয়না হেনবদি লায়রি ঐবু তানবা ফাওবা ফংহল্লোই। খোঙনা তেক্নীনা বসতা মথং মথং খরা চৎলুরবা মতুংগী লোংনা শাংদোক্লনা পোত্থাবা মতাংদা নাই-তোমগী মুংদা উরকই—কন্না অয়ুক মুংথিল মুমিদাং পাবা হোৎনবা; চাং-য়েং পুম্নমক্কা মকোক্তা লাকপা; ইরোই লোইবা অচৌবা অপাকপা মুরুবা চাংয়েং অমদা খ্বায়গী মকোক্তা ফাওবা; লৈবাকী পাউচে পুম্নমক্কা মাগী

শক্তমগা লোয়ননা য়াওবা; থোকখিবদা মনিপুর অপূম্বনা হয়াওনা তরয়া কল্লক্না ওকলম্বা। জেলগী ষ্যোৎচৈগী থোঙ মমুংদগী মপানা হায়রকপা তারকই 'অহুগা মালেমওম্বা 'নডনা মুককাউ কাউরোইদবা অমনা নঙনা লৈবা মফম পুম্নমক্তা নঙ নশাদা মতৈ অহুগা মনিপুর য়াওরিবনি। হায়-বসিনি লৈবাক্কী কাঙলুপ অসিগী মিংচৎ পুবক্কদবনি। খঙেঙ ?' হিপ্রস্বদ-গী ফুক হৌগত্নুনা মমাগা মপাগদা চিঠি ইবা হৌই। মাগী পুপুনা হংচিৎ-মশেম থোকখিবদা পীখিনবনি।

মথংগী নুমীৎতা মমুবু হোস্তেলদা থিনজিল্লকই। কন্না খঙন-চান্নবা কয়াগী মতেংদগী য়াম্না য়ানা ফংবনি। কুইনা ফমহুনা বারী শারবা মতুংদা হয়েং অসি চৎলনদাইদা অমুক চঙলক্লমগে হায়রগা লাকখি। হোস্তেলগী থোঙান্দা লেপ্পুনা লৈহৌবহু মনিতোননা তেক্সীদগী উরকই। মমুবু অমুক কৌশিন্দুনা শেল খরা অমগা অমুক্না পুথোত্তুনা পাবহল্লগা হায়রকই—

— বোইবোই, কন্না হোংনরো নঙগী অফং অফংবা তকথহুনা পাবহু খরা লেপখো ঐনা হায়বা খবরহুগা চেফোঙ খরহুগা পারগা অহুম য়াখিনি। অহুগনে য়েংঙোই, নঙনে, নঙনা তৌবা ওমগদবদগী হেন্দোক্না তৌদনবা লাক্কৌ; খঙঙবা ? মী অমনা লোইনমক খঙগনি তৌগনি হায়না খল্লুম্নু। হয়েং পাইরমদাইদা চঙঙম্বা য়াব্রা য়েংগে ফরে চঙহৌরো। নমান্নবগা নীংথিনা লৈমিন্নৌ।

মথংগী নুমীৎতা তোষ্টেলগী সিরিদা ফম্মগা মপুবু ঙাইবনি। উন্নদবা য়াদবা মরমদি লৈতে। অহুবু উনীংবনি উন্ননীংবনি। পীশক হেক পীক্লিঙেদ-গী মনিতোন মালেমগী মমান্নবা ওইরকই; মপানি. মমানি য়োকচবীনি ওজানি অহুগা য়েক্লবমু ওইরকই। নুমীৎতু মপু লাকখিদরে। এরোপ্লেন মতম য়াম্না হেল্লবা ফাওবদা ঙাইবনি। লাক্রে। সিরিংগী মতাইদা কম্বনথে ফমুম্মগা কাদা চঙলকথি। কা মমুংদা থোঙ ঙাশিন-ঙাশিননা মমীৎ খজিক তৈথোকচরুই; অমুক্কং শাংলপ খৌদেম্মুরগা ঈরুজথোক্লবা তৌথি।

হোষ্টেলদা লৈরকপা মণ্ডানী সুরকপগী অহীংদনি কুন্মৈ অমা থোক-লিবা। থেঙলবা মতমদা লিস্থোইদা থাখিনবা চে অমা কন্না ইরিঙৈদা থোঙ থিল্লকই। হাংদোক্লুই। হান্নদগী লৈরক্লবা মহৈরোয় তরামুক লেপ্লম্মা থেংনৈ। পূন্নমক কা মন্নুংদা লোইনা চঙলকই। পরেং শানা লেপ্লগা মখোয়গী মন্নুং-দগী রাং-চাউবা মকোই মরাং নীংথিনা শেম-শানা থাকপা অমনা হায়রকই--ইংলিশ হিন্দী ইয়ান য়ান্নরা হায়রকনি—

— ঐগী মিং থাকুর মোহন; থাকুরদা হায়রগন্নু য়াই। হোষ্টেল অসিদা থাকুর ঐনি। অরিবা কুইনা লৈরক্লবা মহৈরোয়নি। হোষ্টেল অসিগী-তন্নু নত্তনা মায়কৈ অসোমবু ঙাক শেল্লিবা লুচিংবনি। ঐখোয় শক-খঙনবা লাক্লি।

— নমষ্টে থাকুর—।

— থাকুরজী হায়গদবা থাকুর নত্তে, অচৌবা অশাংবা 'জী' অমা তপশিন-বা তাবা খঙঙনিকো?

— খঙঙনি।

— নো! খঙজরনি সর হায়গদবা। নত্রা নখোয় ময়াম তাকউ।

'মান্নি মান্নি'—হায়না লেপ্লিবা ময়ামনা খুন্মী। তাবদা মালেম পীং লাউবনি। তপা ফাধবনি। ফাধ্বরগা খুমগে তৌরিঙৈদা লাউরকই, থাকুর মোহননা—'খঙঙবো?' পাখৎকে তৌনা খুম্মুই—'খঙজরে সর!'

— ফরে অতুদি নখোঙ নামা থাঙ্গৎলগা নখুৎ অনীনা ননা পায়রগা নমীৎ অনীমক উইশিল্লগা ঈশৈ ওইনা শকুনা নমিং-লৈফম ক্লাস হীরম রোল নং মথং মথং তাকউ।

মালেম লককতি তৌই। হায়রিবা পূন্নমক তৌত্তুনা তাকই। ময়াম য়া-য়া নোকই। মাস্নু নোকলুই। 'নোকনু! নঙ নোকপা য়াদে!'—মোহন্না লাউরকপনি। মালেম মচীন থোক উমশিল্লি। ময়াম য়া নোকই। মোহন্না হায়রকই—'পরেং শানা লেপ্লিবা ঐখোয় মী কয়ানো?'

— তরাহুমদোইনি সর ।
— করেক্ত । নমীৎ উইশিল্লগা লেপ্পা লেপ্পা নরু লুকথতুনা লৈয়ু ।
— লৈজরে সর ।
-- গুদ ! ঐখোয়গী মিংশিং মথং মথং হায়গে ঐনা হেক লোইরগা নকোক থোক হাইগৎলগা মী মশক পরেং ওইনা তাক্কদবনি ঙমদ্রগা খরা শাথৌবা অমা হায়গনি । রেদী—মোহন, সোহন, রোহন, হোহন, জোহন...
— সোমগী মোহন, অসিগী সোহন, মাগী রোহন ..ঐগীনা হোহন । ‘হ’না অরোইবা ময়েক্কি ।
— মোহন থাকুর ঙক্রপ তৌই । থাম্মু থাগৎলি । হায়রকই—
— ফরে অতুদি ঐখোয় ময়ামসি চা পীথক্লিঙৈদা, সে ফ্লাস্ক অসি উব্রা ?
— উজরে সর ।
- মসি পুরগা গেত ময়াদা ফম্মিবা চা য়োনবসিদগী চা লৌরুগদবা ।
— ফনি সর ।
— ঙাইখো ! অতুমাইনা নত্তে; নফি অমত্তা য়াওবা য়াদে । নফি লোইনমক লৌথোকপা তাবা, অতুগা চৎপা তাবা, লেম্না নঙনা ঙরাং নপারা কৈনো অহল কোকতাংবা অমগা কোলেজগী লোয়শঙদগী থোকখিবা অতুমাইনা । তারিকো নঙ ?

মালেমঙম্বা তারি । খুমদি খুমদে । মোহননা তপ্পা মোমোন তৌরগা থেম্বগী মওংদা হায়রকই -‘সে নফি লৌথোকও ।’ মালেম খুমদে চপ লেপ্পুনা অতুম লৈ । মোহননা খংলাট্রি লাউরকপনি—‘লৌথোক-ও !’ মালেমঙম্বা তুমিন্না লেপ্পুনা কন্না খাঙহনা লৈ । ‘লৌ-থোক-অ-ব্রো !’ —মোহন্না খাকথরকপনি । মালেম মুংদা নীকপা হৌরকই । মোহননা ‘মীনা লৌথোক ও, হায়রগা’—হায়দনা ঙংলগা হোৎশিন্দুনা মালেমঙম্বগী খোঙ্গ্রাও তাপ পায়রকপগী অতুদা মালেমঙম্বনা মখুৎ থাক য়ৈথরগা য়েৎকী খুৎনমনা মোহনগী মচুবাদা শেৎ ! মোহনতু কাচিনদা পুক্রপ ! ময়ামতু শৎ হুপচিল্লকপগী অতুদা মমাঙ থংবা মখোয় মঙাদা চোংশিন্দুনা নক্লা মচুবা মচুবাদা

কাওরম্নগা থোঙ ময়াদা চপ লেপ্পগা শীংনত্তুনা হায়রুই—বদমাশ ! নখোয় অমত্তা থোকখিবা য়ারোই। মখোয়বু থোকহনগে থাদোকউ হায়রগদি য়ু! রিং লীদর নঙগা সুমাঙ অসিদা য়েংনবা তারে। য়াব্রা ?' মোহননা 'য়াই!' হায়দনা চোংশিল্লকপগী অতুদা থোঙ খংহাং হাংদোকই। মোহন মাঙ্গোন্দা মকোক্লা হৈবত্তুনা তাই। মালেমনা ফন চোংশিনত্তুনা ওকথী চপ্পগা সুমাংলোমদা লংখি। মোহন অমুকস্তু পত্রাক! হোৎচিন্দুনা ফুরিৎকী থবাক্তা সুপ্পায় পায়ত্তুনা ওয়না চিংখৎলগা য়েংকী খুৎনম অত্তুনা হাম্নগী চৈফু অত্তুদগী হেন্না কন্না চুবা য়োৎলোম মায়রোমদা হুন্না হুন্না থাবনি। পত্রাক থাদগ্রবা মতুংদা ময়ামদা থোক ওনশিল্লকই—হায়রুই;—'নখোয় পুল্লপ চঙঙক্কেরা অমমমতা য়েংগেরা নোং ঙাস্ত্রিতৈদা— !' হান্নবা চঙনগ্রবদগী লৈহৌবা মখোয় তরুক্তু কিরপ-কিরপ তৌনা লেংলি লেংলি লেপ্তুনা লৈ। মালেমঙম্বনা লাউরুই—'করি হায়বনো ? শাগংলিতৈসিদা লোইথোকঅম্মগে থাকুর মকুপশা !' মখোয় তরুকতু শাউই। চঙশিনবদি তৌদ্রে। ঙমথং অমনা হায়রকই -

— ঐখোয় নঙবু কিবদি নত্তে মালেমনম্বা ! ফজদবগী রানি।

— মালেম-ঙম্বা। শেংনা হায়য়ু মিংদা খোম্হোক চুমদবসি লৌরাইনি।

— মালেমনম্বা— ।

— তমখো য়ায়রুনি। অরোইবদা সর তম্মু।

— ঙম্বা সর।

— গুদ। চৎলো য়ারে। হক্লং নখোয় লোইনা সাথী ওইগদবনি নত্রগদি-!

— ময়ামদি খঙদে ঐদি ওইগনি

— ওইজগনি সর ?

—... সর

— গুদ। নমিং অশেংবা করি ?

— নাগমনি অয়ম্ব।

— মত্থারোমগী ?

— সর।

— ঐ খজিক ক্লিংঙ্গ্রে মরূপ অয়য়র। মরূপশিং নখোয়সু। নখোয়গী থাকুর মোহননা হেনজিল্লকখ্রে। রেগিংদি সুপয়া য়াদ্রবনি; থিংদ্রবনি। অদুবু শকথঙ-মায়খঙনবদা ফাগী-জগায় খরা য়াওবদি হেন্না চান্নবনি। করি ফরে সে! ঐবুসু শাহীং ঙাহীং চাবা মীহাৎপা ওইনা উনরনি।

'নো মালেম-ঙম্বা সর, অদুগীদি ঐখোয়সু খঙই।'—অয়য়রনা হায়রকপনি। মালেমনা চঙশিন্দুনা মথুৎ তিংখোক্লগা হায়রুই—'নো অয়য়র, 'সর' 'জী' হাপ্পরোই। মালেম, অয়য়র মোহন. বস লোইরে।'

ময়াম মাগী মাগী কাদা চঙনখি। মালেমগা অয়য়রগনা মোহনবু মালেমগী অনকপা কাদা শমহুনা পুশিল্লগা ঈশিং অশাবা তনলুম লুমহনা হিগা য়েবিখি। থাকুর মোহন শাথীনা ইকাইখি। মথরায় কন্না চাকখি। নীংঙমদবগী মৈরী অমসু য়ুংনা চাকখৎলকখি। তাং তাঞ্জানা শারঙ মসুংগী নোংশা ওইনা লৈখি।

থাকুর মোহন চম্বল তম্পাককী মতাইদা লৈবা খুঙ্গং মচা অমদগী লাকপনি। লিরবা মহৈরোয়নি। দিগ্রীগী অরোইবা পরীখা থারক্লিবসি কুম মরী সুরে। হোষ্টেল অসিদা চহী মঙা লৈরম্মী হৌজিক লৈহন্দবা কুইরে। অনকপদা কা অচৌবা অনী লৌরবনি। হোঙনা ফংবা মী অনী থল্লম্মী অমা শিংগ্রে অমত্তা ঙাইরে। মাগী কাদা থোইনা লৈতে অমগীদা খরা লৈ অমগী কাদা খরা লেক তৌহনা চখরকপা কুইরে। মানা লৈরিঙৈদা হোষ্টেল অসি মানা পাল্লম্মী। মশানে-মউনে লৈখৎনা খাকপা মকোইনে ময়াম্না হঙ্গোইনবনি। ৱার্ডননচিংবসু মাগা মান্নরুবা তনবদগী চহী অনী-অহুম মঙাই হায়দনা খাঙলম্বনা নিয়ম কায়না লৈথরকপা অমদি মশক খঙদবা মী কাঙলুপ অমগা লাক্নুনা তত্তনা লাঙলবদগী থৌশিল পায়বশিংনা নমহুনা লৈহনখিদবনি। অদুবু লৈবদৌনা অদুম তৌররি। অনৌবা মহৈরোয় খরদি মাগী মতুং ইন্দুনা লৈ। মানা নমহুনা ইলহনবসু য়াওই। শেল-থুম জোমজোম শীজিন্নে। অনংবা মহৈরোয়শিংগী মতেংসু পাওই অতৈদগী নমহুনা মানা লৌবসু য়াওই। লাঙবা পামজে থৌদোক

ব্রাথোক থোকহন্দুনা ময়ামগী পুক্লিং চিংশিনবদা য়াম্নমক মুংঙাইজবনি। মপা পোকপা মপুগী মপাদু চম্বল তম্পাক্তা অফাওবা য়াম্না শাথীবা দাকু ওইরম্মী। হৌজিকসু মখোয়গী মরী মতা খরা দাকু ওইরি হায়না তায়। অমদি হৌজিক কন্না কিনরিবা লৈবাক লান্না তমথীরিবা থাকুর শঙ্কর সিংহনি হায়নরি। মা নশানসু মরক মরক্তা শঙ্কর দাকু অসি ময়াম্বশিং মতোনশিংদৌনা পনবা য়াওই। মসিনসু ময়াম্না মাবু মান্ননীংদবগী মরম অমনি। থাকুর মোহন সিংহ মালেমগুম্বগী অহানবা মরূপ ওইথি। শিংলী খরা চপ চানা তিন্নরুবনা ওইবা তাই। পাউ তাবদা মনিত্তোননা খনখিবনি। য়েক্লরুবদা শাথীবগুম মরূপ ওইবদসু তমথীনা শেংলবা মরূপ ওইরকই। মালেমবু মাগী অমত্তা ঙায়রবা মরূপ ওইনা লৌরকই। মালেমবু শোকউবা য়ারক্তে মাগী মায়োক্তা ব্রাহৈ অনীরক সুনা তাবা ঙম্মক্তে; খুংলাইনা শোকলুরবা কৈজাউগুম শাথীরকই। মালেমবু মাগী নৌনা ফংঙবা গুরু ওইনা লৌরকই। মা মশাদি খঙজদবগুম তৌই। মশাদি খঙজবা নত্তবদা থাকুর মোহন মালেমগী ভক্তদৌনা তৌরকথি। মরম লৈ। চপ চাবা মরম খরা লৈ।

ইহান হান্না উম্নখিবা অহীংগী থোদোক অত্তুদা নালেমনা থাকুর মোহনবু মাগী কাদা লৈহন্দুনা লায়কন-লায়েংবিখি। ময়াম হৌরকপদা মানা চোংথোক্তুনা কনখি। ওজাশিং মহৈরোয়শিংনা জেলদা পীথোকখিনবা খন্নবদা মালেমনা হন্দক্কী অসিদংদি অরোইবা ওইনা ঙাকপিদুনা য়েংবিনবা কন্না হোৎনখি। মায় পাকখি। মাগী কাদা মুতিগী কোলেজদগী হল্লকপদা চঙদুনা ব্রারী রাতাই তৌদুনা লাইব্রিক লাইসু তম্বরোমদা মায় ওনশিন্নবা হোৎনবনি। অহানবদা য়েক্লবা অঙাংনি খনখিবনা শীংদুনা মুংশিরমদবদগী খর খরা অস্নম ওল্লকপনা লাইব্রিক লাইসু পামিন্নবা, মরক্তা পাবগী পথাপ তাকপা, পরীখাগী ব্রাহং-পাউখুমগী পোইরৈ তাকপা খঙহনবা মতম কুইনা নীংশিংদুনা থমহৌবা য়ানবা হীরম লোয়নবগী পাম্বৈ কয়া মথং মথং তাকলকপা, হংলু হংলুবা তান্নরুবা হীরম থুদিংদা ময়ামগী

ওইবা থাক অমদা ইশোক শোক্লা খঙলম্বা অমদি তান্নবা ওইনা তাল্লকপা পুম্নমক অসিনা থাকুর মোহনবু মালেমলোমদা তপ্না তপনা লৈশিলহল্লক-পনি। ওল্লকপা চহীদা কুইনা য়াক্তুনা লৈরল্লবা দিগ্রিগী অরোইবা পরীখাচুদা ইথা থাজদনা ফোঙ ফাওরকপচুদগীদি মোহননা মালেমবু অনৌ-বা মঙাল পীবিবা অশেংবা গুরু ওইনা লৌবা হৌখ্রিবা।

পরীখা হায়দোকপা মুমীৎকী অহীংদা মোহন চেল্লকখি। মতাং-চুদা মালেম লৈঙাকলোন হীরমগী অরিবা য়াখল্লোন অমগী য়াহং পাউখুম শেমখ্রি। পাখৎনা মোহননা কৌ কৌদুনা থোঙ থীল্লকপচুদা মালেমনা অমুক হৌরমাল্লে মীঙোন্দা হৌক্লবগী কাঙবু অমনা থাঙ-তেন পায়দুনা তাল্লকলম্মনি খন্দুনা হাংদোকলুবনি। হেক হাংদোকপদা মোহননা উনানা শাবা দোনা অমদা অথুম-অহাও খরগা হোষ্টেলগী লৈকোন্দা শাৎপা মচু-মচুগী লৈ খরগা ফন চোংশিল্লক্লুনা মালেমগী মখোঙদা থম্মগা শাংদ্রোং শাংনা হেক্তো খুরুম্লরে। মালেমদি পাখৎপা অশেংবগী ওইনা মুংশা থীক্লরে। মখোঙ কোল্লিবা মোহনবু চিংখৎলগা মাগী মখুৎ অনীহু লাইবক হুম্না হুম্না কৎলগা হায়রুই—

— কৈনো তৌহেদেনে থাকুর! থাকুর! নঙবু চাম্লনা ঙাওরবরো!
— ঙাওবা নত্তে মালেম, ঐগী অনৌবা মপোক লাক্লে। তো ঐ পাস তৌরে। ঐ বি.এ. ওম্মে; বি. এ. ওইরে: থাকুর মোহন বি.এ.। ইখুলগী অহুমস্লুবা বি.এ; তো-তো ঐগী রোল য়াওরিসি উরবা তো ৯৮৬০৪; তো-তো— !

থাকুর মোহন হারাওজবনা লোইখরে। চোংখরে ফনখরে অহৈবা অনীকপা জগোই শাখরে। অহীং অতুদা ভাজরাগা খম্বা জগোইগা পুম্না শাখরে। মালেমবু পমচুনা থাঙৎলগা হনুমাননা রাম মরেংবান্দা থাজৎপগুম থাংগৎখরে। লৈমায়গী মথোল ওইবগী কোকতোন মুমথকতু চপ চানা য়াং লম্বগী ফবনি নত্রগদি মথক্তা উংলিবা হুমাইনা মালেম মঙক

তুপ্পমগনি। অদু ফাওবদা লুকথরম্বগী ফবনি। হুম্মিদাংৱাই লৈকোনদা ফম্মিল্লবদা মোহননা হৱাওনা তাকথোরকখি---

— গুরুমচা, ঐ লুহোঙলগনি; ঐখোয়গী মামশিং অমগী মথল্লতা পোকপী মচানুপীনি। মশককা ফজখ্রবা পোংনি ঐনা পামজখ্রবা। অস শেলগা য়াম্না পাম্বা জাংনি মৈনপুরীদা কারখানা অনী লৈ। মীরৈবাক্তী কার অনী উনগনি। হিদাকমনাগী চাউখ্রবা লৌকম অমা ঐগী ওইরনি। ঐনা এম.এ. ওইরবদি চুরুপ বেরীগী ফেক্তরী অমগা এলাহাবাদ তা লৈবা য়োংকী রার্শোপ অমগস্থ হাপকনি ঐনা ঐখোয়গী লরায়-হুগী অহানবা এম.এ. ওইবা ঙম্মবদি অস গুরুমচা--।

— ঐ ওইহনগেনে। নঙ ঐগী করি তৌবিবা ঙমগনি?

— বা! অদু ওইরবদি ঐগী থরায়—হ! থরায়দা নত্তে পুনো ফাওবা নঙো-ন্দা পীথোক্লে। (পুনো হায়না কৌজবী মাগী চান্নজবী পুনিমাবুনি)

— হাইত্! হঙ হঙ হায়য়ু। মাদি ইতৈমনি; ইতৈমদি ইমাগা মাম্লে; ইমানি।

— ঐগী পুনোনা ঐগী গুরুমচাবু উবদা য়াম্না হরাওজগনি। পুনোগীদি মমা লৈজত্রবনি মাদি ঐতবু ঙাইহনা লৈবনি। মাদি লুখ্রাবী ওইরবীনি।

— হা! করিনো নঙগী রাসিবো! চুম্মিবরা! মাগী মমাহুবুরো!

— ঐগী মামশিং অদু লৈরি য়াম্না মুংঙাইনা অনীম্বা নিংথৌদৌনা পাল্লি। পুনিমানা লৈশাবী খরা ফারকপা ঐগা মুংশিনরবা মতমদা দাকু অমনা ফারুরে। চীংয়াদা লৈবা স্কুল অমদা তম্বনি। মুমীংতু মাবু লৌবা লাকপা গার্ড়ী অদু য়াদদনা লম্বেলদা ঙাইহাক্তং শেম্মরিভৈদা থেঙ-জিল্লক্লবা অহুদা মথোঙনা মখল্লতা লাকপনি। দাকু পাথং অহুনা নমহুনা ফাবনি। নম-হাদনা লুহোংবনি! কান্নদে থল্লবা মামা অহুনা হৌমবী ইন্না লুহোঙবিরবনি। অহুগা লুহোঙবা থিনবদা লখীদা দাকু খুংপু অমনা লান্দারকপদগী মাগী মরাহু শিবনি। ঐনা এলাহাবাদতা নি।

— অস ! নঙগী রারীসিদি থাকুর মুংঙাইবা ওইদে — ।

— রাম্না মুংঙাইশ্রবা রারী ওইরমগদবদগী মরামবক লৈবদগী নাম্নোকশ্রবনি গুরুমচা। লুহোঙগদৌরে হায়বা পাউ তাবদা দাকু অতৃগী ইমুং-মনুং শাগৈ নাতৈ মাগী য়ুম্নাক মথে পৃথিবী গ্রহ অসিদা থম্মরোই হায়না লেপ্তূনা ঐস্নু দাকু খুংপু অমা শেমগৎলগে তৌরুরবনি। চম্বলগী চীংমুং দা চঙলুরবনি। লুপ্রা ওইরবী ঐগী পূনোনা কম্না খাম্বদগী ঐ কাধরবনি। হৌজিকস্নু ঐ ‘চৌহান’ পনবা য়াদে। পাপী দাকুতু চৌহান শাগৈগীনি; রুদ্রসিংহ চৌহান কৌই। মাগী শাগৈগী খুল অমা জঙ্গল মরাদা লৈরি। খুল অতু হৌজিক ফাওবা মরক মরক্তা উংপুঙ ওইহন্নীংলি।

— হৌখিবদা শীংনবদি লাকদববু করেম-কথাইনবনি, মচিংদা পঙবা চুমদে। কান্নদে ঙসিদি রোমিও জুলিয়তকী ফজশ্রবা ফিলম অমা তৌদোরি। য়েংলুসি। ঐস্নু ফাজিন্দুনা থম্মুরবা নীংশিংবা অমা হিংচাবীগী শকুম লৌরক্লে। অয়ুক্কী শোনি চংলসি।

নোংমা অরিবা দিল্লীরোমদা অচৌবা লম্পাক অমদা রুসলোমগী মওংগী সরকস অমা য়েংবা চংলুই। মালেমঙম্বা মপুবোক্না তম্বিবদগী সরকস য়েংবদি য়াম্না, য়াম্নমক পামজৈ। লম্বেল মপান্দা শেন্দান মওং অমগী ওইনা অঙাং থরা মুপী থরনা তৌরম্বা মচা-মচা ফাওবা ঙাইহাক্তা ওইরবস্নু লেপ্তূনা য়েংই। তঙায়ফদবা থবক চংপা ফাওবদা থেংনরবদি চংপগী খোঙয়াং হুম্হহ- ল্লগা মুংঙাইথোক্না য়েংশিল্লম্বনি। মপুনা হায়খিবা-‘বোইবোই সরকস হায়বসিদি য়েংগদবনি; ঙক্ন থোকপা তৌঙমদবা কম্না হোৎনরবদি লায়বা মান্না ঙম্বনি হায়বসি শোয়দ্রবনি’ হায়বা রাফম হেক হেক নীংশিংই। চুম্মী হায়না য়াজৈ। ‘ঐস্নু তৌঙমদবা থবক তৌরমগদৌবনি’ হায়বগী মুংগী লাইথায় অসিনা অচৌবা খৌইনশিন পীবনি।

অরিবা কোলেজ অমদা থাকুর মোহন মথা তমথবা হৌরবনি। মা- লীদা লাকপদা য়েংমিন্নরসি লেপ্পবনি। অহানবগী শো লোইবা ঙাইবা ওইনা নৌনা শন্দোরকপা কৈথেল মচা অমক্লোমদা চংলকই। হৈ মহৌঙম্বা

অমা থকনীংহুনা নাক য়েৎ হাইরগ য়েংলিঙৈদা লাম্পঙা মকম অমদগী খোঙ্জেল অমা তারকই—'আই পহাড়ী দাজু সোমদা লাউ।' চুমা লাউন-থিবোই নীংই। অমুকম্তু লাউরকপা তাবদা য়েংথোক্লুই। মকোই মরাং লৈথংনা থাকপা মুনা চাউবা তুকানফম্বা অমনা মঙোন্দা চথোকদোহুম য়েংলগা মথুং হত্তুনা কৌশিল্লকপা উবদা মালেমঙম্বা লকক তৌই। মাবুরা হায়না ইঙ্গিত তৌহুনা হংলুই। কৌরকই অমুক'—এ, দাজু পাথং নঙবু নিনে।' মালেম তপনা চঙশিল্লগা লেপ্লুই। হোতেল মচা অমা ওইরম্মী হংলুই—

— কৈদোরে মহাজোন?

— নঙ চাক লাম্বা মাল্লি চাররাও। য়াম্না হোংবনি ঐগীসি। ঙা,হায়েং শন, ওক লোইনা ফংগনি। লিল ফাওবা পাম্মবদি শীনবা য়াগনি।

— ঐদি শা চাদে ঙা ফাওবা হৈনদদনা চাদ্রে মহাজোন। অঙ্গৈবা থকনীংই।

— কঙ্গীদি সুকফং ফংঙোই ফোরেন অঙাংবদি লোইহল্লুবা য়াগনি। ঈংহন-বদি ঙাইহাক চঙগনি উনম্তু লাক্কে।

— অ...ওম্নরে মহাজোন য়ুদি মনম ফাওবা হৈত্তে।

— আহৃ চীংদবো। নেপালসিবু ঈংই, ঙাওই হায়নদাইনে। শা-য়ু তৌদবম্তু লৈবা য়াব্রো।

— ঐ নেপালদগী নত্তে মনিপুরদগীনি।

— ও-! ম-নি-পুর। জাপান ময়াগী অস্ট্রেলিয়া মনাক্তা—ফোরেননিনে?

— ইয়াম্বা। ঐ ফোরেনর নত্তে; লম অসিগী শেংখ্রবা চামদা চামা কোনশেং ওইবা মীনি।

— থঙঙেনে মনিপুর। মৈগী চীং য়াম্না লৈবা ফি শেত্তবা লাইরেনককা চাবম্তু লৈ হায়বা—

— মহাজোন ইয়াম্বা, নঙ লাইরিক লাইম্তু হৈবা মাল্লি।

— ইত্তর পাসনি সেকেন্দ ডিভিজনদা ওম্বনি। নঙোয়গী অংগ্রেজী হায়বা শালাহু হৈনবদগী হোত্তেল তৌরিসিনি।

— জিওগ্রাফীগুম্বদি ত্তম্বকইনি; ভূগোল ?

— শাজা ভূগোলগী ওজাহুনলি অহম্মলক ফেল ওইহল্লিবা। হৈনম্বনা অস— ।

— অহুননি লম অসিগী মেপ থগুল্লিবা।

— নগুগী মেপ হায়বা শালাহু ওইরে ঐনা য়েকপা স্থকহৈ হৈত্রিবসে। পৃথিবীদি ফজনা হৈ। হৌজিকসু হৈরি। থোক কোল্লবা অহুগা মথকা মথাগা কোৎপা—

— কৈ কৈ; হোৎনৌ নশকতু পৃথিবী অমুৰা মাল্লে।

হায়রম্মগা থোকললকই। থরা চৎলকপগী অহুদা লাউরকই-এ-এ পহায়ী মনিপুরিয়া কোরেন হওোই থোংবস্থ ফংপনিনহৈ চাথোকখোনে। লেম্না চাবমুক হোজবনিবে ঐগীসে শালা —!' মালেমগুম্বা চৎলম্বদগী চপ লেপ্পি। তপ্না চগুশিল্লি। মহাক্ষোলনা হারাওনা মহুৎলোমদা ওনশিল্লগা লাউখি-শালা নহোয়্বু শালা চাক অম্না শেন্মকওনে শালাগী । লাউবা লোই-শিল্লকপগী অহুদা মালেমগুম্বা মখুরিং থবাক্তা স্থপ্নায় পায়হুনা চিংশিল্ল-গা য়েথকী থুৎনল্লা মথজাই য়েৎলোম মায়রোমদা— শেৎ-শেৎ! নাক য়েৎত্তা লৈরম্বা ময়াম কোয়শিল্লকই; হোত্তেল মহুংগী মাগী মী থরা থাবৈ-চেগপ অশাংবা ফাওবা পায়হুনা হোত্তোয়কই। লাল্লপ য়েংলম্বা থাকুর মোহননা মম্নাকদা মাগী রুমাল অমুবহুনা থোক পুনশিল্লগা মাগী নোংমৈ মচাহু শৎ পুথোক্তুনা মুকপদগী ময়াম হু-হু হল্লখি। মরেং-মরেং মরাং মরাং ভৌনম্নিত্তৌনা মোত্তর বাইক মনীংগী নম্বর থোক কুপশিল্লগা তপ্না চৎলক্লিবা মালেমবু হাপকৎতুনা য়াগুনা থৌরকখি। ফনা শাংনা থৌক্লরগা অনীহু করিস্থ ভৌদবগুম হুনখিহুনা অচোঘা সয়কসতু লোইবা কাওবা য়েংখি। হুমীৎতু থাকুর মোহনগী কাদা লেকমিন্নরে । অয়ুক চা থকপা থোকপদা চাকম কাদা থবরদা ওয়াংগী থৌদোক্তু ত্তেম্না য়াওরকই। 'অরিবা লিয়ীগী হোত্তেল অমদা চাক লেল্লা চাথোক্লগা জেপালী পাথং মরীনা পৈশা পীদবগী চয়াংনবা ঊয়াং অম্না থোকল্লে। মথোক্ল মরীমক পুম্না জোত্তোর অমত্তদা

তোংলগা নাম্বোক্লুনা চেনখি। পুলিশনা তান্নরুই। ফংখিদ্রে।' মালেম-গা পূন্না পাম্বিন্নরগা য়েংনহ্নুনা মীৎচৌ খংনখি। অমখক্কা চণ্ডশিল্লক্তুনা মাঙদা লেপ্পরগা হায়রে—নেপালগী পহারী অনীবু চাগী পৈশা পীবিদৌরিব্রা পীরোইদৌরিব্রা ? য়েংখংখিবদা নহানরাই কোলেজদা খঙনখিবা কাছাড়গী মৈতৈ পাঙন হাকীম চৌধুরী ওইরম্মে। মা তাইবঙমহৈকোলদা থিজি-নবগী থবক চথরম্লি।

মরক্কী পরীখা অমদা য়াম্না ফজনা ইমনপ্পবহূদা লৈঙাকলোনগী ওজা প্রোফেসর রঙ্গনাথননা নোংমা মালেমঙম্বু মাগী কা মচাহূদা কৌই। প্রো. রঙ্গা ( কুচু য়াম্না কা হেন্না মুবহূদা মহৈরোই ময়ামনা-মরুওইনা সুপীমচাগী কাঙবুনা কৌনবা অশম্বা মিংনি ) নিংকোবর ঈথংতগীনি। তামীলনাডুদ-গীনি। মবুধোগী হাক্তক্তা অন্দমান ঈথংমপৈদা লায়েংহিদাক্কী মনামশীং থিবা লাকপা কাঙবু অমদা য়াওরকপা মবুধৌ অহূনা অহূদা লৈথনীংহ্নুনা লৈখিবনি। ঙা ফাবগী থবক তৌরগা মপানা লাইরিক তমহল্লকপনি। য়াম্না ফররকপা মীওইনি। সরকারশিংদগী ফংবা শেলতনা অরোইবা তাং-কক ফাওবগী মহৈ-মশিং তম্মকপনি। লৈঙাকলোনগী লাইব্রিক মাপল, শেলথুনগী হীরমদা তরেং, লাইয়েকপা শাবগী অহুম, ঙাকা-ঙায়োক্কী লমদা অনী, অঙাংগী সাহিত্যদা তয়াহূমদোই, হিদাক-লাংথক্কী মনামশীং-গী চপ চপ চাবা কোতো ময়াম য়াওবা লাইরিক মরী ফোঙলবা ওজানি। কিজোল অমদগী হেন্না শেঙবদৌনা তৌই। খোঙতুপ তোংদে। একা-গাড়ী মখোল থোকপা অমা মরক মরক্তা তোংলকই; অহূম্ম ঈন্দুনা চৎপনা অয়াম্বনি। লমদম লমদমগী ওইবা অপূনবা লৈঙাকলোনগী নৈনবা য়ারেং ‘ইন্দিয়া তূমোরো’ খবরদা থা মথায় থুদিংগী ইরি। ইমরজেন্সী অমগী মতাং-দা থা তরেংকা কুমীৎ হুম্নি কাদোক তারুরে। সরকারগী লৈঙাক পোখিবু পীথক্লগীনি। মরক মরক্তা শৈরেংস্মু ই। মতাং মতাংগী পাঙখোক্লরকপা কবি সম্মেলনদা বার্তোন ফংলবস্মু ফংব্রবস্মু মরী হুন্না হুন্না কোংলবা পাইতু-দু য়াম্লগা হেক্তা চংলি। কবিশিংবা কানদা য়াম্নু শৈরেং পীবা য়াওরুই।

মাগী শৈরেংদি ফাগী করেম্মবা অমদি শীধবনা মপু ওই। অতৈ হীরমগী মতাংদা চীংলেম্মিবত্থগা মাগী সাহিত্যগা কৈজৈ অমা ইচং চংনবদৌনা ত্তৌই। মমান্নবা সাহিত্য শুবা অমনদি মাবু কবি কৈজৈ হায়না কৌই। মাস্থ অত্থুম ইশি শিনা নোকই। নোকপদা মম্বা য়াম্না ঙৌই, লংই। হীরম অয়াম্বদা ব্রা ঙাংবা ঙম্মী। ফজনা ঈশিং লীৎতনা ঙাংই। ক্লাসতদি পুমঙাল পুমঙাল ঙানবা মঙাল পীবদৌনা ত্তৌই। ফীবমদা লক্লনীংবা পোক্লবস্থ মঙোন্দা চঙত্থনা ব্রা অমা ঙাংলুবা হঙ্গোইনৈ। করিগুম্বা মতাংদা চৈথোরকপদি মীচৈ ভারিবা মীওইত্থনা মাবু হাৎনীংই নত্রগা মা মশা শিনীংই। মানা উশিংপা অমত্তা লৈতে। পূম্নমক্কী মাগী মাগী ওইবা মঙল-মগুনদি হোত্রোং উই খঙই অত্থুগা মশানা চপ চানা ইকাই খুম্মে। মুপীদা হৈনরপ ত্তৌই। মশাদি লৈথায় ভারবা পাখংনি। মুপীমচাশিংনদি য়ুগদোগুম খম্নবা মাল্লি। মীওই অমত্তদা পুক্লিং চঙবা লৈতবা ওজ্জানা কৌরকপদা মালেম লকক ত্তৌই। ‘করিগী ওইরিগবা’—খন্দুনা চঙলুই। লাইরিক চেফোঙ খবর অমদি মথল কয়াগী চেনা রাই চাইরবা কা অত্থুদা প্রোরঙ্গা মুমীৎ য়ুংগ্রবা মতুং কাইনথংদা ইডলীগী চাকলেন চাত্থনা লৈরম্মী। মালেমঙম্ববু ফম্নবা হাম্বরগা চরা রাল্লু হায়। য়ারুদে। ‘মীনা হয়াও হয়াও চাসি হায়রবদি চানীংত্রবা ফাওবদা তংগদবনি, লৈবাকমচা তাবগী লীচংনি সে অমা চাউ।’ হায়ত্থনা অমা ঈনশিল্লকই। হৈননবা কম্না তম্বদা ইডলীত্থ শম্বারদা লুপ্পগা হঙোইনা কাঙ চাবদৌনা য়োংনবা লাক্লরিঙৈদা ‘নঙ হৈননা উই খরগা পায়থো।’ হায়দনা লাগী ময়োমত্থদগী মঙা পীরকই। মালেমঙম্বা অশীনবা কাগে ত্তৌই। পেহৌ পেহৌ হায়জরুই।

— সর ওসি ঐ চম্বা হেনবা মুমীৎনি।

— ইম্বা! অত্থুগা ভসাইনা হায়নি ঙাওত্রো! মুপামবু নচীন লূম্বা হৌনত্রো! সে অয়ুক্কী চাকলেন চাথোকও মুংদাং ওইনা হেল্লো। অমা হেল্লবদি অমহানি। ধর্মগী রারা নশাগী শাজেনগীদা?

— সর ইমাদা শ্রীখোয় অহমগী ইপোক হুম্রীৎ পূন্না ওইবা খাংজ অসি চন্না হেল্লি। থাংজ খুদিংগী। ঐহু থাগী অরোইবা থাংজসি হেল্লি।

— নঙগী কনা অমনা ?

— বাবা। বাবাদি হেন্দে।

— বাবাদি কৈদৌরি ?

— থানাগী ইনস্পেকতর ওইরম্মী হায়।

— 'হায়' হায়বদি ? বাবা লৈত্রবো ?

— লৈরি। জেলদা লৈরি সর। লীচৎ ফবগী মতম অমুম অমুম ককপনা থোরকদবা কুইদ্রে হায়রকই সর।

মোংমা প্রো-রঙ্গানা মালেমদগী মপাগী রারী অমদি অতৈ মরাম তারবা মতুংদা হায়বনি –

— মালেমগুম্বা, নঙগী বাবা থৌনা লৈ; নমাহু লাইমুন্মু খঙবীনি; থোই-দোকপা অমনা নঙগী পুপু দাক্তর নঙগী চপ চাবা গুরুনি মঙ মী ওই-গনি। কম্না হোৎনৌ। খ্বায়দগী কম্না চাং তান্নবা পরীখা থানবা তৌ। নঙ ওমগদবা মীনি।

— সর, খ্বায়গী মকোক্তা লাকপা ওমগন্না ঐবো ?

'মহুদি য়েংথিবা তারি।'— প্রো-রঙ্গানা তাপ ওক্লনা খুমকপনি। মালেমনা মবুক্তা খনবনি —'হুন্দকী পরীখাদা উৎকে সর।' হায়ত্রবমু চপ-হেক চাবা রাহৈ খঙদবগী রাদনি ওজা রঙ্গা হাইফেৎ অহুম লাকখিনবা ওম্মী। মী মশক খঙগনবা লিরবা ওজানি; হুংশিনা হায়রকই—

— কম্না হোৎনৌ। নঙনা খঙদবা হীরম পুরকখিবা য়েক্তা তান্নরাও ঐ মঙৎ অমা তানা লম্বেল তাকে। পাবনা মীনা হায়বা খঙবনি; লাখিরহু-গী য়ুমকমদা নাক য়েংকী মওংগা চান্ননা খহুনা খোজদোকপা হায় থসিনা মশাগী তোংগোপ তাবা মশাক্তি। নঙগী থমকগী মপাওন চুম্মী। হোৎনৌ। পাবদগী তানখিনবা লৌশিংদি লকেনদি পাবৈ ওইনা শীজিন্নৌ, মহুবু অমোরবা লমথুংনি হায়নদি লেপকহু। শীশীমু

পাউ পাদবা য়াদে। লনাইগীনা হেন্না পাউ। ময়ামগা মান্নত্রিবসি লনাইনি। ময়ামদি ময়ামনি। মান্নবা ময়াম মরক্তগী অথন্না চিংথৎ লিবসি লনাইননি।

ছুটি মুমীৎ ওইহূনস্থ থেঙজিল্লক্লবহূদা মালেম ওজাগী য়ুমদগী চৎনীংলে। প্রো.রঙ্গানা মুপীমচা লৈশাবী অমা চঙলকপহূদা অরোইবগী ওইবা চা পীথকখিসি হাউনা লোল্লকউ হায়রুই। ফনা তোয়না লাক্লবী মালেমনা লৈশাবী অসি অমুক্তা উথিদ্রি। হংলুই—

— সর, কনানো ইচারা ?

— অঙাওবা মুপী থিদবা এনা ইচা লৈগত্রা! নঙ করিগুম্বা কান্দা শোমপেন হায়বা অপীকপা জাতি—কাঙলুপ অমা তাপ্রবরা ?

— থঙজে সর, অন্দমান অমদি নিকোবর ঈপৎ মপৈগী ঈথৎ ৫৭২ লৈবগী মনুংদা সুপনগী ৩৬ তদমক মী তাবনি; মহূদা তারিবা মীশিংনা নিকো-বরীনা খ্বায়দগী য়াম্মী; অহূদগী অন্দমানী ওংগী কাঙলুপ মচা মচা-নিনা মশীং খজিক্তমক লে। অহূদগী জরারজ, সেন্তিনেলী অহূদগী শোমপেনী হায়বা চীংমীগুম্বা কাঙলুপ পীশক পীশক তাবনি। শোম-পেনীশিংদি য়াম্না ইকায় থীগল্লি অতোপ্পা মী উবা য়াদে হেক্তা হোংচি-ন্দুনা লোংলি হায় সরগী মুপীমচাসিদি চুম্নগী মী ঐথোয়দোনা তৌইনা।

— চপ হেক চাবা লৌশিংনি। নঙদি কয়দোনা থঙই; ঐথোয়গী লমহূদা চৎলুলব্রো ?

— চৎচরুত্রি সর; থঙবগী য়ানি। মাদি ইকায়দনা ইচঙ থোনা উই।

— ঐনা আদগী পুরক্লগা থম্বনি লাইরিক লাইস্থ তমহনবনি। পাম্বা লৌরগেরা ?

— অস! সর, লায়না হায়রেদা মুপীবু অয়োনবা লৈতেংপোং অমদোনা। চা থকনবদগী ঈশিং অহুম শাহন্দুনা থম্বনা ইকুই কুইদনা চা শেম্মগা পুথোরক্তুম্না পীয়রবী লৈশাবী মচাহূনা হায়রকপনি—

— মহূমক্তি দাদা মালেম ঐথোয়গী য়াথলস্থ। লমদম অসিগী মুপী হোদোক্লবা

খোঙজং পাম্বী পার্বতীনি ঐ। ঐগী মিং পার্বতী কৌজে। ইধৌ অসিনা থোনবিবনি। য়ুমগী মিংদি অমা লৈ। ঐ ফাওবা কাউদোরে।

মালেম—ইচল পার্বতীনা ঐবু খঙলিবনা -- ?

রঙ্গা— ঐগীসিদা অতুম লৈরবা ইশুনি হায়রেদনা।

পার্বতী— ইধৌনা য়াবা মীদি মকোক্তা হৌবা মশম ফাওবা মশীং খঙই, ঐ-ঙোন্দসু নমতুনা খঙহল্লি। কুইরবগী মমাঙদা নোংমা দাদাদা ইধৌনা ইডলী নমতুমা পীক্তব্রা ?

মালেম— চাখি।

পার্বতী— ওগে তৌব্রা ?

মালেম— হৌজিফপুদি ফক্তনা হৈনরে।

রঙ্গা— অতুনি হুকথেংনবদগী হৈরকপা হায়রিবসে। পোং অসি খঙবা তারবদি হুকথেংনরগা খঙগদবনি।

মালেম— পূম্নমক হুকথেংনবদি য়াবা হৌনদে সর।

রঙ্গা— মতু খঙঙক্লিবতুমক হুকথেংনবদগীনি, চুমব্রা ?

মালেম— মতুমক্তি হৌজিকমক খুম্বা ঙমদৌ মান্দে।

রঙ্গা— খম্বরুরবা মতুংদা নঙগী ওইনা খুম্নবা লাক্লৌ। চংলো থেঙঙনি।

মালেমঙম্বু মসু-মপুনা কোম্বোং ফাওবা থিন্দোক্লবা চংলকই। হৌনদে সর, হায়রুবদা প্রো. রঙ্গানা নোক্লগা হায়রকখি—

— ঐ রাজ্যপতি, রাষ্ট্রপতি, পৃথিপতিনা কৌবদা চংপা মী নত্তে, ওইজবা কয়া'মা শীংথ্রবনি; নাচুংদে। ঐনা য়ানীংবা ওইরবদি রিক্সা ঐনা ঈল্লগা অথৌবা পাঙন মচাতু তোংহল্লিবনি; চাকনৌবী মুপী অমগা রেল তালীদা ফম্মিন্নরগা পুং মরীরোম রারী তৌরুরিবনি।

পার্বতী— মুপীতুগী ইকোন কোনবা মপুরোইবতুনা হাংকে তৌরম্বনি।

রঙ্গা— শারুরিবা রারীতুনসু মুংশিবগী লোন-লৈনবগী য়ুম্নপানবগী—।

মালেম— অস্।

রঙ্গা— ঐনা লৌবগী মাবু মুংশিরুবগী নত্তে নহা মরূপ, ঐনা লম অসিগী 'সতী' বু নৌনা মমল লেপ্পবা লাক্লরুবগী মতাং অমা লৈখি। লোইরে তৌজিকপুদি। ইনবা লাক্লরিঙৈ মতমল্তদদি শহর অসিগী ওক্তবী শঙমখৈ ঐনা চঙদবা য়াঙখিদে, লৈশাবী-মমা পূম্নমক অচিকপদা উম্নখি। ঐগা পৎ তৎনা মুংশিনরম্বী নবোক অত্থু উন্নবা চঙলুবদা মচা মঙা অত্থুনা হাৎলমদৌরে। ঐগী লমথুং খঙলকপদগী হৌজিক্তি মপাদৌনা লুনা তৌরে। নবোক অত্থু নিকোবরী চম্নুনি। মাগী ময়ুমদা থবক ইংখাং নোমত্থুনা লৈরম্বীনি নচল পার্বতী। ফাগী তৌবগী পঙহায় হায়বনি মাবু নঙনা লৌবা য়ারোই, মথন্নতা শিগে হায়রক্কনি। নবোক ঐগা চান্নরম্বী অত্থুগী মস্মুম্পা অমগা কন্না মুংশিনরি। মস্মুম্পা ননাওত্থু শহরসিদা দাক্তর অহানবা চহীদা তম্লি। নোংমা নঙগস্থু খঙনহনখিনি।

অরৈবা পূম্নমক লোয়না হাযদোক্লগা কুইনা কাত্থুনা থোঙান্দা লৈরম্মগা মিত্তিং অমা চৎকদবা লৈবনি হায়দনা শামুমচানা চেনবদৌনা চেনশিনখি। পার্বতীগা মালেমগনা কোম্থোংদা য়েংলগা হৌনা নোকমিম্নহৌই।

ঈরুকাদা প্রো.রঙ্গা ফম্না ফম্না রাখল তৌগল্লি।' ঙসিদা খনবনিউম্, মনিপুরী পাখংসি মঙল লৈ। মশাদা হেনবা অমদি লৈব্রা! মঙং চুম্না লমজিংবিরবদি ঙানগনি। পাক মীথানবিবা প্রোফেসর নত্তে।

নোংমা, মুংথিল অন্নদা রজাকতা থাখিনবা চিঠী অমস্থু ইরিঙৈদা পঞ্জাবতগী মমান্নবা হরগোবিন্দ সিংহ চঙলকই। কোলেজগী চহী চামা মুরকপগী থৌরম পরেং মশেমদগী পাঙথোকপা হৌগদৌরিবা অসিদা হাপকদবা লম্ন লম্নগী নাংকী কুম্মৈগী মরমদা তান্নবা লাকপনি। হরগোবিন্দ নাং কুম্মৈ কমিত্তিগী কনভেনরনি। ইবা হৌজিল্লুরে লোইগদবা পরেং অনীথক্তা ঙাইরে হায়না খোৎলিঙৈদা হরগোবিন্দনা মালেমনা ইরিবত্থুদা মুম্না য়েংলগা হায়রকই—

— এ, নঙদি বেঙ্গলী ময়েকস্তু হৈনা। অহুনদি নঙনা হৈরিবা ময়েকসি—রোমন, হিন্দী, গুরুমুখী, গুজরাতী, উর্দু, তেলুগু, তমীল বরমীজ, অদগী নখোয় নশাগীহুমা মশানা লৈজরে।

— হৈরিবসি হৈশাগী ময়েক্রি।

— হেরা অসিদি বেঙ্গলীগীনি। ঐ বেঙ্গলদা খুরাতোনগী থবক মফমদা কুইনা লৈরম্মী। নখোয়গী লোনসিবু বেঙ্গোলীয়নে? নত্তেনে হা!

— নঙবু মালেমসিগী লোন-কাঙলুপ তম্মবদাইনে পুন্তর?

— অহুনবু হায়রিসিনি। নখোয় নশাগী ময়েক লৈজদ্রো! লৈরমগনি। লৈ হায়না থেংনখিদা।

— করিগী লৈতদগেনে সরদারজী!

— অতুগা মীগীদা তাংঙিবা! ইকাইবা চুম্মীনা—।

মালেমঙম্বদা পানবনি। মুমীত্তুদবুদি মানা থোকপা অমা খুমখি; ময়েক য়াম্না হৈবগী মঙংদা চাউথোকপহুম উৎখি। হরগোবিন্দনস্তু থাবু থাগৎলম্মী। অতুবু কোম্নদি তশেংনা ইকাইরকখি। মায়কৈ লেপকমদি খঙঙ্বা তৌদনা মমা লৈনা লৈনা মীগী মমা অমদা অশেংবা মমানি খঙ্গা চাউথোকলুবগী মুংঙাইতবা অমা ফাওরকই! মতুংদা হরগোবিন্দবু হেক উবা খুদিংদা ময়েক্কী রা অসি ঙাইহাক্তা ওইরবস্তু হেক্তা নীংশিংই। মথন্নতা ইকাইজরকপগুম তৌখি। শাউনীংবা অমস্তু পোকলকখি। খরনি লৈরগা কোলেজগী কুম্মে লোইরবা মতুংদা 'মৈতৈ নাৎ কন্ন-লুপ' কী নৌনা থবক পুহোবা সেক্রেতরীদগী মপী লাইরিক চেন্দুনা কন্না ললাই তমজখি। থা কাদে ফজনা ইবা হৈ। কাউখিদনবা লোয়ননা হেন্না হেন্না খুংলোয়নবা কন্ন-লুপ কী মীওইশিংদা চিঠী ইবা খুদিংকা মশাগী ময়েক্কদা হৈ। অতৈদস্তু ইবা হৌরকই। য়াম্না তোয়না ইকা লিখোইদস্তু অমা ইত্তুনা য়েংলুবনি। লিখোইওব্রীদি হাম্লনা হৈত্তুনা লৈরম্মে। মালেমঙম্বা য়াম্নক মুংঙাইজে। থা অহুমগুম্বগী মতুংদা নোংমা, তাঙ্গা ঙাইহুনা লৈরকপা

মালেমনা নীম মখোঙগী উপুগী তুকান অমদা হৈ মহী থল্লিভৈদা হরগোবিন্দ মাগী কারদা চৎপা উই। হৌনা লাউতুনা কৌরুই। হরগোবিন্দ পাখৎপা অমা য়াওনা ব্রেক থংকা কায়। লৈরম্মিবা মীনা য়েংনৈ। মালেমনা কৌশিন্দুনা লসসী অশাংবা অমা পীথরুই। লসসী শেম্মিভৈদা মালেমনা লিখোইদগী কংবা চিঠী অমগা মানা থাখিগে তৌবা অমগা অনী পুম্ম পুথোক্লুনা লানশিল্লি। অমদি হাংদোক্লবনি অমনা নপশিল্লিবা। মমা-মবনা ওল্লপ লৌরগা য়েংলুই। পুথক অনীদা থারিবহুদি খঙই। নোকফেৎ তৌহুনা মীৎচী খৎল্লগা হরগোবিন্দনা হংলুই। পাউখুমদা মালেমনা পোঙনা হায়রুই—

— ইশাগী ইরেক্তা ইনরিবনি। খঙভেদনা।

— হে-রা ! ঐদি লুহোংদৌরবোই নীংলুরে।

— ঐদি হোঙভেনা।

— হা ! কনাগা ?

— ইনাংকা পুত্তর।

— শালা ! ঐবু থেঙহল্লে। 'জুলিয়েৎ' উব্নবা চৎলিবনিনে। বাই।

— শুরুনা য়াইফবা পীবিসনু পুত্তর।

— পীদবা য়াব্রো; শালা। মজমুনা চৎপদবো।

খুত্তুম অচৌবা অমা স্বরম্মগা চৎখি. খুপাক অপাকপা অমনা য়াইফবা পীখি। ইকাইবগী লমন অমা শিংখিবগী মুংঙাইবা অমা মালেমদা কাওহৌই। মরম থোইনা খল্লুদে।

চহীগী পরীখা মন্নুংদা নোংমা অহীং অথেংবদা মুপা মীয়াই অমা মাগী কাদা লাকখি। পল্লাবকী মীওই শাহুনা লাকখিবা মৈতৈমচা ওইরম্মী; মমিং অশেংবা অমগা খঙনবা অহল্লগা মথং মথং হায়রকই। অমারমদি রাজেনদর সিংহ হায়না খঙনৈ হায়না তাকই। ওাইহাক কমি-মবদা রাজেনদরনা মা মৈত্রবাক্তা অওনবা অমা পূররুবা খুংলাইগী অতেং

লৌরিবা কাঙলুপকী মী অমনি হায়না ভাকলকপগা লোয়ননা মালেমবু মশক খঙবা কুইরে মীওংস্থ চপ চানা খঙঙে অতুনা মথোয়গী কাঙলুপতা য়াওরো অচৌবা থৌদাং য়ামিন্নসি হায়রে। শাগৎলক্লবা মতমনি অঙ্গীংবা মহী অমা শেম্না শেম্না মালেম মুন্না কুপ্না ভাইহাক্তং খম্বে। কুইনা চঙদে থকমিন্নবা মতাংদা য়াম্না শেংনা খজিক্তংগী ওইবা অঙপ্না মতাং য়াওহন্দনা ফোঙদোরকই—

— মসি স্থমদৌসি ইয়াম্না, হৌজিকমক্তি ঐ মদোমদা পূক্লিং চঙবা ঙমখি-রোই। অরুবা লম্বেলনি, ভাইহাক্তংগী ওইবা য়ারেপনা লমজীংবা থবক্তি মওং চাগন্দে। ইয়াম্বদা ঐনা ফোঙদোকচনীংবদি লৈবাক অমা কাঙলুপ অমা লনাইগী ওইনা শেমদোকপা হায়বসিদা মায়কৈ কয়ামুক্তগী পাম্বৈ কয়ামুক্তা হোৎনবা চঙই। নোংমৈ, কলম থাঙ্গোল লন-থুম অতুগা লৈভাকলোন পায়রিবশিংবু মুংগী ওইবা থৌইনশিন অমদগী ওলহনবা চঙগনি। লম্বেল অমথক্তদা পাম্বৈ অমথক্তনা থংওন ওলহনবা য়ারোই। মতমগী রাহংস্থ চাউনা লৈরি। অতুনা ঐ ইশাসি লৈভাকলোনগী মন্নুংদা মরূওইবা পোরম পায়বা ওইনা লৈরগা অঙ্গীংবা পাম্বৈ অমদা ময়ামবু ওলহন্দুনা মশীং নোংম নোংমগী হেনগৎলক্লবা লাক্লবা চুমগনি খল্লে। মসি ইতিহাসকী চাউনা চাউনা ওনখিবা অওনবশিংগীস্থ পোরম অমনি। অতুগীস্থ মথক্তা ঐনা মদোমদা খম্বরুদ্রিবনিনা লমথুংগা লম্বেলগা অনীগী মরক্তা লৈবা মরী অতুস্থ খঙঙ্বা ঙমদ্রি। হায়রিবা অমদা পূম্নমক খুথাতুনা থাজরুবা হায়বসি হুপ্পাননীংঙকপগী মতাং লাককল্লি। ঐদি ইয়াম্বাঃ চঙবা তারবদি থবক পাঙবা অমা নত্রগা শিদোকপা অসিনি লেপচরিবা। অতুনা অহানবদা ঐ ইশাসি মী অমা ওইজরকখিগে। কুইনা চঙগদবা নত্রেঃ চহী অমনী, থরগী রাদনি। অওনবা অচৌবা অমগীদি চহী মঙা-তরা-কুন হায়বসি মীৎকুপকী পুংকমনি। ঐ নোংমা শোয়দনা পাউ পীজররক্কে।

মুপা অদু অহীং অতুমা লেক্লম্মগা চৎখি। মরক মরক্তা অয়াবা মতং পাংনবা হায়রম্মী। ঋারৌদি কুইনা তৌনখিদে। খজিক্তদা লোইনৈ। চৎলমদাইদা রাজেনদর ওইরিবতুনা মরকসিদা মখোয় উন্ননীংলক্লবদি হায়দনা লৈফম অহুমখক পীরম্মী। মপানগী অনী অতুগীদি তেলিফোন নম্বরসু য়াওই।

পরীখা লোইরকপগী অসিদা মালেমনা চৎকে খল্লিবসি মফম অহুমনি। ময়ুমনে, মধ্যপ্রদেশকী মাগী মরূপ থাকুর মোহনগী ময়ুমদনে অমনা মাগী ওজাগা পার্বতীগগী লমদম অন্দমান-নিকোবর ঈথৎ মপেদনে। পার্বতীগী য়ারোইপোৎ পুগদৌরি কোয়বা লম য়েংবা ওইনা চৎলুসি হায়না প্রো.-রঙ্গানা কম্না হায়বতুদা মদোমদা হান্না চৎহৌবনা ফরে খল্লতুনা লেপ্লে। এরোপ্লেন পাইবা মুমীৎ অমদা মখোয় অহুম থোরকপনি। দিল্লীগী চাউরবা পাক্লবা লম্বেল অমদা মী য়াম্না তিন্দুনা লৈরম্মী। হংনবদা তেক্সী থৌবতুনা ওরাং অহীং পালিকা বাজার মনাক্তা বোম অহুম পোকথায়খি নোংমৈ কাপনবগী মখোলসু তাখি হায়বা পাউ তম্মকই প্রো.রঙ্গানা হায়খিবনি— 'লৈবাক অসিগী মফম মফমদা লালহৌগী ঈরাং লৈরবনি। পাক চাউপ্রবা মায়দবা কাওলুপ কয়ামুকনা পুম্না লৈবা ইমুংনিনা শায়েপ ফানরক্লবা মতাংসিদদি তোঙান চানীংবা মচা মশীং হেনগৎলক্লি। হেনবসু হেনগৎ-লকখিনি। পুবা থাংবা রাগদবা মরম খরা লৈরি। তোঙান থোক-থোক পীজতুনা য়েংববু ফরবনিদা।'

এরোপ্লেন তোংফমদা কম্মিডৈদা ঙাক শেনবগী মীওই খরা চঙশিল্লকুনা মালেমগী সুত কেশ অতু য়েংলৈ। য়েংহল্লি। ঙাইহাক লৈরগা অতোপ্পা খরা অমুক লাক্লগা মালেমগী মশাদা মাদনা খোংতনা য়েংলৈ। ফনা কুইনা মাবনি। চৎখরে। মতুংদা ঙাইহাক অমুক লৈরগা প্লেন তোংবগী চঙনরমদাইদা কর্নল অমা অচৌ-অশাং খরগা লোয়ননা চঙলক্লুনা হংদনা খোংতনা তৌয়ে। মালেম পিং লাউরক্লে। শাউরপনা লেপখৎতুনা করিনো

কাবা পান্নগনা ফারো পূরো হুন্না হুন্না ওংপা কল্গিগীনো হায়রকই। ময়াম লৈরিবছু কোম্বশিল্লকই। অওকপা, অতোপ্পা গ্রহ অমদগী খুংলবা মীদা য়েংওবদোনা য়েংবরৈ। পুন্নমক্কী মীৎথমক্ষম ওইরকই। কর্নেল অহুনা মাবু মজুংদা কৌশিনখি। মজুংদা ওাকশেন লোয়শওগী থৌদাং পুবা মীওই ময়াম্না কুপথ কুপথরবা মওংগী ৱাহং পাউহং তৌই। য়াম্না কুইনা চখখি। এরোপ্লেন মতম পুংমুক য়ৈথখি। প্রো.রঙ্গানা শেংনা মুন্না কুপথনা মশক তাকপদগী থাদোরকই। শাউনা থোকলকপদা চৎলগুমসিরা লৈহৌরগা নহান নোংমা রাজেনদর শাবহুনা পীরম্বা ফোন নম্বরশিং অহুদা অকুপ্পা ৱারী তৌনবা পাউ পীথ্রসিরা হায়না খল্লকই। তৌরগেদহৈ হায়দনা চপ য়ুংনা খন্দুনা ময়ামগী ফোন তৌফমলোমদা লৈশিল্লুরবনি। প্রো.রঙ্গানা হায়খি--'শাউরুম্ন মালেম মথমোয় শোকপা নহা কয়ামুক্কী ঈহৌগী চাউরবা মরম অমসু লীচৎ মওং অসিনা ওইরিবনি। কারদে লাউ নখোয়না মীতোপ শক চওলুবননি। কুচু মুশিন মুবা চীনবান চাউবা খোঙগুপ তোংবা হৈতবা ঐস্ন মখোয়গীদি মীতোপনি; অতোপ্পা গ্রহগী জীবনি। মসি মাওহনবসু চুম্মী। তৌনরকখিনি। বোম অসি পোকথা-য়নরকখিদৌরিদা! কোম্নুংশওলেন তম্নরকখিনি। ওসিদি ঐখোয় য়াম্না থেওনা থুংঙবা তারে। হুয়েং লাকপদদি জহাজগী খোঙচৎসু থওহনগে। নওদি খওলমখিরোই।'

মালেম খরা ঈংথখি। অহুবু লোইশিন্দুনা লোইশিল্লবদি ওাকশেন লোয়শও অমত্তা থম্মরোই হায়না খনবদি লেপথিদ্রি। হায়দোকলুবদি নত্তে। খোঙচৎ অহুদা মালেম হুংওাইবা ওমখিদে। মথুৎ কম্না কম্না পায়শিংনবীহু তোয়না তৌই। অমুক্তি কল্কিরৱিবী পার্বতীগী মথুৎ য়াও-রুয়মাদে লৈশাবীহুনা হাইনোক তৌনা য়েংলপা লোন্না হায়রকখি—

— দাদা মালেম, ঐ রায়োইপোৎ পুবা চৎলিরনিকো।

— লোরী; ঐদি ফমফমগী পাম্বোম মচীন ওইররোই নীংলুবে।

— য়োংমক্তি নত্তবনিনা খুদাং অসি হাপ্তামুক্তি হীগা য়ৈনরবা য়ান্নি।
— ইচনগীদি ঈবুঙনা সেবা চঙবা তারেদনা।

মখোয় অহুম পোর্ট ব্লেয়রদা মুমীং হুন্নি লৈ। প্রো.রঙ্গাগী মমাকশিং অমগীদা লৈতবা য়াদে হায়না খাম্বদগীনি। নোংমা সেলুলর জেল য়েংবা চৎলুই। পার্বতীনা লমজীংবনি। হকথেংননা অপাননা উরুদ্রিবা ওইরবসু মালেমগুম্বা মফম. শংলেন অমদি নাকয়েং অসি খঙই য়েংলুই।তশেংবনি মতম অনদা শাথীরবা লাকঙম ফাঙমদ্রবা, মরাল লৈরে হায়না লৌরবশিংগী চৈরাক পীফম, ফংফম লোকপা পূম্নমকপু অমম্রা খাক্তনা মুনফম, মম্নিংদং তাবদা কিনরবা নরক ওইরম্বনি --অন্দমানগী কৈস্তুম শঙ। ঙসিদি চাউরবা অনৌবা মতমগী লাইফম ওইররে। নোংমা মতু চাউবা ময়ায় কনবা শা-নিংথৌগী পুনফম থমফম কুনফম ওইরম্বা য়োংকী থোঙনা মুংশিং মুংশা, মঙাল ফাওবা চঙবা ঙমদবা কাশিং ঙসিদি লৈরাং কংফম হৈকং-লৈকংনা মুমীং খুদিংগী থল্লবা মনম মুংশিবা লাই-খুংভম ওইররে। নোংমা মসিদা পুখিগদৌরে তাবতদা তু চুংনরম্বা চৈরাক ফংলিবশিংগী কুইনা কুইনা শেংদোকপিদ্রবা অমাংবা অমদি হককী ঈশিংতনা স্বর ফুল্লবা কা মচা-মচা-শিংগী শঙজাও অসি ঙসিদি উরুরনি য়েংঙুরনি খনবতা পূক্নিং হরাও তুজুংনরে। মতমগী অওমবা মশক মতম মাদংনদি মথঙলমগদ্রা!

পার্বতীনা কোয়না চংমিন্নহনা মতম খরা নত্রগা কুইনা ফাহুনা পুন্দুনা ওংতুনা থমলম্বা, লৈবাক অসিগী মশক নাইরগা মীওইশিংনা লৈরম্বা কাশিং মথং মথং উৎলকই। মীওইশিং অতু মৈ হৌনা শাথীবা, উল্লেনগুম ঈংনা শাথীবা অচাকপা শম্নি মৈতাল অচৌবা অমা মফাই-গন্দা উং তাবা ফাওবা থম্বদা হাকৎচবা হোংপিবগুম নোক্তুনা লৈবা হিংচা-মরীলশিংনা ফাওবা থুকলপ তৌগদবা ঙাক্তনি। হাৎপদা হালেংদবা তুপ্পদা মুংঙাইবা ওৎলকপা অমদি ওৎলুবা অনীমক্তা চাং চপ নামনা হন্নাওবা মুংঙাইবা য়াইতম্বসু কয়ানি। থাঙবদা মমায়গী উনশা হিংনং খোকপদা

ফেং হৌইখিদবা থরম্নু য়াওরি। য়েক্লবগী নোংমৈ মরূগী নোংজুলক্তা শাং-ফাত্তবা য়েংথাঙ অমত্তনা নোংশা-লাল্লাউগী অথাক অরাওশিংনা অমত্তা ঙায়রগা চুঙ্গায় ওইনরগা লৈশেম জগোই ঔরাইখিবা মী অমনীগী রারীম্নু পার্বতীনা থরায় য়াওনা লীরকই। অরাংবা শঙশাঙ অসিগী য়ুমথক মতোনদা লেপমিন্নরগা পোত্থাবা মতাংদা লীরকপনি। অরাংবা মফম-সিদগী মীৎয়েংগী শাংখৈ ফাওবা শন্দোকখিবা বেঙ্গালগী ঈপাক য়েংলকই। মুরৈননা শংবানরবা অরংবা ঈথক মরক্তা থামেনচংপা ফৈজোমনা অথৌ-ফিজেংতা লৈতেংবা রেশম ফুরিৎকী সনাগী কুদামনা মীৎ থক্লা লংবা, কোক্তা কোয়েৎ, খদাংদা খদাংচেৎ, খুৎ য়েক্তা লিরি চনবা হৌরক্লিবা লিরূং-গুম্বা থাঙশাং পায়বা, মমীৎ অনীদা মৈবী অনী, মখা ক্রক, মমায়না পুমঙান ঙানবা মৈত্রবাকী মুপা অমা উরকই। লাপ্না পৈথরবা শগাই অমদা থৌরী কোঙ্গোই থরম্নু মশেন-মরাং উরকই। অরূবা ঈপাক্কী অথেনবা মতাই অমদা অরাংশঙ্গোয় মঙামুক চাউবা শাহীং চাবা ঙাজাও অমনা ঙাঙৌ মচা মচা-পেঙবা, থরাক, ঙাতোন মপৈ-মপৈ য়োৎপা উরকই। মোবী ডিককী ঙামী অচু কুরুক্ষেত্রগী ঘতোৎকচগুম শাথী। মথুৎতা ঙাফা থুৎলাই মচা অচুমগা ঙাজাওচুগী মখা মনুংদা চোংশিনখি। ঙাগী মবুক মম্নুং হেক য়োবগা ঙামীচু বামননা চাউখোরকপগুম চাউথোরকই। ঙাজাও অচু খংপোক পোকথায়রকই—বোক্। ঈপাক অচু ঈখেঙতনা পুমঙাং ঙাং-লকই। বামন অচু মানি। মথন্তা শোনজরকই-'বামননি।' মানা ঙাংবা তাদবমখৈ অপুনবা অমদা উংচুনা লৈবা মালেমগী ফীভম শংত্রিক য়েংল-ক্লিবী পার্বতীনা হংলকখি—'কনানো করিনো বামন হায়বদি দাদা মালেম? শাইওন তরা চীনফা পুম্নিবা মালেমনা, চীনলাম-খলাম ওইনা থোক খুমদোকখি—কলিগী কল্কি! খৃষ্টান ধর্মদা লাইমিং লৌখ্রবী পার্বতীম্নু তপনা খীধরকখি—ধূমকেতুমিব কিমপি করালং কেশব ধৃতকল্কিশরীর জয় জগদীশ হরে!

মচীন মৌপ্না মখুৎ পায়নরগা নোকমিন্নখি। মতম্‌সি থন্নানমিচাক মৈপানবী অচৌবা অমা অন্নাং-নোংচুপ-কৌক্রুন্নোমদা থোক্লিবা মতাংনি। মুংশা খীগন্দবী পার্বতীনা মপাম্বোমদা কোন্দুনা ফারমদ্রবদি মালেমতু শঙলেন শঙন্নাং অসিগী খ্বায়গী মতোন্দগী ঈপাক তমা তাখিরম্বা য়াই। মফম অসিদগীনি অতুঙৈ কুইরবগী মাঙদা শাথীরবা মুপা অমনা অফা-অপূন পূম্নমকপু কাওথায়রম্মগা মতম পূম্নমক্কী ওইনা নীংতম্মবা ঈপাক ঈয়াইদা য়ুংদা শেংখিবা। মাগী য়াথৈবা য়ুংদাগী থুৎপাইদা ঈপাককী তোর্বান খুদিংমক ঙকখি। ঙসিসু হৌজ হৌজ ঙক্লি। মালেমদি ঙক্তে। মাদি ঙকপসু হৈনদে ঙকপা করিনো হায়বসু খঙদবগুম তৌই। খঙ-দবমক্তি নত্তে।

# নিপানস্থবা

বৃন্দারানী ইগাউ চাউনা মনাক্তা লৈরম্মগা থোক চংখিবা অত্থদা ঙাওই। অত্থৈঙে মস্থ-মপু চংপা অমদি খিনবগী ওইনা থোঙান্দা থাত্থনা থম্মিবা গাড়ী তম্না চংখিবত্থ মমাঙদা ঙসি ফাওবদা হুম্না হুম্না চংলি। মচা মালেমনা মাবু খুরুম্লগা থোকখি। মমানা মচাবু কোল্লগা মকোক্তা মচাগী মনম চিংশিন্দনা নমঙ্খিবা, থোকখিবা মচানা হুম্না য়েংহৈদে হায়দনা য়েংলক্তবা, মানা থিনবা য়াংহৈদে হায়দনা য়াওখিদবা থোঙজিন মরুমদা মকোক তঙ্খায় খুমত্থনা য়েংহৌবা ঙসি ফাওবা তত্তনা নীংশিংলি। ফনা কুইনগী মতুংদা প্লেন মখোন তারকখি। চাকখুমদগী গ্যাস লৈথরমদনা চেঙ্খোরক্তনা স্থমাঙ ময়াইদা কোয়লৈ লৈত্থনা য়েংখংখি প্লেননা লমশাঙ খোঙচত্তা খোঙহৌবা লমহোং তোয়বা উচেককুম অমুক্তং চাওকোয় কোয়-রম্মগা পাইখি। থোঙনাঙ ময়াদা ফম্মিবা মচানা মখুৎ ত্তিংথোরক্তনা হাইথরম্বগুম উরকই। মচা য়াওরিবা শাজাও চেল্লা পাংথকপা এরোপ্লেন অত্থবু মুংশিরকই মীৎয়েং শাংপৈ রাংমা লানখিবা ফাওবা য়েংত্থনা লৈহৌই। থাজগন্দবদা কপকন্দবদা হায়নরিবী বৃন্দারানী ফিজিনা মমীৎ তৈথোকচখি। চঙখিবদা যুংলম্মীবা ইরোনবত্থ মহী হাপলমত্রমাল্লে উয়ান্দগী মৈথু থোক-লম্মে। মুমীৎতু মথেল মচা অনীথক্তা লোঙখি। মাদি অত্থম চাত্রে।

মচা চংখিবগী মঙা-তরুক্লিত্থ চাবা য়াদে; থক্লিংদে। অহীং অপূম্বা মরক মরক্তা লৌশিং খজিক-খজিক মাঙলকপা নত্তনা মথেল ফানা তুম্বা য়াখিদে। মমীৎ অনীদগী শিঙ্খবকপা ঈচেলতনা মোনখুম ফাওত্থনা মথাগী মোন অনী-তুনা চুবা য়ানা চোংনখিরমগনি। মৈ থাল্লা থাল্লা পুঙমম

মমখি; মুৎথৎ ম্ৎথৎনা পুমগুান পুমগুান ঙানখি; কৌক্ল লায়জীরোমদা পাইখিবা প্লেন লাতুতা হুম্না হুম্না পাইখি। অহীং তথ্বায়-তথ্বায়দা হৌগৎ-তুনা ইমুংগী কুপনোম হৌখি। থবক ইংথাংগীদমক্তা থম্মিরী মুপীমচা লৈশাবীহুনা—'ইমাইবেম্মা ঐ লৈবগী করি কান্নরি থিনবিরগেরা?' হায়না হায়বনি। বৃন্দারানীনা হায়খি—'ঐনা শংদবা ঙমদবা মতাংদা নঙনা তৌগদবনি য়ুমগী মুপী ওইবনিনা শংঙবদি তৌবা তাবনি। ঐদি হাঙনা লৈথোকপা হৈনদে; নঙস্তু তমশিলগে।' তশেংবদি বৃন্দারানী পঙশং শংবা মীওই নত্তে, তুম্মিংদবা খাঙবনি। মচাবু কাউথোক্লবা নাশিখোংনি হায়বদি লৈশাবী অহুদি খঙখিদে। মাদি হান্নদগী কিবা অমুক্তা হেল্লি। মাস্তু অহীং মমৈদগী অতুম হৌগৎলে।

মতম অমদি থবক পুন্সি শেন ময়েক্কী মমায় অনীনি। অচৎপা শেন মরেক্তি লংবা অস্থুম অস্থুম হেনগংলি। অরংবা ময়েক্তা লৈবা য়াদবা পোৎলম মালেমসিদা তাঙই; য়াম্নমক তাঙই। মচাবু কাউবা হায়বসি বৃন্দারানীনা তীক্লবা লাক্লবনি। মন্ত্রিক্লজরুদবমথৈ লাক্লবনি। ঙম্বদি লৈতে। অহুবু মরল লৈত-লাক্তবা মত্তে 'কাউবা' হায়বহুমক লৈশিনবা ঙম্মুদ্রবস্তু 'নীংশিংদবা' হায়বা য়াইঙং অসিমদি হাপফম চোন্না তীকশিঙ্গরে। লুরিবনা অরৈবা পোৎত্তি শীজিন্নবা তাবনিনা ময়েং অতুম তাবা হৌনবনি। শীজিন্নরোইদৌবা পোৎলমদি লৈরুবগী করি কান্নগনি। মীৎকুপকী ঈরীক মতমগী কায়াৎনি। পামদবা কায়াৎত্তি নাথৈবা য়ারোই। অশিং-বদি পামদবগা শীংনরুদে মাগা ঈরোয়ননা চৎমিন্নবা লাক্লবনি। লাক্লবা অসিমক ফলনি। মীৎকুপনা চহী শাখিবা থোক্টদোকপা অঙকপা নত্তে। চহীগী মশীং মীৎকুপনা মীৎকুপ মাগী মীৎকুপ খুদিংনা চাউনা চাউনা হেনকৎহল্লি মীৎকুপ মশানা খঙলিক্রা খঙলিরোইদ্রা খঙদ্রে অতুগা মচা লাপ্তখিবা মমাগী থমোয়নদি খঙই। মীৎকুপকী কত্তানা মীৎকুপ হেক খুদিংগী মীনমজরবস্তু বৃন্দারানীগী লোয়শঙপী ঘড়ীদগী খঙবদি হৌজিক

অসিদা মচানা মরৈবাক ইহান হাম্না থাদোকখিবসি চহী মঙা চপ চানা ফাগদবসি মুমীৎ তরাতরেৎনিগা পুং মরীগা মিনিত তরাতক্কা সেকেন্দ মাপনদা ভায়রে; অস্নুম অস্নুম হন্থরকই—নিপান, তরেৎ, তক্লক মঙা—। মমা বৃন্দাদদি মঙা অসি ফাখিবা কইরে চহী চামঙামুক মুরে। মমা ওইবীগী হিসাবনি।

বিজ্ঞানগী চৎনবা স্নাবী মহৈরোয় ওইরকপী মমা বৃন্দাবানীদা খ্বায়দগী হেন্না ওক্না থোক্লিবসি মচা মুপা মালেম অসিনা চহী মঙা অসিদা নোংমতস্থু মরৈবাক ময়ুমদা থোকলকখিদবসিনি। মাগী বাবাচৌ মনিতোনদি ওক্তে। মানা ইনশিনবনি খঙলকপা মুমীৎতগী মকুবোক অসিবু হেক মুংশিরুদবনা নোং নীনিদি কোফী পুশিল্লকপদা রা স্নুকঙাং ভাংখিদে কোফীগী কপ অচৌবহু থম্বদা মনিতোনগী মেজ অহু তেক্কদৌই। মনি-তোন খঙই। অয়ুক্কী কোফী তোক থনম্মগা ফেৎ হাইদোকুনা থোক-খিগে তৌবদা মনিতোননা মোমোন তৌরগা খাম্মুই—'বিরিন্দা।' বৃন্দা থোঙজিন্দা লেপ্পি। লৈশিল্লক্তে। খুম্বস্থু তৌদে। হায়রুই—

— অঙাংহু হন্দকস্থু থোরক্লরোই হায়বনিনে।

— খঙডে! স্বায়দগী য়াম্না ইনশিন্নরে!

হায়রম্মগা শৎ চৎখি। মনিতোন নোক্লুনা লৈহৌই। শোঞ্জখি—'মমা শাবী নহোয়নদি খঙদ্রিবা'

মুংথিল তাল্লক্তা বৃন্দাগী লোয়শঙদা ফোন তৌহুনা কুপথনা তাকলুই —"...নঙনদি নচাহু উনীংঙিবা। অস্বায়দা তৌনরিবা ঈরাং মতাসিদা কৈদৌনরুদগে লম্বেল ওন্নখিনবা! ইস্থু অহু মানা ঈনখিবা অমদা চুমদ্রিং হেক্কা ঈনবা জাৎনি। লম্বেল খজিক্তং ওন্নখিবদা হৌগৎপা ওমদনা তুখিবা য়াবগী রা লৈ। পাসস্থু নৈনসস্থু হোৎনসস্থু। অস্বায়দদি মায়কৈ খুদিংমক্তা খুদোংচাবা ফংবা নস্তে। মানা থাগে লেপ্লিবা পরীখা অসি, নঙনা খঙিঙহুঙাই, অরায়বা, পাক হেক ওমগদবা নস্তে. ওম্বদি লায়;

ওম্বগী রা নত্তে মকোক মথংগী রানা মায়পুনবা তাবনি লৌশীং লখাগী মনুংদগী মকোক্কী য়াংথৈ চাম্মদনি খনগংকদৌরিবা। ওম্বগী, দিভিজনগী রাফম নত্রি; মকোক্তা লাকপগী রাফম্নি। লৈবাক্কী ওইবা পাক্করবা মশীংদা লীংখংপা হাম্ববসি ফাগী নত্তে। হীরম খুদিংদা মায়কৈ পুম্নমক্তা হেন হেন্দুনা ফুককংলকপা তাবনি। ইস্থগী মওল ঐ খঙই। য়াগদবা মুপানি। মমা নঙনা মুংশিরিবত্থদগী তাদনা ঐস্থ মুংশিরিবনি। নঙদি মমাদা ওইজবনি ঐগীদি চৈস্থস্থ মরূপস্থ ওইরিবনি। নকশিন্নবদি ঐনা হেনবা লৈ। চহী খরা থা খরদগী রানি। ননাক-ইনাক্তা শল্লে তারদৌরিবনি নস্থমক্তা হোংনবদা পোখাবা শংলোইদবা খরদা ডায়রবনি। কুইনা ডাইগদবস্থ নত্রবদা! অস্থপ কুইনা ডাইরক্লবদা করিগী অদুক ডাইডমদবগে ইবেম্মা! মমা অমদি ওইরে নঙ; হৈরে; অদু অতৈ খরা অমস্থ ওইবা তস্থ! পাজেং-ফীরাল থেংপা মচাগী মমা-মপাদি চঙনা স্বর্গ কাবনি নচা লৈ হায়বা মতম খরদি কাউথোকখো...।"

কুপথনা লৌশিং তাবী বৃন্দারানীনি। মকুগী রাহৈ খুদিংমক্কী অর্থ মা খঙই। ওইবা য়াবা য়ারকপা অর্থ ফাওবা হনবা ঙম্মী। মাগী মচাগী মামক্কী মপাগী মরক্তা খোংদাই ওইবী মমা অমনি। অতৈস্থ ওইনবা লাক্লজরি। ঙম্মিবরা ঙমগদৌরিবরা খঙত্রি শিন্থরকপা পিরাংনদি ফিজি চোংনরি। ঙসাই লঙজখিবগী মরাল মপাদা য়াজরুই। কপচেংলবী মমা ওইবা হৌরক্লবী মানা মকু-মপা পুন্না শক্তম্নিবা অহলদা খজিক্কংগী ওইনা পাক শন্না হায়রুই—

— বাবাচৌ ঐ লানখ্রে।

— হাই অঙাওবী অদুগীস্থ নখোন তনীকতনীকপা! হৌনত্রো, য়োং মায়থাবী! হয়েংদি জেল চংকদবা মুমীং ওইরিনি। হৌজিক্কি মাগীদি য়াম্না কোমথোক্লবনি; করিনো মানা চাগনবা খরা মপায়শিনখো। থম্মো থম্মো, কুইমল্লে।

মথংগী মুমীৎতা বৃন্দারানী মপুরোইবা উন্নবা চৎলুই। পিথক্লনা চঙলুই; মাদে হান্ন-হান্নগীগুম অহুমগুবা ম্বোং থোঙ হেক লানশিনবা অমদি মপুরোইবগী ওস্বোক্লবা কা অহু লাপ্লপ হেক উবদগী মমীৎ অনী পিরোম্বনরকই। হরাও মোমোম্ননা চঙলুই। মপুরোইবগী তঙ্গৈং তঙ্গৈংলবা মখুৎ অহু হেক পাম্বরুবদা মৈজাওবীগী মৈশা মৈফাওনরকই। মৈশাদা কুইনা শৌরক্লবা ঈশিংনা মনিল ওন্দুনা শন্দোক্লা থাজিল্লকপা ছিম্বাঙ্গৈগী লৈচিলনা মপুঙ ফানা মঙাল তারবা বৃন্দারানীগী মায়থোঙ খজিক লাং-শিল্লকই। খজিক নোক্লগা মপুরোইবদা পাউদমলুই—লৈকোন্দা থম্বা পুগ্রী মচাগী অথেনবা মতাইগী চরাং মরক্তা থাজগী মম্বিনা পনগুম্মী—

— ঐখোয়' বোইবোইদো, মাগী পরীখাহু হন্দক থারনে'য়ে।

— হন্দকসু বোইবোই থোরকঅরোই হায়ব্রো?

— খিত্তসু ঙাইরে থোরক্রুসনুদা; স্বায়গী ঈরাং মতাসিদা—

— ঈরাংলৈরব্রো! করি লৈরে?

— হ! লৈবা-লৈতবা ঐখোয়গী সিদবু ঈংবা লৈব্রনে!

— কদাই চিঠিদি ইরক্রুবো মাবো! পানীংবনা মাগী অকোনবগীসি ফাক্তোক ফাক্তোক পাবদা; তো ময়েককাসি মুৎখিদৌরে। ইরক্রো?

— করি ইরকুনি হন্দকীদি হান্নগী শাংই-শাংই হায়বহুদগী মরী-মঙাগুম্বা হেল্লি, অস থাগ্রপোৎনি লাইরিক মচা অমমুক থায়। সে তু—থাদ্রা?

— হোয়নহৈ থায়নে! মাগী ঐখোয়গী ইয়েক্তা ইবসি তোক্রি। ফৈ অঙাং ওইরিঙৈদা ঐনসু তম্বিগে খনখিবনি। মপুবোক্কী ময়াম্বদোনা ঐখোয়গী পুয়া-পুরানকাসি পাবা ঙমহন্নীংবনি।

— ই-ই! হৌজিক্তা ঙমহন্নীংই কাইনা নচামুপা মহা লাইহুবো! নহান-য়াইনা লোইনা পাথোকখ্রহুবো।

— হে-রা! অঙইবগী? কদাইদগী মাদি?

— মহোয়গী-'নাং কন্ন-লুপ' তো অহুগী মকোকফম্বহুনা থা-থাহুনা অফং-বমথৈ লোইরে হায়না তম্মকই।

- মহোয়গী লূপতু লৈরিবো ?
- লৈবা নত্তেনে হেন্না হেন্না কনখৎলক্লিবনিনে। মখোয়না চাইবা চেজাইদা নচামুপা পুয়াম্নুবত্থনা ইবস্থ য়াওরকই; য়াম্না তোয়না য়াওরকথ্রপোৎনি। করি ইরকই খঙব্রা ?
- করি করি হায়নকা ইরকই, য়াওরকপ্রো ?
- অত্থদি পুরক্রে। য়াওরক্রম্ম পামন্দুনা চীন্দা পুরে। মানা অমুক, ইকোন কোনবদা ইরকপদনে—
- অঁ, করি হায়— ?
-"খৃষ্টগী কুমগী চহীচা কুনকাহুমতোই স্থরকপততি মৈতৈ ইরচা পুন্নমক য়োৎসিনথ্রকনি; পুমমাং মাংপকী অরোইপা খোংথাং তমমকথ্রকনি। ময়োনলমগী মতাই অমতা সোইতুনা অমৎতংকা চৎপা উপততি মীলমকী নহাসিংনা লক্ক-লক্কতুনা তান্ন-তান্নতুনা য়েংনরকনি। চেকসিনহৌতরপতি থিংহৌতরপতি তাইনোসরস মৃৎখিপকুম মাংখরকনি সক্ক মচেং অমা ফাওপা থিপা খংখররোই..." অস মখা য়াম্না শাংথ্রপোৎনি।
- উম্ মহু চুম্মবনি। চহী চা অনী অহুম মতুংদি লায়রি হন্দকী চা অসিগী তঙ্খায় লানদ্রিঙৈদা মুৎলবা য়ারি।
- উম্; মপানা খরা অমুক চাওশিল্লিবা থুমাঙসি! অমহানি তোকপনা কৈদি পোক্লোই।
- মমা লৌবনিনা খুৎলায়না শোক্লবা নোংশাগী ময়া মশীং থিগদৌরিবা ইচানি। লাইরেক্কম্থ শেল-থুম ব্রাৎহনবা য়াদে। লোইনা য়োম্হোকউ। ঐগী মিংদা লৈবা মান চাং কনাগী ঐগী খোঙ্গাও অহু ফাওবা লীলা শান্নবা কাওবুদা য়োনশিল্লু। পেতীগা পিস্তোল মখুমহুগদি ঐ লৈরিঙৈদগী লৈরগে য়োল্লো হায়রম্মবনি করি থিয়েটর হায়য়ে কোয়রেং নীংশিং শান্নবুঙ মনাক্তা লৈবা—
- 'লাইস্না কুম্মৈ শঙ; হান্নগী গাক্কী নীংশিং কুম্মৈ শঙ অহু লৈত্রে ওম্হোকখ্রে।

— ঐ—মা ! ওল্লবোইরে। কম্না কুইরে ?

— কুইরে চহী তরামুক সুরম্বা য়ারে।

— ও ! কুইর' জাং ওইরে। অতৈস্তু য়াম্না ওল্লম্মনি। নঙগী মুপ্রবা ফজরমপ্রবা নশমফাওবদা নাকন নাকনদা অঙৌবা কাপথংলক্লে। কৈনো করি-করিনো নহোয়গী মচুগাতু শঙবা য়াদ্রো বৃন্দা... । নঙগী লোয়শঙগী থবক্তু রারগা তোকথোক-ও। য়ুমদা পোত্থাতুনা অহুম লৈরো।

— য়ুমদা পোত্থাফম থঙদবগী পোত্থারিবনি ঐনা তৌরিবসি। কুইর-রোইদা য়ুমদা পোত্থামিন্নরগনি। ঐখোয় ইমাইচা অহুম পূন্না পোত্থা-মিন্নরনি। বাবাচৌনা য়ুমদা পূন্নমক য়েংশিন্দুনা লৈহৌরগা ঐখোয় অহুম লম কা তীর্থগা পঙচৎতা চৎলনি। ইহে, ঐখোয়গী পোলিসী অচৌবদো মতম সুদোরে। লৌথোক্লগা বেঙ্কতা লেঙদনা থম্মগে। বাবাচৌনদি মস্তুনুপাগী থবয় চেফোঙ তৌজনবা প্রেস অচৌবা অমা তৌনি হায়রি। মস্ু-মপু মুংদাং অসিদা ফোনদা রারী তৌনবসিনা মহানি। অস হন্দকী তেলিফোনগী বিলবু অস কয়াম তারকই থঙব্রা; ওম্মোক্লা য়ামগ্র' জাংনি। অহল অসিনা ঐঙোন্দককা তাকপোং নত্তে; অহুম থীক্লরে। হৌনা হৌনকা নোক্নরদনা মস্থ-মপু মহানি।

— কৈ তৌসমু অনীতু য়াম্না মান্নবনি। অতুগা বৃন্দা, পোলিসীগী শেন-ফমতুদি বোইবোইগী লুহোংবগী ওইনা থন্নখিবদাই ঐখোয়না। হোঙ-দোকপিরোদনা হন্দক মাগী পরীখা—।

— ও, মাগী এম.এ.গী পরীখা লোইখরে; ফনা কুইরে।

— ও; ঐদি তৌগ্রিবোই নীংই।

— ঐনা নহানমুক লাকপদা হায়রম্বতুদি, তৌদৌরে কন্না হোৎনরি হায়না ইরকই হায়দনা।

— উম ! ইকাউ-ইকাউবু কাউরেদা। কমদৌখি হায় মাগী পরীখাদি ?

—এ; হন্দকসু ফার্স্ট ক্লাসপুদি শোয়দ্রে। মাগী থাজবীদি হান্নগীতুনি—।

খ্বায়গী মকোক হায়দো !

অদগী অথুদি লায়রিনে অমা, অচৌবা অমা থানবা তৌরিবসে মসিদস্থু মানা থাজরিবসি মকো'ক; খ্বায়গী মকোক। মশাদা চপ চানা থাজবা লৈনা ইরকথ্রপোৎনি। বাবাচৌনদি মীঙোন্দা য়ায়ী শাবদা পন-লাকউন্থু মীনা কজোই কমাং লৌখিনি হায়দনা ঐঙোন্দা কন্না মেন-খ্রপোৎনি ঐস্থু পন্দবনি নহাক্তা উন্নবদা হায়রিবসিনা অনী-অহুম স্থুবদনি।

- অঁ, পন্দেদনা কনা-কনাদা হায়দোকলুরবা ?

- অমনীখক্তনিদা ! হেক শোয়দনা হয়াওবগী ম্নুংঙাইবগী স্থুম য়ায়ী শাবদা য়াওখোকখিবৈ য়ানিদা।

- নহোয়গী সখী, প্রেমা চাইস্রা হোয়দা মওইরিনি ?

- চাইস্রা নত্তে শস্ত্রেম্বী হায়রগা।

- হোয়নে শস্ত্রেম্বী; ঐদি চাইস্রা হেক্তা হায়। মানস্থ মাস্ত্রদো— ! মানি ঐনা চেকশিল্লু হেক-হেক হায়রিবসে। মাদি মীনা, মীগী মচানা ফরকপা, মতোন তুমখৎলকপা তাবা হৈনদবনি; মাগী মচাগী ময়ুমগী ময়াগী য়ায়ীদা তৌরগা পেনবনি। মানা নত্রা ঐঙোন্দা থানাবু কনানা ওই হায়বগে পুলিশতা লৈরুম্থু অতোম্বী লোয়নজনি হায় হায়বদো। মাগী ময়া থিকা লল্লোনবস্থুদি অতোম্বী ময়ী স্থুরে হায়দাই; নহানয়াই বাবানা পীরম্বা পাউনি। কল্লক হেক পেল্লি।

- হাই ! অতুম্মাইনা হায়বা হৌনদে। ময়ায়বক থীবনি। মচাম্নুপী অমা হন্দক্তা পাঙন থিকাদার অমদা লুহোংথ্রে। আ-ইরাক্লোমদা পুশিনখরে।

- অহুবুদি কৈ। চারৌ মৌরৌনবদি ময়ী শাংদোকপনি কৈ। ঐখোয়-গীস্থু মানবু পাম্মে হায়বদি ঐগী-মীগী কাঙলুপ থিরোই ঐদি হেক্তা চাউনা পুংজাও থীন্দুনা হোঙগনি। অহু হন্দক থোরকপদা তাপ

হেক্তা হোংদোকপিহৌরসি কান্নদে ! মতা চাবা মাগা চান্নগদবা নমৌ অমা য়েংবা হৌরে'।

— হৌবা নত্তে অমা লৈরে হায়দনা ঐনা নহানমক হায়রম্বহূদিনা মশক মতৌ ব্রাং-চাউবা অস চূঙ-ফীরান চপ চাবীনি। গ্রেজুয়েত ওইরে। লাইরিক য়াম্না য়ৌবদি নত্তে। অদুবু ময়াইগী থাক্তা মশা ঈৎনা লৈবীনি। ঙাংবা শকপদি দোরো-দোরো অপনবা অমত্তা লৈতে, মথমোয় শেংই মবুকচেল য়াম্না চাউই। মীগী সেবাদা হালেংবা লৈতে। মাগী কা থাকহৌবা নত্তে পঙপীদা পীথোকপা জাংনি। ঈরাং থোকপা মফম মফমদা হোংচিন্দুনা য়াইফনবা খৌরম পাঙথোকপা নাগী হৈনবীনি। হৌজিকস্থু চীং মশেল হাৎতৎনরিবা অসিদা তং তাবা অঈংবা পুন্সি অমা পুরক্কবনি হায়দনা ময়ুমদা ঙাইহাক্তা লৈতে। লাইদবু খরা হেনজিন্না নীংই। হৌজিক থাঙজ হেক খুদিংগী লাইশঙদা পুজা তৌবা চংলি। মাগী পরীখা লৈবা মুমীংতা ফাওবা অহৌং নোংঙালমদাইদা হৌগংলগা পুজা কংলুই। থাঙজ অমুক্তা ঙসি ফাওবা নাম্থোকহনখিদ্রি !

— করিনোনে নঙগীসিবু অদুক মুন্না খঙত্তিসিবু ঐথোয়' বোইবোইনা লৌরদনা নঙগা লৈমিন্নরবরনে বৃন্দা। মচা-মস্থকা লৈরমদনকো ঐনা লাকপদা। লুহোঙবগী বার্ত্তোনদি ঐদি ফংখিদনা।

কৈস্থম শঙগী থার-থারবা ফক্লাং, থোঙ ময়ামগী মনুং অদুদা মমা অমগা থাপ্পা তাম্না ইনক নক্না লৈরবা মপা অমগা অমত্তা পোকচবা মচাগী রারী শাদুনা পুন্নমক কাউরি। য়াম্না হেল্লবা অপীবা মতমনি। অনীরক পাউ হায়গে লাকপা অহল ওইশিল্লক্লবা কনস্তেবল অদুনা অহুম লক শুবা ওইনা চঙলক্লগা অনীগী মতৌদা হায়বা ঙমদদুনা ময়াইগী মুম্বী অমদা ঙারগা মপি খজিক তৈথোক্লুনা লৈ। অরাপ্পা চীংগী লম অমদা ও.সি. ওইরম্বা ইঙোবীগা থবক তৌমিন্নরম্বনি। মানা য়াম্নমক

লুনা তৌখিবা থবক ফগ্রবা অহলনি। থবক্তগী পোথাব্রবা ফাওবদা মবুক-চেল শেংবা থবক ফবদগী থৌ পুবশিংনা করিগুম্বা মওং অমা নত্রগা অমদা জেল মনুংগী থবক পুবা য়াওহল্লি। অকবগী মমসদি অচুম্মক লৈবনি। অফবা মঙলগীদি মতম অসিসু থৈদোক-থৈজিন তৌরগা লম্বী পীবা মাল্লে। ওস্থোকপনি মতম মাগীসু অঙকপা মতম অমা লৈ। বৃন্দা অমদি ইঙোবীগী চহী কয়াদা লেওওম-শাওমদনা চৎপগুম চত্তবগুম তপ্পা য়াম্না তপনা হেন্না য়াম্নসু তপনা চৎলিবা অকক্লবা মতম অসিগী মনুংদা থা অমমমগী মনুংদা উন্নবা ফংবগী মতম মচেৎ অসিমদি মঙালগী খোঙয়াও অসি খোঙতেকপা থেঙ্গ্নগী খুৎচৎসি মঙালগী খোঙয়াওগী শরূক চাম্নগী মথক্তা য়াঙনা থোকই। হৌদ্রিভৈনা লোইখিগুম্মী। শেৎনরমদাইদা ইঙোবীনা তহ্-তহ্ মুপী-মচাতুবু কনানো কদাইদগীনো হংলুই। বৃন্দানা পেঞ্জ-পামজনা তাকলম্মী—

— হেরা, 'মঙাল প্লানেতরিয়ম' লিংখৎলম্বা ইপুভাং মঙালসিংগী মসু মুপী লিস্থোইওম্বীদো খঙদ্রবো।

— ও ও, সেক্রেতরী অমুজাউগী মচা ওইবা তারে।

— অমত্তা পোকপীদো।

— মপা মরূপতুদি পাখ্রানিদো।

— ঐগা নহাক্তবু লুখ্রা-পাখ্রানা করি হেনগনি!

— অহুবু ঐখোয়গীদি কুইরোই। ফরে ইচানবু পাম্মবদি মকু-মনেম নত্তে অপোকপা মপা,মমামক ওইগনি। ফরে অহুদি ইচাগী, মমাগী পাউ শাংনা শাংনা পীররাও। ইচাগী অকোনবগী চিথি অসি চীনফা পুদোরিবনি।

অচা-অথক খজিক্তংগা মচাগী অথাবা চিথিগা পীরম্মগা বৃন্দারানী থোকলকখি। কৈস্নম শঙশাঙগী নাকন্দা লৈবা লৈকোন মচাহুগী মমাঙদা থমলম্বা মাগী গাড়ীদা কাখত্তুনদি ফম্মগা স্তিয়ারিং হিরলদা মরূ লুক-শিন্দুনা ফনা কুইনা লৈখি। ওসিস্নু হীক্লা হীক্লা কপকে ভোরকখি। কপ্তুব-তনি লোম্থোক্তবা মীকপখোলনদি মুংযুক্লহল্লি।

অহৌংগী মৈ হুমিদাংগী পুং মাপলমথায় হেক তাবদগী মুৎথৎখরে। থবক রারুরবস্থু ঙসিদি ইঙোবী তুমথদরে। কনস্তেবল অহল অতুনা লৈরকপা মোমবত্তীদু চুখৎহল্লরগা উংা ছিপথরগা মচাগী চিথি অতু পাবা হৌরে— "ঐগী ইমা, বাবা অমদি পুপুদা,

ঐগী চাংয়েং লোইখরে। কুইরে লোইখিবা। হন্দকস্থু ঐ থোরক্লরোই অসিগী লাইরিকশঙ মরীদা লাইরিক পাদবা য়াদ্রে। হায়দগী য়াওরকপা কোচিং অদু নত্তবা অতোপ্পা অমগস্থু য়াওরে। কল্লা হোৎনরি। ঐগী হন্দক্কী চাংয়েংস্থু য়াম্না ফথি। ঐনা নীংবা থুংগনি খল্লি। ফমগদোরিবা অচৌবা চাংয়েং অসিদস্থু অতৈনা হেনখিরোই হায়না খল্লি। (ইঙোবী পোঙজবা মরক অমদা মঙক নোমখি মশা খঙবদি নত্তে।)

মরক অসিদা চাংয়েং হেক লোইবগী অতুদা দিল্লীগী মফম অয়াম্বদা ঈরাং লৈবদগী য়ুমদা থোক্লকে তৌরম্বনি। অদুবু ঐগী মরূপ থাকুর মোহননা কল্লা তকপদগী মাগী ময়ুম মৈনপুরীদা চৎলে। চে অসি মৈনপুরীদা ইরিবনি। মফম অসিদগী য়াম্না থাপ্পা চম্বল তম্পাক হায়বা মফম অতুদা চৎলুরে। (দাকুগী মকোল ময়াম লৈবা মফমদো !— ইঙোবীনা খঙবনি) ঐদি হৌজিক হৌজিক কিবনা থক-থক নীক্লরিবা দাকু মকোক থাকুর শঙ্করসিং হায়বতু উন্নরুরে। মাগী চৌংম্নুংগী স্থরুং অমদা উন্নরুবনি। (অস মসিগী অঙাং অসিদি—মপানা হুংশা থীজবনি) মশক্তু হিংচাবা অচৌবনি ফুত তরাক্কা ইফি নীপালগুম্বা রাংলম্বা য়াই ঐগা লেপমিন্নবদা ফুৎখায়মুক হেল্লি। মাগী শগোল তোঙান্না শীংহুনা লৈরুই হায়। (উম্ ঐখোয়গী লমগী শগোলদি পীক্কল্লি— মরক্তা ইঙোবীনা খল্লকপনি) য়েংবদা হিংচাবা মানবতা নত্তে মাগী লীচৎস্থু চিঙ্খাং রারীদা য়াওবা হিংচাবশিং-দগী শরূক মাপলগুম্বা হেন্না শাথী। (করি লমগী চিঙ্খাং রারীদা য়াওবা হিংচাবদগীনোনে- ইঙোবীনা ফরক্তা হংলুবনি) মী অসি অঙাংনা মারবোল শান্নবদৌনা হাংলি। করিগুম্বা কানদা মী অসি মশম পাম্বহনা

চিংখৎলগা মঙক থবৎ ককপগী মহুৎতা য়েংবা মুংঙাইতে মরীকচুম্বা মশান্না মান্দে হায়তুনা ইহিং হিংনা চরমদগী ঈংনা তপনা লেন্দুনা খায়বা হৌবতুনা মপোক মুমীৎ পালন তৌবদা তনজাও অমা ককপদৌনা মচেৎ মচেৎ ককই হায়। মতুদা মী অতুনা ফি্ং-ফি্ং চোংবতু উরগা মশা নোম-নোমতুনা মুংঙাইবা ওম্মী হায়। ফারুবা থানাগী মীওইশিং পরেং অমদা লেপহল্লগা অনকপদগী অমমমদা গুলী কুন-কুনমুক্কী চাংদা থুংননবা খপথরগা মানা খাক্লা নোকপতুদি চম্বল তম্পাক্কী মুঙকনগী চীংশিংসি মখোঙ তুপকদৌরবা য়ুম্বীগুম তোলহাই-তোন্নীকৈ হায়নৈ। ঐমক্তি থেংনরক্কে। শাহীংমীহীং চাবা হিংচাবশিংগী কিনরবা হিংচাবা হায়বতু ওইবা তাই। (চুম্মী দাকুগা পুলিশকদি মহৌশাগী ওইবা শাথীবা য়েরুবনি—ইঙোবীগী লৈখায়নি) মাবু ফাগনি হায়না রাশকখিবা পুলিশকী মীওই অমগী মচান্নপী অঙাং অমা ফাতুনা পুথ্রগা মপা অতু মাগী মুপীগা লোয়ননা লাক্লগা চঙজররাও, হায়জররাও ঙাকপিগে নত্রগদি মুপীমচাতুদগী মৈম্বুরগা মাগী শাগৈ-অতৈ পূম্নমক তুম্না খপথরনি হায়বগী মতাং অমদা ঐগা ঐগী মরূপ থাকুর মোহনগা চৎলুবনি। (অস কয়াদা অ-ও-পা শারিবা অঙাংনো; মীশা চাবা ফংলুরবা কৈশালসিদি শিরবা ফাওবদা মনাক্তা নকলুরোইদৌবদা।—মপানা চেকশিনজবনি)

"হাপ্তা অমগী মতম পীরকখিবনি। ময়ামদা পাক শন্না শন্দোক-থিত্রিভৈদা ঐগী মরূপ থাকুর মোহনগা অঙাং মপা অতুগী মায়কৈদগী খনবা-খন্নবা য়াবা রাফম খরা পাউ ওইনা পুতুনা দাকু মকোক অতু উন্নবা চৎলুবনি। মোহনগী মরী-মতা অমা দাকু-খুৎপু অমদা য়াওই মাগী খুৎথাংদগী মথং মথং পাউ চৎনরগা শীন্নবনি। ঐস্নু য়াওগে হায়তুনা য়াওরুবনি। (কয়াদা মথোঙ চাত্রিবা অঙাংনো—মপা খজিক মুংশা থীবনি)

"ইমা, মখোয় দাকুগী কল্লবা পাথাপ-নিয়ম লৈ। জীপ অমদা পুঙ মরীগুম্বা চৌংগী উমং লমহাংদা থৌজিনবনি। মীদি লাম্বরদনা শা

ফাওবা উদবা লমদাং ওইনা তৌই। মফম অমা য়ৌবদা চীংথুম অমগী মখোঙদা ওম্লোক্লা মান্দনা লৈরম্বা শুরুংদৌনা তৌবা মকোন অমদগী শাওমগা মানবা অহল অমা থোরক্তুনা ঐখোয়না পুরকপা লোয়নরকপা পুন্নমক থনম্নবা হায়রে। হায়বা নত্তে অকনবা অহৌবা য়াথং তৌরকপনি। ইশা পুন্নমক মাদনা খোত্তুনা য়েংলবা মতুংদা শগোল রায়বগী পৈশা স্বাম্না পীনবা হায়রকই। মোহনদি হান্ননা খঙই! কেমেরা মচা অমা পুবনি। পুশিনবা য়াদে থনম্মে। ঐগী কলম ফাওবা থমহল্লমখি। অহল অতুনা মখোয়গীদগী চেগা কলমগা পীরকই। ঐনা ঐগী পৈশা খরা য়াওবতু থমলমদাইদা মোহনদা চিংনরপ য়েংলুরমাল্লে অহল অতুনা হায়রকখি —পাথং নখোয়না হল্লকপা তাতুনা হল্লকপা থোক্লবদি নখোয়গী পোৎ অসি মফম ফাওবা লেঙঙম্মোই। ঐনা শোনখি অস। অহল অতুনা হায়বা য়ুনম মরক্তা নোক্লগা হায়রকখিবনি - নবানী পুকচেল শেংবা মাল্লি। নপুকচেলবু শেংলবদি নখোয়গী তুবুম নাম্মা কৈদৌরোই। চংলো। জয় রুদ্রদেব! রুদ্রনা চানবিসনু।

"মফম অতুরাইদা পুকচেল শেংবগুম্বা লাই শোনবগুম্বা থেংনবদা ঐ ঙকখি। হৌজিকসু ঙক্লি। লম্বেনদা মোহননা তাকলকখি—লাই ককা নীংবদি ঐখোয়গী ভক্ত অমনকা হেল্লোই। হোরেল কিরুনু মীদি মখোয়না হেন্না মানবনি। অস! ঐনা খনখিবনি।

"ঘড়ী থনম্মবনিনা মতমদি খঙদ্রে; মুমীৎ লৈথরপা মতাংনি। শগোল অতুক কুইনা থৌতুনা চৎপদি অমুক্তা য়াওখিদবনিনা রাবনা তপ তাখিবনি। ঈশিং কন্না খৌরাংলকতুনা মোহনদা অম্বায়সিদা ঈশিং ককা ফংগদ্রা হংলুই। মোহননা তাকলকই—ঙাইখো ঙাইহাক্তুং খাঙখো চরাসু রান-গদবনি। মানা মথা তানা তাকলকখি অসিরাইসিদগীদি চাবা থকপা কনাগী রারী শাবা ফাওবদা ইবানী খজিক খজিক্তগী হেনবা য়াদে। কুমথতুনা মপান-ইপান থোকপা ফাওবা য়ারোই। মসিরাইদগীদি মখোয়গী মী ঙাক্তা লৈরম্মদৌনি। মখোয়না চিংনবা হেক লৈখিবদা খুকউদা

খুঙেংদা পাম্বোমদা হেক্তা কাপথরকদবনি। মথুৎকাম্ব চুমগ্রপোৎনি। চুম্লদা চৎসি কিরুম্ন। কিবগী রা অমুক অনীরক তারকপদা ঐভোন্দা য়াম্না হৈনদনা থোকই। ঐ অসি কিগন্দবদা ফাওরে হায়দনা হায়খিবা মোহনগী মচীন্দগী কিদনবা ফাধরকপা মওং উবদা ঐ খরদি চিংনৈ। কিবদি নত্তে। অকিবনা ঐব্ কিফম থোকপা মীত্তানি ঐদি। ( মপানা মণ্ডক খজিক নোমখিবনি )

“শগোল কন্না থৌবা য়াদে হায়বদগী তপ্পা তপনা খত্রাংননা চৎলিভেদ। মফম মরাং ইখণ্ড খণ্ডহৌদনা মুপা অমা কদোমদগীনো হায়বা খঙদনা ফুং ফাওরকই। য়েংবদা চীংগী মুঙগী মচু অহুগা চপ মান্নে। খাওন ওম্না য়াল্লিবা নোংমৈ অশাংবা অনীহু য়াওরমত্রবদি নত্রগা লেঙহুনা রা ভাংলকলমত্রবদি ভাথহুনা পোখারম্বব্ য়াই। মানা কুমথরো করিগুম্বা খম্না চানীংলবদি চাররাও হায়না হায়রকপহু ঐদি চীংদা মন্ন কোকপা মুঙজাও অমা ওম্বরক্লবোই নীংলুরে। চঙখিবদা শুরুংগী কা অহুদা তৌর-স্নিবা কীবমহু উবদা ভকই। চাইরম্নিবা লুখাক ময়ামহু ওকপী ময়াম্না নীনখায়রম্মবা লুখাক মপৈ শন্দোকপা মাল্লি। মোহননা হুংলুবদা চীং মচুগী মীহুনা মখোয় কাঙব্ অমা তীর্থদগী হল্লকপদা মঙল ওইরকপগী হরাওহুনা ভান্দ্রা ফুরম্বা কুইত্রি হায়রকখি। মখোয়না ‘তীর্থ’ হায়রিবসি মওং চুম্না চাউবা মফম অমা লুত তৌরুবগী রানি। কোন্না খঙলকপনি। চঙখিবদা নহানরাই শহুর অচৌবা অমগী শাম্বোকশঙ অমা য়েংবা চৎলুবদা মফম অমদা নম্মকখিবা মনম অহু হাবমথৈ নমলকখি। হেনজিনবা অমনা হৈদোক্লবা য়ুগী স্বরফুনবা য়াবা মনম অহুনি। মতাইগী মচী অমদা মুঙগী মেজ মানবা অমদা ফম্মি। মুগী অনীখক্লা চানবা পোৎ মথং মথং পুখোর-কখি। অনীহু নহানি মশকম্ব ফজে। চৎনবী নাৎকী কিজোন্দা লৈতেং-হুম্না থোরক্লম্মবদি য়ুমগী মৌ ওথাকপীদগী তারোই। অমদি লাইরিক লাইম্ব হৈবা মাল্লি। অমদি খুঙ্গংগী লোন্দাদা ভাংই। পুখোরক্লিবশিংহু

ৱাদবু চরা ৱানবা হায়বনি অঙম-অথোগী চাকলেনমুক য়াম্মী। অহাওবা মচি ওইবা পোৎলম ঙাক্তসুনি। পুথোরকপদা অমনা হংলম্বনি—অনী-মক শা-ঙা য়াবা নত্রা? অস্ কৈশাল কৈ মরক্তসু শা-ঙা চাদবা য়াওন-রিব্রনে? থনখিবনি। কোম্না খঙলকপনা মথোয় অহুমথক্তি পোকপদগী শা-ঙা চারক্তে, হৌজিকসু মনাক নক্তে হায়বসিনি। য়ুদি পুং কুনমরী লোয়নৈ হায়। চারগা থোকলকপদা লীক মচা অমা থোঙজিন্দগী পঙলাপ লাপ্তনা তাবা উই। ঐনা মুপী অমদা হায়রুই—ইচে, নঙগীরা কৈনো লীক অমা তারে; সনা খোঙ্গুনদা তাবা তৌহৈদে হায়নৈ। মুপী অনীহু করিসু তাদবগুম মখোয়দা হায়দবগুম লুখাক শেংজিন্দুনা লৈহৌই। শগোল চিংথোরকপা, হান্না উখিদ্রিবা মুপা অমনা ঐঙোন্দা হংলকখি—থাকুর অনৌবরা নমিং করি পীরে? ঐ ভাব তাখিদে। লম্বেনদা থাকুর মোহননা তাকলকখি—মথোয়গী কাঙবুদা য়াওরকপা মীসি কুইনা ত্রেনিংদা থম্মী। মতুংদা য়ারগদবা মতমদা মাগী হান্নগী মিংহু নক্তবা মথোয়গী ওইবা মিং অমা থোল্লি—শঙ্কর, ভোলা, রূদ্র, মহাকাল…। শঙ্কর হায়রিবসি মাগী অশেংবা মমিংহু নক্তে। বৃজরাজ কৌরম্মী হায়নৈ। হৌজিক্তি মিং অসি লৈত্রে; লৈতবতা নক্তে পনবা ফাওবা য়াদ্রে হায়নৈ। নহানৱাই মানা লাইরিক ৱানা তম্মিঙৈদা মাগা মচনমুপীগবু মমা অতোম্বী অহুনা তেরসিং হৈজিল্লগা মৈ চুরকপদা মমা অহু 'বৃজমোহন' অহুনা শীংজঙনা থায়দনা হাৎখি হায়নৈ। হৌজিক মসি পনবা য়াদে। পল্লুবা মীহু মমা তোনহু হাংখিবগুম হাৎলি হায়নৈ। অহুগান নঙনা হোরেল ৱারী শাবদনে মমিং পল্লুনু শঙ্কর হায়নকা পন্নবা ঙম্বা নক্তে। মাগী মীনা মাবু 'নেতাজী' হায়না কৌনৈ হায়। নঙসু 'নেতাজী দাদা' হায়য়ু। অহল্লনি ইপুবোককুম্বনি। হোরেল শোয়দোকউৱগা মতা চারোই ঐ রা মুকঙাং ঙাংজরোই হায়না লেপ্পি।

"শগোল থনম্মগা মুপা অনীনা তুং ইল্লহুনা ফনা শাংনা অমুক খোঙনা চৎলে। অশম্বা লম্বেনদা চৎলু নথোয়নী নহানি হায়দনা তুংগী অনীহুনা

লমতাকলকই। ফিগুম্বগী খোঙ্‌প তোংলক্লমম্রবদি চীংহুম চীংহুমশিংদা চোং চোংহুনা চৎপদা নাম্ণোকলমগনি। অনী অহুমদি ম্লোং অথাবনা থুনাম থাবা অচৌবা অরাংবা খোঙ্‌প অত্তদা খৈরোক্টনা উদা চৎপদৌনা চৎলি। মশাহু হাইরং হাইরংসু তৌগুম তৌবনি।

"অচৌবা গুণ্ডহুমতনা কোয়না খাজিনবা থেন অমা লৈরম্মী। অপাকপা থেন অত্তদা নোংশা শঙ্গু নত্রগা গুমভীর ময়াম মানা-মানা থোকপা কুন্দুনা তাহুনা লৈবগুম মীওই ময়াম অমা লৈবা উই। মঙা তব্ধক অমদি ময়াই ওইরপা জ্যার কম্না শান্নরি। অথায়বা শীং ফৌবদৌনা নোংমৈ মপৈ-মপৈ মফম-মফমদা য়ুংহুনা লৈ। শগোল ময়াম অমসু পরেং শানা অহাওবা পোংলম য়াওবা শজিক চাহুনা লৈ। মফম অমদা ঐখোয়বু ফমহল্লগা মখোয় অনীগী মনুংদগী অমনা মশাদা য়াওবা খুৎলাই মচা অমা পুথোক্লগা পাউ পীরুই। ভাইহাক্তংগী মমুংদা অহোবা লৈবা মানবা মুঙথোঙ অমদগী দাকু মকোক অহু রাংনা চাউনা থোকলকই। কিনবা য়াবা, কিবসু কিনরিবা শঙ্করসিং নেতাজী চঙশিল্লক্তনা নক্লা লেপ্লরগা হায়রকখি—

— 'ইস্ন অনীদি রাদবরা?'

মোহন— রাজদে দাদাজী

শঙ্কর— ফৈ। থৌনা লৈ। নপাঙ্গলসু লৈনা উই। করিনো থরা চাখিগেরা?

মোহন— ঐখোয় চাজরক্লে।

শঙ্কর— লম্বেনদা তুমগ্ররম্মনি। চাখোদনা।

মোহন— য়াজরনি। য়াম্না চাশিনজরক্লে।

শঙ্কর— অদদি ফম্মু। য়ুদি হৈনবরা?

মোহন— ঐদি মরক মরক্তা থকপনু য়াওই মরূপ।

শঙ্কর মালেম গুম্বদি য়াল্লোন তংদে। ফবা রানি। নওসু থাকুর মোহন থক্কনু। ঐখোয়দবু শিনফমনা য়াদদনা চয়ম ফাওবা কুমথরগা

থকপনি। অদুবু ইথৌ পাঙথোকপদদি সুকথক থক্কে। মায় পাক্না হুন্নকপা অমা থকই; মায়থীরবা অমা পংখৈথকই। ওরাং অহীংগী ইথৌদদি মায়পাকপগা মায়থীবগা য়ান্নথিবনা ঐদি থক্রে। নখোয় লাক্কদবসু লৈবনা থক্রি।

"করিনো য়ান্নবা হায়বদি ?"—ঐনা হংনীংখিবনি। খঙলব্রা করিনো ঐঙোন্দা য়েংলগা তাকলকখি—

শঙ্কর— কৈথেল অমা লুত তৌরুবনি। লাখ খরা ফংলকই মী অনী অমদি শহীদ ওইহৌরে। অমনা লায়কম্নরি। নোংমৈ মরূ লৌথোকলম্বদা ঙায়রি। ঈ তৈবিরসিনি।

"মখুং অনীদু ঙিংথোরকই। ঈখেঙ মতুম খরদি কংলমগ্রি। মথুদাংদা পক্লি। চুরুপ চম্বগী মৈথেং মরূ অমা থেংলুবদুঙাই মানা মী অমগী মবুক হিংনা হিংনা লেল্লগা মরূ অনী লৌদোকলুই হায়বদু। ঈ অদু মকোক্তা মশমদা তৈথোকলুরগা অচৌবা চুরুপ অমা চম্না চম্না হায়রকখি —উম্! করিনো হায়রো; করি হায়রকই ?

"মোহননা অসোমদগী হায়রকপা রাফম পুন্নমক খরা কোইনা,শম্বা য়াবনা শমজিন্না লোয়নননা শন্দোকপা য়াবনা শন্দোক্লা হায়নবা লাক্লুই। দাদা শঙ্করদু লেপনা মখোঙ নাম্না মোন্দা মুংঙাইনা নীক্লগা তাদুনা লৈ। পূক্লিং চঙনা তাবা মান্দে। অদুবু তাবদি পুন্নমক তারম্মী। হায়দবা শরূক ফাওবা তাবা ওন্নম্বা থেংনৈ। য়াম্না লুথনা খঙগল্লি। তাবমথৈ নীংঙাইদনা তারুরগা অরোইবদা মানা হৌদুনা কন্না থাক্লা নোকললকখি। ঐখোয়না ফম্বিবা মুঙদুম অপাকপদু ফম্বিবা ঐখোয়গা ওন্থরবোই থল্লুরে। নাক-য়েংকী ময়ামদু লৈশিল লৈশিল্লকুনা ঐখোয়রোমদা য়েংলকখি। মাগী খুৎনোক অদু মশক খঙনবা অথাকপা নোংখোংনি হায়বা কোক্লা খঙলকখি। মীৎনা কুপ্পগী মমুংদা মুপী অমা চেপ্থোরকই; লৈপ্রে। মুপীদু নহানি। মমায়রোমদা উদ্রবদি মাবু মুপীনি হায়গদবা মী লৈরোই থল্লি। প্রাকুর শঙ্করনা নোক্লা নোক্লা হায়রকপনি।

— 'সুম ভাওনে ইমা, সুম ভাওনে। করিস্ম লৈতবা খাকী মচেৎ অমত্তং শেংচবা পীতংপা মীনাই মচা মানা হায়বা পাম্মিবসি ভাওনে। ঐগী ইথোঙ শোক্লা থুরুম্বা ওম্মোয়; হায়জবা তৌরোই; লাক অমা পাম্মগনা লাক্লিবা পাখং অনীসিদা মুপীমচা অঙাংতু পুথোকহল্লকউ; মী অমা লাক্লগা হৈনৌবন মমুংদগী শেল লৌহল্লরাও; মসিদা য়ারোই হায়রগনা মা মথম্তা লাকনি ঐখোয়গী লানবন অসি উৎ ওইহল্লনি; মুমীৎ হুল্লিপী মতম পীরি অসিনি হা.হা.হা... !'

"নাক য়েংকী ময়ামতুস্ম ভাবোই তাদবোই নোকলকই। খুবাক খুরগা শিথবমখৈ নোকপস্মু অনী-অহুম য়াওখি। লমহুই শঙ্গ খোংবা তাখিবা নীংশিংলকখি। নোক্লরগা হুম্বরকপদা খংশাউ শাউগৎলগা শঙ্করনা খাকথরকখিব'নি —

—'করি! মাগুম্বা তুমীৎ মরুম অমনস্মু ঐগী ইরা লৌদবা। শালা মী মরুম মানস্মু! কদাই মকুবী। অঙাংতু পুরকউ! পুথোরকউ। ঐগী ফেঙত্রবা কোহিলং হাইগৎলবা থাঙপাকতুস্ম পুথোরকউ। কক্কনি অহুম থোক্লা কক্লগা পাখং অনীসিদা য়োম্মগা পুহনখিনি। মাগী মচাগী ঈথেঙদা লুপ্লগা ইবা চিথি অমা পীখিনি–ইখিনি—ঙকচাও থেকপা চাকনিবা নিংথৌরেল, হায়বা তাবগী অহানবা মনা ওইনা ফং-বিরো নচামুপী অমত্তা পোকচবী বৃন্দা দেবীগী অশেম্বা তোংশা মতুপ-মতুপ। মথংদা অতৈ মথং মথং থারকখিনি নঙগী ঈথেঙদা তাউরবা তোংশা মকুপনা অরোইবা ওইনা ইশা লাক্লনা কৎচররনি...

"লোইশিল্লকপদা অমুক শাংনা খাকথখি। ঐ পিং লাউই। ইমাগী মিং মচেৎ ওইনা অহানবা তাবমক্তা খায় লাউখিবনি। ঙকচানরিঙৈহুদা মুপা অমনা মুপীমচা চহী মঙারোমদা ঙায়রিবা অমা মথুৎ শমর্ত্তনা পুথোরকই। য়েংলুই। ভৌরোক ভৌনা ভবোপ-ভবোপ চানবা ভল মচেৎ অমা পায়রদনা পেছো পেছো খাঙলপ চৎলকই। অমুকস্মু পিং লাউরকখি।

নক্না লেপ্লিবী মুপী অদুদি য়ানীংদনা শঙ্কররোমদমুক য়েং, অঙাংলোমদমুক য়েং, ঐখোয়রোমদমুক য়েং তৌদুনা লৈবা উই। মখোঙ শেকপা মুপা অমনা হায়খ্রিবা থাঙ অদু পুথোক্লুনা পীরে। শঙ্করনা তাপ লৌরগা অহাংবদা অমুক অনীরক ফৎ-ফৎ হাইরম্মগা মুপীমচাদু পুশিল্লকুবা হায়রকই। পায়রিবা তল মচেৎতু মুন্দুনা লাক লংশেকখ্রগা খোঙশেকপদুনা মুপীমচাদু শাগন লাক্লুনা চিংশিন্দুনা লানশিল্লি। শঙ্করনা রায়-রায় তারিবা অঙাংগী মশমদু তাপ পায়রগা মখা চীকলকপগী অদুদা থাঙবা ভম্মক্লবা ঐনা লৈজবী থাদুনা লাউখিবনি—

‘ভাইখো শঙ্কর.দাকু-মকোক !!’

“পূম্নমকসি মুংগী অশাবা শক্তম ওইনা লৈখি। মুংশিং ফাওবা চপ লেপখিবগুম তৌই। ভকপনা রাম্বরকপা য়াদৌরবা শঙ্করগী তরেক্লরকপগুম তৌরবা মথুংতগী বৃন্দাদেবী চেম্ব্বোরক্লনা মুপী অদুগী মনাক্তা চেনশিনখি। মুপী অদুনা অঙাং অদু চেৎনা কোনশিনখি। মুপী অদু হীক্ল-হীক্লা কপখি হায়বা ঐ খঙই।

“ঐগী রারী অসি অস্নায়দা ঈখেঙগী চৈথে অমগা লোইরম্মগদবনি। ঐগী মীৎকুপ খরগী মনুংদা ওইরক্লদবা ফীবম খজিক খস্তরুবদা ঐ ইশাগী মাঙদা লৈরিবা পূম্নমক অদু খুরাইগী তু মতেক-মতং অমগী চাং য়ৌনা উরক্লরে। ইমাগী খোম্লাং নীংশিংলকখি। তহা-তহা অমুক হোৎচিন্দুনা ঐগী য়েৎকী খুৎনম অসিমা শঙ্কর দাকুগী য়েৎথংবা চুবাদা লৈজবী থাদ্লনা হুম্মুবনি। লোইগদবস্থ লৈরবসিবু হায়বা রাখল অমদগী ওয়গী খুবাক্লা হাম্নগী য়েৎকী মচুবা অদুদা লৈজবী থাদুনা নপ্লবনি। খুদক্তা মা মপুক থল্লিবা দ্রম অচৌবা তুবগুম পুনত্রে তুখি। নাক য়েৎকী ময়ামদু হোৎচিল্ল-কই। মরূপ মোহনদি মকোক পায়দুনা ফমথখিঃ হিপথখিবগুম তৌই। ময়াম অদুনা ঐবু শোকপদা শঙ্করনা থোক ওম্বোরক্লনা লাউরকখি—

— ভাইখো শোকপা য়াদে !!

"পুম্নমক চপ-চপ লেপ্লি। যুকছৌদবা খোঙফম ফাওবা ফুকপা ঙমদবগুম তৌই। হন্দক্তি মুংশিৎতা নত্তে মুংশাস্থু মুৎথরে। থাবলনা মহুৎ শিম্নবা লারুরি। শঙ্করসিং তপ্না হৌগৎলকই। ইমাঙদা খুত্নপ অমরোম হেন্না রাংনা লেপ্লি। ঐ খজিক হন্দোক্লগা য়েংকী খুৎনম শেম্নত্নুনা লেপ্লূই। শঙ্করনা ভপ্না হায়রকখি —

— পঙখ্রবা পাথং নঙ হৌজিক করি পাম্মী ?

— অঙাং অসি ঐ লৈরিঙ্গৈদা হাৎপা সুপয়া য়ারোই!

— ঐনা য়াত্রবদি ?

— ঐবু হান্ননা হাংখিবা তাই। ঐবু হাৎপা অরায়বা ওইরোই দাকু মকোক! ঐ নঙগী মহাকাল ওইগনি।

— নঙ ঐগদি য়েংনবা ঙমগদ্রা ?

— নঙদ নত্তে নঙগী খোঙলোয় লমচুই মহাশিং অসিস্থু লোইশিল্লমগনি।

— ঙমগনি খনব্রা ?

— করিগী ঙমমোই। অমমমতা চঙঙক্কেরা পুন্না হুপচিল্লক্কেরা অপাম্বা তৌ। তুমীং মশা তংলবগুম্বা নখোয়নস্থু বৃন্দা কক্কনি কা হায়বা শারি! ঐ মচানি খঙদ্রা! মুপীদি ইমানি অঙাংনা লাইনি! অনী পুল্লিবা অমগী মচা ঐ লৈরি খঙদ্রা! মী নত্তবা শা ফাওবা মমা মশক খঙই মচা মুংশিবা খঙই; শা মরক্তদা লৈবা নখোয়না হেন্না খঙযম থোকপা নদ্রা! নঙগী নচা অহু ওইরম্মবদি কমদৌনি! নঙগীস্থু নচন অমা লৈরম্বা নদ্রা! হা! নমা মশক খঙদবা নঙনা নচন অহু মৈমুংদা ফ্রং-ফ্রং চোংনা...

— খ্বায়দগী হেন্না পঙলবা পাথং! নঙমুক নরায়বক ফবা ঐগী পুস্নিদা থেংনখিদ্রি। নঙগা নঙগী 'ইমা' অপীখক অসিগা হিংলে। কুইখগস্থু ঐগী পুকচেল ওল্লকপা য়াই। অথুবা মতমদা খুদক্তা মফম অসি থাদোকউ বৃন্দাদেবী নীংথিনা পুবিখো। মথা ঐনা থোকপা তৌগনি।

"ইমা, বাবা, পুপু, ওম্ভোক ওম্ভোকপা মীগী লীচৎ অসি থেংনৈ। য়ান্না নুংঙাই। নুমীৎ অত্তুদা ঐ করি মরমদগীনো খঙদে রাম্বুরকথি হায়। ঐনা লৌশিং তারকপদা লম্বেল অমদা যনগাড়ী অমদা তোংহুনা লৈরম্মী। ইনাক্তা থাকুর মোহনগা নুপীমচাহুগা ফমহুনা লৈরম্মী। পুপুনা নোংমা হায়খিবা 'ওক য়োন্দ্রবদি সেনাপতি ফম ফংলোই' হায়বহু নীংশিংলকথি।

"ওসিগীসি খরা শাংদোকখরে। হন্দকম্ভ ঐ থোল্লক্কবদা লেপ্লে। কন্না হোৎনরি। কোম্না দিল্লীদগী অমুক ইরকে।"

শাংলবা চিথি অহু অহুম-মরীরক ওন্না পাই। মোমবতী লোইথোকখিবা ভাইহাক ওইরবনি। লাপ্লবা মফম অমদগী লাকপা মঙাল অমদা লোইহৌদবা শরুক্কুদি পাথোক্কে হোৎনরুই। য়াদ্রে। ইঙোবী তৈনরবা রাথল কয়ামুক্কী মরক্তা তুমথনবা লারুখি। মনীৎতি অয়ুক ফাওবা চোংলম্লি।

মৈনপুরীদা মতম খরা লৈরম্মগা হল্লক্কুনা মাগী অরায়বা য়ুম অত্তুদা লৈরিঙৈদা নোংমা নুমিদাং অথেঙবদা নুপা অমা ভাইহুনা লৈরম্বা থেংনে। কবি সম্মেলন অমা য়েংলু তারুবনি। মথংগী অয়ুক্তা থবক অমা চংকদবা লৈবনা লোইত্রিঙৈদা হল্লকপনি। মাবু উবদা মাঙোন দারী মপান্দা ফমলম্বা নুপা অত্তুনা লেপখংল্লগা হরাওনা কৌরকই—'ইবুংঙো মালেমওম্বা নত্তবরো?' নুপাহু মখোঙ শেকই। মালেমনা মশক উবদা খঙলে। মনুংদা ফম্মুসি অহিং অসি খেঙলে লেকথোকখরো হায়রুই। নুপাহু য়াদে মী ভাইহুনা লৈরে হৌজিক্কক চম্বলতম্পাক পাংদবা য়াদে হায়হুনা য়াদ্রে। ফিনা য়োম্বা উপু মচা অমা পীরম্মগা চৎখিগে তৌই। মালেমনা হংলুই—

— করিনো সিবো চাচা, কনানা পীরকপনো?
— কিরুম্ভ পোকথায়-খোংকায়গদবা করিম্ভ য়াওরম্মোই। ঐম্ভ মুন্না খঙদে ঐখোয়গী 'নেতাজী'না নঙগী মথুংতা শিন্নরমদবা য়াদে হায়দনা

হায়রকপনি। অহুগী ঙাইরম্বনি।

— ও ! দাদাজীদো ! অহু ঐনা ফংলে হায়দনা সহী পুখিগেরো, মঙোন্দা উৎলুনবা ?

— মহুগী তঙায়ফদবা লৈরোই। মাদি লোইনা থঙগনি। হুম্নি ফানা লোৎপা য়ারোইদবনি। নীংখিবা মুমীৎ পুংফম শোয়নবা য়াদবা লাই-হিংচাবনি।

হায়রম্মগা মখোঙ শেক-শেক্কনা চংখি। মমথখিবা মতাংদগী শগোলগাড়ী থৌখিবগী মখোল তারকই। ঙাইহাক লেপ্তুনা য়েংলুই। হৌজিক্তা খল্লুবদা তু চুংগে তৌবা রাকম খরা নীংশিংলকখি। অশংবা ফিনা চেকশিন্না য়োম্মবা পোৎতুগী মথক্তা অঙাংবনা ইরম্মী—'লিংজেল খাবা মন্নু অমদা পীবা থুদোল।' পীরক্লিবা মীতাহুগা হয়েংগী খবরগী পাউ মুংঙাইনদনকো ! হায়না কাবক খল্লগা থাঙ মচাহুনা ফারিবহু লেপ্পংলুই। উপু মচা ফজরবা অমা ওইরম্মী। য়োম্নম্লিবা খবর অহু হাংদোক্লগা য়েংবদা উরকপনি। অস ফজৈহে উপুসিফাওবদি ! মখুম থোক হাংগৎলুই। ঙক্লিবা অমনা সনানা পানা য়ৈথোক্লগা অমুক থুপ-চিনবা সনাগী কপচ মচা-মচানা কোয়না পানবা অমা ওইরম্মী। অহুক য়াম্বা সনা অমুক্তা উখিদ্রি উগেম্নু খনদে। ঙক্লপ অহুম তৌই। হাংদোক-ফম মানবা কোচি অনী পাল্লম্মী। হুক্তোক্লগা তপ্পা হাংগৎলুই। মন্নুংদা য়োৎকুম্বা কোকঙৌগী মচাককুম্বনা শাবা খুজী নাম্মা য়াওরম্মী। কো-প্লিবা মকোয়হু মাম্নদনা উই শৌজিন্নকম মপাহু তৈরিবা অরংবহু ইথোক খোকতোকপদৌনা তৌরে। ঙসাইমথৈদি মরক্তা থর খরদংদা ঙক্কে তৌরম্বনি ! হুন্দক্তি পুনঙক ঙকই। অহুমাইনা ঙকপা অমুক্তা য়াওখিদগ্নি। ফজরবা অথাবা অঙৌবা চে অমা য়াওরম্মী। ফাক্তুনা পারুই। ইরম্মী—

"ইবুংঙো মালেমঙম্বা,

পুল্সিয়ু। য়োংচমগী খুজী নাম্মসি ঐগী অমত্তা ঙাইরম্বী, ঐনা মপাস্তু মমাস্তু পূম্না ওইদুনা লৈজরম্বী মৈ চাকথবী ইচলগীনি। শিন্নফম লৈতবনা চেৎনা থনম্বনি। পায়শিল্লু। নঙগী ইমৌ অদুদা স্থপনগী নোংমখক্তমক শিহল্লু—নোংমখক্তা। নঙগী ওইরগদবী ইমৌনা য়োংকী খুজী শিবা হৌনদে। ঐগীদমক্তদি মসি য়োং নত্তে. ধাতু নত্তে পীক্লবা থমোয় অমনি। অমুক্তং শিহল্লু ঐগী থরায়না পেনবা ওইগে।

নঙ পুলিশ ওইয়ু য়াম্না চাউবা ফমদগী হৌহনগে হায় হায়বা পাউ তারে। থবক তাঙলবা মতমসিদা অদুক লায়না ফংবদি থাগৎতবা ঙমদে। ওইখিবা তাদুনা অচৌবা ওইদুনা ঐগী লমলোমদা লাকপস্তু খঙদে হায়দনা হান্ননা খুদোল অসি পীহৌবনি। হুন্দমুক উন্নবদদি অততায়ী ওইবা য়েক্লবা ওইনা থেংনরবা য়াই। নঙ ঐগী য়েক্লবা অচৌবা ওইরগনি। মতা চারবদি নত্রগস্তু চাদ্রবদি নঙস্তু ঐনা পীখিবা স্থমীৎ অদুগী মন্নুংদা ককতুনা হাংখিবা পুলিশ ইনস্পেক্তর অসিগী ফীবমদা তারবস্তু য়ারি। উপু য়োম্মিবা খবর অসিগী পুথকমক্তদা শোয়দনা য়েংঙু। হান্নস্তু নঙ ঐগী য়েক্লবা ওইবনি। মতুং লাকপদদি নঙস্থ ঐস্তু অমনা অমগী ঈখেঙ শোয়দনা পাম্নরগনি। লাকপা তারবদি মদুগী শেমশারগা লাকউ। মতম-হুদদি ইচলগী পোং অসি শিন্নবগী মতম ফংলোই। নঙনা কনখিবা অঙাং অদুক্তা চাউরিগৈদা হাংখিবনি। মদুগী লমনস্তু খুমখিবা কুইরে। মতুপ মঙা থোক্না কক্লগা চহী মঙাদা ঙায়রিবী ইচলগী লমন খুমখি। য়াম্না পীকপা খুজীনি। নঙগী ইমৌদা শিবা য়ানবা শৌফমদা ঐনা থদৎলবনি। য়াথং তৌবতনি ঐনা খঙবা রূদ্রদেবতদা নত্তনা অতৈ লাই ফাওবদা হায়জদবা 'রূদ্র'সিংহ দাকুনি। ঙসিস্তু নঙগুম্বা য়েক্লবা মচা অমগী মফমদা হায়জবগী য়া থল্লুস্থ। মসিস্তু নঙনা শোয়দনা ইনবা তাবা য়াথংনি হায়না থনগদবনি। য়াথংতবু মীহিং শায়বা দাকু শঙ্করগী ঈ তৈরবা মচীন্দগী তৌরকপা নত্তে পীক্লিবা চহী তরামুক্তা ঙায়রিবা করিস্তু তৌবা ঙমদবা মবুঙ অমগী শোক্লবা থমোয় অমদগী তৌরকপনি হায়বসি শোয়ত্রবনি।

য়েক্লবা মচা নওবু ঐগী মবুওগী থমোয়নদি মুংশিরি। অহল অমা ওইনা নওগী খোঙথাং খুদিংমক মঙ্গল ওইহনবিয়ু হায়না রুদ্রদা হায়জরি। ঐগা নত্রগমু ঐগী কাওবুগা থেংনবদমু নঙদংদি মঙ্গল ওইহনবিসমু। য়্যারগদি নরৈবাক্তী নজাতিগী সেবা তৌবা য়্যাবা থবক পিক থম্না লৈরি।

রাফম অমনা পাখং, নওগী শাবান, নওগী মওং, নওগী নথৌনা নরীংজেল ঐ ঙকপমথৈ য়াদবা ঙমদে। অতুগনে পাখং নঙনা তৌবা ঙম্মোইদবমু লৈবনি। খঙবা ফৈ।

নওবু লুনা তৌবা য়েক্লবা অমা"

য়োম্মকপা খবর অতু শন্দোক্লুনা য়েংলুই। চাউনা নম্বা উরকই—'শাথীরবা দাকু শঙ্করনা পুলিশ ইনস্পেকতর অমা তমথীবা মওংদা হাৎলম্মে।' ফোতোনচিংবা উরুই। মশক খঙবা য়াদ্রে। ফোতোতুগী মথাদা অত্তাংবনা খুৎনা ইরক্লি—'মসিগী ঈনা ইবা য়্যাথংচেনি।'

মালেমঙম্বা মমীৎ উইশিল্লগা মালঙ অমদা ঙাইহাক য়েংতুনা লৈ; খবরদা অমুক য়েংলম্মগা য়োৎকী মল্লবা খুজী অতুদা মুন্না য়েংলকই। অনকপদা লৈবা মসজিদ অমদগী অন্নাংবা খোঞ্জেলদা লাউরকখি—অল্লাহু হো অকবর।

মমায় মমীৎ তাথোকসুরগা অহীং তংখায়দগী হোৌগৎতুনা লখীদাগী হোতেল মচা অতুদা শঙ্গোম অমা থকলুরে। চঙলকপদা থোঙ্গাল ময়াদা নহারোল থরনা ফাদনা পুরগা লাপনা থাদোকলুরবী, মালেমনা লুনা তৌবী হুই খোঙ্গশেকপীতু ময়াং কংত্রিক কংদনা মমৈ হাইতুনা চঙশিল্লকপা উই। হাই! নঙ লাকঅবোইরে থবা লাও-লাও হায়দনা কৌরুই। লখীদাগীদা তনচৎ অমুক চত্তুনা লোফ মকক অমা লৈতুনা পীজৈ। শেকপদগী হেনজিনখ্রবা হাইদনা লৈরবা মখোঙ অতুদা ঙাইহাক য়েংলুরগা শঙ্গোম অমগমু লৈবিরম্মী।

কাদা চঙলক্লগা ফনা কুইনা হাংলুত্রবা মাগী স্যুটকেশ মচাত্থু লৌথত্থনা হাংলুই। মেলা অমদগী লৈরকপা লৈতেংপোৎ হাপননবা চীংগু উগী উপু মচাত্থু লৌথোক্লগা তপনা হাংদোক্লুই। খুজী পোপচাউবী নাম্মত্থু তপনা লৌখৎলি। মতম খরগী মমাগুদা মানা হুকচিন্দুনা থমখিবা মাগী মমানা শাবিরকখিবা মুগুয়াই মাপন (নবরত্ন) হৎপা খুদোপ অত্থু য়াওরক্কেনা; হুক্কোক্তুনা মহুৎদা লৈরম্মে। তপনা লৌখৎলি। তপনা অমুক খুজী পোপচাউবীগী মচীন্দা হুকচিল্লি। উচন চপ চাবদৌনা তৌবনি। নাকনদা থম্মিবা য়োৎকী খুজী মচাত্থু পায়খৎলগা মচীন অত্থু খজিক পৈথোকহল্লগা খুদোপ অত্থুদা থিংজিনগে লাক্নে। উচন চপ চান্নখিবনা হাপচিনবা য়াদে। মায়কৈ মওং মওংদগী হোৎনগে খল্লি। খুজী অনীত্থুগা খুদোপত্থুগদা মুন্না য়েংলগা ফনা কুইনা খন্দুনা লৈরুই। লংলা-লংজীন ইউ-উদে। ফনা কুইনা পায়ত্থনা লৈ-লৈত্থনা য়েংলম্মগা নহান মানা পাখগুবগী 'পাফন' লাই অত্থু থেৎকৎনবা য়ায়রুবা মুংথগু অত্থু নীংশিংলকপগী অত্থুদা ঙসাই পাখিবা চেগী অয়োইবা পরেং অনীত্থু নীংশিংলকই—'অত্থুগনে পাখং নঙনা তৌবা ঙম্মোইদবস্থু লৈবনি। খঙবা ফৈ।' থহুৎদা খজিক নোক্লুই অত্থুগা পোৎ অত্থুম অত্থু উপুত্থুদা তপনা হাপচিল্লি। মথন্নতা শোল্লুই— খুজী অনীসিদং ওইরমগনুদনা, খঙগদবনি।

# মাপলসুবা

বৃন্দারানীনা মচা হকথেংননা উরক্লিবসি চহী তরাক স্থদৌরে। অহান-ষগী চহী অমতুদি মমা অসি ঙাওচৎনবা হায়বতু ওইথি। অহানবা চৎথিবা থা তরেৎমুক্তি মথেন ফানা চাখিদবনি। কপকনখিন্দ্রবী বৃন্দানি, কাচিন খুদিংগী মপি তৈথোক্তনতা লৈরকখ্রে। ফিজেৎ-চাকচা মওং তাবদা হায়ন-রম্বী বৃন্দা কুইরে মাগী পিক-পিক থন্না য়াওবা ফিগী অম্বারী অহুমতু হাংখিদবা। মমাম্নগী মিংশেল ফাওবা তৈথোক্লিংদ্রে। মচাগী অমতুগা মপাগী অনৌহুমগদি মুত্তিগী অযুক্তা মানা ইল্লিবা ফি মতেক অতুদা তৈথো-কই। বুজারী অনৌবা লৈশাবী অতুদি করিনো ইমাইবেম্মসিবু থোংলি-বমথৈ চাদে হাপ্লিবা মথৈ লেম্মী কমদৌরিবা মওংনো হায়দনা ঙকলুই। অযুকতু হোবে-হোবে ঙস্তানা লোয়শঙদা মখোঙনা হেক্তা চৎথি। মুমিদাং-বাই থেঙনা হল্লকই। গাড়ীদা হেক-হেক থিল্লকই। মশম মনা থোইনা চেকশিল্লবা তৌদে হাৎপোই হাত্তবোই হেক্তা থোকথি। লৈশাবীদুনা 'ইমাইবেম্মা শম হাৎত্রিয়ে' হায়দনা নীংশিংলকপা য়াওবদা ঈংনা লেম্না মোমোন তৌরগা হায়রম্বা য়াওই—ইবেম্মা, লিক্লা তারবা উৎপুঙদা মৈ-তাল ওম্মুহুনা করি কাম্নদগে, নঙদি ইমানা হল্লকপদা কেনা অতুম লৈরম্মু! ইচাদি নশক্ল-নশক য়েংবা মুংঙাইরিবা। লৈশাবীদু ভাব তাজদে, মপুঙ ফানা চীং লেম্মবা মায়থোঙবু লূম-লূম লাউহল্লিবা চুবাগী অঙৌবা শরাক অতু য়েংলগা কিজনা লৈহৌই। মাগী কাদা অনৌবা চেকোঙ অমা হীরম লামায় য়েংহুনা লৈরিবা অহুল মনিঙোনদি অর্থ মুন্না থঙই। নাকন্দা থেং-লিবা কেলেন্দরদা থারিবা খুত্তগী কুমশীং অতুদা ঙাইহাক য়েংহুনা লৈরুই।

খল্লুই-অঙাং অসিবু মমাগী মনাক্তা লৈরগা হোৎনরো হায়গ্রসিরনে। মচা অসিগী অনম মতাসিগা— !

নোংমা মুমিদাং অমা, থাবলম্ব ফৈ, ওল্লাং ওনশাওনবা মতাং অমদা বৃন্দাগা বুজারী লৈশাবীত্থগা সুমাঙদা ফমহুনা পোখাবা ওইনা রারী মতেক মতেক তৌহুনা লৈ। নোং-নীনি মতুংদা পারুনবা নৈনচে অমা ইবা লোইশিন্দুনা অমুক অনীরক হন্না য়েংলবা মতুংদা ঙাইহাক তীংলী য়াঙলীবা ওইনা মনিতোনম্ব থোকলক্তুনা য়াওরৈ—

— নমা-নচাদি হকচীক সাংঙিরা ?

— বাবাচৌ, শাবনা, ঙসি নোংনীনিসি খংহেন হেনবগুম তৌই।

— বিহারগা রাজস্থানগদদি মী ভারীদা শিনরে। ঙাচিং ফারগা জমুনাগী তোর্বান লৈঙোই মথক্তা শং লংখংপবু খুদক্তা ঙাংশং ঙাংশিল্লে হায়নদো।

জমুনা পল্লকপদা দিল্লী নীংশিংলকই। বৃন্দা ঙাইহাক কাউথোক-লুরবা মচা নীংশিংলকই। হান্নরা রারী খরগা তৌনীংলম্বগা লৈশাবী অত্থদা অয়াংবা চৌকী অমা পুথোকহল্লকই; বাবাচৌব ফমহল্লি। লৈশাবী ত্থদি ম্নমীংচুপ্পা থবককা রারুবগা রারী মরক্তা খক-খক চিংলম্মবনি। মহুৎ শিনবিনবা অহুল অত্থ ফমহৌবদগী 'পুবোক কোফী লোল্লমথোরা হায়বদং হংলম্মগা হোয়-মায় তাবা নংদনা অত্থম চঙখরে। মকোক্তা মোন শোক্তিনৈদা মরক্তা বুদ্ধি অত্থম মাঙখরে। বৃন্দানা হৌদোরক্তিনৈদা বাবাচৌনা হোরুই—

— খঙদে বৃন্দা নতৌ য়েংবদা মুংঙাইত্রবনি, বোইবোইসিবু কৌথোক্লগা অসিদা হোৎনরো পরীখাহ্ন থারমদাইদা হুৎ পাইশিল্লো হায়রসিরা; ঐথোয়না শীনববুদি মাস্থ য়ানি।

— বাবাচৌ মানা তৌরিবসি কুইদি কুইমল্লবনি। মরক মরক্তা খর-খরনি-দংগীদা ওইরবস্থ উন্নরবদি ফগদৌনি। মশকপু খঙগদবা মাল্লক্তরে।

— নহান মাগী ফোতো চবুল অমা থারকইহুদিনা।

— ফোতোনা ফোতোনিদনা। ঐদি উনীংবনা—।

— অহুবু কুইররোই। মাগী অরোইবা পেপর অহু থোকপা মুমীংতা অহুম পাইরক্লো হায়খ্রদৌনি। হেক লাকপগা বৃন্দা কান্নদে হোঙ-দোক্নবা তৌরসি। কোন্না কোন্না অমুক থাবস্মু অহুম য়াবনি। নস্মু অমা করি অমা লাক্লহুনা লৈহৌরবদি মথোয় অনীমক পূন্না চৎচখ্রবস্মু কায়খ্রে।

— মানা খবরগী করি করিনো পরীখা অমা থানি হায়রিসিবু—

— থানি নত্তে থাখরে। য়াম্না লুখ্রবা ময়াম্না তান্নরিবা জর্নেলিজম লোমগী পরীখানি; লীশীংলীশীং থাবদা য়াংথৈ চাম্মক্তা খনগৎপা জাৎনি। মঙোন্দদি য়াম্না লায়না থোকই, ফজনা ইখি মকোক ওইরকনি হায়রি।

— এম.এহুদি হন্থনা লাক্লমাল্লেনে ?

— অহু মাল্লি অশেংবদি হায়রক্তি। য়াম্না মুংঙাইখিবা পেপর অমদা চে য়েংঙিবহুগা মাগা চান্নরমদবা য়াবগী রাদি খজিক্তং পল্লকখি।

— ফরেদা বাবাচৌ ওন্মবদি ফরে; রাংবা নেম্বা, মকোক ওইবা মমৈ তাবা—পূন্নমকসি তোক্লসন্মু। অসিদা থবক মচা অমা করিমা তৌরগা মুংঙাইনা মচা লক্লদনা লৈরসন্মু। মশানা নত্তবা তৌরুদ্রবা ওন্ননা চৎলুদ্রবদি মীরোল অনী অহুমদি চরা হেন্দবা য়ানবা লৈরে। তোকও থোরকও হায়রসি।

— নচা ইবুংঙোহুনবু য়াবিরক্তদ্রনে বৃন্দা ! মাগীদি মকোক ওইনি মরৈ-বাক মজাতি মাগী সমাজ শেমগৎখিনি অতৈদগী মজাতি অসিনা পুংহেন হেলহনখিনি সিনিনে। তৌরিবনস্মু হোৎনরবদি মরায়বক লৈ-রবদি ওমগদবা ইস্তনি মঙল অমা চপ চানা লৈবা মালেমনি বৃন্দা থাজৌ, থাজদবা তৌমু। মপোক-মপ্সিস্মু ফখ্রবা অঙাংনি।

— বাবাচৌনস্নে অহুমাইনা হেক ইনশিনবসিনা মশাদি য়ক লাউনা মীদৌনা ফবস্মু নত্তবদা—।

— এ ! করিগী ! কনানা হায়রিবা ! য়েংঙু ময়ায়বকা হেক চায়বদা লংদৌরিবা ইশ্বনি। লৈবাক অসিদা পুংঙাল ঙান্দৌরিবা লাইপোক অমনি। লাইবকী লাই থুরুমজবা তাই নঙ ঐনা—।

— লাইবক্তা ঈশ্বরগসি ঐদি বাবাচৌ অঙাং ওইরিঙৈদগী মদোমদা লৈশিনবসি ইঙম ঙম্মক্তে। হৌজিকস্থু কয়া মঙমদ্রি।

— মহু নঙগী বিজ্ঞানগী মহৈরোয় ওইরুবগী মুনফাত্তবা য়ারেপ ওইবস্থু য়ারি। লাইবক, লাই; ঈশ্বর, নোংদম্বা লৈনি। লৈত্রবা ফাওবদা শেম্মিবা ঐখোয়না থাজনা লৈহুনবা ভাবনি বুন্দা। ঈশ্বর মাগীদি লৈগে লৈসম্থু লৈরোই তোকসম্থু; মাগীদি লৈবা-লৈতবনা মাঙবা তোংবা করিস্থু লৈবা নত্তে।

— অহুনরা মন্দিরগী ঈশ্বরশিংনা নোক্তুনতা লৈরিবা। নহান নোংমা গোবিন্দদা চৎতুনা কপচরুই ইচা উনীংবনা। কপতুনা হুন্নকখি। মাদি হায়গুম নোক্তুনা অহুম লৈহৌই।

— মতম পুন্নমক্তা ফীবম খুদিংমক্তা মোমোন ভৌহুনতা লৈরিবসিগী অর্থ খঙলকপা মতাংদনি লৈতবা লাইগা হাকথেংনরক্কদবা। হৌজিক্তি অরৈবা ঈশ্বর ফাওবা উনবা য়েংবা ঙমদ্রিবা মীওইবনি। মূর্তিদা শক্তমদা, মুঙদা উদা অয়েকপা লাইশিংদা থ্বায়দগী য়াদবা য়ানীংদবা মী অমনি ঐস্থু। পুজা ভৌহুনা উসোব কৎপগী শরক্তা রুবতা নত্রগা চাবা ফংদবা চাকনিবা কাঙবুদা পীজবনা পূন্য ফংগনি হায়না থনবা মীনি। ময়ায়া থাজনরিবা ময়ামসিদা থাজবা থম্বা ঙমদবা মীতানি।

— বাবাচৌহোয়দি লাই অহুম হায়দগী থাজৈদা ঐ থঙপ্রবনি মহৈরোয় ওইরিঙৈদা।

— ঈশ্বর অমদদি থাজবা থম্মী।

— মস্থুস্থু থাজজবনি।

— ঈশ্বরগুম্বা অমদদি ঐস্থু থাজবা হোরে থয়া থয়া। লাইবক্তদদি থাজগে ঙমদ্রি।

— ওম্মকখিবা য়াই; চহীনা খয়া লাইবক্লা খয়া— ।
— কর্মনা খয়া হেল্লা ।

মপা মচা খরায় ভানা নোকমিন্নখিবনি। মতাং অসিরাইদা লাপ্লপ্লা নোংথাও খংকুপ কুপখিবগুম্বা অমা তৌখি। মনিতোননা-হাই ! করিনো হুংখি। পাখৎপদি নত্রগস্থু চিংনরপ তৌরুই। বৃন্দারানীদি থোইনা খল্লুদে। মনীংলোম খংবা নোংথাক্লোমদা থরানমিচাক মথী পাইরম্বা য়াই নত্রগনা নোংবুবা লৈচিন মতুম অনীগী মরক্তা নোংথাং থোকলম্বা য়াই হায়না চম্না অহুম লৈ। নোক্লিঙৈ মতাং ফাওবদা মচান্নুপাবু খংনীং নীংশিংলক্লম্বনস্থু ওইবা য়াই। অহল অহুনদি অঙাংশিংনা কেমেরাককা শীজিন্নবা মাল্লি হায়খি। বৃন্দানা ওইবগী মরম সুকলৈ লৈতবগী থাজবা কন্না ফোঙখি। মনিতোননা ওইরমগনি হায়না খনবগী মরমস্থু লৈ। অহুমকপু রাফৈনি খনবদগী লৈশিন্নক্লুনা মালেমওম্বগী লুহোঙবগী মতাংদা খন্নবা হোরুই। বৃন্দারানীদি হান্ননা ঙস্তানা অহুম পালহুন্নীংলবনি। অহুবু মচান্নুপানা য়ানীংদবদগী লোয়ননা মপা লৈনা লৈনা য়াওদনা হোঙবা য়ানীংদবদগী কন্না তকশিন্দবনি। রাফম অসি খঙলবা মতাংদা অহল অসিনা হায়রকখিবনি—

— অহুগীদি বৃন্দা, হোঙবগী সুমীৎতুদা ঙাইহাক্কুং পুরকপা য়াগনি। ঐনা ঙাংনগনি। য়ানবা তৌনবা থবক্লি। অহুগীস্থু মথক্তা ঐগী মী পিক থন্না লৈ। মিয়াদ লোইগদবস্থু খিত্তা ঙায়রবনি। য়াগনি।

— মচু বাবাচৌ, ফজগদবা মান্দে। করি তৌই হায়বগে সুমীৎ-থা হুইনা চাখিদোবা লৈতে। চহী অনী-অহুম মঙায়রে। খঙহৌরোই। অহুদগী অমুকস্থু সুপীমচা লিপ্পোইওম্বীনস্থু মৈ ঈশিং চঙদবমখৈ ফৎ-ফৎ কপ্পোক্লুনা ঐখোয়গী সুপা অসিবু ঙাইরি।

— হাই ইমৌ লিপ্পোই অসিদি য়েংবদা য়াম্না সুংঙাইরেনহে। মশক্লা মশক কজরিবা। মপুঙ চপ চানা ফারে। নহান নোংমা গাড়ী থোখিবা

উহৌববু য়াম্মক হেক্না লেমখ্রে। করিনো কয়াইদনো থবক অমা তৌরবরা মাবো ?

— হো সরকারগী থবক তৌবা ঐখোয়গী মুপা মচিংছুনা য়ানীংদে হায়দনা লনাইগী চেকোঙ অমা তৌরি। নহারোলশিংগী কোচীং সেন্তর অমসু তৌনি হায়দনা চেনবা হৌরিবনি।

— উম্। ঐদি খঙদেদনা। নঙদি মুন্নবু খঙজিনে!

— ঐগা য়াম্না তোয়না উন্নে। ঐগী লোয়শঙগী থবক্তসু মতেং য়াম্না পাংজি। মনিপুর অপুন্নগী ওইবা মৈরা পায়বীগী লুপ অমা শেম্মনি হায়নসু হোৎনরিবনি। লুচিংবা ওইবগী থবক হে; ওইগনি। শৈরেংগী লাইরিক মঙা সুরে কোঙজিবা। ওহোকপা মীওং অমা ওইনা লৈ।

— ও ও! ফৈনহৈ বৃন্দা; ঐখোয়গী থৌ অচৌবা সুবসিগা পরুগনি।

— মনে অসিনদি কনানো মন্ত্রী ওইরকদোবা থিকাদার অচৌবা অমদা থাজগদবগী কম্না তৌরে হায়না তশ্মী।

— মনেহু ঐ খঙই। য়ুম অসি মানা পাল্লিবনি। কাম্নরোই উরোংখিনবা তারে। হায়নদনা খোৎনদনা তৌরগা রারোয়পোৎ পুশিন্দুনা থম্মসি। অঙাং অনী মশা মশাসু য়ানরিবনিনা মুংশা থীন্নীংঙাই লৈতে।

রারোয়পোৎ পুন্নি লেপ্লবা মুমীৎ অহুমক্তদা মনেয়াই অহু নহানয়াই লিংহোইঙম্বীবু অক তম্বিরম্বা পাঙন ওজা অহুদা চেনখিবদগী য়া-য়া তৌনদনা নৈথোকলে। তম্বিবা নত্রবা মতুংদসু ওজা য়াম্না তোয়না লাকখি, মনেয়াইগা লোন্দিন্নবা তৌই হায়দনা লিংহোইঙম্বীদি চিংনবা কুইরবনি। বৃন্দারানীগী লোয়শঙদা ফম্মিন্নবদা লিংহোয়না হায়খি—

— অন্তী, য়াম্না ফয়ে; ইনেয়াই নহানি। লাইবক থীবী ওইনা কুইনা লৈরম্মবনি। ঈশ্বরনা শীনবিবা ফয়বনি। ঐখোয়গী ইমুংদি কোনবিনবা লৈতনা লৈহোবা তারে খমুবদা মুংঙাইতবনি।

— পাঙনদা ওংখিবসিমসু—

— অহুগীদি অস্তী মরী-মতা পাকথোকপনি হায়রবা য়াই। লম অসিদদি লৌন-লৈনরবসু করবনি। অহুদা অতোপ্পী ওইরুরিবসিদি চুমদবনি। মসিগী থরা মুংঙাইতে।

— ও, হায়গী মুপী অহল লৈবা?

— অমত্তা নত্তে কাছাড়রোমগী অসোমদসু অনী লৈ হায়না তায়। মচাশিংদি লোইনা করি হায়। অমদি আরবলোমদা চাউনা কারবায় তৌবা য়াওরি হায়।

— ও, শেলদি থরা পায়রম্মনি। কৈ শাগৈ-নাত্তে মবীসি পাকথোকপদি চুম্মবনি। অহুদা লিস্লোই রা অমনা মারবা মওংদা পাকথোকপা চাউথোকপদি অনীমক্কী ওইনা কবা লৈ। ঐথোয়গীদনা পাকথোক্কদবনি অতেগীনা মশাং অমত্তা ওইরবসু হুয়হুনগদবনি হায়না থবক চপ্পরগদি মুরুরকপগী মওং লৈরকপা য়াই। চেকশিনবদি চুমগনি।

— মহু অস্তী মাগী-মাগী ধর্ম হায়বহুদা তারে; লাইবক্কী রানি।

বৃন্দাবানী লাইবক্কী মতাংদা করিনো থরদি হায়নীংবনি। অহুমকপু ঐগী-ঐগী মী ওইরবা হায়বহুমক্তি নত্রিবনিনা লরুরপ মোমোন তৌরগা অহুম তোক্লে। অহু মকপু অমদি অহুম পল্লুরি—

— ইবেম্মা লিস্লোই নঙদি ধর্মগুম্বা লাইগুম্বদা থরায় য়াওরিনে?

— অস্তী ঈশ্বর অমদদি পূমথা থাজরি; ধর্ম পূম্নমক মহাক্কীনি হায়না লৌজরে; য়ামত্রবদা ঐগী পেনজনবা। খুদিংমকপু য়াজৈ।

— মহু নশাগী মান্দে কনাগুম্বা অকবা ওজা অমগী খোম্লোক মাল্লি।

— ওইবসু তাবনি, ঐগীদি ওজাসু মহাক্তনি।

— কৈ কৈ থাজজবা হায়বসিদি থাজজবনি পুক্লিং ঈংনবা লৈত্তানবনি। গোবিন্দ মন্দিরদি চৎলিবরা? ইচানা চন্দোন থিনবহু ফজবনিনে য়েংবদা পূমথল থল্লি মপুঙ কারবা থানিল মাল্লিনে।

— অস্তীনা মুংশিবগী হায়বিবনি। মন্দির য়ৌদবা কুইরে অস্তী।

— করি তৌরে, শংত্ররবো ?

— তৌগে লেপ্পবদি শংদবা লৈতেদা। শংদনবা হোৎনরে। চত্রে।

— মন্দির হৈনরক্ত্রবরো ?

— হৈনদবা হৈনবা রাখল-রাখলদা পূরে। ইশা অসি মন্দির ওইনবা কন্না লাক্লরে।

— ফজবা রাফম্নিঃ রাখল রাংলে। নশাদম্মু নত্তনা মী পুম্নমকপু মন্দিরনি খনবা ঙম্মবদি লাইপোক্কী লীচৎ চঙলবা হায়বত্থু ওইরগনি। ঐদি লিহ্মোই, মী অসি য়াম্না মুংশি জীবশিংবুম্ন মুংশিবা কন্না তম্নি। ঐদি হৌদোং চুই তাথীবসি য়ানীংদে। হৌদোংদি য়ুমলৈমনি হায়নরিবনি। মানা লম্বেল্দা লানজববু করিগী মঙ্গল ওইদে হায়নরিবনো! থবক সুনীংদবা অতনবা উকুদা ফম্বা ওক্রবনা পুম্নমক্কী ওইনা য়াইফদবনি।

— ঐদি অন্তী, করিগীনো থঙদে; চে. কলম খুজী খুদোপকাসি পঙমুংদা মুংশিরে। লৈ পৎ থত্তুনা হেকপদা মুংঙাইতবা ফাওরে। লাইদা কৎপা তাররবসু লৈথোঙদা চঙলগা পাম্বীদা অত্থম কৎনীংবা পোকলে। মসিদনি ইনেয়াইগা ঐগা লাউনরম্মিবা। ইনেয়াইদি ঐনা লুনা শেমজবা গুলাবকাসি পৎ-পৎ হেক্কা থৎলি, লৈথৎলগা চিংথংলি। ঐনা থোঙনাওদগী লাউবনি-করিগী মুলা তৌবনো পাম্বীদা শাৎপত্থু য়েংনীংত্রগা মনাক্কা চঙবিরুম্মু। মাদি মামা পাঙন অত্থগা কন্না মরী লৈনরকপা মতাং থোকলুদনা ইবানী কন্না খৎনখিবনি।

— লাইরিক্তি কয়া স্থরে ফোঙবা ?

— মাপলম্মুবা অমা নম্নি।

— শৈরেংলা হন্দক্কীত্থুম্ন ?

— শৈরেংনি।

— শৈরেংগা লৈরাংগা পাম্মবসে কবিশিংনা করি করিনো হায়নবনিকো। কৈ-কৈ ইয়ু ফোঙঙু। ঐগী অরাবসিনা মরামগী কান্নবা লম্বীদা

ঈথৈ পীবা ওন্মবদি চাউরবা সেবা তৌরবনি। ফজবা মুংঙাইবা ঐঙোন্দা মুংঙাইনা থোকপা শৈরেং থরা য়াওই। নখোয়গী সাহিত্যত্তু ঐ খঙদে। অত্তবু পাবদা থমোয়দা পানবা য়াওই করিগীনোদি খঙদে, পি তাখিনা মতাং য়াওরকই। নঙগী অকোনবগী অমত্তুদি ঐগী মোন ময়াদা থম্মি। অরা পোত্থানৈ।

· মাম্নবা মশেনদি ময়োল ফাওনৈ হায়নৈ।

· নঙগী পুপু বাবাচৌনা করি হায় খঙব্রা ?

· পুপু দাক্তরসু পাব্রো ? পুপুদি ঐদি য়াম্না কিজে; মাদি মুংগী রাসি তাপ-তাপ হেক্তা হায়রকই মাইবী-পাঞ্জিদোনকা তৌই।

· কিরুসু। অহল অসি লায়না মশক খঙদবমথৈ লাম্নেংবা হৈবনি। অহল অত্তনা নঙগী শৈরেংশিং পারগা হায়রিবনিনে—।

· করি হায়রিবা ? ঐদি কিজেবো। পুপুসু পাব্রো ?

· লাইরিক পাবদি হিংচাবনি চুম্ন রাহৈ-রাহৈদা, পরেংগী পরেংদা নত্রগা তাংকক তাংককতগা পাবিপোৎ নত্তে লাইরিক-লাইরিক ওইনা পাবা জাংনি। ঐখোয়না তরানী চঙনা পাগদবত্তু অহল অসিনা চাকচমাঙ অমদা পাই। লোইরে হেক্তা হায়। খঙবসু কুননী চঙনা পাবা ঐখোয়না নৈনরবা মতুংদা খঙবদগী অহলনা অয়ুক অমদা পাথোক-পত্তনা হেম্না মমুদ তাই। মীনা হায়রিবসি করিনো হায়বা হেক্তা খঙই। হ! অহল মশাগী ওইনা য়ানীংবা য়ানীংদবা হায়বত্তনা অতোপ্পা রাহং অমনি। খঙবদি হায়বা লোইদ্রিবৈদা খঙবনা হাল্লি।

· অস! করি হায়রিবা ঐগী শৈরেংদা ?

· নঙগী ইকোনকোনবগী অত্তু মুমিদাং অমদা প্রারুরগা অয়ুকতা মরূপ অমদা হায়খিবনি; মরূপত্তু নৈনবা মীওইনি; 'কবয়িত্রী নহা অসিগী খোঞ্জেনদা ইকায় হেক কায়নদনা অমুক উম্নররোইদৌবগী মকায়না অমগী থমোয় মপাউখোল অমা য়াওরি; চান্নরুবা থমোয় মশেনদি মুংহীরুবা লাইজ জিম্নুনগনি।'—ঐনা চীনফা পুরবা রাহৈনি।

— অস ! পুপুদি অশেংবা কবিনিনা। য়াইবা শাহ্নৗ য়াঙঙেদো।

মশা-মচা মমি-মমৌ থয়ায় তানা নোকমিন্নজখি। মতমনা য়ারক্কবদগী অমী কায়নখি। থিন্দোরকপদা কোম্বোং ময়াদা বৃন্দারানীনা লিম্বোই-ওম্বীদা তপ্না মোমোন্নরগা হায়রই— 'কুইরবোই লিম্বোই; খ্বাংচেং লাক্লগা য়াপওনা চীকুনা খাওখো কুইনা ঙাইবা মহৈসি খোইহীদগী হেন্না থুম্বনি। মী অসি য়াহ্নবা ঙাক লৈতবনি।' থাদোক্লিং-থাদোক্লিং-দনা থাদোকলম্বা তাবা বৃন্দাদা য়ান্না ইকাইজনা নাকচেক্তগী য়েংলগা য়াত্তোন কাওনা মোমোনজখিবহু বৃন্দানা উহৌই। ফুদিং নোংজুগী ময়বা অভিয়াদা পায়প থোকপা লৈচিল মপাদা কুইনা মশক লোং-লুরবা মঙাল লাকশিনখ্রবা মুমীৎনা হাইরপ ঙাম্বোকলম্বগুম্মি। কুইবদি য়াত্রি মকুম মথাগী থারবা ফীজও হাইদোকপা নত্রি; অচাবা মতাং থোক্লুবননি। লিম্বোই চীংনা-লেন্না চৎখি। অসুন্না য়ান্না ত্তোয়না চৎখি; বৃন্দারানীনা ত্তোয়না য়েংহ্নৗ লৈহৌখি।

নোংমস্থু, খরা কুইরবগী তুংদা, লিম্বোইঙম্বী তপ্না-তপ্না চৎখি মাগী গাড়ী থোখি। বৃন্দানা য়েংহ্নৗ খল্লহৌই—মসিনা ঐখোয়গী কার অসি থৌরবদি মীনা চেপথ-চেপথা য়েংনগনিসে। মমীৎতা মসু মুপা অমা উরকপগুম তৌই। মুমিদাংয়াই ফনা থেঙলবসু ঙাইহাক ফমথহ্নৗ 'মমৌ'না পীরম্বা মাগী অনৌবা লাইরিক্কু খল্লি। ফমথরগা লাইরিকতু ফাক্তোক-দবগী মাঙদা চিংশিনবদা ঙায়রি রজাক তহা-তহা চঙলকই। অরাকপা খুদিংগী থোঙদা লেপ্লগা 'ইমাইবেম্মা চঙজরকে?' হায়দনা ঙাইবনি। বৃন্দানা মরক মরক্তা-'মৌলুবী নঙবু অহুম তৌমুনে। মমাগী কাদা চঙবদা মচানা হংলম্বা হৌনদেনে।' হায়দনা চৈবনি। ঙসিদি পাথৎলপ অহুম চঙলক্রে। বৃন্দাসু মতৌ উবদা পাথৎলুরে; পামদবা কাঙলুপ মশেলগী ঈরাং লৈরববা হায়বা য়ৌনা খল্লুরে। হংলুই—

— কৈদৌরবগে রজাক ইর্পা পাথৎলিবো ?

— ইমাইবেম্মা মতা চাদবা অমা লৈরে। ঐনা কয়া থিবা লাক্লদ্রি।
— কৈনোনে? ঈরাং অমমুক — ?
— ঈরাংদি নত্রে ওম্ফোকপা শৈতানগী থমক অমা থেংনরে।
— হায়মুদনা থঙওম্সি।

রজাক পাক হায়বা ওমদে। ফনা কুইনা চিংননা মুংশা থীনা লৈ। মমায়থু লাংশিল্লি। হান্না থরা মুবগী মথক্তা মমশীনবা ওইনা তৌই। বৃন্দানা তপনা তপথনবা ফাধে। মমৈথংদা ফুরিংখাউদগী জেরোম্ম লৌথোকপা ফোতো অমা পুথোরক্লগা তপনা লানশিল্লকই। বৃন্দানা তপনা লৌরগা য়েংলুই। বৃন্দা ওকলুই। মাগী বাবাচৌ মনিতোনগা মা মশাগগী ফোতোনি। য়াম্নমক নকশীন্নরবা মরী লৈনবা ফীবম উৎপা ফোতোনি। রজাকনা মুরম্বদগী ওাংথোরক্লবা মায়থোঙগী মকম থঙত্রবা মচু অমদগী তপনা হায়রকই —
— লুপকী মশাশিংদা য়াকম অসি কয়া শন্দোকলে।
— কনাননো?
— মতুনি ঐনা থিবা লাক্লরিবসে। ফোতো অসি মেম্বর পুম্নমক্না ফংনরে। মওং মওংগী চেম্মু থারকই হায়দনা ফংলে। ঐম্মু অমদি ফংলে।
— য়াওরিব্রা?
— য়াওবদি য়াওরি ইমাইবেম্মা, য়েংবদি য়েংহৎজনীংদে; শৈতানগী ওইবা লোন্দানি।
— য়েংগে কদাই, পীরকউ।

রজাকনা উৎলোই পাহল্লোই হায়না চপ য়ুংনা লেপথিরনি। অতুবু অমদগী নত্রগা অমদগী পাগদবম্মু লৈয়ে অহুকীম্মু মথক্তা কয়ি কয়ম তৌবা তাবা হায়বতু থমবা তাবন্নিনা উৎতবা য়ানবনা ওম্ফোক্না হুনা পুথোক্লে। খ্বায়দগী হেন্না চিংনজয়বা মওংদা বৃন্দাগী য়াঙদা থম্মী। লৌরগা তপনা কাকলুই — অাইপা নীংথিনা তৌবা চেক্লোরনি; ইবিবা মীগী মমিং থাদে

সহীদি নৈশিন্দুনা ভৌই 'সমাজবু লমহনবা পামজবা মীওই অমা' হায়না ই। পাথরুই—

"লমচং নাইদবী অমনা কাওলুপকী সেবা ভৌবা চুমদে।
অহল ওইজবদনি পাখংনি মতু-মচা লৈত্রবনি।
মাগা মরা পুন্সিগী জেল চঙথ্রবা অমগী
অপোকপমকস্থ নত্তবা মীতোপ ওইবা মুপা অমগা
অয়ুক-মুংথিল মুংদাং হেঙো হেঙো তৌহনা
লৈবা য়েংহনা লৈবা ঙমদ্রে মীৎ নারে।
করি মরম লৈবদগী হন্নবা অসিনা লুহোংদবনো
চিংনদবা য়াদবা রাহং ওইনরে। লংফৈদা
থাদোকখিবা অঙাং অসিনা কনাগী মচা ওইরিবা
পুম্নমক্কা চিংননরে। মতু লৈতবা মুপা অমগা
মরা লৈত্রবগুম্নবী নহা ওইরিবী মুপী অমগা
মুমিদাং অথেঙ অথেঙবা ফাওবা চাকতামিন্নরিবা
করিগীনো? থন্নবা মতম ওইরবনি। মীৎ মাকোং
মেন্দুনা লৈথোক্লবদি লৈকাইগী অনম্নং লৈবাকী
মাঙজবতা ওইরনি হায়বসি মশানা তাবনি।
মানা ময়ামগী লৈবাক ত্রজাগী লমপ অমা
পুবা চুমদ্রে থন্নরবনি। লৈকাইদগীতা নত্তে
লৈবাক্কী তাম্থোকখিবনা লৈবাক অসি
ফত্রবা লায়না অমা শন্দোক্লকপদগী কনবা
ঙমগনি থন্নরে। হান্নিবা ফোতো অসিদি
য়াম্না ফরিবা ফীভমগীনি। অসি নত্তবা
কাংথন মন্নুংগী ফীভম কয়া অমম্থ লৈরবনি।
চুমদবা থবক চথরিঙৈগী কয়াদি লম অসিগী
মী ঙাক্তনি হারনা হাপত্রবনি। ঈরাং থোকলাক্লিঙৈদা

থিংহৌবা চুম্মী। অতাবা মীদি খরদনি অউবদি
য়াম্মবনি। মথরায় লৌথোকপা ফাওবা য়ারবনি।"

পানা পানা পাথ-পাথনা বৃন্দাবানী মশা নীকলকই হুমাং কাংলকই; মুং-পান ওল্লকই; লৌশিং মাঙগে তৌই। পাবগা মরূ থোক লুকথখি। স্বর শাংনা হোন্দোকখি। মায়কৈ পুঙমম ময়লকখি। কমদৌবা? কনাদা করি হায়বা? কমদৌনা ঙাংবা কনাদা হৌবা? পুঙমমনি। মঙাল মচেৎ অমতা উদে। কোক অমা য়াওরি হায়বসি খঙজ্রবগুম তৌই। রজাকনা তপনা কৌবা হৌরুই-ইমা ইবেম্মা-। বৃন্দা খুমদে। তাদবদি নত্তে; থাপনা য়াম্না তাম্না অর্থ য়াওদবা, য়াওবা য়াত্রবা উক্রোং অহোবদগী লাকপা য়াবা খোঞ্জেল অমগুম্বা অমদি তাখিগুম তৌই। তাংদাংবা মায়কৈ লেপ্পদি ওইথোক্রবগুম তৌনা উই। অমুক্তা তপনা কৌরকই—ইমা।

মমীৎ খজিক পাঙলকই। মেজদা থারিবা মিংশেনদা মমি উরকই। 'লীরূং তেক্লে খ্বাং তেক্লে; তুম্বা কায়রে মকোক বেশোন তারে'গী হিংচাবী অহ্ ওইনা উরকই। তপনা লৈথৎলক্লুনা রজাকতা য়েংলকই। মমীৎ অনীহ্ ঈখেঙগুম ঙাংলম্বা উবদা রজাক স্বায় লাউই। তপনা কৌরকই-

— রজাক।

— ইমা।

— ঐখোয়গী কেরানী মকোক মুপীহ্ লৈরিব্র অমুক্তা য়েংলকউ।

— কনাম্ম লৈনব্রে ইমা; করি তৌসিগে?

— নঙ তাইপ ঙম্ব্রা?

— হৈগনি।

— তাইপ লৈবমি পুশিল্লকউ। ঐ হায়রকে নম্মু।

হায়হ্না নমহল্লিবসি থবক থাদোকপগী চেনি। শাংবা নত্তে। মরম চাউনা পীবম্মু তৌদে। মী অমনা কুইনা পুমল্লে অতৈ অমযুমুক পুহনবা চুম্মী হায়বসিদমক পী। রজাকনা হায়রবনি—

— ইমা, মসি তল্লা-তহামগ্না থোক্কনি। কনানা কন্নিগী অসিগুম্বা শৈতানগী থবক অসি চথৎরক্লিবনো হায়বসি ঐখোয়গী লমপনা কম্না থিবা হৌরে। শোয়দনা খঙলগনি। মীশক হেক খঙবগা কাপথায়ন্নহনগনি, থীক তৌদৌরিবনি। ঐখোয় শেম শাবা লোইরে। পীকখ্রবা লমনি, লোৎপা কুইবা য়াবা মতাং নত্তে। ঙাইবিখো। নহান লংলা লংজিল ওইবা য়াবা চীং নিঙোল অমা থেংনহুনা কন্না য়েংশিল্লি।

— য়াকম অসি নোং-নিনি শুয়েনে অহুদি?

— কুইরে ইমা। চে অসি অয়াম্বনা ফংনরে। চে অসি ডাকঘর তোঙান তোঙানবদগী থারক্লি। লোয়শঙগী মীওইমক য়াওরমদ্রবস্মু অমা নত্রগা খরদগী মতেং লৌরমগদবা মাল্লি। থিরি। তাইপ তৌবগী মওং ময়েক্কী মশক চে-মুং সহী নৈশিল্লিবা কলম মুক কাসি য়েংশিন্নবা চিংনবা চীংলোমগী মফম খরদা মী থাখিবা কুইরে।

— অহুনদি ফনা কুইরেনে চে অসি চাইরক্লিবসে?

— ফনা কুইরে।

বৃন্দারানী অমুকম্মু মরূ লুকথহুনা কুইনা লৈখি হাইরপ পানবদা নোংমা মুমিদাং অমা মনিতোনগা মাগা রারী শাহুনা লৈরিঙৈদা মোংথাঙ কুপ্পগুম্বা অমা থেংনখিবা অহুগা মনিতোননদি চিংনরপ তৌবা উৎখিবা মানদি বিজ্ঞানগী মীৎয়েংদগী ওইরম্বা য়াবা মরম অমদা নমশিনখিবা মতাং অহুগা চান্নরি। মুমীৎ অহুদা ইকোম কোমথোকনা ইনবোই-ইন্দবোই ইনখিবা ফি মতেক চাউরাং, রাফমগী মতাং অমদা মানা ইকায়রপ লৈথোক্তুনা নোক্তুনা মনিতোনলোমদা য়েংথোকলুবগী ফীবম ফোতো অহুদা অমুক্কা হন্না য়েংলুবদগী শোরক্রে হায়রনা লৈখায় তারে। কন্নিগীনো, কনাননো? বৃন্দাগী অচৌবা য়াহুং ওইরকই।

থাদোক-চে অহু মাগী মশাগী ফাইলদা হাপচিল্লম্মগা বৃন্দারানী থোকলকই। গাড়ীদা থিলহন্দরে, য়জাকক্কা খোঙনা চৎমিন্নরক্লে। য়জাক

তেলিফোনদা চীংলোমগী মখোয়গী মী অমগা রারী শাগে হায়দুনা লৈহৌরে। বৃন্দা মখোঙ খডক্রবা মচীন মাঙপ্রবা তাশিন্দুনা পূনশ্রবা পুংময় মম্বা রাখল মপৈ অমগা লোয়ননা তপ্না য়ুম পাংলকই।

মশাগী কারোমদা চঙলুবা তৌদনা মনিতোনগীদা চঙলকই। মনিতোন তেলিফোনদা কুপথবা রারী মানবা অমা শাত্নুনা লৈরম্মী। থোঙজীন কানশিল্লমদাইদা বৃন্দা লকক তৌই; মাগী বাবাচৌবু কৌগে তৌনা তৌনা মবুক্লিংদা চিংনবা অমা ফাওরকই। মখুৎ থাদোকপা য়াদবা মনিতোননা মখুৎ নাম্মনা চঙশিল্লকুনা সোফাদা ফম্মবা ইঙ্গিৎ তৌরকই। ফম্মুবা মৌনা চিংনবগুম বৃন্দা ওাইহাক লেপ্তুনা লৈ। ফম্লিবিবতুস্মু মুপী-মচা অমনা কনাগুম্বা উঙ্গা অমগী অচীকপা কা অমদা ফম্মবদৌনা তৌই। পীক্লিবী মচা অমনা মপাগী মফমদা মখল কয়াগী অথুকপা য়াওদনা চৎনীংবা লীচৎলম্বদু ওসাই অয়ুক ফাওবদনি। মুমিদাং পঙথেঙ থেঙবস্মু নত্তবা মতম অসিদা লীচৎ অসি খজিক ওনবগুম তৌরকই। অহল ওইরবা মায়কৈ কয়াগী লৌশিংতনা নীক-নীক লাউনা মশাদা হাল্লবা মনিতোন রাফম পূম্নমক খঙই। তপনা, মোমোন তৌরগা হায়রকই—

— নঙ রাফম অসি খঙবা মাল্লে বৃন্দা ?

— বাবাচৌ হাম্লনা খঙঙবরা ?

— কুইরে। নঙগী লীচৎতা হোংলকপা য়াই, হাম্নগীদগী খেন্নরক্রবদি চিংনবা থরনা চিংনরকপা য়াই অত্থুগা কল্পা হোংনরপে হাম্বা রাখল অমগা হোংনরক্রবা কাঙবু অত্থুগী ওইদ্রবা রাফমদা থাজনরকখিবস্মু য়াই হায়দনা নঙোন্দা তাক্কবনি। অতৈদস্মু পাক হেক তাক্কনবা ঐনা অম্বাম্বা মতাংদা থিংবনি। ফত্তবা মীগী হিদাক লৈতে ইবেম্মা। অপুম্বা পোংতি মশা মথন্তা পুমজবতা নত্তনা নাক য়েংতস্মু নমথীহল্লি লায়না পোকহল্লি; মশা মাঙজবতা নত্তনা অতৈগীস্ম মাঙনবা তৌই। মীগী মাঙলগা মশাগীবু ওইজরবদি মী ওইরিবনিনা শা ওল্লক্লবস্মু

ধর্ম পণ্ডকায় কায়ববু নত্রি; মশাগী ওইজবা কান্নবা সুকলৈ লৈতবা মাঙনবত্তুম ওইগ্নিবা, মীগীদি পুংমাও মাঙবা হায়বত্তু ওইগ্নিবা থবক পায়থংলিবা লায়নাগী হৌফম ওইরবা অপুম্বা শাগী মখোয়গী লীচংপু খঙবিগদবদি ঈশ্বর মঙায়রে। মস্বায়দনি ঈশ্বর অমা লৈরক্লিবসে, লাইবক্তা থাজবগী মঙাল অমা ফাওরক্লিবসে।

রাফম অসি চুম্মগত্রা হায়না থনগে তৌরকপগী অহ্নদা মাগী বাবাচৌনা 'অরানববু কয়া কুইনা মায় পাক্লা লৈগদগে! কুইররোই মাগী মাগী ফংফম থোকপা ফংনরক্কনি। মানা মানা তৌরকপা কর্মগী মহৈদি মশা মশানা চাজদবা য়াদবনি। মস্বায়সিদনা কর্মগী লৈই অমা লৈরিবনি' হায়রকপদা বৃন্দা মমীৎ মনা থংশিং শিংলকপাদৌনা তৌরকই খঙ-নীংনা হংলকপনি—

— কনানো মী মশক খঙলবরে বাবাচৌ?

— চপ হেক চাবদি খঙফাত্রি খঙঙনি। তৌজিক্তি হায়খিরোই, চপ চাবা খঙলবা কান্দা তাক্কে। কুইররোই।

— চিংনবা অহ্নদা ওইরবস্নু খঙনীংই।

— খঙনীংঙু খিনু। হিংজোং-মাঙজোং চাবা লেঙগদবা লৈরবদি মুল্লগা ফজনা চাগদবনি। অচাপোৎ খুদিংমক কান্নবা য়াওবনি। ঙাইখিবা তাবনি।

পাউ অসি তাবা মনিতোনদি থামুক ফারে। চপ মান্নবা চেরোল অসি ফংখিবা মুমীৎতু মুংখিলনি। ডাকঘরগী চিথী পুবা নহাত্নুনা হান্নগুম চে মঙা-তরাক পীরম্মী। মথং মথং য়েংবদা থারকক্ষম মক্ষম য়াওদবা অমা য়াওরম্বা থেংনৈ। অকিবা লাই অমগী মরীদা কিহল্লকপা চিথী ওইরম্বা য়াই হায়ত্নুনা ইকোন কোনবদা করম্বা লাইগীনো ময়েংগে থন্দুনা ফাক-লুবনি। মাগা বৃন্দাগী মমায় লৌরগ তোঙান তোঙানবা, উবদা অকি-ত্নুকৎচনবগী মশক ওইরবা ফীবম থরগী শেমজিনবা, মুন্না য়েংত্রবদি পাক্লা

খঙদোইদবা ফোতো মরী য়াওরম্বদা মনিতোন ঙকখি। য়াম্না হৈবা খুৎ-হৈবনা য়েক্লগা শেম্মবা অয়েকপদগী ফোতো নমথোকপনি হায়বসি মাদি খঙই। নহা ওইরিঙৈদা মনিতোন ফোতো নম্বদা য়াম্নমক থরায় য়াওরম্বনি। মখল মখলগী ফোতো নম্বা অমদি শেম-শাবদা হৈশিংনা হৈরকপনি। শেমদোকপা শাদোকপা অনৌবা মালহুনবগী লমদাংদা মখল মখল মওং অমদি পান্বে ময়াম অমা মমুদ তানা খঙই। লীরবা কেমেরা মচা অমা হৌজিক ফাওবা থম্লি; মরক মরক্তা পাম্মকপা অশংবা মতাংদা পুথোক্লুনা হেক হেক শেংদোক্লি। পুথোক্লুনা য়েংখিবা কুইদ্রি।

ফোতো য়েংসুরগা চেরোলহু পারুবনি। পাবা হেক লোইবগা মথুংনা লাইবক কাইদ-কাইদ তক্লগা লুকথহুনা ফনা কুইনা উংহুনা লৈখিবনি। ঙসি ফাওবা রাখল মরক্তা উংলিবনি। মচা বৃন্দাবু, মমৌ বৃন্দারানীবু হেক উবা থুদিংগী মশাহু জীং-জীং লাউরক্লিবনি। ফত্তবা মী হায়বসিগী মশক তাকুবা রাহৈ কন্না থিখিবনি। করম্বা য়েক্লবনা করিগী কমদৌনা শীল্লক্লিবনো হায়বসি ঈংনা চীক্না থিবা লাক্লরবনি। লাইয়েকপা মসুশিং অমগা ফোতো নম্বগী থবকতা চঙথোন্না হৈরবা মচাশিং অমগদা মুন্না তান্নহুনা শেমজিনবনি হায়বসি খঙদোক্লবা মতুংদা, নিনি হুম্নিগী মতুংদা, থারকফম ডাকঘর অহু নম্মিবা অহুদগী খঙদোক্লগা থিগৎপা হৌখ্রবনি। রজাক অমদি 'মৈতৈ নাৎ কন্ন-লূপ'কী পাখং থরগা তান্নহুনা অউপ্পা উনা লোংবা হৌখ্রবনি। হৌজিক ঙাইহাক্কী মমাঙদা তমেংলোংলোমদগী ফংবা মরূওইবা পাউ অমা জিরিবামদগী মী অমনা ত্রঙ্কোলদা পীরকপদগী রারী শারম্বনি। ফনা কুইনা শানবা রারী অহুদগী ওম্থোকপা পাউ অমা ফংবদগী মনিতোননা য়ুমদা হল্লক্লিবা মচা বৃন্দাদা ফোন তৌগে লেপ্লম্বনি। মমৌগী ফীবন উবদগী পূম্নমক কাউথোক্লূরে। অহানবা তাবা পাউদা মনিতোন মশাদা পানখিবা তেনবান খল্লুরগা থাঙবা হৈগন্দবী মচাগী মুংদা পোকথায়রমগদবা মৈগী চীং অহুগী ফল খল্লুবদা মনিতোন মায়কৈ অমুক্তা হেন্না মমখিবনি। পংবমথৈ পঙথক্লরবা মতুংদা মম্ল-মম্লগা মরেক

শেংনা উনবা লাক্লবদা মায় পাক্লা হৈনপ্রবা মনিতোননা খণ্ডনীংনা অমদি খওহনমীংনা হংলকই —

— ভাইখো বৃন্দা খাণ্ডখো ! খাণ্ডবা হায়বসিম্ম লাইপোক্কী মণ্ডল অমনি। হংগে —

— অস বাবা ! বাবাচৌ ঐ খাণ্ডবা ঙমদৌ মানশিল্লক্রে পুন্সি অসি লোইশিন্নীংলে !

— নো ! নো বৃন্দা, নো ! মদোম লোইশিপ্পবমুক পাণ্ডবা অতৈ লৈত্রবনি। মুক্লবা তায়, থেংনবা তায়; খৌনা ফনা লান য়াম্নবা তায়। শিবা তারবদা লাই নত্তনদি নত্রগা লাইগুম্বা লাইপোক নত্রগদি স্বংহৈ হৈনদ্রবা ব্রহ্মাস্ত্রনা থবাক অসিদা থুম্না পানহল্লগা শিগদবনি। নোক্ল নোক্লা শিদোক্কদবনি। অহু ফাওবদা য়েক্লবদা ফীরাল অঙৌবা থাঙ্গত্তুনা চঙজরোইদবনি। থুম্না য়ৈশিল্লিবা ব্রহ্মাস্ত্র অহু খুং অনী চণ্ডহনা শংলগা য়েক্লবা তম্না থাখিত্তুনা মীশক খণ্ডদ্রবা য়েক্লবা অহু মণ্ডক থবং কক্কদবনি। ঙমদ্রবা ফাওবদা হোৎনগদবনি। হোৎনবা হায়বসিম্ম মায় পাকপা অচৌবা অমনি। কান্নদবদা নপি মাঙহনগম্ম। হরাওনা মায় পাকপগী নোকপদা তাহনগদবা নপিবু করিস্ম লৈতবা চুম অশিবা অমনা চিক্কে তৌবগী কিত্তুনা করিগী কপ্পি! নঙদি নঙল্ল লৈবী চম্মুনি; মৈত্রবাক্কী অশেংবী চম্মুনি ঐ খঙই। নোক্ল-নোক্লা খাঙঙ্। ইম্ম বোইবোইগী, মালেমঙম্ববু পোক্লিবা, মমা অমনি। হৌগংল্। তুবদা নত্তে; তুর-তুর-তুরগা হৌগৎপদনি মায়পাকপা হায়বসিনা লৈরিবসি। নো বৃন্দা! নশাগী নশক নশানা করিগী খঙদবনো। হমুরবা ঐদম্ম উক্রাকমুক য়াংবা পোৎলুম্মি হায়না লৌরি উক্রাকপু চীংত্তুম ওইহনবা হৌনদে। নহোয়গী লোয়শঙ শঙল্লিবী গজলা হায়বীত্ত লৈহৌবা নত্রা ?

— য়াদি মশা ঙমদে হায়ত্তুনা য়াগী মামগীদা পোম্মাখিবা ফনা কুইরে।

— য়াগী মামগী য়ুমদি নঙ খঙবা নত্রা ?

— ঐদি মুন্না থঙদে, রজাকভি থঙগনি। করিগীনো কৈদৌরে ?
— রজাকখোয়দা চৎসি ইবানি; লাউ গাড়ী থৌদোরকে।
— লৈরিবা মওং অসিদা বাবাচৌগা ইবানী চৎকদবসি—!
— তং ! লিল অশিবনা চীকপদা শিদৌরে থাজবা কাওবুগা চপ মান্নবা শিংমিন্নরুমুনে বৃন্দা চীংলাইনা মশোংদা তোংলরিবা নাউচেক অমদা থুকপা হৌনদেনে। লাউ, চৎসি লাউ ঐ তৌগে। মালেমঙন্বা শেম্বা য়াওরিবা মপুনি। চিংনবদা লানগে তৌবা সমাজ শেমদোক্লিবী নওনম্ব চিংনবদা য়াওশিল্লবা ! রজাকীদি থঙইদনা ?
— মাদি কুইদ্রি অসিদা কনাদনো তেলিফোন তৌনি হায়দনা লৈগেবনি। ঐগা লাকমিন্নরম্বনি।
— লাউ থিরুসি।

থিরে। অসোমদগী পাউ অমমুক ঙাইবগী লৈরম্লি। হৌরুহুনা পুরে। গাড়ী মন্নুংদা য়ারী তৌনবদা মতাংগী ওইবা তাঙ্গা অমদা মনিতোননা পাউ তম্মি—
— নওগী গজলা হায়বী মরায়বক থীরবী চমজরবী অসে ম্যানমা ̐, মোরে চুরাচাঁন্দপুররোমদগী আ-আরবলোমদা ড্রগ লল্লোনবা মুপা অমনা থুংলাই ওইনা শীজিন্নহুনা মওং মওংগী লম্বেনদা লৈরে হায়বা পাউ ফংলে।

বৃন্দা — গজলাবো ? ঐখোয়' গজলা —!

মনিতোন — হোয়নে গজলা ! গজলাদো ! মাগা নকশিন্নবা মরী থম্নগা মাগীদা লেককম চাকম পোৎথমকম ওইরগা আরব লৈবাকলোমদা চখোক চৎশিন তৌবা, অসোম চীংলোম অমদগী মুপা অমা লৈরে হায়রিনে।

বৃন্দা — করিনোনে হায়রিবসিবো ! মশা মুংঙাইতে হায়দনা—

রজাক — চুম্মরুদৌরি। মা শেল কোম্না শীজিন্নবা উই। কদাইদনো

ইংখোল অমা লৈরগা য়ুম-কৈ শাবগী রা'কাস্থ পনগুম তৌই। মশা নানখৎকুম কুচু-কুমেন থোকপগুম উই। মহোয়গী মাম-শিংছু মতম ইনৎ নৎত্তবদা মক্কা চংনবা তৌরি হায়না তাখি। নহানরাই মরী-মতা অমা মক্কা চৎপা লম্বেনদা লৈখিদবছুগী লৈরোন চনফমদা চৎপগী রা ওইনস্থ ঙাংগুম তৌই। ঐদি পুপু, অস্থম খনবদা মাস্থ দ্রগকাসি শীজিন্নরমদৌ মানশিল্লক্কবনিনে।

বৃন্দা— হে-রা নঙস্থ! কদায়দগীনোদা! ঙরাং-নহান্দা—

রজাক— ইমা লায়না চঙখিবা হায়বসিদি বিজ্ঞানগী মরৈনককা য়াবা নত্তে। মুংশিৎতা তাউছুনা লৈবা মহীক্লি শোম্বা মতাং অমদা চঙখিবা খঙহৌবা নত্তে। খিংনবগী লৌশিং-পাঙ্গল লৈত্রবদি কিম্বদা কুইনা চঙবা নত্তে। দ্রগকী মহীক অসিদি মাগুম-মাগুম্বীদি থম্বিখো ছুনিয়া অসি চাথৎপা হৌরিবসিনি।

বৃন্দা— করিনোনে পাঙন মুপী ধর্ম চেৎপী গজলানি।

মনিতোন— বৃন্দা, নেশাদি ধর্মনা নমথবা ঙস্মোই। মশাগী অনীংবগী পাঙ্গলনা থবৎ ককপা নত্তনা অতৈনা ঙম্বা য়ারোই। নেশাদি নেশানা পুগল্লি। মশানা থিংজগদবনি।

রজাক— ধর্ম অমত্তনা নেশা য়াদে।

মনিতোন— ধর্মস্থ নেশাস্থ মীনা শেম্বনি রজাক। মীদি মশানা শেম-দোকচগদবনি। ফত্তবা মী, মী অতৈনা ফহনবা ঙম্মোই মশানা ফহনজগদবনি। মী মশাদি মশানা তম্খায় অমা শেমজবনি।

বৃন্দা— তম্খায় অমছুদি বাবাচৌ?

মনিতোন— তাম্খয়ছুগী তম্খায় অমা নাকয়েৎনা লেমহৌরিবছুনা লাইবক্লা। মশানস্থ নাক-য়েৎ অছুগা লাইবক অসিনা য়ারক্কবা ঙম্মক্কবদি ঈশ্বরদা থাদোকপা তায়ে। মস্বায়দমি ঈশ্বরগী কায়বা লাক্লি-বসি। ঈশ্বরদি কায়দবা অমত্তা তৌদে। মীগী ফত্তনবা ঈশ্বরনা তৌবা হৌনদে। ফৈ-ফত্তে তুকা থিরিবদি মশাগী

খনবা মীওইবনি। হৌজিকসি গজলা অসিনা চুমদে খল্লবা থবক চথৈ হায়রিবসি চুম্নবদি করি তৌবা তায়। মসোমদা খন্নসি।

বৃন্দা— ঐদি চুম্নমগনি থাজদ্রি।

মনিতোন— মহুনা নঙগী থাজজবগী য়ানি। থাজবগী য়াংমদম্নু অচুম্বা অশেংবা কয়ামুক লৈরি বৃন্দা অচুম্বশিংসি ঐখোয় থেংনবা তাবনি। থেংনদবদি য়ায়রোই-হিংলিবনিনা। বিজ্ঞানগী ওইবা মরম খরদগী নঙনা থাজরিবহু হৌজিক মাঙখিরম্বা তাবদা নঙনা খনগদবসি করিনো?

বৃন্দা— মাগুম্বী অমনা অম্নুম্না তৌরমগনি হায়বসি ঐদি থাজবা ঙমদ্রি।

বৃন্দারানীনা থাজরিবহু মাঙলম্মে। রজাকনা লমজীংহুনা চঙহুনা য়েংলুবদা গজলা মতা চাদনা লৈরম্মে। রজাকনা কৌরুবদা মমুংদগী করিগুম্বা মখলগী চেকশিনবা লৈত্রবা ফাইরি ফাইরিবা খোনকম অমদা থুম্মকপনি—'করিগী আরাজ জারীবনো? নখোয় পুম্নমকী পোত্থাফম ওইবদা হৈনরবী গজলা বেগমনি। মখোয় অহুম চৎখিবদা ঙাম্বরি। নঙনা কররম্বনো মোরেগী বাদশাহরা, উখরুলগী নিংথৌরা? থোঙ লোন্দবনি চঙলকউ।' তাবদা অহুমসি মমুংলোমগী ফাওদোরকপা মঙাল খরহুদা অমগা অমগা য়েংনৈ। অহুম্মক চঙবগী মহুৎতা মনিতোননা 'রজাক নঙ হাম্না চঙলুখো, ভাব তানা ঐখোয় লাকই হায়বা খঙহল্লুখো; ইপা-ইচা মপানসিদা ফমগে।' হায়দনা শীল্লকই। রজাক চুমগনি খল্দুনা চঙলকই। মপান্দা য়েংবদদি অমনবা ওইরবা ইগী য়ুমজাও অহু মমুংদদি মতমগী পোৎ-চৈতনা থম্না লৈরম্মে। মখল কয়াগী পিজুক পিজুক তৌবা পোৎলম থোইদোকপা মকম হায়বা লৈতনা থিনবোই থম্বোই থেনবোই তৌহুনা লৈ। নীংখিজনা পাক্লা থাবা কাংথকী ফমুং অমদা গজলা য়াম্নমক নীংতম্না পোত্থাহুনা তারম্মি। মফি-মরোলগী

অর্থ থোইনা লৈরমদে। অক্তি-অথংগী লৌশিং থোইনা তৌদবা য়োং খরনা চিংথোক চিংথোক্তুনা শান্নরম্মবা মকুহুবদা ঙায়রিবা লিল অমোম অমা মোংশোংগী মতাই অমদা শাঙ্গোন্নরা তাবগুম অপাকপা ফমুংদা মফৈদা তাহুনা লৈরম্মি। মমীংতি পাঙদে মখুং তরেক-তরেক থাঙ্গৎ-লক্লগা 'ফম্মুরাও, পোত্থাররাও; চাক চাগদবরা অহীং লেক্কদবরা; ঙসিদি করিস্থু সেবা ঙম্মরোই মখোয়না দোজ খরা হেন্না পীরম্মে হায়না তপ্না লেপ্তি লেপ্তনা হায়রকই! নেশা অকনবা খরগী মরক্তা অরোনবা মোমোন অমগা লোয়ননা হায়রকই—

— অহুবু পোত্থাবিগে হায়রবদি গজলা বেগম হাজিরনি! খুনাংচাবগী খরা খুইথজবত্তনি খুশবু চেল্লিবী লৈরাংনি থেৎনীংবা মঙংদা থেংপা য়াখিনি। ঈখৌদি লৈরাংদস্থু লৈখিনি। পোত্থাসি লাউ।...

রজাককী মমীংতগী মপি শিন্থুরকই। থারম্মিবা মথোঙহুক্তবা টি.ভি.গী ফিলম অহু মুৎথৎলগা মতা চান্দ্রনা মক্তি-মরোল অহু মথক্কী খরা শেমজিনবিরগা হন্না হন্না কৌহুনা হৌদোক্লুনা লাক্লবদা খুদক্তদি য়াম্না হেন্না কান্নবা ফংদ্রে। অহল ইবুংঙো মনিতোন, মচেম্মা বৃন্দা লেঙলক্লি হায়ক্লবদা লৌশিং মাঙবমক্তি নত্রগা হান্নদি লুনা চান্না কিজনা, কৌক্লবা ফাওবদা খুমজবদা মশাহু অমুক-অনীরক থেক্তুনা খুমজরিবা গজলানা চুম্নগী উচেক অনীখক স্থুমাঙদা পাইথরক্তুনা মচীঞ্জাক খুল্লবগী পাউ ওইনা লৌথিবগী মওং উবদা রজাকনা খুদক্তদি য়াগদবা মাস্ত্রে হায়রে। ইমুংদা চঙগে হায়বা ফাওবদা 'চঙদবনা ফরনি পুপু।' হায়রে। অহুমকপু বৃন্দাদি চঙলুই; কৌক্লুই। খোন তাবদা গজলা খরদি চেকশিঞ্জবগুম তৌই। অহুবু মোম্রং অমদা ঈপাক্তা থোইদিং মরক্ত অহাম্বা অমা তাউবগুম অহুমক লৈবা উবদগী য়াম্না হুংঙাইতনা থোরকখি। খুদোংচাররোইদবা উবদগী অহুম থোকলকখি। চৎলমদাইদা মনিতোননা হায়রকই—

— ইবুংঙো রজাক, হয়েংলা হংচিংলা ঐখোয়না অমুক লাক্লিঙৈদা নঙগী

'গজলাসে কৃপা অমুক্তা য়েংঙু শেন্নহুনা লৈয়ু। ঐখোয়না খঙনা মখোয়বু য়েংলে হায়বসি শামিন ফংহনগনু।

— মখোয় হায়বদি পুপু?

— মাগীদা লাকই হায়রিবা খরসে। মখোয় অসিদগী অশেংবা খঙবা ঙম্বা য়াই। ঐ থানারোমদা রা তাম্নরগে। নশা য়াম্না চেকশিল্লু। কবোকৈ থেংনরবা য়াই।

অহল অসিগী রাখল পরীং ময়েক শেংনা চুম্মী। রজাকনা লৈহুনা কৃপা শেন্নহুনা লৈরিঙৈদা অয়ুক ঙন্তাদা মথল মথলগী মীওই য়ুম অসিদগী থোরকই মানা-মানা থোকপা চংনখি। মুম্নিদাং অথেঙবদসু য়েন লল্লোন-বা, ঙান্নু হুংবা, থবক ইংখাঙ নোম্বা খোৎপগী মী মানবা খরা অতুম তত্তনা লাকপা উই। লৈকাইগী মী মানবা মুপী অহল খরসু রাওবা উই। চিংনবা অসুম অসুম হেনগৎলকই। নোংমা মুংথিল অমা তাল্লক্তা মখোয়গী লোন্দাহু পাঙন মানফাত্তবা মুপা অনীথক চঙখি। মশাগী ময়ামগী ওইদবা লৌশিং অমদগী রজাক মীওই অনীসিবু চপ চানা চিংনরকই। পাঙনগী ফিজোলদি শেৎলগা অম্রদি মনা হুংপা উই। মখোয় অনীনা চঙশ্রবা মতুং ঙাইহাক লৈরগা রজাক চমোৎ চমোৎনা ইচম চম্না মতমসিদা নহারোলনা কন্না পান্নরিবা ঈশৈ অমা ইঙাও ঙাওনা ঙংলদনা চঙলুই। হৌনা লাউনা কৌরুই—দীদী! হো দীদী! দীদী গজলা লৈত্রো! গজলা থোকলকই। তহ্না তহ্না ঙক্না হংলৈ—

— আই মৌলুবী, নঙদি কদোমদগী?

— দীদীগীদা লাকইবনিনে উদবা উন্নদবসু কুইরে; রা অমসু তান্নগে হংগে; ঐহু নিকাহ শোল্লগে শেল খরসু থিবিয়ু হায়গে...।

— অহু রজাক হৌজিক্তি ঐ —

— নত্তে দীদীনা নহানরাইরম ইংখোলগুম্বা য়ুমগুম্বা অমা লৈবা পাম্বগী রা অমা তৌথিবগুম তৌবহুবু লৈরবরো', ফজবা লম অমা শহুর মথোন্দা

লৈরে শেলদংবু খিঙ্গং পোই। অহুগীদি ঐনা কম্না ঙাংন খোংন তৌরগা-।

মন্নুংদগী মুপা অমনা গজলাবু কৌশিল্লকখি। গজলা অহা-অহা চঙখি। মনা হুৎপা মুপাহু থোরকই; কৌখৎলকই। মাঙ্গোনদা কমহল্লগা নকশিন্না ফৈয়ে। অমুক্তা উখিদ্রবা চুরুপ মখল অমা পুথোরক্তুনা পীরকই। রজাকনা মরৈ খজিক তিংথোক্লগা চাউরবা অরানবা অমা তৌনীংদবগী মওংদা হায়রকই -

— জনাব, ঐদি নেশা অমফাওবা তৌজদে। চাদং খর-খরা থকই, লোইরে। কনাগী কা-মুং ..

— গুড! ভেরী গুড! নঙ শেল দরকার লৈ নত্রা?

— শেনগী রাদি জনাব, নিকাহ শোনসিরা হায়দনা খল্লিবসি পৈশা অতাওবী অমফাওবা লৈত্রিবনি। দীদীদা খরা থিবিয়ু ঐ তপ্না মজদুরী তৌরগা অসি তৌগে হায়বগী মতাংগী করিগী—।

— ফরে লীশীং কুনথ্রা নীফুনা য়াগদৌবা নত্রো!

— ইমাই! পৈশারনে জনাব, পৈশা অমমম চপ্নাহু লীশীং নীফুদি অস য়াম্মনিনে—।

— পৈশা নত্তে লুপা, লুপা; লুপা লীশীং য়াঙখৈ ফাওবা থংবা য়াগনি।

— অস! ইমাই-মাই অল্লাই' কসম জনাব ইবুংঙোগী নৌকর ওইগে পুন্সিগী গুলাম।

— গুলাম নত্তে মিয়াঁ আকা; আকা-মালিক ওইগদবা। লাউ মন্নুং চঙসি রারী তৌগে। নঙবু করি'য়ে — ? (মন্নুংদা পুশিল্লি)

— মিংবুরা জনাব? অসি গজলা দীদীগীনাঃ ঐগীনা অসিদো-রজাকতো; রজাক। জনাবকীনা করি?

— ঐগীদি নঙনা কৌরিবা 'জনাব' হায়বদো, অহুনি খল্লো। জনাব।

— মহুদি পাওনগীনি জনাবতি পাওন মান্দে।

— কনা মাল্লি!

— রাখোয় য়াল্লি।

— ঐখোয় বামোনস্তু নখোয়গুম্বা আর্য়নি; অক্সানি। রা হংগে। চা থকউ। হাই গজলা, বানো; মিয়া রজাককী চা অহাওবা সিখি তৌবা, অহাওবা, য়ায়া হাউবা অমা শেম্মকউ; কৈনো তৌবা। (রজাক খজিক চিংনৈ) অদু রজাক নঙবু নখোয়গী আরোব লৈবাকশিংদা চংনীংদ্রে ?

— কৈদৌবা হুজুর জনাব; অস ঐখোয়গী মক্তা হায়বা মকমতুদা অমুক্তুংদবু য়োজরবদি লোইরে; পোকপগী মকসদ লোইরে। অমুক্তুং য়ৌনবা কয়া নোমজরি লৌ·শিং উদনা, ইংখোল·শংবন কোইদনা মুংদাং রিক্সা থৌনবস্তু খঙ্গরি।

— এ, থৌরুস্তু। মদু অরাবা থবক্তি। চংসি য়াদনা চংনবা তৌসি ঐ শীনগে।

— কৈদৌঙৈনো হুজুর ?

— কৈদৌঙৈ হায়বা লৈতে হায়েং য়াই, হ চিং·ম·শ·এ ইয়া য়ানবা শীল্লগা লোইরে। অদুদা য়েংনখিবা তাবা কদায়ফাওবা কমদৌরি থঙনখিবা তাবা। মানা শেল হায়বসিদি মিয়াঁ সা'ব তানবসি রাপনে পাক হেক য়াদেনে-কো ?

— হুজুরবু।

মীয়মদা মতম কুইনা মহৈ তয়কপা ময়ক মরক্তা লীলা পালাগাস্তু য়াওরকপা রজাকনি। চিংনবা মুপা 'জনাব' কা নকশিন্নবা হোৎনরে। পাক হাইজিনবা য়াবা মীতাদি নত্তে। ময়ক ময়ক্তা গজলানা রজাকতা হায়—'রজাক নঙনা তৌগদবা ধর্মগী করিগী থবক্তু অদুম মতৌ।' রজাকনা থুমখি—'করি তৌরুগনো মসিনা য়ারক্তরে।' বৃন্দাগা মনিতোন গদা লাক্তনবা, মতম থরা মদোমগী য়াকম অদু কাউথোক্তুনা লৈনবা হায়রুরে। মনিতোনগা অয়ুক অমা য়ান্নী শারৈ—

— পুপু দাক্তর, 'জনাব' অসি ত্রগ লল্লোনবনি হায়বদি শোয়দ্রে।

— ঐদি থঙলবনি। সরকারদস্তু মওং অমদা থঙহনগে থল্লবনি। নঙগা অমুক্তা তায়থিগে লৈরম্বনি।

— ঙাইবিখো পুপু। মথম্মতা ফাবা নত্তনা মখোয়গী চাউরবা থুংপু অমা লৈরমগদবা অসি থুগায়নবা তৌসি। মতুগী ঐখোয়গী ল্পকী মীওইশিংনা কন্না হোৎনবা হৌরে। ঙস্মনি মা মাগী কাণ্ডবুগা লোই-শিন্নবা তৌবা হৌরে।

— হ! হাৎপদি নখোয়না য়াদে। নচেয়া কৈনো গজলাদি শোক্লনিদো!

— মা পুপু, য়ায়রোই। মাদি শিবা কুইরে। য়াম্না মুংঙাইতবনি। অল্লাহনা কৌশিনবিগ্রসন্থু। মৈচাক মৈশানা চাকথেকপা কুইনা থাঙবা ঙস্মরোই!

— উম। রজাক নওগী য়াখল পরীং তশেং-তশেংই। 'জনাব' অসিমক্তি পাঙন নত্তেনে?

— নত্তে পুপু, মমানা মৈত্তৈনি হায়বসিমা শোয়ত্রে। মপানা চীংমীগুম্বা মাল্লি। পাঙন ওইরমগত্রা হায়নস্থু থল্লি। চপ চাবদি থঙবা ঙমদে। চীংলোম অসোমদা-উথরুল অসোমদা লৈবা ওইনা ঙাংনবা তাই। মাগী মমা অহু মপানলমলোমদা লায়েংবা পুরুনবগী য়াস্থু পনবা তায় মখোয় থয়া য়ায়ী শাবদা। মতা চায়বদি ঐগা লোয়ননা চৎলু হায়রকপা য়ানা লৈ।

— মমাহুব্ কয়া নহা-অহননো করি কৌই হায়বগে?

— য়াম্না অহুল ওইবদি মান্দে। কুইনা মশা ঙমদনা শোক্লা লৈরকপা মাল্লি। মমা অহুবু শাউবা ওইনস্থু ময়ক ময়ক্তা তৌই। মখোঙ থঙবা মীওই নত্তে। ঙক্লিবা অমনা মাদি ত্রগ শীজিন্নদে, য়ুদি য়াম্না থকই; চুরুপ অসিমা মীরৈবাকী ফগ্রবা তাঙগ্রবা অসি চম্ম-থকঅ তৌই। শেল অসি য়াইদৌনা শীজিন্নৈ! অয়ব লৈথাকলোমদা লম-য়ুম লৈবগী য়াস্থু পনঙুম তৌই।

— উম্, মা অমা কুইরয়োই। মুকথ্রুবী পাইথোয়ক্লবদি মপুন্সি লোইয়ব-নি। ফত্তবা তৌবসিদি কুইবা য়াদবনি। ঐনা চিংনয়িবদি নখোয় চেয়বা য়াওথিত্রা অসিনি।

থা খরা লৈরগা রজাকতু শেংলবা পাঙনগী ফিজোলদা মনিভোনগীদা লাকই। অহীং অথেঙবদনি। থেঙনা ভুম্মগা থেঙলপ হৌবনা হৈনবগী ওইরকপা অহল মনিতোনগী ওইরবনি। থোঙগী মন্দিলা খীংলকপদা ঘড়ী য়েংলগা ঙক্লুরবনি। রজাক ওইরম্মী। মশক খঙলুদ্রে। রজাকনা চঙলকুনা য়াম্না চেকশিন্না পাউ তম্মবনি; হায়রৈ—

— পুপু দাক্তর, মাগী মরমদা খঙবা য়াবা মথৈ খঙলে। মখোয় অনী হৌজিক অরোনবা লম্বীদা চীংমী শারগা ম্যানমাঁরোমদা পোং লৌবা চৎখ্রে। ঐ থিন্দোকপা চৎলুবনি। অঙক-অঙকপা য়াকম খঙলকলে। মখোয়না পোং চাং য়াম্না পূরকনি। ঐনা ইরান তান্না পূরুগদৌরিরনি। ঐগী ভিসা-মুংশা লোয়না শারে। অঙকপনি শেলগী শক্তি। ঐ হৌজিক ইরানদা ফনা কুইনা লৈবা য়ারে। ঐ হৌজিক লম্বোইবা হায়বহু ওইরবনি। ঐ হৌজিক ধর্মগী শেংলবা মীওই ওইরবনি পুপু দাক্তর, য়ারোইদৌবা মতাং লৈবদগী খরা থক্লে। অদুবু পুপু, চিংনবিয়ু ঐ মখোয়গী পোং অসিদি শীজিন্নরোই। কসম চায়বনি। জাম অসি নত্তনা অতৈ শোক্লোই। মসিমু 'শনারৈ-খুৎপু' থুগাইরবা মতুংদদি শোক্লোই। মসিমু কসমনি। 'শানারৈ' হায়বসি মখোয়গী কাঙবুগী ত্রগ খঙনবা য়াহৈনি। মসি করিগুম্বদমু সরকারগী মীওইদা ফাওবা পনবিরুখিদু। য়াম্না লুরিবসে পুপু, 'শনারৈ'গী কারবারসিদা সরকারগী অচৌ-অচৌবা খরা য়াওরি। হোসিয়ার তৌবা তাই।

— মখোয়গী খুৎথাঙ মথং মথং অমুকম্মু মথং লাল্লগা য়াওরমগনি। ফারবম্মু শং লৈথোকখিনি ফাবম্মু ঙম্মোই।

— ঙম্বদি ঙমগনি, পুপু।

— ঙম্বদি ঙমগনি অদুবু নখোয়না তৌবা ঙম্বদগী য়াম্না হেন্না তৌবগী য়াখলমু থাদোকপা তাই। শিংবা তাই। থৌনাবু শিংদবনা লমজীং-হনবা চুমদে। অদুগা নঙনা অঙকপা খরা খঙলক্লে হায়বদুনা করিনো?

— অস, পুপু! মখোয় অসিদি শৈতানশীস্থ শানি। নহানরাইগী মৈতৈ-পাঙন য়ান্নথিবদো, মহ মখোয় খরনা হোটেল মচা অমদা শেল-থুম য়েন্নবা, য়েম্থোক্লবগী মতাংদা মরৈ য়েৎনরম্বদগী শাউগৎনরক্লুনা, মখোয় শা মশেম্নিনা অয়াওবা থাঙ শংতোক্লহুনা থিন্নবা জাংনি। খাম্মুবা বামোন নহাহ শোকপা মহুদা খুদোংচাবা লৌরগা মৈতৈ বামোন য়াম্লে পাঙননা মৈতৈ য়াম্থংলে হায়দনা অমনা লাউবা। মহুদগী গুরুং হুপচিন্নরক্লুনা—খোকপ্রিবহুনি। অহানবা থিল্লিবদো 'জনাব' অসিনি। মানা হিদাক ভাওরবা ঐখোয়খৈদা ভারবা মতাংদা চাউথোক্লা হায়বনি—'নবুংঙো আকা ঐনি! অপঙবা লৈবাক খুদক্তা তুমহনবা ঙম্বা জাংনি। ঐ হৌজিক বামোন ওইরম্বদগী পাঙন ওইরবনি; অহানবদা পঙখুবা চীংমী ওইরম্বনি। ইপা অশেংবহু চীংমীনি হায় খানাগী শৈতান অমনা হাংখি হায়। মহুগী লমন খুম্বা হৌগ্রে। হৌজিক মতু-মচা শাগৈ-নাতৈ তুম্না মাঙহনবগী মতম লাক্লে। অপঙবা লায়রবা লৈবাক অসি ওৎখায়রম্মগা আদা জন্নতকুম্বা লৈবাক্তা বাদশাহ ওইনা লৈ-থোকপ্রনি। সিতিজন ওল্লনি। লাই কাওবা ঐবু ফাবা মতীক নত্রে। ইথুৎনা হাংপদি ঙম্মী মাঙম্বা তুমীৎ অমোম, মচা মুপা রাইথু মখোঙ অতেকপা! লাইরিক অহুমথক পাজরগা লৈবাক্তী মকোক ওইগনি খনবা শাবা গ ধা! গধাগী নমথীবা মথী। হা হা হা...।' অসিনি মাগী শৈতান মরূগী থৌদো পুপু।

— উম, ভাব তারে। মাগী মমাহ বালা ঙম্বা কৌই হায় লাকপ্রা?

— ঔ ঔ পুপু। চিঠি অমনীদা 'নমা-বালা দেবী' হায়না ইবা থেংনখি।

— খঙঙে। মা নাম্থোকখিদনবা তৌসি। মম্নিংবু করিনো 'জনব'তুগী?

— মকম খঙদে পুপু পঙকৌদা কৌনৈ মানম্থ মমিং তরামুক হায় কনাগী বামোন মৈতৈ চীংমী হৈ-লৈ শা-ভাগী মমিং ফাওবা শীজিন্নৈ। ঐ-ভোন্দদি 'জনাব' অহুম ওইরে। য়াম্নস্থ শিংই চেকশিন্নি মমিং ময়া-মসি শীজিন্নবদা মকম মতম ভাঞা মেঞা অমস্তা শোয়নহন্দে। ঙসি

ঙরাংসি ওপ্পোকপা শরৌ অমা শীন্নবা উই।

- হায়য়ু।

- মাগীসি চেচে লিম্পোইঙম্বীবু ওইরমগদ্রা খল্লি। মানা জন্নত-লৈবাক চৎপদা মৈতৈগী লাইরেম্বী অমা পুখিনি হায়রি।

- উম্ বোইবোইদা খজিক হূৎখিবদা মাদা নত্তে, মাগী শাগৈদা নত্তে, চারোল শুরোন পুরোন তরেংকা মমী মুথৎকে তৌরককনি। ইসুহু ঙমদবত্তা তৌগে হোৎনবা মুপানি। ঐদি ঙাওদবনিনা হায়খিরোই।

- হ! হায়বিরুবা য়াদে খুপু। মাগী থবক ঐনা পুহৌরি। ঐগী ইমানি ইয়াম্বা বোইবোইগী ইমা। ঐনা থোকপা তৌগনি। পুপুগা, ইমাগসু, তপথনা লৈবিয়ু। ইমাগী লমন শিংগদবা লৈ।

- অহুনদি রজাক হুন্দকী থবকসি মানা তৌবনিনে।

শোয়দ্রবনি। মহুগী মনা ঐনা পীবা তারি। হৌনদবা থবক্কী হৌনবা মনা ঐনা পীগনি পুপু, কসম!

হাই রা হায়গে লানখিবহু শেংদোকহল্লগা চুমথোক্লগা রারক-রাতেম থরা তৌবদগী পঙহেন হেনবা য়াদেকো রজাক; নঙসু য়ক লাউ-গল্লি। ফাধৌ লাইবক্তা অল্লাহদসু থরা শিন্নথোকউ শাস্তি ফংবনি। খঙজরে পুপু! লাইবক্কা ঐগা শীংনরকপা কুইরে। লড়াই খুদিংদা শিরবসু নোংমৈ নক্ক ময়াম থবাক্লোমদগী নঙ্গল্লোমদা ফাওদোকখিগনি নঙ্গল্লোমদগী অমত্তা থেংনরোই।

খঙতে নঙসু বোবোইদা লাইমিং লৌরম্মে। চেকশিন্না লাকনৌ। থানারোমগী ঐ লৈরে; পাউ হেক হেক পীরকউ। খোঙফম নাম্বোক-খিদনবা কম্না শেন্নৌ। নঙগী হিদাক অহুদি তৌহননীংখিদ্রেদা পুপুদি! ঐগী রাহ, আম্মানা সুকরা য়াদনা চিঙ্গাক্লি। অহুবু পুপু য়ানীংবা অচৌবা অমগীদমক য়ানীংদবা মচা থরসু তৌবা তাবনি লেপ্লে। মানি, লমথুং তাবা লম্বেনদা অমাংবা নেংপা তাবনি। অহুমকপু খঙনা চৎলু হায়বনি। খজিক্তং তৈবদি য়াই পুথবদি চুমদবা।

-ঐ ভাব তাঙ্গরে পুপু। ইমাহ্ মথন্নায় য়াম্না শোক্লা উয়ে খন্না ফাধবিয়ু। অশেংবা তাকপিবা য়ারে ঐনা পুংচুম চুম্বহু উৎলগনি। ইয়াম্বা লাকপদা ঐগী মায় থমক্ষম লৈরোই। ঐ চপ চানা লেপ্লবনি। ঐ য়োৌজরগে। মসি পায়শিনবিয়ু ঐনা পাউ পীরকপদা শীভিন্নরকদবা অয়োৎপা রাহৈ, লোন্দা ইথোকচরবনি। মসি নীংশিংবিয়ু। ঐগা পুপুগা অনীদা খঙনগদবনি। ঐঙোন্দা পাউ থাবিরকপা য়াদে। পুপু য়াওই হায়বা খঙহনবা য়াদে।

থা অমা খরা হেল্লকপগী অতুদা নোংমা নোংঙল্লমদাইদা পাঙন লৈশাবী অমা ঈংনা তপ্পা মনিতোনগীদা লাকই। থোঙগী মন্দিলা খীংসকপদা মীকপ থোকপগী তুমথবা য়াদনা লৈরম্বা মনিতোননা হাংদোক্তুনা হংলুবদা খঙনবী রাহৈ 'পাঙন লৈশাবীনি' হায়বা তাবদগী ইমুংদা কৌশিল্লুই। চঙলম্মদরে চে মচেৎ অমা পীরম্মগা তহা-তহা অতুম চৎখরে। ফাক্তোক্তুনা য়েংলুবদা হোরেল হুমীদাং-রাই কৈথেল তিনখংলকপগী অতুদা ফিজম শেৎপা থানাগী মীওই ময়াম গজলাগী য়ুম কোয়শিন্দুনা লৈহনরিয়ো মথোয় মকোক থোংবা মরী পুন্না পোৎ পুহনা লাক্লগনি হায়বা রারোল ইরম্মী। ছান্ননা খঙহল্লুরবা মরী লৈনবা থানাগী মকোক অতুদা চৎতুনা পাউ পীরুরে লোয়ননা লাম্থোং শীনবা য়াওরুরে। নাংকম্ন লূপকী নহা খরদা অমমমতা চৎতুনা উন্নরুই। মথোয় হান্ননা পাউ ফংনরম্মে। খন্না অমদি হান্ননা মওং কয়ামুক্তা মীওং কয়ামুক শারগা শেন্নহনা লৈবা হৌখিরম্লে। মছাক মশাম্নু মচা-মমৌ বৃন্দারানী পুরগা চৎলুসিন্না খনবনি। কান্নদবদা লান্নংবা য়াওরুবা তারনি খন্দুনা ভোক্লে। ঙসিগী অখেংবদা নত্রগা হুয়েংগী খবরদা পাউ ওইনা ভারবা ছায়বহনি হায়মা খন্দুনা লৈরে। মমৌনুপীদা হাইরপম্ন খঙহল্লি। মথোঙ হক্রুবা সমাজগী মীওই খরদা তাথীবা হৌরবী বৃন্দায়ানী ওইদবা নাকয়েংকী য়েংহনা মপাগী

মনাক্তা হায়গুম চঙবদা হঙ্গোইরবনি। অওনবসি খঙলবা মনিতোননা বৃন্দারানীগী মকোক নানবিরগা হাইরম্মী—

— ইবেম্মা, অচুম্বা লোৎপা য়ারোই; পুম্নমকপু খুদুমদা থম্মিবা মহাক অমদি লৈরি কাউগনু। মহাক অসিগী রায়েনদি, ঙনবা-থেঙবগী রাদনি, চুম্বনি; থবক থবক্কী মহৈ ফংহনবনি। খাঙভ্, মতম খরদি খাঙবা তাবনি। খাঙবা কনবসি মায় পাকপা পুন্সিগী লম্বেল অমনি। থীন্দনা পেনবা য়াবা পাউ তাররনি।

মী মশক খঙনবা হোৎনদুনতা লৈরিবা দাক্তর অহল অসিগী লাই-ফাও মঙফাওনররে। মথংগী অয়ুক নোংঙাল্লকপগী অতুদা ঙরাং লাক-খিবা পাঙন লৈশাবী অহ থবর অমা পুদুনা লাক্লে। পাঙল লৈশাবী ওইরমদরে লিম্বোইওম্বী ওইরম্মে। মৌপা রজাকনা পায়থৎপা থবক পুম্নমক্তা মাগীসু শরূক তম্খায় অমা য়াওরম্মে। তুলসীবোঙ মচাহু ঙস্তানা রাই তৈথোক্লগা ধুপ থাগে তৌরিভৈদা লিম্বোই চেল্লকপনি। মাগী অম্তীবু পুশিল্লগা পুপু মনিতোনগী কাদা চঙলকপনি। মপি মরক্তা নোক্লগা লিম্বোইনা হায়রকপনি।

— ধর্ম লৈরি; ঈশ্বর লৈরি মীওইবা হিংলি। সে অন্তী কল্লক পেন্না পারক্কে তাও। হ! ঐনা পাবদা থাজখিদবনু য়াই: ঐদি শৈরেং থোৎপনিনা শেরান-তুরান পারকপসু য়াই। অম্তী ইশানা লাউনা পাবিরকউ। ঐ থংনবা কাদা কোফী শেম্মক্কে পুপুগী; কোফীনা মসুগী মহুৎ শিনবদৌনা তৌরবনি। ঐদি হায়না খঙজিল্লবনি।

হায়রম্মগা ফৎ চঙখি। মনিতোননা 'অঙাওবী শমঙ অসিদি।' হায়রগা নোক্তনা য়েংহৌই। ভাব তাফাত্রিবী ঙক্লিবী বৃন্দারানীদি ঙক্লি। ফাত্তোক্তনা মক্ষম পাক্ষম তাকলম্বা অতুদা য়াওরিবা রজাককী কোতো উবদা অমুক্তা হেন্না ঙকখি। মনিতোননা হায়রকপদগী লাউনা পারকই—

লুঃ করোয় মরী মুকী ত্রুগ ফারে

## চাউনা লল্লোনবা কাণ্ডবু থুগায়খরে

চহী খরগী মমাঙদা মৈতৈ-পাঙন য়াম্বংনহুনখিবা মীওইশিং ওইরম্লে লিলোংঃ জুন ১৩! মফম অসিদগী কিঃ মিঃ ৮গুম্বা চঙশিল্লগা লৈবা মুসলমান অহল অমগী য়ুমদগী হৌজিক চংনরিবা মমনদা লুপা করোর মরীমুক ওইগদবা দ্রগ ফারে। হাম্লনা পাউ ফংবদগী ফিজম শেংপা খুংলায় পাম্বা থানানা য়ুম অসি কোয়শিন্দুনা লৈরিবৈদা মশানা সো-লোমোন শর্ম্মা কৌই হায়জবা (কালা জনাব, রাজা বাদশাহ হুরিবোল য়াওনা মমিং ১৭মুক লৈবা) ইন্তরনেশনেলগী থাক্তা দ্রগ লল্লোনবা মুপা অমা নমদুনা ফারে। মশক খঙলবা মুপা অমনা মুমীৎ অসিমক্তদা মফমসিদা উন্নসি হায় হায়দুনা ইফোঙ ফোঙনা লাকপা মাগা কারবার ত্তৌমিন্নবা মমান্নবা অহুমম্তু লোংউপ্না উপ্তুনা ফাবগুম ফারে। পোৎ থমদোক থমজিন য়োম্হোক য়োনশিনগী মতাংদা শরুক চাউনা য়াবী গজলা কৌবী মুপী অমম্তু ফারে। ফারিবা মাল অসি শ্রী রজাক কৌবা মুপা অমনা আরব লৈবাকশিংদা পুখিনবা শ্রীসোলোমোন শর্ম্মা অমদি মাগী মরূপশিংগনা ম্যানমাঁদগী লৌরুবনি। শ্রীরজাক 'মৈতৈ নাৎ কন্ন-লূপ' হায়বা লূপ অমগী সেক্রেটরীনি। মহাক্না থা কয়াগী মমাঙদগী ফত্তবা মীওইশিং অসিগা নকশিন্নবা হোৎনদুনা মখোয়গী কাঙলুপতা য়াওশিন্নরগা পুলিশতা চপ চাবা পাউ পীদুনা ফাহনবদা চপ চাবা থৌদাং য়াবনি। মহাক্কী লূপকী মেম্বর পূম্নমক্না অংম-অঙম্বা অয়াবা মতেং পাংখি।

অতোপ্পা মরূ ওইবা রাফম অমনা চহী খরগী মমাঙদা মৈতৈ-পাঙনগী থোকহৈদবা তাহৈদবা খনবা ফাওবা খলহৈদবা ঈরাং অমা থোকখিবদুগী অমত্তা ভায়রবা মরমসি ফারিবা মখোয় অসি ওইরম্মে। রাফম অসি ফারবা মখোয়না চোম্না তিনখংলকপা কৈথেল্দা লেপ্লগা লাউথোকখিবনি। অসিদম্তু নত্তনা ছৌজিক হৌজিকমক মুপীশিংগী লূপ অমগী চিয়ারপার্শন ওইরিবী শ্রীমতী বৃন্দারানী কৌবী, ওইজবা কয়া থাদোক্লুনা সেবা

তৌজরিবী অমগী মায়োক্তা ওইদবা লীচং চংলে হায়না শন্দোক্লিবা অসি লায়নাগী মশক ওইরবা সোলোমোন শর্ম্মা মশাননি হায়নস্মু ময়াম মমাঙদা লাউথোকখরে। মরু কোকথোক্ত্না 'ঐখোয় ত্রগ লম্লোনবনি', 'ঐখোয় হুরানবনি' 'ঐখোয় সমাজগী লায়নানি' হায়না চে থেংলগা থানাগী ময়োন লোয়শঙ ফাওবা মখোঙনা চংহন্দুনা পুগনি হায়দনা তৌনবদা লৈভাকথোরম পায়বশিংগী মায়কৈদগী য়ারক্তুনা মীয়ামগী ঈরাং মচা অমা থোকখি। লাকশিন্নবা লাক্লবদা অহাংবদা নোংমৈ কাপখি। মুংঙাইনড্রিবদি শ্রীরজাক হায়রিবা মৌলবী অসি কদোমদগীনো খঙ-হৌদ্রবা মীওই খরনা তুংলোমদগী থাঙনা থিল্লমতুনা থীনা শোক্লে। লায়েংশঙ অচৌবদা লায়েংলি...

কল্লক পেন্না পারম তারম্বা মখোয় অহুম্মক খংপ্রেক খংই। অকো-নবগী পাউ অসিমদি লিম্হোইঙম্বীস্মু খঙদে; থোদোক মফমদা চংলুবী, ঈরাং অতুদা য়াওরুবী লিম্হোইনি; খঙদে। মানা হাইগংলকপা ফাওবদা রজাক কোয়নোম নোম কোয়চেন চেন তৌতুনা লৈহৌরি। কন্ন-লুপকী মীওই কয়াগা লৈমিন্নহৌরি। খবরস্মু লোইনা পারক্তে; প্রেসতগী মশা চংতুনা লৌরুরগা মথক্কী অচৌবা ময়েংকা রজাককী ফোতোগা য়েংলম্মগা হরাওনা হেক্তা চেল্লকপনি। হাই! চুম্মিত্রনে হায়নতুনা ফোন তৌতুনা প্রেসতা হংই। শোয়দ্রে। অহুম কোফী থকপা লোইরমদ্রে লায়েংশঙ পাঙলক্লে।

চঙখিবদা কাগী মপান্দা কন্ন লুপকী নহা ময়াম লেপ্লম্মী। হেক উবদা মনিত্তোন খংচিং চিংনৈ। হংবদা ঙরাং মুংথিনদা অমুক অহীংদা অমুক ওপরেশন অনীরক তৌরে হৌজিক লৌশিং খরা তারক্লনা লৈরি। দাক্তরশিংনা মী থাদোকমু হায়দনা ময়াম লৈরিবনি হায়না তাকলকখি। বৃন্দারানী মশাহু নীকলকই। মথেন ফানা চায়ক-থকল-ক্লবগা মকম্লাক নীক্লকই; মকোক পায়রগা ফমথরকই। লিম্হোইনা

কোনখৎতুনা মচী অমদা পুশিল্লগা শেন্নৈ। দাক্তর মনিতোন রজাক ম্লেংবা চঙলকই। মা উপ্পা হিপ্লোই ঙাথবোই তৌদনা লৈরম্মী নর্স অহুমগা দাক্তর নহা অমগনা শেন্নরম্মি। দাক্তর নহাক্তুনা মনিতোনদা 'য়ারী তৌবিরো পাবুঙ হায়রকই অদুগা নর্স শিংদা করি করিনো খরা হায়রম্মগা তপ্পা থোকখি। মনিতোন হেন্না চিংনরকই। মনিতোন উবদা রজাক মোমোন তৌরগা হৌগৎকে তৌই। নর্স অনীনা হোৎচিন্দুনা খাম্মি। খজিক লেঙলুবদা হান্ননা ঈতনা চোংলম্মবা তুংলোমগী ফি অঙৌবদু হেন্না চোৎখৎলকপগুম তৌই। মমিতোন চঙশিন্দুনা ফম্মুরগা রজাক্কী মখুৎ পায়রুই; হায়রুই—

— কৈস্নু তৌরোই রজাক খজিক্কুং শোকপগী য়ানি হোরেল হৌগৎ' চৎ' ঙম্মনি। পোথাউ। ঐখোয় ঙাইহাক লৈরগা চঙঙকে।

— পুপু! ফম্বিখো। ঐ কোরান শরীফ অমত্তংদি পাম্বনি।

— লৈনে। ঐগী লৈ নয়াম্বা বোইবোইনস্নু হন্দক অমা য়াম্না পীকপা পুবা য়াবা অমা থারকই। লৌহল্লুগে নচে ক্লিস্থোইস্নু য়াওরকই।

— য়ারে য়াবিরুরম্নু। ঐ মৌলবী অমনি। অতৈগীদা শোন্দুনতা লাক-পনি ঙসিদং চীমফা পুবগী কান্নবা ফংগদৌরি।

— নত্তে রজাক ঙাইহাক্কুং পোথাউ দাক্তর—

— পুপু, অতৈ মরূপ মপাঙ ময়াম লৈরমগনি হায়বিরুম্নু। কোন্ননা তাকপিয়ু ঐ চৎথ্রগে পুপু (নর্স শিংদা হাইরপ য়েংলুই) ঐ খঙই পুপু; ঐগী খুবাক মম্নি য়েংলগা ইয়াম্বা মালেমঙম্বনা হাম্বরম্বদো মতম অসিমক্লি। চহী থা অদগী চৎখিবগী উপায় পুন্নমক চান্নরে—

— ফরে রজাক য়া য়াম্না ঙাংগম্নু চোকথগনি ইচা নর্স শিংনা শাউরনি ঐ খোকথ্রগে।

— ইচম নর্স শিংনা হেন্না খঙলম্মনি। ঙাইহাক্তা ফমবিখো হায়রমগদবা খরা লৈজরি পাউ তম্নগদবা খরম্নু লৈরি—।

— খঙজে কোন্না ঈংনা নীংখিনা কম্মিন্নরগা—।

— মতম লৈরম্বোই পুপু। য়াবিরুরম্নু। ঐস্নু চৎখিবা চুম্মবনি। দীদী গজলাস্নু ঐঙোন্দগী পুং থরা হানখ্রবনি চৎমিন্নখ্রগে। জম্নতকী লম্বেল মাদি মতম থরা খোঙফম শোয়রুরবনিনা থঙঙম্বোই ঐনা তাকপিরুরগে— !

— রজাক !

— পুপু, ত্তো ঐনা ঐনা হায়খিবহুদি ওয়রে, খুৎলাইসি তুংলোমদা পাল্লরে ! মখোয়না হুরান্দুনা পাঙদ লৌচৎ চৎখিবগীনি; মাঙদা চঙ-লক্তুনা থেংনরম্মবদি থঙগদবনি। ঐ ইয়াম্বগী সাগিদ'নি। থবাক অসি থরায়দৌনা পুমহো হোরৎলবা ফাওবদা হোৎচিনবগী খোঙ-ফমদতা থেংনরমগদবনি। ঐনা জাম থকই হায়দনা পুপুনা মুংঙা-ইতবদো মহা শৈতানশিং অসি...

— থঙে রজাক মখা তাবা চুমত্রে।

— ঙসিদংদদি পুপুনা হায়বা য়াররোই; মাফ ত্তৌবিয়ু। য়ায়োইদবা ঙম্মোইদবা অমগীদমক হোৎনরুবদি অরেম্বনি লৌশিং য়াৎপনি হায়-বিখিবহু পুপুনি। কুইনা চাকলম্বগী মৈশা খজিক্কুং লৈবগী য়াদনি, উৎ ওইরবনি।

— নঙ কৈস্নু ত্তৌবা নত্রি রজাক—।

— চেচে য়াওরকই হায়বদাই ?

— বৃন্দারানীস্নু লাকই নঙবু লৌবা লাকপনি।

— আইমা ! ইমা য়াওরকপা। কৌশিনবিরকউ পুপু। করিস্নু নত্তবদা ইমাহু মথরায় শোক্লবনি। ঐনা, ঐখোয়না অমকপা পুম্নমক কোথোক লবনি। ইমাগা ইচেগা কৌশিনবিরকউ কয়ামতকী মতাংদা ইমাগা ইচেগদগী বিদাই লৌরক্তে হায়রকপা য়াই। পুপু, কৌশিনবি ..

পীকথরক্লবা মৈরীগুম্লক্লে। মনিতোননা নর্স'শিংহুদা য়েংলুই। নর্স' অমনা মপান্দা দাক্তরগা তাম্নরগা মমাগা মচেগা কৌশিল্লে। নহারোল থরা অমস্নু চঙলক্লে। দাক্তরদি অস্নুক কুইনবু চথবা য়ারিবসি হায়দনা

ঙক্লপ তৌহৌই। ময়াম উবদা রজাক তিংখৎলগা ফম্লক্রে। খায়ত্রে। নর্শিং মপান থোকথ্রে। মনিতোননা বৃন্দাগা লিম্থোইগবু য়েৎলোম মায়রোমদা ফমহল্লে। রজাকনা রানা মুপীজা অনীগী মথুৎ নাম-নামা লৌখৎতুনা মকোক্তা হাপ্লগা মপি অতংপা-লৈতনা শিন্থরগা পেঙ্গনা মোমো-ম্নরগা হায়রকই—

— য়া খুদা, য়েংথবিরকউ! ত্নিয়ানা ঐবু পীতৎ-পাতৎপনি মমা লৈতে, মচে লৈজদে ময়াম্বা মনাও কনাসু লৈতে হায়দনা লক্লথিবনি; ঐগীদি ইপা-ইমা পোকপা পুপু ফাওবা লৈরে। ইয়াম্বনা ঐগী মঙম পাঙ-থোক্কনি য়েংঙু, লৈরিবা ঐগী ইনাওশিং ইয়াম্বশিং! ঐবু মীরায়বা য়ারোই! চন্দা নঙসু নিকাহগী মায়খুমফি অদু খজিক হাংদোকঅগা য়েংথরকউ; জন্নততা ঐগী ইফম কল্লিবা নত্রা! ঐদি লৈগী দোলাই তোংহনা লাকনি। ঐ মায়থীবা নত্তে; ঐদি অরোইবা মপূ মাগী জং য়াম্নবনি। ঐনা ঙম্বনি। ইমা, চেচে, ইয়াম্বদা তম্বিয়ু ঐ অশেংবা মুসলমাননি; অদুনা হিন্দুনি, খৃষ্টাননি শিখ-বৌদ্ধনি অদুগা শিদবা মপু নীংবনি। ইয়াম্বতু উন্ননীংখরেদা!...

তেপ বেকোর্দকী খোঙচৎ লেপ্পগুম লেপখিবনি; হায়নীংবা কয়া অমা পুদুনা চৎখিবনি। অপেনবা কয়া পেন্দবা কোঙ্গায় য়াওরমগনি। লোইরে হায়বা খঙনদে পোথারিবা মাল্লি। মনিতোন দাক্তরদি খঙই। নর্স কৌশিল্লগা শাংদোকহল্লি। লেপ্লম্বা দাক্তরনা হৌজিক্তা থকখিবা ঈখেঙতনা চোংলিবা ফিঙৌ অদুনা রজাককী মমায় তপ্পা কুপশিনখি।

## তরাস্নুবা

বৃন্দারানী অয়ুকতা নহান নোংমা লিয়্হোইনা থনম্বা নম্বা লোইরবা হয়েং-হুংচিং মানা সভানেত্রী ওইরগা ফোঙদোকদবা শৈরেংগী লাইরিক অহু পাবা হৌই। মামক্তি হৈরোই পক্লদে হায়দুনা য়াজদবনি; অদুদা লিয়্হোইনা সমাজ সেবা, সমাজ শেংদোকপা অমদি থাদোকপগী হীরমগা অপাননা মরী লৈনবা রাখল ফোঙদোকপা শৈরেং ঙাক্তনি অন্তৌনা তৌবিফম থোকই হায়দনা তকপদগী মীৎয়েং কম্মামুক্তগী ময়েংলগে হায়না য়ারুবনি। নুংঙাইজবা, চাউথোকচবা অমদি থম্নুংদা মোমোম্নজবগী মীৎ-য়েং অমা মপুঙ ওইনা য়াওরি। মশাস্নু খঙই।

অখঙবা শৈরেং খরা অমুক্তা হন্না প্যাগে তৌরকপগী অদুদা লৈবাক্তী মন্ত্রী মকোক্তী নুপীদু চঙলকপা উই! সিপাই খরগা চঙলকপদুদা বৃন্দাদি ঙকলুরে। মন্ত্রীগী নুপী লুশী বৃন্দানা সেক্রেতরী ওইরম্বা লনাই লূপ অদুগী চিয়রপার্শননি। লুশীনা মাদি মপান্দা লায়েংবগী কুইনা লৈরুবা মরমনা পাউ মুন্না তারুদবদগী বৃন্দানা থবক থাদোকপগী রাক্ষম অসি খঙলুদে হৌজিক অমুক থবক তৌথরো হায়বা লাকপা ওইরম্মে। তাবমক্তা থোইনা খম্বরুবা লৈতনা বৃন্দানা হায়খি—

— ইচে, পোত্থাবগী পোত্থাবা মতম খরগা পোত্থাজখিগে। মরামগী থবকতি অদুম তৌহনা লৈগনি। লোয়শঙ পান্নজরোই হায়বদনি। মপান্দা চপ চানা অদুম য়াওজখিগনি। লূপ থাদোরুচরোই। ঐখোয়না লিংখৎচবা লূপনি। মসি ওইনবা লারুবদা ঐগী ঈ য়াওখ্রিবনি।

-- অচুনিনে ঐনা হায়বসু বিরিন্দা, নঙগী ঈ মরীকপু করিগী কাওথোকপনো ! তৌখোনে। নঙগী থবক থাথোকপগী চে ঐনা য়াদরি; বোর্দনসু য়াদে। নঙনা থবক তৌবা হৈরেনে। তৌখো-তৌখো। চৎসি লাকও ঐনা লৌবা লাকপনি। লোয়শঙগী নুপী ময়ামদি কপ্পনি। নঙ লাকত্রবগী কপ্লেনে।

— মচু ইচেখোয় খ্বায়না হেন্না নুংশিবিবগী রানি। লাইবক ফবনি।

বৃন্দাগী রাহৈ অসিমক ঈংনা তপ্না রাখল নুংঙাইনা থোঙ্গাল্লোমদগী চঙলকপা মনিতোননা তায়। পুম্নমক থৈদোক্লগা মনিতোননা তাপ ওক্লুনা হায়বনি --

মনিতোন — মচুগী ফরিবা নরায়বক্তো বৃন্দারানী ঙসিচু থম্বাল অমুক্তা শাৎলবনি।

লুশী — নঙগী নচানুপীসি মীনা হায়বা য়াদ্রেনে দোক্তর ! থবক তৌরোই হায়রেনে। মাদি য়াম্না তংলেনে; মুপীগী য়াইফনবা থবক তৌরোই হায়রেনে। খরা থেম্মোনে।

মনিতোন — মেদাম, মাদি থবক তৌবা শংগদবা মান্দ্রেবো !

লুশী — অস ! করিগীরা ? নঙসু নচা কনখৎলেনে অহল ! অহল অসি চহী অসুক য়াম্মবসু মশাসি ফনা পাখঙগুম্না লৈরেনে।

মনিতোন -- ঐ পাখংনিনে লুশী ! নঙবু নহানরাই অঙাং-লৈশা ওইরিঙৈদা লায়েংখিবা পাখং দোক্তরচু ঐনিনে।

লুশী — ঙাওসু ঙাওদবা, নুংশিবা অমগী ঐনা চাক চাত্রগা ঙাওরে হায়দনা লায়েংখিবচু দাক্তর অহলনি হায়বা ঐনা করম কাউগদ্রা।

মনিতোন — নঙনা ঙাওশিন্নখিবচু হৌজিক্কী নঙগী মস্ত্রী অসিগী নত্রা ! হা ?

লুশী — মচু নত্তহাক্তনা খঙখিবনি। নঙদি মীগী পুক্লিং খঙঙেনে অহল। নঙদি য়াম্না নুংশিবনি ঐনা।

মনিতোন— ইমাই লুশী মহু নঙগী মন্ত্রীদা তাকথোকউমু। ঐবু অমুক লায়েংগে হায়রকনি।

লুশী— হি-হি-হি! নঙদি মী লকুবসু হৈবনে। চহীবু কয়ানো? য়াম্মগনি?

মনিতোন— মরীফু য়াম্না হেল্লম্মনি পাত্রবদি খঙঙরোই।

লুশী— ও-স? অদুগা হৌজিক ফাওবা পেং চোইদবা! হ। মসি লাইনা শোয়বা ওইরমগনি। লাই অসিসু মরক মরক্তা অচৌ-অচৌবা অশোয়বসু তৌবনি। মথোঙ চাদবনি।

মনিতোন— লাইদদি থাজবরা নঙবো?

লুশী— মপাদা করিগী থাজরোইদগনি! অঙাওবতা য়েংবগী নঙসু ঙাওরবরা অহল! পুন্নমকপু শেম্বিবদি ইবুংঙো মহাক্কি। মাদি নঙগুম্না পুন্নমকপু ফহনবা দাক্তরনি। মানা তৌবদা ফত্তবা তমত্তা লৈতবনি। ফজ্রিবদি মীনি—ঐথোয়নি। ঐথোয় অসি শা ওইবনিনে দোক্তর। মী ওইয়ু হায়বা সুপয়া য়াদবনি।

বৃন্দারানী থেম্বা লাকপা মানা পুন্নমক কাউথোক্লগা মী-শা, মী মী, মী-লাই অমদি লাইগী মতাংদা ওখাক কুইনা মুংঙাইনা ঙাংদুনা অমদি ঙাদুনা লৈরে। থোঙ্গান্দা ঙাইরিবা অহনবা কার অদুদি ড্রাইভর অদুনা ইঞ্জিন থাংধরগা ব্লোক থায়রসিন্না হায়বা য়োনা খল্লে। মনিতোনগীসু ঙাংবা অমদি ঙাংনীংগনবা মতম চপ চানা থোকপনিনা কোফী অহুমক ওল্লবা ফাওবদা মফি হোংবগী রাখল তৌদে। অয়ুক ঙস্তা মরূপকী মসু অনৌবা জেলর অদু উন্নবা চৎলুবনি। মুংঙাইনা মমৌদা পাউ তমগে থৌরকপনি। গাড়ী ফাওবা থৌজিজ্রি।

মমৈদ মমৈথংদা নীংশিংনরক্লুনা বৃন্দাবু ঙমজবী মওংদা থেম্মুই। বৃন্দানা থোংনা নৌনা মৈ-ঈশিং চঙত্রবা অদুদদি লুশী হয়াও-হয়াও নীংবা

কায়না হুনখি। মানা হেক থোকখিবগা থোঙ্গান য়ৌখিদ্রিবৈদা মনিতোননা মায়পাকপগী মোমোন অমদা লেপ্লিবী বৃন্দাদা হায়রকই--

— হাই বৃন্দা, মপা বাবামচাহু হুংচিং থোরক্লনি। মতম থরগা ককথরে। মানা শেমগৎলম্বা জেলগী ত্রামাগী কাওবু অহুদি কপ্পবনা লোইহৌরে। অহুনা ...—

শেম শাজহৌদ্রবী বৃন্দা ওইরম্মমাল্লে থোঙদগী তোন ফাওবা জীং—! কোকচাউবী ভূং—! মায় পাক্লবী পীক্লবী মুপী লাম্মী অমা ঝাঁসীগী রানী লক্ষ্মী বাঈগী লাম্মীদা লানফমগী মতাই অমদা শগোলগা লোয়ননা হাইথরকপগুম বৃন্দারানী চেপ্পা হাইধরকই। পাখৎলবা মনিতোননা হোৎ-চিন্দুনা ঙাক্লগা সোফাদা ফমথহল্লে; ঈশিং লৌথোকলুরগা থোকল-কপদা বৃন্দাগী নীক্লবা মশাগী মায়থোঙহু নোং খংহাং হাংখিহুনা মুংশা তরং-তরং থোক্লম্বগুম মকা লাম্মা লৈরম্মে। ঈশিং পীরগা মনিতোননা

— মুমীৎসি মানা চৎখিবা নোংমা পানবহু থোবই। ঐগীদি থাজদে নঙনা থাজরগদি গোবিন্দদা হৈ-লৈ থরা কৎচরু। য়ুমদা হল্লকপনি অকায়বা করিস্নু লৈতে: ইয়ুম হায়বসি য়ৌরবদি শেংপ্রবা মন্দিরনি।

বৃন্দারানী অমুক্কস্নু মতু চুংখি। অহুঙৈ মা মশানা য়ারহুনা লুহোং-বগী মুমীৎ লেপ্পা মুমীৎ অহুদা য়েৎথংবা পাম্বোম মক্ক ক্রং-ক্রং চোংখিবগুম ঙসিস্নু খঙহৌদনা চোংলকই। নিংদোল চোংই স্বর থাঙতপ্পা হোল্লকই। মা ঙাংবা য়ৌনা থোকচদে তপ্পা কারোমদা চঙখিবা বাবাচৌবু তিঙক-তিঙক য়েংবদমক ঙমজহৌরি। মনিতোননা হেক চঙখিবগা বৃন্দারানী মাগী কাদা চেনশিল্লকপগুম চঙলক্লগা কাচিনদা খিল্লিবা মখোয় মরীগী ফোতো অহুগী মমাঙদা লুকশিন্দুনা মখোল থোক্লা কপলুই। অসি-গুম্না মখোল থোক্লা কপ্পা মানা খঙলকপদগী অমুক্তা য়াওখিদ্রি।

অয়ুক অহুমা চাক চাজ্রে। চরা হেন্নবা নত্তে চাবা য়াদবনি। কোন তাপ্ পায়খল্লি। অসোমদগী ওকলকই—

... কনা ওইরবনো তাকপিয়ু।

— হাই লিম্বোই নজ্রনে ?

... আইমা অন্তী ! ঐনে। কৈদোরে অন্তীগী খোন্দুদি খঙলুদরে। হকচাং ওমদবরো ?

— ওন্মী। য়াম্না হেন্না ওস্মিনহৈ। গোবিন্দ-মন্দিরসি পুং কয়াদা হাংবগে ?

... মন্দিরগী খোঙদি অহুম লোন্দে অন্তী। কৈদোরে ? মীরৈবাকী মী য়েংহনবগীরো ?

— নত্তেনহৈ হৌজিক মুংদাংরাই চৎলুসি নঙ শংব্রো ? ঐদি খঙদে করি করি কৎপা য়াই, কমদৌনা কনানা হায়নগদবনো ; মতমনা করম্বনা ফরিবনো ; লৈ-স্লু পুবা য়াদবদাই ঐখোয়না ? ময়েক নাইবস্নু শেৎনদে ·

... অন্তী গোবিন্দ খুরুমনীংই হায়বগী রারো ?

— হৈ-লৈ খরা কৎনীংবগী রানি। কৎপা য়ানবা নজ্রো ? ঐগা বামোন-শিংদা হায়নবা অমা চঙইস্নু হায়নৈ।

.. ঐ লাকখিগে অন্তী ; ভাব অমা ইতা তানরোইদৌরে।

— হৌজিক লাকেরো ? চিন্দ্রনে ?

... মন্দিরদি ঐগীদি ইয়ুমনি ; ইয়ুমস্নু মন্দিরনি ; ইয়ুমদা লাকপবু করি চিনবা-চিন্দবা ! হৌজিকমক য়ৌরকঅগে। চা থাঙ্গৎপিরম্মো।

— য়ৌদা য়ৌরকও, তান্নগদবা খরস্নু লৈ। চেক্ত চেকশিল্লরুগা ইমৌদা তাই।

.... নচানি-নমৌনি হায়খোকো। ঐ য়াম্না ইকাইজরিবা জাৎনি অন্তী !

মরোল ইকাও ফাওনরবা মনি-মমৌনি। নোকমিন্নখি। ফি অমত্তং শিনগে তৌরিঙৈদা ডাকঘরগী মী লাকপা উই। চেম্বোকলুই। মানা মশক উখিবা মাল্লি। মালেমদগী লাকপা ওইরম্মী। তনশে শেগায়। য়েংলুই। 'লিম্বোইগী মালেম' হায়না হান্নগুম ইরম্মী। চিঠিদা ইরককম

'মৈনপুরী' থারম্মী। পাথরমদাইদা থল্লুই—চৎলেদা হন্দক্তি মুপাসে। চৎহৌরো অদু মঙায়রে অসিদগীদি পুন্দুনা থম্মগদবনি। হোবে-হোবে মরক অদুদা পাদবা ঙমদবনা ফমথরগা পারুই—মৈতৈ ময়েক্তা ইরকপনি-ইমানা লুনা তৌজবী 'ইমৌ' লিন্থোই, (তু! হৌরকএ মাই হৌনবী।)

মতাং অমনী ইরকখিদবগী ঐগী রাধিকাদা ঙাকপিনবা হায়জরি। (খেহি পদপল্লবমুদারম্ য়ৌরকহুকো। ঐগী থরায় য়াওদবা কুইরক্লবনিকো। মোংফম ওইনা ফংজনিকো! হৌজনু।) ঐগী খুৎকা চীনগদি ঙাকপিহুনতা লাকলবী নঙনি; (অঁ! হৌমুকো হিংচাবা নঙ! হন্দক্তি ঐগী পালিনি নচীন অদু রা ঙাংবা থোকহল্লরোইদবনি খঙঙ্‌।) ঐগী থরায়বুসু ঙাকপিবা তাবনি। (ঐগী থরায়দি কদায়দা লৈরি খঙব্রা!) ঐদি লানবা হৈনদে লানবা তারবদি নঙোন্দতনি। নঙোন্দদি লাল্লগতা মুংঙাই। (মুংঙাই। (মুংঙাইনি! মী ওৎপা কোৎচাবা!) ঐদি ঐনা নীংবসি কায়বা থাঙবা ঙমদবনি। নঙোন্দদি নশক উবা য়াদে লান্দবা হেক্তা ঙমদে; লাল্লে খঙনা লান্দবা ঙমদে। নঙোন্দা লাল্লগতা পোত্থাবা য়াই। (কুই-ত্রেদনা নঙগী অরানবা পুন্নমক পুঙচুম পুঙচুম চুম্মগদবা। নঙনদি হায়খি-পুঙচুম চুম্মবা হায়বহুদি লৈবা হৌনদে। ঐদি মহু সুকম্বা য়ামীংদে। নঙ লৈরি। নঙগী অরানবা থুদিংমক্তা ঐগী পুংচুম-পুংচুম চুম্মবা ওইরবদা অচুম্বা-অরানবগী অর্থ করি লৈখিনি। মসি নঙনদি তমথীরবা মীওৎপা ওইখ্রবনিনা খঙঙরোই!)

ঐহাক নীংবা থজিক্তং কায়রুরে। (হাই! মাদি অসুম্বা অমুক্তা হায়দবনি! অরাবা হৈনদবা থাঙবসু হৈত্তবনি; করিনো।) পীকখ্রবা, লাম্‌থবা পুলিশকী পরীখা অমা থারুই। (আই! করম্বা কান্দা? ঐখোন্দদি ইরকখিদেনা! ইবা হৌনদবা ফাওবা ইরকখিবা মানি, করি' তাকলক্তে!) রাহং পুন্নমক য়াম্না লায়না খোকখিরনি। কল-কজনা ঐনা রাহে হায়না থল্লা থুমখিবনি। ঐদি ঐনা মকোক তারম্বা য়াই

হায়না খল্লি। ( নঙগীদি অদু ভাক্তনি। ) হৌজিকস্তু খল্লি। চে অমুক হন্না য়েংঙু, হায়দনা দরখাস্ত খারগা য়াত্রগনা পথাপ লোয়শঙগী মতেং লৌগে তৌরুবনি। অদুদা ঐগী মরূপ, ঐনা নহানরাই ভাকখিবা মৈনপুরীদা লৈরবা, থাকুর মোহন হায়বসিনা নঙনগা কয়া পামকাস্তুবগা খল্লক্লবস্তু মদোমদা থবক তৌরোই হায়দনা মরক মরক্তা রারী তৌবগা ফনতুম ফরে মসোমদা মাথা শারুরম্ন' হায়বদগী ঈংথতুনা লৈরে। ( ফরেদা ঐগী লাইবক্তা কল্লে। ) অশেংবস্তু ঐনা থবক অদোমদা তৌরোই হায়বসি থবক লৌগ'দৌরিবা কাঙবু অদুনা খঙগ্রে। অদুগীস্তু মথক্তা পীথোক পীশিন লৌথোক লৌশিনগী মওং অসি ময়োনলম অসিদনা হেন্না চংনৈ। মসিমা ঐনা সুকয়া য়াদবনি। মসিস্তু ঐনা মায়থীরকপগী মরম অমা ওইরম্না য়াই। ( ওইতুনা মায়থীবিরকপসে মসিনা মফরে। ) ফরে, মতুদগী য়াম্না হেন্না রাংবা অমা থাখরে। শোয়দনা, য়াম্না রাংনা ভম্মকনি। ( মকোক ওইগনি অতুম হায়গেদি হায়ত্রগা হৌজিক্তি করিগী কুমথরকই ! পুক্লিং হনবদি ঐস্তু নঙনা তস্থিরমদদনা হৈত্রবী অমা ওইরবনি। ) মকোক-মক তারকপস্তু য়াই। ( মানি ; ভাত্রবস্তু য়ারে। ওইনি খনবদি মতুদা ওইনবা লাক্লবদি ওইবগা মান্নরবনি। ওইবা ওইদবনা লাইবক্তা লৈরে। )

ঐ থোরক্লগনি। তিকেৎ ফাওবা হায়নতুনা থম্মে ; ঐখোয় অত্তম লাকনি। থাকুর মোহন লুহোংলে। ( ও, মাগী নঙগী ঐগুম্বীতু ওই-রিত্রা ? ) মাগী হান্নগীতুগদি নত্রে। মাদি মপুন্সি তেল্লক্তনা লৈখিদরে। ( ও ! ওম্থোকপা মরায়বক ! ) অতুবু হান্নগী অতুদগী ভাদে হায়না লৌবা তারে। ( কদাইদগী ! ) ঐগা মোহনগা মাগী মুপীগা লাক্লগনি। অরাং নোংপোকলম য়েংগনি ইমাগা পুপুগা থুরুমগনি—( ঐবুদিনা ? ) নঙগস্তু খঙনগনি হায়দনা লাক্লিবনি। ( তো অতুমিদনা মুপা-মুপা, মুপী-মুপী খঙনবা ভিন্নবা ভাবনি। )

অতুগনে লিস্থোইবী, ( এ, কদোমদগী 'বী' হেনজিনবিরক্লিবা ! ) নঙোন্দা পীনবা অশুকপা পোৎ, খুদোলপোৎ অমা পুরক্লি। হৌজিক

তাকখিরোই। সুপীনা য়াম্না পামজবা অহুস্তু মপাক অচৌবা অমা য়াওরি। (এ, সনা ওইরে। নঙোন্দগী হেনবা সনা ঐগীদি অতৈ লৈত্রবদা। পুম্নমক য়াইঙং কাওবা ওইত্রবদা। ঈপাক তম্নবদা করিগী ঈথৌ মচা মচা! লুপচরগদবী ঐনি পান্নবা ঈপাক্তা ; ঈপাক্তা অমত্তা ওইথ্রগদবনি।)

ফরে। ইমাগা পুপুগদস্তু ইথ্রবনি। নোংমত্তদা ইবনি। পাইরকপা নত্রগা মথাদা লাকপনা চাউরাক্তা তাং, মথংগী থাগী তাং ১০দা য়ুম য়ৌরকপা য়াই। ঙাইরম্নমু ঐখোয়না থোকপা য়ৌরক্লনি। (ঙাইগনি! করিগী ঙাইদনি! হুয়েংদগী অন্তী ইনেম্বোক্তা মুর্তিগী ঙাইগে! নঙনা কৈদৌ' ঙম্মনি ঐঙোন্দা!) ফরে। (আই! লোইথোকখ্রেমি পাবস্তু হৌত্রিবৈঙনা! অচচা। অসিখক।)

তেলিফোন তৌরকই। হংলুই—"অন্তীরো?" খুম্নলকই—"মানিনে নঙ—।" হায়রুই—"লাকএ-লাকত্র। অসোয়দগী চিঠি অমা ফংবা।" তথক-তথকই হায়রকই—"ঐস্তু অমা ফংঙে পাবা লোইবদা ঙাইরি। অহুম্নক স্থনা পারে।" হায়রুই—"মা লাকঅনি।" খুম্নকই—"হোয়নে। তাং ১০দা।" হায়রুই—"ঙাইখো ঐ পাইরকখিগে।"

অশেংবগী ওইনা পাইরকপদৌনা তৌই। মাগী গাড়ী মচাগী ইঞ্জিনদু য়োকেতকী হাপ্পবদৌনা তৌই। চুরী ফাওবা থৌজিল্লকই। কনাগুম্বী মমাল্লবী অমা খংলাক লাকপগুম বৃন্দা চেম্বোরকই। চিঠি পীদুনা পাহল্লি। অতেনবনি। অতা-অতাবীগী য়াফমদমক ইরম্মী। পুপু অমদি মপাদা পাউ পীনবা হায়বগা চোমলপ লোইশিল্লি। বৃন্দানা লিম্বোইদা থারকপদু পাগে হায়রুই। লিম্বোইনা ইক-আ ইক আ তৌদুনা পুরক্তে হায়। কাউরম্বদি নত্তে! ফিরৈদা য়েপ্পি। বৃন্দা থঙই। শাউরংনগে তৌরুই। ভাব খংতা তারকই। তপথরকই। ঈংনা চীংলেম্না হায়রুই—

— ও, ফরে ফরে কোম্না পাররবা হায়হুনি। পুরক্লদি পুরক্রেনকো!

'— অশেংবগীমে অন্তী গোবিন্দনা —— !'

— হ ! হ ! য়ারে নবুংঙো পন্দুনা থক শকহু ! রাশকপা য়াদবা অমা লোয়নবদাইনে নঙবো ! মতুং ইন্নরোইদ্রো !

ঙসি অসিদা লিপ্পোইঙম্বীনা ইকাইবসি, মরম ইরৈ হেক লৈতনা, লমম্বৌবীনি। ইকাইবদম্ অমুক ফজৈ হায়বসি বৃন্দাদি ঙসিদা মখঙই। তপ্পা চিংশিন্দুনা ফমহল্লগা মকোক্তা তপ্পা নাম্বিরগা হায়রুই—

— ইবেম্মা নম্নানা লান্দবা ওইরবদি নখোয় অনীগী লাইবক চপ মান্ননা ফমিন্নবা ওইসম্ । গোবিন্দসি নঙদি চৎত্রবম্ য়ারে ঐ য়ৌরুরগে।

— আই কদায়' য়াদগে। চংকনি। অন্তৌগীদম্বো ঐগীম্ মপুনি। পুন্নমক্কী মপুনি। চংমিন্ননীংত্রবম্ ঐদি তুংদা লাপ্পা অহুম ইন্নরকনি। ইশৈক থীবনিনা ঐগা চংমিন্ননীংদবা ওইরিনি।

— ইমৌদগী থোইবীনা হেনগদ্রো অঙাওবী ! নখোয় অহুম হেক ঙাই-বদা ঐ কেম্মবনি। নীংথায়গদবদা মঙায়ম্বে। নীংদি নীংথায়ররোই। চানবিরমাল্লে।

— কনানা ?

— মহুদি খঙত্রি। মফম খঙত্রি।

— খঙত্রিবদো খঙলবনি ! কাওরবনি। থেংনরবনি। তাইনফম লৈরবনি।

— মহ ওজা-গুরু অমগী মানগ্রেদা লিথোইবী।

-- হৈমা ! য়াম্না মান্নজেয়ে !

— কৈদৌবা ?

মতাং অসিদনি তৈনগ্রবগী লাপ্পগ্রবা অমগী মৈচাক্না খাঙঙমম্রবা অকিবা মৈজাও-মৈশা ওন্নক্তুনা ঈচাও নংলিবা মকোন্নঙম লৈতাকম খঙলক খঙলক্রবা মতাং মতাংদা খাঙঙদ্বগী লৌশিং হেক হেক পীথিবা অহল মনিঙোন চীং লেম্মবা য়োমোন অমগা হুপীজ্জা অনীগী নাক্তা চঙ-লক্লিবা। তপ্পা মকা লাম্না হায়রৈ—

— চুম্মত্রদো চামিন্নবা য়াংবনি পুমিন্নবা হাওবনি। অমনা লানমিন্নবসু চুম্বনি; অচুম্বদি পানগী নত্তে মুংগী মচলনি।

লিম্বোই— অস মতুমদি খণ্ডিব্রিবো পুপু!

মনিতোন— খণ্ডননবা মতম লাক্লনি। নক্সা ভ্রমনবগী মতাং লাক্লেদনা।

বৃন্দা— তো ঐনা খল্লিনে, রাখল্লোন মান্নে গুরু-মায়চৌ শোয়দনা ভিন্নরমগনি হায়বত্নি। ঐবু খণ্ডগনথবনিদা লিম্বোইবী হা?

লিম্বোই— মমা মুমীৎলৈদা মচা কবোক্লে শাৎপা হৌনদবদো।

মনিতোন— নণ্ডদি লৈতাংবীরনে!

লিম্বোই— লৈতাংবী হায়ববু লৈব্রনে পুপু?

মনিতোন— লৈত্রবসু লৈহনবা তাবনিনে লিম্বোইবী, মীনা মীগীদমক শেম্মগা লৈহনবদা ফংণ্ডমদবা য়াই ফংবা তারবদি লৈতবত্না হেন্না লৈবনিনে, লিম্বোইবী—।

লিম্বোই— মতুমসু খণ্ড্রি। খণ্ড্রিবা অমদি, য়াম্না খণ্ডনীংবা অমদি 'বী' অসি কদাইদগী কমদৌনা হেনজিল্লকইবনো অসিনি।

বৃন্দা— ওসাই নখোয়দা নণ্ডগী চিঠি পীবা লাকপা মুপাত্নবু ডাকঘরগী মী ওইরবোই নীংব্রনে লিম্বোইবী!

লিম্বোই— আই! ঐনা খল্লিনে নহানরাষ্টগী মালী তাদ গুরুং মাল্লিদা হায়দনা।

বৃন্দা— বসন্ত গুরুংনিনে ইবেম্মা। বার্ত্তোন পীবা লাকপদা নখোয়দা থিলহনখিবনি।

লিম্বোই— হাক-আই! পাথোকঅব্রো?

বৃন্দা— ঐদি কোন্ননিদা। বাবাচৌনা শেগায়ত্না পাবত্নদা চুম্না সুম অমুক্তং য়াওহৌবদনি। অনীয়ককা হঞ্জদেদা ইবেম্মা।

লিম্বোই— অস! মীগী চিঠি পাবা নিয়মলনে পুপু?

মনিতোম— মীগী পাথাপসি লিম্বোই মী ওইরিবা নণ্ড-ঐ-মা অসিনা শেম্বনিদা। কনানা খণ্ডনি হোণ্ডনরমদাই খোৎনরমদাইসিদা

শাউন-খোৎনদনা, হা অত্থু ওইরদি অদা ওইরে অসিনি সিবীনি হায়দনা শা-লান শারম্মদি কমদৌনি হায়দনা—পাদবা য়াত্রদনা—অসি তৌবনিদা।

বৃন্দা— চক্ষু-উয়ানদস্মু—

মনিতোন— হো; কেৎনরিবনিদো। অত্থুগীস্মু মথক্তা হৌজিকপু নঙবু মী ওইরিবরনে অহনবী ?

লিঙ্গোই— আই! লোইনা মাম্নরেনা মহোয় স্বায়সিদি!

নহা-মীয়াই-অহল পূম্না অমুক্তস্মু নোকমিন্নবনি। নহাগা মীয়াই চম্নুগদি নোংদোন লৈকোনগী লৈরাং লৈনম ঈরোয়নবনি। খুঙত্রবস্মু খুঙলবা উদ-উদনা লীশাং উগল্লবা অহলগী লাইবক্কী ময়েক লারবা মইশিং-দা হৌখিবা ইতিহাস অমগী লাচল্লবা মশক ময়াম অমা য়াওরিবগী মঙাল উই। লাক্কদবা ইতিহাসনা করি লাচল্লগবা ? কনানো অমনা করিনো খরা খুঙগদবা মঙায়রে। লৈশাং পাম্থাদা ফুগায়না মকা ফল্লিবা লৈরাংনা লাক্লিবা থংনবা মীৎকুপকী মায়থোঙ উববু ঙস্মিত্রা উবু উরিত্রা উকমবু থোকলিত্রা-কনানা খুঙঙ্গুরনি।

হুংচিৎ নোংমা পানবা তাং অহুম অসি ঙাইবদা বৃন্দারানী মখোঙ অনীমক য়াওত্রবা মীনা চীংজাও মতোন তম্বত্থু ঙায়খরে। কুনমাপন্নি পানবত্থুমা লেঙঙম শাঙমদনা ঈনখরে। রানা ঈনবনি পোকপদা ঙায়-রিবা হামেং মচানা কৌক্রু চীংশাং থৈদোক্তে ঈনবসিমঙাই! থাশিগী মুমীৎ অসি শগোল হাপ্পা নংত্রবা মাল্লে দোলাই মশানা চিংহুনা থোরক্লে। মপোক্কী অমুক্তা তৌরক্তবনিনা খোঙথাং অনী কাল্লগা চক তরেৎ-তরেৎ পোখাই। সোমদনা তথকচরিবী বৃন্দানা অহানবদা মখোয়গী কা শেংদো-ক্লগা মচানুপাগী কা অনী পূমলং লংহুল্লে। ঙরাং মুংদাং অঙনবদা মনা অমা ফাককংখিবা তেবলগী কেলেন্দর অত্থদা য়েংলম্মগা কক্লাংদা য়াল্লিবা ঘড়ী অত্থদা য়েংখৎলুই। ময়োল য়ৈশিনখিবদা ওইরমত্রে ঘড়ী অত্থু

মখোঙস্থ য়াওরমদরে। ঘড়ীদা শাপ তৌগে নীংলকপগী অদুদা মায়-চোনবী ঘড়ীনা মখুৎ অশাং-অত্তেন অনী লোন্নরগা হায়রকই—ইবেম্মা লাইবক ফবী, মতম অসিদং ঐগী খুত্থমদা লৈরম্মগদি চহী তরাগা হুম-দোই কন্না শকথঙনহনা নবুক ইবুক খঙনরবা ঐখোয়'নীনি লৈখত্তুনা চেনশিল্লগদবনি। মতম মাদি মতম মাগী মতমগী মথা পোনবা নত্তে মতমগী খোঙয়াঙদা অত্থম্মক চৎচবনি। নঙগী থমোয় অদুগা ঐগীনা খুৎশেম অনীগী খোঙয়াংনা শক্লোন পুবতনি। ঙাইয়ু। কনাগী খুত্থমদা লৈতবা মতম মাস্থ ঙাইবগী চেৎলবা খুৎপায়দগীদি থৈদোকপা ঙমদে। খাঙবা কনববুদি মতম মানা খৌতক তৌবনি। নশা অদু খাঙবা হায়বা পোৎশক মপুমদু ওইহল্লু। মতম মানা ইকায়খুম্নবনি।

হিংত্রে খল্লুরবা মায়চোনবীনা তাম্থা তরাগানীথোইরক থারকপদা বৃন্দারানী মীকপ থংথোক থোকলকই। তেলিফোনদা রারী শাখিবা বাবাচৌ হয়াঙনা চঙলকপদা বৃন্দারানী থককৎলি। হুংঙাইবগী থককৎপনি। হেন্না হুংঙাইবা পাউ পীরে।

— বৃন্দা, বৃন্দা হয়েং অসি সুত্তীনি ঙসিস্থ তংখায়দা খাগদবা লৈ অহনা ঐগী মরূপকী মস্থ অদুনা বাবামচাদু হৌজিকমক খোকহল্লকঅনি হায়রেনহে! হায়রকএনে! হায়রকএ হৌজিক্তা। ঐ লৌরুগে। ঐগী গাড়ীগী শোদু অস্বায়দকা থমম-লাকঅস্ত্র, অমুক্তা য়েংউ।

— ও! ঐস্থ হায়গে তৌরম্বনি শোফাদা লৈরম্মে। কাউথোকউরে।

— হোয়নে হন্দকমরকসি ঐস্থ পোৎ-চৈসি কাউবনা কাউবনা লাইরিক পাবগী আনোক্তু হৌজিক থিরি। থিরম্মু। নঙস্থ য়াওগেরো? চৎসি হায়রগা নফি মচা অমত্তং ইনশিল্লো। হৌজিক পুং অমদা খোক-হল্লনি; মাগী হিসাব হুংসাব কন্না পারি হায়। নফি শেৎলো।

— ঐ, ঐ সুম লৈহোরগে বাবাচৌ। বাবানা চৎত্রস্থ অহুম লাকচবা—?

— অদু য়ারনে! ফরে মৈগকা সুক্কাদু থোরাং তৌরম্মো; ঐ জৌরুখিগে।

পিকতক পিকতকপা মকম্নাক পাক্ল-পাক্লবা য়াংকোক্তা চেঙ কৈবগুম নীক্লবী ব্ন্দারানীনি। মওং চুম্না লেপ্পা ওমজদে। মশা ইতাও তাউই। থৌগংনৈ। ঈশিং চুম্ন্ই হায়বত্তুঙাই থকপা য়াদে; য়োংপদা কম্না হাবনি। ঙসাইনা পাইহন্নীংলবা বাবাচৌ থোকখিবা উবদা থিনমল্লবা য়াম্না থেঙ-মল্লবগী নীংঙমজদবা রাকং অমা ফাওরকখি। য়াঙনা থোদোকখিবা গাড়ীদু ইঞ্জিন থাংধরম্মগা অমথক্তনা ঈনখিবগুম উই। নীক্লপ তৌরিবা নখুৎনা ফোন পায়খংলুই।

— কনানো, লিম্মোই নক্রো!

... মানে অন্তী, থাশি লোইগদবা পুং তরানীথোই ফারক্তয়ে অন্তী। ঐ লাকউরো?

— ঙাইহাক্তং লাকেরো হৌজিক লৌবা চংখ্রে।

... হা, কনাবো? অওইরো!

— নঙগীদি তাং তরানি। ঙসিদি অনীদা মচল্লি। থাঙমিন্নসি হায়রগা লাক্কেরো... তোকও-দা! মীগী মমাঙদা ফজত্রমাল্লেদা! অদু নঙনা সুম লাকপদা পোশংবমগী নবোক অদুদগী অরাথবী হৈঙামদো লুপা কুনমুক্তগী পায়রকেরা?

... এ! কুনগী! ইবোক্কী হৌরিবা লোইনদু ফাও মঙাগী ফারোই! অদুক য়াম্বদি ইবোক্কা য়ারকনি থাজদে। মাদি থাই-থাইদনা য়োনবনি। কম্মিবা মকমদু-ফাওবা পায়রকপদি ঐস্ম ওস্মোই—!

— ইমৌদি ঙাংবকাম্ম তাবা মুংঙাইরেদনা। হোয়নে চেন্নকওনে।

.. অস্! হৌজিকপো! চেনবিনবা মীস্ম য়োরক্রিংৈনা!

— তৌরিসি মেংঙ্নে মসে! নঙ ঐ লাক্তনা হেক চেন্নদরকো!

... ঙসি নোং-নিনিদি অন্তী শংগদোবা মান্দে। ঐ হেক্তা পাইরকঅপে।

— মশাং হম্বনা থীরদু জিরোদগী হোরকওনে।

... পাইরকএ-পাইরকএ। ফি মচা অমত্তংদি ইন্নকখিগে। হোরেল অদুল

অহুনা নকোক থাদোকম্নু চৎনদেকা হায়রকপা য়াই। পুপুসি ঐদি কিজৈ। য়াম্নম্নু নুংশিজৈ।

— অশেংবা গুরুদি অহুমাইনা তৌবনি। ঐস্নু বাবাচৌগী মহৈরোয় ওইরকপনি।

ফোন থনম্নগা থোঙ্গাল্লোমদা লাওতক্লনা য়েংলগা থোকলকপদা ভায়রি অমুক খীংলকই। 'মসিগী ইমৌ শমও অসিনা, করি রাংহৌরে!' —থন্দুনা তাপ পায়খৎলুই। 'হল্লো' হায়বা নংত্রিৈভদা হংলকই—

... হাই বৃন্দারা?

— মানি বাবাচৌ।

... ঐ হোস্পিতালদগীনি তৌরকইবসে।

— করি— ? বাবাচৌ, কনা কৈদৌরে?

... বাবামচাহু থিত্তং শোক্লনা — !

— করি !!

... হাই ভাইখো। পাখৎথিম্নু। কৈস্নু তৌবা নত্তে! থিত্তং অসি তৌরম্বনি। অসি তৌ; লাক-লাকম্নু কৈস্নু নত্তে; চুম্ন'স্নুম পাউ তাকপগী য়াদনি! চাকথোংবী মুপীমচাহু চৎখ্রবো।

— কুইরে মাদি চৎথিবা। লিম্নোই লাকঅনি। ঐখোয় য়োরকে। কদা-ইরায়দনো ইমরজেন্সীদরা?

... নত্তে। নবানী লৈমিম্নরম্মু। কৈস্নু তৌবা নত্তে। ঐ অমুক তৌরকে।

মনিতোনহু তহা-তহাবা মাল্লি। ক্রোক অহুম থমথরে। থঞ্জান-ম্নিভদা লিম্নোই গাড়ী থৌজিল্লকই। চেম্নোক্লনা পাউ শম্না তম্নগা চৎলুসি হায়। লিম্নোইওম্নীনা অহল অহুনা অহুক তপা হায়ম্নিবনু করিস্নু থোইদোকপা তৌরম্মোই, চৎপা তারবস্নু অস্তী করিগী চৎলুখিম্নি ঐ শং য়েংলুগে হায়রগা গাড়ী লৈথোকই। বৃন্দা কম্না য়াওনীংবা উৎপনি। লিম্নোইনা গাড়ী মচাদা অস্তীনা কয়ম্না চৎকদগে, মী পুবস্নু কম্না থুৎলোরদে

হান্নবা অশেংবা খঙদোক্লগে হায়দনা য়াদবদগী বৃন্দা লৈহৌরে। মথন্নতা লৈহৌবদা লৈতানা খাঙবা ঙম্মোইদৌবা উবদগী মচৎলসিন্না খনবনি। অন্নাপ্পা কুইগদবা নত্তবহুদা হেক য়োবগা কোন হান্নবা পায়ন্নকদবনি হায়রগা মৈথক্তা ফম্বগুম লৈহৌই। পাখত্তবা ঈংবদা হান্নবিবা পুপু মনিতোননা পাখৎলপ তৌই হায়বহুদা লিম্থোইম্মু খরদি চিংনৈ। কল্লপ থোরকই ।

থৌজিনখিবদা অথু-অকায়গী মমাঙদা পাখৎলপ তৌবা মনিতোনগা থানাগী মীওই খরগা ন্নারী তৌহুনা লৈরম্বা উই। লিম্থোই গাড়ী ঙাখৎ-লিঙৈদা মীওইশিং অহু তহা-তহা গাড়ী অমদা চৎখি। হুৎ লৈহুনা চঙখিগে তৌবা মনিতোন লিম্থোই উবদা চপ লেপ্পি।

— নঙগী অস্তৌ পুরক্তবা নত্রো ?

— য়াওরক্রি।

— য়াম্না ফৈ। লাকও চঙলুসি।

— ঐ কোন অমুক্তা পায়রখিগে। অস্তৌহু ভাব-মেন তাদনা ঙাইহৌরি কৈম্মু থোইদোকপা তৌদবা নত্রো পুপু ?

— ঙাইখো ঙাইহাক্কং! ওপরেশন লোইখিসম্মু।

— ও-প-রেশন পুপু!

ওপরেশন তৌফম মমাঙ মুঙগী ফানশাংদা ফম্মগা মনিতোননা তাকলকপনি "মাবু খরা ঙন্না থাদোক্লবা ওইবা তাই। কুইনা কান্নবা নত্তে ঐস্মু ঐনা হায়খিবা মতম চপ চানা লাকপনি। মানা ঙাইঙমদদনা থোকলকপা ওইরিনি। সরক অচৌবগী মচীনদা ন্নিক্সা কাগে হায়হুনা লেপ্লিঙৈদা জেলগী ইংখোল মনুংলোমদগী ঈশিং হোন্নবা অচৌবা গাড়ী অমনা থেংলম্মে হায়দনা য়া-য়া তৌনহুনা ইকোয় কোয়শিন্দুনা লৈরম্বা থেংনরুবনি। ড্রাইভর অহু ফারে। ঈশিং-গাড়ী অহু থৌবা ড্রাইভর অহু নত্তে। খুনেক ওইবা ন্নাই হায়রি। মচীন হংনবা পুত্রে। মসি

নখোয়না নহানরাই ত্রগ লল্লোনবা মখোয় থরা ফারুবদো মহুগা মরী লৈনরমগদবা মাল্লি ছায়না ফাদোক ফাজিন তৌরম্বা থানাগী মীওই অমনা মনম-শনম থরা ফংবদগী চিংনরকপনি। ফারিবা ড্রাইভর অসি চীংদা করিদা নহানরাই নখোয়গী কৈনো শর্ম্ম অমা য়াওবদো মকোকতো। সোলোমোন শর্ম্মা ; মহুগা গাড়ী তোংমিন্নবা হুন্না হুন্না উগ্রে হায়রি। ঙাইখো পল্লু লাকউথিনু। লোন্না থমখিসি।"

মুন্না ঙক্না ঙাইহাক তারগা লিম্থোইনা তপ্না হংলকই—

— থীনা শোক্তবা নত্রো পুপু ?

— মসিমু হৌজিকমক্তি বৃন্দাদা তম্মুখিনু। থরা থীনা শোকপনি।

— অস। ইমা অম্তীগী লাইবক অসিদি! অঙকপনি পুপু!

— লিম্থোই ঙক্তববু অমত্তা য়াওশিল্লক্তরে।

দোক্তরহু থিয়েতরদগী থোকলকই। য়াম্নমক মুংঙাইতনা 'সোরী সর কম্না হোৎনবনি ; ঙমদ্রে।' হায়রৈ। মনিতোন মকোক পায়হুনা মুংফাস অহুদা হিপথরকই। লিম্থোইনা ফন চোংশিন্দুনা মকোক কোনখৎলুই—

— পুপু, পুপু!

— লিম্থোই পুপু কৈম্নু তৌদে, ফরনি। ঈশিং থিক্তা হায়রকউ। অস। অম্মুক লায়না! ইচা অমদি লোয়বা তারেদো। অস,, নঙগী খুংশিল অসিবু— !

করি তৌরবনো অম্মুক কুইমনবসিবো হায়দনা লাকপী বৃন্দারানীনি। ওতোরিন্নাগী ভারা পীবা য়ৌনা কাউথোক্লুনা চেনশিল্লকপনি। চিংনবা মরক অমদা নীংজবা থঙ্গবা অমদগী তহা-তহা চেনশিল্লকপনি। 'লিম্থোই নঙবু ঙাওবয়ো! অসিদা ফোন য়াত্রবম্নু অনকপা ময়ামগী অমদগী তৌরকপা য়াদ্রো! হায়ররিবনি। ভারাগী তান্নরকপা, পাথং অহুদা ভারা পীবা

ওইনা লিম্বোইদি হায়বা মুকওম-মক ওম্মোইদৌরদনা লৈথোরক্লে। মনিতোম্না ষাম্না তেনশিন্না-'ইবেম্মা, নও অসিদি! বাবামচা চংখ্রে।' হায়রম্মগা মল্ল লুকথত্না লৈখি। বৃন্দারানী লেপ্না লেপ্না মখোও তূপ্লবা চংবি-লফু লোইরোইনা ঙামথরক্তুনা হাইথরকপগুম হাইথরকখি।

মখোওনা থোংনা লায়েংবা লাকপা ওইনা থোক্লরে। পুং খরা বৃন্দা উত্তূপ তাবগুম লৈখি। মানা অহানবা লৈরম্বা শওলেন অত্নগী কা অত্নমক্তদা থমত্না লায়কল্লখি। ঙাইহাক ঙাইহাক্তংগী ওইনা লৌশিং লাকপা নত্তনা মমীৎ হুম্নি অঙাংনা মোরাম্বী মুম্বদৌনা তাত্না লৈখি। লিম্বোইনা চাদ থক্তনা খুবৈ অমা চথোক্ত' থক্ত'-চাদন। অস্তীবু কোম্দুনা লৈবগুম লৈজখি।

মরীনি মুবগী অয়ুক অঙনবা মম্মিডৈদা লিম্বোইনা মনিতোনদা ফোন তৌরুরগা চওলকপদা বৃন্দা ভাব তানা মমীৎ তরু-তরু পাওত্না লৈরম্মী। ঙাইহাক্কী মমাওদগী লৌশিং তানা রাখল তৌত্না লৈরকপগী মওংনি। লিম্বোই চওলক্তুনা মনাক্তা ফম্মরবদা বৃন্দানা, তপনা, য়াম্নমক চীং লেম্মবা খোনফমদা হংলকই—

— শোরাৎ লোইখ্রবা নত্রা চানবা করি তৌখি?
— অস্তী, শোন্দ্রি পুপুনা অস্তীখোয়গী পুপুখোয়গা তান্নত্না কল্লা চেল্লি। হৌজিক ঙাইহাক্কী মতুংদা য়ৌরক্লনি।
— মালেমদদি পাউ তাকখ্রে হায়রা?
– কদায়দা চপ চানা লৈরিবগে হায়বদি খওদ্রবনিনা তেলিগ্রাম মফম অহুম মরীদা তৌখি। বেঙ্গল অসাম লোম্নবগী অস্বায়দা ঈরাং য়াম্না কল্লা লৈ হায়বগী পাউ তানরি য়েংনরি। নহান অহীং দিল্লী-চেন্নৈ লম্বেনদা রেলদা বোম অকনবা অমা পোকখায়দনা মী য়াম্না শোকএ, খরনা শিরে হায়বগী পাউ হৌজিক্তা খবরদা উরকই তেলিফোন তৌবা চংলুবদা, মী ঙাইনরিডৈদা।

— ঐগী বোইবোইত্থু য়াওগ্রবা জাংলো।

— হেয়া ! অন্তীসিমা ! মাদি অদোমদা চৎকদবা নত্তে : মাদি ময়াইথংবা লমদমদগী নোংপোক্লোমদা লাকদবনি। লাকপগু পাইরকদবনি মখাদা লাকওই।

— কনানা খঙনি নঙগী হুরেসি ঐ মুম্না মশক খঙই, অনীংবত্তা তৌবনি নীংবগু তৌগমদবা পাঙঙম্মোইদবা অরাং অরাংবত্তা নীংই। তৌনবগু লাক্নে। নঙগী পুপু দোক্তরনা তত্তনা শোনবা অমা লৈ—

— 'মসি মানা তৌবা ঙম্বদগী য়াম্না হেন্না তৌবা পাম্মীনে।' হায়বদো ?

— মত্থুমক্নি। নঙোন্দসু হায়ব্রা ?

— হায়বত্তা নত্তে অন্তী। ঐঙোন্দা চিঠী ইবা খুদিংগী উন্নবা খুদিংগী থেম্নবা ফাধনবা তৌ হায়দনা অয়াম্বা মতমদা হায়। ঐনদি ইকা-ইদনা ঐনবু মাগী কনানি হারদনা থেম্মুদোবনো ইরাসু লৌরোইদবদা হায়না থৈদোকপনি। মত্থুদা পুপুনা 'হাই অঙাওবী মানা খ্বায়দগী য়াবদি, মরা লৌবদি নঙনিনে ; মমা হায়রা ঙাংদে ঐগা তৌরা য়েৎ-নরগা তোকই। য়েৎনবসু মানা অত্থুম ঙম্মী। মাগী রাখল পরীংদা অহোবা লৈতে। মঙোন্দা শোয়রিবসি 'মুমীৎ-থাদি ইনক নকই মীৎনা খোঙনা লাম্বা ফংলি, মাঙোন্দদি বুলত্থু অকোম্বা মচা অমা লৌথোক্লগা খোঙয়াঙ ওম্থোকপা ম্বানি ঐগা থেংনগদৌরিবদি ব্রহ্মানি ব্রহ্ম শেম্মিবা মঙোন্দা পোথি পোরম খরা তান্নগদবা লৈ হায়রিনে' হায়দনা ঐঙোন্দা হায়রিবনি।

উত্থুপ তাবগুম লৈরুরবী মহী খরা কাপ্পা নত্তনা ঈশিং মরীক অম-কাওবা লেকলুত্রবী বৃন্দানি ; মুংশিজবা খোঞ্জেল অমদা হৌনা নোকললকই। অত্থুগুম্না মিরবা থোংলবা মকা লাম্লবা মিনোক লিম্থোইদি অমুক্তা থেং-নখিত্রি। পুম্নমক থাদোকুনা চৎগ্রবা মপাগুম লুনা তৌজবা শক্তি য়াম্না হেন্না মুন্না খুঙথিত্রবা অমুক-অনীরক্তি উমগ্রবা 'বাবামচা' দংনদি চীক্লবা

অহীংগী থেঙলবা অঙনবদা পোখ্যা হৈথাপোৎ শেম্মিডৈদা তৌরুবা ফাগী মতেক অমগী পাউখুম ওইনা তারম্বা য়াই। মতুম্ম অঙানবা মঙাল্লক্তা ওইরম্মোই, থাবল মচুগী ঈংলবা ককচেং মচা-মকুপ চৎপা উবা লৈনমতনা মপান খোল্লবা তবা-তবারবা মমুং মপান অনী তুনা উবা তয়াং তয়াংবা মঙাল অমগী চাইগোম্নুংদা ওইরমগনি হায়না খল্লি। লিপ্পোইনা মঙোন্দা ঙক্লা মকা লাম্না শংত্রিক য়েংলকপদা বৃন্দানা হংলুই—

— কৈদৌরে লিপ্পোই থাবল মরক্তা মঙ মঙবদৌনা য়েংলক্লিবদি ?
— অস অন্তী, অতুমায়না উবসে শাকুন্তলামুক ফজেয়ে।
— শাকুন্তলা উবা ঙম্বা ইমৌগী মীৎয়েংতুগী অর্থ চপ চানা লৈরমগদবা মতমতুদি অমনা পুতুনা চংকদবনি লিপ্পোই।
— ঐগী ইরাইবক্লনি অন্তী।
— লাইবক অতুমক্কনি ঐনা শীংনরিবসি। কুইরে লিপ্পোই, ঐ কন্না শীংনরি। মায়থিবা ঐদি হৈনরক্তে ঐনা শোয়দনা মায় পাক্কনি খল্লি।
— য়াম্নমক মান্নজেয়ে, মচাগা।

তাবদা মনিতোন্না থেঙলবা অহীংগী চীক্লবা অহাংবদা মথন্নতা মাগী কাদা মঙক খজিক স্নুখিবা নত্তনা অঁতে করিস্নু তৌবা ঙমখিদে। নুমিদাং-রাইদা পাউ অসি তম্মকপী লিপ্পোইবু উরকখি। লিপ্পোইনা পাউ অহু তম্নবা লাক্লবা মতম কয়া য়াম্না চঙখিবা, কয়া কুইনা মখোল থোক্লা কপখিবা পিরাং কয়া কুইনা শিম্নুখিবা নীংশিংলুরগা অমুক্কস্নু মঙক স্নুখি। মোমোনস্নু তৌখি। অহল অসিগী মোমোনদা অশাবা লিক্লাগী মমি খজিক উরি। লিক্লাস্নু চফু থনবনা চংনদে, মৈশা লাংলবদি শোৗরকই। অতুগা নাপী মতোন্দা পকপা মরীক্তি ঈরিক্লি। তাইবঙদি ঈরিক্লি খূদক্তা উনস্নু ওনবা য়াবা নত্রগনা মনিলস্নু।

অস্থি সনচয় নুমীৎকী অহীংসিদা অহল ওইরবা মনিতোন ঙসিস্নু তুম্বা য়াদ্রে। রাবা চোকথবগীদি মপান্দতা নত্তে মমুংস্নু ফাওরবনি। ঙাহৌ

ঙাহৌ থোরকই। মমৌন্থপী বৃন্দাগী কা ঙানবা উই। হৌজিক্তা ঘড়ী য়েংলকপনি। ঙরাংগী অথেংবা লোইখিবা ঙসিগী অঙনবা ওইরকখিবা ঙাইহাক ওইহৌরবনি। করিনো মৈ মুখৎপা কাউরম্মবরা হায়না মাঙ্গোল-লোমদগী থোংনাওগী পর্দা মতাইদা হাইরপ য়েংশিল্লুই। বৃন্দা লৈরমদে। হাই হায়বা রাখল অমদগী মনিতোন শ্বায় লাউরুই। চেপথহুনা য়েংলুই। লৈতবা শেংলে। মাগী কারোমদগী ফাওনফম থোঙজাও অদোমদা চঙ-শিল্লুই। মনীংলোম থংবা থোঙ অহু ইহাং হাংদোক্লুনা লৈ। চেনশিন্দুনা কোংগ তৌরকপদা চাকখুম কাগী মনাক্তা পোৎ পৈফম কা অদোমদা মৈ মচা অমা মমাঙদা থাল্লগা কুশগী ফক মচা অহুদা থোঙ্গ্রাই চন্দুনা ফম্মগা মথুৎ অনী লোন্নহুনা মতম্বাক্তা থম্মহুনা মমীৎ উইশিন্দুনা ফমহুনা লৈরম্বা উরুই! কা অহু চেঙ চাক য়েনশাং-নাপী থমফম পৈফম্লি। ঙরাং মাবু হোস্পিতালদগী লৌবা চংলমদাইদা বুজারী মুপীমচা অহুদা হোরেল মী কুন কুনথ্রামুক্তি অস্থি লোইরকপগী অহুদা চাক চারবা য়াই পোৎ চৈ অরাং অপা কমদৌরি হংবা চঙবদা ইচাই চাইনা পোৎতনা পীক থন্না লৈহৌবনি। হৌজিক্তি তরু-তরুবা কা অমা ওইরম্লে। মনিতোন স্বর হোন্দোকই। থোঙবাদা মথুৎ নাম্মনা শৌরগা ঙাইহাক য়েংলম্মী। মাগী ফমফম থুৎফম অহু মানা থেংনখিবগা খর ওন্ননা উই। নোংমা মতাং চাবা অমদা তাক্কে, পাহনগে হায়ন খল্লগা থোক্লকই। মাগী মেজরোমদা হাইরপ য়েংশিল্লুই; মথন্নতা নম্বা বাবামচা ইঙোবীগী অচৌবা ফোতো অমা খিলহৌই লৈ পরেং অমা হুকহৌই; মমাঙদা মতাই ওইরপ্পা অথাবা লাইরিক অমনী লৈহৌই। চঙশিল্লগা ফাক্লুনা য়েংনীংবনি। য়েংলমদরে। তপ্পা তপ্পা ইয়াং য়াংনা থোক্লকই। লাপ্লপ্পা অমনি অনকপা মন্দিরশিংদগী মঙ্গলার্তীগী কাংশি মখোল তারকই। ইশেং শেংবগুম মম্বিবা মালঙ অহু উরকখি।

লমদম অসিগী ওইনা য়েংবদা অহলগী মতম চপ চানা ওইদবা ডোক্তর মনিতোন ঙাইহাক্তা পূক্লিং লৈতানা লৈহৌবা কুইরে। মুংঙাইগনবা

মুংঙাইথোকপা হৈবদা হায়নরিবা দোক্তরনি। পূক্লিং রাখলদা তীঞ্জও-লায়-জঙলবশিং লায়েংংদা থোইদোকপা মফম অমা কল্লিবা মনিতোননি। রাখলগী অঙাউবা শগোলব চৈ সুকথা হেক থাদনা মথুক্তনা লাক্লগা থৌনীংবা মায়-কৈদা থোবা অমদি থোহনবা ওম্বগীদমক লৈবাক্কী অরাংবা মানা ফংগ্রবা লম্বোইবনি। লম্বোইবগীদি মরীমতা অমত্তা লৈতে পূম্নমক মাগীদি মরী-মতা শাগৈ নাতৈ ঙাক্তনি। অদুবু তাঞ্জাগী ফি-শাদা তেমথেংগী মত্তাদি কুঙবা-লনবা অত্তুম্মক নাই। তাঞ্জা অসিসু মতম্না লাক্লিবা শগোল ওইবা তাই। নত্রগদি তাঞ্জবু থৌনীংবা মায়কৈদা থোবা পুনীংবা মায়ওন্দা পুবা ওম্বগী মণ্ডল অসি খুদিংদা লৈরোই। তান তাঞ্জা মতমগী পীকপ্রবা মরীক মচা অমনি। ঈরীক মচা থুগাইবদা মালেম কাণ্ডক্রম অসি অহাঙবদগী তৎতুনা অহাঙবদা তাবা য়ারিবা তাঞ্জা অসিদা মতম মপূম অসি অহোবা মখোল অমগা লোয়ননা পোকখায়রক্লগদি ব্রহ্মাণ্ড অসিগী মরায়বক্লা কমদৌবা! লাইবক অসিবু শকলেপ্তবা ব্রহ্মাণ্ড অসিগী মংল অমরা? নত্রগনা শকপান্দবা পূম্নমক্কী অমত্তা ঙায়রবা তাইনফম্না? মসিবু তাঞ্জাগা করি থোক্লরিবা? মচারা? মসুরা? য়েক্লব-মরূপ্লা? লায়থায় তাগন-খ্রবা তাহনগনগ্রবা দোক্তর মনিতোন ঙসিগী নোংঙাল্লমদাই অসিদদি তাবদি লায়রদনা হোৎনগে হায়না খনসিরা হায়না খনবা হৌননবগী মণ্ডল ফাওবা মমী তমদবগুম তৌখরে।

মণ্ডল পূম্নমক মমী ইশাম শাম্লকপগী তাঞ্জা মরক অসিদা মনিতোন ঙাইহাক্তং উক্লরোন তৌরুই। তুম্বা নত্তে পোত্থাবা কৌবা য়াদে। অশিবনা শিবা ঙমদবদগী ঙাইহাক শিবনি; অশিবা মীকপ ঙাইহাক থোকপনি। পোত্থাবনা পঙথবা ঙাইহাক তম্মুবনি। তম্বসি পাক্লা শাফা ওইগন্দে। শাফা হেক ওইবদা রাবা অমদি পোত্থাবা অনীমক লোইরনি। লুরিবনা তাঞ্জাদি লোষ্টবা নাইনে। হৌখিদবগুম লোইবম্ম লৈতে। মতম তাঞ্জাগী থৌজাল মতেক অমদগী কুইনা অহীং তরেৎ তুম্বা য়ারক্রুবা মনিতোননা থজিক উইথরকপগী মতাংদা থংনবা কাদা তেলিফোন খীংবা তাখিগুম

মঙ-ওই হা-ওইনসু তৌই। মাগী মনাক্তা লৈরিবা ফোন অতুদি য়াদবা নোংনিনি সুরে। শেমহন্নবা মতম তাঙ্গা কংদবদগী নত্রগা লৌদবদগী লৈত্তেংপোৎ অমদৌনা লৈরবনি। ওাইহাক লৈরগা বৃন্দারানী তহা তহা চওলক্লগা হায়রে— হৌদোকপনি (মাগী কাদা চওলকপদা বৃন্দা লকক তৌরুই) —

-- বাবাচৌ, বাবাচৌ—।

— হাউ কৈনো ; কৈদৌরে ?

— তেলিফোন অমা লাকই আগ্রাদগীনি হায়। বাবাচৌগী মিং হায়রগা য়ারী অরুবা মত্তেক অমত্তা তৌগে হায়। ঐত্তোন্দা হায়বা য়াদবগী মওংনি।

— আগ্রাদগীদি কমদৌনা! নহানরাইগী সেমিনার অমদা য়াত্তেন্না ওইবিয়ু হায়রম্বত্বগীয়া! অয়ুক মুংখিল তৌরকেদি হায়ত্রদনা, ওস্থোকপা—!

তহাদে ; তহাবা অহল অসি হৈনরক্তে। তহারিবদি বৃন্দানি। মানা হান্না চওশিনখিত্বনা হাংদোক্লুনা থম্মিবা রিসিভর তাপ লৌত্বনা পীরকই। লৌরগা মথুৎ নাম্মনা মমীৎ অনী থজিক নোইরগা হৌরুই—

— হল্লো, হায়বিয়ু।

... বিশ্বজিৎ মালেমওম্বগী মপা—?

— নত্তে, মাগী মপুবোক্নি।

... ও। মমা পাম্বরক্লম্মী। ঐনা মুপাগা য়ারী শানীংত্বনা তৌবনি। অহীংদা মতম কায়না হৌদোক্লে ; য়ারৌবিবা য়াদে।

... ঐ বেদব্যাস কৌজে ; আগ্রাগী মেন্তেল হোস্পিতালগী সুপরিনতেন্দেন্তনি। অদোমগী ইসুমুপাত্ব ঐখোয়গী হোস্পিতালদা লৈরে।

— হা! হোস্পিতালদা! কৈদৌরবা ইসুবো? কৈদৌরবা মালেমবো দোক্তর?

... মুংলা খীনিগপু। করিসু থোইদোকপা তৌত্রে। য়েলদা বোম

পোকথায়বগী থোদোক অমদা থরা শোক্লে—।

— কয়া থীনা—?

... মশা করিস্নু তৌদ্রে। ঈশ্বরগী কৃপা লৈবনা হৌগৎ-কাওখৎ ওম্মে।

— হায়য়ু দোক্তর। ঐস্নু দোক্তরনি, সাইকিয়াত্রিস্তনি—।

... ও, য়াম্না ফরে মিংনা?

— মনিতোন।

... ও। তাজরে। খুরুমজরি দোক্তর মনিতোন সেমিনার অমা পৃথিবী অপুম্বগী অঙাও-লায়েংগী হীরমদা শীনখিবতু ঐননি—বেদব্যাস।

— হায়বিয়ু দোক্তর বেদ ব্যাস অশেংবা অচুম্বা হৌজিক হৌজিকমক্কী অঙাংগী ফীবম তাকপিয়ু। ইস্নুতু য়াত্রবরা?

... নো নো! ইস্নু কৈস্নু তৌদ্রে। মখোয়গী রেলরেগী হোস্পিতানদগী ঐখোয়গী অসি য়ৌরকপদদি হকচাংগী অশোকপা থরতু পুক্তক ফরে। থবাক্কী অরুবা মফমদা য়োন্তেক চঙলম্বতু ফাওবা আ-মীরৈবাক্কী য়াম্না হৈবা দোক্তর অমা লৈরবা তাঙ্গাদা থোকউবদগী ইরায় লায়না লোথো-কুনা হৌজিক্কি কৈস্নু শোক্তবদোনা লৈরে। অতুদা—

— হায়য়ুনে দোক্তর ব্যাস—।

... কৈস্নু লৈবদি নত্রে! মাগীসি থোপতা থরা-নীকখিবা তৌরমাল্লে—

— থওডে! রারী তৌবা য়ারিত্রা? মরী শম্নরিত্রা?

... মরীসি অমগা অমগা শম্নদবগী মওং অমা—।

— থওডে; মমিং থওভিবরা হায়বা ওম্বিবরা?

... মিং-লৈফম-লৈবাক নীংশিংহনবা ওমত্রদনা অদোমগী লৈফম অসি থিবদা ওস্থোল্লা য়াত্রে। উচীন নাচীননা ঐখোয়গী অসিদা কোক লায়েংবা লাকপা মী অমা থেংনদনা—লাইনা তম্বনি—।

— ভাব তায়ে। ঐ লাক্কে।

... হোয়নে দোক্তর করিগুম্বা অমা তারদবা য়াক্রে। কোক অসি হাংবদি—।

— দোক্তর বেদব্যাস ঐ লাক্লগে পওথু থুবদি ওমগদবা মাল্লে। কয়া

হোংনরমখো জেলদকা থারুখিন্নু। ঐখোয় অমুক্তা রোয়রুখিগে। ইনাক্তা লেপ্লিবা মমা অসি লৌশিং মাণ্ডহুনা তুখয়ে ; মাবু লাক্লখিগে। থম্মে। য়াবিবগী মায়া সুংঙাইজয়ে দোক্তর।

... নো নো দোক্তর মনিতোন। মসি ঐখোয়গী ইথৌনি। য়ারবদি থৌয়বিগমু নৌরিঙৈদা লাইবক য়েংহৌসি। শেল-থুম য়াম্লপ থোয়াং তৌবিরকপমু ফগদবা মাল্লি।

— ঐ লোইনা খঙলনি দোক্তর। পোত্থাবিরো। থমজরে।

ফাঙমদনা নীল্লবা মথুংনা ফোন অহ্ থম্বদা মকম চাদদনা ভাইহাক লাক্লে। অনীয়ক নাপ্পহুনা লৈমায়দা তাবনি। বৃন্দারানী সৃগদবা ফি হুল্লকপদা লৈমায়দা তাবগুম মায়ওন মকম মরাং খঙদনা তাহুনা লৈ। চঙশিন্দুনা চিংথংলুবা ঙমদে। কাংথোল মচীদা শোয়রগা মনিতোন কমথরকই। চাকথোংবী নুপীমচাহু তপনা তপনা কৌরুই। কুপনোম-দমু নত্তনা চাউনা চাউনা নোম্বদমু কুইনা য়াহুনা লৈরবনিনা তাখিবা মায়কৈদগী য়াওনবা শঙদ্রবী নুপীমচানি ; কৌবা তাদ্রে। মথক্তা লেক্লিবা মী খরহু কৌথরগা শেম্নহল্লে।

উয়ঞ্রবা, থোংঞ্রবা হোঙনা লৈবা তাঙঞ্রবা সনানি ; মগুন-মঙল লৈবা অরংবনি ; মৈহুংগী চাংয়েংদদি সনা ফাওবা তরং-তরংবা মহী চেন্দুনা থাঙই। মনিতোন দোক্তর নীক্লুনা থাঙই। তরঙগী মালঙ অমদা তপ্পা তপ্পা মতমমক্তা শক্তম পান্দুনা চংলবগুম মাগী কা তম্না চংলকই। কদোমদা চংলি কদায়দা লাকই কয়িগী লাকই মা খঙদে। খঙদে হায়বসু য়াদে। মা চংলি ; মনিতোন লেঙলি অহুগা দোক্তর হিংলি। লুখুমদা থারিবা পোত্থা-চৌক্রীদা মথুং ওয়না চেক্কেং উহ্‌শিল্লবা মম্নীং অনীগী পিশুমগী কারক্তা নাপ্প-নাপ্পহুনা কুইনা শাংদোকলপ কমহুনা লৈ। লাপ্পপ্পা তেলি-ফোন থীংলকই। মনিতোন তায়। পায়থংলুগে থন্দে। থন্দবদি নত্তে; পায়রুবা ঙমদবনি ; ঙমদমকসু নত্তে খঙদ্রবনি।

নোং ঙানে। নহা মীয়াই অমা চঙলক্লনা 'বৃন্দা মওং অমা তৌখরে' হায়না হায়রৈ। মনিত্তোননা তপ্না হায়রুই—

— ইবুংঙো, তৌরসন্নু। থাদোকও। লৈরিবা মওং অত্থদা মানা থোকপা তৌরসন্নু। শীংনরসন্নু য়েংলসি!

— কমদৌনা মামো?

হুঙ্গংনা য়েংলুই। লিম্লোইঙম্বীগী মপাবুঙ সুরেন্দ্র ওইরম্মী। হায়রুই-

— এ, ইবুংঙোরা?

— মামো, ঐদো লংকৈ চথোকউদনা ঙরাংদা য়ৌরক্লি। য়ৌরকপগা নম্নুম্নুপী লিম্লোইনা তম্মী। চেল্লকইসিনি। অত্থগনে মামো, হিন্দীদা ফোঙবা লোকেল পেপর অমদা ঐখোয়গী মালেমগী ফোতো য়াও-রকপা থেংনৈ রেলগী বোম পোকখায়বত্থদা—!

— ঐ তারে। হৌজিক কুইদ্রি, ফোনদা পাউ পীরক্লে।

— মমা বৃন্দা ইবেম্মসু, অত্থনরা—?

— চপ চাবদি তাখিদ্রি মচাগী মমিংগা, নত্তবা থৌদোক্কা হোস্পিতালগী রা পল্লবা তাবদগী মাদি লৌশিং অত্থম তাখিদ্রবনি। হৌজিকপু কমদৌরিবা? মমাহুবো? রাম্বুরিব্রো?

— রাম্বুবহু, লৌশিংদি তারে। অত্থদা মীৎয়েং নায়েং, খুৎকম লাককম—মওংসি ঙাওচৎনবগুম্বা—!

— কপ্লু য়াদে?

— কপ্তে মামো।

— কপথোক্লবদি থরা য়াংগদবনি। ইবুংঙোনা খঙভিবা পাউ অত্থ তমত্থনা তাহনবিরো। কপহল্লো য়েংঙসি।

— এ! অত্থদি ঐদি ঙম্মোইবো মামো! হৌজিক অসিদা মালেমঙম্বগী পাউ—!

— খঙকনবদি তাবা নক্রো? মমানি।

— অচুদা ফীবম অসিদা য়ান্না ভনমন্না— ।
— ভনবা থেংবা, পাউদদি অওনবা লৈগদবা মান্দ্রে ।
— হেক তাবদা ফত্ত-মুংদা— ?
— শিগ্রগা শিরেদনা শোরাৎ তুমা শোল্লেদনা ! অহুম পুন্না শোনবগুম্বনি ।

কোফী পুতুনা চঙলকপী লিম্ফোই লেপ্পরবা উবদা মনিতোন ভুমিন্না শংত্রিক য়েংতুনা লৈ । লিম্ফোইগী‌দি মশাতু শাওবীং-শাওবীং লাউরকই । মপি মরক্তা তঙক তঙক্না মপাবুঙদা অমুক য়েং মনিতোনদা অমুক য়েং তৌতুনা লৈজে । মপাবুঙ অতুম্সু ঙক্লুরে । তপ্না হায়রকই, মনিতোননা—
— নঙ ইবেম্মা, ইসুনুপাতুগী পাউ ফংলবরা ?
— 'চপ চাবদি ফংদে তাং ১০দা থুংঙবা য়াবগী ..

মপাবুঙলোমদা খজিক-খজিক ওইনা য়েংলুরগা হায়বা হৌরকপনি । মপাবুঙসু মচানুপীগা মালেমগী মরী খঙলবনি । মপাবুঙতু মরূ লুকথখিবা উবদা লিম্ফোইগী থোকপ্রগে তৌই । মনিতোননা তপ্না হায়রকই—
— ঙাইখো ইবেম্মা, লিম্ফোই ; নঙগী কোফীসি পুপ্রো ।

লিম্ফোই — চীন শেংদ্রিবো পুপুবো ?

মনিতোন— নঙগী পাবুঙদা পীয়ু । ইবুংঙো সুরেন ফাল্লু ।

লিম্ফোই — পাবুঙদি থক্তে । চা-কোফী তৌদে অহেনবা অমা লোয়নরি ।

মনিতোন - মতুম্সু চাংতু খুতুমদা থম্মগা শীজিন্নবা কায়বা নত্তে । পুপ্রো ঐ থক্লরোই থাদোক্লবনি ।

লিম্ফোই — ঙসিগীদরো শোরাৎ লোইদ্রিফাওবগী ?

মনিতোন— পুন্সিগী । পুন্সি মতেক অমগী রানি । কয়াবু কুইনা লৈরদগে !

লিম্ফোই— কোফীদং হৈননা থকপসিফাওবা থাদোক্লবদি করিনো পুপুগী সেবানি হায়দনা তৌনদৌরিসিবো ? হৈনত্রবগী রারা লৈথিদবগী ওইনা— ?

মনিতোন— মপাম্ফোংগী অউংপা চৎনবী, ধর্ম-কর্ম ঐগোন্দা অর্থ থোইনা লৈত্তে ইবেম্মা ।

লিস্থোই ·— ঐ খঙই।

মনিতোন — কোফী অসি নহানব্রাই কোলেজ তম্মিন্ডৈদগী নোংমদা য়ামত্র-বদা তরারক্তগী তাদনা থক্লকপনি। মীওোন্দা হায়বা মুংঙা-ইতদনা কাসিদা, নহানব্রাইগী লোয়শঙগী কাদা মচুদগী গাড়ী মমুংদা ক্লাক্সতা পুবতা নত্তে খুৎকী বেগতা ফাওবা ক্লাক্স মচা অমদা পুরিবনি' খোঙনা ঙাহৌ-ঙাহৌ কোয়থোকপা ফাওবদা মতাইদা ঙাইহাক লেপ্লগা থকপা য়াওরিবনি।

লিস্থোই — তোয়না থকই হায়বদনি অয়ুক্তা মুমিদাংব্রাইগা নত্তবা অতৈ মতমদদি কপ পিশক পিশক পিকপা, অঙাংগী শান্নপোৎমুক্তা চাউবনিদা। পুপুগী কোফীদি শঙ্গোম চিনী করিমতা থাক্তে; অথাবা কোফী অকুঙবনি—।

মপাবুঙ ·— নেশানি।

মনিতোন·— শেংখ্রবা; কনথ্রবা। চাক য়াওদবা ঙম্মী মসি পায়দবা য়াদবনি।

লিস্থোই -- মসি থাদোক্লনি হায়বসিবু—?

মনিতোন·— শীংনরক্লিবনিনে লিস্থোই শীংনরক্লিবা।

লিস্থোই — কনাগা, নেশাগা? লাইবকরো পুপু?

মনিতোন·— হৌজিকী ওইনদি তাইবঙ লৌচৎকা শীংনথিগে। মতম লৈবা তারগনি লাইবকসু থেক্লবা ঙম্রা য়েংদৌরি। হৌজিক নঙগী অস্তী অসে, মশাগী মরায়বকা খোংঙ্গেং হান্নরি। মুঙ মশেল্লা য়েক্লম য়াওব্রা য়েংবা তারি। নঙ অমসু লিস্থোই, মুপী অমনি; শেম শাবা হৌরো। নঙদি লাইবক্তা থাজ্জবা নব্রা?

লিস্থোই ·— লৈ হায়না চপ চানা থাজরি।

মনিতোন·— অতুদি ঐ খঙওবনি। ঐনা হায়নীংবদি লাইবকী মচানুপা অমগা মচা নিংঙোল অমগা অনীনি—থৌনাগী থবক, কর্ম অতুগা মচা নিংঙোলনা খাঙবা কনবা। লাইবক কবী লাইবক

অসিগী শিয়োমন্নুংগী মচা অনীসিদসু চপ চানা থাজবা ভাই। শীংনগে হায়না লেপ্পগনা গ্রেম-গ্রেম হেক কেম্বা ফাওবা থেক-তংনৌ ; নত্রগনা গাণ্ডীব লীরুং থাদোক্লগা চঙজৌ—।

লিম্বোই — সর্ব ধর্মান্ পরিত্যজ্য মামেকং শরনং ব্রজ। ..

মনিতোন— মত্থক পঙলুখিন্নু লিম্বোই! পঙশিনবা অরায়বা নত্তে। নঙ-ঐনা রাংউরোয় মহাক অতুগী শক্লাইদবা শক্তমদা নকলুবা য়াখিরোই! থোপ থুগাইরিবা ঐমক্কী থোপ অসি চিংখায়রবা মঙালগী মৈশা নঙগুম্বী লৈপাক্লে লৈয়োনগুম্বী অমগী থমোয়না পুবা থাংবা ঙমখিরোই ; নঙগীদি মৈশাগী চাকথেকপা মঙাল অতু নত্তে ওইগদবদি—

স্মরগরলখণ্ডনং মম শিরসি মণ্ডনং,

ধেহি পদপল্লবমুদারম্। ......

লিম্বোই — জ্বলতি ময়ি দারুনো মদনকদারুনো,

হরতু তদুপাহিতবিকারম্।।

সুরেন্দ্র — অস্। নখোয় অশৈবগা রাংউরোয়গগী চোইরোল ফজবসি ঐখোয়গী আই.এ.এস, আই পি এস, এম সি এস কী চাংয়েং রাহং চেদা ফাওবা থেংনদে মামো, পাউ অসিবু কম তৌবা তাবা— ?

মনিতোন— ভাইখো ওফিসর, ওফিসরখোয়গী অরাংবা চাংয়েং অতুদি লোইনা মথক্তা থরা থরা নানবগী রাদনি, মমুদ তাবা মন্নুঙ হুনজিনবা লৌশিং হকথেংনবদি সুকনৎ নত্তবনি ওফিসর।

লিম্বোই — পাবুঙখোয়দি জেকনি—

সুরেন্দ্র — ওইরিবা জেকতাসু মাস্তর ওফ ওল করপশনস।

অষ্টম থক্তিক নোকমিয়ে। বৃন্দাগী মপা কমলজীৎ তহা তহা চঙ-লকই। মচাসুপীনা ওস্থোকপা কীবমদা লৈরিঙৈ কর্ম অমনা মৈবা থোক্লা নল্লিঙৈসিদা য়ক্ লায়া নোকমিন্নহুনা লৈরে হায়বগী মওংদা শাউরে।

হায়হৈ হায়হৈদে থোইনা নাচুংদবা মীওইনি মচা মচা মমৌ মমৌমক্তি নত্তবনিনা মতাং অসিদবু নোকপা চঙই—হায়বা ফোঙদোকপা অর্থ লৈবা অয়ৌবী ৱাঙাংনা ময়াঙদগী পায়রৈ। মনিতোননা তপনা হায়রুই—

— ইনাউবুংঙো, ইনাউথোয়দি লৈবাক্কী মপানগী মীনিনা পূম্নমক উরি খঙলি। ইয়াম্বদি অউবা অচুম্বনা হান্নবা মম্বগী মথক্তা নাকোংনা তারিবা কোগোক কোক্না চুম্মগদৌবা অচুম্বা অমগী নোংথাংনা মীৎ নহা অনীমক মরূদগী হৌনা পূমচাক চাকথেকখরে। অমম্বা ফাওবা উশিল্লক্তরে ; অমম্বা উনবা মীৎ য়াওদ্রে।

"করিনো ইয়াম্বা কোগোক কোকপা অচুম্বা হায়বদি ?"—কমল-জীৎনা শকফম হুজ্জিলগা হংলকপনি। মনিতোন তুমিন্না লৈ। লিম্হোই খঙনীংনা লৈ। মপাবুঙ তপনা মরূ লুবথখি। হাকৎচরকপা মখুবাক ময়াইহু খজিক নানগে হায়হুনা তিংথোকউবদা অহুঙৈগী থাবলগী লৈনম মরক অমদা মালেমঙম্বনা য়েংলগা করিগুম্বা খরা ফাওথিবা ময়ি অশাংবহু থংউ উরকপগুম তৌই। মফম ইখঙ খঙহৌদনা তকোম-তকোম্নকপা শেৎ-লিবা ফি অহু চেকশিনজরগা চিংনরপ তৌনা লিম্হোইনা হংলকই—

— পুপু দোক্তর করি লৈরবগে করি অনৌবা পাউ তাবগে ?

— ইবেম্মা লিম্হোই, লাইবক মাগীদি অনৌবা অরিবা কৈস্থু লৈতে ; পাউস্থু নত্তে কম্না চেস্থরকপা ঈচেল মচা অমদা ঙামথরকপা অশাংপা লৈ য়াওবা মশা মচা অমত্তনি খাঙহুনা চেস্থখিদনবা মথা চীকচবা। তিংথৌ মতোনগী লিক্লা মরীককুম্বা নুপীজাগী থমোয়না কয়া য়াম্না কদায় ফাওবা খাঙবা ঙম্বা, হৌজিক চাংয়েং লাক্কদৌরি। য়ুম্বালবী অমনা ইজ্জৎ—মপুরোইবা—মচা অহুমগী চাইগোইম্নুংদা হৌরিবা মৈজাও অমা কয়া য়াম্না কদায় ফাওবা ঈংবা য়াবগে হায়বহু য়েংগদৌরি। চাং-য়েংনি। চাংয়েং অসিমক্কী মৈজাও মৈরীরক্তা লৈপাক্লেগী লৈমোন অমস্থু কৎকদৌরি। য়েংসি, এন্তারতিকাগী উনহুম চীংজাও মনিলনা

মপংলা য়েংসি। ঈশিং মহী ওইরমহুনা ঈপাক অহুমগী—অতলান্তিক, ইন্দিয়ান পেসিফিক-অহুমগী ঈমায় হেনগংলক্লবদি লৈয়োন মতোন অমদি কমদৌরগবা চাউথোইবা মা মঙায়রে খঙগদবা। নঙ চংলো লিম্বোই, অন্তী অহু শেন্নরুরো। য়ারিবমথৈ থেম থেমহুনা কপথোকহল্লু নঙস্থ কপম্নিলৌ। অরৈবা নপি খাকে লাওওশ্র। শীংনরুশ্র ঈরোয়ননা চংমিল্লৌ।

চপ হেক চাবা পাউ তাবা, ফীবম খঙবদি মনিতোন মথম্নতনি। লিম্বোইগী মপাবুঙনা খঙবা খরদনি। বৃন্দারানীস্থ পন্নরকপা তাদবা য়াদবা রাহৈ অহুম মরীদং তাবদগী থককংখিবনা হেনবনি তশেংবা ফীবমদি খঙত্রি। অখঙবা পুন্নমক শিং-শিংনা তাকপা তম্বা মনিতোননা তৌত্রি। কর্ম লোইদ্রিবা ফাওবদি তাক্লয়োই খল্লহুনা হায়দ্রবনি। লিম্বোইগী মপাবুঙদস্থ মেন্দুনা থম্মবনি। ঙাওচংনরুরবী বৃন্দানা ভাব তানা হৃংলকপদা মনিতোননা চুম্নগী থৌদোক মচা অমদা খজিক্কুং শোকপতনি খরা হেন্না চেকশিনবা কাঙবু ওইবনা মাগী মরূপশিংনা য়াম্না ফবা লায়েংশঙ অমদা মঙানি তরানী পোখাহনবনি হায়না তাকই। বৃন্দা থাজফাত্তে। অহুবু অহল অহুনা য়াম্না চম্না ইয়াং য়াংনা হায়রকপা মওং অহুদদি খরা য়াংনা থোকই। মরক অসিদা আগ্রাগী লায়েংশঙগী সুপরিন্তেন্দেন্ত বেদব্যাসকা মনিতোনগা মুমিদাং থেংথরকপা মতাংদা ফোনদা য়ারী তৌনবহু মাগীদা লৈবা ফোন অহুদা তাখি—(মনিতোনস্থ মানা পায়থংতুনা তারি হায়বা খঙখি)

বেদব্যাস— হেল্লো দোক্তর মনিতোনলো?

মনিতোন— মাম্নে দোক্তর কমদৌরি? মীচম ওইরিবী মমানস্থ তামীংবা পাউ শম্না নত্রগা কোইনা তানীংই হৌজিক হৌজিক—।

বেদব্যাস— ফগনি দোক্তর। নস্থগী ফীবম অস্থম অস্থম ফগংলক্লি।

মনিতোন— য়াম্না মুংঙাইজরে দোক্তর।

বেদব্যাস— অহু করম্বা মতমদা লাকপা তাব্বা ?

মনিতোন— কর্ম অমা নল্লি, লোইবগা পাইরকনি। মকম হোংড্রি নত্রা ?

বেদব্যাস— মহুগী মতাং খন্নবা তাবনি। মতম ওইশিল্লক্লে। পম্বদবা চুমগনি।

মনিতোন— য়োরক্লগনি। অহুনদি সাইকিয়াত্রিস্তকী ওমথৈ লাম্থোক্লেনে ইস্নুদো ?

বেদব্যাস— লাইবক্লি সর।

মনিতোন— হায়বিয়ু।

বেদব্যাস— মুংঙাইতবা থোদোক অহুদা হুকথেংননা য়াওরুবা মুপা অমা থেংনরে। মহাক ঐখোয়গী স্বায়দগীনি। পুলিশ কমিশনর অমগী মীনাই ওইনা লৈবা থবক্তগী পোথারবা নেপালী পাখংনি। মাস্নু দোক্তরদোনা পাখংনি। ঐগা তান অমা চারুবদগী তাজমহল য়েংবা মীরৈবাক্কী দোক্তর থরা পুতুনা চৎলুবা মতাংদা থেংনরকপনি। মানা তম্বা পাউদম তাবদা নম্নুমুপাগী থৌনা লিংজেল অহুগা মথন্নায় পাম্মুদবা মওং খঙলকই। য়াম্না মুংঙাই। মরীংজেল লৈবা নহানি। মাগী মঙল পাম্মুই।

মনিতোন উম ঐগী ইস্নুহু মানা তৌবা ওম্বদগী য়াম্না হেন্না তৌবনি। অঙাং মীশক ওইরিৈঙদগী।

বেদব্যাস— মহুমক্লি সর। মহুমক্লি। সরগী মীৎয়েং লাইথায় শেংওবনি। অহুবু মাগী মঙল অসিগীদমক্তদি থাগত্তবা সুকঙম ওমদে। নম্নু অসি মুপা থোকপা মুপানি। খঙজনীংবা অমনা দোক্তর—।

মনিতোন— তাকপিয়ু।

বেদব্যাস— মানা য়োৎকী খুজী অমনবা অমা পায়রি। মসি উরবদি মা ফরক হেক্তা তাই নোংশাদা অরংনরুবদোনা তৌই। মসি ঐনা লোৎশিন্দুনা থম্মী। খুজী অসিগা মাগা মাগী রাখল

পরীংগা য়াম্না মরী লৈনবা মাল্লি। খণ্ডবিবরা কনাগুম্বী মচল, মচে, চান্নবী নত্রগা মমা মন্দোল —!

মনিতোন- মতুগী মতাংতুমদি ঐদি লাম্বা ফংত্রে। খুজীগী রাদি খণ্ডবা লৈতে। অতুবু ঐ থিজিনগে। মাগী মৌ ওইরগদৌবী চান্নবী অমদি লৈ। মঙোন্দা তান্নগে।

বেদব্যাস- অতুদি লৈশাবী অচৌবীনিনে?

মনিতোন- চাউবতা নত্তে মশকস্থু ফজৈ, মরমস্থু ওকই সাহিত্য স্থুরি।

বেদব্যাস- সরদি লাইবক ফরবনি ফরে; ঐ চিঠি অশাংবা অমা ইরক্কে মতুদা নস্থুগী অতাবা পাউদম পীরক্কে। ঐস্থু কবিতা মরক মরক্তা ইজৈ। লাইরিক মঙা পুথোকখ্রে।

মনিতোন— এ, দোক্তরদি অশৈবস্থুনিনে য়াম্না ফরে। ঐগী ইস্থগী মৌ অসি মুংঙাইজরনি। মাস্থু পুঁবরকসিরা খণ্ডে। মাগী মশক উরগা ইস্থুগী ফীবম ওল্লকপস্থু য়াই। মদোমদস্থু য়েংবা ফত্রা?

বেদব্যাস— লায়েংবদদি দোক্তরস্থু মিং লৈবনি। খনবিয়ু। ঐস্থু মওং য়েংজরমগে। চিঠীদা মরোল খরা স্থগাইনা ইজরক্কে। ঙসি হুয়েংমক লেঙঙকদবা লৈরবদি উন্নরগা তম্বনা ফগদবা মাল্লি।

মনিতোন- উন্নবদস্থু তম্বিয়ু; খরস্থু ইবিরকউ। ঐগীদি ইস্থ অসি থরায় ওইবনি।

বেদব্যাস- লাইবক্কী রাসি সর, সরনা হেন্না খণ্ডবিরি, ঐখোযগী ঙমখৈ নাইবা রাখলনা লাম্বা ফংবা নত্রে; অমম্বা মঙাল হায়বতুনি। ঐগীস্থু থমোয় ফুকপা রারী লৈজৈ। হৌজিক শৈরেংদা তাইনজরি। ইহে সরগী মতম কা হেন্না লৌজররে। অসিনি ঐখোয়বুস্থু ময়াম্না মওং অমদা থেংনরিবসে। থমজরে।

মনিতোন- য়াম্না মুংঙাইজরে দোক্তর।

ঙাইহাক্কী মমাঙদা বৃন্দানা শম্নরিবা কোন অহু থমখিবনি। অহল অসি থঙই। অহল অসিনা তপ্না থম্মিবা মাগী শরুক ওইনা লৈবা কোন অহুদা করিগী কুইনা শংক্রিক য়েংহুনা লৈখিবনো, কনাম্নু থঙদ্রে; মা মশাম্নু থঙলমদবা য়াই।

শোয়াৎ নোংঙানবগী হুমীৎতু লৈবাক্কী ওইবা অচৌবা বন্দ অমা লৈ। অকনবনি। য়ুমদগী থোঙ্গান ফাওবা থোক্লদে। তান চাবনি। মনিতোন অমদি বৃন্দারানীবু নমহুনা পোখাহল্লে। পোখাবদি য়াবা নত্তে; মপানগী ওইবা অচৌকপা অমদি চপ চানা হকথেংনরে।

মথংগী হুমীৎতা হায়গুম্না ডাকঘরগী মীওইনা চিঠী ময়াম অমা পীরম্মী। হুপরিনতেন্দেন্ত দোক্তর অহুদগী অমা য়াওরম্মী। অরাংগী য়েনখাদা ননশিল্লুরবা লৈ পাম্বী মচা থরা হৌগৎপা কন্না লাক্লরিবী মমৌ বৃন্দারানী-রোমদা হাইরপ য়েংলম্মগা চে অতৈ মরক্তা য়েপশিল্লগা মাগী কাদা চঙ-লকই . ফাক্তোক্তুনা পারুই—শম্না ইয়ম্মী—

"...... মালেম ঙম্বনা চৎখিবা রেলগী দব্বা অহুদা দিল্লীরোমদগী লাকপা মখোয় অহুম—মপা কমিশনর অসিনে, মাগী হুপীনে মম্নু হুপী পীশক চহী মরী সুফাক্রিবী অমগা হান্নবা তোংলম্মবা জাংনি। মীনাই গৌতম হায়রিবসি অতোপ্পা কা অমদা তোংবনি, মা করি অরাৎ-অপা হুংবা লাক্তুনা লৈরম্মী হায়। কমিশনর অহু মশা ঙমদে, কদাইদনো ওপরেশন অমা চৎলূবদা মঙঙকা মখোঙগদা শোক্তুনা লায়েংলুবদগী ময়ুমদা চংপা ওইরমাল্লে। অহীং অথেঙবগা ওইবগা, রেল অহু কুইনা থাম্বগা নৎতবগা, মথংগী অমুক লেপ্লদা কুম্মগে হায়-হুনা গৌতম অহুম ফম্মবা জাংনি। পুং থন্না চৎলগা অহীং মমৈ ওইরকপগী অহুদা তিকেৎ য়েংবা লাকপা মী অমনা থোঙ খিল্লকখি হায়। কন্না তুমথনবা মতমনি। মালেম্না হাংদোক্লবদা তিকেৎ য়েংবা লাকপা হুপাহু দাকুরা লালহৌবরা অমা ওইরম্মবা জাংনি।

মানা মালেমদা—নঙ থোকখরো আদা থাপ্পা কদাইদনো কমুখো, ঐ মুপা অসিগা য়ারী তৌগে হায়দনা হায়বা জাংনি। মালেমনা চিংনয়দনা অহুম তৌ, ঐ অকায়বা করিস্থু তৌরোই হায়দনা খণ্ডহনবনি। লাক্লিবা নহা অহুনা নোংমৈ লৌথোক্লুনা শীংলগা হায়বা জাংনি—

মুপা — থোকপ্রো হায়রবদি কোক থোকপ্রো। নথরায় ম্রাওনি হায়বনি।

মালেম— হাই! খোন অহুদি! নঙ কনানো। দাকুয়া? হুয়ানবা পাওদবা ওইরমগনি; অশেংবা দাকু—লালহৌবদি মাপ্রে।

মুপা — হৈ! অপঙ, নঙ ঐখোয়গী য়েক্লবা নত্তেনহে ওইনবা শীনগমু! ঐখোয়দি চোংথোরক্লবনি। মখোয়সি ফাখিদৌরিবনি নত্রগা লোইশিল্লমগদৌরিবনি। অরেম্বদা নঙ য়াওরনি চৎখরো হায়বনি।

মালেম— য়ারোই। ঐ য়াওরিবা কাদগী ইমাঙদা নমজা-হাজানবা য়ারোই। হয়েং ঐ কুমথপ্রগা তোগে হায়রগা তৌ।

মুপা — মহু য়াবা নত্তে পাখং! চৎকেরা চৎলোইরা— ?......

মুপা অহুনা মাগী অতেনবা নোংমৈ অহুদা মখোল হৌদনবা মতোক্তু পানশিল্লগা ওনশিন্দুনা শীংগে তৌরকপগী অহুদা মহুগুম্বা য়ারক্রুবা নস্থ মুপানা কন চোংশিন্দুনা খুৎলাইহু মুল্লগা মথবাক্তা লোংনা নম্মগা খুৎনম্না নমথা নমথা থাহুনা য়াম্থহল্লবা জাংনি। মতাংসিদা গৌতম্না গাড়ী লেপ্লবা য়োৎলীহু চিংগে তৌরকপদা মালেম্না খাম্বা জাংনি—

...ঙাইখো ইয়াম্বা! চরাং মবুক তৎলবা অমগীদমক তোংলিবশিংদা অপনবা পীবা হৌনদে। ঐ তোগে তুম্মু।

খৌরীদা শোকপনা য়া ঙাংবা থোক্রবা হৌগৎপদা য়ানা খোক্লিবা কমিশনর অহু য়েংলগা চাউথোক্না মোমোন তৌহুনা নৈবা জাংনি। মানা তুয়িরা মুপা অহুগী মশাদা মায়গা করি য়াওরি কনাম্নো কম্নদৌবনো খণ্ডনবা লাক্নৌ হায়না মথুৎ নাম্মনা থুদমনা হায়বা লাক্লিবিঁঙৈদা য়েল অহুগী খোঙয়াঙ

থংজপ তপথ্বরকখি হায়। শাম্নিন খজিক ফংবদগী থোঙনাওদা ম্নেংথোক-খিবদা শগোল তোংবা মমায় মমীৎ থুম্বা মুপা অমা মথোয়গা ঈরোম্ননা শগোল থোবা চটরকপনি। উবমক্তদা পায়ম্লিবা নোংমৈ মচা অহু থিন্দোক্লগা কাপকে তৌক্লরগা থংতোক তোক্লনা গৌতমদা থুংলাইহু পীরগা হায়রম্মী হায়— ইয়াম্বা সে পায়হৌ; লাম্মী ওইরম্বনিনা থঙবা ওইরিনি। মহুংগী মুপাসি শেম্নরম্মু; মপানগী অসিদা বোম য়াওরমহুনা ঐনা কাপথক্লবদা পোকথায়রকপা য়াই, লোইনা ইশোক শোক্লরনি; ঐ ফাক্লগে হোরেল গাড়ী লেপ্পা মতাংদা পাউ তাকউ; ঐ ফাহুনা পুরক্লে। হায়রম্মগা ফং থোকপ্রবা জাংনি। গৌতম্মা হায়বদা— 'ওম্বোকপা পাথংনি! থোকফম থোংফমস্ু লৈতবা কন্না চেনথংলক্লিবা গাড়ী অহুদা দববা অনীগী তাইনফম, য়োংনা জালীনা করিনা পোং মচা ফাওবা লিংথখিদনবা হায়দনা থারিবা মফম অতুদগী কমদৌনা লীংথখিবনো থঙদে; লীংথপ্রগা রেলগী মথক্তা কাথংখি। মাঙনবা তারে হায়হুনা ঐনা ঐগী ইবেম্মগা তাম্নরগা গাড়ী লেপ্পবা য়োংলী অহু চিংলুবনি। গাড়ী থংথাম থামখি। হেক থামখিবগা মথোল অঙকপা ফংবা অমা হৌখি। অসিদগীদি ঐ ভাব অহুম তাখিদরে। ঐনা ভাব তারকপদা ঐ লায়েংশঙ মচা অমদা লৈরম্মে। থীন্দনা ঐথোয়গী কা অতুগা থানা নাক-য়েংকী কা মঙা শাথীনা কায়রে, ঐগী মালিকক্তা মথোয় অহুম থুদক্তা শিরম্মে। ঐঙোন্দা মীওই ম্নমনা তম্বদা শগোল অম্না মতং মতং তারম্মী; থরা চংথোক্লগা পাথং অসি য়োংকী উক্ অমগী মথক্তা তাহুনা লৈরম্মী হায়। শগোলগী মুপা অহুদি লৈরমম্র-মাল্লে। উযুল ওনপ্লবরা মথোয়গী মীনা পুপ্লবরা থঙদে। মশক-মশা মওং মতৌস্ু থঙহৌবা নত্তে মঙ-হাদা মশেন-মরাং উবদৌনা তৌই। মুপা অমা শগোলদা লাকই মা ফানবা পাথং অসিনা তৌই হায়বসি ঐগা পাথং অসিগদনা মথঙলে; অতৈ উহৌবা মী য়াওরমগনি নীংদে। য়াওরম্বা তারবম্মু মতং-মতং তংলবা হকচাং মপৈ মরক্তা য়াওরমগনি।' পুম্নমকসি গৌতম্মা তম্বা তাবদা দোক্তর, ঐ ঙক্তবা ঙমজ্রি। নম্মু অহুনা নীংলিবহু

করি ওইরম্বা য়াবগে থনবা লোইহৌ অহুগা মানা তৌথিবা, অহুগা তৌগে লেপ্পম্মিবা থৌরম থরহুদি ময়ামগীগা মান্নদে। মওং অমনি। মা মশাদা হুংলবদি য়াম্না নুংঙাইগদবদা হৌজিক্তি মাগী থোপ অসি পূম্নক্তা হাঙ্ক্রে। মশাদি করিশু তৌদে। পীজরিবমখৈ ওক্তে। পীজদবা পোং কাওবা থুবাম থুবাম চাবা তোয়না য়াওরে। মী মশক্তি লায়রবদনা ভলগা ভল হাপ্পিবা পুখমগা খেন্নবা খঙ্গ্রে। চহী অহুম-মরীগী অঙাংদৌনা তৌরে। অহুবু মশাগীদি অকায়বা লৈতবনিনা নোংম নোংমগী ফবা হেনগৎলক্লি; কনবা হেনগৎলক্লি। হন্দক মরকসি খন্না হিংচা য়াইতম্বদৌনা তৌরে। শারঙঙম্বা ক। অমদা থম্মে। সরনা খন্না থুনা লাকপিহুনা লায়েং পাম্বৈ খন্নবা য়াওবিরররবদি পূম্নমক্লা নুংঙাইনগনি। অহুনা ......।"

অমুক্তং পারগা মনিতোন থোঙনাওদগী অহাংবা মালঙদা ভরঙ অমদা ফনা কুইনা য়েংহুনা লৈরুই। থোঙ্গাল্লোমদগী লিম্বোইঙম্বীনা চন্দোল-চরা নীংথিনা থিল্লগা মন্দির চৎপগী ফিজোন্দা লাক্লগা 'অস্তী' কৌহুনা বৃন্দা-রানীগী মনাক্লা চঙখিবা উই। বৃন্দানা হায়খিবা তাহৌই— 'ফরেদকো ইম্নৌ লাকপা। ইমৌ উরগা খরম্তু ঈংই। য়ারী অমগম্তু তাগদবা লৈ।'

বৃন্দানা ভৌক্লগদৌবা য়ারীহু মনিতোন খঙই। লিম্বোইঙম্বীশু মচা বোবোই উল্লবা চৎপদা য়াওক্লসি হায়গদৌরিবনি। মনিতোননা 'হে ঈশ্বর ইবুংঙো য়াওবা য়াহুনবিগম্নু' হায়না মখোল থোক্লা খল্লগা চিঠী অহু হাপ্লকপা থাউগা লোয়নননা কূপ্পা শেগায়থি। কদায়দা হুন্দোকসিসে খলহৌরি।

# তরামাথোইসুবা

বৃন্দাৱানীনা কোয়বা ওইনা আগ্রা চৎলুসি, তাজমহলস্থ য়েংলকসি অহুদগী বোইবোই পুরগা থোকলকপা মহুদা বৃন্দাবন জগন্নাথ পুরীনচিং-বস্থ চঙলকসি কোনার্ককী সুমীৎকী লাইশঙস্থ য়েংলকসি হায়দনা কন্না হৌবনি ; লিস্থোইঙম্বীনা য়াদরে। য়াগনলমদবী মনেয়াই ইয়ান য়ৌপ্রবনি, মপাবুঙহুদি মানবু তক্লবদি শোয়দনা য়াগনি। মচাহুপীনা হায়বা অমদি তকপদা য়াদবা অমুক্তা য়াওদ্রিবনি। নৌনা লৈখিদ্রবী মমা হেক্তা হৈজিং-নবনা মপাবুঙনা মাবু অয়োবীদা লুনা তৌজবনি। অহুবু মুন্না থল্লবা মতুংদা লিস্থোই সুকয়ামক ময়াদরে। মা চৎনীংদবমক্তি নত্তে। চৎপা চুমদন্নাল্লে হায়না থনবদগীনি। বৃন্দাৱানীনা নহানরাই মাগী বাবাচৌগা মাগবু মী কাঙলুপ থয়না থজিক চিংননা য়েংনখিবা লৈবনা মখোয় অনীদা চৎপবুদি মা য়াওবনা মীগী মমীৎতা ফজবা লৈবগী য়া হাইরপ পনবা থেংনবদা লিস্থোইঙখীনা ভাব তানা মনীং-মমাঙ করুগা হায়রকপনি—

— অস্তী, হৌখিবা চুমথিদ্রবা শামক্লা ফাওবা হঙোইগদবা য়াকম শন্দোক-লম্বা মখোয় অহু তুম্না মাঙগ্রে। জগ লম্লোল্লবা মহাগী লায়না পুবা মহীক হুপাহু মীহাৎপগী ময়াল অমস্থ লৈরবনা শিবগী চৈয়াক পীগ্রে।

— হৌজিকপু শিবগী চৈয়াক লৈরিবয়নে সিস্থোই ?

— চৈয়াক্তি মীনা পীগ্রবা ফাওবদা ঈশ্বর অমা লৈরি ; মহাক্না য়েনবা য়ায়েন পুঙচুম পুঙচুম চুয়নি অস্তী। মানা নেকপা ড্রাইভর অহু পুন্সিগী ফাদোক তাগ্রে। লায়নানা কীস্থয়বী মমা অহু কদায়দনো লায়েংনবা পুবদা মখোয়গী জীপ থোবা ড্রাইভরহু জগ চাং হেক্না

চাশিন্নগা থৌবদা ঙ্কিরিবাম লম্বীদা লোকথাদা ওন্থত্নুনা গাড়ীস্মু মীস্মু থোথোপ্পা উৎ ওনখ্রবনি।

— বালানি ঐ খঙই। বালা ঐগী ইচেনি। বাবামচানা মাম্মা মুংশিনা তৌজখিবনি। লান্নত্রবা অহুগা ঙাক্লরবদি মথোয় অনী লাইরৈপাক্কা থেংনজরম্বা ওইসমু।

— অস্তীস্মু ঈশ্বর, লাই স্বর্গ লাইবক থাজরেদনা!

— ঈশ্বর অমদি ঐ হান্নদগী থাজজবনি। নহোয়গী কৃষ্ণ, অল্লাহ্, গোবিন্দ জেসস বুদ্ধ অহু নত্তে হায়বদনি। ঐ চাউথোইবা মঙল অমদদি চেৎনা থাজবা মীনি। শক্লাইবা নত্তে। ঐ হৈনদবনি। মথোয় মথোয়দি করগা মথোয়বু থাজরিবা ময়ামসি ঐ থাজদে। চোংঙিবা ফল্লিবা, লাউরিবা থরায় লুপচবা মাল্লিবা কাওবসি লাই ওইরবোই নীংলুই। মীদি লায়রদনা শা ফাওবা ময়েক শেংনা ওইরমদে। ঐস্মু অহুমঙায় লিপ্পোই ঐ ইশা অসি ঐ থাজরক্লবা মতাং লাকই; কিজরকপ য়াওরকই; মী ওইবগী পারবা য়ুখন অসিগী মরুমদা ঐ অসি ফি থোংদবা মতু পানবা শামরুফাওবা ইকাইগদবা রাখল খল্লকপা য়াওই। ঐ ইশাগী য়েক্লবা ওইরি। মরক অসিদা নঙনা লুনা চান্না তৌরিবা লাইবক হায়বদো মাগনি ঐনা শীংনরিবসি। থেক্লগদৌরি।

— শীংনবা তাব্রিবনিনা মা লৈ হায়বদি অস্তীস্মু য়াবিরেনে?

— উম্। নঙগী ফজনা রাহংনি লিপ্পোই। লৈরে হায়বদি ঐস্মু য়ারমাল্লে।

— য়ান্নদি মান্নজরগা অমগদি থেন্নরি অস্তী। চঙঙসি রারী অমা লৈ।

'উম্ মহৈরোয় অফবনা হান্না শাফা ওইবা তাই'—গাড়ী থমকমদা গাড়ীদা থাজরা মীখিবগী চেনীং অমা থিল্লিয়া মসিত্তোননা খলদ্রেরবনি-অমীহু চঙখিবা ঙাইনা ঙাইনা খলহোই—'কমদৌরগবা মমা ওইবী!' কুরু ক্ষেত্রগী অানদি হৌগদৌরি। হে চাউথোইবা, নঙোন্দা শিন্নবা মত্তনদি ঐথোয়গী পাঙ্গে অত্তে লৈত্তে। মসিবু মঙগী করম্বা থৌদৌ ওইরিগবা!

কৈ য়েংবা তারেদনা ! নঙগী নঙলদি মপাল নাইদবনি ঈরীক মচেৎ অমত্তুংদি পীনবিবা চুমগনি নত্রগদি নঙগী কুম্মৈ করা শুংঙাইরোই !'

তস্মবা মুমীৎ অত্তুমক্তদা মনিতোন বৃন্দারানী পুহনা খোঙশালে। ময়ামা প্লেন তাকম ফাওবা থিন্দোকই। য়ুমদগী থোকলপদা মচানা পায়া চানগনবা অরাথবী হৈঙাল ফনা য়ায়া লৈশেন্মি ; চেৎনা য়োম্মগা মাগী তরু-তরু পায়রিবা খুৎপায় বেগ অত্তুদা মতা চানা হাপচিল্লি। খল্লি-'হৈক্রু অকংবত্তু থোংখোঙ কৈথেন্দগী খজিক্তং পায়খিসিরা, লাইরিক পারিঙৈদা অমনী উমজবনি। নহানরাই চাকচা তোক্লরকপদা মাগী পুপুগা মবানী হেক-হেক লান্নরগা চাবনি। মখোয়গী অত্তুরাইত্তু হৈক্রু অচৌবদি ফংই, অকংবদি য়োন্নদে হায়খি। চাকচা তোকলকপদা কনাগা নোক-নোক্লনা রারী শারমগনি ! হু; হন্দক অসিদদি তমগে তম্মু পরীখা থাগে-থাও থারোই তোকউ, পুথোরক্লনি। লেপ্পগদোবা মুমীৎ অসিদা চাউনা রা-রা তৌহুনা লুহোঙদোকপিরনি। ইস্ ঙাক্তা মতুম মতুম মথং মথং লাউমত্তুনা লেল্লগে। লৈরিবা লন-থুম খরসিনা থবক মনা অমত্তা তৌত্রবস্থ সুথাঙ ফাওবদি কোন্নখিনি। মচা অসিবু অমদগী হেন্দদমকো ! মখোয়গী থারাসি অঙাং লীকল্লি। লিস্থোইগীস্থ লীকই... ।'

মপান্দা ঙাইরিঙৈদা খনবনি। মতাই অমদা মথন্নতা ফম্মগা খনবদা লিস্থোইগী রা হেক য়োরকপদা লিস্থোইত্তু মাগী মন্দিরগী ফিজোন্দা গাড়ী মচাদা লাক্লগা মনাক্তা তহা-তহা চঙশিল্লকই ; নক্লনা ফমথরক্লগা হায়রকই—'গোবিন্দ-মন্দির চৎলুবনি। কদোমদগীনো অঙাওবা নহা অমা মাঙদা হোৎচিনবিরক্তনা তু শীৎলুয়ে হুবাৎলে—।

— হৈ ! ঈ থোকইনহৈ। নকোক্তি শোকত্রো ?

— শোক্তে। সে থম্বালদি মতম নত্তে হায়দনা লৈয়মদয়ে উচিন-নাচিন্না থয়ো অশংবা অমা লৈরমদনা ঐগ্যা ইথৌ অত্তুদগী নিজরকইবনি।

— কজস্নেদা। মতম নত্তবনি মুমগী অশেম্বা পুত্রীদকা খাবা শাৎহনবা

ওইরমাল্লে। নঙ চান্নবা হেক্তা খঙঙেনে লিম্নোই! পীবিগে ঐনা প্রান নাথ অদুদা। মীনা চংলুসি উন্নজো হায়বদি য়াদ্রে। মরক মরক্তা ঐখোয়গী নয়ুমদো চঙ-চঙদনা খরা য়েংশিল্লম্মু। অঙাং নহা ঙাক্তা লৈহৌবনি। ইহে হুংচিংতু ল্পকী লোম্নশঙদা সরকারনা মনা অমা পীরকপগী মুংঙাইবা ফোঙদোকপগী মীকম অমা লৈবনি। ঐঙোন্দা করি করিনো ওইয়ু হায়বনি ; ইবেম্মা সেক্রেতরীদুদা ঐ ঙম্ম- রোই চংগ্রে হায়দনা নঙনা সুম হুনখিবদা চঙলম্মু।

— য়েনখোক্লনি হায়রবনি। অস্তীনা হোংনরম্বা কয়াগী চহীশিং অদুদা য়েং- লগা পীরকপা মনানি অস্তীবু ওকপা ওইনসু তৌরনি হায়নরবনি।

— খবক্তি নখোয় ময়াম্না তৌরগা ঐবু করিগী ওক্দৌরিবা! মহোয়দা নঙনা হেক হায়রো—'ইনেমদি ঐখোয়গী হরেনা য়ানীংদবদগী য়াদ্রে....।'

— অস্তীসিদি! অত্তাবনা তাগ্রগা—?

— তানবা হায়রিবনিনে লিম্নোই! ননঙন অপাকপদুদা মাগী খুত্তুম অচৌ- বদুনা সুববু লৈপাক-খুত্তুমনা শোয়দবা হেনগদ্রো! কৌশিল্লমালে ঐ চঙখ্রগে। অদুগনে লিম্নোই মাগী—নহোয়গী কাদো খরা মওং তানা অমুক্তা শেমলম্মু। নঙগী হুরেদুদি কা মোংপা য়াদবনি ; কা লৈতেং- বকাদি তম্মুরবী মুপী অমনকা হেন্দবনি। নখুৎ খঙত্রা য়েংসি নঙনা হৈজবীদা লৈতেংলম্মু। কা অনীদু নবানীগীনি।

— অস্তীসিদি! তু পুপু অনীনা কৌরে। খুরুমজহৌগে কোক্তা নাম্নবিরম্মু।

অমনা পিরোইননা লেপহৌই অমনা পিরোইননা চংখি। অনীগী খোম্নোক্তবা পিরাং কুইরক্লবনি কংলক্রিবা। লাক্লিবা মতমনা শিম্নরিবা পিরাংগী অর্থ করম্না কদোমদা হুনগদৌরি! লাইবক মাদি লৈরক্লগদি খঙলম্বা য়াই।

মীংথুপ অনী-মরীগী মখুংদা ইম্ফাল শহর হৈশিংকাস্তবা লাইশাবা অমনা মচৌ মতোং নাইনা শারগা মপান খোপত্রিবা ওইনা উরকই।

মনিপুর অহৈবা লাইয়েকপা অমনা অশংবা উমং-মচুতনা চেকশিন্না য়েকপা লাইরৈপাক অমা ওইহৌরে। নোংমদোনগী থাজনা লৈচিল মরক্তা কেকু লোংপী শান্নবদি মালেমগী থমোয়শিংনা তোয়না উবনি; অর্থ চেনবা চেন্দবনা থমোয়দা লৈরে অহুগা মালেম কাওক্রমনা নোংবুরবা লৈচিল্লক্তা পাঞ্জল চল্লিবসিদি অরাংবা অপাকপা লৌশিংতনা উই। হৌখিবা কয়াদা কয়ারক হন্না প্রেন তোংহুনতা লাকপী বৃন্দানি; অঙাং ওইরিঙৈদা চাউকোয় কোয়হুনা পাইরিবা উমাইবী মশোংদা পায়রগা তোংনীংখিবগী অপাম্বহু থুংবগুম মুংঙাইহুনতা লৈখিবনি। অহুবু ঙসিদি পাইখৎ পাইথ খর-খরদা কোকচাউবী ভুঙ-ভূঙ কায়, শ্বায়-শ্বায় লাউই, শাখপুনা পাইরিবা প্রেননা অপাবা মুংশিৎ থেংনবগী খজিক নীকপা নীকপা খুদিংদা থঙীনগী অকুঙবা তাম্বা মায়োক্লে; মমীৎ-মনা তথকলকই। মওং খঙলবা মনিতোননা খজিক চেপ-থরগা হায়রুই --'বৃন্দা, স্বর শাংনা শাংনা চিংশিল্লগা হোন্দোকউ, নমাঙদা থেৎলিবা চেফোঙ অসি ফাক্লগা লাই ফজবা য়াওবনি য়েংঙু; য়োগদৌরে। চারা ব্রাম্ননবা পোৎস্নু য়েল্লক্লগনি।' মাগী বাবাচৌনা ভামথরপ তৌনা নকশিল্লকপদা হককী মনম খংফাও ফাওরকই; অয়োবীগী শ্বায় লাউবা অমনা মমীৎ চেজেং উইশিহন্দুনা কম্না খাঙহনখি। মনম অহু মপুরোইবা বাবামচামক্কীগা মান্ননা থোকই। মন্নুং মপান তুনা মমখি। মাঙগী ফমফমদা মরূ লুকথহুনা তুমিন্না কুইনা লৈখি। ভাইহাক লৈরগা শীংনবা অমগী তানয়েদা শৎ তিংখৎলকই; লুকথরগা হুংলকখি—বাবাচৌ ঐখোয় লক-থনৌদা কয়া কুইনা পনগনি!

— লাইবক লৈদনা শম্নবগী প্রেন নংলবদি ওসিমক য়োগনি; নত্রগদি নোংমা নত্রগা নীনী লৈবা তাই।

লাইবক লৈস্নু হায়বা য়াবা, লৈতে হায়বস্নু য়াবা মওংদা মুমীৎসি মতমগীদি নংনরগা প্রেন লাক্কদবা অমা লাক্কবদগী পাইরয়োই হায়না লাউ-থোয়রক্লে। য়ৌনীংমল্লবনি হায়হুনস্নু মশা পান্দুনা পাইরুবদি য়াদবনিনা অহীং অহুমা পোখা-কা অমদা লেকপা তাখি। শাদবা য়াদবা রারী খরা

শারম্মগা শাংদোক্লুনা পোত্থারমদাইদা মচাগী পুরিবা অরাথবী হৈঙালদু পুথোক্লুনা ফীবম য়েংলিবী মমৌদা খঙহনবা চুম্মব্রা হায়না খঙহন্দুনা মনিতোননা হায়রকই—

— খঙদেনে ইবেম্মা, নচামুপা থৌঙম্বা অসিনা তৌদোরিবা মওংসি... মকোক্তা ....

— খঙদে বাবাচৌ, হুন্দক্তি ঐদি মাবু থনম্বা সুকঙম ওম্মরোই। কুইরে ইমা ইচা কায়নরক্লিবা। হৌজিকপু ঐবু হেক উবদা মশক খঙখিদ্রে খঙদেনে, কোতোগী মশকশিংহুবু তোঙান তোঙানবা মওংদা নম্বনিনা অমত্তা মান্নদে। অকোনবগী মানা শগোল তোংলগা নোংমৈ অমা পায়হুনা নম্বহুদি ঐদি বাবাচৌ মখোয়গী করিনো হৌজিক ময়াম্মা কিনরিবা দাকু মকোক করিনো অমা কৌবহু মাল্লি। অহুগা মাগী...

মথা তাবা নংদ্রিঙৈদা মফমহুগী লোয়শঙগী অচৌবা মুপা অমা চঙলক্লগা 'দোক্তর মনিতোন হায়বহু সোমগী অহল ওইবিরব্রা' হায়না হংলে।

— মানি ওফিসর ঐনি। করি হায়বগে?

— মপান্দা মী অমনা দোক্তরগা অমুক্তা উন্নবা পাম্মী হায়রি। অহল দোক্তরবু সাইকিয়াত্রিস্ত অফাওবা—?

— ফাওবা ফাওদবদি খঙদ্রে, কোক লায়েংবদি তৌই।

— চুম্মে। মুপা'নীনা কনানো কোক সুকয়ামক য়াম্রবা পাথং অমগী মতাংদা করিগুম্বা অমত্তা তান্নদবা য়াদ্রে হায়দনা কন্না হায়রে। মম্নুংদা থাজিল্লকপদি য়াদ্রে। অহল দোক্তরনা রারবসু রানা ভাইহাক্তং-?

— কনা ওইরিদোনো মফম অসিদবু—! ফরে ইপা থোরক্কে।

থোকথিবদা খুঙ্গং-খুন্নুংগী মুপা অমা লৈমায়দা নীংঙ্গাংননা ফমহুনা লৈবা থেংনৈ। চঙশিন্দুনা হংগে তৌরকপদা খুন্নুং অহুনা লেপথক্লুনা নমস্তে তৌরগা য়াম্না হজোইনা—

— সাহেপ দোক্তর মনিতোন—?

— মানি হোয়, করি—?

— শুমদোবনি অসিরাই—আদগী নীম পাম্বী অসি কাওবদা লেঙঙ্সি।
— করি—!
— চিংনবিম্নু দাক্তর ঐখোয় খুঙ্গংগী মী নত্তে চম্বল তম্পাক্লোমদগীনি।
— হায়বদি থাকুর শঙ্কর শাথীবগী—?
— ন্নিনবিগন্নু। ঐখোয়গী সরদার লাক্লি। অসিগী শগোল গাড়ী অচৌবসিদা হিপ্তুনা লৈরি, ঙাইরি। মুংশা থাবিগন্নু ঐখোয়দি লৌনম তৌদে ; অহলগী মতু নাম্মা শোক্লোই ঐখোয়গী কাঙবু অহল ইবুংঙোবু খুরুম্বা লাকচরি। সরদার থাকুর মশা শোক্তুনা হৌগৎপা ঙমদনা লৈরবননি। থাকুরনদি ইবুংঙো মালেমগুম্বা অমগী মপাবুদি লাইনি খল্লি।
— মপা নত্তে, মপুনি।
— খেন্নবা লৈতে ; লেঙসি।

শগোল গাড়ীথু নীংথিজরবা নিংথৌগী দোলাই অমগুম্বনি। মপান্দদি খোইরুফিগুম্বা ফি অফোংপগুম্বনা খনবা কুপ্পদোনা তৌই। মনুংদদি ফজনা লৈতেংলবা কা অরোনবা অমগুম্না লৈরম্মী। অকোয়বদা নক্না নক্লপ্পা, অমদি থাপ্লপ্পা মী খরা ঙাহৌ ঙাহৌ চত্তুনা লৈবা উই।

মনিতোননা চঙখিবদা থাকুর শঙ্কর শাংনা হিপ্তুনা লৈরম্মী। মশা অত্থ য়াম্না শোকচিন্না উরে। তপ্পা খজিক তিংথংলক্লগা মথূৎ লোন্নতুনা খুরুম্মকই।
— বাবা খুরুজরি।
— ইবুংঙো থাকুর। পোথ্নাও। করি কমদোবা — ?
— রেলগী বোম পোকখায়বত্থদা ঐ য়্যাওরুরে খরা শোকপ্রে।
— হায়বদি, দববা মনুংগীথুরা মপানগী শগোল তোংবথুরা ? করম্বনো ?
— অহলদি লাইমক্লি থাজজরবন্নি। ঐন্নি মপানগী শগোল তোংবথু। মনুংগীথুনা অতোপ্পা কাঙলুপ অমগী দাকু মকোক্লি। মানা পাউ কংবদগী

কমিশনার অমু হিংনা ফাহনা মাগী থৌরম মখা মথং মথং চখ্বগে ভৌজ-বনি। ঐখোয়গী মীনা মালেম কা অহুদা তোংখরে মফম খঙনদবদগী মাগী মঙল মতাহুগা মাঙবা ভারে হায়হুনা ঐখোয় থরা তান্নরকপনি। নীংবগা ভৌবগা চপ চানা থোকঅরে বোম অমু মমুংদা তুহুনা লৈরিবা অহুদা লাক্ন-ফানবদা শোয়বরা নত্রগা পোৎ ফত্রবা ওইবনরা পোকথায়-রক্লে। মাবু ইশক খঙহনগে, ভৌগমু কুমথরকউ হায়গে হোৎনবনি। মরাম্নবক ইরাইবক থীরে? ঐ মীরৈবাক্তা লায়েংবা চৎপা তারে' ঐগী মীনা আগরাগী জেলদগী পাউ মথং মথং পীরকপদগী ঐ বাবাবু ভাইরম্বনি। ঐ বাবাহোয়বু শেন্নহুনা লৈবনি। মুপী অমা লোয়নর-কপহু লিপ্পোইঙম্বীরা?

— নত্তে ইমৌ, মালেমগী মমানি।

— অস মালেম পোকপী 'ইমা'হুগী থৃৎনা ইকোক অসিদা নাম্বিরবদি ঐ থংকন কনগদবা মাল্লি।

— 'ইমা' উম্নগেরা?

— মতম লৈরোই। চৎলিবা ঐখোয় অরোনবা লম্বীদা মথং মথং চৎথিনবা খোঙশাল্লক্লবনি। বাবাদা করিগুম্বা অমত্তং শিন্নজগে ভৌবনি।

— হায়য় ঐনবু নখোয়গী করি ভৌবা ওমগনি!

— ভৌবিগদবা লৈরে। বাবানা নত্রবদি অতৈনা ওম্মরোই। ঐনা শঙ্কর শাথীবা ওইহুনা লৈরবা অমা শোয়দনা পাঙথোক্লমগনি। য়াদ্রে। অঙাওবা মঙল অমু হাকন্নরুবদগী মমুং-মপান থীৎনা শোক্লে; লম্বেনদা লোইরবসু য়ারি। ঐদি ঐগী রাত্রদা নত্তনা অতৈদা হায়জবা হৈবা নত্তে। বাবাদি ঐগী—ঐখোয়গী, মালেমঙম্বগীদি রাত্র ভগবানমক্নি। অহুনা হায়জরি—।

— থকক্ল হায়য় য়েংশি। ঐগী কোক অসিসু লায়েংবা য়াবা ওইরবনি। থোপ অসি কায়গদৌরবনি।

— ঐনা হায়গদৌরিবা অকোনবগী পাউ অসিদি বাবাদি বাবা ওইরে, 'ইমা' অসিদি মরাম্নবক্তা থাদোকপা তারে।

—ঐস্ু খঙলে।

— খঙদ্রি বাবাস্ু খঙদি। ঐ হায়জগনি। হায়জদ্রিবৈদা ঐগী থবক মচা অসি শিন্নজখিগে।

— য়াম্না য়াম্না উরে থাকুর, হায়য়ু; শম্না। ঐস্ু খজিক্তুংদা খঙবা মী ওইগনি।

— ঐ খঙলবনি।

হায়রম্মগা য়ানা হোৎনহূনা মাগী থবাক্তা হূমজিল্লগা য়োংকী খুজী অভেকপা, মকম অনীদা তৎলবা সনাগী মরীনা কাবক কাবক পুনশিন্দুনা শমজিন্নবা লাক্নবদা চান্নদবদগী কেল্লবা অমা, চেকশিন্না মশামক্কী থমোয়মক লেন্দুনা পুথোরকপদোনা পুথোরক্লগা মনিতোনগী মথূৎ চিংশিন্দুনা খুবাক্তা হাপ্লগা হায়রকই—

— নমৌ সুপী লিম্হোইনা হিংহূনা লুহোংবা তারবদি মাগী ওয়থংবা খুজেংদা মসিমতা শিবিয়ু। ভাইহাক্তা ওইরবস্ু শিহনবিয়ু। ঐনা চৎথিবা মতাংদা ইচল পীশক অমনা মাগী খুজেংনা হয়াওনা শিহূনা লৈরম্বা থেংনরগনি। অহূগা বাবা—।

— হায়য়ু শঙ্কর, ঐ খঙই, নঙ দাকুনি কায়নথংদা নমহূনা ওইথিবা ওইরমগনি; মহূগী মমাঙদা কনাগুম্বী অমগী মচা, কনাগুম্বী পিক্লিবী অমগী মবুঙ, মনাও, ময়াম্বা মথুরা-মতোন শোয়দনা ওইরমগনি। মহূ ঐনা পাঙথোক্লবা লাক্নগনি।

— য়াশকপদি —।

— ঐদি য়াশক্কে শঙ্কর; ঐগী 'হোয়'-'মায়' অমসি য়াশক চাম-চামগা মায়গনি। ইমৌ অহূনা হোঙবা তারগদি ঐ শোয়দনা কোহ্লিংনা চাথৎলবা খুজী অসি ইস্ুগী ইমৌ অহূদা শিহনগনি। তৌবগীদি শঙ্কর, খুজী অসি নমৌ লিম্হোইদা নচা মালেম্না শিবিকম থোকপনি—.

— মহূ ওইবা সুকয়া য়ারোই বাবা—।

— মরমদি য়া—।

— মা লৈত্রে। চৎশ্রে।

— এ !!

মনিংতোন মরু থোক লুকথখি। মান্না কুইনা মমীৎ উইশিন্দুনা তরও অমদা কমতুনা লৈখি। মফাইগন্দা থম্মিবা শঙ্করগী মথুৎ য়েৎ অহু লোই-রোয়না তরেক-তরেক তারকখি। লুথুমদা ফম্মিবা ওমথও অহুনা শঙ্করবু সুপ্লিবা কম্বল অহুনা চিংখৎতুনা কুপ্লগা তপ্না হায়রকই—

— বাবা য়ারে ; ঐখোয়গী সরদারসু চংখরে। মপা-মচা মরীল মাম্নবনি চৎমিন্নখ্রসনু। মপাবু ওম্বদি, ঐখোয়না থেংনবদদি, মীদনা মচা মালেমনি ; লাইদনা শ্রীরুদ্র ভগবান।

— কমদৌনা ইস্কুদি অস্কুক থুনা ?

— ঐনি বাবা মাবু লায়েংশঙদগী জেলদা পুরকপদা মখোয়গীদা থবক তৌবা মী শারগা য়াওখিবা। লায়েংশঙদা অকিবা হিংচা-য়াইতম্বকপদগী মাত্রহুনা বাবাখোয় ঙাইরমদনা জেলদা পুরবনি। জেলদসু খুংলাইনা শোকপ্রবা কৈজাওগুম শাথিরকখ্রে। লৈমিন্নবা, কোক য়াত্রবা অমা খুৎনম্না কন্দুনা লোইশিল্লগা চাগে তৌরম্মে। খাঙবা ওম্নত্রহুনা শারঙ-গুম্বা কা অমদা থম্মে। মতাং অহুরাইদনি য়োংকী খুজী অসি পুংথো-রক্লগা মমীত্তা মমায়দা মথবাক্তা মশা পূম্বদা পঙথিন্দা থিলহৎচখিবা। ময়ামচঙতুনা ফাগে থোঙ হাংদোকলুবদা নাম্থোকুনা কম্ন লৈজবী থাহুনা চেনপ্রগা তুলসী ময়াম থাবা লৈকোল মচা অমদা মশাগী মথুংনা মখৌরী মেৎথৎখ্রিবনি। অঙকপা মতৌনি বাবা ! লাউরম্মী লাউনা, লৈজবী থাহুনা নোং খাকপগুম্মী। লাউরম্মী—'কনানো ঐবু থিংবা, নীংবা কায়হল্লিবা কাওবু ! চোংথোরকউ। নচম্নমদা মনা পীগে অহুগা অমুত্তদা লোইনা চাথোকে-চাথোকে—শায়গায়গেনে। অঙকপা নহানি মী মরীমা মথুৎ অনীহু লেত্তোক ফাত্তোকপা ওমদে। লোইশিঙ্গুবনি। হৌজিক অশিবা হকচাং থমফমদা থমহৌরে। বাবা ঐখোয় চৎপ্রগে।

— করে ইবুংঙো। ঙাইখো রা অমা হংখিগে। নঙনা মীরোৎ ওইনা মাগী মনাক্তা লৈরুল্লিবদি করিগীনো ?

- সরদারগী য়োংকী খুজী অসি মঙোন্দগী লৌনবা। হোৎনরকপা কুইরবনি। কোক্তা বেরা লৈরে তাবা মুমীত্তগী লৌখোক্লবা হোৎনরনি। মাগী লীক্তা হাপ্লগা অদুম শিদুনা লৈবনি।
- উম। করে চৎখরো।
- অদুগনে বাবা, ঐখোয়গা উন্নবা, ঐখোয়গী সরদার লৈত্রবগী রা অসি অতৈ কনাদসু হায়দোকপিগনু।
- ঐদি কৈদৌনরুনি! ইপাসু হিংনীংদবা শেংলে। ইস্নুগী মতুং ইনগ্রসিরা হায়না কপ্পা খল্লি।
- তৌবিরুগু বাবা! নসুদি তৌরোইদৌবা ভাক্তা তৌদুনা লাকপা থেংনৈ। মাগী মতুং ইনবা ঙমগদবা তাঙলি। অদুগা মুপাদি মুপানি। ঐখোয়গী রুদ্র ভগবানদা তিনগ্রবা থাকুর শঙ্করনা চপ চানা য়াবিখিবা পাখংনি।
- উম নখোয়সু ইচাশা মীরোল লোল্লিদনা। নখোয়সু ইস্নুমক্ম্না অফৈবা মচিংনা পুবা নত্তমাল্লে।
- বাবা মতাংদি চাকাত্তে অদুবু বাবাদা হঙ্গৎচরমগে—ঐখোয় খুদিংমক শঙ্কর থাকুরনি সরদার শঙ্কর অমা চৎখ্রে ঐনা অমুক মহুৎ শিলহৌরগনি ঐগী মিংসু শঙ্কর কৌগনি, থবকসু অদুম তৌগনি। অদুম্মক শাথীগনি বাবাখোয়না অদুম কিবিগনি। শঙ্কর শিদে শিসু শিরোই। শঙ্করদি পোকপা নত্তে বাবাখোয় ময়াম্না শেম্মগা ওইহনবনি। শঙ্কর মথং-মথং চৎখরে, ঙসিগী সরদার চৎখিবগুম; অদুগা শঙ্করদি মরী-মরী ময়াম অমা লৈরি লৈখিগনি; অনৌবা পাখং থরা অমসু ওইবা হৌরে। নসু অসিসু ওইরম্বা য়াবনি; হোৎনবা হৌরুরবনি সরদার শঙ্করনা য়াদবদগী তোকহনখিবনি। নসু অসিনা শঙ্কর ওইরম্বা তারবদি লৈবাক অসি মতুপ মতুপ ককথৎলম্বা অমা কাঙলুপ মশেল পঙলোইদা লোইশিন্নরমদুনা কলি যুগ লোইশিল্লম্বা অমা নত্রগনা সত যুগ অমা করনা লৈরম্বা অমা তৌরমগদবা মাল্লি মরক্তা করাং ওইনা লৈগদবা মালেম নত্তে। মানা হায়রম্বা রা লৈ—'ঐগী খুবাক মল্লিদি চহী খুদিং

লৈগদবা মেরা পূর্নিমাগী থা নত্তে হুন্নিদংগী ওইবা ধুমকেতুনি...'
— ধূম্রকেতুমিব কিমপি করালং...
— কেশব ধৃতকল্কিশরীর জয় রূদ্রদেব হরে। চৎলে বাবা, মঙ্গল পীবিয়ু।

'ছাই মখোয়সিদি মীদৌনা তৌইনা!' শগোল গাড়ী কল্লা থৌড়ুনা চৎখিবা, য়েংলোম মায়রোমদগী মোতোর গাড়ী তোংবা থরনা তুংইনখিবা মখোয়গী কাওবু অদু য়েংলগা মনিতোননা থলহৌবনি। মুংগী খোঞ্জেল অমনা হায়রকপা তারকই—'মী ওইনা পোকললকপনি হিংচাবা নত্রগা লাইদি কোয়না ওইরকপনি; নত্রগনা ওইহল্লকপনি। চৎনা চৎনা খুজী অদুগী মরীদা কল্লা থল্লুই। লংলা লংজিন ফংবা ওমখিদে। নীম অমগী মখোওদা কুইনা ফমডুনা লৈরুই।

মনিতোননা চঙলকপদা বৃন্দারানী মুংঙাইনা তুমডুনা পোখারম্মে। কুইনা শাংনা রাজরক্লবীনি থেঙলম্বদগী ওনখৎলক্লবা মতমনা নাউশুম ঈশৈ মিরবা খোঞ্জেলদা ওংডুনা সুমলম্লমাল্লে। মচাগুপাদা থম্লানা য়োমডুনা পুয়রকপা অরাথবী হৈঙাল থোক্তুনা পীজরিমাল্লে মঙাল মকশিনগ্রবা মচীন-বানদা লোইশিন্দ্রিবা মোমোন অমা লৈরম্মি। তুমলমদাইদা অমুকসু পুথোক্তুনা হৈঙাল য়েংলমমাল্লে মখুৎ নাম্মনা নল্লিবা মাগী বেগ অদুদা মচু লাংশিল্লবা থম্নাগী মতোন থরা লিংথোকপা উই। পৈশা মতিক চানা য়াওরিবা সুত কেশ অদুদি শো লোন্দে ময়া কাডুনা লৈ। মুন্না ঙাইহাক য়েংডুনা লৈরুরগা স্বর অমত্তং শাংনা হোন্দোকলুই। মপান য়াওদবা ফমুং কাংথোন্দগী তন্ধায় অমা তারবা সুপ্পম্বা চীংফি অদু তপ্পা লৌথক্তুনা সুপচিন-বিরম্মগা থোঙনাও ময়াদা চঙশিন্দুনা অমম্বা মালঙদা তরঙগী মঙাল উনবা লাক্লরুই। হেন্না মমশিল্লকমাল্লে মনিতোন মক্ল লুকথরগা মমীৎ চেক্কৈৎ চেৎনা উইশিলহৌরি। পোথি অমা হঙ্গৎনা তাকহৌরি—হে চাউ-থোকইবা মঙল, সুপীজা অসিদা খাঙবগী নঙল পীনবিবা তাই। নৎহিক-তরগদি মমা অমগী কুম্মে য়েংবা কয়া মুংঙাইরোই।

অয়ুক অহ্ন্ম মনিতোনতা য়াউরি-রাউরি উইরুরগা নক্লা পাইথরকপা প্রেন অমগী মখোলদা মমীং খংপাও পাওলকই। বৃন্দারানী ঈরুকম কাদগী মশাহু তরু-তরু থোকলকই—

— আই বাবাচৌ মীকপ থোক্লবোইরে; কোফী হায়খোরা?

— থক্লরোই হেনবগী হেনবা অস্নম্মক হেল্লগে। নও থকউ। করিনো থরগা চাশিল্লু।

— ওসিদা চাক চানীংবা ফাওই।

— থরা চাশিল্লু নচা উন্নবা ওন্নবা।

— ওরাং অহৌংদি বাবাচৌ, মালেমওম্বগা ইমৌ লিম্মোইওম্বীগা লুহোঙলনি হায়দনা লাওওম্মী। মালেমহু ঐদি মশক খওলুদরে। দাকুগকা মাল্লুরে।

— নচাহু ইবেম্মা দাকুদ-দাকুনি। মকোক অহু লায়েংদবা য়ারোইদৌরি। মীনা হায়বকক্কা অমত্তা তাদে লৌদে অপুনবা অমনা অহুম ঙা ওচংনহুনা লৈরবরা খওদ্রেনে। নওনদি লুহোঙবগী মওজরি নচা অহুনা নখোয় মৈতৈ মুপী পামদে পাওন লৈশাবী অমা নিকাহ শোল্লগা আরবলোমদা চংপ্রনি হায়দনা চংপ্রবদি নও পুন্সিগী উন্নররোইদো! হা?

— অহু তৌবা য়াবা নত্তে বাবাচৌ। ঐদি লায়রি লিম্মোইদি পাউহেক তাবদা খুদক্তা শিগনি; ঐ খওই। মহু মা থাওবা ওম্মেহৈ। ওম্মোই।

— শিবা—থাওবা ঐখোয় মীওইবগীদি তৌদবা য়াদ্রবা থৌদাং ওইরবনি বৃন্দা। শিবা-চওবা ঐখোয়গী খুংতা লৈবা নত্তে শিবা চওবা হায়বসি শেল ময়েক্কী মমায় অনীগুম্বনি। অহুম ঈরোয়ননা চংম্নিন্নবনি। তাইবও অসিগী, নওনা খওঙিহুনি, লোইনমক শিগদৌরিবনি। থরা হানবা, কোনবা অসিথক্কী রাদনি। গীতাগী কৃষ্ণ মখোওদা তেননা পানবদগী খুদক্তা শিগ্নিবনি; জেসস পাং তিংওগা য়োংপী অচৌ-অচৌবা অশাং-অশাংবা থাজিন্নুনা হাংখিহুনি। পৃথিবী অপুম্বসি তম্ম তৌখিবা নিংথৌরেল আলেকজেন্দর কাও মচা অময়া চিকপদগী শিগ্নি-বনি। মাগী ওজাগীসু ওজা ওইখিবা সোক্রেতিস অহু শিরমদাই

ফাওবা নোঙ্ক-মোক্লা হৌজিক ঙাইহাক্কী মনুংদা লাক্লগদবা অশিববু লুহোংবগী পুংফম ঙাইবদৌনা ঙাইখিবনি। শিবা ঐখোয়গী য়েক্লবা নত্তে ঐখোয়গী মরূপনি; ঐখোয়গী পোত্থাফম ইয়ুমনি। কোয়না থোক্লা চৎতুনা শু-নোম্মুরগা পুন্নমক কাম্বনরম্মগা ইয়ুমদা হল্লকতুনা পোথাম্বিবা ঐখোয়নি। শিবা হায়রিবসি শিবা নত্তে ইমাগী তম্পাক্তা পোখাবনি। শিবগী মতম মফম নঙ ঐনকা লেপ্পা খঙবা ঙম্বা রা নত্তে। তম্মকপনি। তম্মকখ্রবা হায়বসিদি বৃন্দা করিস্নু লৈতবা মীওইবা নঙ ঐদি লায়রদনা লাইনি হায়তুনা লাৎনরিবা রাম, কৃষ্ণ, বুদ্ধ অহুদগী হৌজিক ফাওবদা মানা মশিংলে মাগী থোপনা খ্বাইদগী মচাউরে হায়রিবা বিজ্ঞানগী মালেমদা নিংথৌরেল ওইরিবা নখোয়গী আইনস্তাইন হৌজিক ফাওবা লৈরিব্রদো! নখোয় বিজ্ঞানগী মী অসি ঈশ্বর থাজদে। থাজদবা য়াই; কায়দে। মশক মমিং পানবা রাম, কৃষ্ণ, মুহম্মদ, জেসস, পাখংবা, পান্থোইবী পুন্নমকসি মীনি। মখোয়বু থাজদবা লাৎতবা করিস্নু কায়দে। ইকায়খুম্নফমদি থোকই। মখোয় অসি অঙকপা মঙল, মথৌনা মচিং লৈবা মী ঙাক্তনি। ঐখোয়গী নচাহুপা মালেমঙম্বগুম্বা।

— এ! মালেমবু অহুক রাংনা থাঙ্গৎপদি মমা ঐবুদি হুংঙাইজে মী অতৈনা তারবদি ঙাওই হায়ননি বাবাচৌ।

— ঙাওরবা হায়বহুদি নচাহুনি। মাগী ঈশ্বরনা পীনবিরকপা মঙল অহুনা খ্বায়দগী হেনবা ওইবনিনা ঐখোয়গী মপোক অসিগা চান্নদনা নঙগী মালেম ঙাওরবনি; মাগী কোক বেরা লৈরম্মবনি। য়েলগী বোম পোকখায়বা অহুদা মকোক্তা শোক্তুনা মকোক অহু, থোপ অহু শোকখ্রমাল্লে। অহুগীনি মাবু আগ্রাগী কোক লায়েং শঙদা পুখ্রিবা আইমা অহুদি ঐদি থঙদে। বাবাচৌনা চুম্ন সুম খরা থেবাৎ-থোবাংপগী নোং নিনি লৈবনি হায়খিবহুদা ঐদি—! হৌজিকপু মাবু করবা নত্রো? কনামো ঙায়াং সুপা অমা লাক্লবহুনা বাবাচৌবু কৌথোকলবদো! মানা

বোইবোইগী পাওককা পীরম্বরো হা বাবাচৌ ? ঐ থরা চিংনরকপ-দৌনা তৌই বাবাচৌ ! ভশেংবা হায়বীয়ু ঐগী মালেম ফরেকো কৈস্থু তৌত্রেকো ! অরাথবী হৈভাল পীজবা য়ানিক্কো মা শি লাক্কেকো বাবাচৌ !

· বৃন্দারানী—!

· হায়য়ু বাবাচৌ ! তাকউ অশেংবা তাকউ ! বাবাচৌ ঐঙোন্দা করিনো থরা লোৎপদৌনা উই । হায়বিয়ু অশেংবা তাকপীয়ু । ঐঙোন্দা মীনমগন্থু বাবাচৌ । ঈশ্বরনা শাউগদবা থবক্নি... । চাউ-থোইবা মাগী য়েংহুনা তাকপিয়ু— ।

- উম । বৃন্দা নঙ ঈশ্বরদি থাজরে ।

- হায়দগী থাজবনি ঐদি মিংদা নত্তে বাবাচৌনা হায়বা খাইদগী চাউরা মঙল মহা শক্তি অদুদনি । মহু থমখিসি বাবা-চৌ ইচা মালেমগী—।

- অহু নঙ লাইবক্কদি থাজররবা ? ম্রে থাজবা ?

- ঐনা কন্না শীংনরিবহু মাগী লাইবক হায়বহুগনি । হায়য়ু বোইবোই কৈস্থু তৌদরা নত্রা ?

- ইস্থূহু ঐগীদি থরায়মক্নি । নঙগীদি নখোয়না পোকচবতনি কোকিলনা মরূম কোকথোক্লম্বতনি ; ঐগীদি—।

- ঐ খঙই বাবাচৌ । মহু হায়দ্রবস্থু য়ারে । মালেমগী—

- মালেমঙম্বা লৈতরে ।

- নচীন থীগন্থু হন্নুবা ! মহু য়ারোই । ইচা লৈতবা য়ারোই । মালেম লৈতরে কাইনা ইরাই লায়'খৈ । নঙ ঐ কনানো মশক খঙব্রা ! মালেমঙম্বগী ইচা বিশ্বজীৎকী মমানি বুন্দারানী । মালেমঙম্বগী মমা । মমা অমগী মথাদগী অমত্তা পোকচবা মচা মুনুখিগদবা কনানো কনাগী মজীক লৈ । ঐনা লোয়নমক্কা শীংনগনি, য়াম্থৎনগনি । হাৎতংনগনি !

- বৃন্দা !

- বৃন্দা ! কনাগী বৃন্দা ! ঐ বৃন্দা নত্তে । ঐদি মুগ্ধারানীনি, ইপুরোইবনা

হুন্দোক্রমলবী সমাজনা পাউথোকপীরবী ইচাগা কুইনা কায়নরবী...
মচা কুইনা উনত্ত্রবী মমা ঐঙোন্দা তম্মিবা পাউ অসি কম্বিনো......
করিনো হে ঈশ্বর .....

কুইনা লেপ্পা ঙমদ্রবনি। লাউবগা খোংবগা তৌরম্বী নোংশা অমোম শক্তম্নরম্বী বৃন্দা মুমীৎ কয়ানি লেপ্তুনা চুরকপা নোংলেম্না চীংদগী হাধরকপা পাক্তক্লনবা ঈরমনা মখাগী মখোঙ থেংবা য়ুক্ষম য়াওনা নীংখায়রকপা লৈ-ঙোয়গী চাউরবা লাম্বন কীন্থরকপগুম তপ্পা হাইধরকখি। অহৌবা নাইবা অমগী নাক-য়েৎকী খন্দবা ঙাওচৎনরবা খোঙ্গেল-খোল্লাউ তাবদা ঙক্লা কুম্মৈ য়েংলরিবা মচু মখল মখলগী ভাবোকশিংদা মনিত্তোননা য়াম্না শম্বা পাউদম অমনা মমা ওইবীগী শোক্লবা থমোয়গী মঙাল খজিক পীরুই। লোন, কুচু, ফিজেৎ অমদি তাইবঙ ওইজ-ওইথকী ফুমদী-হাউদী মখাদা আ মখাদা থমোয়গী ঈরেল অমদি পুম্নমক্তা লৈবা মওইরমাল্লে মুপীজা মীংশিংদদি ঈরা চেনখি। লোনদিম্নদবী পাঙল মুপী অমগা মসুগী কর্ম শোল্লুনবা নবদ্বীপ পাংগদৌরিবী অহল অমগনা চঙশিল্লক্তুনা উতূপ তাবগুম তারিবী বৃন্দাবু ফমুংদা থাঙ্গৎতুনা সেবা তৌবিরম্মী। চৎখিগে তৌক্লরবী পাঙল চমু অহুনা মাগী বুরকা অহু হাইথ-হাইথনা হায়রম্মী—'অপা হুজুর অল্লাতলা লৈরি করিস্মু তৌদবা য়াই। দোক্তর অমত্তং য়েংহনবিয়ু হায়-জনীংই; ইচে অসিগী থমোয়গী মিহুলসি খরা কায়বগুম তোই।'

— মুংঙাইরে ইবেম্মা, --

— নজ্‌মা, নজমা বানো কৌজে অপা।

— ইবেম্মা নজমা, ঙাইহাক য়াবিরে। নঙদি কদায়দা চৎপা ?

— ঐ য়ুমদা লাকপনি অপা জকারতা চৎচক্লবনি।

— অঁ। অহুক থাপ্নদি করিগী ?

— ইচেগী দবা অসিগুম্বনি বাবা। ইপুরোইবহু মালেসিয়াগী লায়েংশঙ অমদা থবক তৌবনি। সজ´ননি। জাকরতাদা কেন্সর লায়েংগী সেমিনার অমা য়াওবা চৎপনি। চে অমা পাবনি। সেমিনার হোলদগী

হোভেলদা হুল্লকপদা কল্লা থৌরকপা কার অমনা থেংজিল্লমদনা লৈখিদ্রে। শ্রাদ্ধ-কর্মগী ওইনা মথৌ-মঙম পাঙবা য়াওক্নরগা হুল্লকপনি অঙকপা হায়বত্থনি বাবা ভগবান মাগী লীলা অসি তম্বা ঙম্বা নাত্তে।

— ইবেম্মা বাঁনো, নঙবু পাঙননি হায়বদি শোয়দ্রে। অদু য়াদি য়ারৌসু হিন্দুরো?

— বাবা য়াম্না লৌশিং চাউবা পণ্ডিতকুম্বা ওইরমগনি। ধর্ম পূম্নমক ঐঙোন্দদি চপ মান্নরে বাবা। ঈশ্বরদি অমত্তা ওইরম্মে। মাদি পূম্নমক্কী ওইরম্মে। শিবা চঙবা, তুম্বা চাবা কনাগী হৌজিক ইচেখোয় বাবাখোয়গা উনরিবসি মহাক্না শীনবা ওইরম্মে। ঐ এলাহাবাদকী সঙ্গম মনাক্তা লৈবা ব্রাহ্মণ অমগী মচানুপীনি। লককনৌ অসিদা ঈশে তম্বা লাকপদা দোক্তর অসিগা খঙনরকপনি। য়ারু-সুংজু থোরুত্থনা য়াথোক চাউনা থোকহল্লম্মগা ঐ পাঙন ওইরত্থনা নিকাহ শোল্লবনি। লুহোঙবা চহী ফাদ্রি। ঐসু হুন্দক্কী মেয়া লাংবন অসিদা ইপুরোইবগী মনাক্তা চৎনবা তয়ারী পূম্নমক লোইরবনি। ইনাওমুপা অমা মাঙখিদনা থিনবদা ময়াং ময়াং তৌনরিঙৈদা ইংথবসু ঙাইবা অদুগা থা সুজিল্লকপা ঐসু য়াই শংদোক্লসিয়া হায়দনা ঙাইরম্বনি। হৌজিক্তি বাবা, অকংবা লশিং মফোনদৌনা লৈরি। ঈশিং লম্বেল অমদা ঈপাক্তা চোংথরগে লেপলুরবনি—।

— নো বানো, মত্থদি পাঙদবা মায়থীরে হায়ত্থনা করিস্থ লৈত্তবা য়েরুবা মচা অমগী মখোঙদা নঙগী গাণ্ডীব লীরুংত্থ কৎলুবগুম্বনি। পুন্সি অসিদি ফংঙমদবা পোৎনি। মসিবু ইরায় লায়না ইচম চম্না লোইশিনবা হৌনদে। থেংনগদবনি, মুরুগদবনি শীংনগদবনি অদুগা ভীমঙম্না তেত্তৈগী কমুংদা অরোইবা স্বর হোনগদবনি। নমীংজেল লৈরবদি লাইবক্কা কাওবা শীংনরগদবনি। শীংনৌ! শীংনবদা কুপায়নবদা নশাত্থ উফুল তাসত্থ। মত্থ মায়থীবা নত্তে; মায় পাকপনি। শিবা ছিংবদা লৈবা নত্তে মায় পাকপদি; নঙগী থরায়দা, আশা—রাঙগী

লিংজেল্লা লৈগদবনি। রুহগী মায়পাকপদি শীংনবকী মচিংদা লৈফম থোক্লবনি।

— ওয়পক্লনে বাবা?

— ওমদবা! ওয়বা লাক্লবহুনি মায়পাকপা হায়রিবসে বৃন্দা, লৈম্নবনিনা মণ্ডলদা থাজরবদি শীংনরো য়ারে।

— ইচে অসিগী মিং ওইরম্বা য়াই 'বৃন্দা'। ঐগীদি নরপতি নন্দিনী ত্রিপাথী কৌরম্বনি; হৌজিকনা নজমা বানো; নঃনঃ বানো হায়না খণ্ডনৈ; হৌজিক-হৌজিক আগ্রাদা লমকোয় লোয়শঙ্গী দিপুতী দিরেক্তর ওইনা থবক পুরি। হৌজিক এলাহাবাদ চৎকদৌরিবনি।

— ইমা বাবাগী নাক্তরা।

— নত্তে মরূপ অমগীদনি। মৌপ্‌া পীশক অমা দাকুশিংনা ফাজিন্দুনা থম্মগা লুপা য়াম্না তাল্লি হায়বগী মতাংদা রা তাম্নবা চৎথোকউরগে তৌবনি। বাবাগা ইচেগদি কদায়দা?

মুংথিল মুমিদাংরাই পাইগদবনি। ফম্মিন্নহুনা কুইনা রারী তৌনরে। মনিতোম্না তম্বা য়াবা লীবা হৌনবা রারী মথং মথং লীহুনা ন.ন বানোদা তাহল্লে। চাবা থকপা অমদি মতমগী শেনবা পুম্নমক কাউথোক্তুনা রারী তারিবী বানোনা অয়োইবদা মপি মরক্তা শীংনবগী নীংঙমদবা খোনফম অমদা হায়রকপনি—'মণ্ডলগী কায়াৎতনা য়েহুনা শারবা মরূপ মালেম ওম্বহু লৈরম্নবদি খণ্ডগদবনি!' ঙাইহাক্কী মমাঙদগী লৌশিং তারক্তুনা মমীৎ ওক-ওক পাংলকপী বৃন্দায়ানীনা মচাগী মমিং তাবদা লোংনা ফুক হৌ-গৎলক্লগা হায়রকখি— 'মালেমবু লায়েংশঙদা 'লৈ হায়বদায়নে; ঐখোয়বু ওকপা লনকপা ওম্নব্রো? কদায় ইচাদে! বানোনা ওরা মনিতোনদা য়েংই। মনিতোন তুমিন্না ফক্লাংলোমদ্রা ওহোক্তুনা লৈ। হৌসংতুনা মচা কৌরপা খোকখিগে তৌবা বৃন্দাঘু বাচোম্না ফাজিন্দুনা হিপথহল্লগা মনিতোম্না তম্বা হায়রকখি—বাবা, লোজের অমতং লৌহল্লুসিরা?' মনিতোনন্না আনোক লৌথোক্তুনা শকিজিনা কাম্মক-কাবাক তৈথোক্লগা হায়রকখি —

—বানো, মচেত্থু ময়ায়বক্তা শিন্নরসি মানা থোক্লপা তৌজয়সন্থু। মথৌ-মগুম অনী পূন্না পাঙথোক্লন্বা ওন্বগী মণ্ডল ফাওবদি হন্নুরবা কেন্মবা, হনচাক ওইরবা ঐঙোন অসিদা লৈখিবা য়ারি। ঐনা থোক্লপা লাক্ল-হৌরগে নঙ থেঙলনি চৎপ্রো। ঐনা হৌজিক নুংঙাইরিবদি লৈপাক্লগী লৈয়োল অমখক্তা লোক-লোক শৌরবা থাউগী ঈপাক অমা হৈথরুগ-দৌরিবসিগীনি। কুম্মৈ নুংঙাইগদৌরি বানো লীলা ইবা চাউথোইবা মাগী থুৎইদা য়াওরিবা রস ময়ামসি লীলাদা শরুক য়ারিবা ঐখোয়না উৎপা ঙমগদৌরিবরা ঙম্মোইদৌরিবরা লমজীং-লমতাক্লিবা মহাক মঙায়রে খঙজরমগদবা। ফনা নুংঙাইখৎলক্লি। অরোইবীগী খম থেংবা শরুক অত্থু ফাওবদংদি য়েংনীংবনি। কনানা খঙবা—ঙসিগী খোঙচৎ অরোইবা খোঙথাং ওইরবস্থু য়ারি। ফরে।

মান্নবা মশেনদি শকখঙনৈ। অমত্তা ওইশিনবদা মফম-মতম চঙদে। বানো অসি বৃন্দারাণী অমদি মনিত্তোনগা লোয়ননা আগ্রাদা চৎমিন্নরগে লেপ্লে। অরাবা কোরুবা, য়ামদ্রবদা থরগীমখৈদি হন্থহন্নবা রাখল অমদগী বানো মাগী বুরকাগা লোয়নরকপা পোৎয়ামগা খঙনবা তেঞ্জী থৌবা অহল অমদা মমুমদা থরা পীবিয়ু হায়দনা শিন্নরম্মগী শোজবা অহল অমগা মাওয়া শোঙ্ঘয়বী অমগা পুন্থুনা আগ্রা তাম্না লাক্লে।

শহর অসিদি বানো মশাগীনি। হোত্তেলদা থমদে মাগী লৈকমদা চুমত্রিংনা পুরক্লে। হায় তাদে ঙাংই থুমদে বৃন্দারাণী; চৎসি চৎলি, ফম্মু অত্থুম মফম্মি। চাউ থকউ হায়বদদি ময়াদ্রে। মচীন্না চানীংদে মত্থু থক্লীংদে হায়বা নত্তে; মঙক্তা মহাই। হাইরিবা মঙক অত্থুম্থু থজিক্তা মত্তেক ওইনা হাইবা ওইনা তৌই; মপুঙ অমুক্তা ফাদে। বানোনা লৈকমদা হেক থুংমিন্নবগা দোক্তর অমগা নর্স অহুমগা কৌত্থুনা শৌন্নিহল্লে। চপ মুংনা ফমত্থুনঙ্গী লৈখরে। ঈশিং ফাওবা থকউ য়াখিজরে। লাম্লেং-শঙগী সুপরিন্তেন্তেন্ট বেদব্যাস বানোগা খঙনৈ। তেলিফোন তৌত্থুনা মালেমঙন্থগী মমাগা মাগী পুপুগা লাক্লে হায়বা পাউ পীরুই। সুপারিন-তেন্দেন্ট অত্থুনা মশা অত্থু সরকারগী হকচাং থমকমদা কমথরে, মত্থুদগী

লৌরগা পুখিনবা য়াফম তাক্লক্লে। মুমীৎ খরনি থম্লক্লবনিনা হিদাক মতিক চানা থাতুনস্থ অতুম থম্বদি য়ায়োইদবনিনা অথুবা মতমগী মন্নুংদা লৌরনবা খঙহন্নকপগী পাউ অসি তমগে হায়না বানোনা চঙলকপদা অহল মনিতোন মাগী কাদা লৈরমদে; থংনবা বৃন্দাগী কাদা ঙাংবা মখোল তারকই। তপ্পা তপ্পা চঙলুই।

বৃন্দারাণী য়াম্ফক তানা হিপ্তুনা লৈরম্মী; মমীৎ পাঙলম্মী অতুগা তরঙ অমদা য়েংতুনা লৈরম্মী। মালেম পুম্নমকসি পুমহাঙ হাঙলবা পুংমম মম্নবগী মওংনি। ঙাইঙাক, ফনা কুইনা ঙাংলক্লবা অহল মনিতোম্না কাগী মম্নুং অমদি মফেনদা ঙাহৌ-ঙাহৌ তালি-তালি চৎলতুনা ঙাংথরম্বা তারুই—

... চেকশিন্না লুনা কোঞ্জবা উচেক্কী মরুম অমা, অকনবা নোং-মুংশিং অমা লাকপদা মহুম হুমদোকখিবদা তাতুনা কায়খিবনি হায়না চপ চানা থম্লু বৃন্দা। ঐখোয়গী ওইয়ু তমদ্রবা নচা-ইস্পুগী লৈখোমশুম্নবা হকচাংনি। হকচাং হায়বসিদি করিস্থ নত্তে শেৎলি-ইল্লিবা ফীনি। কুইনা শীজিন্ন-রবা ফী মত্থরকই, অনৌবা অমা শিল্লকই। থরায়-আত্মা হায়বা মাঙবা নাইদ্রবা শিবা লৈত্রবা, মশক মওং লৈতবা, মঙালগী মশকুম লৈবা পোৎলম অসিনা পামদ্রবা নত্রগা মল্লবা ফীজোলমক ওইরিবনি, নোংমা নত্রগা নোংমদি শোয়দনমক্কী মাঙথ্রগদবা হকচাং অসি থাদোক্কুনা অনৌবা ফীজোল অমা, মানা পামজবা নত্রগস্থ মঙোন্দা নৌনা খোকপা ফীজোল অমা হোংখিবনি। ঐগী মল্লবা, মফম খুদিংদা চন্না-চনারক্লবা হকচাং—ফীজোল অসি উরেদনা, মসি থাদোক্কদবা কুইদ্রে। নঙগী ফজরমথ্রবা হৌজিক ফাওবস্থ তগৎ-তগৎ তেক্লিবা উনতনা তোংশাদা কুপ্লিবা নশক ফজরবা ফীজোল অমর নত্তে—মতম পুম্বগী ওইনা লেঙ-দনা লৈবা নত্তে। নঙ-ঐ লোইনমক চৎখিগদবা ঙাক্কনি। নোং-নিনি মঙানি তরানি হানবা কোনবগী বাতনি। নঙনা তমখিবা ইতিহাস ফাক্কোক্কুনা য়েংঙু কনা হৌজিক ফাওবা লৈরি - নোংদা লাইরেন পাখংবা, ইভ-অদাম, মমু-মমু, রাম কৃষ্ণ, জেসস বুদ্ধ গান্ধী কনা লৈরি!

আইনস্তাইন, নিউতন, আরকিমিদিস, আর্যভত্ত ; গীতাগী পারা তম্বি-খিবা কৃষ্ণ ভগবানগী হকচাং, কোরান থম্বিরম্বা মুহম্মদ, মাইচৌ খোংনাং থাবা, লাঙ্গোল লুখোই—কনা লৈরি ? পুন্নমক চংখিবা ঙাক্তনি। চংখিবসু তাবনি। লাকপগী মতম মফম খণ্ডদবগুম চংখিবগী মতম মফম মওং অমদি পান্বে নঙ ঐনা খঙবা নত্তে ; ঐখোয়গী খৃত্তা লৈতে। মসিদি পুন্নমকপু ওইহল্লক্লিবা মহা শক্তি—চাউথোইবা মঙল অতুগী থৌশিল, মাগী অপান্বা মাগী অনীংবদা লৈবনি। নঙ-ঐনা চঙলুবা সুপয়ামক য়াদ্রবা রাফম থৌওং অতুগা থৌদোক অসিগীদমক রাক্নবা কান্নদে। নঙনা ফনা রাবিরুত্নসু অমুক হল্লকউ য়াররোইদবা, সুক-হলমক হল্লক্ররোইদবা মাঙথ্রগদবা লৈখোম মতুম অতুগীদমক করিগী রাফম থোকই। চুম্মী অহীংবা অমা ওইরিবনিনা রাফম থোকই। ঙাইহাক রাথোকউ কপথোকউ। ময়াম মমাঙদা মাইক্রোফোন পায়-ত্নুনা পুং কয়া কপথোকউ। য়াংগনি। মতু ফাওবদা নশাতু য়াংদ্রবা, পুঙমদবা অরা-পোৎলুম ওইরক্লবা হায়বদি খাঙবদা ঙম্মক্ত্রবা মতম অতুদা খংয়াং য়াংগদবা অরোইবা পান্বে অমা লৈরি--

— 'করি ?'

কুইনা মরোল য়ৈশিল্লুরবী মুপী অসিগী খুয়াদগী ফুক্কৎলকপা লুম্নবা চাউরবা অরোইবা মাল্লবা রাহংনি। কুইনদগী থোঙবাদা ঙাত্নুনা লেপ্লরবী বানোদা হাইরপ য়েংলুরগা ঈথৌ অমগা লোয়ননা তাগদবগী ঙাইরিবী বৃন্দারোমদা লৈশিল্লক্লগা মনিতোননা হায়রকই—

— শিন্নথোকপা—থোক শিন্নথোকপা।

— "কনাদা ?" বানোনা তপ্না হংলকপনি।

— ঈশ্বর অমদা, অল্লাহদা, শিদবা মপু নত্রগা মহা শক্তি—চাউথোইবা মঙল অতুদা। মস্বায়দনি লাইবক লৈরক্লিবা। ঐনা খঙদবা, খঙসু খঙঙ-রোইদবা পোৎলম অসিদি লাইবক্তা তম্মকপনি হায়না খনবা অতুগা মতুদা চেৎনা থাজবা অসি নত্তনদি ইবেম্মা বানো, পান্বে অতৈ লৈত্তে।

য়েংউ। অমুক্তুং য়েংউ। নবানীমক অমনা নচা অমনা নপুরোইবা কায়নরবী মুপীনি। ছিংলিবী মুপী অমগীদমক্তদি পুৎমদনা থোকপা অরা-পোৎলুমনি। কান্নদবা নকোক-নকোক্তা থোঙ্গৎতুনা পুরিবা পোৎলুমদো ঈশ্বরদা অতুগা অল্লাহদা কোক থোঙ্গৎকো। মানা ইরায় লায়না মাগী তুবুম নামদা হাপ্পগা পুথিনি। মাগীদি নথোয় অনীগী লশিং মফোনমুক্কী অরুম্বা ফংদবা অসিখক্তংদা নত্তে মালেম পূম্নমক অসিগী অরাবা পূম্নমক পুখিরিবনি। ইবেম্মা, কান্নদে সে ইপা রা হায়গে; মারবা য়েরুম অমা অস্থুম কোন্দুনা থম্বা কাম্নরোই, ওইররোইদৌবা মোন্দ্রুং অমদা তোংতুনা অমম্বরোমদা পাইশিল্লুবা হৌনদ্রে ইশাগী ইথৌ পাঙথোক্লবা তৌসি। ছৌগৎলু বি ব্রেভ; বি প্রাক্তিকেল! করিস্থু লৈতবা ইথল্লতগীস্থু নত্তবা মী পূম্নমকী ওইনা য়ুমথোঙ য়ুমথোঙ থুদিংদা সেকেণ্ড অমা কাংদনা থোক্লরিবা থৌদোক অসিগীদমক্তা পঙ-থতুনা লৈবা মতম নত্তে। ফাওরবা হৈরবা পূম্নমকী ওজা ওইনা লৈরবা দোক্তর মাইবা কয়া-কয়া অতৈবুদি লায়থোক্লদনা মশা-মশামকপু কনবা ঙমজদে। শিবু শিয়ু হায়রবদা, মতম মানা লাক্লবদা কনা অমগী মফমদা অরানবা তৌবা লৈখিদ্রবা শ্রবনকুমার তেন অমদা চৎখি। জেসস পাং তিংলগা হাংখি; পৃথিবীবু অমুক্তা নত্তনা অহুম-লক জয় তৌখিবা আলেকজেন্দর মখূৎকী খূবাম অনী শৎ তিংথোক্লগা মোংফম তান্না অরোইবা খোঙচৎ চৎখিবতুনি। মুহম্মদ, বুদ্ধ, নোংদা লাইরেল লোইনা চৎখ্রবনি। তমখিবা ককদবা লৈবা হৌনদে। নোংদম্বা মশামকস্থু মরায়বক্তা তমখিবনা জীবগী লাইবক তম-তমতুনা মথৌ পাঙথোক্লি। মাগীস্থু নোংম-নোংমগী লাইবক মশীং তেনগৎলক্লিবা ময়ামস্থি তম্নবা থৌদাং পাঙবদা অয়ুক-মুংথিল্ল-মুমিদাং মীৎকুপ অমা পোথাবা ফংদবগী অরাবা পোৎলুম পুরমগনি। মাস্থু মরক মরক্তা শিনীংলমগনি। অশিবন্নী লাই ওইরিবা য়ম নিংথৌ ফাওবদা কুপথ্র-কুপথ্রবা অচুম-অরানগী চে স্থুরিত্তৈদা পোথা ফংবা নত্তে। নঙ-ঐগীদা

নত্তে। মরী পুম্নমক ফম্বাক্তা লীলা ভাইহাক কুম্মিদৈগী মতাং খজিক-তগীনি। লীলা ভন্না লোইবনা ভন্না চৎনখিবা খরা কুইনা শক্তম লাংবা কাওবুনা খরা থীগ্নুনা চৎপা অসিদনি। শকখঙদবা মফম অতুদা পুম্নমক থুংঙু্গদবনি। লাইবক্কা তমখিবা মতম মতাংদা চপ চানা চৎপা ভাবনি। কনাম্ন লৈথতুনা লৈহৌবা য়ারোই। নথৌ-ইথৌ পাঙবা লাকপা ঐখোয়দি থবক তৌবা তাই। চৎখিনবগী মতম-মতাং অতু লাক্রিবা ফাওবদি ইথৌ তৌবা তাই। মথৌ চিঙ্গবী ইবেম্মা বানোনি লৈবাক্কী থবক পুরিবনি। অরাবা পুম্নমক অল্লাহতনা মঙোন্দা শিন্ন-রম্মগা মথৌ তৌরনি। মাগী মতমস্থ মাঙহনবা চুমদে। খাঙউ! খাঙবা অসি লায়না খুদিংমক্কী অমত্তা ভায়রব: লায়েং অমনি। নখোয় অনীমক ঈরুজ-মায়থ তৌরম্মো ঐ মখোয়গী রাবিখিবা দোক্তরশিং, মীওই কয়া উনরুখিগে অতুগা নচা ওইরম্বা মহাক অতুগী কাম্নদ্রবা লৈখোম অতু লৌরুরসি। ইবেম্মা বানো রাবগী রাবিবা মী নহা-রোল অহুম-মরীখক্তুং পীনবা থৌরাং তৌরম্মু। গাড়ী-মুংলিগী অতৈ থবক থৌরম কয়া অমগীস্থ ইপা শীল্লুগে…

· বাবানা করিস্থ তৌবিরম্নু থবক থৌরম পুম্নমক্কী পোরম ঐনা লোইনা শীল্লে। বেদগী চৎন পথাপ পুম্নমক খঙলবা ব্রাহ্মণ অনী ভরাং অহীং-দগী থাজগ্রবনি। বাবানা নীংবিবা পাঙথোকপীনীংবা পুম্নমক চিংনবা অথাকপা লৈতনা তৌবিরো। শ্রাদ্ধ-কর্ম পাঙথোকপিরমগে হায়র-বস্থ ঐনা ঐগী অপোকপা বাবাতু থবক পুম্নমক থাদোকপীরগা লাক-পিনবা হায়জখরবনি। পুং খরদগী লম্বেলনি এলাহাবাদতগী আগ্রা ফাওবগী খোঙচৎ। হোরেল অহীং থুংঙরনি। বাবাগী সেবক ময়াম লোয়নবিরকনি।

- ইবেম্মা বানোদি—!

- পাঙননি অসি ওইবিরমগনি। বাবা ঐগী ধর্ম অকরুবা লৈজদে পুম্ন-মকপুদি চপ চানা; চপ মাগ্ননা ইকায় খুম্নজে। মাঙগ্রবা নমাক দোক্তর

অহুস্নু মীওইবা ধর্ম হায়বা অমদা থাজজখিবা মী অমা ওইজরম্বনি। মুসলিমগী চৎনবী অমদা মহাক্কী মশা লৈরোল চনখ্রে। ঐবু মাবু লুনা তৌজরিবা ঐগী পাথ্রা কুইনা ওইরক্লবা বাবানা বেদ বিধানগী লমদা মফম অমা লৈবা ব্রাহ্মণ ওইবনিনা মমাক অহুগী কর্ম পাঙ-থোকপা পামজখিবনি। খেন্নবগী শম্বল লৈবা ধর্ম চৎপা সমাজগী য়েংহুনা মচীন কাঙবা ঙমখিদ্রবনি। বাবাখোয় ইচে বৃন্দাখোয়না য়াবিনীংলবদি ময়াহুগী মফমদা লমন শিংবা ওইনা ইচা মালেমগী কর্ম শোঞ্জরসন্নু। আত্মা-রূহগী মরীদি অমত্তনি। শেল-থুমগী করিগী চিংনবিন্নু ঐ লৈজরী। ঐগীদি শিয়োমন্নুংগী লাকত্রিবা অপিখক অসিদা মঙায়রে। ঐগী লোয়শঙগী থবকস্নু হৌবদা ঙায়রি। ঐগী ইকু ইনেম, ইনাও ইচল পূম্নমক নীংখায়বা ব্রাগদবা ফিভমদা পাল্লি। ইচা অহলনি হায়না লৌজরবনি বাবাগী মালেমগুম্বা .....

মালেমবু মন্নুং থীংনা উরক্লবা মনিতোন দোক্তর, থাজরুদবদি নত্রগা ঙক্কবদি ঙমদে। পঙঙক ঙক্কন্দবা অহলনি। লাইবমক লৈত্রবস্নু লাইগী মঙাল ফাওবা লীচৎতি লৈরিবা ওইবা তাই হায়না খন্দবা ঙমখিদে। খুন্ফম হায়ফম খঙদে মপি থিংবা ঙমদনা শিন্থরিবা বানোগী ঈরোয়নরবা মায়থোংদা মুন্না য়েংহুনা লৈ। কনাগীদমক্তা ইহৌনরিবা পিরাংনো? মসোমদদি মনিতোদ খল্লুদরি। খল্লুবা পামদবা ওইরম্বস্নু য়ারি। বৃন্দা-রানীবু পুরগা অসোমদা ঙাইহাক লাকমিন্নবা হান্নরম্মগা মনিতোন মথন্নতা থোকলকই। বানোনা গাড়ীনা চৎপিয়ু থিলহনগে হায়। অহল অসিনা য়াদ্রে; খোঙনা অস্নুম মচৎকে হায়হুনা থোক্লক্লে। মঙোন্দা য়াম্নমক নৌনা থোকপা সহর নত্রে মহৈরোয়গী পুন্সিদা তাজমহল য়েংবা কোয়রকথরে। মতুংদস্নু তোঙান তোঙানবা হীরম খরগী ওইনা অহুম-মন্নীরক্‌স্নু লাকগ্রে কোক লায়েংশঙদস্নু থা খরা লৈরম্লে। হকচাং থন্ফম ম্না খঙই মমাংথক্তা অমুক্তা চংলুবা নত্রি। অতৈগীদস্নু অমুক্তা চঙখি-

দরি। হৈনদবা ইরৈ লৈতবা মনিতোন দোক্তুরদা থরায় য়াওদ্রবা হকচাং য়েংবা উবদদি মহৈনদ্রে। নহা ওইরিঙৈদা লৈকাইগী মী পোংলোইবা য়াওখিবা মতাং থরা য়াওখি; মা মতুদা লাপ্লপ্পা নাইতোম ফমতুনা লৈখি। ঙসিদি মস্নূগী হকচাং য়াম্নমক উনীংনা চংলকই।

হান্নদা পাউ ফংলবা বেদব্যাসনা ঙাইতুনা লৈরম্মী। হান্নদা অমুক্তা উনখিদ্রবস্নু ফীভম অমদি শকওংদা অমানবা অমদি থাজবা লৈবদগী লোয়শঙ কা অমদা ফম্লম্বা স্নপরিস্তেন্দেস্ত চেম্পোরক্তুনা মনিতোনবু ওক্লে। হংলৈ অমদি শকতাক্লে। কাদা চঙমিন্নরকই। ঙসাই লাকপদা শঙলেন অসি নকশিল্লকপদা শহর অপুম্বগী ফত্ত-হৌদী মখৈ হুন্দোক-হৈদোকফমগী মানা মশক খঙখিবা, মঙোন্দা হৈনদবা লূদবা মনমদগী য়াম্না হেন্না লূদবা মনম ফংখিবনি। মনাতোন থুমতুনা অকোয়বা নাক-য়েংতা হাইরপ য়েংলুবনি। লম্বেলগী নাক-য়েংতা পাকথলগী চাফম-থকফম পরেং লৈরি-বতুদা মোংলপ তৌবা মীওইশিংদস্নু নত্তনা মশা নানবা অরাংবা থাককী মানবা মীওই খরস্নু চরা রাম্নরি। মখোয়দস্নু পান্না থোক্কবা মনম নত্তবনি। অতুবু পামখিদ্রবা কয়াগী মরক্তা অপাম্বা থিবদা হৈনথ্রবা থরায়গী মফমদদি তঙায়ফদবা হায়বসিনা পুন্সিবু তঙায়ফদহল্লি। ফুগায়না শাংলিবা মনম মুংশিহনবতনা মশন্নক মরমচং ওইনা লৈরবা লৈরাং লৈপানগী মখোঙদা হাপ্পরিবা হারগী মনমদি পঙলূ লুবা নত্তে; হৈনদবা থরায়নদি লৈরাং অতু ফাওবদা হঙ্গানবা মীংয়েংনা থেংনৈ। পুন্সি লম্বেনদা ওম্পোকপা লমদন-ফম অমা ওইনা লৈ— হৈনবা হৈনদবা। তঙায়ফদবনা খুর্জী পায়তুনা থোৗরি অপাম-পামদা অনীবু থাবক লাক্তুনা। অপাম পামদ অনীগী চুংশিন্নবা মতাংনি খোঙচং। অনীমক অতিরথী ঙাক্তনি। অনীসি কর্নাজুনম্নি। শকথঙনদবা মচীনমনাওনি; কাংখোঙ অনীদা পানবা পুন্সি দোলাইগী চাকা অনীনি। অনীসি থোং হেক মান্নদবদা পুন্সি অসি লোংবাই পাইদৌরিবনি। কা মমুংদা চঙলক্লবতদা মনিতোননা খন্নক-পনি— হাই মনম অসিদা ইস্নু মালেমগী মনম য়াংরিনা! নমথীরম্বা মনম

সুংশিরকই হৈননা থোকত্রবস্থ হৈনদবদি ওইরকত্রে। চাউথোইবা মাগী মরাং তুরাংবা থৌওংনি। অরাংবা মচু মখল মখলনি। মচু মখল-মখলদি লৈকোনগী মশাজংনি। লৈকোন হৈনদবা থরায়দি ছিংত্রবা থরায় ওইফম থোকত্রা—মনিতোন দোক্তরনা খল্লকপনি।

মস্থগী থরায় য়াওত্রবা হকচাং উনীংবনা মনিতোন খোয়রাংলক্লে। খল্লকই—ইস্থদি কুইনা ইপুবু রানা ঙাইরম্মনিদা। ইস্থদি অঙাং ওইরিবৈঙদগী হৌনা ঙাইবসি কয়া হৈনজদবনি। মনিতোন চপ চানা খঙই মমাগী মথাদা লৈরিবৈঙদা মাগী পুপুবু উবদা মমাদগী চোংথরকথিবনি চানীং থরুীংবা ফাওরক্তবা মতাংদা মস্থগী হককী মনম হকথেংননা নম্মকপদা 'হাই বুন্দা নখোয়গী বুজারী লৈশাবীতুবু চাক থাগৎথিরোই হায়ব্রো' হায়দনা হংথিবা য়াওরিবনি। ময়া হৌরকপদা ঙাইরিবা অঙাং অমনা মমাগী খোমজিন চীকলুবদগী খংশাউ শাউরকপী মমাগী থুবাক অমা চারবা কপ্পমক্তি কপ্তবা খোংবান ময়াদা তাবা যননা নেৎলম্মবা হৈবী অখুইবা অমনা পৈরগুম পেতুনা লৈবা অঙাং অমগী তচোন-তচোনবা মায়থোঙ অমা উরকই। মস্থ য়েংনীংবগী অনৌবা ঈহৌ অমনা মনিতোন ফুক হৌগৎলকই। হায়রুই ইবুংঙো দোক্তর ইপা নচানুপাতু অমুক্তা উনজগে। ঙরুপ তৌরবা স্থপরিস্তেন্দেন্ত অহুনা চুরুপ চমগে পুথোকপা মৈখেৎ অহু খেৎতুনা থম্বগুম পারতুনা থম্মগা হংলকই—

বেদ—কনাগা ওইরবনো সর ?

মনি—ও, সোরী! ছিংত্রবা হকচাংতু হাইফেত্তা য়েংবা য়াগত্রা হায়জবা।

বেদ—য়ায়ে সর, মস্থং থংবা কাগী শো পায়বা স্থপাতু ঙরাং অহীং হকচাং মঙা-তরাক কদাই কদাইদনো এক্সিদেন্ত থোকপগীনি, খৎন-চৈনবদা শিবগীনি করিগীনি হায়দনা পোষ্ট মোর্টম তৌর-তৌরগা মথং-মথং পুরকপতুদা তুমত্রমাল্লে। হায়জগ্রবনি লাক্লনি। লৈশাবী অমদি সর, ফতেহপুর সিকরীগী অরিবা লানবন য়েংবদা নিংথৌরেল শাহজহানবু ফাতুনা থমথি হায়বা মফম অস্তুদগী চোংথদনা মথরার লৌজৈ

হায়দনা পূন্নতোয় তোইরবা মশাদু হৌজিক্তা পুখ্রি ; সর লেঙ-শিল্লকপগী অদুদা পুখিবতুনি।

মনি—ও, হৌজিক মুসলমান মুপী খরা কপ্প লাউনদনা চৎনখিরুদু ওইবা তারে।

বেদ—মাস্নি সর ! লৈশাবীদু মুসলীন চমুনি, বামোন লাম্মী ওফিসর অমগা পীশক পীক্লিঙৈদগী মুংশিনরকপনি, পাখং ওফিসর অদু কাশ্মীরদা লালহৌবা কাঙবু অমনা ফারগা হাংতোকপীরমাল্লে। হাংপনিসু হায় অদুগা চীংলম্বীদা চৎপদা মথস্তা থুবৈ নাম্বোকখিদনা শিবনিসু হায়নৈ। মফম খঙবা পোৎ নত্তে সর ! শিগ্রে লোইরে। লৈশাবী অসি মশা রাই শংখিদ্রে হায়। ঈশ্বর অল্লাহ মাগী নোংদম অসিদা চৎথ্রিবসি সর, মখোয় মপা-মমা অদুগা অঙাং, মখোয়গী ইমুং অদুমনি হায়বা য়ারে। ঐনা খঙ্গরিবদি সর অঙাং অদুদি সংসার অসিদা থোক্লকপা নত্রি ; ঐখোয়গী মপোক অসিগী থরায় ওই-দ্রিবনি। অদুবু মাগী করম্বা মরাল অমা লৈরবনা হৌদ্রিবা পুন্সি অমা ফংথ্রিবনো, মসিনি সর ঐনা খঙ্গরিবনি। ভাব তাবা ঙমদ্রি।

মনি - ইবুংঙো দোক্তর, পীক্লবা ঙমখৈ অমগী থোপ পুরিবা ঐখোয় মীওই-বনা ভাব তাবা ঙমদবা হীরম অসি য়ামথ্রবা পোৎনি। ভাব তাদবগী তাদবা ঙাক্তা, খঙদবা ঙাক্তনা পীক থম্না লৈবা লৈশেমনি। মসিদা কোক চিকলুবা কান্নরোই। মসিদি ইপানা তাবা লৈখায় অমা লৈজে।

বেদ—তাকপিয়ু সর ?

মনি—ইবুংঙো দোক্তরদি রাম ভগবানগী লমদমসিগী মীওইনি শ্রীরামদা থাজবিরা নত্রা ?

বেদ—ইশামক সর অযোধ্যা হায়বা শ্রীরামগী পোক্নফম ওইরবা মফম অদু-দগীনি বাবরী মসজীদকী রাম পোকফমগী—অনীগী কুম্মৈ উজরবনি। বিজ্ঞানগী মহৈরোয় ওইজরবসু ঐদি মীনা ঙাওই হায়গে হায়জরবসু

শ্রীরাম ভগবানবুদি চেৎনা থাজজরি। শ্রীরামচন্দ্র, মনাউ ইবুংঙো লক্ষ্মন জগৎ মাতা সীতাদেবীগী অপুনবা লাই ঐগী লীক্তা হাপচরি। তো য়েংবিয়ু বাবা —।

মনি—ইচা ইবুংঙো দোক্তর নঙ নরায়বক ফরবনি, শান্তি হৌথেংনবদা লুনা থোক্লোই।

বেদ—বাবা চুম্মবনি তশেংবনি বাবা, ঐগী মুংশিজথ্রবী, অমত্তা ঙাইজবী ইচানুপী অমগা মমাগা মপামদা চৎপদা মপাম লম মথুরা য়োরম-দাইদা কার এক্সিদেন্তুতা লৈখিদ্রবনি। ঐনা থোতুনা চৎকদবদা, য়ুমদগীদি ঐনা থোরক্লবনি, অদুবু স্তুতী মুমীৎ অদুদা কোক লায়েং-শঙগী ঐনা দরখাস্ত থাখিবা অচৌবা ফম অমগী ওইবা য়াবা মরম খরা থন্নদবা য়াদ্রে লোয়শঙদা খুদক্তা লাকউ হায়দনা দিরেক্তরনা পাউ থারকপগী ঐ লৈহৌবনি। অদুগদি বাবা, মুমিদাংরাই ফোন তৌরক্লে। মখোয় অহুম খুদক্তা চৎগ্রে হায়দনা। ঐ ঙাওচৎনরুরে বাবা! শিজরগে হায়বা ফাওবা থল্লুরে। ঙসাই—হৌজিক পুখিবী লৈশাবী পাঙন নিংঙোল অদুনা চোংথখি হায়রিবা মফম অদুদগী য়ুংনা চোংথরগে লেপ্লুরবনি। মতমদুনা, ওম্মোকপা হায়বদুনি বাবা, শ্রীরামগী রারী শকপা কোয়না চৎপা অহল অমা থেংনদুনা ঐ শিখিদ্রবনি। ঐগী মওংদু খঙলবা অহল অদুনা ঐবু খুদাং পায়দুনা থাম্মবা মতুংদা শ্রীরামচন্দ্রনা অহল-লমন ইমা জানকী অদুগা মচা ইবুংঙো অনী—লব-কুশ কায়নখিবগী অরাবা থাঙখিবা কয়াগী রা শম্না তাক্নুনা থাঙবগী, ময়ামগী সেবা তৌবগী, লোয়ননা অরাবা পূম্নমক শ্রীরামচন্দ্রগী শ্রীচরনদা কৎচনবা রাফম তাকপিরকখি। শ্রীরামচন্দ্রগী ভক্ত অদুনা মফম অদুদা লাকখিবদুসু ওম্মোকপা মওং অমনি সর! ঙকপদি নত্রগসু থাজরোইদবা রাফম অমনি। বাবরী মসজিদ—রাম পোকফমগী উংখৎনবা মতাং অমদা মাগী মচা অমা মকোক্তা শোক্নুনা কোক বেরা লৈরদনা মফম অসিদা লায়েংনবা

পুরকপনি। মণ্ডানী তরানী কুননী মচাগী তংতাবা ফীবম অমা খণ্ডনবা ঙাইবদা য়েংবা য়াবা মফম য়েংবা লোয়রগা শাউনীংনা লৈরম্বা তাজমহল য়েংলুবা মতুদা ফজরম্বা; ফজবা অওকপা উরুবদগী শাউরম্বতু ফরকখিবা, অতুগী রারীগী মতাং অমদি শাহ-জহানবু অরোইবা মতম ফাওবা ফাতুনা থমখিবা মফম অতু য়েংবা লাকখিবা অসি ওইরম্মে। লাকখিবা মুমীং অতুদা ঐগা উন্নবা পুংফম ওইখিবা; অসি পুন্নমসি ওইখিবনি। মসিবু করিনো কমদৌবনো হৌজিক ফাওবা ঙক্না থোক্লি।

মসিদগী হেন্না ঙকপা অশেংবা রাফম অমসু লৈরি। নমথীবা মনম অমদি ঙাইহাক লৈতনা তারকপা মীকপ-মীরাওখোল মরক অতুদা দোক্তর সুপরিন্তেদেন্ট অতুনা ঈংনা তপ্না তম্মক-হায়রকপদগী খঙবদি—হৌজিক হৌজিক মনিতোনখোয়দা অঙম্বা অয়াবা মতেং পীরিবী বানো অসি মতম মতাং চাবা তাঞ্জা অমদা অহল্লম্মন মশেন্না মশা-মশা য়ানরবদি লুহোঙলসি হায়না লেপ্পরবী নরপতি নন্দিনী ত্রিপাথী অতু ওইরম্মে। ভাব তান্নবা মশেল্লিনা হোতেল অমদা উন্নতুনা মানা মানা নীংনরিবা পান্নরিবা পুন্নমক ময়েক শেংনা হায়দোক্লতুনা থন্নখিবনি। মুপাগীসু চান্নজবী অমা লৈজে মুপাগীসু তৎন-থানা য়াররোইদবা চান্নবা অমা। অহল্লম্মনগী মায়কৈদগী অপনবা-অখিংবা লৈখি। অতুবু মখোয় অনী অমদি খরগা অমুক্তা পাক-থোক্লা মখোয় মরীনা কন্না হৌংনতুনা অমনা অমগী মতেং পাঙনতুনা পান্নরিবা নীংনরিবা লমদাংলোমদা মায় পাক্লা হৌংনমিন্নখিবনি। অনী অসি অমনা অমগী মশক খঙনরক্লি। অমনা অমগী রারী খঙনৈ। মুংশা হাইগংলকপদা কা অমা থোঙ হাংবদগী মপং ওইনা পুন্নপ লাকপা মানবা হেন্না নমথিবা মনম মরক অতুদা রারী লীরম্বা দোক্তর সুপরিন্তেদেন্ট অতুনা চুন্নপ অমমুক চমখি। দোক্তর মনিতোন্না মরূপ কান্নরবা অমগা মপাং শেংনব্রবী অমগা, অনীগী লোইশিন্ত্রিবা রামায়ণ অমগী পোলোই কান্দ অমগী মালঙ অমদা ঙাইহাক্কং তাউরম্রি। ঙান্নু থজৌংদি মতম পুন্নমক্তা

মকম পূন্নমক্তা মীৎকুপ খুদিংগী তুমাদগী অমা নত্রগা অমদি কান্ননরি শেৎ-নরি ; অমা নত্রগা অমদি লৈমায়দা ওন্ন-খোইনা খাঙলি। অহুবু লুন্নিবদি ন্নত্না-বালগী খোর্জেদি কদায় ? কুইন্নন্নোই লাক্তদবা থংনবা মীৎকুপকী লৌনম নোংদমনা ভেন্দোংদগী মচীন পান্নবা ভেন অমা শৎতুনা থলোং অমদা তমগ্রে। লৌশিং তাত্রিবী থরায় অমদি রামায়ণ কয়া হৈবা কোন্ন-গদবা মচু খঙত্রবা ওইন্নন্নগনি। খঙদবা হায়বসিনা ন্নুংঙাইবগী মচু কয়া কয়াগী মালঙ অমা শেগ্নি। হে খঙদবা ! নঙগী খোজাল অসিদং চাংজো নাইদনা শন্দোকপা য়ান্নবদিকো ! ঙাইহাক অসিদা মপান পীকশিন্না নাইন্নবা অহল অসিনা হায়নীংলি—'হে অমম্বা, অঙানবা হায়বমখৈ মন্নীক মচেৎ অমা ফাওবা লশিংনা নপ্পগা চূপশিন্দুনা লৌশিনবিখন্নো।' খোপকী মনাৎস্নু অঙকপনি। খোপ্পা খঙবা নত্তে। মখোঙ লীশিং পানবা মশা লখা পানবা শগোলনি। থুর্জী পান্নন্নিবনা কনা ?

হৌজিক মনিতোন মস্নু উন্নবা চঙগদৌন্নি। মনজন্দা চাউখিবা মস্নু, মার্বোল শান্নমিন্নখিবা মন্নূপ, খন্নখিবা মপিজা, য়েৎনখিবা লেংমান্নবা পূন্ন-মকী মথক্তা য়েংখি-য়েংখিবদা খেংনবা অহাঙবা কয়াগী থমোয়গী শম্নত্রবা অহাঙবা অমগী মপূম ওইবা মেনশিন্নবা থাজবা ওইন্নিবা মস্নু অমা উন্নবা চঙগদৌন্নি। চহী কয়া উন্নবা ফংলক্রবনি। উনীংবগী ঈথিল কয়া ফাথতুনা খোক্লক্তনবা হন্না হন্না থিংখিবা ; কন্না হেক মহায়ন্নবদি মন্না লৌন্নমগদবা ন্নপু অন্ননা উন্নবা চঙননবা লৈপথৎলক্লি। পোৎলুম কয়াগী অন্নূম্বা খাঙ-বদা ফেৎ হাইখিদবা মুপা খোক্লা লেপ্লম্বা মুপানি মনিতোন। ঙসিগী অহানবা ওইনা উন্নবা চঙগদবগী লেপথৎলকপদা সনজীং মপূম কয়ানা ননশ্নবা অহল ওইন্নবা কাংঙা অমনা হৌগৎলকপদৌনা লেপথৎলকই। ইকোন কোনত্রিবা খ্বাং-ন্নাংলেন শক্তম অমা চানা ভিংখৎলকপদা নীং-মাঙ চিংখিবা খঙহৌদে। নাকনগী চৌকী অমগী পাম্বোম অমদা ঙাক্লমত্রবদি লোন্নশঙগী লৈমায় চেকখায়ন্নম্বা য়াই।

তপ্না তপ্না খূৰ্জী অমনা চৎপা, অরাম্বা হৎলাইনা চৎপগুম মম্নবা কা অতুন্দা চঙলকই। কা হাংদোকলম্বা মুপা অতু মৈঙাল অমা থাঙ্গৎলম্মগা কা চাবা খোকখি। ইম্নরক্লিবা দোক্তরদা মতম হাইরপ হৎলম্মী। বেরী অমা চম্নগা ফুরিৎ খূদাং খজিক খেকথরগা খোকখি। খোঙজিন ময়াদা লেপলিবা দোক্তরদা চা-চুরুপনা মতম শাংথহনবা য়াবগী মওং খজিক উৎলম্বদৌনা তৌরমখি।

ফক্লাং মম্বাদা কাচিন ওইরপ্না মোৎলবা, ইতৈ ইতৈরবা ইচু চুরবা লৈমায়দা মতা মাম্নদনা কৈনা য়ুংনা থাবা উনপাক অনীগী ফমুং অমদা মসু মালেমগুম্বা শাংনা তাহুনা লৈরম্মী। মওক ফাওবা মচু-মচু চুরবা ফি অমনা কুপতুনা লৈরম্মী। মনিতোন তপ্না চঙশিন্দুনা ফমথরুই। মানা অতুগৈগী নতম মতমদা শাম্ন শাম্নমিম্নবা খুদিংদা লুচিন্দা কাংলকপা হুমাং-না নপাশিনখিবদা কোনশিল্লগা নমতুনা হেকহেক হাইগৎপিখিবা লুমাঙগী কুংলবা শাংলপ তৌবা, মতম ফনা মুরক্লিবা মশম অতু তপ্না মথুৎনা হাই-গৎপিরুই। মমায় অতু তগৎ-তগৎ তেকলম্লি; কুচু হাম্নগুম অতুম্মক লংলম্লি। মচীনবান থক-খাদা হাম্নগী মোমোন অতু উরকখি। লক্লবা খুদিং-খুদিং অতুগৈগী সূকলপ সুকলপ তৌখিবা লীরাং মাম্না কোনবা পিসুম অনী হাম্নগীগুম কুংনা থানা লৈরম্লি। নোকপা নোকপা খুদিংদা মচীনবান য়েৎলোম মায়রোমদা খজাইগী ঙমখৈ-ঙমখৈ মনাক্তা নৌনা শেম্বা তোম্নবান অনীগুম মমি অতুম তম্লম্লি। মথক্তী মচীনবান খজিক কাঙলুই। নোকপা খুদিংগী পরেং চপ চানা লৈবা, ঙৌনা লৈবা উবা ম্নাতোন পরেং হাম্নগুম লংলম্লি। নাতোন সুমাঙদগী মুনা লংবা মতা মাম্নফাত্তবা কোইগী মমি লৈরম্মী। মমীৎ চেজেৎ নত্তে কাবক কাবক তুমশিম্নবগী মওংনা উইশি-ন্নম্মি। লক্লবগী ম্নাহৈ অমা পল্লুবদা মীৎকী পা অনী লেংলি লেংলি তোম্নকদবা মাম্লি। অতুগৈগী মতমদা শাম্নবগী লৈখোম মচেৎ অমদগী লাইবক্তী মতাইগী সক্লকা পাননা পকশিম্নগ্রবা মশম মনা অনী মরীহু কাবক টিংলগা কাক্তোরুম্না তোম্নম্নগুম তোম্নবগুম হাইথরক্তবা মশম

ভগ্নপ চিংহনা য়েংলুই। অতুগৈ মমানা মকোক্কী ছিক্ক মাখিবদা-শংপগী চিংলুবদা শাউনা শুগতুনা চৈরকখিবগুম ঙসিন্থু হৌজিকসু লাউরকপনা মাল্লুরে। লাউরক্করে। মতম পূম্নমক্তা, তূমখিবা মতাংদতা মগুনা, লেঙ-হুনতা হাই-হুমহুনতা ঙাইহাক্তা ভুমিম্না লৈবা হৈনখিদবা মশা অতু ঙসিসি অশাবা অমনা মপুঙ ফানা শারগা অপাইবা তঙায়দবা থরক অমা খুদক্তা লাকপদগী লৈরিবা ফীভমদা থাদোক্লম্নগা চংখিবনা চপ তিনা তাহুনা লৈহৌবগুম মুংশিং মুংশা চপ লেপতুনা তাহুনা লৈরি। রাত্ত-পাদনা মানা লাম্বা ফংবগী মমুংদদি হায়ফাত্রিঙৈদা পুথোকতুনা পীবা ঙম্বা, থম্বিক ফাওবা হম্বহনখিবা তৌখিদবা তৌবা ঙম্বগী চৈখল মমুংদা লৈরিবা অহল ওইরবা মনিতোননা করিম্থু লৈজদ্রবা ‘মঙ্গল’ নত্তুনা করিম্থু ঙমদ্রবগুম অহিংবগী ঈচেলদগী নোদম্বা মানা লৈরাইদা চিংখৎতুনা থমহৌরবা মমুগী লাইবক্তা মথুৎ অনী তপ্না থম্নগা মরূ লুক্রথহুনা কুইনা, ফনা কুইনা; ওখাক্লা কুইনা লৈখি। অহল ওইবগী থারবা অনোক্লা পন ঙাক্তুনা লৈ-রম্মবা ওইরমাল্লে, খঙদবদগী নাম্থহুনা তাগ্রবা পঙ্গাও অতু লৈতবদগীদি মৌখৎতুনা লৈরম্মবা ঈপাক অনীগী অয়াকপা লাইজনা মনীং তম্না মায়কৈ পূম্নমক ফুকতুনা হাধরকপনা সুমেরু চীংজাও ওনবা হৌরবা লিরবা অহলগী থমোয় মখোঙ থেংনা ফুক্তুনা চেম্থরক্লমাল্লে খোঙ্গেল থোক্লক্লে। নাক্ল য়েংনা তাবা মপানগী খোঙ্গেলদি নত্তে। ব্রহ্ম শেমখি থাজনরিবা অচোরা পোকখায়বা অতুগী মখোল হৌজিকপু কুনানা তাবা ঙম্মিবগে শক্লাইদরা মহাক অমা নত্তনা।

লুকথহুনা লৈক্লরবা মতুংদা পূম্নমকী থুজী লাকশিল্লগা নাম্থহুনা স্তাখি-বা আনোক তপ্না উপাশিল্লগা মমুগী ঙকশম য়েংনীংলক্তুনা ফি থম্বিক হাইদোক্লে তৌরুই। ঙাইহাকী মমাঙদগী মমাম্নবা দোক্তুনা হায়খিরবী লাক্তুনা লেপ্লরিবা, পোস্ত মোত'ম তৌখিবা দোক্তর হরিনা চঙশিল্লক্তুনা মথুৎ পায়হুনা খাম্মে। হায়রকখি—‘বাবা মসিমদি য়েংবিরগুমদ্রি। ডুদরনা সাফরুগনি।’ মনিত্তোন ভাব তারনি। কুনানো হায়রগী মওংদা

য়েংথোকলুই। মমাঙবা সুপরিন্তেন্দেণ্টনা দোক্তর হরিবু মশক তাক্লকই। অশপ্পা শক্তাক্তি। মনিত্তোন য়ানীংবনি। মরু ঙাইহাক লুকথদুনা লৈরকই। মপান্দা ঙাইহাক থোক্সুবা বেদব্যাসনা—'বাবা মম্না বৃন্দাবনানীখোয় লাক্রে' হায়না পাউ পীরে। খঙ্গিক য়েংথোক্লগা হায়রকই—

— কমদৌরি মচা উনীংই হায়রবা ?

— অয়োইবা ওইনা য়েংবহৌবদি চুমগনি্না বাবা।

— উম—।

ঙাইহাক খল্লুই। তারিবা হকচাংলোমদা শংত্রিক য়েংলুরগা হরিদা ওনশিল্লক্লগা হায়রকপনি—

মনি— ইবুংঙো দোক্তর হরি।

হরি— তাকপিয়ু বাবা দোক্তর ?

মনি— ইপা করিগুম্বা অমত্তা হায়রগে।

হরি— য়াথং তৌবিয়ু—।

মনি— নঙনা হকচাং লেনবা নত্রা ? কো।

হরি— য়াম্মি হোয়।

মনি— অদুদি সুমদৌসি, মমা ওইবী অসি চঙলকত্রিঙৈদা, মচা অসিগী মমা হেক উবদা মমীৎ থংপাঙ পাঙদুনা 'ইমা।' হায়না কৌরকদবা তগৎ-তগৎ তেক্লিবা, মোমোন নোকপা মায়থোঙ অসি সুপীজা ওইবীগী থমোয়না থাঙবা ঙম্মোয়। অদুনা মমায় অসি থুগায়য়ু! মচীন মখা ফৈরেং-ফৈরেং চিংহল্লু। নঙগী থাঙ অদুনা কৈনা-য়ুংনা মতুপ-মতুপ অমুক্তা য়াংথংলু। সে! প্লিজ দোক্তর। য়ামদ্রবদা মমাসিদংদি কনসি; কনাগুম্বী অমত্তু লৈহৌরি—মাগীদি মরূপনি, মতানি, মমৌনি। পাউ তমজরকনবা বৃন্দাদংদি পুখিগে। শোরাং অনী শোয়নঙমসি প্লিজ দোক্তর। নঙগী মরজবীগী থাঙ অদু য়াওরকপরা ? অম্বায়দসু কংগনি। ইবুংঙো অমুক্তা কৌসি—

হৃরি— বাবা; ঐ ভাব তাজরে। অত্থবু মত্থ হৌনদে—।

মনি— করি করিগী? করিগী! হৌনৈ। হৌনৈ দোক্তর।

হৃরি — মত্থ দোক্তরগী লোনচৎতা য়াওবা হৌনদে। বাবা মত্থ—

মনি— (খংশাউ শাউগংলকই) লোনচং! করিগী লোনচং! কনাগী কনানা কদাইদা শেম্বা পথাপকী লোনচং! নো, দোক্তর নো। নঙ ঐনা হায়রিবসি তৌবা তাই! য়ু মস্ত হু। নঙ তৌবা তাবনি—।

হৃরি - ঐ মত্থ ওমজরোই।

মনি— করিগী? করিগী? ঐনা হংলিবনি ক-রি-গীনো? নত্রগা ঐ তৌগে কদাই নঙগী থাঙ অত্থ পীয়ু। গিভ মী য়োর নাইফ! কদাই!

হৃরি— বাবা মত্থ য়ারোই হৌনদে, তৌনদে তৌবস্থ চুমদে।

মনি— করি চুম্বা-চুমদবা! করিগী হৌনদবা! তৌনদবা! অসিদি তৌনরিবা মওংলা অত্থদি। চহী কয়া চঙনা মচাবু খৌরাংনা ঙাই-রগা অস্থুম্না শিন্নখিবা হৌনবরো! মসিবু কনানা করিগী শেম্বা পথাপনো! অত্থদি নঙস্থ য়াওরে। নঙস্থ ইস্থবু হাংপা য়াওরে! ঐস্থ দোক্তর অমনি নখোয়বু তম্বিবা ওম্বা নখোয়গী লাইওম্মবা ওজা অত্থবুস্থ চামরক তম্বিবা ওম্বা দোক্তর মনিতোননি। নঙনা শিস্থ শিদবা মী অমবু হেক্তা লেনবা য়াব্রো। নঙনা ঐনা লা-রেংজরগা ফগদবা ইস্থবু করিগী থাঙতপ্তা, থঙস্থ থঙদনা করিগী লেনথৎতুনা হাংলি। হা করিগী হাংলি! অস্থুম্না ইরাই লায়না শিবা য়াবা ইস্থরো। নঙ থঙদে। নখোয় ইস্থগী মঙল থঙত্রি। মা হৌদ হৌগংলকখিসম্থ চহী কয়া রাক্তরবনিনা পোশাখিসম্থ। হৌদোকখিরোই। অত্থগা নঙ দোক্তর নত্তরা হৃরি। নঙনা লেন-ছুনা হাংপনি। নঙ মীহাংপনি পুলিসতা তাকনি নতীক থোকপা চৈরাক পীহনগনি। নঙ নখোয় লোয়না মীহাংপনি। লাউ থানাদা চংকনি—।

হরি— (খংলাউ লাউরকই) য়ু—হন্নুবা! হন্নুবা অঙাওবা কোক বেরা লৈরবা। নঙনা ঐনা তৌবা অচুম্বা তৌফম থোকপা ইথৌ পাঙ-বদা ইরাল শীবা শাবা। ঐ কনানো নঙ খঙত্রা!

মনি— করি খঙদনি! নঙ মীহাৎপনি। নঙগী নপা অচুম্বু মীহাৎপনি। নপু অচুম্বু মীহাৎপনি। নপু অচুম্বু—!

হরি— হাই হন্নুবা লৌরাই। দোক্তরগী ক-খ মশক খঙদবা নঙনা—য়ু গেত আউৎ! ঐগী ক্য অসিদা নঙ লৈবা য়াদে। অঙাওবা কোক বেরা লৈবা নঙ লৈবা য়াদে। চৎলু। থোকপ্রো নত্রবদি— (থোঙ হাংদোক্লগা কৌরুই) পুলিস!

নাককন্দা লেপ্লিবা তৌফম খঙদ্রবা বেদব্যাসনা মরূপ হরিবু মপাম-বোম তাপ পায়তুনা থাম্মগা থোঙ অমরোমদা থোকহনখি। হৎ অমুক চঙলক্তুনা মনিতোনবু তুংলোমদগী তপ্না কোল্লগা ফমথহল্লি। পুথোক্কে খনবনি অহল ওইরবা মশাহু নীকলকপদগী চৎপা মম্মক্তবনি। হাইগৎলু-রবা মনিতোন থাউ য়াওদ্রবা থাংমৈগী মৈরীগুম তপ্না লোইরোই ঈংথ-রকখি। তপ্না হায়রকই—

— ইবুংঙো দোক্তর। ঐ লানথ্রমাল্লে। ইপা লাম্বোকখরে। কোক অসিদা ..!

বেদ— বাবা। হৌনবনি। ঙাইহাক্তং পোথাক্লসি লাকও। মমাহোয় মখোয় ময়ামম্নু লাকহোরে। মখোয় অমুক পুশিল্লক্কে য়েংজহোসন্নু।

মনি— দোক্তর—।

বেদ— তাকপিয়ু।

মনি— মমাদা য়েংহল্লগুমসি। পুশিল্লগুমসি। ঐনা য়াদ্রে য়েংবা য়াদ্রে হায়গে। মা য়ামদ্রবদা ঐনা হায়বদি লৌবনি। মমাসি ঐনা মুম য়ৌবা ফাওবদদি পুখিবা তাবনি। মাম্নু কুইগদবা য়ানদ্রে। ময়ায়বক্লা অচুক হিং-শারিবা হায়বতুনি; মশাদি লোইরম্মনি। বৃন্দারানী শিবা কুইরবনি।

বেদ— বাবা। হৌজিকসু মমা গাড়ীদা কমহৌরিবচু পূমহাক হাওনা কমহৌরি। ৱাম্বচুনা ভৌপ তাবদি নত্তে, নচাম্নুপী বানোনা কোন্দুনা শেম্নহৌরি। ময়াম লাওনৱিবসি মালেমওম্বগী লুহোঙ-বগীনি হায়দনা লৈহৌরি। বানোদা কমদৌই ঐগী ইমৌ লি-ম্বোইসি য়েংবা য়াত্রা হায়না হংহৌরি। মওং অমদা লৈহৌরি। অসিদা পুসিন্দুনা য়েংঙনবদসু করিসু কান্নগদবা মাল্লে। কুইনা থম্বসু কররোই। তেকনা থম্বা য়াবগী চাইখিবা হিদাকসু ময়াক হুম্নবনি। শকফম কায়থবা হৌরগনি। মচু-মমেন লৈশিনবা হৌরে। পুখিনবা তৌরসি। অছু বাবা কমদৌসিগে হকচাং অসি অা-তম্না পুবিথিনবা শীনজরোম্না?

মনি— ইবুংঙো দোক্তর কান্নদে, ৱায়শুমসি। লৈজহৌরসনু, ম্বায়দা লোইশি ল্লম্মসি। সনাগী মহুৎতা লৈখোম মতূম মিকাক্নদনা করি তৌনগবনো!

বেদ— অছু মমা ইচেগা তান্নবদি চুমগত্রা মমানিদো।

মনি— তান্নরগুমসি ইবুংঙো। মচা লুহোঙলিঙৈদা অপনবা পীবিরগুমসি। অসুম হনখিবদা লাইফম মথং মথং চঙখিবা য়াত্রা য়েংগে।

বেদ— লৈরিবা ফীবমসিদা চৎপদি ফরোই। মঙানি তরানি পোথাহন-খিসি বাবাসু পোথাবিখো। বানোগীদা ধর্মগী করিগী মীৎয়েংদা মুংঙাইত্রবসু ঐগীদা লৈবিরো। ঐগীদি য়ুমনি, ইশাগী লমদমনি। ইথম্নতা লৈ য়ুম-ইংখোল চপ চানা-চাউনা লৈ। আশ্রম অমা তৌরগে থল্লি। বাবাগা ইচেগনা হনবিগ্ররোই হায়রবদি হয়েংমক লিংখৎলগা চথবা য়াররবনি। ঐশু সন্ন্যাস—

মনি— মছু থম্না ভহামম্না থোকনি দোক্তর। য়েংখিবা ঙাইখিবা তাবনি। মীওইপোক্কী খোঙফমগী মায়ওন থঙবা ঙম্বা পোং নত্তে। নখোর নশা-নশা নহা ওইরি; মাঙগী লম্বেল চপ চানা লৈরি। মথংগী হেক খোঙফমসি কদায়দা ভারুগনি কনাসু থঙবা নত্তে। তুংগী

মীৎকুপশিং ঐখোয়গী খূতুমদা লৈবা নস্তে। মৈদা তারুবা য়াই উন নেংলুবা য়াই। ইপানা হায়গদবা অমা লৈ।

বেদ— ভাকপিসি বাবা, বাবাগী রা তাবদা বুদ্ধি-লৌশিং ওইনৈ।

মনি— হকথেংনরুবা রাফমদা তোংলগা হায়বনিনা অচুম্বা য়াওবনি। ইশাবু মশক খণ্ডনবা লারুরকপা কুইরবনি। পামতুনা চপ চানা হোৎন-রবদি মুংশিং, ঈশিং, মুমীৎ-থা অসি ফাওবা, মখোয় অসিগী মায়ওন ফাওবা ওম্মোকপা ঙমগনি খল্লম্বনি খলহল্লম্বনি। য়ারমদ্রে। হায়বা হঙ্গামরুগী কম্মবা মফোল অমা ফাওবা মাগী মফমদগী শম্না মফৈ অমগী শরুক লাখ থোকপগী মচেৎ অমা ফাওবা লেঙহল্লুবা য়ারমদরে। ঙমদরে। ঙম্নবা হোৎনরুবা মীওইবা ঐখোয়গী ইতীক ওইদে। ঙমদবা ঙম্মোইদৌবা তৌবা হৌনদ্রে। ঙম্বা ঙমদবা পাঙবা পাঙদবা পূম্নমক ঐখোয় ইশাগী খূৎতা লৈরমদরে। ইশা অসি ইশাগী ওইরমদরে। ঐ অসি ঐ ওইরমদরে।

বেদ— মতু বাবা, ঐনা লাম্বা ফংবা রা নত্রে। মতু ঐখোয়না তম্মকপদা তম্বিবদা য়াওদ্রে। য়াওগদবসু মান্দ্রে। ঐখোয়গী হায়ববু শারে হুমাং শৌরে হায়রগা হুমাই হুম্বা ঈংদ ঈংঙে হায়রগা ফীদা ওন্বা নত্রগা মৈ তীকপা। মসি ফাওবদনি ঐখোয়না খণ্ডিবা, খাণ্ডিবা।

মনি— খাণ্ডবগা লোয়নবদা পোখিসু খণ্ডবদি তাবনি। ঐখোয়না খণ্ডবা উদবা ভারীদা লৈরবসু অখণ্ডবা উশিনগদবা খরসু অতুম মরৈবনি। ইহে! ঐদি নঙগী মরূপ দোক্তর অতুদা লাম্মোকউরে মা লৈরম-খিদ্রা ময়ুমদা চৎকদ্রা, মঙোন্দা শাউদনবা ঙাকপিনবা ...

বেদ— ঐসু খঞ্জরম্বনি। বাবাগী লুর-লুরবা রাফমদা ঙাওতুনা লৈরুরে কাউথোকউরে। মরূপ হরি ফক্তবা শাউগনবা মী নস্তে বাবা। অচুমাইনা অমুক্তা তৌখিদবনি কদোমদগীনো মওং চাদবা মিহুল অমা কাঙলকপ্রে। মা লৈরমখিনি ঐনা চৎমিন্নগদবা মাগী থবক লৈরি। হাইফেক্তং উন্নরুসি। শাউরম্মরোই; ভাব তাবা মীনি।

মপা-মত্তোনগুম্বা অমদা ব্যবহার কান্নরুবগী মা শোয়দনা মুংঙাই-রম্মোই। মথমোয় থোৎপা মীদানি।

থোকমিন্নরমদাইদা তারিবা হকচাংদা মুন্না য়েংলম্মী। তোংলম্মিবা হয়িং অনী-মরীহু হুমদোক্লগা ফী চিংখত্তুনা মমায় কুপশিনবিরম্মী। থোক-লকপদা মপান্দা বৃন্দাখোয় লৈরমদ্রে। গাড়ী মরীহু অহুম লৈরম্মী। বানোগী য়ুমগী মালী অহুনা অনকপা লনাইগী ক্লিনিক অমদা পুশিনখরে হায়দনা মফম তাক্লকই। দোক্তর অনী তহা-তহ্না চৎলকই।

ক্লিনিককী অনানবা কা অমদা বৃন্দারাণী য়াম্ফক তাহুনা লৈরম্মী। নর্স অহুমনা সেবা তৌরম্লি। পাখৎলুরবা মনিতোম্লি। য়ান্দুনা কাপ-লম্মিবা মওং থেংনবদা থরা হন্থে। বানোনা লুখুমদা ফমহুনা শেন্নরম্লি। মনিতোন্দা মায়থোং মকা লাম্না হায়রকই—'করিস্নু তৌররোই বাবা, মুংশা থীবিগনু। শোম্থবদগী লৌশিং মাঙখিবনি। ফরনি। দোক্তর হরিনা কন্না লাক্লবিরি। বাবাস্নু ঙাইহাক পোথাবিয়ু।'

মতাং অসিদা দোক্তর হরি মাগী মরূপ, ক্লিনিক অহুগী দোক্তর অহুগা ব্রারী শাহুনা চঙলকই। ব্রাহৈ অনী-মরী ঙাংনরগা ক্লিনিকী দোক্তরহু তহা তহ্না থোকখি। ওনশিল্লকুনা য়েংলকপদা অহল ওইরবা মনিতোন মরাল লৈরবা অঙাং অমগুম লেপ্পুনা লৈবা উই। হরিদা অশাউবা মরীক অমা ফাওবা লৈত্ত্রবনি। অহুমকপু থোয়খা-লিনখা থাবগী মওংদা কা থাদোক-তুনা চৎখিগে তৌই। মনিতোম্না নীরূপ তৌবা খোনফম অতপ্পা অমদা কৌরুই—'ইপাগী হরি, দোক্তর হরি।' হরি মখোঙ থাংবা ঙমদে। চপ লেপ্লি। মমায়দি লৈশিল্লক্তে। অহলগী মতম ওইরবা থাঙহৈদবা পোৎলুম পুবদা মরীল লাক্লনা য়োংকী য়ুম্নীগুম লুব্রাক্লনা কোল্লপ তারবা মনিতোন তপ্না তপ্না তারমদাই মুমীৎ তম্না অস্তাচল চীংজাওনা লেঙলকপগুম চঙ-শিল্লকই। তুং ওইরপ লেপ্লগা মনিতোম্না—'ইপা থরা কান্নখরে, ব্রারৌবা তৌরম্নু' হায়না হায়না লুকথগে তৌই। পাখৎথ্রবা দোক্তর হরিনা শং

লুকথদুনা অহলগী মখোঙ অনীদা মখূৎ ওয়গা য়েৎকনা চেৎনা পাম্বরগা হায়-রকই—'করি রানো বাবা, লম অসিদদি অহলগী রাহৈ খুদিংমক আশীর্বাদতা ওইনৈ; য়াথং ওইনৈ। মী ওইনবা লাক্লজবদা মতাংগী নোংদম অমনা শা ওল্লুরে। প্রায়শ্চিত তৌবা তারি।' মনিতোম্না নহা হরিবু চিংখত্তুনা কোল্লগা হায়রুই—'হরি, শাদি শাদনতা খঙগদবনি। অশেংবা শা ওইদুনা করিসু খঙলমদ্রবদি য়াম্নমক শাফরমগদবনি। মতুসু ঙমদ্রবা মীওইবনি। কম্নাদি রানরে লৌশিংগী পোৎলুম থাংবদা!' দোক্তর হরিনা খুম্বনি—'বাবা, পুদবা য়াদ্রবা পোৎলুম অসিগদি শীংনরুবা চুমদে। বাবাগী ঐনা খ্বায়দগী য়ানীংবা লীচৎতি পোৎলুম খুদিংমক্কা সন্ধি তৌনবা, চুংশিন্নবা, য়াশিন্ননবা লাক্লবসিনি। চুংশিন্নবা হায়বসি মায়থীবা নত্তে মায় পাকপনি পাকমিন্নবনি মায়থীবগা পুন্না মায় পাকমিন্নবনি।

## তরানীথোইস্ুবা

মুমীৎ হুম্নি তুম্ফম চাফম খঙদনা লৈরকপা কমলজীৎ ঈংথবা ঙস্ম-ক্তবদগী মওল মওল খল্লক্লে। পাইতুনা চৎলগে, ময়েংথোকলুরগে, খল্লকপগী অতুদা, মরীনী স্ুবগী মুমিদাংদা আগ্রাদগী টেলিফোন লাকই। মনিত্তোননা তৌরকপ্নি। হরাওনা পাথৎনা হংলুই—

—'য়াম্বা কমদৌরে?

...ইনাউবুংঙো য়াদরে।

—হা! য়াম্বা করি? করম? কনা? ক—।

...ঙাইখো; পুম্নমক তপ্না তম্মক্কে। পাউ অসি পীদবা য়াত্রদনা পীবগী রানি। পুমলোই লোইশিনখ্রে।

—মমাতুদি কমদৌরিবা?

...মা হৌজিক করিস্ু তৌদ্রে। ভাব তারে। ময়াম চঙতুনা কন্না হোৎ-নরি ঐখোয় মঙানী-তরানীদং পন্থরক্কে। অদোমগী ইনাউখোয়না অতুম তৌরম্মো। তীর্থ মথং-মথং খরা চৎলকসিন্না হায়দনা ইচান্নুপীশিং অমগা খন্নরি।

—অস! পুংমাঙ হেক—

...ইনাউবুংঙো ঙাইখো থোকপ্রে, উপাই লৈতে। ঐখোয়গী করিগুম্বী অমত্তা চঙবা য়াবা লমদাং থোক্তে।

—ঐ লাক্কে।

...থোইনা কান্নগনি খন্দে। লাকপগীদি কায়বা নত্তে অতুদা তৌদবা য়াদবা ঙঙাইহ্নক ফদবা হায়বতুদি নত্তবনি হায়বগী রানি। ইচান্নুপী

মমা অসিগীদি ইনাউগুম্বা ঐ লৈরি।
—অতুগীদি 'য়াম্বন। মপা-মমা-মকু লোইনমক্লি। ঐনা পোকচৈ হায়বগী রাদনি। মমা অতু লৈজরম্মবদি......অতু কৈদৌঙৈ থোক্লক্কে থম্নরিবা ?
...মতু কোম্না খঙহল্লক্লগে। করিনো তৌগদবতু অতুম শীন্নরো। ময়েক্কীদি করিস্থু তৌদবা য়ারবনি।
— অতুস্থু হেক য়ানরোই।
...অতুগীনা শীন্নবীরো.. অতুগা অসিদো ; মুপীমচা—
—লিম্থোইঙম্বী। মাগীনি ঐনা হৌজিক খল্লিবসি। পাউ অসি—!
.. তাকপীদবদি য়াদবনিনা তাকপদি তাবনি। খঙলক্তবস্থু য়ারোইদবনিনা।
– ফনি য়াম্বা ঐনা থোকপা তৌরগে। বৃন্দাদো—
.. ঐ খঙঙে। মা কৈস্থু তৌদ্রে। ঐস্থু য়াওরিবসিদি। ফরে।
— ইয়াম্বদি কৈস্থু ?
.. য়াম্বগীদি কন্না ফাধরি।

কমলজীৎ টেলিফোন মনাক্তা মখূৎ অনীনা মমায় খুমতুনা ফনা কুইনা ফমতুনা লৈ। লেঙদে। পুঙমম মম্মী। পাউ অসি কমদৌনা মুপীমচা অসিদা পীগনি ? মসিনি মানা মম্মিবা। মাগী অমদি মখোয়গীদি থোই-নবু খল্লুদরে। মনেশিং খন্না কপ-লাউগদবগী মওং খজিক খল্লম্মগা কাউ-থোকখিবগুম তৌরে। হেক থোক্লপগা হোঙলগনি হায়বগী মালঙ অমদা তাউতুনা লৈজরিবী তঙাও তঙাওজবী লিম্থোইনা পাউ অসি তাবদা কমদৌরগবা ! মদোম পোকপী চনুনি। মরল লৈবা ইজ্জৎ লৈবা সঙ্গস্থু রাৎতবা ইমুংনি। অউনপোৎ লাঙশিনথিবা কুইরে উরক্লিবা। হান্না লাঙশিন্দুনা থম্মকপগী মথক্তনি। মীনা অস্ হায়নগদবা লোয়ননা কল্লক্ল-গদবা মওং ওইগনি খন্নরিবনি। হেন্না কল্লক্লরিবদি মশক্তা মাগী লীচৎকনি। পুঙচমনি। যোগিনী অমগী লৈখোল চঙই ! মনিতোনগা বৃন্দাগা মপা-মচা থিন্দোকপা মুমিং, নহানতু, কমলজীৎনা নীংশিংলকই। মনুংদা কুইনা রারী-রাতাই তৌদুনা লৈ কুবদগী হেন লাবগুদনা মচানুপীবু কৌশিন্না

থোক্লকপদা লাপ্পনা বৃন্দাগা হরাওনা ব্লারী শানবা উখিবনি। লেপমিন্ন-ব্লিবা 'য়াম্বা মনিতোন্দা তপ্পপ হায়রুবনি -

—নস্নুনুপাগী নমৌ অসিন্স লাক্লেনে।

—শোয়দনা লাকনি খনবনি।

—মাস্মু পুবীগ্রগা আ-দা নস্মু অতুনা পামজবা মফমতুদা চাউনা হোঙদোক-পীরগা অতুম থম্বিরম্মোদনা, ব্লাই শংনবা। কৌশিনবিরক্কে ?

—মানা চৎসি য়াদেনে। ঐ উন্নরম্মরোই ; লৈজহৌরসন্মু।

মনিতোনগী মায়থোঙদি মকা লামখিদবনি। কমলজীংতি খঙখিদে। মচা কৌশিন্দুনা মন্নুংদা থাজিনগ্রবা মতুংদা প্লেন পাইখিবা য়েংবা ওইনা থোক্লক্কুনা মথন্নতা অহাংবদা লেপ্লিবী লিম্হোইগুম্বীগী মনাক্তা চুরুপ অমা চম্মগা কাইদ-কাইদা চঙশিল্লুই। অহল অতু চঙশিল্লকপা উবদা লিম্হোই শাউবীং শাওবীং লাওই ; মথুং নামা হাইরি হাইরি তৌরগা মোমোম্নতুনা লৈ। অনীমক মশক মুন্না খঙনবনি। নহানা হঙ্গোইজনা তরামনা ওকলুই—

—পুপু ইধৌ, ঐস্মু লাকঅম্মীবা।

—নঙ উবতুদা চঙলক্লিবনে। ইস্পূগী শক উবসিদি পুক্লিংগাসি ইশেং হেক শেংই ; মঙ্গল ওইগদবা মাল্লি। সন্যাসিনীতুম মাল্লে ইস্পূদি। য়াম্না পকচখরে।

—মন্দির চংলুবা পুপু-ইধৌ।

—নঙগী লাইরিক খরা পারে। অথঙবা মুংঙাইবা য়াওইনহৈ। নঙগীসি লিম্হোই লাইনীংবগুম্বগী সুর অমা চঙবদৌনা তৌই। পোইতুম পোই-খিদনকো—হা। নশক নতৌতুগা—হা ?

—খঙদে পুপু-ইধৌ পোইরত্র কৈনো।

—হাই ঙাইখো পোইমক্তি পোইরুখিন্নু, মাল্লগা অতুম লৈখো ; অগং-মুংগংসি খরা য়েংখো। ভোং-মুং খরা থাধমিন্নখো। ইধৌস্মু হন্দক অমুক য়েংঙগা কাত্রদি বেস ওল্লসিন্না খল্লি। ওনমিন্নবাইতুনি ইস্পু-ইপু।

—হন্দক্তি কারনিদা পুপু-ইধৌ। ময়াম চঙলনা খোম্মগা লোইরে।
—য়ামদ্রবদা নঙ অমদি হেনগৎলনিদনা।

লিম্থোইঙম্বী খুম্মক্তে ইকায়জনা নোকমি নোকমি তৌদুনা লৈহৌই। খোম্থোক্তবা মকা ফল্লবা নোকমি-নোকমি অদুদা ৱাহং অমত্তা য়াওহৌদে; পাউখুমগী পাউখুম ঙাক্তা ঙায়হৌই। মুংফাওনরক্লবা পাউখুম ময়াম মরক্তুদা কামজাও হুন্না ঙংদুনা পাইখৎলকপা প্লেন অদু লাঙতক্লনা কোয়না লৈদুনা য়েংহৌখি। য়ক্ষগী পাউবু লৈচিন হুৎলগা কৌক্র মায়কৈ পাংখিবা খুৎশেম লৈচিন্নি। য়ক্ষগী লৈচিনদি পাউ হন্দোক্লখিদবনি লিম্থোইগীদি মীশক ফাওবা পেক্তুনা পুরক্লদৌরিবনি। লৈচিনগী মাঙ থা-থাদুনা লৈশাবী অসিগী থমোয় পাইখি। লিম্থোই মশা খঙবা নত্তে।

'চৎলসিদনা ইবেম্মা'—কমলজীৎনা তপ্পপ হায়রুবনি। মুপীমচাদুনা মৈ-ঈশিং চঙদবমখৈ অঙাংনা মৈরী ইহান হান্না উবদা মীৎনা তান্নদুনা য়েংবগুম য়েংদুনা লৈখিবা, তাদবা মওংদু ঙাইহাক য়েংদুনা লৈরুরে। অমুক্তা কৌগে তৌরুবগী অদুদা খংলৈ লৈশিন্দুনা হংলকখি—
—ঙসি হৌজিক য়ৌরনিনা পুপু-ইধৌ?
—শম্নবগী পাইৱদু নংলবদি হোরেল মুমিদাং য়ৌগনি।
—অন্তীদি য়াম্না মুংঙাইজরনি। লাইবক ফবীনি।
—ও! লাইবক্কী ৱাসি নঙস্থ থাজরিদনা।
—য়াম্না।
—তিম্নবা লুদৌরিদা।
—করিবো পুপু-ইধৌ?

হংলুবনি 'করিবো?' অহলনা মখা খুমখিবা নত্তে। নহা অদুনা পাউখুম পামখিবস্থ নত্তে। ৱাহংস্থ পাউখুমস্থ অনীমক্লা ইখঙ খঙনৈ। খজিক-খজিক অদুম মোমোম্নে। অহলগী মোমোন ঈংই, তপ্পি; লক্লগা তৌবা মন্নুংশি অমা য়াওই। লিম্থোইগীদা ইকায়জনা তথকপা মওং

অমা চঙই। পুপু-ইধৌ, ঐগীদি গাড়ী মচানি থৌগৎলম্মগে— হায়রম্মগা চৎখি। তহাখিদে। চীক্লা মকা লামখিবা মাল্লি।

মুমীদাং ম্লাচংবগী অতুদা কমলজীৎনা ঙাহৌ ঙাহৌ চৎথোকলুগে তৌরকপগী অতুদা লিম্হোইনা টেলিফোন্দা পাউ ফংবিরব্রা থুংলে হায়বিরকপ্রা হায়দনা হংলকখি। 'পীরক্ত্রি।' হায়বদগী থমখি। ঙাইহাক লৈরগা অমুক হংলকখি। 'লাক্ত্রি' হায়রুই। চাক তোক্লবগী অতুদা অমুক হংলকখি। অহীংদসু অমুক তৌরকখি। অয়ুক চৎথোক্লমদাইদা তৌরকপতুদি কমলজীৎনা হায়রুই—

—ইবেম্মা, হৌজিক ফাওবদি মপা-মচাদু থবক মথং মথং চিন্নরবরা খঙদে পাউ পীরক্ত্রি।

.. খরা থীনা শোক্ল'জাৎলনে পুপু-ইধৌ!

—হেরা, করিদৌনা শোকলুদগে।

...কৈস্ত্ন তৌরম্মোইকো পুপু-ইধৌ!

—করি তৌরুদগেনে ইবেম্মা।

...নোংঙাল্লমদাইগী মঙদি য়াম্না মুংঙাই পুপু।

—অতুনিদনা।

...অদ হৌজিকসি পাম্বোমগা মীৎকসি ফ্রং-ফ্রং কাপ্পমখৈ—।

—য়েৎ নব্রো?

.. য়েৎনে পুপু-ইধৌ য়েৎসি ঐখোয়গীদি ফত্তে হায়নবতুদিনা?

—এ ইস্পূসিদি চোংবা শারিবা হায়তুনি। কৈস্ন খল্লুমু। বিজ্ঞানগী যুগ অসিদা কান্নদবদা অমম্বদা পঙথা থাজরুম্নু।

.. মখোয়গী হোস্পিতালতুগী ফোন নম্বরককা খঙবিব্রো পুপু-ইধৌ?

—ঐঙোন্দদি পীরমদ্রে। নঙগী অন্তীগোয়মু খঙলমদবা য়াই; খঙঙদি পীরমকম থোকই। খঙদেনে অহল অমা য়াওখিবতুমু ঙাওরবা জাৎলা পাউ অমদি পীরকফম থোক্লবনি। অতুবু লিম্হোই মপীরক্লনি। মতা অমা হেক চান্নদনা ভৌবা ওইরিনি। মুংশা থীরুম্নু মখোয় অতুম্মক

করিস্থ তৌরম্মোই। নঙ ইপা পাখৎনা উই ; পাখৎলুমু। ঙসিদি শোয়দনা ফংলনি। হেক ফংবগা নঙোন্দা ফোন তৌরকে, পোখাহনা অতুম লৈরো ; ঐনা ওইনা খঙহল্লক্লগে। নহোয়গী নম্বরস্থ মখোয়না খঙখিবা নত্রো ?

...খঙবনি।

—অতুদি নঙোন্দা তৌরকপস্থ য়াই। নঙনা হান্না ফংলবদি পুপুদস্থ খঙ-হল্লকউ ঐস্থ লাঙতক্লনা ঙাইরিবনি। কো, ভাব তারেকো ?

...ঐ। চিংনরকপা অমা.. । ফত্ত-মুংদা —!

—হাই অঙাওবী ! পোখাও ঈংনা। কৈস্থ তৌরোই। খুরায়দা খজিক্কুং হুবাৎপগুম্বা ওইরিনি। চৎখ্রিবা অনীতুনা মচাগা মস্থগা উম্নীংমনগ্র-দনা শেল হুন্তোকপা চৎলিবনি।

...ওইরমদো মান্দে—

—মানবা নত্তে; মানি। থাজো ঐনা হায়বা লিপ্পোই। তপথো পাখৎপা ফত্তে। নখোনগাতু য়াম্না পাখৎপা মাল্লি। পোখাও পাউ হেক ফং-বগা পুপু নঙোন্দা ইহান হেক হান্না খঙহল্লকে। হাই কান্নদবদা মতম মাঙহনগন্থ, নমান্নবা ময়ামতু য়ামল্লি হায়দনা নঙগী পাবুঙনা হায় হায়ব-দো, খরা ককথনবা তৌ ঐখোয়রোমগীদি বাত্তেন নমদোরবনি। চাউরাকপা মশীং হায়রক্লবা তৌ। চৎখ্রিবা অহল অনীতুদা ইকায়রগস্থ ঐঙোন্দা হেক্তা হায়রকউ। নক্লবনিনা দোলাইদা তৌরসি হায়নরবনি। শামু তোংগে হায়ব্রো তোংনীংব্রো ? ঐনা শীনবা ঙমগনি। শামু লৈগনি।

...পাউ ঙাইজরগে অতুদি। ফোন মনাক্তা অস্থম লৈজরগে। খমজরে।

—ফরে-ফরে। হাই ঙাইখো।

...পুপু-ইখো।

—নঙগী ননেহুদি তাকথ্রোইব্রো। নপাবুঙদি শাউবা ফক্ত্রি। নঙবু শুনা

ভৌজরম্বনি ; ভাকপীখিবা চুম্মী। নপাকুপ্তহ্ নঙনা হায়রুবদি য়াগনি।
লাকহনসি হায়য়ু।

...ফনি। খল্লরগা ভৌরগে। থম্মে।

মখোয় অনীনা লাঙতরুনা ঙাইরিবা পাউ হৌজিক ফংলে। কমল-জীৎনা চপ চানা ফংলে। লিম্হোই পাউ তাগদবগী হেন্না লাঙতরুনা ঙাইরমখিনি। টেলিফোন মনাক্তা ফমহুনতমক নত্রগম্সু মনাক অহুরাইদা মন্দিলা খীংলকপদা হোৎচিন্দুনা তাপ পায়খৎপা য়ানবা লৈরমগনি। ন্নোং-নিনীগী পুং খরা অসিদা তথকচরিবা চন্নু-থমোয় অহুনা ঙাইরিবসি মঙা শুবা চক লৈরম্লবদি তংখায় হেন্না চনশিল্লম্লগনি। ঙাইবগী মতমদি মীৎকুপ অমসি চক মরী মরীনা শাই। চনম্নরবা চক মরক্তা লাঙতরুবগী তাম্থানা ককঙাওনরিবী লিম্হোইদা পাউ অসি পীগদৌরি। কমলজীৎনা মসুগী পাউ পীগদৌরি। পীনীংনা লৈরম্বা পাউ ফংলবা কমলজীৎ কুইনা অশাবা অয়েকপগুম মমীৎ খুমহুনা ফম্লম্বদগী তপনা হৌগৎলক্লগা মাগী তুম্ফম কাদা চঙলক্লে ; থোঙ তপনা ঙাশিল্লে; তপনা অমুক চঙশিল্লক্তুনা কাচিন ওইরপনা থেৎলিবা ফোতো অহুদা য়েংখৎলগা য়াম্না তপ্পা হায়রকই—'নসু মুপা অঙাওবহু চৎপ্রবনি নথান্নুংদা কোনশিনবিয়ু। মথং মথং লাক্লবা য়াই, নতোমত্তা তরক-তরক লৈররোই।' হায়রম্লগা ফক্লাংদা মমায় লুক-শিন্দুনা খোঞ্জেল থোক্না কপ্পরে। মায়থীবগী ফল কয়াদা মায়থীবা খঙ-লকত্রবা কমলজীৎ ঙসিদি মায়থীরে হায়বা য়াজবগুম ভৌরে। কনাগী মখূৎতা মায়থীবনো ? য়ামদ্রবদা কমলজীৎতি থঙদে। মায়থীদবনা কনা? অসিমদি খঙগুমসু ভৌই খঙদগুমসু ভৌই। হৌজিক-হৌজিক কম্না খঙত্রিবসি লিম্হোইদা পাউ কমদৌনা পীগদগে হায়বসিনি।

কনা কুইনা অমুক পোত্থা-চৌকী অহুনা লোংবা শাংদোকলুবা মতুংদা কমলজীৎ তপ্পা হৌগৎলকই; ফোন থম্মিবা কা অহুদা চঙলক্লগা তপ্পা-পায়খৎলি মচানুপী বৃন্দারানীগী য়ুমগী নম্বরদা নম্বী—

—হল্লো, কনানো ইবেম্মা বুজারীয়া; ঐ কমলনি।

....খঙজরে তাকপীয়ু।

—মহোয় ময়াম লৈরিনি ইমুং অপুম্বত্তু রাই-মুং তৈথোক্লুনা অমুক্তা লোই-নমক শেংদোকউ। ঐ ঐগ্যা অমা পুরগা য়োরক্কে। লাইরিক তাগদবনি। ইসুত্তু য়াদ্রে।

.. ফনি!

—হাই করিম্নীনো রা লোইদ্রিঙৈদা থমখ্রিসিবো!

...ঐ পায়জরি থমজদে। অসোমগী এক্সতেনশনগীসি থম্বনি।

—কনানা পায়খৎলিবা?

.. ইবেম্মা লিম্হোইঙম্বী লেঙলকই। পায়হনজরকসিরা?

—ও! পায়হল্লকেরা অসি, তোকও; লৈরমখো ঐ লাক্লগে হায়য়ু। শেন্নরম্মু।

...ফনি।

কমলজীৎনা নমায় মমীৎ তারিঙৈদা টেলিফোন কন্না খীংলকখি। মশানা গাড়ী পায়নীংদ্রদনা কৌখিবা ড্রাইভরনা পায়খৎখিবা খঙই। ড্রাইভরনা পাও পীরে —'সর, ইবেম্মা লিম্থোইত্তু কৈনোমা তৌব্রে'য়ে।' তাবমক্তা কমলজীৎ খল্লি— উম, তৌগদবা মানবনি।

কমলজীৎনা চঙখিবদা লিম্হোইঙম্বী মপাবুঙ লাক্লুনা ময়ুমদা পুখিরম্মে। বুজারী মুপী অত্তুনা তম্ববদা—

"ইবেম্মত্তু ঐনা চঙখিবদা অহলগী কাদা (মনিতোনগীনি) তুম্পাক তাত্তুনা লৈরম্মি। ঐনা কোয়কৌ কৌদনা ময়াম চেনশিল্লক্লুনা লাক্লরে। স্বর হোন্দবদৌনা তৌরে। মখারোমগী দাক্তর চাউরেন কৌদনা লাক্লরে। মপাবুঙদা পাউ পীনবা লাক্লবদা মখোয়গী ফোনত্তু য়ারমদদনা পাখং মচা অমা চেলহল্লে। মচাগী সনা য়ামদে খনবদগী খরগা অমুক হাপ্পবা পুঙহনহনবা খরগা হায়রম্মুরগা হল্লকপদা পাউ তাবদগী দাক্তর পুত্তুনা চেল্লকপনি হায়। ভাইহাক লাক্লরম্মগা পুখ্রে। য়াদ্রদনা পুখিবদৌনা তৌই।"

এ। করি য়ানোনে! কমলজীৎ চেনচৎ চৎলি। লৈরক মচীন্দা মখোঙ খুজেং নাম্মদা খুদি থীবদগী তুশিল্লি। সিম্বোই মুমদা লৈরমদরে লায়েংশঙ অচৌবদা পুখৎখিরম্মে। মশাগী গাড়ী নীংশিংদবা য়ৌনা মমখিবা অহলনি; ওত্তোরিক্সা ফারগা চৎলি। সিম্বোইঙম্বী অথু-অকায়গী কাদগী লনাইগী কা অমদা পুশিনবদা ভায়রম্লি। অত্তুৈ মচান্নুপী বৃন্দারানীনা লৈরম্বী শঙ অহনি। চেনশিনবগী মওংনি।

সিম্বোইঙম্বী য়ামফক তাহনা লৈরম্মী। সুরেন্দ্রনা মচাগী মায়থোঙদা শংত্রিক য়েংহনা লুথুমদা ফমহনা লৈরম্মী। তহা-তহা থোকলক্লিবী দোক্তর মুপীহুদা তায়হনা হংলুই—

কমল — ইবেম্মা দোক্তর ইশুমুপীসিবু— ?

দোক্তর— পাবুঙ কৈস্থ তৌদবা য়াই।

কমল - করি করম্না— ?

দোক্তর— থমোয়গী প্রোব্লেমনি। হাংনবা তৌসি হায়নরি।

কমল — হৌজিক হৌজিকী ফীবমদি ইবেম্মা দোক্তর— ?

দোক্তর -- করিস্থ থোইদোকপা চিংননীংঙাই লৈতে। ফজনা পোথাহনবিরগা ফগনি। মী য়াম্না য়া-য়া তৌহনবিগনু; মী য়াম্না লৈমল্লে। চীক্লা পোথাহনবিয়ু।

শাগৈ নাতৈ চাওবা মরূপ মপাঙ য়াম্না লৈবনা মী য়াম্না তিল্লে। মুংশিদনা লাকপিবনিনা হায়রুবস্থ য়াদবা মতাং থোক্লে। তাবগা লাক-পগা, লাকপগা চৎখিবগা মরী-মরী শম্নুনা থোক্লে। য়েক্লবা লৈতবী সিম্বোই ওইরকপনি। মীয়াম লোয়নবা হৈনবা তম্মক্লিবা কমলজীৎনা অরা-অনা থিরুবা তৌদনা ময়ামহু অওইবা থরা ওইদবস্থ থরা হায়হুনা চৎহন্নবা কন্না লারুবনি। হেক য়ারিবমথৈ ওহুনা য়েংহন্ত্রবনি। অতুমকপু মপা-মত্তোনশিং য়াওরকপহুদি চঙহন্দবা য়াখিদে! মশীং য়াম্নগীস্থ অরাবা লৈ—কমলজীৎনা তাল্লক্লা থনখিবনি।

সুমীৎ য়ুংবগী অতুদা লিম্বোই মমীৎ তপ্পা পাঙলকই। কা অতু মানা মশক খঙখিবগুম তৌরকই। মনম অতুদি ফজনা খঙলি। ধোঙ ময়াদা পুপু-ইধৌ মথুৎ নাম্মনা মমীৎ অনী খুম্নগা মক্ক লুকখতুনা কম্বা উরকই। ওনখতুনা য়েংখৎলুই; মপাবুঙগী মমায় উরকই। মমীৎ কম্না উইশিন্দুনা লৈবনা মচা মমীৎ পাঙবা উদ্রি। কৌরুই—

— 'পুপু-ইধৌ। পাবুঙ।'

অনী অতু মমীৎ খংশিং-খংশিং শিংলকই; কমলজীৎ হোৎচিল্লকপগুম চঙশিল্লকই। কৌরুই—

কমল — ইবেম্মা লিম্বোই।

লিম্বোই— পুপু-ইধৌ।

কমল — লৌশিং তারেদনা। ফরেদা

লিম্বোই— তারে।

সুরেন্দ্র — লিম্বোই। অস মুংঙাইরেদা ইচা—, নঙগী পোৎতো ফংঙে, য়াম্নদনা হুংচিং থিল্লকনি হায়হোরে। অতনবনি পুঙহন হনবা। নহোয়গী শামুতোংবী হায়বতু নত্রে; মতুদগী হেন্না ফবা, মী- রৈবাক্কীনি হায়; ঐদি মুন্না খঙদে। নঙগা হয়েং য়েংমিন্নরো হায়দনা—।

লিম্বোই— পাবুঙ, য়ুম চৎসি।

কমল — ঙাইখো ইবেম্মা হৌগৎখিনু পোত্থাখো। তপ্পা—

লিম্বোই— পুপু-ইধৌ ঐ ফরে; কৈস্নু তৌত্রে।

কমল — পোত্থাখো লিম্বোই। অসোমদগী দোক্তর অমা সেমিনার অমা য়াওবা লাকই; সেমিনারতু অয়ুক্কী মীফম লোইরগা লাক্কনি।

লিম্বোই— পাবুঙ ঐ য়ুম চৎনীংলে। য়ুমদা ওইনা পোত্থারগে। ঐ কৈস্নু তৌত্রে।

কমল — দোক্তরতু লাকপা ফাওবদংদি লৈখিসি ইবেম্মা। লাক্কনি।

লিম্বোই- ঙাইরগুমসিদা পুপু-ইধৌ। কাম্নদবদা মতম মাঙলনি।

নিংঙাই কন্না হেক্কল তৌরে পুং থন্না নত্তে মীংকুপ অনী-মরীফাওবা পন্নলীংত্রে হায়রে। কন্না ভকময়রুবা অহুদদি দোজের খুপীহুন্দু ‘কন্নিসু থোক্কদোকপদি তৌররোইদা’ হায়রে। থম্মোয় শেংনা হায়বদি মান্দে। থাদোকুনা চংখিনবগী চে লৌবদা দোক্তুরনা কমলজীংমা হায়রকপনি—

— পাবুঙ, থরা কুপনা শেন্নবিবা অমা চঙখিনি, মওং অমা চুমফাত্রি। মপাবুঙদদি হায়বিয়ু। মশাদদি হায়বিরুহু।

— ঐ ভাব তাজরে ইবেম্মা। চাবা থকপদা করি অথিংবা— ?

— হকচাং করিসু তৌদে। য়াম্না শেংনা মশা য়াম্না ফনা লৈ। পুম্নমক মশা ফবা হায়বহুগী চাংদা চপ-চপ চানা লৈ। কুচু কুম্নেনকা লংবা অমা য়াওরিবসিনি মশক্না মশক ফজরিবা। সে গুলী অসিদং তেনশনদা লৈরকপা মতাং মত্যাংদা পীজবিয়ু। নমথগনি।

ময়ুমদা পুরকপহু লিম্হোই ঈংনা তপ্না হান্ন-হান্নগী গুম্না অহুম তৌই; করিগুম্বা মওংগী তেনশন অমত্তা উদে। ঈংথদবা মওংগী খুদম থোইনা উদে। নোংনীনী মতুংদা, খজিক্কং তথক-তথকপা মওং অমা লৈরম্বহুসু লৈত্রবগুম তৌখ্রে। রারী-রাতাই শাবদা চংপা লাকপদা অমদি হিপ্না হৌগংপদা হান্ন-হান্নগী মওংহু অহুম উই! মরক মরক্তা লাকপা লোয়ননা তোয়না পাউ লৌবা কমলজীংতি চান্ননা ঙকলুরে। চিল্লবা থোদাং মরকী ঙাইহাকী ওইনা স্বর হোন্দোকপা খুদিং খুদিংদা মসু লিম্হোইবু হেক হেক নীংশিংই; উমকই অহুগা করিগুম্বা মতাংদসু থম্নকই – করিনো মাগীসিবু তৌশিন্নরম্বা জাংলা। মথা থম্বহুনা নৈনরুবদি শংদে। হৈনসু হৈননক্তে। মপানগী ওইনা মানা অওনবা অমনীদংদি উই –তোমনা লাকনি থম্নম্বা লিচম্বাই মুকলাকমক লাকথিদরে; ময়ুমদগী হেনখিজরে হায়বসিনি। অয়াম্বা মতমদা:কা অহুলা মাগী থোই মম্বাম্নহু কাকুমত্তা ইত্নত্তা লৈ হায়বগী পাউ ফংই। অহীং চুপ্না-চুপ্না মাগী কাহু মৈ ঙান্দুনা লৈবগী রাম্প তাই। অতৈ-গীদা অতৈগী ওইথরে অহুগা কমলজীংমা থ্বায়দগী ঙক্লিথদি মসু লিম্হোইনা শোরাং খুমীত্তা কাওবা মশক উদবসিনি। ভক্তবিত্রবা; মানা থঙদে হায়বা

অমত্তা য়াওখিজ্রিবা কমলজীংনা মপুন্সিদা ওকখিবসি হৌখিবা হৃদকী মীথন্দা মাগী অমত্তা ওাঙ্গমথা লাম্বাদগী অহৌবদগী ভোং মশীংসি হেন্দুনৌ লাকপনা মা মশাগী য়ুম-পোল্লীং স্তেশন্দা মানা হেল্লম্বা মশীং লল্লিদা কুপখৎ-গ্রগা সুপ্নগী মশীং মরীদং হেন্দুনা অমহুনা কাখিবসিনি। ওসি হেক কাওবা মকুম-মথা নত্রবস্থ হৌজ-হৌজা ওক্লি। ওকস্থ ওকখিদৌরিবনি। মায়ওন তিম্নদ্রবা কাওবদা মসিদগী হেল্লা ওক্লা থোক্লিবদি কর্ম মুমীৎ কাওবদা লিম্থোই মাগী কাদা থোঙ ওাশিল্লগা ইহুনা লৈ হায়না তাবসিনি। উকুথ-মক্তি নত্তে। অহুবু নাকোংনা মীংতগী য়াম্নমক হেল্লা ময়েক শেংনা উবস্থ লৈ। নাকোংনা উবসিদি অপাম্বা শক্তম অমা ঈয়োম্নবনিনা হেল্লা চুনৈ। হেল্লা ওই। হেল্লা উই। মওল হেল্লা চেল্লি, হেল্লা মল্লাক কল্লি। লুল্লিবদি উদথস্থ য়াজোল অমা য়াওই। কমলজীংনা উদ্রিবনা—

ফক্লাংদা য়াল্লিবা ঘড়ী অহুনা মিরবা তৌদ্রীগী থোঞ্জেল অমদা তাম্থাগী পাউজেল অমা পীরকপদা অহীং নোংশোইবা থাজিন শেমজিনখিত্রবা কমুং ময়াই অহুদা কুন্দুনা লৈরকপদা লিম্থোই থজিক উইরুরে। কলম পায়রিবা তাইফেৎ তাইশিল্লরুবা মখুত্তা চোইজাইনরবা শম্লাং মপৈনা তেবল লেম্পকী মেওলবা মৈওালবু নাথল্লরিবা মমায়না লোইরোইনা ওামথখিবা থওহৌদরনি। মিহুলমক্তি লেপখিত্রিবা ওইবনা তাইবও লীচত্তা থজিকুংস্থ কুপফেৎ তৌরুরি। ওাইহাকী থজিক অসি মওাইরে লিম্থোইনা নোংমগী মঙ্গুংদা মশাবু য়োকচরিবা। য়োৎপা য়ারক্তবদগী চাখিদবা তরানী শুরে। খোগং-নবা খোরাংলম্বস্থ থকপদা অহুম-মরীরক য়োনা য়োম্না হারকপদগী থক্কবা লাক্লখিদরে মরীনি মমাওদা খিনখিবা ঈশিং গিলাস অনেম্বা মচাহু নাক্কনগী মেজ মচা অহুদা খিন্দুনা অহুম্বক লৈরক্লে। মপাবুও চওলাক-চঙ্লাকপা মঙাংবদি লাকপগী শাজিন কংবদা মশম-মবা মাহুম্রনা হৌগংক্লুনা; কম্বুই; হবাও-মায়থোও শেমহুনা মুংশা থীজিন্নিবা মপাবুতবু মুংওাইহুনবা লাক্লুই; সে-গা মাই-গা থজিক, ওাইহাক মওাংনক্লই। অহুবু সনাগী লৈহাউবদি

লাঙহ্রবী কাওবা কাবা ওমদে। মপাবুঙ খঙই। মাস্থ নীংঙমদবা অমগী মরুমদা অমা, অমগী মখা অমমুক লোৎনবা কন্না লাক্লবি। লিম্হোইস্থ খঙই।

ঙসিগী ঙাইহাক লকক তৌরুবা অত্নদা লিম্হোই মমা উরম্মী। মশক খঙহৌত্রবী মমাগী মশক উরম্মী! মপাবুঙনা তক্তনা হায়খিবা 'নমা অত্ন নঙোন্দা পুন্নপ হৈজিল্লি' হায়খিবগুম মা মশামক ওইনা উরকই। মমাগী মথাদা মমায় লুকশিঙ্গরগা য়াম্মা তপ্না হায়রুবনি—'ইমা, ঐ থৌরাংবনা লোইরে, খজিক্তা থকে।' মমানা রাদ্দি ঙাংদনা অসূক চাউরগা ইকায়স্থ নাইদে' হায়বগী মওংগুম শাউজীন্নমা মকা লায়্মা মোমোন্নরগা মচাগী মচীনবু মথাদা চিংশিল্লগা ইল্লিবা ফি মভেকুনা কুপশিনবিরি। ঈংনা পোথাগে তৌজরকপমক্তদা ঘড়ীগী তৌড্রী তারকপনি! মীকপ খংথোক থোকই। মঙক তপ্না হাইগংলি। ঘড়ীদা লৈথক্তুনা য়েংলুরগা লৈথরকপদা মমাঙদা লৈরিবা লামায় অত্নদা, মরক্তা লৈখিবা শৈরেংগী পরেংশিংত্থ পিরাং ঈপাক্কী ইপোমতনা মখা শমথরম্লে। ইদ্রবা পিরাং ইপোমগী শৈরেংদি মপূম ওইনা পাবা নংলয়োইদবা শক্লাইদবা কাব্যনি; শকথঙদবা মাতনা পাগদবনি। নপথোকে খন্দুনা ফিজি খজিক তাশিল্লুবনি। নপথোকউদরে। ফিজিগা লামায়গদা পুমহাঙ হাওনা ঙাইহাক য়েংত্নমা লৈখি। ফনা কুইনা লৈরুই। হাম্নগুম ঈরুজগে হায়বগী রাথন্দা তপ্না হৌগৎলকপনি। ওরাংগীগুম জিং লাউই মমীং তন্দন পাই। ফনা কুইনা মমত্নমা লৈ। ঙরাংগী অত্নগুম্না কুইনা মমত্নমা লৈ। হেক্তিল্লক্লিবনা লেপ্পা ঙমদদনা ফমথরগা কাংথোন্দা লুকশিন্দুনা কুইনা লৈরিবসিনি। লিম্হোই মুংঙাইরকই। খজিক মোমোন তৌরুই। মশাদি খঙলমদবা য়াই।

ঈরু-কাদগী থোক্লকপদা মপাবুঙ মাগী কাদা ফমত্নমা লৈরম্মী! হৌগৎপত্ন ওনমল্লি নশা শোকচিল্লনি হায়দমা ঙাংলুরগা হোরেল মীগী কর্মসিদদি ঙাইহাক্তং শক উংলুবা চুমগনি হায়রকপদা লিম্হোইনা খুম্নলকপনি —

— ঐ চৎলরোই পাবুও য়ুম শগুহৌরগে।

— নশাহ্ন মুংঙাইরক্কবরো ?

— মুংঙাই কৈস্থ তৌদে।

— চৎনীংদবগী রারা ?

— চৎলরোই লেপ্লবননি।

— ফরে ঐনা থোকপা খুম্মগে। অতৈগীদি লায়রদনা নঙগী পুপু ইথৌ অঙ্কলহনা নঙবু সুনা খঞ্জে হায়বগী রাদনিদা।

— মথোয়বু কনানোদা ! চৎপগী চৎপা অহুম য়োক্লরো।

— হোয়দা তল্লগা তোকথোকও ! ঐনা চৎলিদনা ! নঙগী হিদাকুদি চারিবা নত্রা ?

— চারি, অমনা অহুমলক ; অমনা অনীরক ; অমদি, অমসিদি তেনশন-গীনি হায়বনি ; লৈত্রবনা চাদ্রে।

অকোনগী চাদবসি চুম্মী। অহানবগী অনীহুমস্থ চাদবনি ; মুকচা চাখিত্রবনি। মপাবুগুনা মুংঙাইগে তৌনা থোকখিবগী অহুদা ফকথাদা থমখিবা হিদাক ময়ামহ্ন খর-খরদং খাকহৌরগা হুন্দোকখি।

মুমীৎ অসি লিম্হোই য়ুমদা মথন্নতা ঙাই। পুমচীক চীকই। অচীক-পদতা হৈনরক্লবনি। লাংজরমগ্রবী লিম্হোইনি। ঈরাং য়াওদনা কেজ্জব-তনা মথৌ ওইরম্বনি। উনথাগী মুংহুম মরক্তস্থ লৈপাক্লেগী লৈপাক্লে ঙাক্তা শাৎচরম্বনি। ঙসিদি লৈকোন্দা নত্তে মালেম অপুম্বসি অচৌবা চপশিল্লকপা অহুমক্তা চপ মান্নবা লৈদ্রে। য়েংথি য়েংথিবা মায়কৈদা মীৎয়েং শাংথে শাংথে ফাওবা পুমহাও হাওদ্রে। পুঙমম মম্বগুম তৌদ্রে। অমম্বা মরক অসিদা মশা অসি লৈপুঙগুম ফমথিবা তাখিবা মফম অমদা তুম্পক অহুম ভাহ্ননা লৈ। মরক মরক্তা অম্লুম ফন্নম্বদগী 'অস !' হায়দনা ফুক হেক্তা হৌগৎলকই ; অসিনি অসোমদা অসিগীনি হায়বা লৈতনা থোঙ মথং মথং

হাংহুনা মনীংলোমদা থোকলুই। থোঙজিন্দা লেপ্লগা লাপ্লপ উবা য়াতোন-শিংদা মুম্না য়েংহুনা লৈরুই। কুইদে কয়িস্থু কয়িস্থু উদবদা ঙাইহাক য়েংলু-য়গা মমাঙলোমদা অমুক থোক্লকই। দায়ী মপান্দা ঙাইহাক নীংগাঙননা ফমথরুই। কোম্থোংলোমদদি য়েংই ; চুয়ীদা শংত্রিক অমুক য়েংহুনা লৈরুই। মকোক অহু মৈবা হৌবগুম শারকই উনমুক ঈংশিল্লক্লিবা মখোঙ খুদোনগী য়া নীংশিংলুবাঙমদে। মুংহীক্লবা 'অস' অমগা ফুক হৌগৎলকই। য়েন-খারোমদা থোক্লকই। দায়ী মপান্দগী হুৎ লৈহুনা ইমুং পাংলকপা মতাংদা পুং-করতাল-মোইবুঙগী অপূনবা খোঞ্জেল খংতা তারকই। খংপ্রেক খংই। ফক্লাং-হুমাং অনপ্পী কারকখিবা খঙহৌদে। থোঙবারোমদা তুথয়কই। লৈমায়দা মকোক্লা লোমদা মমায়না ঙাক্লগা তপ্না শীৎথয়ক্তুনা ফমথয়কখি। শৌহুনা স্বর চনীং-চমাঙ শম্নদনা খাঙতপ খাঙতপ্তা হোন্দুনা ওন্না-থোইনা খাঙলম্মগা কন্না লাউয়কখি — 'ই-মা! ঐ লাক্লগে!' কনাস্থু কনাস্থু লৈত্তবগী মথক্তা মখোঞ্জেলগা থোকখিদবনা অতাবা অমত্তা য়াওখিদে। খাঙকক তমখৎলক্লিবা অঙাং অমনা মপা ইশোয়-শোয়ননা মবোয় ইমান মাম্নদনা ককথৎতুনা খাধয়ম্মবা লফু মকক অমা তাবগুম লিপ্থোই তাহুনা লৈখি। চিংনয়কপা মপাবুঙনা কর্ম লোইদ্রিবৈঙদা তহা-তাহা চেল্লকপদা থেংনহুনা খুদক্তা লায়েংশঙ অচৌবদা পুখৎলি। পুং কয়া তুম্পক তাহুনা লৈখি। অহীং অথেঙবদা লৌশিং লাকখি। নোং ঙানকাত্রিবৈঙদা লিপ্থোই মশানা কন্না য়ানীংদবদগী য়ুমদা অমুক পুয়কই।

চাবস্থু খজিক খজিক্তা, খুবীগা খুদোম্বীগনা চপ্নগা চাবদোনা, মনমদমক লৌবদোনা চায় ; হিদাক চাও, কাপকে হায়বস্থু য়াদে ; হংলুয়বস্থু কয়িস্থু তৌদে হায় — তৌহুনা লৈবসি ফনা কুইশিল্লক্লে। মপাবুঙদি মুংশা কন্না থীয়ক্লে। মশা ময়েংদি অস্থুম অস্থুম তাশিল্লকই। মপাবুঙদি পাখৎলম্বদগী শাউয়ক্লে। মপাঙ থেংনা অমুক্তা খয়া হেন্না শাউজিন্নয়গা নোংমা মুমিদাং অমা থেম্বা ওই চৈবা-ওই মুংশিনা শাংনা ঙাংলুই। মপাবুঙনা অহুঙ্মা

অমুক্তা তৌখিদ্রি। লিম্থোইওম্বী রা মচেৎ অমত্তা ঙাংখিদে ; খুমখিদে মরৈ মরম ফোঙদোকখিদে। পুম্নমক লৈতবদি নত্তে। মমীৎ চেজেৎ উইশিন্দুনা হিপ্পগা তুমিন্না অতুমক তাখি। মমাগী মতাং খজিক য়াওখিবগী অতুদা মপাবুঙগী মখোল খজিক তনিকখি হায়বা মা খঙহৌই। ঙাংলম্নগা পাউ-খুমগী করিগী রাফম থোইনা ঙাইরমদনা মপাবুঙ তহ্না-তহ্না থোকখি। লিম্থোইগী মুংদা অনৌবা মখলগী মওং মওংগী ঈথক হৌহৌই। নীনীগী অয়ুক ফাওবা লিম্থোইগী লীচত্তা অওনবা করিস্ু থেংনদ্রি। মুমিদাংদদি খংওন ওনখি। মপাবুঙদি পুংঙক ঙক্রুরে।

লৈবাক মীয়ামগী ওইবা মীতিন অমদগী মুমিদাং থেঙলপ হপ্পিল্লকপদা চাফম মেজদা চান থরুবা ময়াম মখুম উপ উপতুনা থম্মগা লিম্থোইওম্বী মপাবুঙবু ঙাইতুনা লৈরম্মে। মুংম্নুক মুংজাননা চঙলকপা মপাবুঙদা চক কয়াগী মমাঙদা তত্তনা তৌখিবগুম লিম্থোইনা শাউরঙননা হায়রকখি— — থেঙনা থেঙনা হেক হল্লকঅদনা চাক লাম্বনা! পাবুঙ অসিমা!

মুরেন্দ্র লৈজবী থাতুনা ঙকচরুই। মনাক্তা পুখম মথং মথং লোং-থোক্লিবী মন্দোন চাকথোংবী অতুদা ম্বেংথোকলুই। মন্দোন্দুনা পিরাং মরক্তা হুরাওনা হায়রকই— 'মপাবুঙনা পামজবনি হায়দনা খজিং অচৌব-কাসি ইস্নুনা মখুংনা থোংজরিবনি।' মপাবুঙ অতু কুইনা লেপ্পগা ঙমলমদ্রে পিরাং ঈহৌতনা থুমহুৎলক্রবা মায়থোঙ অতু লোৎপা ওইনস্ু থংনবা কাদা চেনশিল্লক্রুনা মমায় তাখি মথুৎ হামখি। মুংদাং অতুমদি মপাবুঙ থকৎ-খিবনা ইচা চাদ্রে ; মচামুপীনা হাপ্পিমখৈ ওক্রে। ওম্বোকপা তাইবঙ কুম্মৈ-নি ; অমদা মাঙ অমদা তোং হায়বতুনি। মপাবুঙ অহল অতুনা ঙকখিবনা অহীং তুম্বা য়াদ্রে মচামুপী নহা অসিনা মালেম মতুম অসিদা মোন খাঙলগা মঙদা পাইবা হৌরে।

অয়ুক ফাওবা ঙকপা লোইদ্রিবা মপাবুঙ অসিনা চাকথোংবী মন্দোল অসিদা মতাং অমদা হায়রুই—

— ঐখোয়' লিম্নোইসিবু ওক্করবা জাৎলা হায়বনি ইন্দোন ? ওকপ্রেদা !

— ঐনা হান্না ওকঅম্মিবনি ইবুংঙো।

— লৈরম্বা ধর্মকাহু ইন্দোননকা লৌথোকপরা হায়বনিদা।

— যাহুকা লৈ-লাকপ্রনে ইবেম্মবো ?

— কনা'না খঙগে ; মানবগী রানি।

— ওরাংদো মুংখিলরাইদা দাক্তোররা করিনো ইবুংঙো অমা লাকঅম্মে। ফোনদা হান্ননা রারী শাখিবনি ! ঐনা হান্না পায়খৎপদা মা লৈখিত্রবা ইবুংঙো মালেমগা আ দেশদা খঙনরম্বনি, পাউ তাবদা মুংঙাইতে ঐখোয়' ইবেম্মা অমুক্তা রারী শাগে অরাবা রা হায়গে হায়দনা হায়রকপনি। মাবানী রারী ভাইহাক তৌনরগা ইবুংঙোহু লাকপনি। রারী কুইনা শাখি।

— কনানি হায়বগে ?

— দাক্তোরসু মাল্লি অঙম-অথৌসু মাল্লি।

— কম্বা নহা অহম্নো ?

— ইবুংঙো মালেমহোয়দগীদি খরা লিশিন্দোবা মাল্লি। রা চোমলপ চোমলপ ঙাংই। মীওই-মীতৌ রাং চাউই ; মঙাল লৈ।

— ফরে-ফরে করি করিদি শাখি রারীদো ?

— ঐনা শঙ্গোম পীবা চঙলুবদদি ইবুংঙোহুনা...করি অহুগীদমক্তবু চৈরাক পীজবা হৌনব্রো ! মানা পীরম্বা লম্বেল অমদা মায়থীরবসু অমা লৈরিবসিদি ! মানসু চপ চানা পামজরম্বা লম্বেলনি ..কা হায়দনা ঙাংহৌই। ঐখোয়' ইবেম্মনা মুন্না ভাহৌই। মাসু গলু-কোজ থক্কে হায়দনা ঐনা শেম্মগা পীবনি। থকখি।

— উম্, যাহুসি দোক্তর অহুনা লৌথোকখিবা ওইবা তারে। মায়া তান চারে। ঐগসু উম্নবা তারে।

— অমুক লাক্লে—লাকখিগে হায়রমগুম তৌই।

— কৈদৌঙৈ ?

— অহুমদি খঙহৌদ্রে। ঐখোয়' ইবেম্মনা খিন্দোকপদা থোঙাল্দা হায়খিবা তাহৌবদনি।

মুপা অসি নহানরাই দিল্লীদা মালেমঙম্বগা উন্নখিবা নহা অহুনি। ঙরাং মুংথিল লিম্বোইনা ইথোক্ত্রিবা শৈরেং মপৈ-মপৈগী অমম্বা মরক্তা পল্লেপফম লৈত্রবা খাঙহৈবগী মুংশিল্লক্লবা মঙালগী ঈরীক অমা কন্না মারিঙৈদা চাকথোংবী অহল অহুনা ফোন লাকই ইবেম্মগা য়ারী শাগে হায় হায়দনা পাউ পীরৈ। লিম্বোইনা তপ্পা খুমখিবনি—

— মশা লৈত্রে হায়য়ু ঐ পায়রোই।

— ইমাই! বিষ্ণু-বিষ্ণু! মহু হায়হৈব্রো! হঙ হঙ! ঐনদি লৈ হায়-দোকখরে। কনানো নহানরাই অা—দেশদা ইবুংঙো মালেমহোয়গা খঙনরকই হায়।

পায়রোই খল্লুরবনি। অহুমকপু পায়নীংনা পায়থৎলুই—

— হল্লো হায়বিয়ু।

... ইবেম্মা ইচল লিম্বোই চন্নু—?

— পায়জরি তাকপিয়ু।

... ইচল চন্নু য়াইফমিন্নসি। ঐ ইনাও মালেমঙম্বগী মম্বাম্বা অমনি। মিংসি ইনাওগীদি রাজিনদর হায়না অহুম—

– ও! চিঠিদা অমুক 'রাজেনদর শাবা' হায়দনা—নোংমা পরীখা মন্নুংদা অহৌং অমা—?

.. হোয়-হোয়। রাজিনদর অহুম হায়বিয়ু 'শাব'হু—!

— খঙজরে। তাকপিয়ু

... ঐ লায়েংশঙদম্নু অমুক অনীরক লাকচরম্মে ইচলগী ফীবম খরা শোক্না লৈবহুদা উন্নবা য়াখিদ্রে। ইবুঙনা ইচনগী পাউ লোইনা তারে। ইনাওগী লিংজেল ইনাওগী থৌনা, মঙল পাঙ্গন ঐ খঙজে। ঐ ইনাওগা তোয়না চে চংনৈ; অমুক অনীরকন্নু উন্নজখ্রবনি।

— মতুমদি ঐঙোন্দা ইরকখিদে।

... মতাং-মতাংগী হায়বতুনি ঐঙোন্দদি ইচনগী হেক হেক য়াওরকখি। ইচনগী অপাম্বা ইনাওগী অনীংবা নবুঙস্থু ফনা লুথনা থঙজৈ। ঐ ইচনগা অমুক্তা উম্নজনীংই। মুমীৎ-মতম অমত্তং অথুবা মতমদা পীবিরগদি — ?

— ঐ লাকচৌ হায়ব্রা ?

... ই ! ইচন য়াম্না শোম্থরে হায়বা ইবুঙ থঙই। ইচননা তৌরগে হায়বা অমগা লোয়ননা ইশাবু শোম্থহল্লবনি হায়বসি ইবুঙনা লৌজবনি। শৈরেংগী অরোইবা পরেংদা ইচনগী তাইবঙস্থু লোইশিল্লরগে হায়না লেপ্পা মাল্লি — ।

— মসিদা য়াইফগদবা লৈরগদি করি কায়বগে... ।

.... মতুনা ইচনগী লনাই অমগী খাঙবগী রানি। নাম্বোক্তুনা চৎথগে হায়বগী রারোমদা থনগ্রবননি। অমরোমদদি মতু খাঙবা কন্দবগী থৌদৌনি হায়গনি। খাঙবদি তাবা নত্রনে লিম্থোই। ইবুঙথোয়স্থু খাঙলি। ঐগীদা ওইরবদি নহান্না চৎচখিবা য়ারবা ঐথোয়নি। চৎনবা কন্না তৌরি। চৎনা চৎনা, চৎখিবমক তারবদি ঐগুম্বা ইচনগুম্বা লনাই ময়াম অমা লৈরি ; মথোয়দা করিগুম্বা থরদং পীরম্মগা চৎখিবদি চুম্মোইদ্রা—মসিনি ইবুঙগী রাহং। মসি ঐগী নত্তে ইনাও মালেমগী চাউরবা পাউথুম অমনি।

— মতু হিংবগী অর্থ থিবা ফংত্রবী অমদদি মুঙদা ঈশিং— !

... চাইবা ওইরোই ! মুঙদি থুগায়তুনা উফুল তাহল্লগা পেৎহনবা তাবা। পেৎলবদি ঐথোয়না শাজনীংবা মওংদা শাবা য়ারেদনা। ঙাইথো ইবুঙ অমুক্তা লাকখিগে। মতম অমত্তং পীয়ু। ইবুঙদি থবক মথং মথং চৎকদবস্থু লৈ য়ারগদি—

— হৌজিক লেঙঙকপা শংবিগদ্রো ?

... অদুদি মতোননি ইবুঙ য়ৌরকএ।

— য়ুম খঙবিগদ্রা ?

.... এ করিগী মচনগী য়ুমদি মবুঙগীশুনি। ইয়ুমবু খঙদে হায়ব্রো। লৈরম্মো।

রাজিনদর থূদক্তা লাকখি। কমকম কাদা কুইনা রারী শাহনা লৈখি। মুমীৎ উদ্রবা, মশ্বমক্তি নত্রিবা মতমদা হনখি। কোম্বোং ফাওবা খিন্দোকলুরগা লিম্হোই মন্ন লুকথহনা চীং লেম্মবা রাথল অমদা খোঙথাঙ তপ্না তপ্না থাংহনা চঙলকখি। হান্না শোম্বরুবগী তপ্নগী মথক্তা মাগী খোঙথাংশিং অহু থাংলিবা থূদিংমক খন-খন্দুনা শাংবা চপ চানা ওন ওন্দুনা, লূন্না লূন্না থাংবগী লৈখোন অমা চঙনা উই। মাগী কা মন্নুংদা খোঙ ঙাশি-ল্লগা কুইনা, ওখাক্লা কুইনা রাথনদা লূপ্তুনা লৈখি। মশাহু হান্নগুম শোল্লিবনি। অহুবু হিপখিদে মাগী কুইনা ফম্নরুদ্রবা চৌকী অহুদা চপ তিংনা ফমহনা লৈখি। ফম্না ফম্না ফমুং ময়াইদা পৈরিবা শৈরেংগী চেনা ময়াম অদোমদা মুন্না য়েংলুই। শৈরেংশিং অহুগী মথাদা মাগী খুজী পোপচাউবী নাম্মহু লৈরি হায়বা লিম্হোইনা নীংশিংলকই।

নোংমা অয়ুক অমা কমলজীৎনা চে অমা কন্না ইরিঙৈদা লিম্হোইঙম্বী চঙলকপা উই। ঙক্লপ তৌরুই। খরা ফরে হায়বদি তারগা হান্নগীহুগুম অতেনবা মতমগী মন্নুংদা অস্নুন্না চৎলকনি হায়বা থাজরুদে। কৌশিল্লুই—

— ইবেম্মা লিম্হোই চঙলকউ। ইস্নুদি ফরেদনা। মন্দির চৎলুবা মাল্লি ?

— পুপু-ইধৌ।

— মথেনদি খিক্তং ফাবাত্রিমাল্লে। কৈ-কৈ কৈনো ঙসি নোংনির্নিসি গোবিন্দ মন্দিরহু কনা-কনানো মুক্লে-খংনৈ হায়দনা হাংদগুম তৌদাইনে ?

— মন্দিরদি অহুম হাংমাল্লে।

— কৈনো য়ৌরুবা নত্রনে ?

— গোবিন্দ নত্তে পুপু-ইধৌ পাম্হোইবী লাইবুঙ চৎচরুবনি।

— হোয়নে-হোয়নে, ঙসিদি ইস্নুসি কৈনো অমা ওল্লিদা হায়না খরবনি সিন্দুর পাক্লা নম্বনিদনা। ইস্নুনা ভৌথোরকপদি ইপক্তা পকই, ইকদা

ফজৈদা। কৈরেল তোংবী পাম্থোইবীতুম নীংশিংইদা। কম্মু হৈ, কনা লৈ ইস্নুগী শঙ্গোম—

— পুপু-ইথৌ, রাহুনবিরুরম্নু ঐ করি অমত্তা তৌজরোই। অস্তিখোয়গী লৈফম-পন-ফমদো অমুক্তা খঙজগে লাকপনি।

— নঙগী অস্তি মপা মচাদ্দি লাইফম মথং মথং চৎপা হৌগ্রে। নচেশিং অমনা য়াম্না লুনা তৌবিদনা মাগা মখোয় অহুম মরী খোঙশানবা হৌগ্রে। ঙরাং নঙগী পুপুহুগা রারী তৌনৈ। ঙরাং ফাওবদি আগ্রাদা লৈ। নোংঙাল্লমদাইদা হরিদ্বাররোমদা খোঙশাল্লম্মনি।

— অস! ঐগস্নু শাবা ফংজরম্মদি ফদৌবা। চিঠি অমত্তদি থানীংবনি

— থাক্লরম্নু ফংনররোই। লাকস্নু মরাক্লনিদনা কয়াবু কুইনা চংকখনো।

— অস্তিদি ঙাওরমখিনি। পুংমম পুংমম মম্লমখিনি।

—অঁ ইবেম্মা কমদি তৌনি, মপাপকৌনিদনা। ঐখোয়মক্লফাওবদা অস্নুক মুংঙাইত্রবদা মমা মাগীদি কমদোরমগনি খনবদা মম্মী। খনবা ঙম্মক্তদনা ওম্থোক ওম্থোকপা তৌতুনা খাঙবা য়াওই। মমা ওইবী.. এ, ফরে মসি নীংশিংগুমসি, অতৈ শাসি চেহু ইরুরম্নু। মরায়বক লৈরবদি য়ৌরক্লনি।

— চপ চাবমক নত্রগস্নু চাউরাকপা মতম থঙবা য়াম্নবা অমা ঙাইবস্নু য়াবা-

— কৈনো ঙাইবা হায়ববো। মপা-মচা লাক্লবস্নু লাকপু লাক্রবস্নু ঐখোয়দি অস্নুম লৈবা তাবনিনে, ঙাইবা তাবনি। কদায়' চৎলুনি হায়বগে। নঙবু চখোক্কদবকা লৈত্রনে?

— লৈত্তেদা। অহুদি ঐ য়ৌজরগে পুপু-ইথৌ।

— ফরে-ফরে। হন্দক অমুক অস্তিখোয়না য়ারী তৌরক্লবদি নঙোম্নস্নু তৌ হায়গে।

— হায়বিরক্লম্নু কোম্না উম্নবা তৌরগে। পুপু-ইথৌ রায়ৌবিম্নুকো ঐ চুয়া মুম—।

— অঙাওবীসিদি। নঙগী অস্তিখোয় লৈতজনা মখোয়দ কাদি চংলম্মরোই।

নোং ক্বাদোকস্থু লম্বেল থোকপদা হাইফেত্তুংস্থু মচঙঙ্।

— ঐ চঙঙমগে।

- ফরে-ফরে চো চো। নশাগী খল্লু লিম্বোই। কান্নদবদা মফাং-মফাং

— ইধৌ।

তপ্পা চৎখি। কমলজীৎ কুইনা য়েংতুনা লৈহৌই। খলহৌই – 'করম তৌরগবা অঙাং অসিনা! ওম্বোকপা লাইবক হায়বতুনি।' লাইবক্তা হেক হেক শিন্নবা কমলনি।

তরানিমুক্কী মতুংদা নোংমা অহীং অথেঙবদা তেলিফোন অমা লাকই। কমলজীৎ তুমদ্রি, ময়ি চৎলক্লবা মাগী দলগী মতাংদা কন্না খন্দুনা লৈরি। মচানুপীখোয়গী অরাপ্পদগী ওইরম্বা য়াই খল্লি। পায়খৎলুই। ওইরমদ্রে। লিম্বোইগী মপাবুঙদগী ওইরম্মে। হায়রুই –

— করিনো কৈদৌরে ইনাও সুরেন্দ্র অস্থুক থেঙনা?

... তাইঙো নস্থুনুপীগা লাক লাকপ্রা হংগে হায়দনা —?

— কনা, লিম্বোই?

... হোয়, নস্থুনুপীতু লৈরমদরে। মথং-মথং খরস্থু হংনরে। তাইঙোগী-দকাস্থু মরক মরক্তা চৎপা য়াওবতুদা অদোমদা রারী-রাতাইকা—।

— হ! লাক্তে। কুইরে উঃদবা। তোয়না লাকথিবস্থু নত্তে নহান নোংমথক্তুং লৈফম অমা হংবগী করিগী—।

... অতুদি কদায় চৎলম্বা য়াই!

— হেরা নুপীমচা লৈশাবীনবু মাঙবা হৌনদে। মুংশা থীরক্লু অয়ুক মায়গৈ অমা অতুম খঙঙক্লনি। পোখ্বাবিরো। মাগী খঙন-চান্নবা কনাগুম্ব'কাদি হায়ন-লাক্লদ্রো?

... মদোমদদি মাঙ্গ্রবা। ঐনা য়ানীংদবা।

— ঐস্থু মানফাত্তবনিমা। অতুদা কনানা খঙনি, অঙাংনি। ময়েংলসি,

অয়ুক ঙাইরসি। ঐস্নু য়ৌরকপা য়াত্রা য়েংগে। নুংশিনে ইস্নুদো। লেংমান লেংমান্নবা ওইরম্বা লাই খুরুমসি।

অয়ুক্তা থেঙলপ্পা কমলজীৎ চংলুই। লৈকাইগী অহল-লমন খরা লৈরমদনা ইরাও লাওনরমগদবা মাল্লুরগা ইওন ওন্ননা লৈরম্মে। উন রাইমুক চীক্লা লৈরম্মী। মপাবুঙদু থোক্লক্লুনা ওক্লে। মী ফমফমদা নত্রগা মাগী কাদা পুশিনবগী মহুত্তা লিস্থোইঙম্বীগী মনুংগী কা মচা অদুদা পুশিল্লি। কমলজীৎনা অমুক্তা চঙদ্রিবা য়ুমনি। য়াম্না কন্না তিন্নরুবস্নু নত্তে। আ-তান্না পুবদা কমল চিংনরপ তৌই। ফমথ-ফমথনা কমলনা হংলুবনি---

--- কমদৌরবা করি পাউ লৈরবা ইস্নুগী ?

মরোল থোক্লবগুম তৌরবা সুরেন্দ্রনা থুম্বগী মহুত্ত ঈগুম ঙাংলবা চে মচেৎ অমা তপ্পা লানশিল্লকই। ফাক্তোক্লুনা য়েংলুই। অশংবনা মৈতৈ ময়েক্তা ইরম্মী—

· পাপুং (ইমা),

য়া য়া তৌপিকস্নু ঐহাক চংলে। ঐকী থাংপা রারপনা ময়ামকী থাংপা চংলপনি। থাংপিয়ু। ঐকুমপী ময়ামকীতমক থাংপিয়ু। হল্লকপতি য়াই। ঙাইপিকস্নু।

পাপুংকী

লিস্থোই চন্নু

চে মচা পিশক অদু ওন্না ওন্না য়েংলুরগা কমলজীৎনা লিস্থোইঙম্বীগী মপাবুংদা য়েংলুই। সুরেন্দ্রদু পুমহাং অমদা য়েংলগা মোমোন্নানা লৈরম্মী। মমীং অনীদগী পিরাং ঈচেল খজিক চেম্থরি। অহীং চুপ্পা ঈহৌবদা খরগী মথৈদি লেমহৌরিমাল্লে। কমলজীৎতা পুমঙক ঙরা অদুম থোকই। হান্নগী মঙক অদুদি নত্তে।

* * * *

অহীংবা পুন্সিগী মশক ওস্থোকপনি ; শক্লাইদবা শক্কমগী তশেং তশেংবা শকফম্নি। খণ্ডদে, খণ্ডনদে ; উদে, উনদে। মশাদদি ফাওই। পুন্সিগুম্বা হায়বগুনি। নোংদম্বা লাইবক্লা লৈরম্বশিং থোক্লবদি লাইবক মাস্থ মাইবী শেল হুল্লমগনি ; পাপ্তি চংলমগনি লোয়নবদা খুবাক মখি য়েংহল্লমগনি। মশাগী খোয়রেল খণ্ডনীংলমগনি। মরক মরক্তা মরায়বক্তা খুতুম্না শুজরমগনি। করিগুম্বদস্থ থম্বাল শাৎপা মরায়বক্কীদমক মশাবু মশানা কল্লকচরমগনি। মামক্কী লম্বেনদস্থ অকা-অকুম লৈ। কাদুনতা কুমতুনতস্থ লৈতে। অকাবতদা অঙ্গংবা লৈতে ; অকুম্বতদা মৈশা লৈত্রি। হাইগংলকপগী পরীংগা অনী অসিগী চুংশিন্নবগী চীল্লোক্লরকপা থাক অসিদনি পূক্নি'দগী অঙ্গংবনা লৈতাদুনা লৈরিবা। লৈতাবা হায়বসি মপানগী নত্তে ফুংগী ওইবা থাক অমনি। মুমীৎ কুইরবগী তুংদা পূক্লিংনা মায়কৈ অনীমক্তগী থাক অসি তম্মকপা মতাং শোয়দনমক য়াওরকই। মৈশানা মৈচাক্কী ঈচাওতনা পুনহাও হাওলুরবা লৈমায়, কুমগী নোংজু হুকথেংনবদা অশং-অমান মালহৌনবা মহৌশানি। পুংতুম তুম্না হাওলুরবা বৃন্দারানীগী থমোয় লৈকং-লাদা তিংথৌ ময়োন চোংলকপা অঙকপা নত্তে। মতমগী রানি মহৌশাগী খুৎশেমদা অশোকপা পূম্নমক মহৌশানা লায়েংজে। লাইওং খওনা লায়েং-লবদা লায়না মশামক তীনকোক লাইকোল্লকপগী থৌশিল অমা চাউথোইবা মাগী থৌরম পরেংদা শোয়দনমক হাপ্লিনি। নক্ষত্রগদি মচাগী মথৌ মওমশিং পাওবদা লৌশিং তানা য়াওখিদ্রবী লংলাগী খুর্জাদা লাইধীনা লেও ওৎলুরবী বৃন্দা প্রয়াগকী সঙ্গমগী গঙ্গা যমুনা অমদি লৈম্মুংদা চেনবী সরস্বতী অহুমগী চুংশিন্নফম ঈতিনফম ঈয়াইদা অচৌবা হি অমদা চৎমিন্নরিবী বানোগী ফাগী রাওাং অমদা থরায় তানা মিরবা খোঞ্জেন্দা নোক্লম্মোই। অনীংবা অপাম্বা অমদগী থৌইনশিল ফংতুনা খরদদি য়াংহল্লগে হায়না পল্লেপ্তুনা অপনবা অথিংবা পূম্নমক থৈদোক্তুনা ফজ-ফজবা মফমশিংদা বৃন্দা অমদি মনিতোনবু পুতুনা চৎলিনী বানোনা মখল কয়াগী রাওাংদা ফেৎ হাইখিদ্রবী বৃন্দানি। হরিদ্বারগী, লক্ষমন ঝুলাগী অমদি হৃষিকেশকী নীংথিরবা নাক-য়েৎ কয়াদা

মবুক্কিং মকা লাম্মু য়াখিদ্রবী বৃন্দানি। শায়রুবগী অদুক য়োৎপগী নত্তবদা চানীংনা য়াতোন তংবা পোৎলম অমত্তা য়াওরুদ্রবনি। মোমোন তৌবগী মম্পি ফাওবা মচীনবান থক-খাদগী মাঙথ্রবনি। অদুবু—

গঙ্গা-যমুনা অনীগী ঈতিম্নফম ঈয়াই অদু তম্না হিদা চংপনি। হোল্লিবা নহাদু বানো-নরপতি নন্দিনীগা খঙনরকই। মপা-মপাদু পাণ্ডাগী থবক তৌবনি উশিৎনদে। নহা অসিগা নন্দিনীগম্সু চহী লেঙ্গা ওইবগা কয়া উশিৎনদে। হৌজিকসু নমহাই তৌনরি। নন্দিনীনা আ য়ৌথ্রবনি নহা অসিনা বি, এ লোইরগা থবক ফংদদনা মপা-মপুনা তৌরকপা থবক্তা মতগ ভাইবা ওইনা য়াওশিনবনি। মতমগী পাণ্ডাগী হৌনবী শেল পুথোক্তুনা কৎননবগী রাদা মহায়। সন্দেস সের অদুক কৎপগী লুপা অদুক লাইগী দখিনানা অম্বুক; পুজা তৌবগী ওইনা মী অমমমগী অম্বুক অম্বুক মী মরীগী পূন্না অম্বুক, সরচার্জগী তরাদা অদুক ... লম তু য়েংদুনা রারী ভাইহাক শাগদবদু মীৎকুপ অমনী-অমনী অমনী থুদিংগী অপনবা পীদুনা শেলগী রাদা তৌদুনা লৈ। অম্বুম নীংথিনা থেমদনা খোত্তনা তৌরম্বনা ঈয়াই য়ৌরমদাইগী অদুদদি হি হোল্লিবা অঙাং অদুগা মান্নরগা হোনবা লেপথোকখরে। নরপতি নন্দিনীনা শেল মপুল অমা পুথোরক্লগা অমমম অনীনী হীরুবাক্তা থোক থোক উপশিন্দুনা হায়করই।– বামোন লৌজনাম নঙবুনহৈ! সে সে সিনা লাইগী, সিনা মীগী সিনা শাগী সিনা নঙগা ঐগা লুহোংবগী সিনা নঙগী কাইথুমফিগী সিনা ঐগী সাড়ী অঙৌবা লৈনবগী সিনা নতুগী শোরাৎকী...। শাউনীংনা শেল য়েন্নবদোনা তোঙান তোঙাননা উপশিন্দুনা থম্বনে মাগী রাঙাংনে বৃন্দাদু নোক্লিংলুরমাল্লে অদুঙৈগী মীরবা মীনোক্তুদা হৌনা নোকলকখি। খোঞ্জেল অদুগনা ফজবনে হুরাওবগী মুংভাইরকপনে অনী হেক পুনখিবনা বানোনা মখুৎকী থৌরম থাদুনা য়েংদুনা লৈরুই। ঈমায়গী অঙাওবা মুংশিং অমনা পরেং থম্মিবা চেগী পৈশাশিং অদু লোইনা হুম-দোক্তুনা ঈমায়দা থাদখি। পাণ্ডা নহাদুনা হি হোল্লিবদুগা শেল লোকপগী

ওইনা ঈশিংদা চোংথনখি। অরোইবদা মখোয় মরী—মনিতোন, বৃন্দা, মা অমদিময়ুমদা মরী মঙানি ছুতী লৌরগা লাকপা দোক্তর হরি, পূম্না অমুক্তদা হৌনা নোকমিন্নখি। মুমীৎ অসিগী মুমিদাং ঙাইহাক কম্মগা রারী শামিন্নবা মতাংদা, তেলিফোন ওকপা চৎখিবী বানো লৈতবা তাঙ্গাদা ময়ুমদা চৎপা পাম্মক্লবা হরিদা বৃন্দানা হৌদোকলুবনি—

— দোক্তর হরি, অদোমগীদি অনীমক মরূপ্নি—নন্দিনী অহুগা দোক্তর স্থপরিন্তেন্দেন্ত ; মরূপ অনীসি নকশিন্নবদা সমাজনা— ?

— ইচেগী রাসি হান্নদগী খন্নরবনি। সমাজগীস্থ খুমাঙ চাওশিল্লবা যুগনিনা করিস্থ তৌদবা য়ারে। অহুদা লুরিবনা বানোনা স্থকয়া য়াদ্রি।

— মরমদিনা ?

— মাগী শিয়োমন্নুংগী থরায় অসিগী ওইরম্বা য়াই ; মানা হায়বদি নত্তে মানবগী রানি। ফরে মা থোরক্লে মসিগী রাসি মা পনবা য়াখিদ্রে কোন্না য়েংবা হায়বহুনি মতম ঙাইখিবা অহুগা অনীগী লাইবক্তো করি ওন্সিবা হায়বহু য়েংবা তারি। ঐখোয় অনী চঙহুনা থৌজাল য়েংলি।

রারী তারক্লিবা মনিতোম্না মাগী আনোক অথাবহু শেংদোক শেংদোক্লা মমৌগী মায়কৈদা য়েংলুই। বৃন্দাগী মায়খোঙ মকা লামদবদি নত্তে; শকফমদি খজিক হুঞ্জিনখি। মাগী বাবাচৌনা মঙোন্দা মোমোন তৌনা য়েংলি হায়বা মা খঙলকই। হেক খঙলকপদা ফক্লাংদা থেৎলিবা কেলেন্দর-রোমদা লৈথোক্লুনা য়েংলকই। তারিখ উরক্তবা নত্তে ; লৈরক্লিবা মতমসি শাংলে য়ুম থাদোরকপা কুইরে হায়বসি খল্লক্তবস্থ নত্তে ; খংচৎ চৎনীংবা অমস্থ ফাওরকপনি; অহুগা মরক অসিদা চাংজো উরকপগুম তৌবা রাখলগী ঈপাক অমদা পুন্সিবু উরক্লবা খঙলক্লবা হীরোই অহল অমনা য়াম্না মুংশিবা খোঙ্গেল অমদা ঈতিন্নফম 'সঙ্গম'গী নাক-য়েংকী ফজবা শীংথাহুনা হিজাউ অমা হোনবগুম তৌরকই। হিজাউ অহুদা মা তোংলি। মা মথন্নতা নত্তে অতৈস্থ ময়াম অমা তোংমিন্নরি হায়বা খঙলকই। অরাপ্পদগী চিংনা চিংনা লাকপা কাংশিগী মখোল তারকই। কদোমদগী কদায়দগী য়ৈরকপনো—

মন্দিরদগীরা, নত্ত নত্রগা লাপ্পা লৈবা শিনশঙ অমগী মতম তাকপা তানয়েরা ব,ন্দারানী থঙথিদে। থঙগে হায়নসু থনখিদে। পাউজেল অমদি, পল্লেপফম থঙদবা পাউজেল অমদি মাগী লৌশিং অমদি থমোয়দা পীরক্লি। কা অতুদা থাল্লিবা মৈঙাল হান্নদগী খংভান হেন্না ভাল্লকখি।

মৈত্রবাক্তা হনবদা লেপ্লে। মতম লেপ্লে। মুমীৎ পুংফম থন্নতুনা ম্বাংলে। আগ্রাদা হল্লগা বানোগীদা অহীং অমত্তুংগা লৈরম্মগা মথং মথং পাইবদা চথখিনবা পোথি ম্বাংলে। অহীং বানোদগী য়ুমদা থুংলবগী মুমীৎ অমদি মতম তাকখিবা ওইনা মনিতোননা তেলিফোন তৌরুই। বৃন্দারা-নীগী মপাবুঙ কমলজীৎনা পায়রকই। ফনা কুইনা রারী শান্নখি। লোই-শিল্লকপদা লিম্হোইঙম্বীগী পাউ মতেক অমা পীরকখি। ময়ুমদা লৈত্রে চৎথ্রে হায়বগী পাউনি। কদায়দা করিগী কমদৌনা চৎখ্রিবা মনিতোননসু হংহৌদে মনাও কমলজীৎনসু তাক্লক্তে। ফোন তৎথ্রে। ফোন থন্না থন্না মনিতোন্না মথন্নতা শেৎঙখিবনি—'ফরে থেংবা হায়তুনি; কনানবু করি তৌরুবা ঙমথ্রবগে!' পাউ অসি মচান্নুপীদদি তাক্ত্রে। করিবু তৌনরু-গবনো হায়না থল্লে। পুময়াং ম্বাংথ্রবনি।

মুমিদাং ঙল্লপ্না পাইগদবা খোঙচৎনি। নরপতি নন্দিনী বানোনা লুচিংতুনা মীয়াম অমনা গাড়ী মঙাদা মপা মচাবু থিন্দোরকই। বানোদি কপচখিবনা মহানি। রাই শংথ্রবা লুমশিল্লরুবা মশাদা থোংলিবা তুপত্তা অতু পুঙলুপ লুপ্লবোই নাংনৈ। ফমিন্নরিবা বৃন্দারানীনা হন্না হন্না থেম্বনি। থেম্লিবী মাগী ইল্লিবা ফিগী ফিজি-ফিনাসু কংবা নত্রি হেন্না চোংশিল্লক্লি। চমু অনীগী থিংঙ্দবা পিয়াংগী অর্থনা করি। মোমোন্নতুনতা লৈরিবা মনিতোন অহলদি থঙবগুমসু তৌই; মদোমদা থল্লুদবগুমসু তৌই। শক্লাই শকপান্দবা অমনদি শোয়দনমক উরগনি। উবতা নত্তনা থঙবসু থঙলমগনি। বৃন্দারানীনা মাগী মথাদা লুকশিন্দুনা, পিক্লিবী অঙাং অমগুম কপ্লিবী বানোদা মকোক্তা কাইদ কাইদা নানবিরগা হায়রুই—'ইচেগী

নন্দিনী, বানো ; কপকন্নু ! কন্নিগী কল্পি অঙাওবী। উন্নরুরবনিনা কায়নবগী মৈশাস্নু থাঙবা তাবনিনে। উন্নবা-কায়নবা, পোকপা-শিবা ; শিন্নবদি অমুক পোকপা, কায়নরুরগা অমুক উন্নবা মতম থরা মরী লৈনরুরবগী মনানি। ঈশ্বরগী অল্লাহগী মনানি। চাউথোইবা মাগী খুদোনদি ফত্তবা মাঙবা অমত্তা লৈতে। শীজিন্নবা হৈতবা ঐখোয়তনা ফৎ-হন্দবনি মাঙহল্লবনি। মানা অসি পাম্না লৌবা তাবনি। লৌবা হৈতত্নুনা ফংবা ঙমদবা ঐখোয়না ব্রাজরুবনি। মাগী থুংশিন থৌরাংদা অহোবা অমত্তা লৈরোই। মনা খুদিংমক লৌবা হৈবা তাবনি। চাউথোইবা মানা মাগী থুংশেমদা অরানবা তৌরোই। পূম্নমক মাগীদি মথুংনা শেমজবা মপোং ঙাক্কনি। মপোংতা মীচঙ-মীখায় নাইরম্বা হৌনদে। হরাও-হরাও লৌগ-দবনি। লৌসি মহাক্না পীনরিবা কায়নবগী খুদোল : খুদোল অসিনা ঐখোয় অনী অতোংবগী অতোংবা শেন্দোং ঙাক্তা ফংগদৌরিবনি। ঐখোয় লাক্কনি। থৌদোক খুদিংমক্কী পাউ পীরকউ বার্তোন ওইনা তৌরকন্নু পাউদং পীরকউ ঐখোয় পাইরক্কনি। নথা মুংগী ইচা অসি থোকললকপা মতাংদা ঐ নঙগী নয়ুমদা কুইনা লৈগনি। ঐনা হোৎনগনি। নথৌ চিঞ্জবা নঙদি নচা লৌবা শংদবা য়াই। ঐনা শেন্নগনি। নঙস্নু লাকউ। লাক্লিংবা মতম-মতাংদা পাউদং থারকউ ঐনা থোকপা তৌরমগনি। নঙগী নপাম্নি। নপামদা লাকপবু অকক্লবা মতম লৈবা হৌনদে। তৌবদি নশা নহা ওইরিবনিনা ঐদোনা তুংগী লম্বেলনা শাংহৌরবা হায়বত্নু নক্রি মওং তাবা য়ুমফম লিংবা য়ারি। মসিস্নু তৌনদবা ওইরোই! চৎনবী হায়বসি মায়কৈ থরগী কাওবু অমগী মঙ্গল ওইবা তারগদি থুগায়রগা অনৌবা অমা শেম্নস্নু য়াগনি। চাউথোইবা মঙোন্দা শিন্নরগা থাংবা থোঙথাংদা ঐখোয়বু কুপ্না শেন্নবিরিবা মহাক্না শাউগদবা লৈতে ; য়ানীংগনি ; মহাক্তুম হেন্না পামগনি খল্লি। মাগী মফমদদি পূম্নমক চপ মান্নে খেন্নবা অমত্তা থমদে। মপা-ম্বোংগী ঙাইহাক্কী পামজরুবা নত্রগা থোনবিরকপা ফিজোলনা ঐগা নঙগবু খেন্নহনবা য়ারোই। থমোয়-থন্নায়গী মরীদি মপাম্বোংগী ঙমখৈনা কন্নিস্নু

তৌবা ঙমদে। ঐনা চৎলিবসি নঙগীম্ব নপাম ওইরিবা ইয়ুমদনি। ইয়ুমদা চৎলিবা মী অমদা নোং-নীনীদং কোম্ব্হৌবা নঙনা কপ্পা কপ্পা বিদায় পীবা হৌনবরো ; সে মোমোন তৌ ! নঙনা নোকপা মোমোন য়াম্না ফজে; হায়বকম তমফন খঙদবা মঙাল অমা য়াওই। বানো নরপতি নন্দিনীগী মোমোনদা ঙাওবা মী য়াম্না লৈরমগনি। নঙবু ইবেম্মা ওফিসর মী নত্রো। মী নঙগী নচাদি মী ওইগনিনা। মী অমগী ইচাদি মী পূন্নমক্কী মচা ওইনিনা হা?'

বানো অর্থ খঙই। গাড়ীশিংগী খোঙয়াঙ তপথরক্লুনা লেপকদবগী শেম-শানরকপা মতাংনি। পিরাংতনা থুমহৎলবী বানোনা বৃন্দারানীগী মায়থোঙদা শাউরপ্পা য়েংখৎলকপদৌনা তৌই। রাকৎ ঈয়োয়নবা মীৎ-য়েংদি মাল্লি। অতৃবু চৌনবান অমদি মীৎমৈ অনীদদি মুংফাওনবা মোমোন অমগী মঙাল ময়েক শেংনা তারি। থমোয়গা থরায়গসিবু অমত্তা ওইরিদ্রা!

গাড়ী মথং মথং লেপ্লি। প্লেন থাফম য়োদ্রিবনি। মরক্তনি। খরা চঙশিল্লগনি মালেমঙম্বগী নাপী ময়োল খরা খরা চোংখৎলক্লবা মোংফম লৈরিবা। কুমথরক্লবা ময়ামচু মরী-মরী চৎলকই। বানোগা বৃন্দারানীগনা মাঙ থারকই। মখুৎতা লৈ পায়রকই। তপ্পা তপ্পা চঙশিল্লকই। নীংথিনা লৈতেংলবা মোন্দুম মোম্তেক মরক্তা শাংদোক্লুনা মুংঙাইনা পোখারম্বা মচানা মমানা চম্লবা ঙমোক মচা অমা পুক্লুনা চঙলকপা উবদা ফুক হৌগৎত্নুনা 'ইমা লাকত্র! ইমা—।' হায়না কৌত্নুনা হৌগৎলকপা উরকপগুম বৃন্দারানীনা খ্বায়দগী রাংলবা চাংয়েং পূন্নমক্তা মকোক ওইরবা মচা মালেম-ঙম্বা বিশ্বজীৎ উরক্লে। মচা উখিদবা কুইরবী বৃন্দানি। কুইরবগী মতুং অসি ফাওবদা মশক ওল্লয়গনি খল্লুবা রাখলগী ওম্ন-তৈনবদা মালেমগী অহুতৈগী চাংয়েং অমদা মায় পাক্লে হায়বগী পাউ পুক্নুনা খোয়রুম মোমোন তৌত্নুনা মায়থোঙ মকা লাম্না চাকশঙ কাগী খোঙজিন কামশিঙ্জুনা চঙল-কখিবা মচা অহুগী শকফমদগী খোইদীং মথায় অমগী চাং ফাওবা ওল্লমদবা থেংনবদা বৃন্দারানী অম্নিনি হায়বা হায়ফম খঙদনা মুংঙাইজে। কাকৈ

কাফৈ চংপা হৈরকপদা দারী মপান্দা খোঙকম নাম্বোকে তৌবা বিশ্বজীৎপু ঙাকহৌনবা মৌ নহা বৃন্দানা মপুরোইবগী মনাক্তগী চেনশিঞ্জখিবগুম বৃন্দা-রানী চেনশিল্লকই। মচাগী মোংফম লৈঙোই অপোবা মথক অত্নুদা তপ্না কুম্বক্তুনা লৈ খুজোক অত্ন মওং কায়হন্দনা লৈরিবা মওং অত্নুম্বক থমত্নুনা মরু লুকথত্নুনা লৈরুই। ফনা কুইনা চেক-মোক লাউদনা অশাবা-অয়েক-পগুম কুন্দুনা লৈখি। ঙাইহাক্তুংদি মথল্লায় য়াওদ্রবা অচিকপগুম নাক-য়েং চপ তিংনা লৈখিবত্নুদা অরাপ্পদা চীক্লা তুমিন্না লেপ্তুনা লৈরক্লিবা তগুপ তরেংবা তাঙ্কমহলনা থাবলগী ফীজং হাইদোক্তুনা ঙক্লা মঙক থাঙ্গত্নুনা য়েংলম্নগা নোংচুপ ওইরপ্পা খৌ চিঞ্জরিবী থবারোমদা য়েংখংখি। রাহংগী মীৎয়েং লোয়নরম্বা য়াই।

ঘড়ী হাইরপ য়েংলুরগা লকক তৌনা বানোনা বৃন্দাগী লেংবান্দা তপ্না পায়ত্নুনা হৌদোকল্লুই। বৃন্দারানী তপ্না হৌগৎলকই। মচাদা মথুৎ অনী খজিক থাঙ্গৎতুনা য়াইফ পাউ পাউথাঙ য়ৈনা পীরম্লগা লৈথোরক্তুনা চীং লেম্বগী লুম্রবা খোঙথাংদা তপ্না তপ্না চৎলকই। খ্বায়গী তুংদা লেপহৌবা হৌজিক্লা ইহান হাল্লা মায়োক্নরবা মমাঙদা থৎপগুব লেপ্লিবা মনিতোন অহলনা মচা মমৌ পূল্লবী বৃন্দারানীদা তপ্না হায়রকই—

"ইবেম্মা, লাইবক্কা শীংনরক্লবরা?"

মচা-মমৌ-মমা ওইরবী পূম্নমক্কী মথক্তা অমুক্তা মনুংগী মহাভারত লানফম লানয়াইদা স্বপ্নগী তেনাগা তেঙ্গৈগতনা ফুন্না ক্রক-ক্রক ঈন্ননা য়োমত্নুনা পাল্লবা মশাগী হকচাংদমক পুরক্লবী লাঞ্জিং পুরেল লৈমা অমম্সু ওইরবী বৃন্দারানীনা তপ্না খুম্মকই—

"নত্তে বাবাচৌ লাইবক্কা সন্ধি তৌনরম্মে।"

ঙসি মেরাগী থানিল ওইরবা য়াই। মালেম পূম্বা মক্রবা থাবলদা পূমলং লংলি। অমম্বগা অঙানবগা য়াশিন্নত্নুনা চুংশিন্নবরে।

—লোইরবা—



## এলাংবম দীনমণিগী লাইরিকশিং ঃ—